# সত্যম সিবম সুন্দরম - ২

হান্দোকচবা ঃ
**শ্রী এনঃ শামু সিংহ, এমঃ এসসিঃ**
রিটাইর্দ প্রিন্সিপাল, থৌবাল কলেজ
মণিপুর।



শ্রী সত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুর পব্লিকেসন ট্রষ্ট



ফোংজবা ঃ ৱিং কমান্দর একে: দেবেন্দ্রা সিংহ(বিটাইর্দ)
প্রেসিসবঃশ্রীসত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুব
পব্লিকেসন ট্রষ্ট।

কোপী মশিং ঃ ১০০০

ফোংজবা নুমিৎ ঃ ২৪/৭/২০০২(যুমশকৈশা)

মমল ঃ লুপা ৯০.০০

মণিপুরীদা হন্দোকপিবা ঃ শ্রী এনঃ শামু সিংহ , এমঃ এসসিঃ
বিটাইর্দ প্রিন্সিপাল,থৌবাল কলেজ ,মণিপুব।

নম্ফমঃ সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুব।

# কৎচবা

ভগবান,

অনিশুবা ৱারী শরুকসে নহাক্কী
কৎচরি নফমদা
ননাই ওইবা ঐখোয়না
লৌবিয়ুকো লৎনদনা।

# সত্যম সিবম সুন্দরম - ২

অসি

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবানা

তাং ১২/০৪/২০০২ ইং, নিংথৌকাবা

নুমিৎকি অয়ুক পূং ৬.৫৫ মি: তাবদা মখুৎমক্লা

নাম্থবিদুনা বর পিনবিরমই।

জয় সাই রাম



ঐনা ঈশ্বব ওইনা পোকপগী অমসুং ঐহাক ঈশ্ববনি হাযবগী মতিক -মগুনশিং, শক্তিশিং খঙলিবা মহাক্তো 'পোকপা অমসুং শিবাগী চক্রবু' জয তৌবা ঙমগনি অমসুং ঐহাকপু ফংজগনি।
- গিতা (৪) ৯

মহাক্তি লৈবোল মচা অমদুনি, পোৎশক্তুনি; তোঙাম্বদুনি অমসুং অপুন্বদুনি, অচুম্বদুনি; **'সত্যম'** নি

মহাক্তি খঙলিবদুনি, থৌওংশিংদুনি, জ্ঞান তাবিবদুনি, বাখলদুনি, নিঙলিবদুনি অমসুং তৌবিবদুনি, চিৎ নি; **'সিবম'** নি

মহাক্তি মঙালদুনি, অরংবা মতিক মগুন্দুনি; নুংশিবা খোন্দুনি, অমেঙবদুনি, নুংঙাইবদুনি, **'সুন্দরম্'** নি।

# হান্দোকচরিবগী মায়কৈদগী



অহানবমক্তদা লাইবিক অসিবু মিৎযেং তাবিবিবা, তাবিবিবী পুন্নমক্কি মফমদা নোল্লুকচবি। মায়া সংসাবদা ইবাক্লখিদুনা পুক্নিগী পান্দম কাওখ্রবা মীওইবা জাতিবু লর্মাজিংবিনবা ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবানা মালেমদা অবতাব ওইনা তাং ২৩/১১/১৯২৬ তা লেঙথবিবকখিবদগী ঙসি ফাওবদা পৃথিবীগী লৈবাক ১৮৬ কি মীওই কবোব কযাদা হৈর্থবিবকখ্রিবা, কংবা নাযদ্রবা অমৃতনা থল্লবা প্রেমগী ঈচেল অদুগী অহানবা শরুক্কি মণিপুবি অনুবাদ অদোমগী খুত্তা তাং ১৯/১০/২০০১ ইংদা লাম্থোকচখ্রে। ভগবানগী কৃপা ব্রার্থলিবনা মপুং ফাবা ইঙম ঙমজখিদে; অদুবু সেবানি খনবিদুনা অশোয অঙাম পুন্নমক ঙাকপিনবা অমসুং চুমথোকপিবক্লবা নোল্লুকচবি।

চেন্থবক্লিবা ঈচেল অদুগী মখা চথবকপা ওইনা অদোমগী খুত্তা লাম্থোকর্চাব **"সত্যম-সিবম-সুন্দরম"** গী অনিশুবা শর্কক্কি মণিপুবি অনুবাদ। ঐনা আশা তৌজে; হৌজিক্তি, মকম থুপ্পা চেল্লিবা, অমৃতনা থল্লবা ঈচেল অদুদা, তাইবং লীলা হেক লোযবগা, অনৌবা থৌদা পিবিদনা ইবুংঙো মাগী চবণ থম্বালদা চিংশিনহনবিদুনা, চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা থম্বিনবা চঙজনবগী থৌবাং লৈবিবক্লগনি' মিৎযেং তাবিবসি। ইবুংঙো মানা থৌজাল পির্নবিবসনু।

*জয় সাই রাম*

এনঃ শামু সিংহ

# রাই অমা-অনিদং

শ্রী ভগবানগী চরণদা ভক্তি কৎচবি। ইবুংঙো মহাক্না গোলোক/বৈকুন্থ থাদোক্লুনা মালেমদা মীওই শরুম লৌবিদুনা যুগ অবতাব ওইনা লেঙ্ডবিবকপ মতম অসিদা পোকহল্লীদুনা, মহাক্কী সেবা ফংহন্নীবগীদমক্তা হন্না হন্না ইবুংঙো মহাকপু খুরুমজবি।

**সত্যম শিবম সুন্দবম** অহানবা শরুক পাবিদুনা শ্রী বাবানা পোক্লিরিঙৈ অমদি অঙাং ওইবিরিঙৈগী নুংশিখ্রবা রারী কয়া পাবিখ্রবা, অঙকপা থৌদোক কয়ানা মহাক অসে মী নত্তে হায়না পুক্লিংদা ফাওবা হৌবকপা অদু অনিশুবা শরুক অসিদা পুক্লিং চংনা যেংববসি। থাজগনখিদ্রবা ময়াদা মৈ তৌববা মীওই কয়া কয়ানা, শিঙনদুনা লাকখ্রগা ইবুংঙো মহাক্কী মনাই অথোইবা ওইদুনা হন্নখ্রবনি, ঘোইদোক হেন্দোক্লা পুক্লিং শান্ত · বিগান। থোক্লি, মিত্রংনা খন্দুনা লাকখিবা মতিক মগুন লৈবব। এফাওবা পণ্ডিত ২০০ মব ।ব খল্লগা হর্ষখিবগে মুন্না মিৎযেং তাবিবসি।

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাব · নোগা লৈবাক ১২৫দা লৈবা মীওইশিংনা জাৎ পাৎ, ধর্ম, খুচু, লমগী খেন্নবা থম্নদনা মখোয় · হায়না লাৎনবা ঈশ্বব অদুনি নিংনবি লাৎনবি। অঙকপা মথংনি। যুগ কয়া অসিদা জন্ম কা থে · খাদ্র। লাৎনবা ঈশ্বরগী কর্পশিং সংসাব অসি থাদোকখ্রবা (শিখ্রবা) মতুংদতনি। ইংলৈঙেদ শ্রীবামনি, শ্রীকৃষ্ণনি, শিবনি, দুর্গা লক্ষ্মি সবস্বতিনি, শ্রীগনেশনি ইর্ষনি, বুধনি হায়না মী লিশিং, লাক্ষ, কনোব কয়ানা লাৎনবা শ্রীসত্য সাই বাবা খুবুনি। কানইগনো মনম যাম্না লৈ। চাহ ৫,০০০ গী মমাংদগী তাকলম্না কয়া চহি ৭৬ অসিদা থোকোখ ওইখিবা কয়ানা ইবুংঙো মহাকপু কনানো হায়বা শব তাকই

মীওইনা তৌবা ওম্ব শক্তিগী বাংমদা লৈবা কয়া কয় পাংথোকপিনবা, পৃথিবীদা ফাওববা ডাক্তব কয়ানা ফবা যাবরোই হায়বা অনাবা মশিং লাকপা ৮মদন ফংহল্লিবা, হৈব হৈববা, ফাওববা ডাক্তব কয়ানা শিবে হায়বা মীওইশিংবু পুং কয়া, নুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা থবাই অমুক্ হাপ্পিদুনা হিংগৎহনবিবা মহাক খাস কনানো মাওইবা এখোয়না থাগা লুপা লিশিং মঙা তবা তানবা কোইনা চৌল্লি অদুব্ব থা খাদংগী লুপা লাক্ষ চাতনব/চাতনভগা তেম্না মীওইবগী যাইফনবা ৫ বেল্লা লংনা দান তৌবিনা মহাকপু কনানো। হয়ুংভে মহাক্কী নিংথিজখ্রবা পুন্সিগী বাবা শ্রী এন: কস্তুবিনা ইবা পৃথিবীগী লোন ৩৬কি মহাক্তা হন্দোকপু ইংলেজদা ইবা কোপা ২০০/৩০০ দি মণিপুরদা পানবে অদুবু ইংলেজি পাবা ভুমজদবা মীওই কয়াগী নেংজনগা ইমালোন্দা; হৌনবি অযাবা পুন্নমক লৌজনগা সত্যম শিবম সুন্দবম পার্ট (১) এমাদ (২) শুবা ফোংজবনি।

শ্রী ভগবানগী সেবাদা অঙম্না শরুব যাবা ফংনবা শ্রীসত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুব, পব্লিকেসন ট্রষ্ট অমা শেমজদুনা সেবা তৌবা হোৎনজবনি। খংজদ হৈজদা অবাৎ অপা অবান অহই পুন্নমক্ পাবিবিব., ভাকপিহৈবা ভক্তশিংনা ভাকপিযু।

জয় সাই রাম

থৌবাল
তাং ২৪/৭/২০০২

ব্রিং কমান্দর একে: দেবেন্দ্রা সিংহ (রিটাইর্দ)
প্রব্লিসব
শ্রীসত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুব পুব্লিকেসন ট্রষ্ট।

# য়াওফম তাকপা

## ১বা শরুক্কি শন্নপ্পা মরুওইবা ৱাফম খরদং ঃ

## RESUME : (১৯২৬-১৯৬১)

ৱাওথাংনবা চীংনা পুমকোয় কোয়শিল্লি, য়াম্না কুখনা-অপাকপা তম্পাক অমা লৈ, চহি ৬০০ লোমগী মমাংদা নিংথৌরেল অমনা তৌবিরম্বা পুথ্রি অমদা তাশিনবা তুরেল অমনা তম্পাক অদু ময়ায়দা ফাওদুনা চেন্থরি, - মদুনি সমাজগী ওইবিবা ফিভম, মদুদনি পুত্তপার্তি হাযবিবা খুঙ্গং অসিনা লৈরিবসি। মফম অদু মমাংঙৈদা অকোয়বদা লৈরিবা লমশিং অদুবু সাসন তৌরম্বা মকোক থোংবশিংগী লৈফম ওইরমই; মতুংদদি মদু কনা লৈবিদ্রবা, তোঙান তারবা মফম অমগুম ওইবকখ্রে, অদুবু মফম অদুগী লৈহাও অদুদি হান্নগী মতৌগুম মুণি-ঋষিশিং অমসুং পণ্ডিতশিংগী পোক্লফম ওইবি। মকোক থোংখিবশিংগী শাগৈ-রাজু হায়বসিনা খুঙ্গংগী নহাবোলশিংবু লমজিংবগী থবক, তম্বিবগী থবক অমসুং শেমগৎপিবগী থবক অদুম চত্থবকখি।

কোন্দমাবাজু হায়বসি য়াম্না অশেংবা নিতি - সাধু-সন্যাসকী লমচৎ চৎপা, চহি ১০০ হেন্না পুন্সিখিবা, শ্রীকৃষ্ণগী লোয়নবী, য়াম্না শাওগনবী সত্যভামাগীদমক মন্দিব অমা শাখিবা নুপানি; মহাক থাইনগী অরিবা লাইরিক লাইশুদা য়াম্না হৈথোয়-শিংথোইরমই। মহাক্কি মচানুপা অহল অদু মাগী শাগৈগী য়াম্না ফাওরবা মুণি ওইখিবা ভেনক অবধুতগী মমিং লৌদুনা থোনখি। মহাক্কি মমিং ভেনকপ্পরাজু থোনখি।

(ভেনকা - হায়বসি সংসারগী ওইবা অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্লবা)

মচানুপা অসিনা য়াম্না লাপ্পা মবী-মতা অমা লুহোংখি, নুপী অদু মপানা শিবগী মন্দির অমা শারগা পোকখিবিনি, অদুনা মপানা মাবু ঈশ্বর-অম্বা কৌখি।

মখোয যাম্না ধর্ম্ম লৈবা মপু-মনাযনি, যাম্না ইঙনা, পেন্থোকপা হৈনা লেনবা পুন্সিনি; মাগী অমতা ঙাইবা পোথাফম হাযববু মপা-কোন্দমাবাজুনা তৌবম্বগুম খুঙ্গংগী লীলা-দ্রামা কযাদা তোঙান-তোঙানবা থৌদা লৌদুনা শান্নবা য়াওবনা ওইবমই। মখোযগী মচানুপা অমগা মচানুপী অনিগা লৈবমই; অদুগী মতুংদা শোক ১৯২৬কী নবেম্বর তাং ২৩ দা মচানুপা অমা পোকখি, সত্যনবাযন কৌখি, মহাক যাম্না থুনমক অঙকপগী মশক ফঙনা ঈশ্বরগী শক্তি লৈবা অমসুং পাঙথোকপা ঙম্বা মীনি হাযনা প্রমান তৌবকখি।

মহাক্কা শান্নমিন্নবা কাংবুনা মহাকপু শুরু কৌবমই। মবমদি মহাক্কা মখোযবু মতম পুম্নমক্তা চুমথোকপিবমই অমসুং থেমজিনবীবমই, মখোযনা অবাবা তাববা মতমদ মহাক্কা নুংঙাইহল্লমই অমসুং মদুদা মহাক খক চোকথখিদে। মহাক চহি মতাং অদুদা ফাওবা, যাম্না পিথোক্কনবা, লিকশিন্দবা মী অমা ওইবমই; মবমদি মহাক্কা অহাঙবা খাওদগী হাওববা অচাপোৎশিং, পেন্সিল, বব্বব, শান্নপোৎ, লৈ-অমসুং উহৈশিং মখোযগীদমক লৌথোবক্লমই। মখোযদু কমদৌনা ফঙখিবনো হঙবদা মহাক্কা হাযখি "ও! খুঙ্গংগী লাইবেন্থীনা ঐনা অপান্নমখে পি"। মদু মখোযগী খঙনিংবা অদুতং কোক্লবা পাওখুম্নি; পাওখুম অদুখক্তনসু মখোযগী চিংনবদু কোক্কনি। অদুবু অঙকপদুদি অদুম লৈখি।

অঙকপসে মানা স্কুলদা তম্লবা মতমদনা অমূক হেনগৎখি; মদুদনা মাগী অনৌবা মমিং "ব্রহ্মজ্ঞানি" হাযবা অমমক ফঙহে। মদুগী অর্থদি - "নুংগী আত্মাবু খঙবা ঙম্বা লৌশিং ফঙখ্রবা মী" হাযর্বনি। চহি তকক্তা ঙাযবিবা অঙাং অমদা কযাদা চাউখ্রবা মিংথোলা চহি ৮ শুবকপা মতমদা সত্যনবাযন্না মাগী অঙকপশিংসি যাম্না নুংঙাইখ্রবা মিবাকল অমনা ফোংদোল্লগে থনখি; মহাক্কি ওজানা হাযবা তাদবগী মহাকপু ফাস মথক্তা লেপখৎনবা হাযখিবা মতমদা মহাক্কা নিঙখি মদুদি মহাক্কা ফালদগী হেক কুমথদ্রিফাওবা ওডা অদু চৌকদা নপশিনগদবনি। মদুমক থোকখি অদুনা মহাকসে লমদম অদুগী মাযামগী ঙাঙনফম ওইখি। মহাক যাম্না চমলমই অমসুং ঙাঙনবিবা পুম্নমক অদুনা মঙোন্দা অহোংবা অমতা লৈবমদে; মানা মাগী খুঙ্গংদা লাইশোল শোনবা অঙাংগী কাংবু অমা শেমখি অমসুং মখোযদু মফম-মফমদা পু-পুদুনা মানা ইবগা তম্বিবা ঈশৈশিংদু শক্লমই।

মহাক জগোয় অমসুং ঈশৈদা থোইদোক-হেন্দোকপা, লোয়ননা ইতিহাসকী কলা-বিদ্যাদা খঙ-হৈরবা অঙাং অমা ওইরমই। সিদা নত্তে, মাগী হৈথোয়শিংথোইবসে খুঙ্গংদা শানবা ড্রামাগী কমপানিশিংনা ফাওবা শিজিন্নখি। মশাগী চহি ১২ শুফাত্রিঙৈদা মখোয়গীদমক অমসুং মাগীদমক মীগী থম্মোয়দা খুদক্তা হেক্তা ফাওহনবা-পালহনবা ঈশৈ ইবগী, ৱাঙাং ইবগী অখন্নবা শক্তি লৈরমই। তেলেগুগী ওজা ওইবা ময়াম্বানা কমলাপুর অমসুং উরবাকোন্দদা চৎপা মতমদা মহাকসু য়াওরমই; হায়রিবা মফমশিং অসিদা সত্যনরায়ন্না খ্বাই পুম্নমক্কি মকোক্তা লৈরমই, ওজাদগী ফাওবা হেল্লমই, মবমদি মহাক অসি কবি ওইনা, লীলা-ড্রামা ইবা ওইনা, স্কাউত্ ওইনা, শান্নরোই ওইনা, ঈশৈগী কালাকার ওইনা পুম্নমক্তগী তোমথিন ওইরমই। মাঙথ্রবা পোৎ পুথোকপগী অঙকপা শক্তি, মীগী অনিংবা ৱাখল খঙবা ঙম্বগী, তুংদা থোক্কদবা-শাংনা উবা খঙবা ঙম্বগী অমসুং কুইনা হৌথ্রবা মতমগী থৌদোকশিং খঙবা ঙম্বগী ঙকথ্রবা শক্তি মঙোন্দা লৈরমই। সহর অদুগী মীয়াম্না লুনা - চান্না তৌবা অঙাং ওইখ্রে অমসুং অৱাবা তাববা কাংবু অমদি মীথা-পোল্লবা অতোন-অতাশিংনা মহাকপু য়াম্না থিনরকখি।

হায়স্কুলগী অহানবা চহি লোয়রগা ২ শুবা চহিগী চয়োল খরতমক চংশিল্লকপা মতমদা মহাক্না থাদোকপা ঙম্নরোইদবা কাংবু অদুগী খোল্লাওনা মহাকপু মখোয়গী মবক্তা পুরকখি। মহাক্নসু হান্নদগী মহাক্কী অদুগুম্বা চীংলেন্নবা গুণশিং অদো কুপশিন দুনা থম্লগা সংসারগী ওইবা করিশু লৈতবা, যুমগী অমসুং স্কুলগী ওইবা মচা-মশুশিংদা পুক্নিং চংদুনা লৈবদু পাম্লকখিদ্রবনি। বিজয়ানগর লৈবাক্কি অরিবা কোনুং - 'হমপি'দা ময়াম্বাগা লোয়ননা অতৈ-ময়ামগা পিক্নিক চৎমিন্নখিবা মতমদা ময়াম্না বিরুপক্ষ-মন্দিরদা লাৎলিবা ঈশ্বর-মুর্ত্তি ওইনা মহাকপু মন্দিরগী মপান্দা উখ্রবনি। শোক ১৯৪০গী মার্চ তাং ৮ দা মহাক য়াম্না অৱাবা তারবা ভক্ত অমগী মতেং পিরুনবগীদমক্তা মশা থাদোকপা তাখি। মসিবু মাগী ময়াম্বনা অমদি অতৈনা লান্না ওন্ননা লৌখি অমসুং বৃশ্চিক্না চিকপা, নত্রগা লিন্ন চিকপা, নত্রগা খুদক্তা ৱাস্থবগী অনাবা নত্রগা শারৈ-হৌবনচিংবনি খনখি। ডাক্তরশিংনসু মদু চুম্না পুথোকপা, লায়েংবা ঙমখিদে। মাইবা-ষাদুনচিংবা কাংবুনসু য়েংবা ঙমখিদে। মখোয়না মহাকপু অৱাবতা পিরমই অমসুং পুম্নমক অদু নিংথিনা লেঙদনা নিংহন্নদনা খাঙবা ঙমই হায়বা প্রমান তৌখি।

মমৈথংদা, পুত্তপার্তি হায়বা খুঙ্গং অসিদা, শোক ১৯৪০গী মেগী তাং ২৩দা মাগী মনাক্তা লাক্লুনা মখুৎ তিংথোক্লবা ময়ামদা খুদোলপোৎ য়েঙ্হোকপা মতমদা মহাক মীওইবা জাতিবু লৈখা তাগদবদগী কনবিবা লাকপা সাই বাবানি হায়। লাউথোকখি। মখোয়দা আধ্যাত্মিক্কি নিয়মগী অহানবা শরুক অমা ওইনা শগোলশেল খুদিংগী মহাকপু পুজা তৌ হায়খি। উববকোন্দদা হল্লবা মতমদা মহাক্না স্কুল কারিঙৈদা সত্যনরায়নবু সাই বাবা ওইনা পুজা তৌনখি, সিরদিদা মহাক্না ব্রাশকখিবা মতুংইন্না সিরদি বাবানা অমুক হন্না লাক্লবা সাই বাবা হায়না পুজা তৌনখি। মনচিরাজু তম্মি-রাজু হায়বা মাগী ওজা অদুনা সত্যনরায়নবু মখোযগী ওজা মযামদগীসু হেন্না লুনা তৌরমই, মহাক্না শগোলশেন নুমিৎশিংগী মবমদা মাগী ছাত্র সাই বাবানা মতৌ কবম্না তিল্লিবা ময়ামদুদা অশেংবা উৎপিখিবা, সির্বদিগী সাই বাবানা শেৎখিবা ফিগী মচেৎ অমা পিবা অমসুং মখুৎ অমুক্তং ওৎলগা কমদৌনা পুথোকখিবা...নচিংবগী মরমদা ইবকখ্রে! মী চা-কয়ানা মহাকপু যোমশিনখি অদুগা মখল-মখা কয়াগী ব্রাহং হংখি, অদুবু মহাক্না য়াম্ন ইঙনা অমসুং চুম্না খুমখি।

মহাক্না মহাশিববরাত্রি অমদা উববাকোন্দগী মপান্দা লৈবা শিবগী মন্দির অমদা তম্মিবাজুগী মচানুপা 'সাইবাম' যাওনা অতৈ মকুপ-মপাং কযাগা লোয়ননা চৎলমই অমসুং নহাবোলশিং অদুনা সত্যনবাযনদগী খোবকপা মঙাল অমনা 'শিব'দা চঙখিবা অদুগা অতোপ্পা মঙাল অমনা 'শিব'দগী সত্যনবাযনদা চঙখিবদু উবদা যাম্না ঙক্লমই। শগোলশেল অমর্দাদ মহাক্না কাশিভতলা বামা মুর্তিগী নুপীদা হায়খি ঃ "ঐনা নঙগী লাইখুকমফমদা ফোটো অমা থমখ্রবনি; চৎলো, মদু পুজা তৌ"। মহাক্না লৈকায়গী মীওই খরগা থুনা চৎখি অমসুং য়োং চঙদনবা য়াম্না চেকশিন্না লেল্লিবা থোঙ-থোঙনাওশিংদু হাঙদোক্লগা য়েংবদা মাগী লাইখুরুমফমদা সিরদি সাই বাবাগী ফোটো অমা লৈবদু উখি। মহাক্না অসিগুম্বা ফোটোসি মতম অদুদা য়ুম কয়ামকমদা অসুম্না পিখি, মদুনা মীযামদা সিবদিগী লম্বোইবা অদুবু অহানবা ওইনা শক খঙহনখি।

তম্মিরাজুনা হকথেংনখিবা থৌদোকশিংসি য়াম্না অঙকপগী মশক্তি; সত্যনরায়ন্না নোংমা নুমিদাংব্রাইদা মাগী ময়ুমদা লাকখি অমসুং মাগী ময়ুমগী

ফক্লাংদা ঈশ্বরগী অবতাব ১০গী শেংলবা মওং অদু সিনেমা উৎপদৌনা উৎখি লোয়ননা ধর্ম্মগী অশেংবা লাইরিকশিংদা য়াওবা অচৌ-অচৌবা মুণি-ঋষি কয়াগীসু উৎখি। অসিগুম্বা অৱাংবা থাক্কি থৌদোকশিং অদুনা মাগী লোয়নবীদু অসুক্কি মতিক পেনখি মদুদি মশানা হকথেংনখিবা থৌদোক অদুদা তেলেগু মরোন্দা কবিতা অমা ইখি। মদু মদ্রাসকী 'সাই - সুধা' হায়বা মেগাজিন অদুদা ফোঙখি। অতোপ্পা নুমিৎ অমদনা সত্যনরায়ন্না সিরদি বাবাগী ফোটো অমা য়াম্না অঙকপা মওং অমদা পিখি - মতুচোম্বা খোই মপি অমা থোংনাওদা ফাওজিল্লগা মাগী কাদা চঙলকখি, মখোঙদা করিগুম্বা অকোম্বা মতুম অমা চেৎনা কোল্লকখি। কা মনুংদা মদু থাদরল্লগা পাইথোকখি; অকোনবদু তিংথোক্লুবা মতমদা সিরদি বাবাগী ফোটো ওইরমখি; নুমিৎ খরনিগী মতুংদা য়োং অমনা থোংনাওদা তোংলখি অদুগা ফি ময়োম অমা লংশিল্লমই, ময়োম অদু হাংদোক্লুবা মতমদা তম্মিরাজুনা ইরকই, চিঠী অমগা চানবা অথুম-অহাও খরগা য়াওরমই, মদু পুত্তপার্তিদা লৈখিবা সত্যনরায়নদগীনি। চিঠি অদুনা করি হায়রকখি? "নহাল নোংমনা খোই অদুদা ঐগী ফোটো অমা থাখিবনি; ঙসিনা নঙগীদমক প্রশাদম থারিবসিনি"। অতোপ্পা মীওই কয়া অমসু য়াম্না ঙকখ্রবা ঈশ্বরগী ওইবা থৌদোক কয়া অঙাং অসিদগী শাথেংনখ্রবনি। অদুবু, মহাক্না মাগী মপুংফাবা শক্তম উখোক্লবগী অরোইবা ফোঙনবগী মতম ঙাইরি।

মহাক্না লেপখিবা নুমিৎ অদু শোক ১৯৪০ গী ওক্তোবর তাং ২০দনি। মহৌশাগা মান্নদনা স্কুলদগী খর ঙনখৎনা হল্লক্লগা মাগী লাইরিকশিংদু ময়াম্বগী য়ুম অদুগী থোংজাও মপান্দা লোয়না লঙথোকখি; মহাক্কি মতৈমনা কবিগী লাঙলিবনো য়েংবা থোবকপা মতমদা মহাক্না হায়রকপদু তাবদা পুমঙক ঙকখি : "ঐ নখোয়গী ওইদ্রে, ঐ চৎলে; ঐ তৌগদবা থবক য়াম্না লৈ"। অদুদগী মহাক কুমথখি অমসুং থোকখি। "ঐঙোন্দা থাজবা ময়ামদুনা ঐবু কৌরি। ঐনা পাঙথোক্কনি হায়দুনা লাকখিবা থবকশিংদো লোয়দ্রি; ঐহাক হৌজিক পায়খৎপা হৌরে," মহাক্না হায়খি অদুগা থুনা য়াংনা চৎখি। মহাকপু য়ুমথংনবদা লৈব য়াম্না হৈথোয়-শিংথোইরবা নরায়ন-শাস্ত্রিনা, চেম্থোক্তুনা চৎখিদনবা হায়জখি; মহাক অঙাং অদুবু খর অদুম কিজবনি, মরমদি নোংমা মানা সংস্কৃতকী য়াম্না লুরবা মতাং অমা শন্দোক্না তাক্কিঙৈদা মহাক্পু কৌথোক্তুনা মানা অর্থ লন্না হন্দোকপদু

চুমথোকখিখিবনি। হুন্দক্তি মহাক্লা অঙাং অদুদা মকপ মপাং ওইনা হায়জখিবনি, তাঞ্জা অসিদা মহাক্লা বাবাগী মকোক্তা মঙাল অমনা যোমশিনবদু উবদা ব্রা অমতা ঙাঙবা ঙমখিদবে। মযাম্বনসু মহাকপু খান্না ঙমখিদ্রে। সত্যনবাযননা মযাম্বদা হাযখি: "মাযা চৎখ্রে; ঐহাক নখোযগী অমুক ওইদ্রে; ঐহাক সাই বাবানি"।

বাবানা একসাইজ ইন্সপেক্তবগী যুমগী অকোযবদা লৈবা ইংখোল অমদা চংখি, মবমদি য়াম্না চাউই, অহাঙবনি; মহাক্লা উখোং অমদা নুংজাও অমগী মথক্তা ফম্লমই, মফম অদু টাউন-না পুমকোই কোইশিল্লমই। খুদক্তগী ভজন শকপা হৌদোকখি, অমসুং অসুক্কি মতিক থুনা অমদি যাম্না অঙকবা মওংদা লৈবাক অসিগী কাচিন-কোযা শিনবা থুংখি অমসুং মদুনা মীওই লিশিং কযাগী লমচৎ-শাজৎ, মিৎযেং-নাযেং, অমসুং ব্রাখলদা অহোংবা পুবকখি। মহাক্লা ইহান হেক হানবদা তম্বিখিবা ঈশৈ অদুমক মীওইবা জাতি পুম্নমক্লা, ঐখোযবু যাম্না নুংশিবিবদগী লাকপিখ্রবা গুরু অদুগী মখোঙদা চংজনবা হাযজবা ঈশৈনি। মদুদা পাবা অমসু যাওবি মদুদি হায়বিবা নুমিৎ অসিদগী হৌনা বাবানা কন্না শাফু পিবি মর্দুদি ভজন নত্রগা ভক্তি ব্যবহাবগা লোযননা কৎলিবদো পুক্লিংগী অপাম্বগা লোযনবা ওইগদবনি হাযর্বদি থম্মোয শোক্লা, যাওনা শক্কদবনি, চিনবানগী ওইনা শক্কদবা নত্তে। মদু অসুম্না শকই : "মানসা... ভজবে গুরুচবনম..."। - "ও! অবান খুভম থিবিবশা! গুরুগী মখোঙদু পুজা তৌ, নর্পাক্লিং পুম্নমক চংনা, অদু ওইববদি নহাক্লা অব্রাবা অমসুং নুংঙাইবগী সংসাব অসি লাম্থোকপা ঙমগনি, পোকপা অমসুং শিবগী সংসাবদগী লাম্থোকপা ঙমগনি"।

সাই বাবাদু পুত্তপার্তিদা "মমা-মপানা" পুবকখি, মখোযনা খুঙ্গং অদু থাদোক্তনবা হাযজখি। হৌজিক্তি, নুমিৎ খুদিংমক শগোলশেল ঙাক্তা ওইখবে, মহাকপু উনবা অমসুং আশীর্ব্বাদ লৌবা মী যাম্না যাম্না লাকখিবমই। বাবানা খুঙ্গং অসিদা মাগী অযাম্বা মতমসি কবনমগী যুমদা লৈখি, মদুদা অহল ওইববী সুববম্মা-না যাত্রিক মযামদুবু চেকশিন্না অমসুং নুংশিনা সেবা তৌখি। মহাক্লা মীওই কযামকমদা মানা - মানা নিঙবা থুংহনখি, মদু দ্বাবকমাযিগী শক্তম উহনবদগীনা অলসব নত্রগা অচিকপা ফহনবা ফাওবগীনি। (দ্বাবকামায়ি হাযবদি সাই বাবানা সিবদিদা লৈবম্বা অমনবা মুসলিমগী লাইশঙ) মহাক্লা নুমিদাংব্রাই অয়াম্বা ভক্তশিংগী

মরক্তা ফমখি, চিত্রাবতি তুরেলগী লৈঙোই মথক্তা অমসুং লৈঙোইদগী ফোটো, মুর্ত্তি, অথুম-অহাও, উহৈ-নচিংবা কয়া পুথোকখি। মহাক্না অকোয়বদা লৈবা চীংশিংদা কাখি অদুগা সিব, নরায়ন, কুমারাশ্বামি, অমসুং অতোপ্পা লাইশিংগী অরংবা মঙালশিং মখাদা লৈরিবা ময়ামদুদা উহনখি। চীং অদুদা হৌরিবা মঙ্গে পাম্বী অদুদগী এপল, হৈনৌ, থৈবোং, লফোই, থাংদুপ হেকখি অদুগা ভক্তশিংদা য়েন্থোকখি। মহাক্না মশামকসি মখোয় ময়ামদুদা কৃষ্ণ ওইনা নত্রগা বিষ্ণুগী অবতার ১০দুগী মনুংদগী অমা হেক্তা নত্রগা সিবা ওইনা উহনবিখি।

মহাক্না আধ্যাত্মিক্কি য়াম্না অৱাবা-অরুবা লম্বীদা চৎনবা হোৎনরিবা কাংবুদা লমজিংবিখি। খুদম ওইনা, পুত্তপার্তিদা মখোঙ য়াওদবা লমবোইবা অমা লাকখি, মহাক্কি ফিভমসি মওং অনিনি, অমনা ৱা ঙাঙদবা, চেদা ইরগা চৎনবা; অনিশুবদনা মফি শেত্তবনি। মহাক্না য়াম্না উৎনিংবগী মওংদা চংশিল্লিবা লাইনিং অদু বাবানা উখি; অদুনা মহাকপু জঙ্গলদা চত্তুনা সাধনা তৌরুনবা হায়খি মদুনা মাগী ভক্তশিংদা পিরিবা পোৎলুম অদু মাঙহল্লগনি; নত্রগা ৱা ঙাঙবা অমসুং ফিরোল শেৎপা, মবমদি মসিনা আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং চংবদা করি অমতা অপনবা ওইদে। (মহাক্না জঙ্গলদা চৎলবসু মাগী লৈফম অমসুং চিঞ্জাক বাবানা পিগনি হায়না থাজবা পিখি।) থৌদোক অসি বাবানা চহি ১৬শুফাত্রিঙৈদা থোকখিবনি। মীয়াম্না ফাওনখি মদুদি শোয়রবা মীওইবু অসুম্না চুমথোকপিবা অমসুং লমজিংবনা মহাক্না অবতার ওইনা লাক্লিবসিগী মথৌনি।

ভক্ত অমদি মীগী শেল য়াম্না তোল্লমই, অদুনা মহাক বর্মা নত্রগা মলয়াদা চেনখ্রগে লেপখি। মহাক মদ্রাস হিথাংফমদা খোঙচৎ অসিগীদমক টিকেৎ লৌবা চৎখি, লমখাংদা মাগী শেলদু মীনা হুবিখ্রে; মহাক পৈশা অমতা য়াওদনা হোতেলদা হল্লকখি; মাগী টেবলদা বাবাদগী চিঠী অমা লৈরমই, মদুদা মহাকপু হল্লকনবা অমসুং থৌনা ফনা থেংননবা পাওতাক পিরমই। মহাক য়াখি, অমসুং ঙসিদি মহাক্না থাদোক্লগে খনখিবা মতু-মচাশিং অদুগা নুংঙাইনা লৈরে। মাগী মদ্রাসকী থিকানাদু করম্না বাবানা খঙবনো?

সাই বাবা অমুক হল্লক্লে তাবদগী সিরদিদা চৎলুবা কাংবু অমসুং মহাকপু অমুক উনবা ফংবগী আশা লৈরুদ্রবা কাংবুশিংদু পুত্তপার্তিদা থুনা লাক্লখি; মখোয়না

মহাকপু হাযদববাদ, বঙ্গলোব, মদ্রাস, ককব, ত্রিচিনোপোলি অমসুং উদুমলপেত নচিংবা মফমদা পুখি। নিংথৌ, জমিন্দাব, লৌমী, কেবানি, ডাক্তব, উকিল ময়ামসিনা সুব্বম্মাগী যুমদা পৈদুনা লৈখি অমসুং মতুংদা মহাক্না ময়াম খবগা লোযননা মন্দিব মচা অমা শাখি।

হৌজিক বাবা চহি ২০ শুখবে; মহাক্কি ময়াম্বা তেলেগুগী ওজা সেশমাবাজুদি থৌদোক অসিগী অঙকপশিং অসি মহাক কবি অমতা ভাব লাকশিনবা ঙমদ্রি। মহাক্না যাম্না নুংঙাইতবা, লাংতক্লবা ৱাখলগা লোযননা অমদি তশেংনা মনাও অমা ওইবগী নুংশিবা প্রেমদা, তুবেলগী মপান্দা কাব পবেং-পবেং থাদুনা লৈবা অদুগা খুঙ্গংদা পোকপা ইচম-চম্বা অঙাং অদুবু ফজবা, মিৎথকপা, অপাম্বা কযানা মবাঙ কাযনা লৈথ্রবা সহবদা পুখিবা অদু যেংলি। খববগী কাংবু খবনা খঙদবদগী বাবাগী মবমদা ইবকখিবা খবনা মহাকপু যাম্না নুংঙাইহনখিদে। অদুনা মানা মনাও নুপাদা চিঠী অমা ইখি, মদুদা মহাক্না থেংনবকপা মী ওইবা সমাজ অসিদা ওইবিবা ফিভম, মিংচৎ অমসুং মসিগী থানবা যাদ্রবা ৱাফমশিং নচিংবা যাওনা পাওতাক অমসুং চেকশিন ৱাহৈ কযানি।

শোক ১৯৪৭কি মেগী তাং ২৫দা সাই বাবানা ইবকখিবা পাওখুম অদু ঐঙোন্দা লৈবে। মসি বাবা কনানো হাযবা মশক তাকপা চে অমনি। অদুনা, নখোযবুসু পাওখুমদু যেংহন্নিঙই: "ঐঙোন্দা থাজবা মী পুন্নমক্তা" - অসুম্না হৌই। (চিঠি অদু ময়াম্বনা ইববসু পাওখুমদি ঐখোয পুন্নমক্তা, নঙসু, ঐসু, মবমদি নঙ অমসুং ঐনা, ঐখোযগীদমক্তা থোকখ্রবা থৌদোক অদুগী মবমদা খঙগদবনি।)

"ঐগী নুংশিজববা! নহাক্না ইবগা থাবকখিবা ৱাফমদু ঐনা ফংখ্রে; চিংনবা অমসুং লাঙতক্লবা বাখলগী মকমদা নহাক্কি তত্তনা তেনগৎলক্লিবা ভক্তিগী ঈচেল অমা মবোল অদুগী মনুংদা ঐনা ফংখি। ঐ হাযজগে মদুদি থম্মোযগী অকবা পুথোকপা ওইথোক্তে অমসুং জ্ঞানিশিং, যোগিশিং, লম্বোইবশিং, মুনিশিং নচিংবগী মওং খঙবা হাযবসি ওইথোক্তে। মী ওইবদা তোঙান-তোঙানবা মখলগী মওং-মতৌ অমসুং পুক্লিংগী মিৎযেং পিবকই; অদুনা মীপুম খুদিংনা মাগী মিৎযেংদুগী মতুং ইন্না বিচাব তৌই, ৱা ঙাঙই অমসুং যেৎনৈ। অদুবু ঐখোযদি ঐখোযনা চৎকদবা লম্বী অদুদা অদুম চৎপা তাই, ইশাগী লৌশিংগী মতুংইন্না,

ইশানা লেপখিবা ব্রাখলগী মতুংইন্না, মীনা য়াবা অমসুং য়াদবগী ব্রাফম য়েংদনা। হায়নবা লৈবিবদুনি - "উহৈ য়াম্না পানবা উতনা লশ্মী চৎপা মীদগী নুং য়াম্না চাই"। অফবনা ফত্তববু মতম পুম্নমক্তা শাওহল্লি; ফত্তবশিংনা অফবশিংবু মতম পুম্নমক্তা করেম্নহল্লি। মসি সংসার অসিগী হৌনশানি। মসি হেক থোক্তবদা কবিগীনো হায়না ঙকফম থোকই।

অদুগুম্বা মীতাশিংদুসু নিন্দা তৌবগী মহুক্তা নুংশিবিফম থোকই। মখোয় খঙদবা মীনি। মখোয় চুম্না বিচার তৌনবগী খাঙবা কনবদু লৈতে। মখোয়গী মশাদু কল্লকপা, অশাওবা, লৌনমনা পিক থনখিবনা শেংনা অমদি মপুং ফানা উবা ঙমদে। মখোয়না খঙলম্লবদি অদুম্না ঙাঙলোই নত্রগা ইবোয়। ঐখোয়সু মখোয়গী ব্রাদুদা করি অমতা থৌশারোইদবনি অমসুং ব্রা ওইনা লৌরোইদবনি, নহাক্তি লৌবগুম তৌই। অচুম্বনা নোংমা শোয়দনা মায় পাক্কনি। অরানবনা জয় ওইবা ঙমলোই। অবানবনা অচুম্ববু নমহৎখ্রবোই উগনি অদুবু মদুগী মায পাকপদুদি সুম শিথখিগনি অমসুং অচুম্বনা লাকচরক্কনি।

মীনা পুজা তৌবগা চাউথোকপা অদুগা মীনা চৈবগনা পিকশিনবা হাযবসি অচৌবশিংগী নিতি নত্তে। অওইবমক্তি, অশেংবা লাইবিক অমতনা অচৌবনা চৎকদবা লমচৎ-শাজৎ, নিতি-নিযম অমতা ইদে। মখোয় মশানা চৎকদবা লশ্মী অদু মখোয়না অদুম খঙজৈ; মখোয়গী জ্ঞান্না মখোয়না চৎকদবা মওং লেপচৈ অদুগা মখোযগী থবকপু অশেংবা ওইহল্লি। মশাবু থাজজবা, কান্নগদবা থবকশিং অনি অসি মখোয়গী অখন্নরবা খুদমশিংনি। ভক্তশিংগী যাইফনবা থবক থৌরমশিংদসু মখোয় পাযখৎপা যাই। চিংনবা অমসুং অব্রাবনা করিগী নঙোন্দা শোকহ্নগদৌবিবনো, ঐনা লশ্মী অনিসিদা কাযদনা চৎলিঙৈদা? অদুগীসু মথক্তা, থাগৎপা অমসুং মরাল পিবনা আত্মাবু শোকহনবা ঙমদে; মখোয়না হকচাংগী মপান্থংবা শরুক্তং শোকহনবা ঙমই।

ঐগী থবক অমা লৈ : মীওইবা পুম্নমকপু য়োকপা অমসুং মখোয পুম্নমকপু মপুং ফানা নুংঙাইহনবা। ঐগী ব্রাশক অমা লৈ: লশ্মী লান্না চৎখ্রবশিংবু অফবা লশ্মীদা অমুকহন্না পুশিনবা অদুগা মখোয়বু কনবিবা। ঐনা নুংশিজবা থবক অমদা ঐগী অপাম্বা লৈ: লায়ববশিংগী অব্রা-অনা কোকপিবা অদুগা মখোযনা ব্রাৎলিবদু

পিবিবা। ঐনা চাউথোকচনিংঙাই মবম অমা লৈ: ঐবু পুজা তৌবা, ঐবু নিংজবা পুন্নমকপু ঐনা কল্লি। ভক্তি হাযবসিগী ঐগী তোঙানবা অর্থ লৈজে: ঐনা আশা তৌই: ঐবু নিঙবা কাংবুনা, নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা, তোংবা অমসুং মাঙবা, অনিমক্তা চপমান্ননা খাঙবা কনবা। মসিনা হাযবগী অর্থদি ঐবু নিঙবা কাংবু অদো ঐনা শুকথা থাদোক্লোই। অসুম্ন। এনা অফবা থবক তৌবিঙেদা, নহাক্না কিবগুম্না, কবম্না ঐগী মিংচৎ শেকহনগদৌবিবা? অসিগুম্বা ওইদবা ৱাঙাংশিং অসিদা থওইনা তাবিদনবা ঐনা হাযজনিংই। মহাত্মাশিংসি মী খবনা চাউই হাযবগা মখোয চাউবা নত্তে, মী খবনা পিকই হাযবগা যেক্তা পিকই হাযগনু। কানি অমসুং গঙ্গাদদা হৈনজবা কাংবু অদুনা লম্না লৈত্রবা ষোগিনি হাযনা লৌজবা, লাইবিক্তগী চিনফা খব লৌথোক্লগা যাম্না হৈবা শাবা কাংবু, খঙবদি কবিশু খঙদবা অদুগা চক্রি যেৎপদি যাম্না হৈবা কাংবু অদতনা থাগৎপা অমসুং চৈবদা অকা-অকুম লৈগনি।

নহাক্না মুণি-ঋষি কযাগী অমদি লাই ওইববা মীওই কযাগী পুন্সি-ৱাবী পাবন্বা যাবে; অদুগুম্বা লাইবিকশিংদা ফাওবা মসিদগী হেন্না ওইদবা অমদি তুক্কচবা ৱাফম কযা মখোযগী মাযোক্তা ইবনি। মসিনি মহাত্মাশিংগী মবাযবক, মফম পুন্নমক্তা, মতম পুন্নমক্তা। অদ ওইববদি ৱাহৈ খবদুগীদমক্তা কবিগী নথৱাই অদুক নুংঙাইত্রিবনো? থবান্মিচাক্তা যেৎলগা হুইনা খোঙবা তাদ্রিববা? মখোযনা কযা কুইনা চথগদৌবিবনো? অচুম্বা হাযবদনা যাম্না থুনা জয ওইগনি।

ঐগী অনিঙবা. ঐগী তৌগদবা থৌদাং থাদোক্লোই। ঐ খঙই, ঐনা মখোয অদুবু পাঙথোক্কনি, ইজ্জৎ তৌবিবসু, তৌবিদবসু, মিংচৎ ফংবসু ফংদবসু, তৌব্বা থবক অদুগা ওইবব পা ফল খুদিংদা ঐহাক্না চাংদা চপ মান্ননা লৌই। নুংদা ঐগা মবী লৈনদে। ঐনা মপাঙ্গোংদা অদুক থবক তৌবগী ৱানি; ঐনা ৱা ঙাঙই, চৎলি; মদু সংসাবগী মযামসিগা মবওনি অমসুং মীযামদা ঐহাক লাক্লে হাযবা খঙহন্নবগীনি; অদুণ নত্রবদি মযাম অসিসু ঐ থোযনা মবী লৈনদে।

ঐহাক মফম অমতগী নত্তে; ঐগী মিং অমতা লৈতে। 'ঐগী' অমসুং 'মাগী' হাযবা বাফম এঙোন্দা লৈতে। নখোযনা শিজিন্ননিংবা মিং অমা শিজিন্নবদা ঐনা পাওখুম পি। ঐবু পুবা মফম খুদিংমক্তা চৎলি। মসি ঐগী অহানবা ৱাশক্লি। মসি

ঙসি ফাওবদা কনাগুম্বা অমদা হায়দোক্লিবনি। ঐগীদমক্তদি সংসার অসি খব লাপখ্রে, তোঙানখ্রে। ঐনা শুরিবা, নোল্লিবা, চৎলিবসি মীওইবা জাতি খক্তগীনি। কনা অমতনা ঐগী ইতিক-ইগুণ খঙবা ঙম্লোয়,ওইনিংবা মী ওইজসনু, শিজিন্ননিংবা পাম্বে শিজিন্নসনু, চংনিংবা মতম চংনা হোৎনজসনু। নঙ নশানা চহি খরগী মনুংদা ঐগী মপুং ফাবা মতিক মগুণ উরগনি। ভক্তশিংনা খাঙবা কনগদবনি। ৱাফমশিং অসি মীঙোন্দা খঙহনবা অমসুং খঙহন্দবনা ঐঙোন্দা মরী লৈনদে, লাংতক্লবসু তৌদে; ৱাহৈশিংসি ইবগী দরকারসু লৈতবনি। ঐনা ইশ্বিবসি কবিগুম্বা পাওখুম অমতা পিদ্রবদি নহাক য়াম্না নুংঙাইখিরোইদ্রা খনবদগী ইশ্রবনি। অসুম্না, নহাক্কি বাবা”।

কয়াদা থাক ৱাংখ্রবা চিঠিনো! মসিদি য়াম্না ইতিহাসিক ওইবা চিঠিনি; য়ুখল হায়দোকপনি, মীওইবগী হকচাং অসিদা য়াওরিবা ঈশ্বরদু উজবো হায়দুনা য়ুখল হায়দোকপনি।

অঙকপা নত্রে, মীওই চা-কয়ানা পুত্তপার্তিদা বাবাবু অমুক্তং উজনবা অমদি ঈশ্ববগী থৌজাল অদুনা অতোন-অতা তাববশিং, অৱা-অনা নঙলবশিংদা খজিক্তং কান্নবা ফংজনবা, পৈরবে। সুব্রহ্মাগী য়ুমগা হেক থংননা শাবা মন্দির অদুসু চন্দ্রে, হোংদোকপা তারে; নবরাত্রি অমসুং শিবরাত্রি, মরুওইনা অকোনবগীসিনা মীওই লিশিং-লিশিং চিংশিল্লকখ্রে, মবমদি শিবগী খুদম ওইরিবা মশামক্কী হকচাং মনুংদা শিবা শাক্কিনা শেম্লে, বেদ-শাস্ত্রনা ফববনি হায়বা পুংফমদা মশাদগী থোরক্লে। খুঙ্গং অদুগী লৈবক খুল্লক্তা ভক্তশিংনা সভাষত্রা চৎপদা হরাওজৈ নুমিৎ খুদিংগী নবরাত্রি মনুংদা নত্রগা অহিং ৯গী কুম্মৈ মনুংদা।

মরম অদুনা খুঙ্গংগী ৱাংমদা, য়াম্না মবাং কায়না পাক চাউরবা, লাইখুরুমফমসু ওইবা, লৈবসু য়াবা শঙ অমা শাখিরমই। মদুবু বাবানা প্রশান্তি নিলয়ম কৌখি - খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কি শান্তি লৈফম, মরমদি অদুগুম্বা শান্তি অদুগী মশাসু, হৌরকফমসু, য়োকপিরিবসু, হিংলিবসু ওইবিবা মহাক্কি মিৎনা উবা ঙম্বা লৈফম ওইহল্লে। মীপুম খুদিংগী থম্মোয়সি প্রশান্তি নিলয়ম অমমম ওইহনগদবনি হায়বা পাওজেল অসি নিলয়ম অসিদগী মায়গৈ পুম্নমক্তা শন্দোক্লি অমসুং মদুদা চঙগদবা দরকার ওইবা নিয়মশিং অদু য়াম্না মিনুংশি লৈনা অমসুং

ভাবতানা মীওইবা পুন্নমক্তা তম্বিখি।

বাবানা মশাবুনা 'সাই বাবা' অদুগা সিবদি বাবাবুনা 'ঐগী হান্নগী হকচাং' হায। বাবানা হাযবি মহাকসু বাম অমসুং কৃষ্ণ-গুম্না অচুম্বা অমসুং ধর্মনিতি, শান্তি অমসুং নুংশিবা-প্রেম অসি মীওইবগী মবক্তা অমুকহন্না লৈহন্নবা, অমসুং মীওইবনা ঈশ্বরদা থাজনবা, নাপল অমসুং অপঙবনা থাজদ্রিবা মযাম্বু থাজহন্নবা, অফবা মীওইশিংবু ফত্তবশিংগী মখুত্তগী কন্ননবা কুমথবকখিবনি। মহাক্না লাউথোকখ্রে মদুদি মশাগী চহি ১৬ ফাওবদি মহাক অযাম্বদা লীলাদা - শান্নবদা লেনগনি অদুগা চহি ৩২ ফাওবনা মকওইনা মহিমা - মিবাকল কযানা মনাক্তা মী চিংশিনগনি, মবমদি মহাক্না যাম্না তোযনা হাযখ্রে মদুদি মসিগুম্বা 'ভিজিতিং - কার্দ' অসি যাওদ্রবদি কনা অমতনা মাগী মতিক মগুণগী শন্না অমা ফাওবা খঙবা ঙম্লোই। ''নখোযনা অপাম্বা ঐনা পিগনি, ঐনা পিনিংলিবদু নখোযনা পান্নবা'' - বাবানা সির্দিদা হাযখিবনি মহাক্না হান্নগী হকচাংদা লৈবিবৈদা। অসিগুম্বা মিবাকল অসি চৎলুবিবা মী অদুগী হৌখ্রবা অমসুং লাক্কদবা পুন্সি খঙহনবদগী হৌনা, মানা ওইহন্নিংবা মওং অদু ফাওবা শেম্বা, অদু ফাওর্বানি, খুৎ অমুক্তং ওৎলগা মশক উদবা নুংশিৎনা অশেংবা উৎ, অথুম-অহাও, মুর্ত্তি, লৈ, উহৈ, লাইবিক, তেঙ্গোৎ, মালা, হিদাক, শান্নপোৎ, লিক. . শন্ন হাযববদা মীওইবনা হৈনববা, খঙলবা অমসুং খঙদ্রিবা পোৎশিং পুথোক্লি।

''ঐনা পাম্বোম মবি পান্দুনা নবাযন ওইনা মোইবুং, চক্র, গদা অমসুং থম্বাল পাযদুনা লাক্লম্লবদি নখোযনা ঐবু মিউজিযমদা থন্নমগনি অদুগা ঐহাক যেংবা লাকপা খুদিংগী মমল লৌবমগনি; ঐনা ইচম চম্না মী অমা ওইনা লাক্লম্লবদি ঐনা নখোযগী ফনবতা হার্যাবিবা রাফমদু ব্যবহাব তৌবম্লোই অমসুং লৌবম্লোই। মবম অদুনা ঐহাক্না মসির্গী মীগী শক্তম অসিদা পুমথোয থোইবা লৌশিং অমসুং শক্তিগা লোযননা লাকপা তাখিবনি.'' বাবানা হাযখ্রে। মিকুপ খুদিংদা বাবাসি আধ্যাত্মিক্তি লুচিংবনি, মসিনি মহাক্তি অথোইবা থৌদাং; মহাক্লবুদি তম্বিবগী থবক অসি চহি ৩২শুবগা হৌগনি হাযখ্রবসু থবক্তি মিকুপ হাঙদনা চথবি। মতম অদু যৌদ্রি ফাওবা ঙাইঙমদে, মিনুংশিনা, থৌজালনা হাকমনবদগীনি, মীওইবগী মশাদগী অপঙবা লৌথোক্লবা, অপঙবা - মদুনা হাৎনবা অমসুং মাঙমিন্নবতা

থোকহ্নবা অপঙবা।

শোক ১৯৪৭তগী বাবাসি অচৌবা ওজা অমা ওইরকখ্রে। চহি অদুদা মহাক্না ভেনকততগিরিদা All India Divine Life Conference কী মিফমদা সভাপতি ওইখি অমসুং মহাক্না ঙাঙবদা তাখিবা পুম্নমক - লম্বোয়বশিং, পন্দিতশিং, সাহিত্যকারশিং, লৌমীশিং, কারবারব্রালাশিং, নহা-অহল, নুপা-নুপী পুম্নমক আত্মাগী অনৌবা সংসাররোমদা চংলক্লবগী অঙকপা হৈনিংবগী, অপাম্বগী ব্রাখল পোকহ্নখি। অদুগী মতুংদগী স্বামি সদানন্দ-পাতাঞ্জলিগী যোগ-সূত্রগী টিকা-ইখিবা অমসুং অতৈ মমল য়াম্লবা লাইরিক কয়া ইখিবা শ্বামি সতচিদান্দগা লোয়ননা থা কয়া বাবাগী মতুং ইনখি লোয়ননা রিষিকেশ, কাসমির, দিল্লী, মথুরা অমসুং বৃন্দাবন য়েংবিনবা থেমজখি। মখোয় য়াম্না ঙকখ্রবা মিরাকল কয়া উনবগী লাইবক ফবা তাঞ্জা কয়া ফংখি অমসুং ধর্ম্মগী লুরবা ব্রাফমশিং অদুগা আধ্যাত্মিক্কি নিয়মশিংগী মতাংদা পিখিবা ব্রাফমদা মথব্রাই পেঞ্জখি; অদুগা ব্রাফমশিং অদুমক মখোযনা হেক থেংনবা খুদিংদা য়াম্না মথব্রাই চঙনা, হৈনিংনা শন্দোকখি। বাবানা মখোয় অসিবু মহাক লাক্লে হায়বগী লাউথোক্লবা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নখি।

অওইবমক, বাবানা লাকখিবা মীওই খুদিংমক্ - মশাগী অনাবা অমা লায়েংবগী লাকখিবা ওইরবসু নত্রগা মরন্নাইগী ওইবা খুদোংচাদবা অমা কোকহন্নবগী ওইরবসু নত্রগা মহাক্না পাঙথোকপা ঙমদ্রবা খোঙজং অমগী মতাংদা ওইব্রবসু, পুম্নমক্না মহাক্কি পাওখোল্লোয় ওইখ্রে, মদুদি ঈশ্বরগী শক্তি পুদুনা মীওইনা লাকখ্রে, মহাক্না পুম্নমকপু য়াম্না নুংশিনা, মঙোন্দগী নুংঙাইবা, শান্তি, শোয়-ঙামদবা অমসুং অরান খুভম লৌরনবা বার্ত্তন তৌরি হায়না লাউননবা মীওই ঙাক্তা ওইখ্রে।

শোক ১৯৫৮গী ফেব্রুৱারি থাদা, শিবরাত্রিগী য়াম্না শেংলবা নুমিত্তা "সনাতন-সার্থি" কৌবা থাগী চেফোং অমা ফোঙবা হৌখি; মদুনা বাবাগী পাওজেল পুম্নমক য়ুম খুদিংদা পুসিনবনি, মদুনা শান্তিগী পন্থুংফমদা, মতম চুপ্পগী ওইনা লৈরগদবা শান্তিগী য়ৌফম-প্রশান্তিদা ঐখোয় খুদিংমকপু পুবিনবনি। চেফোং অসি ইংলিস অমসুং লোন কয়ামরুমদা ফোঙই; মসিনা বাবাবু য়ুম লিশিং কয়াদা, থম্মোয় লিশিং কয়াদা পুরকখি। বাবাগী কলমদগী থোকখিবা, লাইরিক কয়া অমা

চৎখিনবগী পান্থেসু ওইবি লোথননা ভক্তশিংনা হায়জবদগী চৎখিবা সহবশিং অমসুং খুঙ্গংশিংদা পিখিবা, কনানা অমুক মতৌ তম্না ঙমদবমখৈ শিংনা অমসুং চন্না পিবা পাওজেলশিংদু চৎখিনবগী পান্থে ওইবি।

ঈশ্বরগী অবতার পুন্নমক্কি অবেপ্পা পান্দম হায়বরু ধর্ম হিংগৎহনবনি। (ধর্ম হায়বদি পঙবদগী, খঙদনদগী থোকহনখিবা ফল অদুদগী কোকহন্নবা, চিংলিঙৈগী পুন্সিদা চঙগদবা খোঙথাং খুদিংদা আত্মা অসিগী নিয়ম-নাযবা পুন্সি খুৎলেন অমা লৈহনবা)। বাবাসু থবক অদুগীদমক লাকপনি। অবিবা লাইবিক নৌহৌননা পাখৎহনবা, লাইশোন শোলহনবা, মন্দির-সেবাগী চৎনবোলশিং হৈহন্নবা, চন্না লেনবা-ৱাখলনা ংনা খনবা, মিনুংশি লৈনবা, পুকচেল চাউনবা, ... অসিনচিংবা মীওইবা জাতিদ অবাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবদা চঙলিবা মযাম অসিনি বাবাবু মবোমদোম পোৎলুম ওইহঞ্জবিবসি।

মহাক্না হায়খি মদুদি থাইনগী মন্দিরশিং অযোধ্যা, বনাবসি অমসুং বদ্রিনাথ তা চৎখিবদু মন্দিরশিং অদুগী বেতবিশিং অদু চার্জ শিথবকখিবদু হাপকৎলনবা চৎখিবনি।

মসিগুম্না যৌদোকশিং অসিনা, মহাক্কি মীওইবা জাতিগীদমক্তা থুমহৎলবা নুংশিবা প্রেম লৈ- হায়বদু উৎপগী বার্তানি। মহাক্না অনাবদা, অঙাওবদা, তৌসম খঙদ্রবদা, লৈখা তাববশিংদা যেংলিবা মিৎযেং অমসুং অৱাবা তাববা মীবু কনবা, সংসার থাদোক্লমদাসিদা হৌরোইবা দর্শন পিনবা, মশা থাদোক্লুনা অত্মানা চৎলিবা খোঙচৎ অদুমক্না ভক্ত কনবা - হায়বদি অফবা মীবু কনবা পান্দম অদুগী লাকপনি, হায়বসি লাউথোক্কি। পাপ চেল্লবা কযাদা, অবিকপা কযাদা, ঈশ্বর থাজদবা কযাদা, অতনবা ধর্মদ থাজদবা কযাদা অমদি মুণিশিংদা অমুক্তং মখুৎনা হক শোক্লম্না, বা অমতং হেক হায়বম্না, অমুক্তং হেক উখিবদা অনৌবা পুন্সিগী হৌংকক অমা হাংদোকহল্লি।

শোক ১৯৬১ দা ফোঙখিবা লাইবিক অসিগী অহানবা শতক্কি শেমদোক্লবা শতক অদুনা শ্রী সত্য সাই বাবাগী ঈশ্বরগী ওইনা লেল্লিবা পুন্সি অসি অঙকপা থৌদোক ওইখিবা বদ্রিনাথকী খোঙচৎ ফাওবনি।

অদগুম্না যাম্না শেংলবা বেকোর্দ অদু লাইবিক অসিগী ২শুবা শতক্তা মখা

চখুজনবগী তাঞ্জা পিবিবা অসিগীদমক্তা থাগৎচবি; মসিগীদমক অমতা ঙাইববা মতিক চাবা মমিংদি "সত্যম সিবম সুন্দবম" হায়বসিতনি - মবমদি মাগী হৌনশা অমসুং মাগী অশেংবা শক্তম অসি অচুম্বা, মঙাল অমসুং ফজবা - সত্-চিত্-আনন্দ, হিংবা, খঙবা অমসুং অথোইবা নুংঙাইবনা ওই।

# ২. চিনি অমসুং ককচেংঃ
## (THE SUGAR AND ANT)

সাধক-কযা অমনা অমসুং ঈশ্বরবু থিজবিবা কযা অমনা চিনিগী মহাও তংদুনত্তা লৈবা ককচেংগুম, ঈশ্বরগী মহাও তংদুনা লৈজগে হায়বগী অকনবা অপাম্বা ফোংদোকখ্রে; মবিক-মবিক তংদুনা লৈজবা, মবমদি মহাক চিনি ওইবা পামদে, মবমদি চিনিদি মশাগী মহাও কবম্না তংগদগে খঙদে। বাবানা প্রশান্তি নিলযম থাদোক্লুনা চৎপা মতমদা কনাগুম্বা খবনা মতম কুইদনবা, শাংদনবা হায়রেবা মতমদা বাবানা থুমখি "প্রেয; ককচেংনা চিনিগী মনাক্তা লাকপনা হেন্না মবমচাউ হায়না নহাক্লা খল্লি, অদবু সিমতং খল্লু: লাযববশিং, মশা নাববশিং, অহল ওইববশিং, চৎপা ঙমদ্রবশিং অসিদি কবম্না প্রশান্তিদা চৎকনি? ঐদি মখোযগীদমক্তা লাকপনি; ঐ মখোযগী মনাক্তা চৎকনি, মখোযদা ব্রা ঙাঙগনি, মদুনা মখোযগী মযুম অমসুং থম্মোযদা প্রশান্তিগী নিলযম ওইহনগনি"। অদু ওইববদি, মিনুংশিনা পুবা মফম অমসুং অবাবনা কৌবিবা মফমশিংদা বাবানা চৎলিবসি মসিনা ওইবা তাবে।

লাইবিক অসিগী অহানবা খেলুমদা শন্দোক্লা ইখ্রে মদুদি বাবানা বদ্রিনাথ-তগী শোক ১৯৬১ গী জুলাই ত ঙদা ইল্লকখি। নিলযমগী মনাক্তা লৈবা বুক্ক পতনমদা খোঙচৎ অদুগী মতংদা চাঙবদা বাবানা হাযখি : "ঐখোযনা অহল ওইরবা, শোযনাইববা, চৎপা ঙমদ্রবা নুপা-নুপী লিশিং-লিশিং, হেন্ন কনবা কযা, নহা কযা অইংবা অমসুং অবাম্বা কযা খাঙদুনা, অকনবা নোং, নুংশিৎ কযা খাঙদুনা, খুদোংথিনিংঙাই ওইববা চীং নিংখাযবা কয়া মাযোক্লদুনা, অবাপ্পা অমসুং খবচকী বাযম খন্দনা, মদুদা লাৎলিবা নবাযন অদুগী শকফম অমুক্তং

য়েংনবা চৎলিবা ময়ামদু উখিরমই। অয়োধ্যাদা লৈরবা মতমদসু মদুদা লৈরিবা মী অয়াম্বনা রামগী মমিং শোনবদু ঐনা তাখি অমসুং ফাওবা ঙমখি। ঙসিগী কলি যুগ অসিদা ধর্ম কদায়দা চৎথ্রবগে হায়বা ৱাহংসি তত্তনা ঐঙোন্দা হংখি। ফরে, ধর্ম হায়বসি হৌজিকসু অদুম হায়রিবা মী লিশিং কয়াদুগী থম্মোয়দা চাউখৎলক্কি, ঐনা খুমই।"

থা লোযরমদাইদা বাবানা মাইসোরদা চৎখি, মরমদি ভক্তশিং অদুনা বাবাবু গুরু-পূর্ণিমাদা মখোয়গী মরক্তা লৈবা পামখি, পূর্ণিমা অসি আধ্যাত্মিক্কি গুরুশিংবু পূজা তৌনবগীদমক কখোকখ্রবা নুমিৎনি। মদুগী নুংথিলদা তিনখিবা মীওই লিশিং ২০ লোমদুদা বাবানা নিংশিংখি মদুদি মাইসোর অসে চা-চন্দনগী নুংশিবা মনমগীদমক অমসুং প্রজাশিংনা ঈশৈ হৈবগীদমক ফাওরিবনি। "অদুবু নখোয়গী থবক খুদিংমক্তা নুংশিবগী মনম অদুনা থলহনবদু ঐনা পামই; ঈশৈগী য়াম্না থোৎলবা, শুমহৎনিংঙাই ওইরবা শুর অদুনা নখোয়গী ৱাখল খুদিংমক্তা, অনিংবা অমা হেক ফাওবকপদা, ৱাঙাং খুদিংমক্তা, থন্না, মপুংফানা লৈহনবদু ঐনা পামই। গুরু হাযবসি ভারত্তদি 'জ্ঞান' হায়বিবা মনম নুংশিরবা মনম অদুগী মতেংনা নুংগী মিৎয়েং চুমথোকপিবা মাইবা - লাযেংবা মী ওইনা ইবাৎনৈ; মহাক্না অতৈ লায়না কয়াসু লায়েংই - কল্লক-মিহৌবগী, করাম চাউবগী অমসুং তুক্কচবা মিৎয়েংগী। যাম্না চুম্না অনাবা লাইওং খঙবা ঙম্বা অমসুং মদুগী চানবা হিদাক অমসুং চিঞ্জাক চুম্না পিবা ঙম্বা গুরু থিগদবনি। অনিদুদা চের্কাশিনবা অমসুং থাজবগা লোযননা নশানা যাগদবনি। গুরু অদু মী ওইনা ফংদ্রর্বাদ, নিংথিনা ঈশ্বরদা হায়জরবদি, খুরুমজরবদি, নঙগী থম্মোয়দা লৈরিবা ঈশ্বর অদু হৌগৎলক্কনি অমসুং লমজিংবিরগনি।"

শোক ১৯৬২ গী ফেব্রুয়ারি অনি অমসুং ৫গী মনুংদা গ্রহ ৮ থেংনরগদৌরি হায়দুনা নোংপোক অমসুং নোংচুপকি পাঞ্জিশিংনা য়াম্না ওমঙ্গলনি হায়না কিহল্লিবা অদুগী মতাংদা বাবানা হায়খি মদুদি মখোয় চুম্না শম্নরবদৌনা পরেং অমদা উগনি অদুনা মদুগীদমক করি অমতা কিনিংঙাই লৈতে। "মীয়াম অমনা নখোয়বু ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনবা পাওতাক পিবি, মদুনা অৱাবা-খুদোংথিবা অদুদগী কনবিনবা; কয়া অমনা আ-জা-পুজা তৌনবা শেল খোমগৎলি, মদুনা থোক্কনি হায়রিবা

অৱা-অনা অদুদগী কন্নবনি। লাই খুকম্নদা ঐনা যাদবা লৈতে, মবমদি থবক অদুমক মশানা অদুম ফববনি। অদুবু লান্না থাজদুনা নশাদা হেন্না অকিবা ৱাখলদি খনগনু। প্রকৃতিদা অকাযবা অমতা লৈবোই, অকনবা নোং-নুংশিৎ নত্রগা ঈশিং-ঈচাও লৈবোই, পৃথিবীদা নত্রগা অতিযাদা অকাযবা অমতা লৈবোই। অমতা ঙাইববা অবাবা হাযনবু থা অসিদা ভোৎ মাযথিববা পুম্নমক্কী মনুংদা অযাম্বনা দিপোজিৎ মাঙগনি।"

কবি থোক্লগদগে ৱার্নবিবা চযোল অদুদা ৱাববা থম্মোয মিলিযন কযাগী থৌনা-লিংজেল ফংফমসি বাবা ওইবমই। লৈবাক কযামকমগী তুংদা থোক্লগদবা খঙবা ঙম্বা কাংবুনা হাযনকপগী অকিবা পুন্নমক্ত বাবানা কোকহল্লমই। Lavagnanı হাযবা Mexico গী পাঞ্জি অদুনা হাযখিবা বাফম অমা Illustrated Weekly of India দা ফোঙলকখি ঃ "ফেব্রুযারিগী অহানবা নুমিৎশিংদা নোংথক্ত নত্রগা ঈশিংদা চৎপদা খুদোংথিগনি, কবিগুম্না মফম খবদদি ইমুংদা তুম্বা ফাওবা খুদোংথিগনি"। ভারতকি অফাওবা পাঞ্জি অমনা হৱকখি ঃ "যাম্না শাথিবা মখলগী যুহাব হাগনি অদুনা যাম্না শাথিনা অইংবা নুংশিং অমা শিংকনি"। লৈবাক প্রজা খৎনবা, জাতিগী উংখৎনবা, লম্লাগী সমস্যা, রাজনীতিগী চবাংনবা, চাক তাঙবা. নচিংবা অসিনা সধাবন ওইনা থোক্কনি হাযনবা খুদোংথবশিংনি। যামখ্রবা মীযাম অমা শান্তিগী তুংনফম স্বর্গ ওইবিবা প্রসান্তি নিলযমদা হাযবিবা চিববা চযোল অসিদা লাক্লখি।

বাবাগী নুংশিবা প্রেম অমসুং থৌজালগা হকথেংনবদগী থৌনা অমসুং পাঙ্গল ফংদুনা অবাবা বাখল কযাসি ফাথবিঙে মবকসিদা ভক্ত খবদি অতোপ্পা, মশিংদি কযা যামফাত্তবা, পাঞ্জি খবগী বাযমদু থাজনিংলমই। Johannesburg কী পাঞ্জি Bellaırs না হাযখি ঃ "ইন্দক্কি গ্রহগী ওইগদৌবিবা ফিভম অসিদি অনৌবা World Teacher হাযবদি অবতাব অমা লাকপগী খুদম ওইগনি, মহাক পোকপগী নত্রগা মহাক্কি থবক পাযখৎপা হৌবগী" - Coming of the New World Teacher, either His Birth or His Entry into Ministry । A N Chandra গী যাম্না পাক-চাউনা শন্দোকপা বাফম অমসু লৈবমই ঃ "মসিগী অখন্নববা গ্রহ পুনবগী থৌদোক অসিনা উৎলিবদি অচৌবা ধর্মগী লুচিংবা অমা থোবক্লে হাযবনি, মহাক্না ঙসিগী সংসাব অসিদা অবা-অনা নঙলবা অর্মদি লাক্লবিববা মীওই কযাবু তেংবাং পিবগনি

অমসুং ৱারবা পুক্লিংবু থেমজিনবিবগনি''। মখোয়না খঙলমই মদুদি অনৌবা পৃথিবী পুম্বগী ওজা অদু লাকখ্রে অমসুং মাগী মথৌ হৌখ্রে; মখোয়না খঙলমই মদুদি বাবানা ঙসিগী সংসাব অসিদা ৱারবা অমসুং নৈহৎপিরবা কযাদা তেংবাংপিরি, পুক্লিং নুংঙাইহল্লি। মহাক্না তৌগদৌরিবা থবক অদু মসিনি হায়বসি অওইবমক ওইনা মহাক্না লাউথোকলমই।

মাইসোরদগী বাবানা শা-উচেকশিংগী লৈফম-ময়ুম Abhayaranyam কৌবা জঙ্গল অদুদা চৎলমই। বাবানা জঙ্গল অদুদা লৈরিবা জিবশিং অদুবু নুংশি মরমদি মখোয় অদুসু মহাক্কি মচাশিং ঙাক্তনি - খরনা মবুক্না শিৎলি, খরনা ষনশাদুনা চৎলি, খরনা চুম্না চৎলি, খরনা পাইরগা চৎলি, মপোক অমদগী মপোক অমা ফাওবা বাবাগী মখোঙ তম্না। থা মখায় অমা ফাদ্রিঙৈদা, অতেনবা মতম খবগী ওইনা মহাক হায়দরবাদতা লৈরমই, মদুদগী মাইল ৬০০ মোতোর তোংদুনা উদুমলপেত্তা হোসপিটাল অমগা কলেজ অমগা আশীর্ব্বাদ পিবা চৎখি। মদুৱাই ফাওদুনা লাক্লগা ঊতাকমুন্দ য়ৌখি, মফম অসি নিলগিরিগীদমক্তদি অথোইবা মণিগুম্বনি, ভাবতকী চীংগী ষ্টেসনশিংগী মনুংদা অথোইবী - মহাবানীনি: মফম অসির্দাদ হৌজিক ফাওবদা চম্না লেনবা পুন্সি অমসুং আধ্যাত্মিক্কি অফবা ৱাখলতা খনবদু লৈবি। মখোযনা পাঙথোকপা কৃষ্ণ পোকপা নুমিৎকি পালন্দা বাবাগু যাওবমই। কৃষ্ণসি ভাবত্তদি মমা খুদিংমক্না নুংশিবা, অঙাং খুদিংনা নুংশিবা, লাইবিক হৈবা পুম্নমক্নসু নুংশিবা, ফিলোসোফবশিংনা, পন্দিতশিংনা লাইনিংবা মুণি-ঋষি পুম্নমক্না নুংশিবনি, লাৎনবনি। বাবানা তিল্লিবা ময়ামদুদা হায়রমই মদুদি কৃষ্ণ হায়বসে নুংশিবা খক্তগী শক্তমনি, ''কৃষ্ণ হায়বদি চিংশিনবগী থবক তৌবিবা মহাক্তো, পুক্লিং পুম্নমক মঙোন্দা চিংশিনবদো''। মসিনা 'খোইদোকপা, থাবা, হৌহনবা হাযনসু লৌনৈ; অদুনা কৃষ্ণ নুংশিবা মীপুম খুদিংনা মাগী থম্মোয খোইদোক্কদবনি, হায়বদি নুংশিবা সেবানা নুংঙাইবগী মহৈ য়াদ্রি ফাওবা য়োকখৎকদবনি।

য়াম্না থুনা লাকখিবা শোক ১৯৬১গী দশরা অদু হিরম কয়ামকমদা নিংশিংনিংঙাই ওই। অহানবা নুমিৎমক্তদা বাবানা মাগী মতিক মগুণগী চাউবাকপা শক্তম অমা পিখি অমসুং লাউথোকখি ; ''দ্রৌপদিনা ইকায়বা কয়া নঙগদবদগী

ঈশ্বরনা কনবিখ্রে হায়বসি নখোয়না পাখবে, গজেন্দ্রবু অদুগুম্না পুথখ্রবা লৈখোমদুদগী, আর্জুনবু মাযথিবগদবদগী, অহল্যাবু নুঙ ওইবম্বদগী, ধ্রুববু তমথিনা ইকায়বদগী, প্রহলাদবু হাক্তোকপিগে তৌবদগী ঈশ্বরনা কনবিখবে হায়বসি নখোয়না পাখবে। মশিং লাকঙমদনা ঈশ্বরনা থৌজাল পিবিখ্রবা অতৈদি নখোয়না খঙবা ঙমদে। মতৌ অদুগুম্না, মসিগী শকফম অসিনা পিখিবা থৌজাল নখোয়না খঙলিবা খুদিংমক অদুগুম্না, নখোয়না খঙদবা লিশিং কযা লৈখ্রে' বামা হায়বসি সত্য অমসুং ধর্মগী শক্তমনি, কৃষ্ণনা শান্তি অমসুং প্রেমগী শক্তম্নি। হৌজিক, লৌশিংনা, হৈ-শিংবনা ইশা খুদুম চনবদগী হেন্না যাঙনা চৎলবা মতমসিদা, বিজ্ঞান্না সাধনাবু নোক্লববা মতমসিদা, ভূকচবা অমসুং অকিবনা মীওইবগী থম্মোযবু মমশিলহল্লবা, মোৎহল্লবা মতমসিদা, মাব অদুগী শক্তম ওইনা ঐহাক লাক্লে। নখোয়না ঐবু থেংনজবদা অমদি ঐ লাকপদগী কান্নবা ফংবদা মতেং ওইগদবা অকক্লবা শক্তি খবগা লোয়ননা মপুং ফানা শেম-শাবগা ঐহাক লাক্লে। নখোয়না ফংবদা মতিক চাববা ববদ পিগে হায়না থৌবাং তৌবকপদা ঐঙোন্দা মতেং ওইগদবা শক্তিশিং অদুতা ঐনা উৎলি। তেল্লবা মতম খবগী মনুংদা, চহি খবগী মনুংদা - নখোয়না নখুৎ থেক্নুনা থাবা যাবা চহিগী মনুংদা, নখোয়না উবগনি অন্না-অনা তাবর্বাশিং, আশা তৌববা কাংবুশিং - হায়বদি ঈশ্বরগী খুভম ফংগে খল্লিবশিং, থিজিল্লিরবশিং কযানা পৃথিবীগী মফম পন্নমক্তগী মফম অসিদা লাকপদু উবগনি। মশিং অদ অসুক্কি মতিক যামগনি মদুদি মখোয়গী লৈফম শঙ অদু অতিযামুক পাক্কনি।" অতোপ্পা নুমিৎ অমদা, ওক্তোবর তাং ২১, মহাক্না লাউথোকখি মদুদি ধর্ম যোকখৎপগী থবক্তু চংশিনবা হৌখ্রে। "হৌজিক ফাওবগী ওইনদি মদু শেম-শাবগী থাক্তা লৈবস্বান, হৌজিক্তগীদি থবক অদু পন্থবা তৌদনা চংশিল্লগনি। হৌজিক্তি মীওইববু অপঙবদগী কন্ননবা চংশিল্লিবা খোঙজং অসিদা যাওশিনবা হায়বসি নখোয়গী নথৌ ওইবে। হৌখিবা যুগ অমতদা মীওইবদা অসুক যাম্না, অসুক মযেক শেংনা অবতাব লাক্লে হায়না ঙসিগী অসুম্না উৎখিবা লৈখিদ্রি"।

শোক ১৯৬১ গী নভেম্বর তাং ২৩, বাবাগী মপোক কুমওন পালন নুমিত্তা "সত্যম-সিবম-সুন্দবম" হায়বা ইংলিস্তা ইবা, মসিনা ২শুবা শকক্লি, অহানবা বাবাগী পুন্সি ব্রাবী অদু যাম্না নোল্লুক্না বাবাগী চবন্দা ঐহাক্না থমজখি; ঐহাকপু

বাবানা থৌজানবিদুনা থবক অসিগীদমক খুৎলায় ওইনা খনবিবনি। বাবানা হায়খি, "ঐনা করিগীদমক্তা ঐগী পুক্নিগী মরমদা লাইরিক অমা ফোঙনবা অয়াবা পিরিবনো হায়বসিদা নখোয় ঙকপা য়াই।" "হরাও-নুংঙাইবা পিবা মহাক অদু রাম নি"। ভক্তি লৈরবা থম্মোয় পুম্নমক্তা ফাওরক্লিবা নুংঙাইবা অদুনি ঈশ্বরবু পেলহল্লিবসে। ঈশ্বরগী নুংঙাইবগী মনা অদুবুনি কখোল্লবা থম্মোয়না থিবিবসি। ভক্তশিংনা হায়জবদুদা ঐনা য়াখি অমসুং মঙোন্দা মদু ইহনখি। 'সত্যম সিবম সুন্দরম' হায়বা মিংথোল অসিনা হায়রিবসি ঐবুনি, নখোয় খুদিংমক্তা লৈবগুম্না। মরমদি সত্যম হায়বদি অচুম্বা ; নঙোন্দা ওইদবা অমা হায়জিনবদা নহাক হেক্তা শাওই। 'নঙ' হায়বা অশেংবদুদি অচুম্বনি, সত্যমনি। অদু ওইববদি অতোপ্পা মিংথোল অমা পিবদা, কৌবদা নঙনা কবম্না য়াগদৌরিবনো? মতৌ অসুম্না, নহাক নুংঙাইবনি, অপেনবনি, অফবনি; নহাক সাবম নত্তে, অশিবা অরাবা, অশোনবা নত্তে; নহাক সিবম্নি; অমুক হন্না, অশেংবা 'নঙদি' সুন্দবমনি - ফজবনি, অমেংবনি, মান্নবনি। নঙনা শাওই, শকথিবা হাযবা মতমদা শাওফমসু থোকই। নহাক আত্মানি, হকচাং মনুংদা ফাজিন্দুনা লৈবনি, সত্যম সিবম সুন্দরমগী ঈথক অমনি, শান্নদুনা লৈরিবা সত্যম সিবম সুন্দবমগী সমুদ্রদা - মহাক অদু ঈশ্বরনি। লাইরিক অসিগী মতেংনা ঐবু খঙবা নত্রগা খর হেন্না শেংনা, নশা নথন্তগী হকথেংনবদগী খঙবা হাযবসি ঙসিগী মীওইবা জাতিগী মরাইবক্কি শরুক অমনি। নখোয় খুদিংমক কনবা তাবনি, শোয়দনসু কনগনি। ঐনা নখোয়বু থাদোক্লোই, নখোযনা ঐঙোন্দগী লাপথোল্লবা ফাওবদা। ঐবু যাদবা কাংবুবুসু ঐনা থাদোক্লোই, ঐদি পুম্নমক্কি লাকখিবনি। ঐঙোন্দগী লাপ্পা লৈবশিং, থৈদোকখিবশিংসু ঐগী ইনাক্তা চিংশিনগনি অদুগা কনবিগনি; মসিদা চিংনগনু, ঐনা মখোয়বু কৌগনি অমসুং আশীর্বাদ পিগনি"। মহাক্কি থৌজালগী মবমদা অমসুং মহাক ঈশ্বরনি হায়বসিদা মসিদগী হেন্না ময়েক শেংনা খঙহনবা অমুক দরকার লৈবিব্রা?

মপোক কুমওন পালন লোয়রবা মতুংদা বাবানা গুনতুর ডিষ্ট্রিক্টা লৈবা রেপাল্লিদা মাগী মমাংগী অবতারগী মার্বলনা শাবা শকতম অমা মন্দিব অদুদা থম্নবা, ইরাৎনবা চৎখি। বাবানা অসিগুম্বা মুর্ত্তি খর হান্ননা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা - মদ্রাস, কোইম্বতোর অমসুং মদনপল্লি মনাক্তা লৈবা আযোধ্যা

আশ্রমদা থমখ্রবনি। মদ্রাসতদি গিন্দিদা লৈবা মন্দির অদু মাগী ২২শুবা চহিদা শেংদোকখ্রবনি, মন্দির অদুবু শাখিবা ভক্তশিংদুনা মুর্ত্তি অদুগী মখোঙশিংদু নিংথিনা চামথোক্তুনা পুজা তৌখ্রবনি অমসুং মখোয়না নৌনা মুগাগী ফি মথক্তা চা-চন্দন তৈরগা বাবাগী খোঙফম পামখি, মদুদা বাবানা হায়খি, "ঐনা ঐগী মমাংগী হকচাং - 'সাই বাবা' গী খোঙফম পিগনি"! য়েংউ, চহি ২২-২৩গী নৌরিবা খোঙ অদুনা মুগাগী ফি মথক্তা নেৎপা মতমদা তারিবা মমি অদু! মদু বাবাগী মখোঙগী শরুক অনিমুক চাউবা, চহি ৬০গী মথক্তা লৈবা মীওই অমগী চপচাবা খোঙ্গুলনি। অদুগুম্বা মুগাগী ফি অদুগী মথক্তা য়াম্না অঙকপা মওংদা পিখ্রবা, হান্নগী বাবা অদু অমুক হল্লকপান উৎলিবা চা-চন্দনগী খোঙফমদু য়াওনা পুম্নমক্না য়েংবা য়াবা মওংদা হায়রিবা লায়শঙ অদুদা লৈরি।

বাবানা, মশামক্কি মুর্ত্তি অমা মখোয়না শাজবা মন্দির অদুদা মশানা থন্নিবদা য়ারকপসিদা রেপাল্লিগী মীয়াম পুম্নমক নুংঙাইজখি হায়বসিদা থোইনা অঙকপা নত্তে; মদুদা মী লিশিং-লিশিং কয়ানা বাবাগী দর্শনগীদমক্তা তিনখি হায়বসিদা অঙকপা নত্তে। মুর্ত্তি অদু বাবানা লৈরিবা য়ুম অদুদা পুরকপা তাখি, মরমদি মন্দির চৎলিবা লম্বী অদুদি মীনা পিক থনখিবদগী চৎফম লৈরমদে। অহৌবগী পুজাগী থৌরমশিং লোয়রবা মতুংদা বাবানা য়েংবদা য়াম্না নিংথিরবা, পুক্নিং শুম্নৎনিংঙাই ওইরবা সনাগী সাই বাবা অমা শেমখি অমসুং মদু মুর্ত্তি অদুগী মকোক্তা থমখি। অহিং অথেংবদা লম্বী অদু মী খর কোম্লক্লবা মতমদা মুর্ত্তি অদু লাইশঙ অদুদা পুখিরমই। বাবানা সনাগী মুর্ত্তি অদু লৈমায়দা খর কুৎপা মফম অমদা থমখি অমসুং মদুগী মথক্তা মার্বলগী নুংপাক অমমুক থমখি। হৌজিক মুর্ত্তিদু মার্বল নুংপাক অদুগী মথক্তা থমখি। অসুম্না, য়াম্না অঙকবা মওংদা পুথোকখিবা সনাগী মুর্ত্তি অদুনা মশক্তি উদবা অদুগা মন্দির অদুদদি শক্তিগী হৌরকফমদি ওইখি। মদু বদ্রিনাথগী মন্দির অদুদদি শক্তিগী হৌরকফমদি ওইখি। মদু বদ্রিনাথগী মন্দিরদা সংকরাচার্য্যনা থমখিবা লিঙ্গ অদুনা মশক্তি উদনা বাদ্রিনরায়নগী লাইগী শক্তি পিরিবা অদুগুম্বনি। মাগী ৱাঙাং তাগদবগী তিল্লিবা মী লিশিং কয়াদুদা বাবানা নিংশিংখি মদুদি "মসিগী মুর্ত্তি অসিদি পোৎ হাপ্পা য়াবা পাত্র অমগুম্বনি; মসিগী মনুংদা য়াওরিবদি সাই তত্ব-দুনি, মদুনি ঈশ্বর হায়বদু। অদুগুম্বা ঈশ্বরদু মুর্ত্তি অসিদা

হৈজিল্লু, মদুবু সাই বাবা কৌই। অতোপ্পা অমদমুক হৈজিল্লু; মদু শ্রীনিবাসা, শিবা, কৃষ্ণ, নত্রগা রামা ওইবনি।

"হৌজিক্তি নহাক্কি থাজবা অমসুং ভক্তি অদু নুং অদুদা হৈজিল্লু অমসুং হিংহল্লু; নখোয়গী খুঙ্গংদা সাই থমখ্রবনিনা, লাৎখ্রবনিনা, নখোয়গী থম্মোয়দা, নুংশিবা-প্রেমগী লাইমাংদা মহাকপুসু লাৎলু মরমদি সাই হায়বসি প্রেম স্বরুপনি, - নুংশিবগী শক্তমনি। সাই হায়বসি মন্দিবগী লাই নত্তে; মহাক্তি থম্মোযদতা লৈবনি"। বাবাগী নুংশিবা মায়থোং অমসুং বিশ্বপ্রেমগী শক্তি অদুনা মদুদা তিল্লিবা মীওই লিশিং কয়াদুগী থম্মোয়দা চঙখি। বাবাগী হকচাংদা থোল্লীবা সিলক্কী ফিজি-ফিনা খজিক্তুং শোকহৌবা ঙমখিবা কাংবু অদুনা লাক্কদবা চহি কয়া ফাওবদা নিংশিংদুনা লৈরগনি।

বাবানা বাধা কৃষ্ণগী অচৌবা মুর্ত্তি অনিখক থম্নবগীদমক রেপাল্লিদগী ইলুরুগী গিতাভবন-তান্না চৎলমই। শেল য়াম্না চংনা শেম-শারবা ওকপগী থৌবম অমা শীল্লমই। শীল্লিবা কাংবু অদুদা বাবানা চৈখি : "যুম অমগী যুমবুরেলনা মযুম অদুদা চঙলকপদা মচা-মশুশিংনা যাম্না ধুম-ধাম তৌদুনা ওকখি হাযবসি কনানা তাখিবা লৈবগে?" বাবানা মুর্ত্তি অদু থম্বগী পুজাগী পোৎচং ওইনা মণি ৯গা লাইগী থৌবমদা শিজিন্ননবা ধাতুগী মপাক অমা শেমলমই, মদুনা মায়গৈ নিপালদগী লাকপা ফত্তবা পুম্নমক ঙাকথোকপা ঙমই। মহাক্না হাযখি, মদুদি বাধা অমসুং কৃষ্ণ সিনা প্রকৃতি-পুরুষ অনিসি শেমখি, বাধানা খুৎশেমগী পোৎশক্লি, কৃষ্ণনা শেন্নিবা মপুদুনি, অমনা মিৎনা উবা ঙস্বা পোৎশক্লি, অমনা নুংগী ওইবা, উবদি ঙমদবা। রাধা হায়বদি হৌফম, তৎপা লৈত্রবা, কংবা লৈত্রবা পুজাগী ঈচেল হৌফম য়ুমফমদুনি। হায়বদি, বাধা হায়বসি ঈশ্বরনা শেমখ্রবা জগৎ অসিবুনি, মসিবু নুপানা মসিগী মনুংদা যাওবিবা ঈশ্বর অদুবু খঙবা ঙম্নবা মওংদা শিজিন্নগদবনি, ঈশ্বর হায়বদি ফজবা ওইনা, অচুম্বা ওইনা, অফবা ওইনা শক ফোংদোরক্লিবা, উখোবক্লিবা সত্-চিত্-আনন্দ ওইনা সত্যম সিবম সুন্দবম ওইনা।

ডিসেম্বর থাদা বঙ্গলোবদা অমুক হল্লক্লগা সনাতন সোসিযেল ব্রার্কব হায়বা সোসাইটি অমা শঙ্গাখি। মহাক্না হায়খিঃ "নখোয়গী সোসাইটিগী মমিংদা সনাতন হায়বা ব্রাহৈসিনা ঐবু মফম অসিদা পুবক্লে। নখোয় পুম্নমক সনাতন - লেঙদ্রবা,

নখোযনদি অনৌবর্নি খঞ্জববসু, ওইবে। ভাবত্তুদি মীওইবগী নুংগী অশেংবা, মাগী মতিক মগুণ, মাগী ঈশ্বব শক্তি নচিংবসি খঙনবগী বিজ্ঞান অসি থাইনা মমাংদগী তম্বিদুনা লাক্লি। অদুগুম্বা বিজ্ঞান অদুবু হৈববা কাংবু অদুতবু লমদম অসিগী মচাশিং কৌবদা মতিক চাই, অতোপ্পশিং অদুনা মসিদা পোক্লগসু মীতোপ ঙাক্তনি"।

বঙ্গলোবদা অমসুং মতুংদা প্রশান্তি নিলযমদা বাবানা মীযমাদা গ্রহ ৮ পুল্লগনি হাযবদগী অকিবা পোক্লিবা পুম্নমক্তা কবিশু তৌবোই হাযনা থাজবা পিখি। মহাক্না হাযখি : "গ্রহ পুনবগী ফল ওইনা অতোপ্পা ফত্তবা ফল কবিশু লৈতে, থাঙ্গেশেংবদি হৌজিক মীযামদা যাম্না চবাংনাবিবসি খব হন্থবক্লগনি' অবতাব অসিনা লাক্লবা মতমদা"। মহাক্না হাযখি, "কবিগী কিবদগী নিক্লিবনো, ভাবনা শাবা খুদোংথিবদা?" "ঐবু থাজৌ" - মহাক্না লাউথোকখি, "কবি অমতা তৌবোই, নত্তে, খুদোংথিবা অমতা লৈতে"। অদুগা বাবানা নিংখিবা মতুংইন্না, কবি অমতা থোকখিদে।

শোক ১৯৬২গী শিববাত্রিগী যাম্না শেংলবা নুমিত্তা, নুমিৎ অদু মার্চ তাং ৪দা তাখি, বাবাগী মযাদগী সনাগী লিঙ্গম অনি থোকখিবা উহৌবা কাংবু অদুদা পাওতাক পিখি, "নখোযনা ঐগী মবমদা নখোয মশেল নৈনবিবা অমসুং যেৎনবিবা কবিগীনো, ঐগী মওং মতৌ, অঙকপা, মিবাকল, ঐগী অশেংবগী মবমদা? ঙা অমনা অতিযাগী মবমদা খঙবা ঙম্লোই; মপুং ফাববা মপুম অদুতনা মপুম অমগী মবমদা খঙবা ঙমগনি। মিৎনা নাকোং উবা ঙমদে, যাম্না নক্লববসু। নশা নথন্তগী অশেংবা খঙনবা যৌশিনবা ঙমদ্রিবা নঙনা কবিগীদমক্তা ঈশ্ববগী মবমদা খঙনবা হোৎনবদা মতম থাঙহল্লিবনো? নখোযদি তামিল ফিলম যেংনবা তেলেগু ভাবক্না ফম্নগুম্বনি নত্রগা মলযালি অমনা জাপানিজ ফিলম যেংবগুম্বনি। মসিগী মওং-মতৌ, হেন্না লুশিনবা, অর্থশিং, মেঙলবা মতৌ, অমগা-অমগা লৈনবিবা মবী, নুংদা যেৎশিন্নবিবা মওং, পুম্নমক অসে নখোযনা ভাব তাবা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈবা ঙাক্তনি। ফিলম অদু লোযদ্রিফাওবা ফম্মু, লোল অদু খঙদোকউ, মওং-মতৌদো খঙদোকউ, যাম্না পুক্লিং চংনা যেংউ, মিৎ-না শিংনা যেংউ, শাথেক খুদিংগী, থবক খুদিংগী, বাহৈ খুদিংগী, অর্থ খঙউ; অদু ওইববদি নখোযনা ঐগী মবমদা খজিক্তং খঙবা যাই।"

প্রশান্তি নিলয়মদা পাওথোক্লিবা হরাও-কুম্মৈশিং অসিনা মীয়াম পুম্নমক্তা আধ্যাত্মিক্কি বিজ্ঞান্দা হৈ-শিংলবা পন্দিতশিংনা ঙাঙবা তানবা, বাবাগী শক্তি, চিং-লেম্বা, নত্রগা অঙকবা কয়াদা মশা-মশানা হকথেংনখ্রবা মচিন-মনাও, মচল-মচে কয়াগা উননবগী তাঞ্জা অমা পিরি। থম্মোয়দা থৌনা, পাঙ্গল হাপ্পা বাবাগী পাওজেল তারগা হান্নদগী শিংবা হেনগৎলগা, হেন্না ৱাশিল্লগা, অমসুং অয়াম্বদা শাজৎ-নিতিদা অমদি পুক্লিংগী ৱাখলশিংদা হেন্না শেংহল্লগা, হৈনিংবা ৱাখল কয়ানা পিক থন্দুনা ময়ুম ময়ুমদা হনখি। কয়া অমনা মমল য়াম্লবা নায়ত্রোম উনবদু অমুক্তং ফংলগদি খন্দুনা লৈথনহৌবসু য়াওবি। মরম অদুনা, বাবানা পোথাবা লৈতনা অয়ুক্তা, নুমিৎ য়ুংবদা, নুমিদাং ৱাইদা কৌশিন্দুনা, উনদুনা, ৱাবী শানদুনা লৈহৌরিবা লিশিং কয়াদু তাঞ্জা অদু ফংদ্রি ফাওবা, আশীর্ব্বাদ পিদ্রি ফাওবা চিন্দুনতা লৈ। মহাক্লা মথৌ অসুম তৌদুনা ঐখোয়গী করিশু লৈতবা মচা-মশুশিং অসিগীদমক মথৌ চিল্লিবসি মহাক্কি মিনুংশি লৈবগী তশেং-তশেংলবা খুদম্নি। মসি মহাক্কি পাওজেলশিংদা করিশু লৈতবা লন্নায়গী ওইবা মচা-মশুশিংদা পামশিনবা থাদোকউ হাযনা কয়াবক হন্না পাওতাক পিথ্রবসু, মসিগীদমক মতম অদুম কাইথোকপি। বাবানা খঙই মদুদি মহাক্কি মিৎয়েংদা কুইনা থেংনরিবমখৈ অমদি মাগী থৌজালদা কুইনা থেংনবিবমখৈ ঐখোয়বু সাধনাগী লম্বীদা পুশিল্লি অমসুং মায় পাকই।

নায়তোম উননবা হায়জবকপা অয়াম্বা নিংবা থুংহল্লবা মতুংদা বাবানা তিকপতিদা চৎখি। ত্যাগরাজ-কুম্মৈনা বাবাবু মফম অদুদা কৌবনি। ত্যাগরাজ হায়বা ঈশৈগী কালাকার অমসুং লাইনিংবা (মহাক শোক ১৮৪৭ তা পোকখি) অদুনা মঙদা লাক্লগা মাগী চাংদমনিংঙাই লৈত্রবী সেবক শ্রী নগবতনম্মাদা (Nagarathnamma) ভেনক্গরিদা চৎনবা অমসুং মানা নিংজবিবা ঈশ্বরদু উনরুনবা হায়খিবা নত্রা? নগরতনম্মাদু মাগী মবুংঙো অদু কনানো হায়বসিদা পুমঙক ঙকখি; মহাক্লা ভেনকতগিরিদা বাবাবু উখি!

বাবাগী পাওজেলদা মদুনা বাবাগী ৱারোলদু শন্দোক্লা তাকই, "মসিগী কুম্মৈ অসিদা ঐহাক তোয়না লাকই, মরমদি ঐনা খঙই মদুদি মসি ঐনা পাওথোক্কনি হায়না লাকখিবা থবক অদুগী শরুক অমনি"। "ত্যাগরাজ দি ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবা

থাদোকখি; থম্মোয নুংদা ঈশ্বর নিংজবগী অযৌবি নুংঙাইজবদু খঙখি; মদুগী নুংঙাইবদু মহাক্না থম্মোয় শোক্লবা ঈশৈশিংদা ফোঙদোকখি, যাম্না চন্না, অশেংবা ব্রাহে-ব্রাতানা, থম্মোযবুদি শুক্মৎপা অদুগা মীওইবগী জ্ঞানবু ঙাম্হোকহনবা। ঈশ্বরদা কমদৌনা চঙজগদগে হাযবগী অথুপ্পা, অবোনবদু মহাক খঙখি। চঙজবা নত্তনদি মীওইবনা অবান খুভম ফংবা ঙমদে। 'ঐ' হাযবদু ককথৎলু, অদু ওইববদি নঙ ব্রাইশংলে। 'ঐ' হাযবদু কমদৌনা হাৎকনি? মদু ঈশ্বরগী মখোঙদা থমউ, হাযযু, "নঙ নি" - "ঐ নত্তে'; অদু ওইববদি ঐ হাযবা পোৎশক্তুনা তকখাযবন্না পোৎলুমদো লৈববোই, নহাক হাঙলগনি ব্রাই শংলগনি"।

লাক্লেদো দসবা শোক ১৯৬২' সেপতেম্বর তাং ২৯দা নুমিৎ ১০নিগী কুম্মৈগী অহানবা নুমিৎ - প্রশান্তি নিলযমগী ফিবাল চিংখৎপদা বাবানা হাযখি : "প্রশান্তি নিলযমর্দদি, নুমিৎ খুদিংমক, কুম্মৈগী নুমিৎ অমমম্নি; মীকুপ খুদিংমক অশেংবা মীকুপনি"। হাযনবা লৈ, "নিত্য কল্যানম পককা তোবনম" - (তত্তনা পাঙথোকপা হবাও-কুম্মৈনা, তত্তনা শংই)। হাযবিবা দশবা অসিদা, বাবানা লাম্লিংঙাই লৈএবা মওংদা, মাগী থবক শঙ্গাখ্রে. মদুবু মানা অসুম্না হাযখি : "বেদ সম্বক্ষনা, বিদ্যাত্পোসনা, অমসুং ধর্মস্থাপনা"। অহুমমক অমগা-অমগা মখা পোন্নে; বেদশিংসি ধর্মগী হৌফম্নি, অহৈবশিংসিগী খুৎলাযনি; ধর্ম হাযবসিনা মাওংবগা অনাবগী শিদ-হিদাক্নি, গিতাদা শ্রীকৃষ্ণনা খঙহনবিখ্রে মদুদি মহাক মশাসি অকক্লবা শকওং নাযদুনা ধর্মস্থাপনা।গীদমক মী মবক্তা অবতাব তৌখ্রে। মতম অদুদা থাজবা পিখিবা; হৌজিক্না থবক ওইনা পাঙথোক্লবা! ঐখোযগী মিৎ অসি লংত্রিক্ লংনা পাঙথোক্লসি, অবতাব অসিগী অঙকপা মযাম অদু শাক্তি ওইনবা - হাযবদি উনবা।

- (০০)

# ৩. থবক্ঃ
## (THE TASK)

বাবানা, ভারত্তা সিবগী খ্বাইদগী অথোইবা লাইশঙ ওইরিবা ববানসি অমসুং বাইস্নবাগী (Vaishnava) খ্বাইদগী অথোইবা লাইশঙ বদ্রিনাথ - অনিমক শোক ১৯৬১ দা য়েংখি, মদু মফম অনিমক্তা ঈশ্বরগী শক্তি, মতিক-মগুণ, মঙাল হাপকৎনবা খোঙচৎনি। ববানসিদা মহাক্না বিশ্বেশ্বরা মুর্তিগী মথক্তা থম্লবা অখন্নরবা মণি-মুক্তা শেমখি অমসুং হাযখি - মসিনা ঈশ্বরগী খুভম অসিদা ঈশ্বরগী শক্তি, মতিক-মগুণ হাপকৎনবা শক্তি অদু লৈরবনি। বদ্রিনাথ-তনা হৌজিক লৈরিবা নরায়নগী মুর্তি অদুগী মখাদগী মিৎকি লিঙ্গ অমা পুথোবকখি; মদু মাগী মোত মতুংইন্না কাইলাস-চীংদোন্দগী পুরকপনি হায়খি অমসুং মফম অদুদা চহি ১২০০ রোমগী মমাংদা সংকরাচার্য্যনা আজা-পুজাগা লোযননা থমখিবনি, ইরাৎখিবনি! মসিগী মিৎকি লিঙ্গ অসি বাবানা কৌবা মতমদা লাকখিবা অসিমক্না ইতিহাসতা তাংকক অমা হাংদোক্লে। ফাওববা বাইস্নবা লাইশঙ অসিগী য়ুমফম ওইজরিবা লিঙ্গ অসিনা শিব-নিঙবগা নরায়ন নিঙবগা অনি অসি মরুদা অমতনি হায়বদু তশেংনা নিংশিংহনবনি।

মতম শাংনা থাজনরক্লবা, য়ানরক্লবা ব্রাফমগী মতুংইন্না হৌজিক বদ্রিনাথতা লৈরিবা নরায়নগী মুর্তি অসি মীরমগী মীনা অলকানন্দ তুরেলদা লংথরম্বনি অমসুং মতম শাংনা, মরু হক্না লাইনিং-লাইশোল তৌবদগী মদুগী মহৈ ওইনা তুরেল অদুগী নারদ-কুন্দ-দা লুপ্পুনা লৈরে হায়বসি খঙহনবিখিবনি। সংকরাচার্য্যনা মদু লৌখৎচরগা হৌজিক লৈরিবা মফম অসিদা লাৎখিবনি।

মরম অদুনা হায়রিবা নেত্রলিঙ্গ অদু মমাংঙৈগী অশেংবদুনি, মানা মদু শক্তি

হাপকদৌবিবনি, মতিক চাবা পুজাগী নিতি নিয়ম চুম্না, গঙ্গোত্রিগী অশেংবা ঈশিং যাওনা, সনানা শাবা বিলভা মনা যাওনা অমসুং তুম্মে-লৈ যাওনা (মদু বাবানা খুদক্তা যাম্না থুনা পুথোবকখি) কৎকদবনি হায়না লাউথোবকপা মতমদা বদ্রিনাথ - মন্দিরগী ত্রস্ত (Trust) -কি মী পুম্নমক যাম্না নুংঙাইনা অঙকপা ফাওখি।

বাবানা লিঙ্গ অদু সংকরাচার্য্যনা কাইলাসতগী পুবকখিবা অমসুং ভাবত্তা লাৎখিবা মঙা অদুগী মনুংদা অমনি হায়খি, মরম অদুনা মযামগী অঙকপদু হেনগৎখি অমসুং সংকরানা পাযখৎলম্বা ঈশ্বরগী পান্দম, খোঙজং (Divine Mission) অসিগী মরমদা তেন্না খঙনিংবগী ব্রাখল অযাম্বদা পোক্লখি। শুংকাও কাওফম থোক্লবা নুমিৎ অদুগী মমল যামখ্রবা মিনিট খরদংদা উজবা ফংখিবা লিঙ্গম অদুগী অশেংবা হৌবকফমদু লিবকপা মতমদা বাবাবু মশক খঙবা মীওই খরনাদি মদু চানৈ, অচুম্বনি হায়না যাৰ্জখি। চপ চাবা অশেংবদু খঙনিংখিবা মযাম অদুগী মরক্তা সালিগ্রামা শ্রীকান্তা সাস্ত্রিসু অমনি। মহাক সংকরা বিজয়া হায়বিবা সংকরাচার্য্যগী অবিবা পুন্সি ব্রাবী অদু পাখ্রবনি। সংকরাচার্য্যনা লিংখৎলম্বা ধর্মগী লাইশঙশিং অসিদা ইবাৎলম্লিবা লিঙ্গশিং অসি কদাযদগীনো হায়বসি খঙনবা থিবকখিবনি। মদুগী পাওখুম ওইনা, নোংচুপ মাইসোরগী চীংলক্তা সংকরাচার্য্যনা নিংখৎলম্বা শৃঙ্গেরি-মথতগী লাকখিবা পাওখুমদা মঙোল্দা হায়বকখি মদুদি হায়বিবা লিঙ্গাশং অসিগী ব্রাফম খর 'সিববহস্যা মাহেতিহাসা' কৌবা লাইবিক অমা মানা যাম্না ব্রানা কুইনা থিববা তুংদা বনার্বাসিগী বোঁদক কলেজ অমগী লাইব্রেরিদগী ফংখিবা অদুদা পল্লমই। লাইবিক অসিগী সেকসন মাপলগী তাংকক ১৬শুবাদা অসুম্না হার্যবি মদুদি - ভগবান শিবনা সংকরাবু কাইলাস্তা তবাম্না ওকখি অমসুং ব্রাহৈশিং অসিগা লোযননা আশীর্ব্বাদ পিখি ঃ "নহাকপু সংসাব অসিদা বেদগী অশেংবা তম্বিনবা খল্লর্বান - হায়র্বাদ অদ্বাইতা। হায়বিবা ধর্ম অসি শন্দোক্লুনা চহি ৩২ তাইবং সংসাবদা লৈব বো, যাদবা কাংব্রুসু জয তৌশিল্লু। ঐনা পিবিবা লিঙ্গ মঙা অসি লৌবো। মখোয অসিবু পনচক্ষাবি অমসুং সতকদ্রভিষেক্কা লোযননা পুজাতৌ। অশেংবা বিলভা-মনা কৎলু অমসুং উৎ কৎলু অদুগা শেংলবা প্রানভা মন্ত্র শোল্লু। মায পাকপগী খোঙচৎ অহম - দ্বাইতগী অমম্বা কোকহনবা মপুং ফাহল্লু অদুদগী পুমশেং শেংলবা কাইলাসতগী পুবকপা যোগা-ভোগ, (Yoga - Bhoga), ববা মুক্তি (Vara-Mukthi). অমসুং মোক্ষ (Moksha) কৌবা, থা

মচেৎ শাবা খুদম শাক্কিনা য়াওবা লিঙ্গশিং অসি নগুগী নশা অসিনা কনচিপুরমদা (Kanchipuram) থরাইগা কায়নদ্রিভৈদ অশেংবা মফম খল্লগা লাৎলু"। অদুনা, বদ্রিনাথতা লৈরিবা লিঙ্গগী রারী অসি তশেংনা অচুম্বনি।

আনন্দগিরিগী সনকরা বিজয়া হায়বা লাইরিক অসিনা হায়রি মদুদি লিঙ্গ মঙাগী মনুংদা অমদি নিলকান্ত ক্ষেত্রদা থমখি, মদুনা বদ্রিনাথকী মতুংদা লৈবা, য়াম্না শেংলবা, মতম পুম্নমক্তা উন্তনা কুপ্তুনা লৈরিবা, হিমালয় চীংশাংগী মহারানি-নি হায়নরিবা নিলকান্ত পরবতপু নিংশিংহল্লি।

বদ্রিনাথতা লাইশঙ অমা লৈ মদু "অরিবা কেদরেস্বর" - (The Original Kedareswara) কৌই। মসিগী রারি অমা লৈ মদুদি বিষ্ণুনা মফম থিবকপদা বদ্রি অসি 'তপ' তৌনবগী অফবা মফম্নি হায়বসি খঙখি, অদুবু মসিদি শিবনা হান্ননা কনশিনখ্রে খঙবদগী মসি লৌননবা থৌরাং অমা তৌখি। মহাক্না অঙাং অমগী শক্তম লৌদুনা কন্না কপখি। কনা লৈজদ্রবা অঙাং অদু পারবতিনা লৌখত্তুনা যোকপিখি, শিব-নদি মদু য়াখিদে। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নোংমা শিব অমসুং পারবতিনা তুরেলদা চৎখিবা মতমদা অঙাং অদুনা মাগী হান্নগী শকফম অমুক হঞ্জিনখি। মখোয়না হল্লকপা মতমদা বিষ্ণুনা মহাক অদুদা অদুম লৈবগে হায়খি, অদুনা মখোয় অনিনা য়াম্না লাপ্না অতোপ্পা মফম অমা থিবদা হৌজিক লৈরিবা কেদবনাথ (Kedarnath) অসিদা লৈখি।

রারী অসিনা তাক্লিবদি বদ্রিগী লাইশঙ অসি অহানবদা 'শিব' পুজাতৌবা কাংবুগী ওইরমই অমসুং মতুংদা বাইস্নবাগী হায়বদি নরায়ন শেবা তৌবা কাংবুগী ওইখি। শেংলবা মফম অদুদা নবায়নগী মুর্ত্তি খন্বা হৌখিবা মতম অদুদা হান্নদগী কাইলাস লিঙ্গ অদু অদুম লৈরম্বা য়াই। বাদ্রিদা আধ্যাত্মিক্কি রাখল হৌরকখিবসি অহানবা ওইনা হায়রিবা লিঙ্গ অসিদগীনি হায়না বাবানা খঙহনবিবদগী ঐখোয়না লিঙ্গগী মবমদা কুপথনা নৈনরুবদা অঙকপশিং অসি থোরকখিবনি। নিলকান্ত ক্ষেত্র হায়গেরা নত্রগা কেদরম হায়গেরা, হৌজিক নরায়ন মন্দির লৈরিবা মফম অসিদা সংকরাচার্য্যনা লিঙ্গ অমদি থম্বিরমই; মসি শেয়দ্রবা রাফম্নি। ঐখোয়না বদ্রিনাথ লিঙ্গগী রারী নিংশিংলকপদা কনা অমতনা হায়ঙমদ্রবা রাফমদা বাবানা কয়াদা নিংথিনা, লুনা লৈবা ঈশ্বরগী রাফমসি মনুং হঞ্জিন্না খঙবিরম্বা অসিগীদমক তৌবিমল খঙবা খক্ উৎপা, ভক্তি ব্যবহার খক উৎপা ঙমই।

ভাবতকি অচৌ অচৌবা মন্দিবশিংদা লাৎনবিবা মুর্ত্তিশিং অসিদা লাইগী শক্তি হেনগৎনবগী খোঙজং মখা চথবকপা ওইনা বাবানা খা-ভাবত্তা লৈবা কাসি অমসুং বাদ্রি-দসু চৎখি, শ্রীসাইলম অমসুং পনধবপুব-দসু চৎখি। শোক ১৯৬৩গী জানুযাবি তাং ৫দা শ্রীসাইলম য়েংবা মতমদা বাবানা হাযখি : "মসিগী মন্দিব অসিনা চহি চা কযাগী মমাংদগী শেংলবা থম্মোয লিশিং-লিশিং কযাবু থেমজিনবিখ্রে, পেলহনবিখ্রে। সংকবাচার্য্য মফম অসিদা লৈবমই, মফম অসিদা মহাক্না শান্তি ফংখিবা অমসুং মফম অসিগী অশেংবগী মবমদা মহাক্না ঈশৈ শকখি। মহাক্না মফম অসিদা চক্র অমা থমলমই, মদু ঐনা হাযবিবসিনি, পতালা গঙ্গাগী (Pathala Ganga) মনাক্তা শুকং মচা অমদা লৈবি।" মহাক্না মখা অমুক তাখি! "অশেংবা মফমশিংগী অকোযবদা লৈবিবা ফিভম (Atmosphere) অসি হেন্না ফগৎহনগদবনি। মফমশিং অসিগা মপু ওইবিবা লম্বোইবশিংগী মওং-মতৌসি যান্না শাথিনা চুমথোকপা দবকাব ওইযে। মসি ঐনা পাঙথোক্কনি হাযদুনা লাক্লিবা ধর্ম যোকখৎপা, কনবা হাযবদুগী শকক্ অমা ওইনা ঐনা তৌগনি।"

শ্রীসাইলমগী মন্দিব অসি চহি চা কযাদগী মবৈবাক নিংবা সিবাজিগুম্বা অমদি অককা-মহাদেবীগুম্ব অবাংবা থাক্কি লম্বোইবী, লাইনিংবা কযানা যান্না মক-হক্না ঈশ্বর্বসিদা ভক্তি লৈবকখিবশিং অদুনা যান্না মপৃং ফাহল্লবা লাইশঙনি। শ্রীসাইলমদা লাৎলিবা ইবুংঙো, হবেম্মা অনিগী মমিংগী নুংদা লৈবিবা অর্থদু বাবানা খঙহনবিখি। ঈশ্বব অনিসি মল্লিকাবজুনা অমসুং ভ্রমবম্বা কৌই। মসিসু অনৌবা ৱাফম অমনি - বাবানা মসিপু নিংজবা কাংবুদা চাবোল-শুবোল কযাগী ওইনা পিবিবা খুদোলান। অর্জুনা হাযবাস - অঙৌবা, অশেংবা, মবাললৈতবা; মল্লিকা হাযবদি মবিক অমা ফাওবা অহাংবা লৈতন, ভৌববা মল্লিকা লৈ। অদুনা, মল্লিকাবজুনা হাযবদি উত্তনা পুমচৌ ঙৌবা কাইলাসতা লৈবা শিব; অশেংবা, অইংবা অমসুং শেংলবা উত্তা ঈশা পুন্নমক পুমতৈ-তৈববা। মহাক অসি যান্না মনম নুংশিবা লৈ অদুনি, লেনম অদুনা খোইমু হাযবদি লোযনবীবু চিংশিনবা, শক্তিগী শক্লোন লৌবিবা হযিংখোয ভ্রমবাবু চিংশিনবা। মহাক অসি অশেংবা, থৱাই যাওবা ভক্তগী মহুৎশিনবিনি, অদুগা মল্লিকাবজুনা হাযবসিনা থম্মোয় শেংনা চংজবা, হাযজবা, খুকমজবদা থৌজাল-পিনবিবিবা ঈশ্বব অদুগী শক্তমনি।

মন্দিব অদুগী খ্বাইগা মনুংদা লৈবিঙৈদা বাবানা মল্লিকাবজুনাগী মথক্তা সনাগী

তুম্মে লৈ (Thumme-Flower = Leucas Linifolia) মহাক্না খুদক্তা মখুৎ ওৎলগা পুথোক্লুনা হৈথখি। মদুনি, লাইশঙ অদুদা লাৎলিবা লাই অদুগী শক্তি, মথৌ হেনগৎনবা অমসুং থৱাই য়াওশিন্ন খুরুমহন্নিংনবগী, মন্দির অদুগী মগুণ হাপকৎনবগী পুজাগী থৌওং হায়বদু মদুনি।

পনধরপুর অমসুং পান্দুরঙ্গ অমদি রুকুমায়িগী মন্দিরগী ৱারীসি মারাথা অমসুং কন্নাদিগা-গী ৱারীদা তোৎশিনখ্রে অমসুং অতৈ মীওই কয়া অমদা চৈশাং শিংনা লাইশঙশিং অসিনা পিরকখিবা হৈনিং-হরাওবা, ইথিল অদুনা লম্বোইবী, লাইনিংবা, কবি-কয়াদা মশানা থেংনজখিবা নুংঙাইবগী ঈথক-ঈপোম অদুনা ফোংদোরকপা ঈশৈনা ফাওখ্রবা কয়াগী ৱারীগসু তিনশিন্নখরে। পুরানদরদাস হায়বা কোইচৎ-চৎপা, পান্দুরঙ্গগী মতিক মগুণ শিংথাদুনা শকপা, ঈশৈ য়াম্না হৈবা নুপাদু কনাদগী লম্বোইবনি; তুকারাম অমসুং অতৈ ঈশ্বরগী অচৌবা মনায় কয়া অমনা মহারাস্ত্র লৈবাক্তগীনি। অঙাং ওইরিঙৈদা ফাওবা বাবানা পুত্তপার্তি খুঙ্গংদা অঙাং ময়াম অমা খোমজিনখি; মখোয়না নুংঙাইবগী জগোই শাখিবা, ঈশৈ শকখিবদু পনধবপুবদা লৈবা পান্দুবঙ্গ ভিত্তাল উরুবদগী ফংলকখিবা নুংঙাইবা অদুদগীনি। মহাক্না মমান্নবশিংনা শক্লবা থম্মোয় শুহ্মৎলবা ঈশৈ কয়া তেলেগু মরোলদা ইখি; ঈশৈশিংগী মরক্তা খবা অমদি পনধরপুরদা মবুংঙোনা মনায় ভক্তশিংদা আশীর্ব্বাদ পিবিখিবগী মবমদা মতিক মগুণ ফোংদোকই; খর অমনা চৎকদবা লম্বীগী মরমদা মপুং ফানা ফোংদোকই, খর অমনা ৱারবা যাত্রিকশিং অদুনা অবাপ্পদগী ইবুংঙোগী মন্দির উবদা ফাওখিবা থিংঙমদ্রবা নুংঙাইবদু ফোংদোকই; খবনা শাংলবা লম্বী অদু চৎপদা থেংনবিবা অৱাবশিং অদু ফোংদোকই। বাবানা অঙাং ওইরিঙৈদগী, ঈশ্বরগী খুজিল-থৌরাং, নিংথিনা শন্দোক্না তাকপা ঙন্নবোইদবা মরী অমনা বাবাবু পনধরপুরদা চিংশিল্লি।

মমৈথংদা বাবানা শোক ১৯৬৫গী জুনগী তাং ১৩দা মহারাস্ত্রদগী ভক্ত ময়াম অমগা লোয়ননা মন্দিব অদু য়েংখি। মহাক্না পান্দুরঙ্গগী মমাংদা তুমিন্না মিনিট খরদং লেপলমই, ভিত্তাল্ (Vittal) অদুগী শক্তমদু বাবা মশামক্লি, মঙোন্দা য়াওরিবা শকওং অদু উজবা পাম্বা কাংবুদা য়াম্না তোয়না উহনবিখরে; অদুগী মতুংদগী মাগী লোয়নবী রুকুমায়ি, রুকমনি, ঈশ্বর অদুগী শক্তি অদুগী মন্দিবদা চৎলমই, কাওঙমদ্রবা থৌদোক অমনা মঙোন্দা ইনশিল্লকপদগী মহাক্না মঙ্গলাসুত্র অমা

শেমখি অমসুং মদু লাইবেন্মী অদুগী ঙকশমদা হুকখি। মিকুপ অদুদা ভগবত্তা থোকখিবা থৌদোক অমা নিংশিংহল্লে। হায়বিবা মন্দিবশিং অসিদা নত্তনা বাবানা বৃন্দাবনগী গিবিধাবি মন্দিব অমসুং উত্তব-প্রদেশতা লৈবা অয়োধ্যাগী বামাচন্দ্রগী মন্দিব অমসুং ভদ্রচলম অমসুং মহানদি, (অন্ধ্র-প্রদেশকী ঙাক্তনি) মন্দিবশিংদসু চত্তুনা মখোয়গী মতিক মগুণ হাপকৎখি।

মী লাক্ষ-লাক্ষ কযানা শান্তি অমসুং পুক্নিংগী অপেনবা ফংনবিবা মফমশিং অসিবু অমুক হিংগৎহনবা হায়বসি ধর্ম যোকখৎপগী পান্বেশিংগী মনুংদা অমনি। ধর্ম অদুগী তুংনফম ওইবিবা, ধর্ম অদুবু অর্থ হন্দোক্লিবা কাংবু অদুদা মখোয়গী অহেনবা দাযিত্ব লৈ হায়বগী ব্রাখল অসি ফাওহনবগী দবকাব লৈ। হৈশিংবশিংবু যোকখৎপা অমসুং বেদবু তেব কাযদনা শেন্নবা হায়বা থবক অনিসিদি লমদম অসিগী পান্দিতশিংবু মাগী থৌজালগী মনুংদা পুশিল্লবা মতমদতা ঙমগনি।

বাবাগী থবক অতৈ পুন্নমক্কুন্না, থৌজাল হৈথবিবগী থবকসি মথন্নতা থোকচবগী মওং ওইনা লার্কখি, কনা অমতনা থৌবাং অসিদা খঙলুবা লৈতে। গোদার্বাবিগী তুবেল তাফমগী লমদম অসিদি ঙসি ফাওবদা অন্ধ্র-প্রদেশতা থাইনগী অবিবা লাইবিব হৈববা মীওইশিংগী মর্যুন্নি; বেদ হৈববা পন্দিতশিং অসিনা বেদ তন্নীবগী থবক অসি যোকখৎনবা হোৎনবদা সমাজনা মীবাইবিবা অমদি শেল থুমগী অৱাবা চৈথেং কযাগি অকনবা শাফু মাযোক্লবি।

বাবানা নোংপোক গোদার্বাব ডিষ্ট্রিক্টা লাকপা মতমদা, মানা যাওবিগদবা থৌবম অমদা যজ্ঞ অমতং যাওননবা ভক্ত খবনা হৌদোক্লবদা বাবানা হায়খি মদুদি দশবাগী মতমদা ভাবত পুন্নমক্তগী লাক্লিবা মীওই লিশিং কযাদুসু নুংঙাইজবা অদু ফংজনবগীদমক্তা দশবাগী মতমদা প্রশান্তী নিলযমদা পাঙথোকপা য়াই। মদুদা পাঙথোকপদা যাওগদবা অহৈবা মীওই কযা - পন্দিতশিং, শাস্ত্রিশিং কোনা-সিমাগী হায়বদি দেলতাগী লমদগী থল্লগা বাবাদা পিকবা মতমদা বাবানা মদু নাকন্দা ইন্থোক্তুনা থল্লগা হায়খি মদুদি মাগী জগাদি কোনা-সিমা খক্তা নত্তে, বেদা সিমানি হায়বদি বেদবু ব্যবহাব তৌবিবা মফম পুন্নমক্লি হায়খি। অদুনা মমিং পবেং অদু অমুক শেমদোকখি, অমসুং বেনাবেস, বঙ্গলোব অমসুং হাযদববাদতগী পন্দিত কযা অমা বার্ত্তন তৌখি, মদু গোদাবর্বি তাফমদগী লাক্লিবা শাস্তু অদুগী মথক্তনি।

মখোযনা মাগী মাগী খুঙ্গংদগী লাকখিবা মতমদা হাযবিবা মীওইশিং অসিনা খোঙচৎ অদু মশা-মশাগী পুন্সিগী ওইনা অমদি ভাবতকি অমসুং মসিগী কলচবগী মবমদা কযাদা চাউখ্রবা যুগ অমা শেন্বা য়াবগী থৌদোক্লো হাযবসি মখোয খঙখিদে. মবমদি মখোয খুদিংমক যাম্না ফজনা থাজবগা, হেন্না মথৌনা ফুদোক্লগা. বেদ-দা থাজবদু হেন্না মবা চেৎহল্লগা মযুমদা হন্নখি, মদুনা মাগী অমদি লৈবাক্কি হিংজনবগী লম্বীদা বেদ-না মকনি হাযবা থাজবা ব্রাখলগা লোযননা হনখি।

যঞ্জ অদু বেদপুকশ সপতাহা জ্ঞানা য়াজনা কৌবমই অমসুং মসিগী শকক অনী লৈবমই - অযুক্তি শকক অদু নুমিৎ ৭নি অতিকদ্র হোমা (Athi-rudrahoma) অদুগা নুংথিলগী শকক অদুনা জ্ঞানাযাজনা; মসিদনা বেদ হৈববা অথা ওবা কযান। অর্থ অমসুং কান্নবশিং অদুগী মথমদা শন্দোক্লা তাকখি। পাঙথোক্লিবা পুজা অদুনা বেদগী কান্নবশিংদু খঙহনগদৌবিবনিনা বাবানা খ্বাইদগী কুপ্পা নিযম মশা মশু ফাওবদা যাম্না চেকশিনগদবনি হাযখি। মবম অদুনা, যঞ্জ মানডপ-কা মখোঙ, মশিং, চাউবা-পিকপা, যুংযম, পুজাগী কোম মশিং, তৌফম অমসুং অতোপ্পা লোন্নগদবা লাইশিং যোগিনি, বাসতুপুকশা. অভযনকবা গুম্বা থেএপান। অমসুং নবগ্রহ-নচিংবা পুন্নমক চুম্না যুংলমই। শাস্ত্রনা হাযবা মতুংইন্না মখোযগী ফম্নবদু কুস-নাপিনা শাবমই। পুজাগী মচাকশিং - শঙ্গোমদগী শেন্বা ঘী, লৈশৌ লৈপাক, কোনুং শগোলশঙ-শামুশঙগী লৈপাক, সনা খোংনাং মনা-মতোন. অখন্নবা উনানা শাবা চামচ-নচিংবা পুন্নমক বাবাগী মিৎযেং মখাদা থৌবাং তৌদুনা থমখিবমই। পুন্না ঘী চামচ ১,২৬,২৭০ নুমিৎ ৭নিগী পুজা অদুদা মৈগী কন্দদা কৎখি, মতম অদুদা ঈশ্বরগী চানবা মমিং অমা শোনখি। বেদগী মতুং ইন্না কৎখ্রবা যঞ্জ অদুনা পৃথিবীদা যাইফবা অমসুং শান্তি ফংগনি। বেদ-না হাযবি; "শান্তি পাম্ব কাংবুদি মসিগী পুজা অসি কৎকদবনি"।

চযোল অদুগী মনুংদা বাবানা পিখিবা পাওজেলদা হিন্দুশিং ফাওবনা মৈদা ঘী যাম্না হৈজিনখিবগী মতাংদা শেংদোকখি। অসিগুম্বা মীতাশিং অসি শেলতা খন্দুনা লৈবা কাংবুনি হাযখি, ঘী-খকৎ-খকৎ হৈদোকপা, শীং মপুন মপুন থাদোকপগী ব্রাখলদতা লৈবা কাংবুনি, মসিনা ঈশ্বরবু পেলহল্লগা ফংলক্কদবা তুংকোইগদবা নুংঙাইবা, হেন্না মমল যাম্বা পোৎ অদুবুদি উবা ঙমদবা কাংবুনি হাযখি। থাইনদগী চৎনদুনা ব্যবহাব তৌনবক্লবা পুজা অমা পাঙথোকপা

অদুমক্লা পিবিবা অপেনবা, নুংঙাইবা অদুদি শেল ওইনা ফোংদোকপা য়াবা নত্তে। "হংলিবা মীওইশিং অসে পোকপদগী চেং বেগ চা-কযা চাখ্রবনি, ঘী-চফু কযা থকখ্রবনি। অদুবু মখোযদা ব্রাহং অমতা হংগে, মখোয নোংমতা ফাওবা নুংঙাইবা ঙমখ্রব্রা নত্রগা মখোযগী মবী মতাদা নোংমতং নুংঙাইহনখিবা ঙমখ্রববা? মসিনা পৃথিবীদা শান্তি অমসুং নুংঙাইবা পি। ঐ অমসুং ঐগী মী পুম্নমক নুংঙাইহল্লি; মদুমক মতিক চাববা ফর্লনি। ঘী অদু মৈদা হৈজিনবা মতমদা বেদ থাজদবা নত্রগা খঙদবা কাংবুনা মদু অবেম্বনি, কান্নদবনি হাযনা লৌই। লৌউবা হৈতবা কাংবুনা ফৌ চাযথোকখিবা অদু অবেম্বদা মাঙহনবান হাযনা লাউবা যাই। লৌমী অদুনা মদুগী শক্ক চামা হেন্না ফংগদৌর্বনি হাযবসি মখোযদি খঙদে। মসিসু মদুগুম্বনি। খুকমজবিবা পুম্নমকসে মতিক চাবা মন্ত্রগা লোযননা চুম্না কৎলবদি মফম চানা যৌহনবা ঙমই। মসিসু অতৈ অমগুম্বা, বিজ্ঞান অর্মনি"।

অন্ধ্র-প্রদেশতা বেদ হৈবদা খ্বাই পুম্নমক্তগা হেনবা, বেদ সমবাত মিংথোল ফংখ্রবা Brahmasri Cherkumalli Kamesvara Ganapati (B C K G) না যজ্ঞ অদুগী পুম্নর্মাক্ক যেংশিনবা ওইনা লৈবমই অদুগা ন্যায বেদান্তদা হৈথোই-শিংথোইববা পন্দিত অমবুনা লুচিংবা ওইনা পুথল্লমই। শ্রী উপ্পালুবি গনপতি শাস্ত্রি হাযবা বেদগী ব্রাহৈ খুদিংমক নিংথিনা খঙলবা, মিংথোল কযানা লৈতেংলবা, মশাগী চাহি ৭০ হেল্লবা অহল অসিনা জ্ঞানা যাজনাগীসভাপতি ওইখি।

শ্রী গনপাতনা হাযখি মদুদি মহাক্লা চহি ৫০ থেংনবকপা যজ্ঞ অমসুং যাজনা-গী মনুংদা হন্দর্কি অসিগুম্না যাম্না যম চুম্না. চেকশিন্না পাঙথোকখিবা অমতা থেংনখিদ্রি। তশেংনমক নুমিদাংযাই খুদিংগী মহাক্লা মযামদা পিবা পাওজেলদা মতাং খুদিংদা বেদগী নিযম চুম্না ঙাকপগীদমক বাবাবু থাগৎখি। বাবাসি বেদ পুকর্শনি হাযবসি মহাব যাখি। বাবা মশানা লাউথোকখি, "নখোয লান্না লৌগনু; ঐহাক পূজা অসি পাঙথোকলিবা মাদু নত্তে। ঐহাক পূজা অসিদা কৎলিবা মযাম আসবু লৌবা অমসুং মদুগী মহৈ-ফল পিবা মাদুনি"। মসিগী প্রমানসু পিখি। যাজনাগী অবোযবা বৎপগী মতাংদা নশাগী অনিংবগা লোযননা নশাদা লৈবা ফওবা বাখল পুম্নমক, মদকাব অমসুং অনেম্বা থাক্কি অপাম্বশিং, অনেম্বা থাক্তা হৈনবা লমচৎ-শাজৎ পুম্নমক কুন্দগী মৈ অসিদা লোযনা হৈজিল্লু"। ব্রাফম অসিদা সনা, লুপা, মণি মুক্তানচিংবা মমল যাম্বা শিবা কাংবু অদু মৈদা কথোকনিংবগী নাখল অমা ফাওহনাথ। বাবানা মথং অমসু লাউথোকখি : "হয়েংদি অবোইবা

কখোকপগী মিকুপ্তা কৎলিবা পুম্নমক অদুবু লৌরিবা মীদো, য়াজনাপুরুশতো উহ্নগনি"।

ব্রাশকখিবা অদুগা চপচাননা মিকুপ তাঞ্জা অদুমক্তদা বাবানা য়াজনা বেদি অদুদা কাখৎখি। মীওই লিশিং কয়াদা মহাক্কি দর্শন পিখি অমসুং পুম্নমক অদুনা য়াম্না হবাও-মথোয কাবগা লোযননা কৎলিবশিংনা য়াজনা অদুবু লৌবিবা মীদু বাবানি হাযবসি য়াখি।

মতাং অসিদা পনগদবা অমনা সিবদি সাই বাবানা শিজিন্নবম্বা ঈশিং খুজাই, কমন্দলু অদু যাম্না অঙকপা মওং অমদা প্রশান্তি নিলযমদা যৌবকখিবদুনি, মদু পুজাগী থৌবম পুম্নমক্তা শিজিন্নবিবা ঈশিংদু হাপ্পবগীদমক ষঞ্জ মানতপতা থমখি; মদুনা সাই অনিদু মথং-মথং চথবকপনি, অমতনি হাযবদু থবক্লা উৎখ্রে। লমজিংগদবা পুবোহিত অদুনা নবগ্রহ থম্লবা দবকাব লৈবকপা মতমদা বাবানা খুদক্তা মখুৎ ও ত্তুনা পুথোকখি অদুগা সনাগী প্লেত অমা লোযনফম থোকপা মন্ত্রগা ঈশিংদা হাপনবা মখুৎ তিংথোবকপা মতমদা বাবানা খুদক্তা শেল্লগা মঙোন্দা পিখি। মতৌ অসুম্না মণি মাপল অদুসু প্লেত অদুগী মথক্তা থাদখি। পন্দিতশিং অমসুং তিল্লিবা মী লিশিং কযাদুনা বাবাসি ঈশ্ববনি হাযবগী মঙাল অমসু ফংখি। নোংনা হৈথদুনা তাবক্লবা মতমদা, নুমিদাংব্রাই অমা বাবানা মাগী ফমফমদগী কুমথবক্লগা শঙগী মপান্দা থোকখি অদুগা যাম্না খাক-লাউবিবা অতিযাদা যেংখৎখি; সিবদিদা তৌখিবগুম বাবানা "নখোযগী অশাওবদু তোক্লো, ইংথবো" হাযনা চৈবম্না যাই; মবর্মদি অতিযাদু খুদক্তা ইংথখ্রে অমসুং পুমশেং শেংখ্রে।

ষঞ্জ অদুগী ফল যাম্না ফংখি, মদুগী মনুংদা মরুওইবর্দি লমদম অদুগী পন্দিতশিংগী মিৎযেং হোংদোকখিবদুনি। মখোয অযাম্বনা বাবাসি মেজিক্তা লম্বা লৈতনা হৈবা মীনি হাযনা খল্লগা লাকখিবনি, ব্রাখল অদুমক্তনা মমাংগী যুগতা সিসুপাল, দুর্য্যধন অমসুং অতৈ মীওই কোতি কযানা ঈশ্ববগী থৌজালগী ব্রাংমদা লৈখি। গনপতি শাস্ত্রিসু অসুম্না খল্লমই হাযবসি মশানা যাজখি; অদুবু "মহাক্লা নুমিৎ কযানি জ্ঞান ষঞ্জ অসিগী মনুংদা থেংনবসিদা, অমসুং মতমচুপ্পদা তোমথিল ওইবা মাগী মতিক-মগুন্তবু উবসিনা ঐহাক ভাব তাজবে মর্দুদ ঐহাক্লা মহাক কনানো হায়বসি ওনবা খঙবা ঙম্মুদবনি, মবমদি মহাক্তি ঈশ্ববগী অবতাব শোযদনমক্কি ওইবমলে"।

মসিগা চপ মান্ননা একসপেরিয়েন্স লৈখিবা দর্শনাভুসনা চতুস্তন্ত্রি কোল্লুরি সোমাসেখর শ্রীস্ত্রিনা বাবাবু থুনমক অসুম্না হায়বা হৌরকখি মদুদি বাবাদি ভগবত লীলা অবাতরনি, লীলা-মানুষ বিগ্রহনি, হায়বদি মহাক অসি য়েৎননিংঙাই করি অমতা লৈত্রবা ঈশ্বরনি। বিদ্বাত্কবি বেম্পার্লা সুর্য্যনরায়ন সাস্ত্রিনা য়ামখ্রবা ভক্তশিংগী মমাংদা ফোংদোকখি মদুদি মহাক্না বাবাসি ঈশ্বরগী অবতারনি হায়বা ৱাফমসিদা য়ারমদে, মীয়াম অমনা মখোয়গী পুন্সিদু বাবানা পিবিবা বিভুতিনা কনবিখ্রে হায়বদা মহাক থাজখিদে; মহাক্কি মরুপ শ্রী কামেশ্বর গনপতি ফাওবনা বাবানা মাগীদমক্তা রাজামুন্দ্রিদা শেম্বিখিবা অমসুং আশীর্ব্বাদ পিবিখ্রবা খুদোলশিং অদুবু মঙোন্দা উৎখিবদা মহাক্না য়েংখিদ্রবনি. য়াখিদ্রবনি। অদুবু, য়াজনা অদু লোয়শিন্দ্রিঙৈদা মহাক মশানা য়ার্জখি মদুদি, "বাবাসি কৃষ্ণ অমুক হন্না লাকপনি হায়বা থাজবসি ঐগী থম্মোয়দা লুনা মরা তাখরে"। মতৌ অসুম্না য়াম্না থাজদবা মীশক অমা ওইরম্বা ৱারঙ্গালগী অদৱাইতবেদান্ত সিরোমনি, মীমাম্শবিসারদ্ মল্লভজল ভেনকতসুব্ব সাস্ত্রিসু বাবাসি ঈশ্বরগী অবতারনি হায়বসিদা য়াম্না কন্না থাজরবা মীশক ওইখ্রে। মহাক্না হায়খি মদুদি কৃষ্ণনা আর্জুন্দা উহনবিখিবা বিশ্বরুপকি শক্তম অদু থাজদবা মীওইশিংদদি য়াম্না চাউবা মিত্রং অমনি হাযনা মরা লৌখিদবসু য়াই; করিগুম্বা ঈশ্বর মশামক্না মখোয়গী মমাংদা থোকল্লবসু মদু মখোযনা মিৎকি অশোয়বনি হায়গনি নত্রগা ভাবনা শেরান্ননা খনবদগীনি হায়খিবা য়াই। অদুবু, সাস্ত্রনা হায়রিবা মখল মখাগী চাংয়েংশিংদু মহাক্না বাবাদা পানশিন্দুনা য়েংখ্রে অমসুং মদুগী ফল ওইনা ইশাগী ৱারোইশিনখ্রে মদুদি বাবাসি ভাগবদ অবতার মুর্তিনি, মরম অদুনা, লেঙদবা ভক্তি অমসুং তশেংনা নুংশিবা প্রেম্না বাবাবু পুজা তৌনবা মহাক্না পুম্নমক্তা হায়জখি, বাবাবু মখোয়গী ওজানি, লমজিংবনি হায়না লৌনবসু হায়বিখি, লোয়ননা অসিগুম্বা উপাইশিং অসিনা মশাবু কনজনবসু তাকপিখি।

হন্দক পন্দিতশিংগী থম্মোয়দা অওনবা অমা লাকখ্রিবসে বাবানা হান্না লাউথোকখিবগা অদুম চুম্নবনি; মরমদি মহাক্না য়াম্না তোয়না হায়খ্রে মদুদি বেদ, শাস্ত্র হৈরবা মীতনা মাগী মরমদা থরগী মখৈ খঙবা ঙমগনি। মরম অদুনা মসিদা করি অমতা অঙকপগী ৱা নত্তে মদুদি নুমিৎ ৭নিগী ষঞ্জ অদুদা তিনখিবা পন্দিত ১০০ হেনবনা কনানা কনাদা হৌনরুবা, ইনশিল্লুবা তৌদনা, ১০নিশুবা নুমিত্তা

অখন্নববা থৌবম অমা পাঙথোক্লবা ব্রাবেপ্লখি। মদুবু মখোযনা "মবোল অহুম জয তৌববা" হাযবদি সংসাব অহুমদা জয ওইববা হাযবদি স্বগ, মর্ত, পতাল অহুমমক্তা জয তৌববা হাযনা কৌখি। কনাগী জয ওইবগীনো মখোযনা পাঙথোক্কদৌবিবদো হায়না হংবা মতমদা মখোযনা খুমখি : "বাবাগী"। বেদশিং, অদুগা অতৈ লাইবিকশিং পুন্নমক্লা হাযবিবসি সিংহাসন মথক্তা ফন্নিবা ঈশ্বব অদুদা চংজবগা ঐখোযদা অমুক্তং নুংশিনা মিৎযেং অমতং যেংবিনবা হাযজবা অদুগা ঐখোযদা পাঙ্গল হাপ্লিদুনা মদুনা অমুক মীওইবা জাতিবু চংজফম পিবা ঙমজনবা হাযজৌ হাযবনি। মখোযনা বাবাদা সিংহাসন্দা কাখৎপিনবা হাযজখি অদুগা মখোযনা পুন্নমক্কি যাইফনবগীদমক বাবাদা চংজসি হাযনা হৌদোক্লখি। বাবানা যাখি। খবনা যেংখিবা মতমদাঃ "বাবা! মখোযনা নঙোন্দা থৌদাং অমা লৌ হাযবা! মখোযদি থৌদাংদু ওইবা যাই অদুগা নহাক্তি ঈশ্ববনি"। বাবানা মবক থৎখি: "অদুবু হৌজিক ঐনা মীওইবগী মওং অসিদা থৌদাং অমা লৌবি। মথৌ লৈতবা (Function-less) অমসুং থৌদাং লৈতবা (Role-less) অদু লাক্লে, মথৌ অমা লৌবে, অমসুং মথৌদাং অমা লৌবে"।

"(Tribhuvana Vijayam)" "ত্রিভুবন বিজযম"-গী থৌবম পাঙথোক্ল বা শেম শাবকপদা কনা অমতনা কবি অমতা খঙনদবা অঙকপা থৌদোক অমা থোকখি। চযোল খবগী মমাংদা বোম্বেদা ভক্ত অমনা মঙ অমা মঙখি; মহাক্লা বাবাসি সেশা লিনগী মথক্তা নবাযন ওইনা উখি। অদুনা, মহাক্লা যাম্না ফজববা লিন অমা, মবৈ-মবৈ তাশিনবা, মঙক থেক্কৎপা, মমু কামথোকপ নচিংবা হিবম খুদিংদা মপুং ফাববা অমা উনা শাহল্লমই অমসুং মদু মাগী মবী মতানা গাবি অমদা হাপ্লগা প্রশান্তি-নিলযমদা পুবকখি। পন্দিতশিংদু যাম্না হবাওখি মবমদি মখোযনা থৌবাং অদু পাঙথোকপদা অওইবা ওইনা উহন্নবা হোৎনবদা চংলিবা লিনগী সিংহাসন অদু বাবাগী অনিংবদগী মখোযগী মনাক্তা যৌবকখ্রে।

দৃশ্য অদু গনপতি শাস্ত্রি মশামক্লা শন্দোক্লা হাযবসনু ঃ "ষঞ্জ-মানতপ্ অদুনা তুংদা লৈবগা মমাংদা বাবানা সেশা লিনগী মথক্তা ঙাথদুনা হিপ্লা মতমদা, হিবম অমমম্দা জ্ঞানগী মপু ওইববা পন্দিতশিং অমসুং সাস্ত্রিশিং অদুনা বাবাগী মমাংদা মানা মানা হৈবিবা হিবমদুগী মহুৎ শিন্দুনা লেপলমই অমসুং মদু যোকখৎপা দবকাব লৈ হাযবদু উৎলমই। খুদিংমক্লা বাইকুন্ঠদা মহাবিষ্ণুনা সেশা-শিনগী মথক্তা

চেপ্পা হিপ্পগুম উখি অদুগা বৃহসপতি অমসুং লাইযাম পুম্নমক, মুণি-ঋষি পুম্নমক্লা মানা মানা হৈজবা, খঙজবা পুম্নমক্লা ইবুংঙোগী মতিক-মগুণ ফোঙদোক্লি অমসুং সাস্ত্র পুম্নমক লৈখা তাবক্লিবা অসিদগী কনবিনবা হাযজবি। মদু তশেংনমক দেবসভানি-লাই মযামগী দববাবনি; ঐখোয পুম্নমক হাযনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবদা লুপখিবনা ঐখোয ইশাবু কাউখোকখ্রে। মদু ইশানা যেংগদবা অমসুং হকথেংনগদবা থৌদোক্লি; ঐখোযনা ফাওখিবা নুংঙাইবা অদু অতোপ্পদা ফোংদোকপা ঙমদ্রে, লাই পুম্নমক্কি গুরু ওইবিবা, পুম্নমক খঙবা বৃহসপতি ফাওবনা নত্রগা মমায মবি পানবা ব্রহ্মা ফাওবনা নত্রগা মমাযতকক পানবা কুমাবশ্বামি ফাওবনা নত্রগা মবৈ লিশিং পানবা অদি-সেশনা ফাওবা অতোপ্পদা ফোংদোকপা ঙম্লবোই"।

ষঞ্জ অদুগী পুন্নর্মক্কি মকোক ওইখিবা (Sarvadhyaksha) শ্রী কামেশ্বব গনপতিগীদমক্তদি মদু যাম্না কানবা ফোংদোকপা অমা ওইখি। মহাক লাকখি, মহাক্লা উখি অমসুং মহাকপু জয তৌখি। গোদববি তূবেল তাকমদা লৈবা, যুবিনা নির্থিনা তৌবা, পামজবা ইংখোল অদ থাদোবখ্রে অমসুং প্রশান্তি নিলযমদা লৈখ্রে; মফম অসিদা মহাক্লা চহি ৬০ চুপ্পা বেদগী মন্ত্র শিদনা নিংজবকপা, থিজবকপা বেদপুরুষ অদু ফংজখ্রে।

নুমিদাংবাহ পাঙথোবপা জ্ঞানযজ্ঞনা নত্রগা পাওজেল অদুনা বেদ হৈববা পন্দিত পুম্নমক্লা বাবাগী অখন্নবা বেদগী হৈশিংবদু খঙজনবগী তাঞ্জা অমা ফংজখি। বাবানা ঙাঙবা তাববা মতুংদা হৈববা পন্দিতশিং অদুনা ফাওর্নখিবা ৱাখল অদু গনপতি সাস্ত্রিনা অসুম্না ফোংদোকখি : "বাবাগী পাওজেল অদু তাবদা ফাওনখিবা নুংঙাইবনা থুমতখিবদা নত্তনা, অসুম্না থাইনগী লাইবিকশিংদা ফাওববা পন্দিতশিং অদু ভাবতকী মফম খুদিংমক্তো মী যাম্না যাম্না তিনবা মফমদা ৱা ঙাঙবদা মিংচৎ লৈখ্রবা ঙাক্তা ওইজববসু, মখোয মশামক বাবাগী যাম্না মনুং হঞ্জিন্না, থাক যৌনা অমদি যাম্না পাক চাউনা খঙলম্বদু উবদা ঙক্লখি"। M V K সাস্ত্রিনা পন্দিতশিং অদুগী মোৎ অদু অসুম্না ফোংদোকখি : "মহাক্কি ৱাঙাং পুম্নমক্তা, সাস্ত্রনা হাযবদুদগী খজিক্ত ফাওবা খেন্নবা যাওদে। অদুগা মহাক্লা ঙাঙখিবা হিবমশিংদ তশেংনমক পুমথোই-থোইবনি। ফোংদোক্লিবগী মওং অদুসু সাস্ত্রনা হাযবদ্গা চপ মান্নে। মোৎ অমতং পিবকপদা হঞ্জিনবা লৈতে, মবী লৈনদবদা থৈদোকখিবা

লৈতে, কবেম্নবা মওং লৈতে, হেঞ্জিনবা থাগৎপগী ব্রাফম লৈতে, হেঞ্জিন্না শাফু পিশিনবগী ব্রাসু লৈতে"। K V Dikshit না অসুম্না হায়খি: "মহাক্কি নুংশিবগী অমৃত অদুনা ব্রাহৈ খুদিং, প্রমান খুদিং, ব্যাখা তৌবকপা খুদিংদা থুমহৎখি। মদু পুমথুম থুমহৎখ্রবা থৌজাললি, অদুনা তাবা ঙমদবা মযাম অদুগীদমক মহাক্না মিনুংশি ফাওখি, অদুনা মখোযনা খঙবা ঙমগদবা নুংঙাইবা, অহাওবা ব্রাবী মচা-মচা থিবা তাখি; মদু মানা তাহন্নিংবা পন্থুং অদু যৌনবগীদমক্তনি"। শম্না হাযববদা, বাবাসি পুম্নমক্কি মথক্তা লৈবা, মখোযবু ফাওবা লমজিংলিবা অমসুং মওং চুম্না শেম্বিবিবা অথোইবদুনি হাযনা খঙখি।

অদুবু মদু পুম্নমক্তু অঙকপগী ব্রাফম নত্তে! পন্দিতশিং অদু মখোযনা মতম কুইনা ঙাক্তুনা শেন্নবক্লিবা মমল যাম্লবা লন অদুগী মমল খঙহনখি; কবিগীদমক্তা মখোযনা সমাজদা যাম্না লাযবনা অমদি মীনা থৌশাবিদনা লৈবিবনো হাযবগী মবমদু মখোয মশাদা লৈ হাযখি; মখোয মশাগী পুন্সিনা কবম্না লেল্লিবা, থাজবনা কমদৌবিবা, মিৎযেংনা কমদৌবিবা, কবিনা যাবিবা, কবিনা মশাগী লমচত্তা অশোগ-অঙাম যাওবিবা হাযবদু অমুক্তং হন্না যেংনবা হাযখি। "নখোযনা হংবা যাই মদুদি কাবগীদমক্তা পান্দিতশিং অমসুং বেদগী স্কোলাবশিং অসিনা অসুক যাম্না বাবা পুন্সি লেল্লিবনো? মখোয অযাম্বনা মপুক থন্না চাবা ফংদে, নিংথিনা শেত্তে, মযুম লৈতে। কনা অমতনা বেদগী স্কুলশিংদা লাক্তে। মখোযনা কমদৌনা মসিগী ফিভমদা লাকখ্রিবনো হাযবসি ঐ হাযগে। মখোয মশানা বেদদা থাজবা মাওখ্রে। মখোযগী থাজবা অদু ফজনা লেঙদনা লৈহল্লু, মদু ওইববদি বেদনা মখোযবু নুংঙাইহনগনি। বেদনা মী অমবু নুংঙাইহনবা ঙমদ্রবদি অতৈ কবিনদি নুংঙাইহনবা ঙমগনি? বাবানা হংখি। ব্রাহ্মিনশিং অদুনা মকোক্তা থল্লবশিংদু মহাক্না থাজবনা পিক থলহনখি। মহাক্না যাদবা কাংবুশিং - বেদ হাযবসি ব্রাহ্মনশিংনা যাম্না হৈ-শিংনা শান্নবা লাল্লোংনি, মীগা লাইগা অনিগী মবক্তা লৈবগা সমাজদা মখোযনা অব্রাংবা থাক্তা লৈনবা শিনবা পোলিসিনি... হাযনা খনবা কাংবু অদুবুসু বাবানা নিন্দা তৌখি। "যেংউ, অযাবা-যাদবা চা-কযা লৈবিবসে, মসিনা চাগদবনি, মসিনা চাবোইদবনি, মসি তৌবা যাই যাদে হাযবনচিংবা কযা অমনা পুনশিল্লগা লৈবিবা পুন্সিসে, মসি মখোযগী ফনবনি, সমাজগী ফনবনি, পৃথিবীগী ফনবনি অমসুং মশাগী আধ্যাত্মিক্কি ব্রাখল ব্রাংখৎনবনি।

মখোয অসিবু কান্নদবদা থাজবনি হায়না লৌদবা তৌগনু। কনাগুম্বা অমতনা নোংঙানবদগী নুমিৎতাবা, নুমিৎ তাবদগী নোংঙানবা ফাওববু অসিগুম্বা অকনবা নিতি-নিয়মশিং অসিনা ফাগিদৌনা পুনশিন্দুনা থমগদবা নত্তে। মখোয়গী নিতিগী লেল্লিবা পুন্সিদা, সমাজগা লৈনবা মবীদা অমসুং শেল-থুমগী মাযগৈদা য়াম্না কনখ্রবা অথিংবা ঙাক্তনি। হাযবিবা নিয়মশিং অসি কায়হন্দনা চৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌনা, পুক্নিং চেৎপা অমসুং থাজবা চংলিবনি। ফিদমশিং অসিদা থাজবিবা কাংবু অদুবু ব্যবহাব তৌ। মখোযনা ফিদম অদু কাযহন্দবনা ভাবত্তদি অমসুং পৃথিবীদদি মমল যামখ্রবা জাৎনি মবমদি মসিগী কলচব অসিতনা মীওইবা জাতিবু কনবা ঙমগনি। মখোযগী ৱানা হিংবা পুন্সি অসিদা যাম্না থৱাই যাওনা লৈবক্লি হাযবসি ঐহাক চহি কযা লোযনদুনা লাক্লবনি," বাবানা হাযখি। বাবাগী ৱাঙাং অসিনা মযাম্না ব্রাহ্মনশিংদা যেংলম্না মিৎযেং, মখোযনা চহি কযা ৱাজবকখিবা অদু মীযাম্না খঙলদবা, ওইদবা কযাসু অচুম্বা ওইনা উহনখিবা.. নচিংবা মিৎযেংশিংদু হোংদোক্লখি।

বাবানা সভাপতি ওইখিবা যাজনা অসি ইচম-চম্না নত্তে, মসি শিক্তববা চৎনবি-পোৎশক অমা হিংগৎহনবনি; মীনা খঙনবমদবদু খঙহনবনি; পুবা অওনবা অমনি; নৌনা মযোল চোংহনবনি। মদু কলচব যোকখৎপগী খুদম্নি, মবমদি বাবানা হাযখি বেদ হাযবসি মতম পুম্নমক্কিনি, মী পুম্নমক্কিনি, মঞ্জ অমসুং কখোকপা হাযবসিনা পুন্সিগী অবোনবনি। যাওবিবা মতামদুদ বাবানা থাইনগী মুনি-ঋষিশিংনা চম্না লেনখিবা পুন্সিবু মতৌ তম্নবা হাযখি। "ঐনা নখোযদা প্রমান তৌগনি মদুদি যাজনা অমা বেদগী মতংইন্না নিযম চুম্না পাঙথোক্লবাদ বেদনা ফংগনি হাযবা ফল অদু শোযদনা ফংগনি"। বেদ হাযবসিদি মসিবু থাজবা কাংবুগীনি, আধ্যাত্মিক্কি থাক ৱাংখৎনিংবা মীগীনি, থবক ওইনা পাঙথোক্লগা কান্নগনি খনবা, থাজবা কাংবুগীনি। ... কনা অমতনা মসিবু খত্তবা ঙাংনবগী অধিকাব লৈতে"। বাবানা চেকশিন ৱাহৈ হাযখি।

নুমিৎ ৪৫নি লৈবগা পাঙথোকখিবা মপোক কুমওনগী থৌবমদা মী লিশিং কযানা তিল্লবা মতমদা চাংদম্লিংঙই লৈত্রবা শ্রী এ: ইউ: গনপতি শাস্ত্রিবু নিলযমদা লৈবা, বেদ অমসুং সনধৃত তমফম ওইরিবা শ্রী সত্য সাই বেদ-শাস্ত্র পাথশলা অদু শঙ্কাবিনগা বাবানা বার্ত্তন তৌখি। মহাক্না হাযখি : "বেদশিং অসি যোকখৎপা

দরকাব লৈরে। ময়োল চোংখৎলকপদা থদত্তুনা চারিবা হামেংশিংসি থিংবা তাই। ঐনা লাক্লিবসে ধর্ম য়োকখৎনবা, 'বেদশিংসে ধর্মগী মরুনি, ধর্ম যোকখৎনবগীদমক বেদ হৈবা মী য়ামখৎহনগদবনি। বেদ-হৈবা মীশিং পুথোক্লিবমখৈ, মখোয়বু ব্যবহাব তৌবিবমখৈ, বেদশিং অসি মীওইবগী থম্মোযদা শংদুনতা লৈগনি। মসিবুনি অশেংবা ধর্ম স্থাপনা হায়বদু'। "ঐগী থবক্তি বেদগী মতিক-মগুণ খঙনবা নখোয়গী নমিৎ পাঙহনবনি অমসুং থাজহনবনি মদুদি বেদগী নিযমশিংসি ঙাক্লা চৎলবদি ফংগনি থাজনবিবা ফলদু ফংগনি"। 'ঐনা বেদদা লৈবিবা নুংশিবা - প্রেম অসি মীওইবা জাতিদা লৈবিবা প্রেম অসিগা অমতনি, মান্নে।

অহানবা মিং চল্লবা অঙাংশিংদুদা থিন্দুনা হাযখি : "অঙাংশিং অসে সনাতন ধর্মগী কল্লবা যুম্বি ঙাক্তা ওইবগনি;" লাক্কদবা তুংগী মীবোলবু লমজিংবিনবা ওইবগনি, অপঙবা কযাদগী, অঙাওবা ৰাখল কযাদগী কল্লবগনি। নখোযনা মশিং ২০দনি হাযবা যাই অদুবু চাউখ্রবা লৈবাক অসি কেবিনেত মিনিস্তব ২০দনা সাসন তৌই, ঐনা নিংলিবা থবক অসিদদি মশিং অসিনসু যাবগনি"। মখোযবু থাবক্লিবা মমা-মপাশিংদুনা নুংঙাইজনবগী মবম লৈ, মবমদি অঙাংশিং অসিনা লংলবা মণি ওইগনি, মখোযনা বেদগী মতিক মগুণ অমসুং সাস্ত্রগী মঙাল শন্দোক্কনি। ঐনা মমা অমনা লুনা তৌবদগী হেন্না চেকশিন্না শেন্নগনি"।

অদুদগীদি ফাওববা বেদগী স্কোলাবশিং অদুনা অঙাংশিং অদুবু "আইশেত্র" হাযবা যজুব-বেদ (Yajur Veda )গী অহৌবা উচ্চাবন (rik) অদু চুম্না পাবা তম্বিবা হৌখবে। বাবানা অঙাংশিং অদুগী মবক্তা কোযচৎ চৎপদু যাম্না নুংঙাইজৈ। মহাক্লা আশা অমসুং থৌনা হাপকৎপি। মখোযগী মশা-মউ ফনবা, থকসি-খাসি লৈনবা অমসুং লমচৎ ফজনবদা অখন্নবা মিৎযেং থমখি। মহাক্লা মনুং অমসুং মপান অনিমক লু-নান্নবা হাযখি। তেপ-বেকোর্দ তৌনা চিনফা যাবোই, মনুংগী অর্থ ফজনা খঙগদবনি হাযখি; মশাদা ভক্তি লৈগদবনি, পুকচেল শেংগদবনি, সংসাবগী অপাম্বা থাদোক্কদবনি, অদুগা বেদনা তম্বিবিবা অচুম্বা হাযবদুগা মবী লৈনগদবনি হাযখি।

অঙাং খুদিংমক হিবম খুদিংদা ফহনগদবনি হাযখি, মদুনা নিংহন্নববা অমসুং অৱাবা তাববশিংগী তেংবাং মকপ ওইবা ঙম্নবনি। ইকুই-কুইদনা বাবা মশামক্লা

ঈশ্বরগী লীলা কয়া ইখ্রে, মদুদা অবিবা লাইবিকশিংদা যাওবা ফজত্রবা পবা কয়া "মাবকান্দেয়"গী "সককুবাইগী" অমসুং "বাধা-ভক্তি"গী মবমদা তেলেগু মবোন্দা ইখ্রবনি; মাবকান্দেয় গীদুনা অশিববু জয় তৌদুনা ওমব ফংবদগী অতিয়াদা থৱাম্মিচাক ওইনা লৈখিবগী ৱাবীনি; অনিশুবগীদুনা সককু হায়বা লম্বোইবী অদুগী বাবীনি, মাগী ভক্তিদা পেল্লদুনা ঈশ্বব মশামক্লা মাগী শক্তম লৌবগা মপুবোইবগী অর্মাদ মনেম মকুগী সেবা তৌবগা মহাকপুনা পান্দুবঙ্গ মন্দিব চৎচনবগী থাদোকখিবগী মতাংনি; অকোনবগীদুনা বাধাগী মশা পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমতনা লুপশিন্দুনা লৈখিবগী মতাংদু উৎপনি। লীলা অদুদা যাওগদবা অঙাংশিংদু বাবা মশানা খল্লি, অদুগা মখোয় খুদিংনা লৌগদবা থৌদাংশিং অদু শিন্নে; হিবম খুদিংদা বাবানা লোয়নমক যেংশিল্লি। অসুম্না থা অমবোম অঙাংশিং অদু বাবাগা তত্তনা লোয়নবগী খুদোংচাবদু ফংজখি। অসুন্না বাবাগী কলমদগী থোবকপা বাহৈ খুদিংমক্তু অঙাং খুদিংমক্লা মশাদা চুপশিনখিদুনা অঙাংশিং অদু বাবানা পাল্লিবা পান্দম অদুগী মতিক চাবা খৎলায় ওইহনখি। অদগুম্বা পাথশলা অদু চাউববা সনাখোংনাং পাম্বী অমা শোয়দনা ওইবক্নি, মদুনা কল্লকপা, তুক্কচবা, নিংবা কাযবগী ঈপাক্তা তাববা মাশং লাকঙমদ্রবা মীওই কয়াদা উকম অমসুং চংজফম পিবগনি।

মসি পাক্কনা সমাজদা লমচৎ নিতি হন্থবক্লিবসি বেদদা হায়বা নিয়মশিং হৌশানবতুংবদগীনি হায়বসি শাবানা উখি। ব্রাহমিনশিং, ক্ষত্রিয়শিং অমসুং বাইস্যাশিং অসিনা সমাজদা অতৈ কাংলুপুগী তেন্না পোৎলুম পুবি মবমদি মখোয় আধ্যাত্মিক পুন্সিদা যাওশিনবনি। মসিবু উপনয়না কৌই। হায়বদি অঙাংশিং অদুগী গুরুগী মনাক্তা পদুনা ব্রাহমম্ মশাক খঙনবা গুরুগী পাওতাক লৌবা হৌবনি। মসি অঙাংশিংনা ইন্দ্রিয়গী অপাম্বা শংদ্রেংদো শাগ্নী মতুং ইন্না গায়ত্রি মন্ত্র তম্বিদুনা হৌগদবনি। ব্রাহমিনগী অঙাংনা চহি ৮দা, ক্ষত্রিয়গীনা চহি ১১দা, বাইস্যাগীনা চহি ১২দা মন্ত্র অসি পিগদবনি; অদুবু মসিগা নিতি অসি অসুক্কি মতিক শাথিনা শিথবকখ্রে। লমদম কয়াদাদ অর্মাদ ইমুং কয়াদদি মসি লুহোংলমদাই ফাওবা য়েথোক্তুনা লৈনখ্রে নএগা পুবা থাদোক্লখ্রে। অসুম্না আধ্যাত্মিক হৌবকফম ইফুৎ অদুনা কংখ্রবদা কবম্না থাহনগী ফিদম ঙাক্লবা কৌবকপদা কবম্বা থম্মোয়না পাওখুম পিবক্কনি। মীনা, শাগা মতৌগুম চানবা অমসুং মচা যোকপগী পুন্সি খক্তদা লেলহললোইদবনি।

মরম অদুনা, ধর্ম য়োকখৎনবগী অচৌবা খুমাং চংশিনবা খোঙথাং অমা ওইনা বাবানা লাউথোকখি মদুদি বর্ন অহুমসিগী মীওইশিংনা আধ্যাত্মিক্কি পুন্সিদা চংনবগী অনিশুবা মপোক অমা প্রশান্তি নিলয়মদা পিরগনি। অসুম্না বাবাগী ভক্তশিং অদুদা মখোয়গী মচাশিংদা পাঙথোক্কদবা মথৌ অমা লৈরে হায়বসি ফাওহনখি, অদুনা মখোয় খুদিংমক খুদোংচাবদু লৌনবা হোৎনরকখি। শোক ১৯৬৩গী ফেব্রুৱারি তাং ৩দা অঙাং ৩৫ বাবাগী মনাক্তা পুশিনখি। মখোয় ব্রহ্মচারি হায়বদি ব্রাহমন মশক খঙনবা লম্বী অদুদা চৎপা হৌখ্রবা য়াত্রিক ওইখরে, বাবাদগী গয়াত্রি-মন্ত্র ফংজখ্রে। মখোয় অদুদা বাবানা হায়খি : "নখোয় হকচাং অসিদা, মসিগী পাত্র অসিদা, নহাক্কী নতিক-নগুণ হাযবদি নহাক তশেংনা কনানো হায়বদু খঙনবগীদমক লাকখ্রবনি। মসিগী হকচাং অসিদি নহাক্কি ফাওরকপা ঈথিল অমসুং অপাম্বা ময়াম অদুনা তাশিল্লগা শাখ্রবা মহুম, কুয়োম অদুনি। মসিদগী মশা পালহন্নবা শিজিন্নৌ, মদুনা নহাক পায়থোকখিবা ঙম্লবা। গয়াত্রি-মন্ত্র অদুদি লৌশিং পুম্নমক্কি তুংনফম ওইরিবা ঈশ্বর অদুদা, নখোয়দা শক্তি অদু হৌগৎহন্নবা হায়বদি মথৌ নিংথিনা তৌহন্নবা হাযজবনি, মদুনা নঙ কনানো, করিগী মী ওইনা লাক্লিবনো হায়বদু খঙজবা ঙম্লবনি।" মমা মপাশিংদা ওনশিল্লগা বাবানা হায়খি : "সনাতন-ধর্মগী ইতিহাসতা ঙসি অসি য়াম্না মরুওইবা নুমিৎনি, ম:মদি মসি বর্নাশ্রম ধর্ম হঞ্জিন্নবগী অচৌবা খোঙথাং অমনি। বেদ তম্বা হায়বসিদি খ্বাইদগী অথোইবনি, মসিনা অশিববু জয় তৌবা ঙমই। ঙসিদি নখোয়গী নচাশিং অসে নুংগী সংশ্বাব অমসুং মদুগী খ্বাইদগী মনুংদা করি লৈবিবগে হায়বদু খঙনবা লম্বী অদুদা চংবা হৌখ্রবনি।

শোক ১৯৬৪ দা উপনযানমসি অমুক হন্না শিনবা মতমদা অঙাং ৩০০ অমসুং শোক ১৯৬৫দনা অঙাং ৪৫০ বাবানা অশীর্ব্বাদ পিবিখি। মখোযদা নত্তনা, মমা-মপা, মরীমতা অমসুং তিল্লিবা পুম্নমক্তা চাইথোকপিরকখিবা নুংশিবগী প্রেম অদুনা থৌদাং অদু কাওঙমদ্রবা থৌদোক ওইহনখি। অঙাংশিং অদুগী ৱাৎখিবা থৌবমশিং - হায়বদি মমিং থোনবা, মনা হুৎপা, মরু-কোকপনচিংবা পুম্নমক্কুসু বাবানা মেনখৎপিখি। মমা-মপাদা খুদোলপোৎ পিদুনা হরাওহনখি। ইনাক খুনবা ইমুংগী মমা-মপানা মরল-মথুম উত্তনবা খঙহনখি, মদুনা লায়রবশিংদা মায়থোং মকশিন্দনবনি। বাবাগী মমাংদা থৌরম অদু পাঙথোকপা ফংলিবা অদুমক মমল নায়দ্রবা থৌজাল অমনি। ভক্ত অমদি অহল ওইশিনখিদুনা মদুগী খুদোংচাবদু

ফংখিদবগী অৱাবা পোকখি। অযাম্বনা মখোযগী মচা-মশুশিং হান্নবা থৌবম অদু পাঙথোকখিবনা যাওবা ফঙখিদবা অদুগীদমক মথৱাই নুংঙাইনখিদে। তশেংনমক থৌদোক অদু কাওঙমদ্রবা থৌদোক অমনি।

বাবাগী থৌজাল অসি অবেপ্পা লৈতনা ব্রহ্মচাবি মযাম অদুদা চেনশিল্লি। মখোয খুদিংমক্তা পুজাদা শেৎনবা ফি, পাত্র, লাইবিক অমসুং খ্বাইদগী মঙ্গোলগী মশক ওইববা - 'ভিক্ষা' পিবি। পবেং নাযনা চংলগা, মশাগী মমিং, গোত্র, সুত্র অমসুং বিসি হাযদুনা শক তাক্লবা মতুংদা "ইমা, ভিক্ষা পিবিযু" হাযদুনা বাবাগী মনাক্তা চংশিল্লি অমসুং বাবানা বেদমাতা ওইনা অমদি অননপুর্না ওইনা ৱাত্ত-পাদবী ওইনা মখোযগী প্লেত অদু চে. ।পক থন্না হাপ্লি। মতুংদা বাবানা মমা-মপাদা শাংনা তিংথোক্লুনা খুকমহল্লি। মতম অদুদা বেদদা যাওবা "নমানা নঙগী ঈশ্ববনি, নপানা নঙগী ঈশ্ববনি" হাযবা শাকমদু শেনখি। থৌদোক অদুদা অঙাং পুম্নমক অমসুং মমা মপা পুম্নম পিবাং চেন্থখি। মতুংদা বাবানা অঙাংশিংদা খুদোল পিখি অমসুং অঙাংশিংনা মদ মমা মপাদা খুৎশিন্নখি।

মসিদগী হেন্না কাওঙমদ্রবা থৌদোক অমনা বাবানা অঙাং ৮৫০ অদুবু খুদিংমক কৌশিল্লগা পূর্মাচক চিকখ্রবা মীযাম অদুগী মমাংদা মনাকোংদা মন্ত্র অমমম তাকপিখি অমসুং মদু মশাদগী হেন্না অতোপ্পদা খঙহন্দনবস হাযখি। মদু থাজবা অমসুং ভক্তিগা লোযননা মখোযগী পুন্সিদা নুমিৎ খুদিংগী শোন্নবা হাযখি। যাম্না থৱাই যাওজবা ভক্ত কযা অমদি মন্ত্রগী পাওতাক অসি অবতাব অসিদগী থৌবাংদুনা লৈনবিবনি, অদুবু ওসিগী খনগৎলবা অঙাংশিং অসিদি মশাদা লৈজবিবা ঈশ্ববগী লাইবৈবাক অদুদা চংজনবগী শে। অদু ফংজখ্রে, মদু মিনুংশিতনা থল্লবা বাবাগী থৌজালদগীনি।

উপনযনাগী থৌবম অসিদসু শক্লাইববা পন্দিত কযানা গযাত্রিগী মবমদা অমসুং অঙাওবা ইন্দ্রি শিং আসগী মবমদা ধর্মশাস্ত্রদা পিবিবা নিযমগী মতুংইন্না খুদম চন্নবা পাওজেল পিবি। বাবাসু হিবম অসিদা অদুগা অতৈ মবী লৈনবা মতাংদা পাওজেল পিবি। . . মহাক্লা পামখি মদুদি মমা-মপাশিংসু সনধ্যা অহুমদা গাযাত্রি মন্ত্র আস শোনগদবনি। নশাগীদমক্তা অমদি মীওইবা জাতিগীদমক্তা মসি যাম্না হবাওনা হৈনিংনা শোনগদবনি। নখোযনা চাবা থকপদা যাম্না চাং নায মদু হকচাংগীদমক্কনি, মদুদা ঐনা যানিংদবা লৈতে; ঐগী অপাম্বা হাযববু মদুগা চপ মান্নবা আত্মাগীদমক্কসু মচিঞ্জাক পিগদবনি হাযবনি।

গাযাত্রি হাযবসি বেদগী লাইশোলনি, মসি জগৎ অসিদা লৈবিবা ইবুংঙো অদুদা হায়জবনি, মসি মীওই কোতি কযানা চহি মশিং লাকওমদনা ভাবতকী মফম শিনথুংনা শোন্নবক্লিবনি। মসিনা হকচাংগী নত্রগা লন-থুমগী, নুংঙাইনবগী নত্রগা জয ওইনবগী হাযজবা নত্তে; মসিদি লৌশিং পিনবিনবনি, মসিদি মীপুম খুদিংনা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা শোনবা যাবা লাইশোলনি। "লৌশিংনা অসুম চাউখৎলসনু, পুম্নমকপু ঙল্লসনু অমসুং মপুংফানা মুল্লক্তুনা জ্ঞান ওইবসনু" - মদুনা মীওইবা জাতিবু মাঙগদবদগী কল্লসনু।

সন্ধ্যা অহুমদা পূজা তৌদবা অমসুং পূজা অদুগী মনুংদা গাযত্রি মন্ত্রসি হন্না হন্না শোন্দবা ব্রাহমিন, ক্ষত্রিয নত্রগা বাইস্য অমতবু বাবানা পেনখিদে অমসুং পেনখিদবদুসু লোৎশিন্দুনা থমখিদে। বাবানা পেন্দে হাযবদুগী কিজবা মনাক্তা লাকখিবা মযাম অদু সন্ধ্যা পূজা হৌনখি অমসুং তহা তহানা লাইবিক্তগী নত্রগা মখোযগী মচাশিংমক্তগী কাওনখিবশিংদু নিংশিংনখি। বাবানা মনাক্তা লাকপাশিংদা "নহাক সন্ধ্যা পূজা তৌবিব্রা"? হাযবা ব্রাহংশিনা হেক-হংলকখিবদা অযাম্বনা মখোয মশাগী অশোযবদ্ যাজাখি অমসুং মখোয চুমথোকচবগে হাযনা ব্রাশকাখি।

লমহেনবা শাজৎ-নিতি চৎলুববা অঙাংশিংনা মশানা ভাব তানা অমুক অচুম্বা লম্বিদা হল্লক্লবশিংদু ঈশ্বরনা নুংশি হাযনৈ; বাবানা অথন্নবা থৌজালগী খুদম্না সন্ধ্যা পূজাগী থবক্তা হল্লকখ্রবশিংদা পুক্রিং থৌগৎপিখি। খুদম ওইনা, শিমোগা সহবদগী নুপা অমনা মানা মপুক্লিং লেপখ্রবা থৌবম অমগীদমক বাবাগী মনাক্ত আশীর্ব্বাদ লৌবা লাকখি। বাবানা মহাকপু "নহাক সন্ধ্যা পূজা তৌব্রা" হাযবা ব্রাহং অসিনা ঙকহনখি অমসুং নুপা অদু মক লুকথখি। "তৌদে, বাবা, চহি কযাগী মমাংদা লাইমিং লৌখিবা মতমদা মদু তৌনবা তাকপিখ্রবসু", মহাক্না হাযখি", ফবে মদু যাম্নমক থেংমনবসু নত্তে; নঙনা নযুম হেক যৌবগা অমুক হৌবো", বাবানা যাথং তৌখি। পূজা অদু চাউবাক্না মিনিট ২০মুক চঙই অমসুং নোংমদা অহুমলক পাঙথোক্কদবনি; অযুক ঙন্তাদা, নুমিৎ যুংবা মতমদা অমসুং যাচংবদা। বাওনা বাবাদা পিবস্বা ব্রাশক অদু ঙাকলমই; মহাক্না ভক্তি প্রেমসি খুমাঙ চাউশিন চাউশিন্না অমসুং মথব্রাই নুংঙাইনা সন্ধ্যা পূজা কৎখি। মতম খবগী তুংদা, মহাক্কি মপুবোক অমসুং মপানা নুমিৎ খুদিংগী চহি কযা পূজা তৌখিবা অদুগা মতম কুইনদি থৌশাদনা লংথোক্তুনা থমলুববা লিঙ্গ অমা নৌহৌনা পূজা তৌবগে খনখি। মদু

মহাক্না অমুক লৌশিনখি; মদু মাগী ভক্তিনা পিক থলহনখি; মহাক্না হৈ-লৈ কৎখি অমসুং মবী লৈনবা মন্ত্রশিং শোন্দুনা অশেংবা ঈশিং হৈথখি। মাগী অসিগুম্বা যান্না থাগৎনিংঙাই ওইবা খুমাং চাউশিনবা অসিবু বাবানা যাবিবে হাযবগী তশেং তশেংলবা প্রমান অমা পিবিবগে নিঙখ্রে: লিঙ্গগী মচু অদু অমুবা, ফুৱাওনবা ওইবম্বদগী পুমলং-লংবা, সনামচুদা ওন্থোকখবে। অদুগা, যান্না-থুনমক অদুগুম্বা অকনবা পুমলং-লংবা, মথক্তা কোইবপ তৌবা, মযুং নাইবপ তৌবা লিঙ্গ অদুগী মনুংদা বাবা মশামকসি মশানা থোৎকহনখ্রে থা কযা হৌখ্রে, মী লিশিং-লিশিংনা লিঙ্গ অদুগী মনুংদা বাবাগী যান্না ফজববা, পুক্নিং শুঙ্কৎনিংঙাই ওইববা ফোটো অমা পুমলং-লংনা, নোকমি-নোকমি তৌদুনা. মেঙলবা সনা মচুগী মঙাল (Halo) না কোযশিল্লগা মযাযদা লৈবদু ঊনখ্রে।

উপনযনম্‌গী লেপখিবা নামিৎাশিং নতেবদা প্রশান্তি নিলযমদা পুবকখিবা অঙাংশিংদসু মখোযনা পাল্লবদি এনামি অঙাং অদু মতিক চাববদি বাবানা অদুম বব অদু পিবি। সংকবাচার্য্য হাযবা হিন্দু ধর্ম্ম হিংণৎহল্লম্বা, হিন্দুগী ফিলোসোফি অমসুং কলচবদু ঈশ্বব অমর্তান হ না অচেৎপা যুমফমদা শাগৎপিবম্বা, মহাক্কি মপোক নুমিত্তা পুবকপা অঙাংশিং অযাম্বা বব আস পিখিদ্বা লৈতে। হৌগৎলক্লিবা নহাবোলগী নুংগী মিং পাঙহনব. ভাযর্বাস বাবানা যান্না মরু ওইবনি হাযনা লৌই ৎদুনা নমা মপাশিংদা কৌবগা এসে পাঙথোক্লবা নিংশিংই। মসি মহাক্না হকথেংননা নত্রগা নাকোয ননা প ুখোকই। মসিগী খুদম অমতং যেংসি। কিকীদা লৈবা পুনাগী সি: বামাচন্দ্রননা তেলেগ্রাম অমা কংখি ''শোক ১৯৬৫ গী এপ্রিল তাং ২৬ তা ঐনা অর্থাক্কি চাক্লেনগীদমক যুমদা হনবা মতমদা ঐগী ইচানুপা অনিনা যান্না হবাওনা চেনশিলক্লনা ফংবদা ঙাইবা তেলেগ্রাম অমা ঐগী খুত্তা পিবখি। মবোলদি : ''শ্রী সত্য সাই বাবানা মেগী তাং ৫দা নচা অনিগী উপনযনম্ যাওনবা লাক্কনি অমসুং ব্রহমনগী পাওজাব পিবর্গনি। ব্রাহ্মৈ অহুম - 'সত্য', 'উপনযনম্', 'ব্রাহমো পদেসা' অসিগা মথাদা লৈই চিংলকখি।

ঐনা থৌবম অসি যাবিবমখৈ ঙন্না পাঙথোকনিংলম্লবসু হৌখিবা চহি ২/৩ সি যৈথোক্লনা লাকখিবনি অদুগা হন্দক্কি কালেন অসিদা পাঙথোক্কে হাযবগী ৱাবীশু কনা অমতদা শাখিবা লৈতে। মদু সির্বাদদা পাঙথোক্কদবা নত্রগা ঐগী যুমগী মন্দিব পালানিদা পাঙথোক্কদবা হাযবসু লেপত্রিবনি। মবম অদুনা তেলেগ্রাম

অসি থাবক্লিবা মী অদুনা মফম অমসুং তাবিখ লেপ্পকপদুদা ঐহাক ঙকখি। থৌবম অদুদা বাবা যাওবগনি হায়বদুনা ঐখোয় হাযনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইখি''।

থিজিল্লুবা মতমদা সেনট্রেল পোষ্ট ওফিস, পুনাদগী তেলেগ্রাম থাবল্লিবা নুপা অদু -''নুপা অমখক্লা থাবম্বনি, তং-তাবা ঠিকানা যাওদে, নত্রগা লৈকাযগী ওইবসু যাওদে'' অদুগা পোস্তেল কাংবুনা মহাক কনানো হংলুবদা অসুম্না ইবমই - শ্রী মবগতভেলু, C/O, All India Sai Samaj, Mylapore। যাম্না অঙকপা মওংদা বাবাগী থৌজাল ফংজববদা, মদু যৈথোকপা চিংনবদুনা শ্রী বামাচন্দ্রননা তাং ৫দুনা অদুম পাঙথোক্লবা লেপখি। থৌবম অদুদা বাবা লাকই হাযবগী প্রমান পিখি : ''নুমিদাংৱাইগী ভজন্দা তিল্লিবা মী লিশিংমুক্কুনা বাবাগীদমক থাবিবা শোফা অদু হাঙদবগুম উখি। আর্তি লোযববা মতমদা ফমফমগী সিলক অদু শুদ্রেক নাদ্রেক তৌবমই, মদুনা তাকপদি বাবানা ফম্লমই হাযবনি। অসিদসু নত্তনা সোফাগী যেৎথংবা পাম্বোম মনাক্তা থল্লিবা লৈগী কোবোক-কোযবা অমা লৈবদু বাবাগী খুৎনা ননশিনবগী চপখাইবমই'' খুদম অমা পিবসিনা থিজবিবা কাংবুগীদমক্তদি যাববনি।

ধর্ম যোকখৎপগী মতাংদা ঐখোযনা অখন্নবা মিৎযেং অমা যেংশিনগদবা মতাংসি বাবাগী লুচিং মখাদা লিঙখৎখিবা বে'গী স্কোলাব মযামগী সংস্থান শেমখিবদুনি; মদুনা শোক ১৯৬৪ দগী হৌনা ভাবতকী ষ্টেট অমদগী ষ্টেট অমদা মখোযগী কান্নবা থবকশিংদু মথং-মথং শন্দোবকখি। ভাবত পুন্নমক্তা যুম লাক্ষ কযাদা ধর্মগী শক্তমনি হাযবিবা বাম পোকপা শেংলবা বামনবমি নুমিত্তনি বাবানা মাগী অনিংবা লাউথোকখিবদু। মহাক গোদাববি তোর্ব্বান্দা লৈবা বাজামুন্দ্রিদা লৈবমই। ন্নামৎ অদুগী নুমিদাংদা মোতোব বোত অমা তোংদুনা বেদ-সাস্ত্র হৈব্বা পন্দিত মযাম অমগা লোযননা চৎলমই। খব চৎলগা তুবেলগী শংবান্নবা ঈশিংগী মনাক্তা, থাবল মবক্তা লৈঙোই খক্তগী লমপাক অমা লৈবমই; মদু ধোৱালেশ্বমগী মথক্তনি। মযাম পুন্নমক বাবাবু কোইশিল্লগা লৈঙোই অদুগী মথক্তা ফমলমই। বাবানা পৃথিবীগী মবমদা মথংদা ভাবতকী মবমদা ৱা ঙাঙখি অমসুং সনাতন ধর্ম হাযবা থাংমৈ অসিগী মতেংনা পৃথিবীবু লমজিংগদবনি হাযখি। ঐখোযনা মীগী লমচৎ শেমদোক্কদবনি, হৈনবি শেমদোক্কদবনি, ৱাখল চুমথোক্কদবনি, পুন্সি খুৎলেন হোংদোক্কদবনি, শমপত্তি লৈবগা, ইনাক খুল্লগা লোযবে খনবশিংনা

ঈশ্বব থাজবক্তবা, ঈশ্বববু য়াদবা কাংবু অদুদা অমুক ঈশ্ববগী মাযগৈদা খোঙ থাংজিলহন্নবা হোৎনবদা মতেং পাঙগদবনি। মমাংদা লৈবিবা লৈঙোই অদুদগী ফজববা বাম, সিতা, লক্ষ্মণ অমসুং অনজনেযগী মুর্তি শেমখি, মথংদা য়াম্না পুক্লিং শুক্ষাৎলবা নতবাজ-শিবগী মুর্তি অমা শেমখি। অঙকপা মিরাকল কযা অসিনা শুক্ষাৎখিবদগী উন-ব্রাই মুক চিক্লবা মবক্তুদা বাবানা প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভা অমা শেম্বা তাবে হাযনা লাউথোকখি; মদু ভাবত পুম্নমক্তগী বেদ সাস্ত্র হৈববা ঙাক্তা খনগৎলগা শেমগদবনি, মদুনা সনাতন ধর্মগী ঈচেল মনুংদা মীওইবা জাতিদা মিকপ থোকহন্নবনি। তশেংনমক. যুগ অসিগী বাবীদা অচৌবা তাংকক অমনি।

বৈদিক ধর্ম নৌহৌনা শেমগৎপনি হাযবসি বাবানা যাম্না ঙল্লিঙৈদা হাযখ্রবনি। শোক ১৯৫৫ গী ওক্তোবব তাং ১গী অমুক পুং ৯.৩০ দা, ঐগী দাইবিদা ইবম্বগী মতুংইন্না, স্বামি অমৃতা নন্দনা ঐগী নাক্তা বাবা উনববা মতুংদা যাম্না নুংঙাইনা শ্বব থবেৎ-তবেৎ তৌদুনা চেল্লকাখ। মহাক্না হাযখি : "ঐগী শেল মযাম অমা লৈ. মদু ভগবান বামানা মহর্ষিনা বেদ যোকখৎপদা শিজিন্নৌ হাযনা পাওতাক পিবমই। মদু বেনাবেস বেঙ্কতা ৎ শ্ম, মতুংদা ট্রষ্ট অমদা শিন্নখ্রে। ঐহাক মদন-মোহন মালাভিযা. ভগবান দাস, বাল গঙ্গাধব তিলকস্ তান্নবে, অদুবু ঐগী থৌনাংদু মায পাক্রে। হৌজিক্তা. ঐনা ইংলুদনা বশনা ঐগী পাঙথোক্লিবা অনিংবদু হর্যাবখ্রে। মহাক্না হাযখি : " থৌংকে মখা অমুক বাববগনু. বেদ হিংগৎহনবগী থবক আস নঙগী ওইদ্রে। ঐগা ৎপ্রে।" মসিগী পোৎলুম অদু বাবাদা শিন্ননল্লগা থা অনিগী মনুংদা স্বামি অদু যাম্না ইংনা সংসাব থাদোকখি।

শোক ১৯৬০ গী জানুর্যাবিদা Valestin বৌদ্ধ সংস্কৃত যাম্না হৈববা স্কোলাব অমা ফ্রান্সতগী বেদগী কমেন্টাবিশিংগী ফ্রেন্স মবোলদা হন্দোক্লবা প্রশান্তি নিলযমদা লাকখি। নোংমা নুমিদাংব্রাই অমা বাবাগা তোঙান্না বাণী শাবিঙৈদা বাবাগী মখুৎ তাপ পাযবগা হাযখি : "বাবা শেঙলবা লম অসিদা বেদ তম্বগী থবক অসি যাম্না শাথিনা হস্তবকখ্রে। নহাক্ন' মসি হিংগৎহনগদবনি। নহাক্না যোকখৎকদবনি।" ঐহাক ব্রাবী শাফম অদুদা লৈবমই. নোংপোক, নোংচুপ অনিনা মিহুল তিং-তিং চোংনা বাবানা কবি পাওখুম পিবক্লদগে হাযদুনা ঙাইনবমই। মবমদি বেদ হায়বসিদি নোংচুপকিসুনি, নোংপোক্কিসুান, মীওইবা জাতি পুম্নমক্কিনি। বাবানা কনা অমতবু নিঙবা কাযহনখিদে। "থবক অদুগীদমক্তা ঐহাক লাক্লিবান, বেদ হিংগৎহন্নবা।

মদু শোযদনা তৌগনি। ঐনা তৌগনি। নহাক লৈনিংবা মফমদা লৈযু, নহাক শোয়দনা মদু খঙগনি। পৃথিবী অসিনা মদুগী নুংঙাইবদু ফংগনি, মদুগী মঙালদু ফংগনি।”

সভা অদু শোক ১৯৬৫ গী দশবা কুম্মৈগী স্বধ্যায সপ্তাহ যাজনা মনুংদা শেমখ্রে। ওক্তোবব ২০গী মিটিন অদুদা পন্দিত ২০০ বোম পুনখি। বাবানা হাযখি : “হিন্দু ধর্ম কন্নবগীদমক ‘ভবানি’ না সিবাজিদা থাংশাং অমা পিখি; মসিগী “সিব-শক্তি” অসিনা ঙসি পন্দিতশিং অসিদা থৌনা-ফবগী থাংশাং পিবি, মদুনা সংসাব অসিদা ধর্ম যোকখৎনবা”। “ঐনা থাজে, সভা অসিনা মথং-মথং মায পাক্কনি; লৈবাক পুম্নমক্তা, মী হাযবসি ঈশ্ববনি হাযবসিদা চপ-চানা থাজহনগদবনি। মসিগীদমকনি ঐনা লাক্লিবসি। সংসাব অসি ঙসিদি লৈক্রক চৎলবা মরুভুমি অমগুমখ্রে, ঈশিংবুতা কৌদুনা লৈবা। সভা অসিনা বেদ অমসুং সাস্ত্রগী গুহ্যদগী খৌবাংলবা চিন খুদিংমক্তা পাঙ্গল অমসুং থৌনা পিবা ঈশিং কপ অমমম পিগনি। বেদগী নিতি-নিযম পুম্নমকপু অনধ-বিসাসনি হাযবিবা কাংবু অদুবু নিন্দা তৌবমই। মবর্মদি বেদ হাযর্বাস ধর্মগী মর্কান, হৌবকফম্নি। মক শোক্লবদি, পাম্বী অদু কংগান। মখোযনা কুইনগী ওইবা শান্তি অমসুং আনন্দা পিগনি”। মখোযনা শু-নোল্লিবা পুম্নমক অথোইবা ঈশ্বব তদুগী পূজা ওইনা ওন্থোকখিগনি মদুনা লোম্বা নাযদ্রবা অপাম্বা অমসুং হাযনিংঙাই লৈত্রবা অবাবদগী কনবিগনি”। ‘নশাবু খঙউ, নুমিৎ অমসুং থাগী মহুত্তা - মদুদা আনন্দ অমসুং শান্তিগী লম্বী লৈববনি।”

শঙ্কাখ্রবা মতুংগী নুমিৎশিংদা পিখিবা পাওজেলদা অখিল ভাবত প্রসান্তি বিদ্বানমহাসভাগী পান্দম অদু বাবানা শেংদোকাখি, মদু বেদ অমসুং বেদান্তগী লাইবিকশিংদগী বাবানা হাযবা হিবমশিংদা পন্দিতশিং অদুনা তোঙান-তোঙানবা হিবমদা ব্রা ঙাঙখিবগী থৌবমদা মহাক্না সভাপতি ওইখিবা মতমদনি। মহাক্না হাযখি, সভা অদুগী চেকশিনগদবা মতাংদি। কযা মবোল শেংফাত্রবসু মীওইবগী থম্মোয খুদিংদগী থোবকপা ওইনা বেদদা হাযবিবা লাইশোল অদুগী মতাংদুনি। “তমসো মা জ্যোতিব গমযা... অমম্বদগী ঐবু অঙানবদা, মঙালদা লমজিংবিযু।” “অপঙবা হায়বসি কোকহনবিযু, যুমফম, হৌবকফম ওইবিবা জগৎ অসিগী মবমদা খঙদ্রিবা অপঙবসি জগৎ অসিনা পাক চাউখ্রবা সমুদ্র ওইবগা ঐ হাযবসিনা মশিদা শান্নবিবা

খবদু থবক্তা শিজিন্নবা পামহন্নবনি। মবমদি বাবানা হায়খি : অচৌবা পাপ হায়ববু চিবোলতৌবা, আধ্যাত্মিক্কি ব্রাখল ব্রাৎপা, মশাবু নিন্দা তৌজবা অমসুং পাণ্ডদবা অসিনা ওই। "মখোযশিং অসি মশাদা যাওবিবা পোকপদগী লোযনবক্লবা ঈশ্বব অদু মশানা খণ্ডজবা ঙম্লবদি কোকহনবা ঙমই"। বাবানা হাযখি : "মসিগী প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভা অসি অনৌবা অমা নত্তে, মসি অবিবনি। মসি অমুক হন্না হান্না তৌবম্বা অবিবা মওং অদুদা চথহনবনি। মসিগী ধর্ম কনবগী থবক অসিদি হন্না হন্না তৌই। হৌজিক্তি নখোয যাওশিল্লু, পুন্সি অদু পোকপগী মহৈ যালহল্লু"।

বাবাগী খোল্লাও অসি কনানা খাঙবা ঙমগনি। সহব পুন্নমক, খুঙ্গং পুন্নমক প্রজাগী কান্ননবগীদমক্তা মিটিং তৌজগে, সেমিনাব শিঞ্জগে হাযবা ঙাক্তা ঙাইবক্লে। সভাগী মেম্ববশিং অদুসু ভাবত শিন্তুংনা অফাওবা ঙাক্তা ওইবে। ডাক্তব বি. বামাকৃষ্ণ বাও হাযনা সনস্কৃত অমসুং তেলেগুগী হৈখ্রবা স্কোলাব, লোল মখল শুনা হৈবা, অচৌবা সমাজ সেবিকা, বার্জানিতিগী লুচিংবা, অন্ধ্রা প্রদ্রেসকী চিফ-মিনিষ্টব ওইবম্বা, কেবলা অমসুং ইউ: পি:গী গোববনব ওইবম্বা, যাওববা মিশক অদনা সভা অদগী প্রেসিদেন্ত ওইবমই। হৈ-শিংবদা, ইবদা, ঙাঙবদা মযাদা মৈ হৌনবা মীওই কযানা শাবা সেন্ত্রেল কমিটি অমা লৈবমই। মখোয অদু উপ্পলুবি গনপতি সাস্ত্রি, কোল্লুবি সোমাসেখবা সাস্ত্রি, বুনসু অপন্না সাস্ত্রি, গান্দি বোতা সুব্রামন্যা সাস্ত্রি.... নচিংবা তোঙান তোঙানবা বিষযদা পন্দিত ওইববা মযাম অমনা মেম্বব ওইবমই। তোমথিন শক্লাযববা মীওই কযা ভাবতকী মযম কযাদগী কমিটি অসিদা যাওখিবা অসিমক বাবাগী ঈশ্ববগী শক্তি অদুতনা ঙমখিবনি হাযনা লৌবা যাই।

পন্দিতশিং অদুনা বাবাগী পাওজেল অদু মীযামদা শন্দোকখিবা অহানবা মিটিং অদু বাবা মশামক্কি মমাংদা ভেনকতগীবি সহবগী কোনুংগী লম মনুংদা ভেনকতবাগিবিগী বাজা সাহেবনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখি। বাবানা পানবিখি মদুদি গোদাববিগী তোর্বান্দা লৈবা বাজামুন্দ্রি সহবগী মীযাম্নদি মিটিং অদু মখোযগী সহবদা তৌগনি হাযনা আশা তৌখিবনি, মবমদি সভা অসিগী ব্রাকমসি হৌখিবা চহিদা শ্রীবামনবমি নুমিত্তা গোদাববি তুবেল মনুংদা লৈবা ঈথৎ অমগী লৈঙোই মথক্তা লেপ্পখিবা ব্রাফম্নি। অদুবু, "অফবা থবক খুদিংমক্কুম্না, মসিগী তাঞ্জা অসি ফংখ্রিবসি থোইনা হোৎনকুবগী থবক্লা নত্তে, চহি চা কযাদগী তুংশিন্দুনা লাকখিবা

অফবা কমগী ফল অদুনা ফংখিবনি''। বাবানা হার্যবিখি, ''ভেনকতগিবি হায়বসি চহি চা কযাদগী ধর্মবু য়োকখৎপা, কনখৎপা অমসুং চাউখৎহন্নবা থবকশিংদা কখোক্লবা নিংথৌ কাংবুগী ইমুং-মনুংগী লৈফম ওইদুনা লাক্লি। খন্দুনা যেংউ, মন্দিব কয়া যাম্না শাবমখ্রবা নত্রগা নিংথিনা শেমজিন্দুনা ফজনা যোকখৎলমলিবা! মশিং থিদুনা যেংউ পন্দিত কযা অমা মসিনা পুথোকলল্লিবা অদুগা মসিগী দান্না ফোঙবা ধর্মগী লাইবিক কযা অমনা মীযামগী মফমদা যৌখ্রবা। যেংউ, বাজনিতিগী অহোংবা লাকখিবনা মখোযগী ষ্টেট অমসুং মশাগী থাক অদু হন্থখ্রবসু, ঙসি ফাওবদা মখোযনা মন্দিবশিং আস নিংথিনা থম্নবা হোৎনবদা কযাদা থব্রাই যাওবিবা!'' অঙকপা নত্তে মর্দুদি খা ৬কি মতুংদা মদ্রাস ষ্টেট প্রসান্তি বিদ্বানমহাসভা শঙ্গাখিবা মতমদা বাবানা মদুগা মফম অদু মদ্রাস সহবগী মনুংদা লৈবা ভেনকতগিবি কোনুংগী পাক চাওখ্রবা লম্চাং অদুদা থনখিবনি।

শোক ১৯৬৪গী এপ্রিলগী তাং ১৩দা মাইসোব ষ্টেট প্রসান্তি বিদ্বানমহাসভা অদু বঙ্গলোবগী মনাক্তা লৈবা বৃন্দাবন হার্যবিবা হবাইত-ফিলদগী মনুংদা লৈবা মফম অসিদা মাইসোব ষ্টেটকি মতম অদুগী শেল থুমগী মন্ত্রি বি:দি: জাত্তিনা সভাপতি ওইদুনা শঙ্গাখি। সভা অদুগু হৌদোল্লদুনা বাবানা হাযখি, ''পন্দিতশিংগা, বাজনিতি তৌবশিংগা, ধর্মগী লাচংবশিংগা অমসুং লৈবাক্কি ব্রাযোল্লবশিংগা লৈনাযম্বা মবা অদু থদংখ্রে, অমসু অতোপ্পা কাংবু অমনা কবি হাযখিগনি হাযবা বাখল অমতা তৌনদনা মানা-মান নিংবা মাযবৈদা পঙচৎ-চৎনখ্রে। মতম শাংনা মীতোপ্পা শাসন তৌবিঙৈদা পন্দিতশিং অসিবু মতমগা চুনদ্রবা কলচবগী মীওইশিংনি হাযনা থৌশাবিখিদনা অমগা অমগা লাপথোক্লহনবগী থবক্তা তেংবাং ওইখ। মীতোপাক সাশন লোযখ্রবা হাওবদা মবী অদু অমুক লৈহন্নবসু কনা অমতনা হোৎনবিখিদ্রে। চাংশাক ঙাইহাক নুংঙাইনবা থিনবদা অমসুং মমল যাওদবা পোৎশকশিং তান্নবিঙৈদা মী পুম্নমক থাইনগী ফজববা পাওতাক, পাওজেল শিংবু থৌশানখিদ্রে অমসুং হৌজিক্কি ওইবা নিংথিববা খোল্লাও কযাসু তাবিখিদ্রে। নৌনা ফংজখিবা খুদোংচাবশিং অসি সেবাগী ব্রাখললোন্দা অমসুং মশাব খুদুম চন্নবগী মাযকৈদা হোৎনদ্রবদি, পাক্তনা শাজৎ-নিতি মাঙখ্রগনি, চহি মঙা-মঙাগী চাউখৎ থৌবাংনা ভাবতকি মফম পুম্নমক্তা দাম কযানা পাউব্রাব স্তেসন কযানা, কোল-কাবখানা কযানা শিন্নুংনা লৈতেংলবা মতমদা ঐখোযনা

যাম্না নিংথিনা খল্লগা শেম-শাববা মোরেল ইদুকেসন পিনবা থৌবাং অমসুং আধ্যাত্মিক্কি ব্রাখল ব্রাংখৎহন্নবা হোৎনহৌদুনা পাক্তননা সাজৎ-নিতি মাঙলক্কদবা অসি কলহৌগদবনি।

মদ্রাস ষ্টেটতা মহাসভা হৌদোকপদা বাবানা হায়খি : "মীওইবনা মশাবু মশক মুন্না খঙদ্রিঁঙদা মথক্কি অহাংবা জয় তৌনবা খল্লিবা ব্রাখল অদুনা মহাকসু চাউনা খুদোংথিবা নঙহনগনি। ফনা য়াম্না মপুং ফাবা থাক্কি লৌশিং জ্ঞান ওইদুনসু ঈশ্বব লৈ হাযবসি থাজদ্রিবমখেঁ, মদু তেক-কাযদবা অমসুং তুং কোইবা ঙম্লোই। অন্ধ্রা-প্রদেস কী কোনুং হাযদববাদতসু গোভবনব শ্রী পত্তম তনু পিল্লাইনা সভাপতি ওইদুনা মহাসভা অমা শেমখি। মহাবাস্ত্রদসু মহাসভা অমা শেমদুনা শোক ১৯৬৫গী জুনগী তাং ৭তা বোম্বেগী শনমুখনন্দ হোলদা শঙ্গাখি। লৌউবগী মন্ত্রি শ্রী পি: কে: সবন্তনা চেযাবমেন ওইদুনা কমিটি অমা শেমখি।

শ্রীসবন্ত অসি সিবদি বাবাগী মতমদা যাম্না থব্রাই যাওবা সির্দি সাই বাবাগী ভক্ত অমা ওইবমই। মহাক 'সিবদি সমস্থান ত্রস্ত কম্মিটিগী মেম্বরসু ওইবমই। মতম খবসু চেযাবমেন ওইবমই। ত্রস্ত কাংবুনা বাবাগী মোংফমদা শাবিবা অখন্নববা মন্দিব অদুগী থবক খুদিংদা শিল্লমই। মহাক্না সাই বাবা অমুক হন্না মীওইনা লাক্লে তাবদা মহাক যাম্না চেকশিনখি। শোক ১৯৬০ গী মে থাদা বাবানা ভক্তা অমগীদা নুমিৎ হুম্নি লৈবম্বা মফম অদুদা মাগী লাঙতক্লবদুনা মবম ওইদুনা ভক্ত অদুগী মযুমদা চৎখি। মহাক ভজন যাওখি অমসুং বাবাগী মথৌশিং অদু এলবুম অমদা যেংখি। বদ্রিনাথ চৎখিবগী ফিলমসু মতেক খব যেংখি, প্রশান্তি নিলযমদা পাঙথোকখিবা যাজনা অদুসু যেংখি। মতুংদা বাবানা লৈবম্বা কা অদুদা পুশিনখি।মঙোন্দা প্রশান্তিদগী পুবকপা বিভূতি পিখি। মযা হেক কাথোকপা তাঞ্জা অদুদা চিংনবা ব্রাখল অমা ফাওবকখি মদুদি সিবদি বাবাগী অহানবা ভক্ত অমা ওইনা লৈবগা মশক খঙদ্রিবা, মশানা সাই বাবানি হাযজবা অমগী বিভূতি কমদৌনা চাগদৌবিবা' হৌজিক কালসিদদি, তৌশিন্নবা ঙাক্তনা পিক থল্লবা মতম্নি। চিংনখিবা অদুনা মবম ওইবা যাই, মিকুপ অমগী মনুংদা কা অদুদা যাল্লিবা শ্রী সত্য সাই বাবাগী ফোটো অমদা বাবাগী যেৎথংবা খুবাক্তগী শাংলবা লংলবা মঙাল অমা থোবক্তুনা মহাক্কি চিংনবদু কোকহনখি। অসুম্না বাবা অনিদু অমতনি হাযবসি যাজখি। থা খবগী মতুংদা প্রশান্তি নিলযমদা বাবানা হাযখি : "সবন্তনা বোদি

অদুদা লৈবা ভক্তিগা মসিগী হকচাং অসিদা লৈবা ভক্তিগা অনিসি মাখক্তনা খঙই, ঐতনা খঙই''। সবস্তনা মহাবাস্ত্রদা বাবাগী থৌজালনা মহাসভা অমা হাংদোকখ্রে তাবদা যাম্না নুংঙাইখি মবমদি ষ্টেট অদুগী পন্দিতশিংগী অনৌবা যুগ অমা লাকখ্রে, বাবাগী থৌজাল মখাদা ধর্ম যোকখৎপগী খোঙজংদা মখোয শরুক যাবা ঙম্লগনি হায়না নুংঙাইবা ফাওনখি।

বিদ্বান মহাসভাশিং অসিনা তোঙান-তোঙানবা সহব অমসুং খুঙ্গংশিংদা পন্দিত-শিংবু ব্রা কয়া ঙাংহনখি। মানা মানা মতম কুইনা নৈনবকপা হিবমশিংদা মীযামদা নিংথিনা খঙহন্দুনা অনৌবা বাখল পোকহনখি। কবিগুস্বা মফমদা বাবানা মশা-যাওদ্রবসু মা যাওবি হাযবগী খুদম পিদুনা পন্দিতশিংগী পুক্লিং থৌগৎখি। অদুবু বাবা যাওবা মফমদদি বাবাগী ঈশ্ববগী শক্তি অদুনা মীওই লিশিং কযা চিংশিনখি।

বাবানা ভেনকতগিবিদা লাউথোকপিখি : ''হন্দক বিদৱান মহাসভা লিঙখৎখিবা অসিদি অনৌবা যুগ অমা শেম্বগী থৌদোক্লি। মবমদি মীওইবা জাতি পুম্নমক লানবিনবগী সনাগী যুগ অদু হৌনবগী নুমিৎ থোবকপগা অমহানি।

মীওইবনা মহাক মশাসি মখুমর্দুনি, মনুংদা যাওবিবা থাঙ অদু নত্তে, মশাগী হকচাংবুনি, হকচাং অদুগী মনুংদা লৈবিবা থৌবু (Atma) অদু নত্তে হাযনা লান্না লৌবদগী, মীনদি নিন্দা তৌনবব' খোযনা শীঙথানদ্রবা থবক মচা-মশু কযামকম তৌদুনা লৈবিবা অদুদগী মনিং তমহন্নবগীদমক্তনি বাবানা মীওইবগী শক্লোন লৌদুনা মালেম অসিদা লাকখ্রিবসি। বাবানা তশেংনা ফোঙদোকপিখ্রে মদুদি ভাবতকি থাইনগী নাতশিংগী, কলচবগী লনগৈশিং অদু মাগী পান্দমশিং অসিগী খুৎলায ঙাক্তনি। টামিলনাদুগী সুবন্দায খুঙ্গংদা চৎশিবা মতমদা বেদগী পন্দিতশিংদা বেদগী পদশিং (riks) ধনগী (Ghana) মওংদা থীননবা পুক্লিং থৌগৎখি অমসুং সনাগী মেদল কযা পিদুনা মপাব্রি থৌগৎপিখি। অকিবিপল্লি অমসুং বাজামুন্দ্রিদসু rik থীবগী অবোইবা থৌবমশিংদা অদুগুম্বা সনাগী মেদলশিং অদু পিবিখি। শোক ১৯৬৩ দা বাজামুন্দ্রিদা হৈথোযববা মযামগী মীফম অদুদা যাওবিবা মীপুম খুদিংমক্তা বেদ অমসুং শাস্ত্রশিং নৈনবদা থৱাই যাওনবগীদমক ইজ্জৎকি ফিজোল কযা পিবিদুনা পুক্লিং থৌগৎপিখি।

শোক ১৯৬০ দা মাবকানদেয ওবিযেন্তল (Markandeya Oriental) কলেজগী

- কলেজ নুমিৎকি থৌবম পাঙথোকপদা বাবানা সভাপতি ওইখি। কলেজ অদু ডাক্তর সুবি ভগবন্তমগী মপানা লিঙখৎপিবম্বনি। মযাম ওকপগী ব্রাফমদা ডা: ভগবন্তম্না হাযখি : "ঐনা বাবাগী দর্শণগীদমক চৎখিবা খুদিংমক্তা, মহাক্কি মনাক্তা মতম পুম্নমক্তা তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্কুগী, তোঙান-তোঙানবা শিনফমদা লৈবা মী চবুল অমনা, অচৌবা মচা, ইনাকখুনবা-লাযববা, অনাবা-নাদবা অঙাং-অহল অমসুং পন্দিত কযা অমনা কোযশিন্দুনতা লৈবম্বসিদা ঐহাক ঙকখি। মখোয পুম্নমকক্কি লৌশিং জ্ঞান পুম্নমক্কু "লোয়নমক খঙবা" অসিগী মমাংদা কবি অমতা কান্নখিদ্রে'। মখোয পুম্নমক ঙক্লখি অমসুং অঙকপদুনা মমুন ফাবক্কুনা মমৈথংদদি ভক্তিদা ওনশিনখি।

বাবানা মশামক যাওবিদুনা মদদুবদা পাঙথোকখিবা নিবঞ্জনা ভজন মন্দলিদা শ্রীসাইলেমদা নুমিৎ তবেৎনি লেপ্তুনা ঈশ্বরগী মিংখৈবোল শোনখিবদা, নাইনিতালগী গিতা নৈনফমদা অমসুং বাজামুন্দ্রিগী হিন্দু সমাজদা আশীর্বাদ পিবিখ্রে। কৃষ্ণ-গুণতুব ডিষ্ট্রিক্টা লৈবা সনাতনা ভগবত ভক্ত সমাজম হাযবদি কখোল্লবা অমসুং অশেংবা ভক্তশিংগী সংস্থান অদু বাবানা মশামক্না হকথেংননা যেংশিন্নবা লৌশিনবিখি। বাজামুন্দ্রি, ভেনকতগিবি অমসুং শ্রীনিভাসপুবদা পাঙথোকখিবা ষঞ্জশিংদা বাবানা অখন্নবা থৌঙাল পিনবিখি। মহাক্না ঈবপেদুদা লৈবা সংস্কৃত তমফমশিং অমসুং ব্যাস আশ্রম যেংবিখি।

বনাবস সংস্কৃত ইউনিভর্সিতিনা অখিল ভাবত্ত তন্ত্রিকা মহাসভাগী থৌবম পাঙথোক্লবা শীনবা মতমদা বাবাবু বার্ত্তন তৌনবগীদমক্তা স্বামী দত্তত্রেযজিবু প্রশান্তি নিলযমদা থাখি। মদু সভা অদুদা বাবানা আশীর্ব্বাদ পিবিনবনি। "মতম অসি তন্ত্রগী যুগনি" হাযনা বাবানা তোযনা লাউথোকপিখ্রবসু, মহাক্না স্বামী অদু নীঙবা কাযনা হনহলখি। বিশ্ব হিন্দু পবিষদকি মীফমগীদমক শীল্লিবা কাংবুনা মদুবু লমজিংলিবা স্বামী মযাম ফম্বদুদা বাবাবু যাওবিনবা হাযজখি। বাবানা মখোয অদুদা হাযখি মদুদি হিন্দু ধর্মগী ফিদমশিং অদু নৌনা হিংগৎহন্নবগীদমক্তা অমসুং মায পাকপগী লম্বীদা চৎহন্নবগীদমক্তা মহাক লাকখিবনি।

"নখোযনা হৌজিক নিংলিবা পান্দম অদু ঐহাক্না মিকুপ খুদিংমক্তা তৌবিবনি।" মালেশ্বরমগী তেলেগু বিজ্ঞান সমিটিনা প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভাগী সেন্ট্রেল কমিটিগী মেম্বব খব - সনমান উৎপগী থৌবম অমা পাঙথোকপা মতমদা বাবানা সভাপতি

ওইখিবি।

প্রশান্তি বিদ্বানমহাসভাগী হায়দরবাদ শাখা হৌদোকপগী থৌরমদা গোভর্নর পত্তোম তনু পিল্লাইনা হায়খি, "ঐহাক যাম্না নুংঙাইবে মবমদি সভা অসিগী মরুওইবা পান্দমশিংগী মনুংদা অমদি পান্দিতশিংবু ব্যবহার তৌবিদুনা মখোযগী হৈ-শিংবদু যোকখৎপিবা অসিনি অমসুং মদুমক্লা বেদশিং অমদি শাস্ত্রশিং তম্বদা যাম্না পুক্নিং থৌগৎপিবর্সিনি।" রাজামুন্দ্রিদা হিন্দু সমাজনা শিন্দুনা থাইনগী অরিবা লাইরিকশিংদা হৈথোইববা, অহল ওইববা পন্দিত অহুম - শ্রীবুলুসু অপ্পন্না শাস্ত্রি, ভবানসি সুব্রমন্য শাস্ত্রি অমসুং কোল্লুরি সোমাসেখর শাস্ত্রিবু ইকায় খুম্নবগী শীনখিবা যামখ্রবা মীযাম অমসুং ছাত্রশিংনা তিনখিবা মীফম অদু বাবানা সভাপতি ওইখি। শোক ১৯৬৫ গী দসবাগী হবাও-কুম্মৈগী মতমদা হার্যবিবা অহল অহুমসিগা ভেনকর্তাগিরিগী বিদ্বান দুপতি তিরুমলাচারলুগা লোযননা থাইনা মমাংঙৈদা নিংথৌবেলশিংনা সনমান পিনরম্বা "সুবরনা বন্কনা" হায়বদি মণিমুক্তানা য়ামলবা সনাগী খুজি পিবিরম্বা অদুম হায়না বাবানসু সনমান অদু মীওইশিং অসিদা পিরিবিখি। বাবানা অহল ওইরবশিং অদুনা ষ্টেজ মথক্তো কাখৎপা মতমদা কয়া নুংশিনা মতেং পাঙখিবগে হায়রবদু উহৌবা মীপুম খুদিংমক্লা, অহলশিং অদুনা মদ ফংজবদুদা বাবানা মখোযগীদমক কযাদা হবাও-নুংঙাইবিখিবা, মতৌ কবম্না যাম্না ব্যবহারগা লোযননা বাবানা গোভরনরদা সনাগী খুজিশিং অদু ফংজবিবশিং অদগী খুজেংদা শিজিনহর্নখিবা লগননা সনানা ফিরান চল্লবা শালশিং অদুনা মখোযগী মরেংবান্দা কুপহনবিখিবা, থৌদোকাশিং অসিবু উহৌখিবা মীপুম খুদিংনা মতম কুইনগা ওইনা কাওবা ঙমদনা থম্মোয়দা শংদুনা লৈবগনি অমসুং পাওতাক ওইনা লৈহৌবগনি। পন্দিতশিংগীদমক্তদি মাগ সাইগা যুগ অসি হবাও তবাম্না ওকচনবগা ফববা মরম কযামকম লৈ, মরমদি মহাক অসি মখোযগীদমক্তদি পৃথিবী অসিদা শাকপিববা "কল্পতরু" অমনি। কানচিপুরমগী কামাক্ষি লাইরেম্বীগী মরমদা পন্দিত অমনা মশানা ইজবা কবিতা অমা বাবাগী মমাংদা পাথোকখিবা মতমদা, বাবানা লাইরেম্বী অদুগা মুর্তি অমা সনানা শেমখি অমসুং মমল নায়দ্রবা খুদোল অদ মঙোন্দা পিরিবিখি, অতোপ্পশিংনা মখোয মশানা যোগবসিস্তা অমসুং গিতাভাসাগী মরমদা ইজবা রাফমশিং কৎলুবা মতমদা বাবাগী থৌজালনা মদু ফোংননবা ফন্দ পিরিবিখি। বাবাদি বেদমাতানি, বেদ হৈববা পন্দিত অমনা লায়রব-

অনংগী মৈচাক খাঙদুনা লৈবদু বাবানা খাঙবা ঙমলমদে।

তৌবগীবুদি, মহাক্না পাওতাক অমা তন্বিরগে হায়না নিঙলকপা তাঞ্জা নত্তবা মতাংদনি। মরমদি, মহাক অসি য়াম্না চৈরাক কনবা মীশক অমনি, মদু থাইনগী অরিবা লাইরিকশিং অসিগী মপুনি হায়না লৈরবশিং অদুগী মোরেলগী থাক অদু হন্থহন্নিংদবদগীনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, নোংপোক গোদাবরি ডিষ্ট্রিক্কি পন্দিত অমা শেল-থুমগী অনংবা অসি অদুক্কি মতিক মওং চাখিদ্রে মদুদি মাগী নিঙবা কায়মনবদগী বাবাগী থৌজাল লৈ হায়বসি মহাক য়ারমদে। মাগী নুপীনা বাবাদা অৱাবসি কোকহনবিনবা চিঠি ইগে হায়বদা মহাক্না য়াখিদে। নুমিৎ নিনি লৈরগা মাইল ৮০০ লাপ্না লৈবা প্রশান্তিদগী বাবানা চিঠি অমা থারকপদা মহাক য়াম্না ঙকখি, মদুদা বাবানা মহাকপু মাগী নুপীনা চিঠি ইগে য়াদবদুগীদমক্তা য়াম্না কন্না চৈরকখি। “নহাক্না করিগীদমক্তা চিঠি ইবা য়ারোই হায়রিবনো? মদু ঐহাক খঙদবোই নিংব্রা? ঐহাক অসি মানা নত্রগা কনাগুম্বা অমনা ইরক্লগতা খঙবা মীরা? নঙনা রামাচন্দ্রপুরমদা গিতা পাওজেল পিরগা শেল খর তাল্লুগে চৎপদা মাঙলগা হল্লকখিবা নত্রা? অদুদগী নঙনা নশাবু নিন্দা তৌদুনা, অমদি হৈরুরিবা পুন্নমক্তু অরেম্বনি, কান্নদবনি হায়না নশাবু নিন্দা তৌজবা নত্রা? পৃথিবী পুন্নমক্কী পোৎলুম পুরিবা ঐনা নঙ অমসুং নঙগী ইমুং মনুংগী মতেং পিবদা থোইদোকপা পোৎলুম নত্তে। ঐনা নঙোন্দা পরা খরদং তন্বিনিংবদগী অৱা-অনা খরসি নঙহনবনি।” পন্দিত অদুনা বাবানা পিরকপা চিঠি অদু ঐগী খুত্তা অমলাপুরমদা শিন্নখি, বাবানা পাল্লিবা পরা অদু অসিনি “পুন্সি হায়বসিনা নুংঙাইনা চথরিবৈদদি মীওইবনা মদু মশানা হোৎনজবদগীনি খল্লি অমসুং ঈশ্বরবু কাওথোকই। মদু হেক নত্তবদা নিন্দা তৌবা হৌরকই অমসুং থাজবা ৱাৎলকই। নঙনা তৌফম খঙলক্রবা মতমদা অতোপ্পাবু ইকায়বা পিবা হৌরকই, নশামক আত্মানি, আত্মাদি অৱাবনা নত্রগা নুংঙাইবনা শোকহনবা ঙমদে। নহাক বিষয় কয়াদা য়াম্না হৈথোয় শিংথোইরে, অদুবু মদু নঙনা থবক্তা ওম্থোক্তুনা মদুগী ফল ফংনবা হোৎনদে। আত্মাগী নুংঙাইবা অসিদা করি অমতনা অকায়বা, অথিংবা পিবা ঙমদে হায়বসিতং নঙনা থাজবা ঙম্লবদি নহাক কয়াদা নুংঙাইগদবা! খন্দুনা য়েংউ মতম অদুদা নহাক কয়াদা ইংনা, তপ্না লৈবা মীশক অমা ওইগনি।”

“নঙগী লেকচরদা আত্মাগী মরমদা শন্দোক্না তাক্লি অমসুং মদুদা নিংথিনা খম্থরবা মীওইশিংনা ফংবা ঙম্বা নুংঙাইবগী মরমদসু ঙাঙলি। অতোপ্পদা পাওতাক

পিবদি লায়বনি, নঙনা মীঙোন্দা পাঙথোক্লবা হায়রিবদু নশাদা লাক্লবা মতমদদি মদু অব্রাবা অমগুম খল্লি। বেদ, শাস্ত্র, পুরান, ইতিহাস অমসুং উপানিশদ পুম্নমক নকোক্তা পিক থন্না পুবগা তেংথাবা অমসুং অশাওবা অদুদি পকচদে। অব্রাবা পুম্নমক অসি কোক্লবগী খ্বাইদগী ফরবা হিদাক - ঈশ্বরগী মিংখৈরোল শোনবগী মহুত্তা, কবিগী অব্রা, অনা, অমাং-অতাগী ব্রাখলদা চিন্তা তৌবিবনো?

"নঙগী লৈবিবা থাক অদুগা চানবা তৌফম থোকপা নথৌ অদু তৌ। হরাওনা থৌনা ফনা তৌ। পুকসাবতা মবি অদু ফংনবা হোৎনৌ, অদু ওইববদি খ্বাইদগী অব্রাংবা অচুম্বদু ফংবা ঙমগনি। হোৎনৌ অদুগা সিমানা লৈত্রবা নুংঙাইবা অদু ফংউ। ইনাক খুনববুসু চৈগনু, নত্তে, ইনাক খুনবতসু নত্তে, কনাগুম্বা অমতবু চৈগনু। মবমদি, নিংশিংউ, সাই হাযবসি মীপুম খুদিংদা লৈবনি। অদুনা, নঙনা অতোপ্পবু চৈবা মতমদা সাই মশামকপু চৈববনি"।

অসুম্না মপা অমা ওইবগী অকনবা ব্রাবকপগা লোযননা ইববা মতুংদা চিঠি অদু অসুম্না লোযশিল্লি : "নহাক্কি থম্মোযদা লৈবা সাই"। অসুম্না বাবাগা নকশিন্না লোযর্নবিবা পন্দিতশিং অসিগী থম্মোযগী থৌবমশিংদা বাবানা যাম্না চেকশিন্না যেংশিনবিবা অসিমক বেদমাতা অসিনা সনাতনা ধর্ম যোকখৎনবা পান্নৈশিংগী মনুংদা অমনি; মবমদি বেদগী পুন্সি চুপ্পা লেপ্পা, মথৌনা ফবা কাংবু অমা যাওদ্রবদি পৃথিবীদা পুম্নমক অমর্তান হাযবা বেদগী পবা অদু ফাওহনবা অমসুং যাহনবদা বানা থোর্ক্নান।

# ৩. খুৎকৌ অদোঃ
## (THE CALL)

শোক ১৯৬২ গী নভেম্বর তাং ২৩গী প্রশান্তিগী ফিবাল অদু নিলয়মদা চিংখৎপা মতমদা ভারতকী তম্পাক্তা লান্দারকখ্রবা চিনাগী মতাংদা পল্লদুনা হায়খি: "ঐগী পোকপগী থৌরম পাঙথোক্লিবা অসিদা নুংঙাইতবা থৌদোক অমতনা অকাযবা থোকহল্লোয়; নখোয় হেন্না নুংঙাইরবা পাও তাবগনি"। অশেংবমক্কি, যাম্না খুমাং-চাউশিন্না চংশিল্লম্লবা চিনাগী লান্মিশিং অদু তাং ২২গী অহিং নোংয়াইদগী মথন্তা হন্দোকপা হৌখি, কবি মরমগীনো হায়বদু ঙসি ফাওবা হাযদোক্তনা লৈরি।

নুমিদাংৱাই অদুদা পুত্তপার্তিদা বাবানা কৎপা স্কুল অমা অন্ধ সবকারগী প্লান্নিং মন্ত্রিনা হাংদোকপগী থৌরমদা ঙসিগী ইদুকেসন্দা যাম্না চাউনা মাঙহল্লিবশিংদু বাবানা পনখি। "খুঙ্গংগী লম্বীশিং, য়ুমশিং অদুগা অঙাংশিংসি য়েংউ অদুগা চহি ৫০/৬০ হকচাং ফনবগী নিয়ম কয়া তম্বিরক্লিবদু কবি কান্নরিবগে হায়য়ু। হকচাং ফনবা, য়ুমলৈ-কৈরৈ ফনবা অমদি পুন্সি নুংঙাইনা লেন্ননবা হিরমশিংসি তম্বিবদা অসুক য়াম্না থৌশাদ্রবসিদদি অতৈ-অতৈদা ফনা কন্না, ৱানা হোৎনদুনসু কান্নরমগনি হায়বসি ঐহাক অমুক হায়ররোই। বাবানা হায়খি মতৌ তম্বগী নিয়ম অসিনা অঙাংশিং অসিবু মমা-লৈবাক্তগী লাপথোকহল্লি অদুনা মরু য়াওদবগুম কংহল্লি। "নখোয়না অঙাংশিংদা করিশু কান্নদবা বা-বা ব্লেক শীপ ... নচিংবা তম্বি অদুগা পুন্সিবু য়োকপা ঙস্বা, ৱাংখৎহনবা ঙস্বা ... "সুদধা ব্রহমা পরাত পরা রাম, কালাতমাকা পরমেশ্বরা রাম" - রাম পুমশেং শেংবা ঈশ্বর, পুম্নমক্কি মথক্তা লৈবা, পুমথোয় থোয়বা রাম, অচৎ-চত্তগী মপু ঈশ্বর পুম্নমক্কি মপু-ঈশ্বর ওইরিবা"

-হাযবসিবুনা মতমগা চুনদ্রবনি, কান্নদ্রবনি হাযদুনা থাদোকখ্রে। মশাগী মওং-মতৌ থাদোকখ্রবা ভাবত অমনা কবি কান্নখিগনি অদুগা শাজিন্নবা কশিযা নত্রগা অমেবিকা অমা ওইবগা কবি কান্নগনি? লৈবাক অসি হেন্না ভাবত মালহল্লু, মহাক্না পাওতাক পিখি। "মিহৌচাউবা, তহা-তহাবা, তুক্কচবগী মিৎযেং, লৌনম ..নচিংবনা ভাবতপু অমসুং পৃথিবীগী অতৈ মফমশিংবু ৱাহল্লিবশিং অসি কোকহন্নবগীদমক অঙাংশিংগী ইদুকেসনগী খুজিল-থৌবাং তৌবিবশিংনা কবিগুম্বা খবদং তম্বিনবা থৌবাং তৌগদবনি মদুদি আধ্যাত্মিক্কি সাধনা, তুমিন্না লৈবা, ঈশ্বরগী মমিং শোনবা, ঙকখ্রবা জগৎ ত বু শেম্বিবিবা মপুবু নিঙবা, অতোপ্পদা কান্নগদবা মতেং পিবগী মওং, অতোনবা শাজত্তগী থাদোক্লবা ৱাখল।"

মিনিস্তব ডা: এম: চেন্না লোঁদনা মাগী স ভাপতিগী ৱাবোলদা চযোল খবগী মমাংদা সিবদি চৎলুবগী ৱাযঃ পনখি ."এনা সির্বাদদা চৎলুবগা পুত্তপার্তিদা যাম্না থুনমক লাকখিবসি ঐগী লাইনক ফববনি হাযনা খল্লি, মবমদি সিবদিগী সাই নাবানা মযম অসিদা সত্য সাই বাবা হাযনা অবতাব তৌববে"। বাবানা মঙোন্দসু অমসুং মীযামদসু হাযাখ মিং পুম্নমকসি ঐহাক্কি, সাই বাবা অমসুং সত্য সাই বাবাখক্তগী ৱা নত্তে, শকতম অমদুনা সাই বাবা কৌবা, অদুগা মসিনুনা সত্য সাই বাবা হাযর্বসি কৌনবিবা মযামদগী মবক্তা অমথক্কি ৱাবিনি। মতম অদুগীগা হৌজিক্কিগা সাই হাযর্বসি মিং পুম্নমকপুনি, মওং পুম্নমকপুনি"। অচুম্বনি, অদুগুম্না অমতা ওইবগা শক্লোন্নি হাযানবা শক্তম অদুগী মতিক মগুণ খঙিক্তুং খ ঙনবগীদমক বাবানা এখে ন্ন খুদিংমকপু মাগী থৌজাল ফংবগী খুদোংচাবদু লৌদুনা ইশা কনজনবা যাম্না ষৈ ং হ বাওনা খুনা বাবি। "খুদোংচাবসি লৌবগা নখোযনা তপ্প থাক মাব কাখত্তুনা নশা হাদ না ং হঙ্কবা যাই। চাকথাওগী অনাবা অমনা, লাংতৌ অমনা নত্রগা অ গ বা নত্রগা অতোংবা অমনা নহাকপু প্রশান্তি নিলযমদা পুনম্নে। নহাক মযম অসি উবদা পাম্লে, লৈবিবা ফিভম, ওঁমকাব, ভজন, চিল্লিবা মওং-মতৌ। নচনা ঐবু উবে, ঐগী খোঙথাং যেংলে, ৱাঙাং, থৌওং; নহাক্না আশাগা লোযননা, থৌনা লৈনা, ভজন লাইবিক্কা লৈবদুনা, ফোটো অমগা নহাক নযুমগীদমক চৎখ্রে। অনাবা ফখবে, লায়হৌ মাঙখ্রে, নশাদা অনৌবা অনাবা অমা ফাওবক্লে প্রশান্তিগীদমক দর্শণ নত্রগা মশা শোকপা নত্রগা ঙাঙবা তাবা, জপতৌবা, ধ্যানতৌবা, নশা-মশক খঙবা পামলক্লে। ঐগী পাওতাক

ইল্লু, ইগী লম্বীদা সিপাহি ওইয়ু, ঐনা নঙবু মায পাক্ত্রিফাওবা লমজিংগনি"। অদুগী মতুংদগী মানা অচৌবা খোল্লাও অসি কৌবকখি : "কনাগুম্বা অমনা যাম্না হৈনিং হবাওনা ঈশ্বব কদাযদা ফংগদগে হংলবদি থৈদোক-থৈজিন অমুক তৌবনু, নশাগী থম্মোযদগী নবৈদা থোবকপদু খুমউ। মহাকপু পুত্তপার্তিদা চৎলু হাযযু অদুগা নঙগী নুংঙাইবিবদো শরুক যামিন্ননবা মাবু বার্ত্তন তৌ"।

শোক ১৯৬২ গী ডিসেম্ববদা বাবাসি মদ্রাসতা লৈবমই। মহাক্না সত্য সাই নিবাস কৌবা লাইখুকমফম হোল অমা পেবাম্নবগী খুঙ্গং মযাযদা হাংদোক্লমই। মফম অদু কোল কাবখানাগী যাম্না কুংবা মফম্নি। বাবানা হাযখি : "মসে সংসাব ঈপাক লানগে হোৎনবিবর্বশিংগীদমক্তদি মঙালগী যুম্নি; মসিনা যাম্না তমথিববা কল্লকপা অমসুং তুক্কচবগী নুংজাওশিং অদুবু তার্ক্কান অমসুং মফম মবাং খঙদবা মদ কাবগী অকনবা নুংশিৎকি খুদোংথিবশিংবু খঙহনগনি।"

শোক ১৯৬৩ গী জানুযাবি তাং ৬তা বাইকুন্তা একাদসি পাঙথোকপা তাবমই। বাবাগী কালেন্দবদা নুমিৎ অদু অমৃত পুথোকপা নুমিৎ ওইনা লৈবমই, হাযবিবা নুমিৎ অসিদা বাবাগী মখুত্তগী অমৃত চেনথে। নুমিৎ অদুবু শ্বগগী থোঙ পুন্নমক হাঙবা নুমিৎ ওইনা পুজা তৌনৈ। মদুদা পুন্নমক্কিদমক চাউববা বাইস্নাভাইত মন্দিব শ্রীবঙ্গম অসিদা জগৎকি মপুনা বঙ্গনাথ ওইনা সংসাব হাযবা ফমবাক অসিদা শান্নবিবা পোকপা-শিবা অমসুং অনিসিগী মবক্তা মতম খবদং হিংবা হাযবা দ্রামা অদুগী দাইবেক্তব ওইবিবা ইবুংঙো মহাক্কি মন্দিবগী থোঙ অদু হাংদোকই। বাবাদা যাম্না নকচবা কাংবুদি মীগী শক্তমদা লৈবিবা শ্রীবঙ্গনাথ অসিগী থোঙ পুন্নমক হাংদোকই অদুগা নুমিৎ অসিদা মহাক্না শেম্বা অমৃতদু মখোযদা পিবি। জানুযাবি তাং ৬তা বাবানা ভক্ত মযাম অমা নোংপোক থংবা সমুদ্র মপান্দ লৈবা মহাবালি পুবম কৌবা মফম অমদা চৎখি। মফম অদু থাইনগী অঙকপা বাবী কযা, ঈথকশিং অদুনা মীওইবদা চিবোন-চিবোন তৌবা মফম্নি। চহি চা কযাগী ইতিহাসকি ব্রাবীনা শেংদোকলবা মফম্নি। মফম অসিদা লৈবিবা নুংজাওশিংসে কর্মযোগগী পাইজবু ওইথংবা খুৎনা পাযবগা, ভক্তিযোগগী নিংথিববা মিৎযেংনা লম্বী তাক্কুনা জ্ঞান যোগগী মঙালনা মওং তাহল্লবা হবাও-নুংঙাইবগী মতৌনা থল্লবা মুর্ত্তি কযাদা ওন্থোবকলি। কাংবু অদুনা অদুগুম্বা সমুদ্রগী তোর্ব্বান অদুদা ইকোয-কোযনা ফমদুনা ভজন শকপা হৌখিবা মতমদা, হৌখ্রবা মতমদা তামিলনাদকী মুর্ত্তি কযা

সমুদ্র তোর্ব্বান্দা থল্লগা শকখিবা ঈশৈশিংদু ঈথকশিং অদুনা নৌহৌনা নিংশিংলম্বা যাই, তোর্ব্বান্দ অদু পিকনিক চৎপা কাংবুনা থর্নখিবা নত্তে, ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি প্রেমতনা লুপ্পবা, ঈশ্বরতবু থিজবিবা কাংবুতনা থনখিবনি। অমগী মথংদা অমনা মথং-মথং ফমদুনা নিংথিববা ঈশ্বরগী ঈশৈশিং অদুবু তানবমই। অকোয়বা নুঙশিংদা হক্কুনা লৈবিবা ফজববা শামু, শজি, যোংনচিংবা মযামদু ফাওবা নুংদগী নাম্থোক্লবা হোৎনখি অমসুং অকোযবা মবক্কুদা ফম্লবা হোৎনখি।

মদুগী নুমিদাংৱাই অদুদা বাবানা বিষ্ণু, নবাযন অমসুং কৃষ্ণগী পুক্লিং শুদ্ধৎনিংঙাই ওইববা মুর্ত্তি অহম পুথোকখি অমসুং অকোযবদা ফল্লিবা ভক্ত মযামদুনা মখোযগী মবাযবক বৈদকো হাযনা হবাও-নুংঙাইবিঙৈদা নুঙদা যেক্লিবা তুমিন্না অনুতাপ তৌবিবা অর্জ্জুন অদু মবুংঙোদা ভক্তি - প্রার্থনা তৌজনবা মমায় লৈশিল্লক্কুনা মখুৎ অনি লোন্নর্জখি। মুর্ত্তি অহমদু ঈশ্বরগী সত-গুণগী মওংনি, মদুনা মীওইবদা শিদবা-অমৃতু পিব্বিবিবনি। বাইকুন্ত হাযবদি মফম নত্রগা থাক - অবাবা, অপঙবা, ওইদবা লৈত্রবা মফম, থাক। অদুগুম্বা থাক অদু ফংনবগীদমক কথোক্লবা নুমিৎ - ইকাদসি নুমিৎ অদুদা অপঙবনা, খঙদবনা খুবৌ চেল্লিবা অসিদগী নাম্থোকপা ঙল্লবা কাংদুগীদিমক্তদি বাইকুন্তগী থোঙ অদু হাংদোকই। "পুক্লিংনা ইন্দ্রিযগী অপাম্বা মতুংইন্না চৎলবদি নহাকপু পুনশিল্লে, বুধিগী মতুংইন্না চৎলবদি নহাকপু কনবিবে। অদুনা পুক্লিং অদু ইন্দ্রিয-গী অপাম্বদা চত্তনবা লৌশিংগী মতুংইন্না চৎনবা তম্বিযু", বাবানা পখিবা পাওত্রাক্লি। মসিগী মতুংদা বাবানা অমৃত পুথোক্কুনা ভক্ত মযামদা যেনর্বিখি লোযননা চেকশিন ৱাহৈ তাকপিখি মদুদি অমৃত চাববা নবৈদুনা অমুকহন্না ওইদবা ডাঙলবোইদর্বনি।

প্রশান্তিদা হল্লক্লবা মতুংদা বাবানা মক হক্লবা নিযমশিং ইলহল্লগে হাযদুনা প্রশান্তিবু মযুম ওইনা লৈববা ভক্তশিং কৌবমই। "অবতাব অসিগী মথৌশিংগী মনুংদা ভক্তশিংবু যোকখৎপা হাঙবসিসু অমনি। অদুনা ভক্ত ওইনবা হোৎনৌ। কবিগুম্বা অখাকপা অমতা লৈতনা নখোযগী পুক্লিংদু ঐঙোন্দা পিযু; মসিগী তযাং-তাশোযবা, অবেপ্পা লৈতবা পুম্নমক অদুগা লোযননা পিযু। নখোযনা তৌগদবা হাযববু মদুখক্তনি। অদু ওইববদি নখোয ভক্ত ওইবে; নখোয অৱাবদগী নিংতম্লগনি। নখোযদা নত্তে, জগৎ অসিদা লৈবিবা খুদিংমক শোযদনা কনবিগনি," বাবানা হাযখি।

নুমিৎ খরসিগী মতুংদা অঙাং ৩০ মুক লায়মিং লৌবগী থবক তৌবমই। অঙাং ১৬ অমদি হান্নরনা মনা হুৎপগী থৌরম পাঙথোকখিদে খঙবদগী বাবানা মখুৎ ওত্তুনা সনাগী নায়িল ১৬ পুথোকখি অদুগা মশামক্না মনা হুৎপিখি। মহাক্না মখোয় খুদিংমক্কি শেৎন-চানবা ফি অমসুং পাত্র পিরমই। অঙাংশিং অদুগী মমা-মপাগা লোয়ননা লাকখিবা ব্রাহমিনশিং অদুদা য়াম্না অতাক-অফোংনিংবগী, চাবা-থকপগী মওং অদু থাদোক্তুনা খর চম্না পাঙথোক্লবা হায়খি। মখোয় য়াখি অমসুং বাবানা লাক্লিবসে মরু-মরাংশিংদগী ফৌৱাম খায়দোকপিবা লাকপনি হায়বসিদা যাম্না নুংঙাইজখি। পুরোহিতশিং অদুনা মমা-মপানা অঙাংগী মতুংদা লেপ্পনবা হায়রকপদা বাবানা "ঐনা মখোয়গী মমা ওইগনি" হায়খি। "অঙাংশিং অদুগী মবক্তা খরদি মমা লৈখিদবা য়াওরে; অদুনা অতৈনা মতুংদা মমা লেপ্পা উরগা মখোয়গী মমিত্তা মপি শিন্দুগনি; অৱাবা পুম্নমক মাঙহনবা ঙম্বা গায়াত্রি মন্ত্র পিবগী থৌরম অসিদা কনা অমতবু মপি তাহনবা পামদে, অদুনা মমাশিংদু অঙাং মনাক্তা লৈহল্লগুমসি"। অঙাংশিং অদুনা ইমা, ভিক্ষা পিবিয়ু হায়রকপা মতমদা মমা-মপানা ভিক্ষা পিগদবনি, অদুবু বাবানা হায়খি : "ঐনা মমা ওইগনি। ঐনা মখোযদা খুদোলপোৎ পিগনি"। কয়াদা মরায়বক ফগ্রবনোনে!

উপনয়ানম্ পাঙথোক্লিঙৈ মরকসিদা শিবরাত্রিগী কুম্মৈশু পাঙথোক্লমই। সনা মচুগী অমগা, লিক্লি মচুগী অমগা লিঙ্গম অনি বাবাগী মপুক্তগী থোরকখি; মসি শোক ১৯৪০দগী অদুম হৌনবি ওইনা লৈরক্লবনি। বাবানা শন্দোক্না তাকখি মদুদি লিঙ্গ হায়বসি পুক্লিংনা মাগী মশা-মরেং পুম্নমক থুপচিল্লগা আত্মাখক্তদা লুপশিল্লকপগী খুদম্নি। অশিংবশিংনা ভাব তাবা ঙমই মদুদি পুক্লিং অমসুং মসিগা লোযনরিবা অচৌবা সংসার পুম্নমক অদু লিঙ্গ অসিদা তিনখ্রবনি - অহৌবা লৈতবা, অরোইবা লৈতবা, নুংঙাইবগী মহাসমুদ্র ওইরিবা লিঙ্গ অদুদা তিনখ্রবনি।

শিবরাত্রিগী মতুংদা বাবানা নুমিৎ হুম্নিগী আধ্যাত্মিক্কি থৌবম অমা সভাপতি ওইনবা রাজামুন্দ্রিদা চৎখিরমই। গোদাবরি তুরেল তাফমগী লৈহাও চেল্লবা লমদম অদুগী খুঙ্গং চা কয়ানা কুইনদগী আশা তৌনরকপনি; অদুবু বাবানা অতৈ খুঙ্গংশিংগী খোঙচত্তি য়ৈথোক্লে হায়না লাউথোকখি; অদুবু পুম্নমক্না বাজামুন্দ্রিগী মিটিং অসিদা দর্শন তৌবা য়াগনি হায়না খঙহনবিখি। অদুনা বাবানা নোংপোক সমুদ্র খোঙবান্দা গাড়ী তোংদুনা গ্রান্দ-ত্রঙ্ক রোদতা চৎপা মতমদা মী লিশিং লিশিংনা

অবাপ্পা অনকপদগী কাবনা, ওমনিবসনা, ট্রেন্ন, হিনা, সাইকলনা, বিকসোনা, ষন-গাড়ীনা মফম অদুদা লাক্ল খি। অসুম্না মাযকৈ পুম্নমক্তগী লাক্লখিবা গাডী পুম্নমক পুমহাং হাংনা হন্নখি। পুসকাবমদা পাঙথোকখিবা তুবেলগী কুম্মৈ অদুদা তির্নখিবা মীয়াম অদুদি মমাংথক্কি চহি কযাগী বেকোর্দতা অমুক্তা থোকখিদ্রি। বাবা মশামক্তা তাং ২৯দা মীয়ামদা ব্রা ঙাঙবদা হাযখি মদুদি খ্বাইদগী চাউববা লক্ষ্মাং অদুদা পোকখায়দৌনা তিনখ্রিবা মীযামদুনা বিশ্বাবিবাত শ্বরুপ-পু নৌহৌনা নিংশিংহল্লি। হাযবদি খঙবা ঙমদবা অচৌবা মপু অদুনা মশিংলাকঙমদ্রবা শক্তমদা উৎপঙম উহনখি। পুম্নমক অদুন লোযনা ঊবা ঙম্বা লক্ষ্মাংঅদুগী মতাযদা লৈবা যুমথক অমদগী ব্রা ঙাঙনবা মফম হোংখি।

বাবানা বাজামুন্দ্রিদা লৈবগা মর্বিনি শুবা নুমিৎ অদু বাম্নবমি ন্যামৎ ওইবমই; হিমালযদগী কন্যাকুমারি ফাওবদা ধর্মগী শর্ক্লম্মি, ঈশ্বরগী অবতবান হাযদুনা পুজা তৌনবিবা বামগা মপোক নুমিৎনি। ভারত পুম্নমক্তা ধুপকী নুংশিলবা মনম অমসুং মন্দিরগী কংশি মখোলনা থুম্নাংখি। বাবানা নুমিৎ অদুগী অতিং দ অপাকপা তুবেল অমগী মযাযদা লৈঙোই ম ক্তা ফর্মখি। মযম অদু চহি কযা বথাগী মমাংদা নর্হাক্কি খা ভারতাক খোংচত্তা স্না যাই থাজনবা মফম্মি। মদ যান্না তোপ- থাপ্পা পুংদম হাযান, পৃথিবীগী ইতিহাসতা স্টেলে হাংবগি ও ান। মবমদি বাবানা পুংধম অদুমক্তদা ভারত হমদি পৃথিবীগী পুম্নমক্তা বেদর ধর্ম শন্দোক্ল বগী থৌবাং অদু লাউথোকখি।

কর্ম তৌবা মতমদা ঙাকগা লোযনদুনা জ্ঞান থংনবা হোং দননি হাযনা তাকপিখি। বাবানা হাযাখ মদুদি বেদসি শবক অহুম থোকই, সত্তাবনা কর্মগী মবমদা নৈনৈ, মসিনা খ্বাইদগী হৈনা চাউই, প্রানশুবনা খব পিকই, মদুনা উপাসনা হাযবদি পুজাগী মবমদা নৈনৈ, অহুমশুবা অদুনা জ্ঞানগী শরুক্লি, মদুনা উপনিষদ হাযাবরসি, মসিনা অমুক্তা ওই তল্লি, বেদান্ত নত্রগা বেদগী নিযম পুম্নমকপু তাশিল্লবা, নৈনবা, যাংনবগী শরুক্লি। মহাক্তা অহুম অসিবু "নৌবিবা উহৈ", "মুনবা থৌবন্না উহৈ", অমদি "মুল্লবা উহৈ" গা চাংদমনৈ। নৌবিবা উহৈনা মুনবা থৌবকপগী থাক যৌবদি মতম শাংনা চঙই, মুনবা থৌবকপদগী মপুংফানা মুনবদি মতম তেল্লি; থৌবক্লিবা থৌবাং পুম্নমক অসিদগী ফংলিবা অথুম্বদুনি জ্ঞান হাযাবরদি।

জ্ঞান খক্তনা নিংতম্বা হায়বদি অরান-খুভম ফংগদবনি হায়না বেদনা লাউরিবা অমদি কর্ম অমসুং ভক্তি হায়বসিনা অহৌবগী তৌদ-য়াদবশিং অদুনি হায়বসি বাবাসু য়াখি। জ্ঞান খক্তনা জগৎ অসি অমতনি, পুক্নিংগা পোৎকা অমতনি, মতমগা অহাংবগা অমতনি, খ্বাইদগী লাপ্পা থৱান্মিচাক্কা নুংশা মঙালদা লংলিবা খ্বাইদগী পিকপা মরিক অদুগা অমতনি হায়বসি জ্ঞান খক্তনা খঙহল্লি।

বেদগী অচুম্বা অসিদা য়াম্না কন্না থাজদুনা শন্দোক্লল্লিবা সংকরাগী মপোক নুমিত্তনি বাবানা পুন্নমক অমতনি, অনিশুদে- অদ্বাইতগী নিয়ম অসিগী মরমদা ঙাঙখিবদু। "মীওইবগী জ্ঞাননা, লৌশিংনা হেক হংলিবা ৱাহং পুন্নমক্কি পাওখুমসি মসিদা হল্লিবা অর্থ অসিনা পেলহনবা ঙমই অমসুং বিজ্ঞাননা হেক পুথোরকপা পুন্নমক্কসু অদুম মান্নে। অ-দ্বাইত-হায়বসি অমখক্তনি হায়বদুতং নিংথিনা মপুং ফানা খঙবা অদুবুনি, পোৎ পুন্নমক্তা, মতম পুন্নমক্তা। নহাক্না 'ময়াম হায়বা ৱাফর্মসি নহাক্কি মপুং ফাদ্রিবা জ্ঞানদগী পোকখিবা ভাবনা শাবা ৱাফম্নি হায়বসি হেক খঙবা মতমদা নহাক মপু ওইবে, অকিবা পুন্নমক মাঙখরে, নহাক মমায় লিশিং পানবা সংসার অসিদগী নিংতল্লে।" বাবানা হায়খিবনি।

মেগী তাং ১০দা হৱাইত-ফিলদা লৈবা ৱাও ইন্সুলেতিং কম্পানি অদু বাবানা হাংদোকপিখি। মহাক্না কর্মাচাবিশিংদা ৱা ঙাঙখি অমসুং আশীর্ব্বাদ পিখি, পাওতাক পিখি। মখোয় খুদিংমক চাথোক পুথোক্লবা হোৎনবদা থাদোক্লবা যাদ্রবা ঙাক্তনি, অমনবা, থরেক্লবা, থৌশাদবা নত্রগা হৈতবা অমা য়াওবদা মদুনা অতৈ পুন্ন মক্তা হৈনিংহন্দবা, থৌশাদবা পোকহনগদৌরিবনি। অতোপ্পগী মোতসু মখন্নৌ, অতোপ্পগীসু নঙনা খঙউ। মহাক্না হায়খি, মখোয়গা থবক শুমিন্নরিবা বৃতিশকী অহৈবশিংদু মানা খঙই অদুনা অসিগুম্বা য়াম্না থৱায় য়াওবা, অফবা মঙানগী মীওইশিং অসিগা লোয়নবম্বগীদমক মখোয়বু থাগৎলি।

বাবানা চেকশিন ৱাহৈ অমা মীনা য়াম্না তোয়না হেঞ্জিন্না হায়নবা খুৎশুমনগী মরমদা হায়বিখি, মবমদি মদু মহাক্না শান্তি অমসুং নুংঙাইবা ফংনবা ওইরিবা মীওইবগী সমস্যানি হায়খি। শ্রী সাইলেমদা মিস্ত্রি লিশিং কয়ানা থবক শুরিবা, কয়ানা নুঙ কক্লিবা, মেকানিক কয়ানা কৃষ্ণ তুরেলগী মথক্তা দাম শারিবা অদু উবদা লুচিংবশিংনা খঙজিনবা য়াবা পাওতাক কয়া পিখি। "থবক অসি তহা-

তহানা হেক তৌশিনগনু, মসি য়াম্না শেংলবা থবক্কি, মসিনা মীওই ক্রোর কয়াদা চিঙ্গাক অমসুং নুংঙাইবা চহি চা কয়া পিগদৌরিবনি। অশেংবনি, নখোয়গী পুক্নিংদু পোকপগী মহৈ য়াম্লবনি। তুরেল অসিগী অঙাওবা ঈচেলবু থিংনবা হোৎনরিবশিং নখোয়সু নশাগী লাকঙম-ফাঙমদ্রবা পুক্নিংবু লাকশিন্নবা হোৎনৌ। অপাম্বগী ঙংদুনা চেম্থরক্লিবা ঈচেলদু থিংজিল্লু, মদুনা নশাগী য়ুমগী শান্তি অমসুং নুংঙাইববুসু খুদোংথিহনবনি। মদু কান্নগদবা হিরমদা শিজিন্নৌ। নশা ফনবা নিয়ম খর ঙাকপা অদুগুম মরাং কায়বা শান্তি ফংনবা পুক্নিং খুদুম চন্নবগী নিয়ম খর ইল্লু। নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা অমসুং নুমিদাংবাইদা নঙগী নয়ুমগী লাই মমাংদা তুমিন্না ঈশ্বরগী মরমদা খন্দুনা মিনিট খর-খর্রদি লেল্লু। মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরগা লোয়নরি হায়বা খন্নবা হোৎনৌ; ফিভম পুম্নমক্তা মহাক্কা লৈমিন্নৈ হায়না খল্লু। মঙোন্দা থাজৌ, মসি মাগী লীলানি, নঙদি চুম্নগী শরুক অমখক য়াবতনি।”

হৱাইত ফিল্দগী বাবানা মাইশোর চৎখি, নিলগিরি য়ৌথি অমসুং মদুদগী তিন্নেভেল্লি, মুক্কুদাল, মদুরাই অমসুং কোদাই কানালচিং মথং মথং য়ৌথি অমসুং গুরু পুর্ণিমাগীদমক মতমচানা প্রশান্তি নিলযম য়ৌথি। গুরু পুর্ণিমাগী কুম্মৈ অসিগী মমাংদা থোকখিবা অঙকপগী মশক ওইখ্রবা, কাওঙমদ্রবা থৌদোকশিং অদুদি তোঙানবা-তাংকক্ অমদা সনাগী ময়েক্লা ইশিনগদবনি।

# ৫. মসিগী সিবা-শক্তি ঃ

## (THIS SIVA-SAKTHI)

ভবানি-না শিবাজিদা থাংশাং অমা পিবগা মদুনা সনাতন ধর্মবু কন্নবদা শিজিন্নখিবগুম বাবানা মশামকসি ভবানি-নি হায়না লাউথোকপিখিবদু পাবিরিবাশিংনা খণ্ডবিবল্লগনি। "মসিগী শিব-শক্তি অসিনা - ঙসি মদুমক তৌরি। ঐনা থৌনাফবগী থাংশাং অদু পন্দিত-শিং অসিগী মখুত্তা পিরি·অমসুং মখোয়গী লৌশিং, জ্ঞান অমসুং নুংঙাইবদু মীওইবা পুন্নমক্কা শরুক য়ামিন্ননবা শিজিন্নরি। মসিমক্কি সনাতন ধর্মনা হাযবিবসি।

"শিব-শক্তি" হাযবা ব্রাহে অসিনা তাবিবা পুন্নমক্তা শোক ১৯৬৩গী জুলায় তাং ৬তা থোকখিবা অঙকপা পুন্নমক্কি মথক্তা অঙকপা ওইখ্রবা থৌদোক অদুবু নিংশিংহল্লি। মদু নুমিদাংগী পুং ৭ লোম তাবদা প্রশান্তি নিলযমগী হোলদা থোকখিবনি। মদুনা থাজবগী ঙমখৈ পাকথোকহনখি অমসুং ভক্তিগী ঈচেল হেন্না লুহনখি। অদুনা মদু ঐহাক্লা খব মপুং ফানা শন্দোক্লা ইরগে।

পুন্নমক অদু জুনগী তাং ২৮গী নুংথিলদা হৌখি; বাবানা ঐঙোন্দা চয়োল অমদি নায়তোম উনবগী থবক তৌররোই হায়না লাওথোকহনখি। কনা অমতনা করিগীনো হায়বা ঙম্নখিদে মবমদি নোংমগী চৎলিবা খোঙচত্তা তোঙানবা অহোংবা অমতা লৈখিদে। তাং ২৯ থাংজগী অযুক পুং ৬.৩০দা মখা মাঙ্গোলদগী মাগী কাদা চৎপা মতমদা বাবানা মশাসি ফৈনা চিংবগুম তৌই হায়খি অদুগা খণ্ডহৌদনা লৈমায়দা তুখি। মতম অদুদা ঐহাক বাবাগী মনাক্তা লৈরমই; ঐহাক্লা বাবাবু পায়ববসু তুখিবদু কনবা ঙমখিদে, চুম্নতা কন্না তাশিনগদবা অদুদগী খজিক্তং

ঙাকহৌবগী ৱাতনি।

তুবা মতমদা ওইথংবা খুৎ অদু কন্না খুদুম তাশিনখি; ওইথংবা মখোঙদু চুমদ্রিং তিংথোকখি অদুগা খোঙদোনশিংদুসু চপ-চপ তিংখি। কনাগুম্বা শোয়দনা শিবগদবা অফবা মী অমগী অনাবদু মহাক্না লৌশিল্লম্বা য়াই। অসুম্না মমাংথক্তা মখল-মখলগী অনাবা মশাদা লৌশিনখিবা কযারক উথ্রবনিনা ঐনা রাজা-রেদ্দিগা লোয়ননা মশাদা অমুক হল্লকপা ঙাইদুনা লৈখি, মতম অদুদা করম্বা মফমদা, অমদি অনাবা অদুগী মমিংশিং খঙবা ঙমগনি। মমায অদু ওইরোমদা চিংখ্রে, মচিনবানসু ওইদা পৈখরে, মৎ কোনশিনখবে। ওইথংবা মমিৎ অদু উদবগুম তৌখ্রে। ঐখোয় অনিনা বাবানা হাপ্তা অমা মী উনবোই হাযবদু মসিগী ওইবা তাবে হাযদুনা মুরুম-মুরুম শোন্নখি। অযুক্কুদা কনাগুম্বা অমা কন্দবা যাদবগুম তৌবগুমখি।

অসুম্না ঙাইরম্বদগী মিনিট কযা হৌখিদুনা পুং কযা হৌখ্রবা মতুংদদি ঐখোয়না লাংতক্নবম্বদু অকিবারোমদা ওন্থোকখি। নুংঙাইতবা, মাযথোং মকশিনবনা কা অদু পিক থনখ্রে অমসুং খর-খবদগী নিলয়ম শিনবা থুংখবে। ডাক্তব বি: জি: কৃষ্ণ মুর্ত্তিনা বাবাবু কোমা-দা লৈবে হায়খি অমসুং শাবৈ হৌবগী খুদম ফংই হাযখি। খদাং চিকশনখ্রে, মিহুল ৮৪ দগী ১০০ ফাওবা হুনখ্রে। ডাক্তবদু সত্য সাই হোসপিতালদা অনাবা যেংবদসু বাবাগী বিভুতিদনা হেন্না থাজনা যেংবনি। হৌর্জিক্তি বাবা মশা নারে অদুনা মশাবু ফহনবিয়ু হায়না মঙোন্দা হাযজবা খক্তা ঙাইবে।

মবক অসিদা কনাগুম্বা অমনা অনাবা অসি মশাগী অনাবনি হায়না কিবদগী মাইল ১০৬ লাপ্না বঙ্গলোবদা চত্তনা এসিসতেন্ত দাইরেক্তব, ডাক্তর প্রসন্নসিমহা বাও পুবক্কুনা যেংহনখি। ডাক্তবগী চেবোনদগী খরদং শিন্দোকচরি : "ঐহাকপু শ্রীসত্য সাই বাবাগী মনাক্তা পুত্তপার্তিদা কৌরকপসি জুনগী তাং ২৯গী নুংথিলদনি। ঐহাক যাম্না থুনা ইবাই শ্রী কেসব-ভিত্তালগা লোয়ননা চৎখি; য়াম্না অৱা-অনা নঙলিবা দৃশ্য অদু উখি। নোংযাই মতুংদা ঐহাক কবি অমতা চত্থদনা মহাক্কি অনিংবগী মখাদা নোংঙানবা ফাওবা লৈবা তাখি। নোংঙাল্লগা মাগী কাদা চংলুবা মতমদা উতুপ তাবগুম 'কোমা'দা লৈবদু থেংনখি। মরক-মরক্তা শ্বর কামথোকই,

মরক-মরক্তা মমায়দু য়েৎলোমদা ফৎ-হেক লৈবগুম তৌই; মকোক্তু হেক নাকল অমদা লেঙগনি, অৱাবগী নাহেবগুম তৌই, মরোল লৌবা ঙমদৰা ৱা ঙাংবগুম তৌই। শম্না হায়রবদা, মফম-মরাং খঙদবা ফিভম অমদা লৈরমই।

অনাবগী ৱারী, মওং-মতৌ পুন্নমক য়েংলবা মতুংদা তংখায় অমা পঙথবগী মওংদা লৈরিবা ফিভমদু কোক্কি মমাংথংবা শরুক্তা ব্রেনগী য়েৎথংবা শরুক্তা অহাঙবাগুম্বা ফিভম অমা (Space-occupying condition) লৈবা মাল্লি। অদুনা চহি ৩০ মুক্কি মীওইবা অমদা মসিগী লাযনা অসি অতৈ-অতৈ ওইবা যাবা কয়া হায়রুদনা - মতম কুইনদগী ফোঙদোক্তনা লৈরকপা 'Tubercular Meningitis' হায়বা অনাবদু ওইগদবা মাল্লি হায়নিং ই। ... বাবাগী অনিংবগী মতুংইন্না ওইরসনু হায়না খন্থরগা ঐহাক  নোংমাইজিংগী নুংথিলদা মাগী দর্শন অমুক হন্না ফংলরোইকো হায়বা ৱাখলদুগা লোয়ননা বঙ্গলোরদা হল্লকখি"।

বাবাসি মতম পুন্নমক্তা 'জ্ঞান তারমদে'; ডাক্তরনা ইনজেকসন তৌরমদাইদা মখুৎ ইস্তোকপগুম কবিগুম্বদা মমি-শামি ওইনা খঙবগুম তৌই। হকচাং অদু হুমাং য়াম্না শৌবমই, অদুবু ময়া ফাক্তোক্লগা চামচ-না ঈশিং চামচ অমা-অনিদং পিথকপা ঙমই। মপানগী মিৎযেংদদি মহাক য়াম্না চোকথনা উবমই। ডাক্তর কৃষ্ণ মুর্ত্তিনা হায়রম্বা মতুংইন্না মহাক 'angina pectoris' না কন্না নারমই, থবাক্কি শরুদগী হৌরগা ওইগী লেংজুম অমসুং পাম্বোমদা শাথিনা নাবা  অনাবনি। মশা অসি য়াম্না নাহেরমই। নিলযমদা লৈবা মীশিংনা থোংনাওদা খুনিং কাঙদুনা য়েংবদা তেংথাবগী, নাহেবগী খোঞ্জেলদু তাবমই অমসুং কপ্পরমই। অৱাবদু খজিক্তং পোথানবা, মবক মরক্তা মযা ফাক্তোক্লগা গ্লুকোস নত্রগা চমপ্রা মহি দ্রোপ খর-খর পিবা নত্তনা অতৈ তৌনিংঙাই লৈতে।

নিংথৌকাবা নুমিত্তদি অৱাবগী ৱাখল অসি বাবানা অমুক্কা কনশিনহলখি। কোলোনি অদুদা লৈবা মীওই খর মাগী ফমুং মনাক্তা কৌশিল্লগা মখোয় মখোয়দা শিন্নখিবা মথৌশিংদু কবি অমতা হৈনিং-হরাওবা হন্থদনা পাঙথোক্লবা ইঙ্গিৎ-ইরাং পিরমই। (মরোল লৌফম খঙদ্রবা খোঞ্জেলশিং অদু) ওইরোমদা পৈরবা মচিন অমসুং মবৈদগী থোবকখিবা (...) তানবা হোৎনবা অমসুং অর্থ লৌশিন্নবা হোৎনবা অদু থম্মোয কাযনিংঙাই ওইবা থৌদোক্লি। ঐখোয়গী অকিবদু অতৈ

ভক্তশিংদা তমদুনা কিহন্দনবা মহাক্না ব্রার্নিং তৌখি। "মখোয অদু লেম্না লোযনৌ। মখোয় অদুদা নুংশিনা ঙাঙউ", মহাক্না হাযখিবগুম তৌই। "মখোযদা বিভুতি পিখো, মযুমদা চৎলো হাযযু অদুগা অতোপ্পা মতম অমদা লাকউ হাযযু"।

মঙোন্দা হিদাক-লাংথক পিজবা অমসুং সেবা তৌবা যাখিদে, কোবামিন খজিক্তুং যাওবা চামচ অদু শাওনা ইস্তোকখি। থোঙগী ফৈবেল-থোঙখোং অনি লান্না থাংবা নত্রগা চিংবা তাববসু ঈকুজফম কাদা লৈনবা তকশিনখি। অসিগুম্বা যাম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইবা খোঙচৎ খুদিংগী মিহুল অদু খুদোং থিবা থাক্তা লাকই। ঐখোয অমসুং ডাক্তবদু খুৎ থেক্নো খাঙবা অমসুং লাই খুকমজবগা লৈবা তায।

খুদক্কি শিথবগী অনাবনি হাযবসি লাউথোকপা যাবমদে, অদুনা নিলযমগী মনুং অমসুং মপান্দা অৱাবগী থোদোক অদুগী মবমদা তোকঙা মখল-মখা কযা শন্দোক্লমই। খ্বাইদগী শাথিনা ঙাঙনবসি ফত্তবা মন্ত্র যাদুনা বাবাসি পাল্লে, শোক্লে, হাযবসিনি। খব অমনা মহাক সমাধিদা লৈবনি হাযবমই; অতোপ্পা খবনা অমুক মহাক ৱা ঙাঙদবগী ৱাশক অদু চর্খাবিবান হাযনবমই। তৌবগিদি পুত্তপার্তিগী মীশিংনা হেন্না চুমগদবা অর্থ হনবা কাংবু ওইগান মবমদ মখোযনা বাবানা উববাকোন্দদা পঙথবগী থবক থেংনখ্রবান, মদু বাবানা অবাব। তাববা ভক্ত অমা কন্নবা হোৎনবদা মশা থাদোক্না চৎখিবা মর্তাম্ন। মখোযনা হাযখি, মহাক্না চহি ২০ শুদ্রিঙৈদা উববাকোন্দদা লৌবিখৈদা তৌখবা অদুগুম্না বাবাসি মাগী ইতিহাসতা অনৌবা তাংকক অমা চংগদৌবে।

লৈবাকপোকপা নুমিৎনি। ব বাস যাম্না তোযনা তোগনা অমদি মতম শাংতক্ল না মশা জ্ঞান তাবকপগী খুদম পিবকখি। ডাক্তব লাকলম্বা অদুগী মতাংদা মহাক্না হাযখি; "মহাক ঐব্ দর্শন খক্তং তৌবগা হনখিণদবনি। মসিগুম্বা মতাংসিদা হিদাক কাপ্পগী দবকাব ওইদে। মসিনা নমিৎ মঙানি চথগনি। হযেংদি অনাবা মৈচাকসি হন্থগনি। নুমিৎ হুম্নিসিগী মনুংদা ঐহাক থম্মোযগী অনাবা অনিবক থোকখ্রে। নাহেবদু নখোয তাবম্না যাই। কনা অমতনা মদুদা হিংহৌবা ঙমগদবা লৈতে", মহাক্না ঈঙ্গিৎ তৌবক্লমই অমসুং নোক্লমই।

ডাক্তব বি· সিতাবামাযাসি নিলযম হোসপিটালগী মেদিকেল ওফিসাবনি। মহাক তেলেগ্রাম থাদুনা কৌখি। লৈবাক পোকপগী নুমিদাংৱাইদা বাবাগী মনাক্তা

যৌবকখি। লৈবাকপোকপগী অহিংদুদি যাম্না কিনখি, মবমদি বাবানা কন্না নাহেখি, মদুনা ঐখোযদা যাম্না অব্রাবা পিখি।

যুমশকৈশাগী অযুক ওইবে, অমম্না অমসুং অব্রাবগী মশক ওইবে। পুং ৯লোম তাবদা যাম্না শাথিনা চোকথববা বাবাদো থাক অমা হেঞ্জিনখ্রে। শ্বব হোনবদা ব্রাবে; থগোকপা অমনা যাম্না হেঞ্জিন্না বাহল্লে। 'মমা-মপা'শিংদো মখোযগী অব্রাবদো খাঙবা ঙম্লক্রে; মচিন-মনাওশিং, মচে-মচলশিংদো অব্রাবগী তেংথাখোল থোবক্লে। বাবাসি ঈশ্বরনি হায়বসি যাম্না যৌনা থাজববসু ঐখোয তৌফম খঙদনা কোইচৎ চৎলমই অমসুং অব্রাবা তাববা অঙাংমচাগুম কপ্লমই। অসিগুম্বা অব্রাবগী পুংফম অসিদা আনন্তপুবদগী নত্রগা বঙ্গলোবদগী ডাক্তব অমা কৌকুবদা ইজৎ মাঙগদ্রা মাঙঙোইদ্রা হাযবসি লেপথোকপা ঙমখিদে। মদুবু অচুম্বা ওইগদ্রা'? মদুবু ঙাকপিফম থোকপ্রা'? মদু খুদক্তা দবকাব লৈবব্রা'? ডাক্তব অমা হেক্তা কৌকুবদা কান্নখিগদ্রা'? অহল ওইববা ঐখোযগী ইথক্তা তাবিবা দাযিত্ব্য অসি কযাদা চাউখ্রবা! ঐখোয হৈনৌ মখোঙদা পুল্লমই, মিত্তগী পি ওবো-বো শিন্তনা অফ-ফত্ত খন্নবমই।

অসুম্না খন্নবিঙে তাঞ্জাসিদা নুংঙাইবা পাও থুংলবে। বাবা হান্নগুম্না জ্ঞান তাবকখ্রে। থগোক্লম্বদুসু মাঙখ্রে। পুং অনিগী মতুংদ ঐখোয অমুক খঙলেপ লেপখি। মাগী শ্বব হোনবদু হেন্না শোর্কাচিলখি। মহাক্কী মখোং মখুৎ ইংখ্রে, হিক হিক কপ্ন কপ্না মঙোন্দা খুকুমজবমই; পুক্লিং যৌগৎপা যাবা খুদম অমতা ফংখিদে। ডাক্তবশিংসু লৈবাক্ত ফম্নগা ফক্লাংদা ঙাথবগা মকোক্লা মখুত্তা থন্নমই। অসুম্না বাবানা ঐখোযবু পুং ৪ চুপ্না অব্রাবগী ঈপাক্তা ফুৎলমই - তাহল্লমই। অদুদগী মমিৎ পাঙথোক্লমই ... কোযনা যেংলকখি অদুগা মোমোন নোকলর্কাখ।

পুং অমবোমগী মতুংদা মহাক্লা ঐখোযবু কৌবকখি অমসুং যাম্না অব্রাবগী মশক ওইববা শেংফাত্রবা খোঞ্জেল অমসুং ইঙ্গিৎ-ইবাংনা পুং ৪ অদুগী থৌদোক অদু হাযখি। ঐখোযনা মানা হাযখিবদু অসুম্না লৌই : "পুক্লিং হাযবসি লৈকা লিসিং অমা পানবা থম্বালগুম্বনি, লৈকা খুদিংমক্লা তাইবঙ সংসাব অসিদা মানা মানা অনিংবা মাযকৈদা ফন্দোক্লি। থম্বাল অদুগী মযাযমক্তদা 'ঐ' হাযবা মৈবি অদু লৈ। মৈবি অদু অমুক্তা লেঙদনা চুম্না চাক্তে; অমুক্লা লৈকা অমদা অদুগা

ঙাইহাক লৈরগা লৈকা অমদা; অদুবু নঙগী চপচাবা অনিংবা ৱাখল অমনা লেঙদনা, চুমদ্রিং থল্লবদি হকচাং অসিদা থোক্লিবা থৌদোক অমতনা মঙোন্দা শোকহন্দে"। কনাগুম্বনা স্রুতিদগী লৌথোক্লগা হায় : ("নীলা তোয়াদে মাধ্যাস্তাদ, বিদ্যুল্লেখেবা ভাস্বারা, তস্যামাধ্যে বাহনি সিখা") (-মুরৈনবা নোংদুম মরক্তা, নোংথাং কুপখিবগী মঙালগুম, মৈগী মৈরিনা ময়ায়দা লৈবগুম) বাবানা য়ানিংবগী মওংদা মঙক নোমখি। "পুং মরিদুগী মনুংদা ঐনা মৈরিদু চুম্না পায়খি। ঐহাক চথোক্লুরে, তোঙান-তারুরে। ঐনা মথক্তগী হকচাং অদুবু য়েংখি, ইশামক্তি থোয়না মরী লৈনখিদে, শোকখিদে"। (সিরদি-দা ফাওবা ১৮৮৬ তা সাই বাবানা যাম্না শাথিনা নাবা অমদগী সংসারগীদমক্তা মাগী প্রান-থৱাই অদু ৱাংনা থল্লগা মশাবু কঞ্জখি।

নুমিদাংগী পুং ৭ লোম তাবা মতমদা বাবানা ইঙ্গিৎ পিখি : "নখোয় পুম্নমক ঙসি অহিংসিদি মসিদা কোয়না তুমগদবনি"। মদুনা খুদোংথিবা অমা থোক্কদৌরে হায়বা খঙহনখিবনি। কনাগুম্বা অমনা থৌনা লৈনা হংখি : "ঙসি অহিংসিদা থম্মোয়গী খঙহৌদনা নাবা অমা থোক্কদৌরিব্রা?" বাবানা খুমখি : "হোয়"। মদুগী অহিংদুমদি অশিবা মচা ঐখোয় ১৫গীদমক্তদি খ্বাইদগী শাংবা, খ্বাইদগী মম্বা, অমসুং খ্বাইদগী হেন্না কিবা পুন্সিগী নুমিৎনি। থম্মোয়গী অনাবদু থোকখ্রে; বাবানা তেংথাবদু, নাহেবদু ঐখোয়না তাখি। ঐখোয়না বাবাদা নিজখি, হায়জখি অনাবদু ফহনবিনবা অমসুং ঐখোয়না পামজরিবা জয় ওইবা অদু শোয়হনবিদনবা হায়জখি, নিজখি।

মমৈথংদা, অৱাবা কোকপা নুমিৎ, ৬নিশুবা শগোলশেল নুমিৎ, মহাক্না হায়খিবা মতুংইন্না "মদুগী খুদোংথিবদু লৈররোই" অমসুং থম্মোয়গী অনাবা লৈরবোই হায়বা নুমিত্তু য়ৌবকখ্রে। চিত্রাবতিগী ৱাংমদা লৈবা চীংগী মথক্তা নুমিৎ থোরকখি। বাবানা লাউথোকখি মদুদি অনাবা অমসুং থবাক্তা য়াম্না চাকপদু ফখরে। মসিগী মতুংদগী ইহান-হেক হানবা পিখিবা হুকুম অদু : "হৌজিক ভক্ত পুম্নমক্কিদমক দর্শন থৌরাং তৌরো। মখোয় মশাদু য়াম্না নিঙবা কায়রবনি"। নুমিৎ নিনিগী মতুংদা থাংজ নুমিত্তা গুরু পুর্ণিমা নুমিত্তা দর্শন অদু পিবিনবা ঐখোয়না হায়জখি; নুমিৎ অদুদদি ভারতকি মফম পুম্নমক্তগী ভক্ত লিশিং কয়ানা মখোযগী গুরুদা, মপুদা,

ওজাদা ভক্তি তৌজনবা তিল্লবগনি। ঐখোযনা আশা তৌখি মদুদি দর্শন পিবগী অৱা-অনা খাঙগদবদু ঙম্নবা খবদি মশাদু ফগৎলগনি।

পুম্নমক্তা গুরু-পুর্ণিমা নুমিত্তা দর্শন পিবগনি হাযনা ঐঙোন্দা লাইখুরুমফম হোলদা লাউথোক্লবা হাযখি। মদু ঐনা শগোলশেল নুমিৎকী অযুক পুং ৯ গী ভজন লোযবগা লাউথোকখি। বাবানা ঐঙোন্দা চৈখি মবমদি ঐনা অনাবদুগী মবমদা যাম্না তেন্না ৱাফম খবদং ইবগা লাকখিবদগীনি। তিল্লিবা ভক্ত মযামদুদা মাগী হৌজিক-হৌজিক ওইবিবা হকচাংগী ফিভমদা যাম্না মবিক চুম্না খঙহনখিনবা কন্না হাযখি অমসুং অহানবা হেক উবমক্তদা মথৱাই নুংঙাইখিদবা তৌদনবা শন্দে দাক্লা হাযনবা হায়খি। ঐনা মাগী মখোঙগী, মখুৎকি, মমিৎকি, মবৈগী অমসুং মমাযগী মবমদা তেলেগু মবোলদা হাযখি অদুবু অচুম্বা বাফম মযামদু পল্লব-পদুদা ঐহাক মবক্তা কপখি। লাউথোক্লিবা ৱাফমদু হন্না-হন্না ইংলিস্তা, কন্নাদাদা, তামিলদা, মলযালমদা ঙাঙখি; অদুবু ঐহাক কপ্না কপ্না খক্তমক ঙাঙখি।

অহিং অদুদা বাবানা নুংঙাইবা পাও মচেৎ অমা পিবিখি : "ৱেন মনুংদা লৈবা ঈ অশিবশিংদু তুমখবে"। ঐখোযনা মঙোন্দা হান্নগী ফিভমদা হঞ্জিন্নবা খুরুমজখি; ঐখোযনা ৱাববা মতমদা মহাক্তি ঐখোযগী চংজফম্নি; অদুনা অবাবদু মহাক্কি লীলাখক্তনা থোকহনবনিনা, ঐখোযনা খঙজবা হাযববু মদুগী লাইনিং অদুতনি।

ইবাইগী নুমিৎ চুপ্পা অদুগা থাংজগী অযুক ফাওবদা মখাগী হোলদা দর্শন পিবদু তৌবিদনবা থেমজখি। খব অমনা মঙোন্দা নুমিৎ ১০০ বোমগী মতুংদা পাঙথোক্কদবা দশবাদদি মশা ফবগনি হাযনা লাউথোকনবা হাযজখি; অমনা অমুক নুমিৎ ৪০নিগী মতুংদা পাঙথোক্কদবা কুমওন জন্মস্তমিদদি মশাসি মপুংফানা ফবগনি হাযনা লাউথোক্লবা হাযজখি। বাফমশিং অসিদা বাবাদু ৱাবৌগুম তৌখি; মঙকখক্তমক যানিংদবগী মওংদা নোমখি।

লাইশোল তৌফম হোল অদু মীনা পিক থনখ্রে, মদুম্না অমুক্তা মমাংথক্তা তিনখিদ্রি। পুত্তপার্তি অমসুং মদুগী অকোযবদা লৈবিবা খুঙ্গংশিংদগী মীযাম পুম্ন মক্না বাবাদু অহানবা ওইনা শিকুববদগী হিংগৎলক্লে হাযদুনা যেংনবা লাকখি। নিলযমগী অকোযবদা লৈবিবা লম্মাং পুম্নমকসু থনখি। বাবাসি মথক্তগী থাক ১৮

অসি যাম্না চেকশিন্না পুথবকখি। সবকাবগী লাযেংশঙগী ডাক্তব, মেজব এম: ভানুনা ইখি : "ঐনা বাবাদু ভক্ত অহুমগী মতেংনা মখাদা কুমথবকপদু উখি, মখোয়গী মনুংদা অমনা মাগী ওইথংবা মখোঙদু থোঙজিন্দা থাঙ্গৎখি। মাগী মকোক অমসুং মমাযদা কমাল অমনা যেৎপদু উখি, মদু মকোক্কি নামদা ফিভম কাযবা অমসুং মমায ফৈবিবা অদু মযাম্না উদনবনি। মাগী ফিভম মওংসি শোযনাযববগী মতৌন, ওইথংবা খোঙ অদুসু খোঙদোন্না লৈবাক্তা শিৎলগা চৎলি। বাবাগী ফিভম অদুদা উকবা মীনা, খ্বাইদগী মথৌনা, মবিল লৈবা মী ফাওবনা মখোল থোক্লা কপ্লখি"। বাবাগী ফিভমদু উবদা খওঠৌদনা পুম্নমক মখোল থোক্লা কপ্লবকখি অমসুং ফিভম অদুদা শোযদনা শিবগনি অদুনা কাবগী অদুক বৌনা ফনা ঐখোযনা পুথোবক্লিকনো হাযবসিদা যাম্না শাওর্নখি; মীযামদুনা ঐখোযবু অদুক মমল যম্মখ্রবা থরাই অমখ কাবগা অদুক। খুদোংথিবা থোকপা যাবা থবক তৌবিবনো হাযনা নিন্দা তৌখি। মখোযনা শাওনা লাওববখি :"কাবিগী নখোযনা পুথবকপনো?"

লৈমাযদা থাবিবা সিলভবগী চৌকি অদদা মোন্না শৌগৎলগা বাবাবু থমহনখি। মহাক ফিভম হেক চাখিবগা মোন অমনা মাবাক মপাদা থমখি অদুগা পডথখ্রবা ওইথংবা খৃৎ অদুনা বাজা-বৌদ্দিনা থাঙ্গত্তুনা মোন অদুগী মথক্তা থমখি। ফিভম অদু উবদা মীপুম খুদিংগী থম্মোযদা বাবগী শ্বব মপি হোনখি। বাবানা ঐঙোন্দা ইঙ্গিৎ তৌবকখি অমসুং ঐনা মাগী নাকন্দা খুরু খুদক কুন্দুনা মানা কবি হাযানিংবনো হাযবদু নঙনবা হোৎনখি। মহাক্না হাযনিংলিবা বাফমদু ঐনা ভাবনা অযাম্না শাবগা মঙোন্দা চুম্নবযা হাযনা হন্না-হন্না হংলগা মতুংদা অব্রাবনা মাযথোং মকাশল্লবা মীওই ৫০০০ বোমদদা এনা লাউথোকখি, বাবানা হায :"বাগনু! মসি ঐগা অনাবা নত্তে। মসি ঐনা লৌশিনবা অনাবা অর্মান। ঐদি শুক্লা নাগদবা নত্তে; নত্তে, শুকনৎ নত্তে। নথম্মোয হন্থগনু। নখোযনা নিঙবা কাযববদি মদুনা ঐঙোন্দা ব্রাহনগনি"। অদুদগী মানা ঐঙোন্দা বা খব ডাক্তর্গনি হাযনা ইঙ্গিৎ পিবকখি অমসুং ঐগী মতুংদা মহাক বা ডাঙর্গনি হাযনা ইঙ্গিৎ তৌবকখি। অযাম্বনদি মাগী ফিভমদুনা হান্না হোঞ্জনমল্লবনি হাযনা ফাওর্নখি। মপাঙ্গল ফিভম তাদ্রিবা মওংদুদা ব্রা অমুক ডাঙলর্বাদি মখা খুদোংথিগদ্রা হাযনা মখোযনা কিনখি।

ঐনা মথাম পুম্নমক্তা লাক্লিবা থাশি ফাওবগী মনুংদদি মশাগী অনাবা পুম্নমক ফহনবিনবা বাবাদা হাযজবিযু হাযজখি; মবমদি "ঙসিগী পুন্সি অসিদি ঐখোয পুম্ন মক খাঙবা ঙমদ্রবা অব্রাবসিনা থৎখ্রে। মথংগী থাসি অসিদি ঐখোয পুম্নমক্কি ওইনা অমদি পৃথিবী পুম্বগী ওইনা পুর্ণিমা ওইহনবিবসনু"।

বাবানা মাইক অদু মাগী মচিনবান মনাক্তা থাংজিল্লক্লবা ইঙ্গিৎ পিবকখি। যাম্না তপ্না, মখোল লুম্না, ব্রাহৈ মপুং ফাদনা খব খব চিবোন চিবোন হৌবকখি। ঐখোয ফনা নিংথিনা ব্রাই, খাযদোক-খাযজিন হৈববা ফাওবনা মানা হাযনিংলিবদু কবিনো হাযবসি খঙবা ঙমখিদে। মহাক্লা মদু অনিবক হন্না হাযখি। অদুদগী কনাগুম্বা অমনা অর্থদু খঙবদগী মাইক-তা অমুক হন্না হাযখি। বাবানা মখোযদা হংখি "নখোয ঐনা হাযবিসি তাবা ঙম্ব্রা?" মসিনা অমুক অতোপ্পা তেংথাবা অমা পোকহনখি। মতাক্লা ভাঙবদ্ মযাম্না তাবা ঙমই, অব্রাবদি, মদুনা মখোযগী থম্মোয কাযনবা মশক ওইখি। ওন্থোক্লা যাম্না মযেক শেংখিদ্রবা জাৎনি। মহাক বা খবদু ভাঙনবা হোৎনবদা শাথিনা চোকথবমই অদুনা ঈশিং থক্লিংবগী ইঙ্গিৎ তৌবমই। সিলভবগী পাত্র অমদা কৃশ্নপ্পানা পুবকখি অদুগা ব্রাজা বেদ্দিনা মচিনবান মনাক্তা পাযখি। মহাক্কি তনিক-তানক্লবা যেৎথংবা খুৎ অদুনা মদুগী মনাক্তা চংশিল্লকখি, খুদোনবিশিংদু ঈশিংদা লুপখি, দ্রোপ খব অমা থর্কখি, খব অমনা পঙশিল্লবা ওইথংবা খুৎ অদ্দা খিকচিল্লি, দ্রোপ খব অমসু মখোঙ ওইদা তক-তক তৌবা, নোযবা তৌবমই। মহাক হৌগৎখবে, মোন তাখবে, হৌজিক্কি মাগী মহৌশাগুম নিংথিবা খোঞ্জেল অদু তাবা ফংলে :"প্রেম শ্বক পুলাবা" হাযবদি গুরুশিবগী শক্তম ওইবিবশা! মহাক্কি গুক পুর্ণিমাগী পাওজেল অদু পিবা হৌখবে। ও! অঙকপগী মশাক্লি! ঐখোযগী বাবা ফবে, অশেংবা ওইবে, মশা মউ কল্লে, লাইগুমখবে ...।

তিল্লিবা মীযাম অদুনা মশা-মশাগী মমিৎ অমসুং মনাকোংবু মশানা থাজবা ঙম্মখিদ্রে। হৌজিক্তা মিনিট খবগী মমাংদা মশানা উখ্রবা শক্তম, চযোল অমবোম তাবক্লিবা, উবক্লিবা পুম্নমক অদু কবি অমতা থোকখিদবগুম হান্ন হান্নগী মতৌগুম, কবি অমতা খেন্নদনা উখবে। বাবানা মখোযগী মমাংদা লেপ্লাল, ব্রা-ঙাঙাল। মখোযনা চোংখৎলমই, জগোই শাবমই, জয ধনি লাউবমই, খবনা কপলমই,

খব অমনা নুংঙাইবগী ৱাখলদা ঙাওচৎনবমই, লাউবমই, মীযাম মবক্তা কোইচেল-চেল্লমই।

ওন্থোকপনি! অঙকপা থৌদোক পুন্নমক্কি মথক্তা খ্বাইদগী হেন্না ঙকপা থৌদোক্কি। মদুনা খ্বাইদগী শাথিনা নিঙবা কাযবল্লবা থাক অদুদগী খুদক্তা শ্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবগুম নুংঙাইনখি। ডাক্তব মেজব ভানুনা হাযবি : "ঐহাকপু খঙহৌদনা অঙকপগী পন্নুংদা থনল্লগা ডাক্তব পুন্নমক্কি মথক্তা লৈবা ডাক্তব মশানা মিকুপ অমগী মনুংদা মশানা মশাবু ফহঞ্জখ্রে।"

"নুংশিবগী শক্তম ওইরিব্শা!" খোইথৃম্নববা খোঞ্জেল অসিনা পুন্নমক্কি মিৎযেং চিংশিনখি। চংজফম লৈজদ্রবা মহাক অদুগীদি ঈশ্বরনা মহাক্কি চঙজফম্লি। মশম অদুর্নানি, কনা লৈজদ্রবা ভক্ত অমনা অবাবা তাগদবা অনাবদুনি ঐনা লৌখিবসি। মহাক হিংবা ঙম্নানবোইদর্বানি, নত্রগা থম্মোযগী অনাবা মবিবক্তু খাঙবা ঙম্লবোইদর্বানি। ঐগী ধর্মদি ভক্ত কনবনি। ঐনা মহাবপু কনবা তাখি। অশেংবমকস্ ঐনা কন্নিংবা ভক্ত কনখিবগা থবকসি মসিনা অহানবা নত্তে। ঐনা সির্বাদিদা লৌনবগী মতমদসু ভক্ত কনবসি ঐগী ইথৌ ওইখি। মসি ঐগী লীলানি, ঐগী ইথৌন, হৌনবীনি। মসি ঐনা পাঙথোক্কনি হাযদ্না লাক্লিবা থবক অদুগী শকক অর্মান। (মহাক্না সিবদিদা সাই বাবা' ওইনা লাউথোকখিবা নত্রাগ "সমুদ্রনা তুবেলগী ঈচেল হনগৎহর্নাখব। যাই। অদুব এনা ঐগী ভক্তবুদি থৌশাদবা তৌবোই"।

অসুম্না ঙাইহাক্কি মমাঙদা ভক্ত অহুম্না চপ্পুনা পুখবকখিবা, মবোল থোক্লমদ্রবা, মশা তংখায অমা শিগককববা বাবা অদুনা মহাক্না নাদ্রিঙৈগী মতমদা ঙাঙবা বাঙা, মীনোক, ফ্গি তৌবগী মওং, নংশিবা প্রেম লৈবগী মতৌ অদু চপ মান্ননা পুং অমা হেন্না পাওজেল পিখি। মদুদগী খোঞ্জেল অদু খজিক্তংগা অমুক বাংখৎহল্লগা মহাক্না হাযবকখি · "নহাল মখৈ অসুক কুইববসি নখোযদা ঐনা ঐগী অবোনবা অমা খঙহন্দনা থম্লকর্পানি, তৌজিক্ত মদু হাযদোকপগী মতম যৌবক্লে, মবর্মাদ, ঙসিদি যাম্না শেংবা নুমিৎ অমনি। ঐহাক শিবা-শক্তিনি, মহাক্না লাউথোবকখি। "ভাবত-দ্বাজা গোত্রদা পোকপনি, মুণি অদুনা শিব অমসুং শক্তিদগী ফংজাখবা বোব অমগী মতুং ইন্না পোকপনি। শিব-মশামক্না মুণি অদুগী

গোত্রদা 'সাই বাবা' ওইনা সিবদিদা পোকখ্রবনি, হৌজিক্কা গোত্র অসিদা শিবা-অমসুং শক্তিনা ঐহাক ইশামক ওইনা অবতাব তৌবক্লবনি; শক্তি মথন্ত ওইনা অহুমশুবা সাই ওইনা গোত্র অসিমক্তা মাইসোব ষ্টেটতা অবতাব তৌগনি।"

মসিগী অনাবসি শিবগী লোযনবী শক্তিনা পুবমগদবনি, মবমদি মানা মাগী ময়ুম কাইলাসতা লাকখিবা ভাবত দ্বাজবু পুবা নুমিৎ ৮নি থৌশাখিদবদগী মপুরোইবগী অশাওবা ফংখিবনি। মদুগী থৌশাদবা অদুগী ফল ওইনা ভাবত দ্বাজনা খুদক্কি অনাবা (stroke) অমা ফংখি। শিবনা শক্তি হঞ্জিনহন্নবা ঈশিং চাইশিনবিদুনা অনাবদু ফহনখি। ঙসি, নখোযনা উখ্রে : ওইগী তংখাযনা নাবা উখ্রে, মদু শিবনা হাযবদি যেৎথংবনা, চপ মান্নবা পাম্বৈনা ফহনখ্রে। মসিগী বাফমশিং অসে মীওইবনা খঙবা ঙম্বগী ব্রাংমদনি; অদুনা নহালমখৈ ঐনা নখোযদা খঙহন্দবনি। অদুবু হৌজিক্তি নখোয খ্বাই মযামগী মমাংদা শক্তিনা অবা অনা তাখবে, শিবনা ফহনখ্রে, নখোয পুম্নমক্কা খঙখবে। মসিগী খুদক্কি মবম হাযববু ঐনা অনাবা লৌশিনখিবা ভক্ত অদু কনবদুনি, অতৈ মবম্মা বোব অমসুং দন্দি লৈখিবদুননি" বাবানা লাউথোকখি।

ব্রাফম অসি হাযদোক্লবা মতুংদা বাবানা ভজন ঈশৈ খব শকখি মদু মযাম্না অমুক পুন্না শকমিন্নবদু পামখি। বাবানা অথুবিদা শকলকপা মতমদা ডাক্তব ভানুনা চেনশিনখি, কবিগীনো হাযবদু মহাকপু হাযহনসি। "মীযাম খ্দম চন্নবা মপান্দা ইথৌ শিন্নবিবনি হাযবসি ঐদি কাউথোক্লবে; ঐনা মন্ংদা চেনশিনখিবদি বাবাগী মখোঙদা তুজবগা অদুম হাযনা ঈশৈদু শকপিহৈনু হাযজগে তৌবনি, মবমদি হৌজিক্তা ব্রা ঙাঙবা যাবমদ্রিবদগী অদুম্মা শক্লবদি হান্নগী অনাবাদুদা অমুক হঞ্জিনলক্কদ্রা কিবদগীনি। অদুবু থোঙদা ঐহাক লেপখি। ঐ ইশামক্কি মিংনা উখ্রবা মিবাকল কযা নিংশিংলকখি। মখোল লৌফম খঙউদ্রবদুনা মীকুপ অমগী মনুংদা হান্নগী নুংশিবা খোঞ্জেল অমুক লৈবকখিবা, ঐহাক তুমিন্না লৈখি। ঐ কনানো? ঐনা কবি ওইদনা ঈশ্ববু চেক তৌগদৌবিবনো? ঐ ইশা ইথন্তা ফাথজবে, মপান্দা থোবকখ্রে"।

লোযববা মতুংদা বাবানা মহৌশাগুম মথন্তা দলান মথক্তা অবাবা মতৌ লৈতনা কাখৎখি। মথক্কি মাঙ্গোলদগী মীযমাদা লাউথবকখি মদুদি হযেংগী অযুক পুং ৬.৩০ দা পদনমস্কাবম হাযবদি খোঙ-শোকপা গী খুদোংচাবদু মীযাম পুম্ন

মক্তা পিরগনি। অহিং অদু মানা মহৌশা চাবা চিঞ্জাকশিংদু চাখি। ভক্ত ময়ামদুদি কনা অমতা তুমহল্লমদে; মখোযনা উখিবা মীবাকল অদুনা মখোয় পুম্নমক নুংঙাইবনা মশাদু থুম্মৎলমই। ও! সেকেন্দ খবগী মনুংদা বাবানা মশাসি সংসাবসিদা অমুকহন্না পিবিখ্রে। নুংঙাইবা অদুনা মীপুম খুদিংমকপু তুম্নহনখিদে। মথংগী নুমিদাংৱাইদা মহাক্না পাওজেল অমা পিখি। মহাক্না ওইদবা ঙাঙবা অমসুং মদুবু শন্দোকপা পাম্বা কাংবু অদুবু নুংশিবিখি। মহাক্না লাউথোকখি : "ঙসি হাযবা নুমিৎ অসিদগী অবতাব অসিনা পাঙথোক্কে নিঙনা থবক অমতা কবিগুম্বা অমতনা নত্রগা কনা অমতনা তোকহন . থিংবা, পন্থহনবা ঙম্লোই। মমাঙগী অবতাব অমগা মতমদদি গোবধর্ন হাযবা চি' অমখক্তং 'াঙ্গৎখির্বনি; মসিগী অবতাব অসিদি চীংশাং পবেং মযাম থাঙ্গৎকনি। ম সগা গঙ্গা অর্সিদ কাংলুপ খুদিংগা অমসুং জাতি খুদিংমক্কি মকদা মচিঞ্জাক পিজ 'পিজনা চিংলেম্না অদম চেম্থবগনি।"

চযোল খবগী মতুংদা চাউখ্রবা মিবাকল অসিগী মতাংদা বাবানা হাযখি : "অশেংবা ভক্ত অমা কনবা হাযবসি ঐগী ধর্মনি, ঐগী চপচাবা মতৌনি। কনাগুম্বা অমনা ঐ ৃন্দ' হংখি মদুদি ভক্ত অমা কন্নবা হোৎনবদা লিশিং কযা অমা অৱাবদা তাহনর্বাস চুম্না। ঈশ্বর্বগী থৌজাংগী মতাংদদি মর্শংগী অঙ্ক অসিনা পানশিনবা যাবোই। ঐনা ঐগী ধর্ম পাঙথোকপনি, মদুনা নডোন্দা নত্রগা মঙোন্দা কবি ওইগনি হাযবা খন্দে। বাম্না মপাগী অপাংঘ্রদু ইনখি ; অযোধ্যা পুম্নমক অবাবগী ঈপাক্তা লুপখ্রবসু মহাক হন্দোকখিদে। খএবী মমা অদুনা এন্দা থাদোকখো হাযবদা যাখ্রবা মপা অদুমক্না অমদি বন্দা চৎখ্রগা কান্নবা ফংহৌগদৌবিবা মনাও অদুমক্না চৎখিদনবা হাযখি। অদুবু, মহাক যাখিদে। ঐনা লৌখিবা অনাবদু মশাগী মথৌ তৌবা তাখি, মদু মশাগী হৌনর্শানি, মদুদা ঐনা যাহনখিবনি। মতম অদুখক্তদনি নখোযনা মায পাকপগী মতিক-মগুণ খংগদবা। ইন্দ্রদেবনা বৃন্দাবন্দা হৈথবগে হাযনা কিহল্লকপা নোঙ অদু কৃষ্ণনা অদুম খৈদোকহনখিবা ঙমখিবনি, অদুবু মহাক্না নোঙগী লাইদা মাগী মথৌ, ধর্ম অদুম তৌহনখি। থৌদোক অদুনা গোপা অমসুং গোপিশিংনা মাগা মতিক-মগুণগী চাউবাকপা খবদং খঙজনবগী তাঞ্জা পিবিখি। মহাক্না মাগী খুনাওবী মতোন্দা গৌববধন চীংদুম অদু অকিবা ফংনা হৈথবকপা নোঙ অদু ঙাকথোক্লবা থাঙ্গৎখি। মহাক্না মাগী মথৌ পাঙথোকখি,

ভক্ত কনবগী ধর্ম। হৌজিকসু, যুগ অদুদা তৌখিবগুম্না, ঈশ্বরনি হায়না লাউথোকপদুনা মসিগী পান্দমনি।

"নখোযনা খঙলমদ্রগসু, মসিগী অতোপ্পা কান্নবা অমা নখোযনা খঙজিনবা যাই। নুমিৎ ৮নি ঐনা নাখিবদুদা নখোযনা ঐঙোন্দা কযা যাম্না ভক্তি লৈবগে হাযবদু ঐহাক খঙখ্রে। নখোযনা চহি কযা তপ তৌবদা হন্দক্কিসিদা নখোযনা ঐঙোন্দা নপুক্লিং চপ য়ুংনা নিংখিবা থাক অদু যৌবমদবা যাই।" অদুগুম্বা অৱাবগী নুমিৎশিংদুদা মহাক নাবে হাযবা খঙখিবশিংদি ঈশ্বরদা খুকমজদুনা, অনুতাপ তৌদুনা ৱানা লেনখি হাযবসি মহাক খঙলমই। অনাবা ফমুংদগী হেন্না মতিক-মগুণ লৈনা হৌগৎলক্লবা মখোযনা নিজখি, ঐগী চিংলেম্বদা শোকহনবা যাবা অবানবশিং অদুগী ঙাকপিনবা নির্জখি, অমসুং ঐনা নাবিবা অৱাবা অদুগী মহুৎ মখোযদা ৱাহনবিযু হাযনা নিজখি।

বাবাগা উনবা হাযবসি ঐখোযদা যাওবিবা ধাতুশিং অসি সনা ওন্তোক্লবগী তাঞ্জা অমনি। মহাক্না ঙাঙবা তাবা হাযবসিমক আধ্যাত্মিক্কি ঈচেল অদু নৌহৌনা অমুক হাপচিনবনি। মহাক্না ইবশিং পাবা হাযবসি নহাক্কি নবৌশিং অদু মদ-কাবগী অমোৎপশিং তান্থোক্লুনা অশেংবা বাখলতদা হিংজনবগী মগুণ হাপকৎপদনি, হেন্না শিংহনবতনি। মসিগী মগুণ লৈখ্রবা, স্বর্গগী গঙ্গা অসিদা লুপ্লবা খুদিংমকপু হেন্না তিং যাং ফর্হল্লি, লৈহাও চেলহল্লি, অমসুং অমোৎপা পুম্নমকপু শেংদোকপি।

# ৬. তত্তনা লৈমিন্নবা/লোয়নবাঃ

## (THE CONSTANT PRESENCE)

শোক ১৯৬৪গী দিসেম্বর তাং ১৩, নোংমাইজিং নুমিত্তা বাবাসি ভেনকতগিবিদা লৈবমই। অন্ধ্র প্রদেশকী চিত্তুর অমসুং নেল্লোর দিষ্ট্রিক্টা পাওজেল পিবগী যাম্না কুণ্ডবা প্রোগ্রাম লৈবদগী খব ঙনখংনা খুংখিবনি। অদুবু, বাবাসি মফম অমসুং মতম্না ফাজিনব, পুনাশিনবা মমদে তারবিবা নুমিৎ অদুমক্কি অযুক পুং ৮দা "বাবানা যাম্না অঙকপা ওংদ ঐগী য়ুম মমাংদা লেঙলক্কখি" - ইউ, রাম-মোহোন রাওনা হায়বনি, মখাক কেওনাগী নেংচুপ তোর্ব্বান্দা মাইল ২৮ লাপ্পা কলিকত্ত কি মখাদা লৈবা মহৌবিগী জুনিয়র তেকনিকেল স্কুলগী সুপরিনতেন্দেন্তনি। মপ্পোৎপা ভেনকতগিরিগা লাপ্পবগি মাইল ৬০০ কি মথক্কি। অদুবু, অবাধা হায়বাস ঐখোয় পাশবা মচাশ, ভগবান তোঙান লৈনহন্নবা বাবানা শান্নবা লীলা অর্মনি।

রাম মোহোন রাওনা তম্লিবা বাবা গী খোঙচৎ অসি ঐখোয় অমুক্তা তাসি। "ঐনে, লোয়নবানে, ইচানুপীনে ঐখোয় য়ুমদা লৈবমই। ঐখোয়গী মিনায অদুনা সাধু অমা লাকই হায়খি। ঐনানে ঐনবা ঐখোয় মপান থোকখি অমসুং শ্রী সত্য সাই বাবা ওইনম্বদুদা ঐনে যাম্ন ঙকখি। বাবানা হায়খি : হরি ওঁম শান্তি, শান্তি, শান্তি। ঐখোয়গী মখোয়দা শাংনা তিংথোক্লুনা খুকমখি। ঐখোযনা বাবাবু ওফিস কালোমদা পুশিনখি, অদুগা সুম চঙলকপদা লাইখুকমফম কাদা মাগী ফোটো অমা অসে ময়ামগা লোৎমিন্নবদু উখি। মহাক্না পুজাগী কা অদুদা যমগে হায়খি। মহাক্না নামিং অদদা মখোয়গীদা লাকখিবদো মচানুপী সাইলাজাগী

ভক্তিদা পেনবদগীনি হায়খি। অদুৱাইদা ভক্ত লৈরবদি ভজন অমসুং প্রভাচন্ গীদমক কৌহন্নবা হায়খি"। "মহাক্না লৈকায়দা পাও হায়বদগী খুদক্তা মীয়াম্না লাকখি" - মাগী মখুরাগী মচা রামেস্ রাওনা হায়খিবনি। মহাক্না শকখি : "নন্দমুকুন্দ সায়িনাথা ...", ও! ভগবান", "জয়রাম জয়রাম", ভক্ত ময়ামসু য়াওখি। ভজন লোয়রগা মহাক্না ঐঙোন্দা তামিল্ লোন্দা, লোয়নবিদনা(নুপিদা) কানারিস লোন্দা অদুগা অতৈ ময়ামদনা তামিল, মলয়ালম্ য়ান্নননা ৱা ঙাঙখি। মহাক্না ঐখোয়দা শঙখমালা অমা পিরমই অমসুং মদু মাগী ফোটো মথক্তা মশানা থম্বিখি। ঐগী ইপানা ফেব্রুয়ারি ২৫, শগোলশেল নুমিত্তা (ঐগী নুমিৎ) বঙ্গলোরদা লিন-লাই (Snake-God) পেলহন্নবা পূজা অমা তৌগনি হায়রমই হায়না বাবানা হায়খি, অদুবু মদু তৌরুরনু মদুগী ফত্তবা লাক্কদবা পুন্নমক্ত মহাক্না ঙাকথোকপিখ্রবনি হায়না হায়রমই।

"মহাক্না অচা-অথক খর লৌখি - চাখি। অদুদগী মাগী মনাক্তা লৈরিবা ময়াম অদুদা মহাকপু কালাহাস্তিদা য়াম্না থৌরাংনা ঙাইনরে হায়খি। অদুনা মানা ঐখোয় পুন্নমক্তা কায়নখ্রে, কনা অমতা মতুং ইল্লক্লগনু হায়রগা থোঙ্গাললোমদা থোকখি। সেকেন্দ খরগী মনুংদা মহাক মাঙখি। য়াম্না থাজদনা মাগী দর্শন ফংজবদা ঐখোয় পুন্নমক নুংঙাইনখি অদুবু মিকুপ অমগী মনুংদা মাঙখিবা অদুগীদমক্তি ঐখোয য়াম্না ঙক্লখি।"

মসিনসু লোয়বা নত্রি। চিঠি অদুদা অতৈ ৱাফম খরসু য়াওরি, মদু ঐনা মতাং অসিদা পিরি : "দিসেম্বর তাং ২৪দু ছুটিনি, শগোলশেলনি। ইচানুপী সাইলাজাদু মঙ্গলোরদা চৎখিবনা ইমুংদু খর চিক্লমই। অদুনা নুংথিলদা মরুপ খব উনবা চথোকলুই অদুগা নুমিদাংগী পুং ৬.৩০ তাবদা য়ুমদা হল্লকখি। য়ুমদা মৈনা পুমঙান ঙাল্লম্বদুদা ঐখোয় অঙকপা ফাওখি, য়ুমগী মৈ মুথৎপা কাওরম্লা হায়না ঐগী লোয়নবীনা হংখি। ঐনা অহানবদা য়ুমগী চংফম থোঙ হান্না চেক তৌখি, মদুদা অকায়বা অমতা লৈতবদুদা য়ুমগী অকোয়বদা চত্তুনা মনুংদগী পোরোন লোনৱা হায়না য়েংখি। পুন্নমক করিমতা কায়রমদে। ঐখোয় অনি মমাংথোঙদা হাংদোক্লুনা ইমুংদা চঙখি। পুন্নমক করি অমতা কায়রমদে; মৈ পুন্নমক লোয়না থান্দুনা লৈরমই। ঐখোয়না বাবা লাইখুরুমফম কাদা উরমই। ঐখোয়না খোঙ শাংনা তিংথোক্লুনা মখোঙদা খুরুমজখি। মহাক্না ঐখোয়দা কন্নাদা মরোলদা কিৱা হংখি। ঐখোয়গী য়াম্না লাইবক ফবনি, ঐখোয় য়াম্না হরাওই হায়না খুমখি। ঐখোয় যাম্না তরক-

তরকপদুদা মহাক লাকপনি হায়খি অমসুং ভজন শক্লবা হায়খি। মহাক্লা হায়খি মদুদি করিগুম্বা সাইলাজা লৈরম্লবদি মানা ঈশৈ শকপা পাল্লমগনি। মহাক্লা ঈশৈ খর শকখি। মতুংদা চাকলেন চাখি, সাধারন ওইবা ৱারী খর শানখি। অদুদগী মহাক অহিংদু তুমখ্রে।

মথংগী অয়ুক অঙনবদা বাবা ইরুথোকখ্রে; ঐখোয়গা লোয়ননা কোফি থকমিন্নরবা মতুংদা ভক্তিগী অমসুং প্রকৃতিগী তঙাই ফদ্রবা অচুম্বা ৱাফম খরগী মতাংদা ৱারী শানখি। খঙহৌদনা মাগী মখুত্তা রুদ্রক্ষগী মালা অমা উখি, মদু মানা বোরগা লোয়ননা ঐগী ঙকশমদা থমখি। মদু লোয়রগা অমুক বাবাগী ফোটো মথক্তা থমগদবনি তাকপিখি। পুন্না অয়ুক্কি চরা ৱানমিন্নখি। পুজাগী কা অদু ফজনা লৈপরেংনা লৈতেংখি। ভজন হৌখিরমই। মরক অসিদা ভক্তশিংনা বাবা লাক্লে হায়বা খঙখি, অদুনা মখোয়সু ভজনগীদমক থুংলখি। বাবানা তামিল-মলয়ালম লোন্দা ভক্তিগী মরমদা পাওজেল পিখি। মহাক্লা খুদিংমক্তা য়াম্না মিহৌনরিবা নায়তোম উনবগী খুদোংচাবদু পিবিখি।

অয়ুক্কি পুং ১২ তাবদা বাবা মশামক্লা আর্তি কৎখি অদুগা লাক্লিবা খুদিংমক্তা প্রশাদি য়েনবিখি। ঐগী থাংদুপ পলা অমাদুনা মী ১০০ রোমদা য়েনবা কোন্নখি। বাবাগা লোয়ননা অয়ুক্কি চাক্লেন চামিন্নখি। পুং খর পোথামিন্নরগা নুংথিল পুং ৪.৩০দা চা থকমিন্নখি। অদুদগী মানা হায়খি মদুদি ভক্ত ময়াম অমনা কালাহাস্তিদা মহাকপু খৌরাংনা ঙাইরম্লগনি। মহাক্লা অমুকহন্না ঐখোয়বু আশির্বাদ পিবিরমই ঐখোয়না মাগী মখোঙদা খুরুমজবা মতমদা।পুং ৫ তাবদা মহাক শোরোক্তা থোকখি অমসুং খঙহৌদনা মাঙখি। কয়াদা ঙকখ্রবা মিরাকলনো? *ঈশানা উজরিবা ঐখোয় ফাওবদা থাজবা ঙমখিদে। ঐখোয়না ঈশাগী মিং অসি ফাওবা থাজবা ঙমখিদে।*

ঐসু লন্নায় ওইবা লিখুন্দগী অচুম-চুমদ থিদোক্রবদি থাজবা ঙমখিদে। বাবানা অথাপ্পা মফম কযাদা অরাবা তাববশিংদা দর্শন পিবি, অদুবু অসুক কুইনা, ময়েক শেংনা মফম অমদা দর্শন পিবসিদি ঐখোয়না খঙবা ফাওবদদি য়াওখিদ্রি। মসিদি য়াম্না হেনজিনমন্না বিজ্ঞানিক ওইদবা ৱাফম্নি। অদুনা ঐনা মরুপ অনিদা পি: কে: পানিক্কর অমসুং পি: এ: মেনোন, কেরলা-দা চিঠি তোঙান-তোঙান ইদুনা ৱাহং

৮৪গা লোয়ননা মঞ্জেরিদা চৎলগা পাওখুম পিরক্লবা হোৎনখি। মখোয়না রাম মোহোন রাওগী ময়ুমদা চৎখি অমসুং ৱাফম পুম্নমক্তু অচুম্বনি হায়না ইরকখি।

রাম মোহোন রাও মতৈ মনাওনা মখোয়দা হায়রকখি মদুদি দিসেম্বর ১৩দা বাবানা ঙাংলৈনবা অচোনবা ফি শেৎখি; মহাক্লা খোংউপ তোংদনা চংলকখি অমসুং লাই লাৎফমদা চংখি অদুগা "ঐনা ইশাগী মফমদা চৎকনি" হায়রকখি। ঐগী মরুপশিংদুনা ফোটো মথক্তা রুদ্রক্ষ পরেং থম্বদুসু উরকখি। মদুগী মথক্তা য়াম্না থানা বিভুতি নুমিৎ খরনিগী মনুংদা কারকখি। তশেংনা অঙকপগী মশক্তি, বাবাগী মমায়গী শরুক অদু য়াম্না শেংই অদুগা ফোটো অদুগী অতৈ শকক্তগী বিভুতি অতৎ-অখম লৈতনা শিন্থরি অমসুং অসুম্না ঈশ্বরগী থৌজালনা শেংখ্রবা খুদোল অদু খোমজিল্লগা য়াম্না ব্যবহারগা লোয়ননা ময়ামদা য়েন্থোকই।

রাও অমসুং মাগী নুপী অনিসি মতম কুইনা সিবদি বাবাগী ভক্ত ওইরকখিবনি; মখোয় প্রশান্তি নিলযমসু য়ৌরুদ্রি, অদুবু মখোযনা বাবাগী ফোটো অমা চহি ৭কি মমাংদা ফংখি অমসুং মদু মখোয়গী লাইশঙদা অতৈ ফোটোশিংদুগা পুন্না থম্মিন্নখি। বাবানা লাইশঙ অদুগী মাগী ফোটো মখাদা ফম্লগা ফক্লাংদা ঙাথবা মতমদা ফোটো অদু অশেংবনি খঙখি। মদুনা মখোয়না উবসি অহানর্বানি; মখোয়না মরুপ অমদগী সত্যম সিবম সুন্দরম ৱাইরক্তুনা পাখি। মখোযনা খনখি মদুদি বাবাসি কলিকত্ নত্রগা মনাক্তা চুম্না হেক লাকখিবদা মখোয়দা চঙলক্তুনা আশীর্ব্বাদ পিবিবম্বনি হায়না খনখি।

বাবানা য়াম্না হেঞ্জিন্না নুংশিবিবা·উৎপদুদা রাওগী নুপীনা মাগী অৱাবা পরেং অমা ৱাবাদা ৱাকৎচরিঙৈদা বাবানা হায়খি :"অৱাবা অমসুং অনাবা হায়বসি মীওইবা পুম্নমক্কি লাইবক্তা লৈখ্রবনি; মসিগী হকচাং অসিগী মচে অনিমক লুখ্রাবী ওইখ্রবনি হাযবসি নঙ খঙদ্রিবরা?" সাইলাজানা ভজনগী লাইরিক অমা পিনবা হায়জবদা বাবানা হায়খি :"পালঘাত মেমোন-না মলয়ালমদা ফোঙবা লাইবিক ৪০০ খক প্রশান্তি নিলয়মদা পুরকখ্রে, মদুদগী অমা ঐনা নঙোন্দা পিগনি"। অসুম্না হায়রগা বাবানা মখুৎ অদু খুবাক উপথরগা অনিবক ওৎখি অদুগা লাইরিক অদু মাগী মখুত্তা য়ৌরক্তুনা নুপীমচাদুদা পিখি। মদু ঐখোয়না উবকখি। মদু মখুম শংবান্নবা চপ মান্নবদুনি। সাইলাজানা বাবাদা য়াম্না থাজে, মহাক্লা চহি অমগী মমাংদা মাগী ফোটো অমা লাৎলগা খুরুমজবদা মখোঙদা থুংবা খুহিং ফহনবিখি।

মঙোন্দা ভজনগিদমক্তা মী খব কৌবকউ হাযবদা বাওনা যাম্না থাপ্না চৎখিদে, মবমদি মহাক্না বাবাগা লৈমিন্নবদু মতম শাংনা কাযননিংখিদে। মহাক্না মাগী য়ুমগী মপু তলাযুব মূসদ অমসুং মচানুপী চহি ৫ বোম শুববী অদু পুবকখি; য়াম্না মমিং চৎপা মলযালমগী চেফোং - মাত্রুভূমিবু পুথোকপিবম্বা মাধবান নায়াবগী নুপী লুখ্রাবী অমসুং মাগী মচন পুবকখি। বাবানা মূসদ-তা হংখি : "কবিননো নঙগী নখোঙ নাবিবদো?" । মহাক্না অনাবগী ব্রাবী লিখি অমসুং হিদাক খব পিবিনবা হাযজখি, মদু তাবদা বাবানা খুমখি :"নঙনা হৌজিক চথবিবা লাযেংদুনা অদুম যাবগনি"। হৌজিক্তি বাওগী নুপানা মাগী মযুমদা বাবানা পিবিবিবা বিভূতি অদু মঙোন্দা থাবি; মদু মঙোন্দা যাম্না কান্নে। লুখ্রাবী অদুনা মাগী ঈশিং পুকচৎকি বাফমদু বাবাদা হাযজখি। "ঐনা এগী লবূক্কগী চেং বোবা-বোবা ফঙই; অদুবু ঐনা মক অমতা চাবা যাদ্রে" মহাক্না হাযখি। মদুগী পাওখুমদু বাবানা মলযালমদা হাযখি :"মদু নঙগী হৌখ্রবা কর্মগা ফলননি"। মহাক্না বাওদা অহাঙবা গ্লাস অমা পুবক্লবা হাযাখ। বাবানা মদু মখুত্তা পাযনা মতমদা মঙ্গামচুগী মহি অমনা পিক থনাখ। মদু মানা মঙোন্দা পিখি। "মাস নোংমদা অহুমলক থকউ, নুমিৎ হুম্নি থকউ, অদুদগাদি নঙনা চানিংবা চেং অঙম্বমখৈ চাবো"।

"মযামদগী মবক্তা বাবাবু থাজদবা অমা যাওবমই। বাবানা মদু খঙলমই অদুনা বাবানা ফাগ ওইনা বামমোহন বাওদা কাতি অমা পুবক্লবা হাযখি। বাবানা নুপা অদুদা মাগী মকোক্তগী শম-ধনা অমখ ং কক্লবা হাযখি। নুপা অদুনা ফনা কন্না হোৎনখি অদুবু ঙখিদ্রে, অদুদগা বাবানা খবহেন্না চাউবা কাতি অমমুক পুবক্ল বা হাযাখি। হন্দকসু কাতি অচৌবদুনা ককপদুদা ঙমখিদ্রে। নুপা অদু মমায লুকথবগা চৎখ্রে", বাওগী মখুবাগী মচা ইউ: এন: বামেশ বাওনা ইবকখিবনি। মহাক থৌদোক অদুগী মতুংদা যাম্না থুনা মঞ্জোবদা থাজনবা চৎলুবনি।

ভজন মনুংদুদা বাবানা ঈশৈ মবি শকখি; মযামদসু মাগী মতুংদা পুন্না শর্কমিন্ননবা হাযখি। মখোয অদু :"ও' ভগবান', "পাহি-পাহি গজননা", সিব-সিব সিব', অমসুং ওমকাব প্রিযা সাই বাম", বিপোর্ত অদুনা হায: "মোইবুং মচা মচানা শাবা শঙখমালা অদু ঐখোযনা উবকখি" । "মদু কন্যাকুমাবিদা ফংবা, মোবোক মকমুক চাউবা মখলদানি। মচু ঙৌই, অদুগা ব্রাউথাংননা মবিক-মবিক তৌই। মালা অদ মশিং ১০৮ শুই, মদু বাবানা খুদক্তা শেন্নগা পিবম্বনি। মদু

ঐখোয়না উবা মতমদা বিভুতি য়াম্না কারে। রুদ্রক্ষগী মালা অদুসু য়েংলকখি। বাবানা মখোয়দা হায়খি মদুদি মালা অদু সনানা মরী ওইরগা লেংশিনবা ঙমদ্রিফাওবা বাবাগী ফোটো মথক্তা থমগদবনি। বাবানা কমলামুক চাউবা ধাতুনা শাবা ঈশিং থক্লবা কোঞ্জিল য়াওবা গ্লাস অমসু শেমখি, পায়ফমসু য়াওই, মদু সাইলাজাদা পিখি। মহাক্না মুগাগী ঙাংশং ঙাঙবা, মপান্দা সনানা ফিবান চনবা অমসু শেমখি; মদু নুপীমচাদুদা পিখি, অদুগা রাওদা জেকেৎ অমা তুবিনবা হায়খি। মহাক্না রাওদা বিভুতি মরাং-কায়না পিখি অমসুং শিন্দুরসু খুদক্তা পুথোক্তুনা পিখি, মদু কলিকত্ কীনি হায়খি - হায়বদি মাগী মনাও ইউ:এন: রামেশ রাওগীনি হায়খি। বাবানা অয়ুক্কি পুং ১১ দা (তাং ১৩গী) চৎখি অমসুং কালাহাস্তিদা থৌরম লৈ হায়বমই।" কালাহাস্তিসি ভেনকতগিরিদগী মাইল ২০মুক লাপই হায়বসি মখোয় মতম অদুদা খঙলমদে। মফম অদু কদায়রাইদনো হায়না হঙগদবা ফাওবদা মখোয় য়াম্না হঙ্গোয়খি। মহাক্না হায়রমই :"কনা অমতা ঐগী ইনাক্তা লাক্লগনু"। মহাক্না থোকখ্রগা থোঙ অদু তুংলোমদগী থিংজিল্লমই অমসুং মাঙখিরমই।

অনিশুবা খোঙচৎ অদুনা শগোলশেল নুমিত্তনি। রাওগী নুপীনা য়ুম অদু চঙবা কিরমই, মরমদি মৈ লোয়না থানলমই। রাওনা শো হাংদোক্লগা চঙখিরমই। মহাক্না বাবানা লাইশঙদা ফক্লাংদা ঙাবগা ফম্লদু উখি। বাবানা মঙোন্দা তামিল মরোন্দ "ঐ উবদা নখোয় কিবরা?" হংলকখি। "ঐহাক নখোয়গী ভজন যাওগে লাকপনি", বাবানা হায়বিরকখি। রাওনা থাংদুপ অকংবা খর বজারদগী লৈরকখি, মদু প্লেত অমদা হাপ্লগা বাবাদা য়েনথোক্লবা পিখি। মহাক্না খনখি মদুদি বাবা খক্তনা মদু মযাম থুংনবা য়েনবা ঙমগনি। বাবানা চাকশঙদা চংখি অমসুং ক্ষির হৌবদু য়ানিংখিদে। বাবাদি ক্ষীর চাদে। বাবানা হায়খি :"মসি মী তরুক্কিদি য়ারগনি", বাবানা হায়খিবনি। মখোয়না মী অনিখক্তগী থোংখিবনি অদুবু চাবা মতমদদি মী অহুম অমগীসু হেন্না লৈরমই। মথংগী অয়ুক্তা রাও মপু-মনায়না মদু শেংলবা চিঞাক্কি হায়না চাখি। নুমিদাং তুমদ্রিঙৈদা বাবানা লাইশঙদগী ফোটো অমা লৌথোকখি অমসুং মদু য়োপি অমদা তুমফম কাদা থেৎখি। মহাক্না হায়খি :"মসিনা সিদা লৈরসনু"। হৌজিক্তি মদুগী ফোটো অদুদগী বিভুতি মরাং কায়না পিবিবি।

রাওনা থোঙগী মখুন অমদা বাবাসি নিংথিনা তুম্লিবরা য়েংখি, অদুবু বাবাদি অয়াম্বা মতমদা ফমদুনা য়াম্না নুংঙাইবা মওংদা লৈবদু উখি।

মথংগী অযুক্তা বাবানা ইকথোক্লগা অযুক্কি চবা ব্রানখি। বাওগী নুপীনা চৎখিনি হায়না চেকশিন ব্রা হায়খি; মখোযগী নোংমগী চাবিবা অদুমক্তা মহাকসু চাগনি হায়খি। মহাক্লা, সনকবার্চাষ্যনা অঙাং ওইহিবিদৈদা গুমভিবনা (মাযানা) পূবনা (Poorna) তুবেলদা ফাকুবগী বাবী লিখি অমসুং মতুংদা সন্যাস ধর্মনা কনখি। মহাক্লা সাই বাবাগী মবমদা ভাঙলমই অদুগা ঈশ্বরসি সুব্রমান্য নত্রগা মুকগান-নি হায়নসু হায়বমই। সুব্রমান্যাগী মবমদা ভাঙলিদৈদা সনাগী যাম্না পাবা প্লেত অমা শেমখি অমসুং মদুগী মথক্তা খুজিন্না বাহোং অমগী মথক্তা সুব্রামান্য যেকখি অদুগা মদু মতুম তাশিল্লগা সনাগ। উতোং অমা কোন্না শাবগা মঙকশমদা শিনবা হায়বমই। মহাক্লা যাগি ওইনা হার্যখ, "অবার্বনা হৌজিক ঐগী সনা অমতা লৈত্রে"। মসি ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী মতম অমতদা তোঙান-তোঙানবা মফম কযাদা লৈবা ওম্বগী খাইদগী নুকপা, নুংঙাইবা, নপুং থাববা, চুমসু-চুমলবা মিবাকলনি।

বাবানা ভক্তশিংগী মমঙদা চঙলাব; মদু থেমশিনবিনবা, পাওতাক পিনবা, অবা অনা কোইশোনবানি। মহাক্লা য়াম্না তোযনা হাংখ্রে মদুদি মহাক্লা উহল্লগে নিংলবা মতমদতা মীনা নাবু মঙদা শীর্ষনি। মহাক্লা (Life Insurence Corporation) অমগী (Divisional Commissioner) অদুদা পুম্নমক্লা মাঙখ্রে, লৈত্রে হাযববা অকুবা চে অমা মাঙদ্রি হাযনা হাংখি। চে অদু পোষ্ট- ওফিসতা খা ৬তি মাঙদনা থমগদবনি অদুবু অহানবা চৎপদাদ মাঙখ্রে হাযদুনা ফংখিদবনি। মহাক্লা অমুক হন্না চৎলগা বাবানা মঙদা হাযবম্বদ তখি লোযননা বাবানা হাযবা মফম অদুমক্তদা চে অদু ফংখি। মহাক্লা মমঙদা তুমখুনদা লৈবা ওজা নুপী অমা হৌদোকখি অমসুং মথংগী ত্রেন্দা বঙ্গলোর চৎনবা হাযখি, মদু মাগী মাঙখিবা সনাগী লিককোন অদু অযুক্কি পুং ৮ ৩০ দা বোম্বেদা চংখাদ্রবৈদা ফাহৌনবনি হাযখি।

বাবানা হার্যখিবা বাফম খব ঐনা তাখ্রে, "কযাদা নুংঙাইখিদ্রবনোসে! মানা চৎলমদাইদা তঙাইফদনা মঙদদা ওইববসু দর্শন পিবিযু হাযজবম্বনি! ঐনা শোযদনা খুদোংচাবদু পিগদবনি হাযবম্বনি", নত্রগা "নঙগী নচাদা হাযযু, ঐনা মথংগী শগোলশেলদা মাগী মঙদা লাক্কনি"। মহাক্লা ঐঙোন্দা মী খবদা "ঙবাং অহিং নমঙদা সাই বাবা উখিব্রা" হঙউ হাযখি; তশেংবমক মদু অচুম্ব ওইখি, মখোযগী

মমঙদা বাবানা দর্শন পিবিখি লোয়নননা আশীর্ব্বাদসু পিবিখি। মহাক্না মমঙদা অনৌবা ভজন ঈশৈ তম্বিখি অমসুং প্রশান্তি নিলয়মদা শক্লবা হায়খি; মঙদা পাও পি, পাও তাকপি; মহাক্না অপোম্বদা, মিত্তা, নাকোংদা, লৈদা ওপরেসন তৌই। অনাবা মী অদুনা বাবানা থাঙ পায়দুনা ওপরেসন তৌই হায়না মঙ মঙখি অমসুং মদু অচুম্বসু ওই। অনাবগা লোয়নননা তুমখিবা কয়া হৌগৎলকপদা ফরমখি। বিজাপুর দিষ্ট্রিক্টা লৈবা ডাক্তর ভি:দি: কুলকারনিগী ব্রারী অমত্তং তাশি : মহাক্না ০২/ ১১/১৯৬১দা ইরকপনি। "চহি ৬০ শুরবী, বাদুমা কাসিম কৌবী মুসলিম নুপী অমা হৌখিবা থাদা নিউমোনিয়ানা নুংশিৎ উতোং অনিমক্তা নাবদগী ঐগী লায়েংশঙদা মিং চনখি। মরিনি শুবা নুমিত্তা অনাবা পুম্নমক নিংথিনা চেক তৌরম্লগা অমদি পুম্নমক ফিভম ফহৌবদুদা ঐহাক নুমিদাং পুং ৮দা যুমদা হল্লকখি। অহিং নোংয়াই অদুব্রাইদা মচানুপাদু য়াম্না তহানা চেল্লকপদগী ঐহাক ঐগী লাযেংশঙদা থুনা চৎখি, মাগী থম্মোয়দু য়াম্না ফিভম ফরমদ্রে। ঐনা কোরামিন মহি পিথকখি অমসুং মশাদা কাপখি; অদুগা পুং অমা মনাক্তা ফমদুনা যেংখি; কবি অমতা কান্নবা ফংখিদ্রে; কপ্পা হৌরকখি। ঐহাক্না ইরুজথোক্লগা লাইশঙদা চংদুনা ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবাগী মুর্ত্তিদা পুজা তৌজখি, বাবাগী মমিং ১০৮ শোঞ্জখি অমসুং নির্জখি :"ঐনা হোৎনজবা পুম্নমক অরেম্বা তারে, ইবুংঙোদা চংজবা নত্তনা ঐগী অতৈ উপাই লৈজদ্রে; নহাক্না ফহনবিগে, নত্রগা ফহল্লরোই নখুত্তা লৈবে; মহাকপু অমুক হিংহনবা হাযবসি নহাক্কি দায়িত্যনি"। অদুদগী ঐহাক তুমিন্না ফমুংদা চংখি, অদুবু তুম্বা য়াখিদ্রে। নুমিৎ থোক্লিঙৈদা ঐগী লাযেংশঙদা য়ৌখি। বাদুমা কাসিম ফমদুনা লৈবমই। "অহিংদা করি তৌই? কনাগুম্বগা লাকলম্না?" ঐনা হংখি। "হোয়, মসিগী মীসিমক্নি", মহাক্না হায়রকখি। "মসিগী নুপী অসি কযাদা মরাইবক ফগ্রবীনো? মহাক্কি অনৌবা পুন্সি অমামুক বাবানা শোকপিবদগী ফংজগ্রে", ডাক্তর কুলকারনিনা ইরিবনি।

তুম্লিবা নত্রগা জ্ঞান তাদ্রবা অনাবগী মমায়দা বাবানা মমঙদা বিভুতি তৌবিরম্বা অমসুং তুম্বা হৌগৎলকপদা খুদম লৈরম্বগী থৌদোক য়াম্না লৈগ্রে। নত্রগা, চহি ৭৫ শুববা স্বামি অভেদানন্দা-না হায়রি মদুদি মঙদা উরম্লিবা অদু কবিগুম্বা ব্রাফম অমা পিগদবগী তৌরিবনি। "দিসেম্বর তাং ২৮গী অযুক পুং ৪ রোম তাবকপা মতমদা ঐনা ঐগী য়াম্না নুংঙাইতবা ব্রাফম অমগী খন্দুনা ফমুংদা লৈরিঙৈদা ঐগী

কোক্তা ফনা কন্না খঙহৌদনা ফুখিবগুম তৌই। ঐহাক হৌগৎখি অদুগা মৈ থানগৎখি। ঐনা যাম্না ঙকপা মওংদা ভগবান বামানা মহর্ষিগী পুমলং লংবা শকওং অমা উখি অদুগা মদু অসুম ভগবান সত্য সাই বাবাগী শকফমদা ওন্থোকখি, অনিমক ঙাইহাক্তংদি তোঙান-তোঙান্না তশেংনা উখি, অদুদগীদি অনিদু অমতা ওইনা পুনশিনখ্রগা য়াম্না লংবা মৈবুল অমগুম সেকেন্দ খব লৈবমই। ঐগী ফববা গুক অনিমক্কি শকওং উজখবে হাযনা ইশাদা ফাওখি। অসুম্না, ঐনা যাম্না নুংঙাইবা ব্রাখল অমদা লৈবিঙৈদা ঐনা খোঞ্জেল অমা তাখি, মদু মতম অদুদদি কনাগীনো হাযবা খঙবা ওৎখিদে, অদুবু মতু'দদি সত্য সাইগী অশেংবা খোঞ্জেলনি হাযবসি খঙখি। খোঞ্জেল অদুনা তেলেগু মবোলদা ঐঙোন্দা হাযখি: "থোইনা লাঙতক্ন গনু; ধ্যান্ তৌগনু' পুক্লিং অদুদা চুম্না যেংউ, মদুনা অদুম মাঙহনখ্রগনি। যেংউ' অদুগী যেংলিবা মহাক অদো অশেংবা খঙবা হাযবদুনি। খঙবদি ঙমগদবা, ফোংদোকপদি ঙম্লোইদবা মপুংফানা খঙবা মদু ইশাবুনি, সত্ চিৎ-আনন্দনি। মসিনি শান্তি হাযবদো, অতোপ্পা অমমুক হায়ানংঙাই লৈত্রবা। মসিনি নঙনা যাম্না থব্রাই যাওনা থিবিবদো। খুভমদা চেৎলু। সিমানা লৈতবা নুংঙাইবা হাযবসে নশাবুনি; মদু নঙনা মুন্না খন্তজবদা খঙগনি। ঐনা নঙোন্দা ফুখ্রিবদো মসিগী অবোনবসি খঙহন্নবনি; যেংউ।।" মিকুপ অদদগী ঐহাক পাওতাক অদু ইনবা হৌখ্রে। ভগবান হাযবসি হৌজিক হাযবা মিকুপসিনি। (Bhagvan is a living presence)মহাক্না তেলেগুদা যাম্ন' তোযনা হায : "ঐ নংগা লৈমিন্নে, নমাংদা, নতুংদা, নাকন্দা, নযুমদা"। বাবানা চাবলসতা ইখি: "ঐ নঙগা মতম পুম্নমক্তা লৈমিন্নে হাযবাস খঙউ, নঙবু ইনশিন্দুনা অমসুং লুচিংদুনা। মসি নঙনা খঙই হাযবসিসু ঐস্ন খঙই। মতম পুম্নমক্তা তত্তনা নৌমন্নৌ" চাবলস পেননা ধ্যান তৌবিঙৈদা বাবাদগী পাও ফঙই। "ঐগী ওজা সাই বাবানা ঐঙোন্দা হাযখি, 'খুৎ হেক থাঙ্গৎপা খুদিংগী, মদু মাগীদমক, ঈশ্বরগীদমক থাঙ্গৎলু'। ঐনা বাবাদা ইখি অমসুং পাওতাক অদুগীদমক থাগৎখি। পাওখুম ওইনা, মহাক্না হাযখিবদু মহাক্না শন্দোক্না ইবর্কাখ, "নঙনা নখুৎ অদু মতেং পাংগে হাযদুনা, সেবা তৌগে হাযদুনা, অরাববু থেমজিনবিগে হাযদুনা, পুক্লিং থৌগত্তনা অতোপ্পগীদমক থাঙ্গৎলবদি, মদু নঙনা ঈশ্বরগীদমক্তা থাঙ্গৎলবনি। মবর্মদ মী খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ; নঙগী হৈ-শিংজবা পুম্নমক অতোপ্পগী সেবাদা শিজিন্নৌ; মদু নশাবু সেবা তৌজবগী

খ্বাইদগী ফরবা পাম্বেনি।”

লোস এনজেলেসকী চারলস পেন হায়বা ভদ্রলোক অসি আমেরিকাগী হৱাই-জহাজগী মখাদা লৈরগা লানগী থৌরম নত্তবদা মীয়ামগী থবক্তা শিজিন্নবা হৱাই-জহাজগী কেপ্তেননি। মসিনা ফিভম কায়না এরোপ্লেন তাবা মতমদা হায়বদি তাফম থোক্তবদা তাহন্বা মতমদা পাইলোত অদু খুদক্তা কন্ননবা অথন্ননা শেম্বা লনায় লিংবা সংস্থান অমনি। মাঙখ্রবা এরোপ্লেন থিবা মতমদা পেন্না মাগী মনাক্তা বাবানা ফম্বদু উখি অমসুং মাবু বাবানা লমজিংলি হায়বসি খঙখি। “পেন! নঙনা য়েংথোরকপগী দরকার লৈতে, ঐনা নঙগীদমক য়েংগনি” - হায়বা ৱাহৈশিংসি মানা তাখি, ৱাহৈশিং অসিনা মহাকপু জ্ঞান তাহনখ্রে মদুদি মহাকসি বাবাগী খুৎলায়নি। “মসিনা ৱাংলবা চীংজাও মতোন্দা, অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ মরক্তা করি অমতা অকিবা পোকহনখিদে” মহাক্না হায়। “নুংশিৎ চংদনবা মমাংদা পাল্লিবা গ্লাস অদুগী মমায়দা পেত্রোল চাইথোরক্লে, অদুবু ঐনা বাবাবু ঐগী নাকন্দা উখি, যাম্না ইংনা, তহাদনা ঐনা প্লেন অদু মখাদা পুথরকখি অমসুং য়াম্না থুনা শেমজিল্লগা অমুক পাইখৎখি”। অরাপ্পা হায়বসি মঙোন্দদি করিগুম্বা সমস্যা নত্তে হায়বসি বাবানা ঐখোয়দা মতম চুপ্পদা হায়খিবা নত্রা? কনাগুম্বা অমনা থাজবা অমসুং নুংশিবা লৈরবদি মহাক্না মতম খুদিংদা মখোয়গী তেক-কায়দনবা শেন্নদুনতা লৈ। “মসিদা, মাইল ১০,০০০ লাপ্না”, হিলদা চারলতোন্না নিউয়োকতগী ইরকই, “নুপা অমা মপুন্সিদা বাবাবু অমুক্তা উখিদ্রিবা, মহাক্না ফহনখি অদুগা মতম চুপ্পদা বাবাসি মনাক্তা লৈবগুম মশাদা ফাওই!” বাবাদা মশক খঙনদবা হায়বা লৈতে; মহাক্তি মী খুদিংমক্তা লৈ। মেরি সিমপ্সোনসি নুংশিৎ উতোংদা ঈ-অশিবা লৈবগী লৌথোক্নবা ওপরেসন অনিরক তৌখ্রে, মায় পাকখিদ্রে, উতোংশি ৱাইচিল্লে, চাউথোক্লে। মহাকসি ময়ুমদা পুথখিবদা ডাক্তরনা মচানুপীদা হায়খি : “নঙগী নমাসে নহাল লাকপদগী হৌজিক্না হেন্না ফিভম ফত্তনা পুথরে, মসিগীদমক ঐহাক নুংঙাইতে”। অদুবু মরাইবক ফবদগী বাবা খঙখরে, ফোটো ফংখরে, বিভুতি ফংখরে। মহাক্না খুরুমজবা মতমদা বাবানা মাগী মমাংদা থোকপিরকখ্রে অমসুং য়াম্না নিংথিনা ফহনবিখ্রে। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা ডাক্তর অদুনা হায়খি: “ঐ মসি থাজবা ঙমদে; ফগৎলন্নিবা অসি মিরাকল অমনি”।

বাবানা নিঙথৌবা মতমদা নত্রগা ঐথোযগী অনিংবদুগা বাবাগী অনিংবগা অনি থেংনবা মতমদা প্রকৃতিগী মহৌশাগী নিযম অসি চত্তে, মসিগী ৱাংমদা চৎখি; হায়ফম খঙদবা থৌওং অদুতবু হাযবা ঙমই। খবগপুব (নোংচুপ-বেঙ্গোল) দা চহি অহুম শুববা অঙাং অমা কাব অমনা ফুট ২০ লোম লংথোকখি, অঙাং অদু মশা পুন্নমক্তা ঈ যাম্না থোকখি। মহাক কে:জি: হোসপিতালদা পুখি। মহাক্না জ্ঞান তাবক্লবা মতমদা ডাক্তবদা হাযখি :“ডাক্তব, কিবিগনু! সাই বাবানা ঐবু থাঙ্গৎপিখি। মহাক্না ঐগী খুৎ পাযবিখি। অতেক অকায অমতা যাওখিদে, যাম্না শাথিনা শোকপা যাওখিদে। নুমিৎ হুম্নিশুবদা মহা - চৎহনখি।

বাবানা শেৎলিবা মুগাগি ফজোল অদুগী হায হুম্বগী অশেংবা মখোল, মহাক্কি অথোৎপা শম্না হাযফেও থেংখিবা, মাগী তবা-তবাবনা খোঙ অদুনা থাংবগী মখোল, যাম্না মেঙলবা খোঙ্জেল, ফং লাউনা যেংলকপগী মিৎযেং, যাম্না শেংলবা খোযথুম্নববা, মেঙলবা মনম .. পুন্নমক অসিনা বাবা লাক্লে, শোযদনা ৱাখল, পুক্নিং, থৱাই নুংঙাইহনাবিবগনি হাযবতবু তাকপনি।

বাবানা অর্থ লৈতবা বা ঙাঙদে। কলকত্তাগী শ্রীমতি সোম দত্ত খেবানা মদ্রাস্তা বাবাদা মাগী মযুমদা লাকপিনবা হাযজবদা বাবানা - ফবে, ফবে হাযনা অহুমলক খুমখি। মহাক্না মমঙদা তশেং-তশেংনা খোঙফম অহুমলক্তা বাবাবু উজখি অমসুং মহাক্কি ৱাশক অদু ঙাকপিবে হাযনা হবাওজখি। মলবল্লিগী লাযেংশঙগী ইনসপেক্তব শ্রীবঘবাননা মাগী নুপাগী ক্রোনিক ওইববা পুক্কি অনাবা অমগী বাবাদা লাযের্বিনবা হাযজবা মতমদা বাবানা হাযখি :“নিঙবা কাযগনু; চহি চুপ্পা প্লস্তব যেক্তুনা থম্বসি নঙনা ঙম্বা নত্তে: ঐনা মাবু ফহনগনি, তক, তক, তক অমুক্তং তৌবগা, মহাক্না খোঙ্জেল অদু খুৎকাপ্পি তৌদুনা ভাব তাহনখি। থা মবি লৈবগা নোংমা নুমিদাং অমা অথেঙবা মতমদা বাবানা মাগী মমাংদা লেপখি অমসুং লেপনবা হাযখি। মহাক্না বাবাগী মখোঙদা তুজখি। মহাক্না মনঙ্গলদা নুংশিবা ৱাহৈ কযাগা লোযননা পোপ-পোপ থাবিখি, মতম অদুদা মাগী মশা মনুংদা তক-তক-তক তৌবগুম ফাওখি। মহাক লেপখৎপা ঙমখি, চৎপা ঙমখি। মহাক হান্নগী ফিভমদু অমুক হজিনখি! (She was herself again !)

জে:পি: মাকনা বোম্বেদগী ইবকই “শুক পুর্ণিমা নুমিৎকি অযুক পুং ৫.৩০

রোম তারকপা মতমদা ভগবাননা সিত্তন্দা (Sion) লৈবা মি: আইয়েঙ্গরগী য়ুমদা মিনিট অহুমলোম মমাদা দর্শন পিবিখি। মহাক য়াম্না নুংঙাইজখি। মহাক্না ভগবান দা মতম খজিক্তুং শাংথনা লৈবিনবা হায়জখি; মদু মচা ময়াম হৌদোক্লগা য়েংহন্নবনি। অদুবু ভগবান্না য়াবিখিদে। মহাক্না য়ুম অদুদা কোয়চৎ চৎলমই অদুগা গ্লাস প্লেত অমদা ঙাংলৈনবা চেং খর খুদক্তা পুথোক্লগা হাপখি অদুগা লাইশঙ মনুংদা থম্লমই। অদুদগী মহাক মাঙখ্রে।"

করিগুম্বা মতমদা বাবানা মহাক লৈ হায়বসি খুদম খরনা খঙহল্লি। মদ্রাসতা চগনলালগী শান্তি কুতিরদা ভজন শকপা মতমদা চৌকি মখাদা থাবা খোঙনেৎফম ফাল অদু মহাক্ লৈ হায়বা খঙহন্নবা ইন্থোরকখি, মতম অদু বাবাদি বাজামুন্দ্রিদা লৈবা মতমনি। ভজন শক্লিবা ময়াম অদুনা মদু বাবাগী মখোঙনা ইন্থোবকপদৌনা উখি; মসি মহৌশানা বাবানা ফমফমদগী হৌগৎপা অমসুং দর্শন পিবা হৌবা মতমদা ভজন লোয়শিল্লো হায়বা খঙনবা খুদম্নি। সিরদিদনা চৌকি মথক্তা থারিবা ফি অদুদা ॐ হায়না ময়েক শেংনা মফম অনিদা ফাওগৎলকখি, মদু প্রসান্তিদা তিল্লিবা মীয়াম লিশিং কয়াদুদা মাগী পাওজেল পিরগে তৌরকপা মতমদনি। মাইসোরগী সিমোগাদনা (মাইল ২০০ হেন্না লাপ্পা মফম্নি) ভজন মতমদা কবোক্লে পরেং অমা ময়াম মমাংদা মাঙোন্দগী তারকখি। মদু মাগী মুর্ত্তিদা কৎপনি। মহাক মফম অদুদা লৈ হায়বা উৎপতনি। জামনগরদনা মাগী ফোটো মথক্তা খুদক্তা ॐ হায়না ভজন হৌরকপা মতমদা থোরকখি।

"মহাক্না লাক্কনি হায়বা ৱাশক মতুংইন্না মহাক লাকখিদে হায়না ঐনা হায়রুবা মতমদা, মহাক্না মোমোন মিনোক অমগা লোয়ননা হায়খি, 'ঐহাক লাকখি, ঐনা পিখিবা শাক্ষিনাদু নঙ্ উখিদবরা? ; ঐহাক হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি, য়েৎকি খোঙফম ঙাক্তা অহুম, মহাক্না লাক্কনি হায়না ৱাশক পিখিবা নুমিৎ অদুদা ঐগী য়ুমদা উখি, মদুমক মহাক্কিনি হায়না মশানা য়াবিখি!" অসুম্না বঙ্গলোবগী শ্রী বিঃ এসঃ কেসব বিত্তালনা ইরকই্। এম্ঃ এস্ঃ দিকসিত্ তা মহাক্না হায়খি, "ঐনা নঙ্গী য়ুমদা জানুৱারি থাদা লাক্কনি"। দিকসিত্না মশাদা চিংনবা লৈ হায়বসি উৎখি, মহাকসি অদুগুম্বা থৌজালগী খুদোল অদু ফংবা য়ারবা মীরনে। "জানুৱাবি? করম্বা চহিগী জানুৱারি"? ৱাখল ইখন খন্থহৌদনা ফৎ হেক হায়দোকখি। "মথংগী থাদনি, জানুৱারিগী ময়ায় চল্লকপদা শোয়দনা লাক্কনি", বাবাদগী লাকখিবা

পাওখুম্মি। বাবানা মাগী মখুৎ অদু দিকসিতকি মখুৎ মথক্তা থমখি অমসুং থাজবদু অমুক হন্না পিবিখি।

নুমিৎ অদু জানুৱারিগী তাং ১৭নি। দিকসিতকী নুপীনা অয়ুক্কি চাকলেন চারিঙৈদা বাবানা দিক্‌সিত-দিক্‌সিত হায়না অনিবক কৌবকখিবদু তারমই। মহাক্কা থোংজিন ফাওবা চেন্থোকখি; অদুবু কনা অমতা লৈবমদে। মহাক ইমুংদা হঞ্জিল্লকখি অমসুং অমুকহন্না চাক চাবমই। অদুদগীদি বাবাগী মমায়গী শকফম অমা কা অদুদা যেংশিল্লকপগুম উবমই। মহাক হৌগৎখি অদুগা মথংগী কাদা চংখিবমই। অদুবু কনা অমতা লৈ মদে। মহাক্কা মপান্দগীনা মনুংগী লাইলাৎফম ফাওবদা ওই-যেৎ, নায়না নাকন্দা খোঙফম ৭ উবমই। খোঙফমশিং অদু বিভুতিনা মতায় মতায়দা পল্লমই। নুমিৎ খবনিগী মতুংদদি খোঙফম অমদি বিভুতিদু ইঙ্গি অনি ৱাংনা কাখৎলকখি। মীওই লিশিং কয়ানা থা কয়া উনখ্রবনি অমসুং বাবাগী অনিংবতনা মদু ওইরিবনি হায়রিস খঙখি।

অসুম্না বাবানা এখোয়গা লৈমিন্নগনি হায়বা ৱাশক্তু মপুং ফাহল্লি। মহাক অসি খ্বাইদগা নুংশিববা লমজিংবনি, খ্বাইদগা নুংশিববা মকুপনি, খ্বাইদগী নক্লবা মবী-মতানি, খ্বাইদগী নুংশিবা মমা-মপানি অমসুং খ্বাইদগী নক্লবা মপুনি।

## ৭. শোক্লবা মশাশিংনাঃ
## (WITH WOUNDED WINGS)

থৱাই হাপ্পিবিবা সত্য সাই গঙ্গা অসিনা জেল অমগী মনুংদা চেনশিনবা মতমদা শিববা শর্কশিংসু হিঙ্গৎলকই। অকংবা পাম্বিশিংনা অনৌবা যেন্নীং হুল্লকই। নুংশা মগুালনা অৱাবা শিত্তোর্কখি। ওইদবা, ধর্ম নত্তবা থবকপু কাওথোক্লবা কাংবুশিংদু মবাইবক ফববনি, আশীর্ব্বাদ ফংলবনি, মবমদি ঈশ্বরনা মখোযদা পাপ অমতা পিববোইদবনি। অন্ধ প্রাদেসতা লৈবিবা জেল অসি যাম্না অবাবা নুংঙাইতনিংঙাই ওইবা ফির্ভন্নি অদুবু ঈশ্বরগী থৌজালদগী থোইনা লাপ্পদি নত্তে। বন্দিশিং অদুনা হাযজবকপদগী বাবানা পাওজেল অমা থাখি। বন্দিশিং অদুনা তৌবিমল খঙবা ফোঙদোকপা ওইনা থাবকখিবা চিঠিশিংদু মথং-মথং অমুক্তং পামিন্নশি : ১বা বন্দি : "ঐখোযশি তশেংনা পাপচেল্লবা ঙাক্তনি; অদুবু হৌজিক মপোক খবদা ঐখোযনা মচেৎ-মকায ওইনা পাঙথোকচখিবা থবক খবগী খলনা হৌজিক ঐখোযগী পুন্সিসি আশা যাম্না মপুং ফানা লৈখৎলক্লে, মবমদি ঐখোয ইশাসি নহাক্কি থৌজাল ফংবদা মতিক চাবা মী ওইবক্লে; অওইবমক্কি, সংসাব অসিদা মবাযবক ফবা খবদং হাযবা তাববদি ঐখোযসিনি। মসিগীদমক ঐখোযনা তশেংনা চাউথোকচবি। সমাজদা শোকহনখিবনা দন্দি ফংলিবা অসিগুম্বা তোল্লবা মীওইশিং অসিদা নহাক্কি থৌজালগী ঈচেল চেনশিনবা হৌবকপা হাযবসিমক ইচম-চম্বা থৌদোক নত্তে। নহাক্কি দর্শন পিনবিনবা অমদি আশীর্ব্বাদ পিবিনবা ঐখোযনা খুকমজখিবনি। নহাক্না ঐখোযবু পুত্তপার্তিদা নহাক্কি দর্শন, স্পর্সাসন অমসুং সম্ভাসন পিনবিদুনা থাঙ্গৎপিগনি হাযনা চাংজৌ নাযদ্রবা থৌজালগী ঈপাক্তগী ঐখোযদা ইবিবকখিবনি' মপুবোইবগা কাযনববী সাবিত্রিদা নাবদ-মুনিনা আশীর্ব্বাদ পিনিখি:

"নহাক নপুবোইবগী সেবা কুইনা ফংজবা ওইয়ু", অমসুং বোব অসিমক্তা অশিবগী খাযাত্তা তাখ্রবা মপুবোইবদ অমুক হিঙ্গত্তুনা মানা সেবা ফংজখি। ঐখোযসু ফাঁসি সগাইদগী কনর্বিখিবা কলপগিবিদগী খঙলে মদুদি নহাক্কি বাফম পুন্নমক অচুম্বা ঙাক্তা ওইগনি। অমুক্তা মাযথিবা লৈত্রবা ব্রা ঙাক্তনি।"

চিঠি অসিদা পনখ্রিবা কলপগিবিগী ব্রাফম অসিনা মাগী চাননা থোকখিবা পুন্সিগী তাংকক অমগী মতাংবু নিংশিংহল্লে, মসি সনাগী মঙ্গক্তা ইনগা থমগদবা ব্রাফম্নি। মহাক্কা মী হাংপগী ফত্রবা থবক অমা তৌগি অমসুং মদুগী মবাল অদু লোৎশিনবা যাননা যাম্না লোন্না হিমালয়দা চৎখি, অদুগুম্না তাম্নাগী লম্বী থিনবগী চংনফম থোঙ ওইবিবা মফম অদদা লম্বোইবগী ফিজেৎ শেন্দনা মচিন্দা ঈশ্বরগী মিংথৈবোল শোন শোন্দুনা ধর্মশালা খুদিংমক চংলমই। মসুম্না, যাম্না চিক্না চিংলেম্লবা মফম অদুদা মহাক্কা চণ্ডি মবি লেনাখ। অচৌ অচৌবা মুণি ঋষি কযা, সাধক কযা, লম্বোইবা কযা থেংনখি। অদুবু মশাদা চিংনবা পাখল অমনা মতম চুপ্পদা মথোন্দা অৱাবা পিবমই, মদুদি মখোয়াশিং অদুসু মহাক্কা ফত্তবা থবক তৌকুবগা শেঙলবা ফিজোল শেত্তুনা লাইনিংবা শাদুনা, অশেংবা লম্বী থিদুনা লৈবিবা জাৎলা হায়বা চিংনবা বাখলসিদা মথোন্দা অৱাবা পিবমই। মহাক্কা অশেংবা লাইবিক মযাম অমা পানমই, ভাক্তিনা লৈবিবা থৌদাংগী মতাংদা যাম্না নৈননমই, জ্ঞান অমসুং কর্মনা মীওইবব ফা অপন্দগী নাম্বোকহন্দুনা ঈশ্বর হাযবাসি অমতানা হাযনা যাম্না মতিক চাহল্লবা লম্বী অদুসু নৈনবমই। মহাক্কা মথন্নতা লেপচখি মদুদি মহাক হৌজিক মাগী মমাংদা চৎপা যাবগনি, মবম অসিদগী মাগী খোঙচৎ অদা সিমলাচলম, তিনপতি কলা অমসুং রামেশ্বরম লোমদা শাংদোবকখি। মদুদগী মথং মথং মদবাই, শীরঙম, চন্দিগাং, মেলকোত যৌনকখি, মঙ্গলোর যৌবা মতংদা তৌখিবা চাঃ ১০/০গী মনুংদা অনৌবা সিবদি অমা খোবকখ্রে হাযবা তাখি। মহাক্কা ও ম গা নেন তাদুনা পেনুকোন দাদ কুমথবগা বসনা প্রশান্ত নিলযম যৌখি।

বাবানা সন্যাসি অদুবু কৌশিনখি। মহাক্ক পুন্নমক লোযনা খঙবনি। মথান্দগী কবি অমতনা লোৎপা যাদ্রেই, মতম্না, মকম্না নত্রগা মীগা হৈশিংবনা। মহাক্কা তৌখিবা ফকবা থবক অদগীদমক বাবানা চৈখিনমই অমসুং মহাক্কা তৌবিবা চলাক অদুনা থক মায পাব পা ঙম্লোই হাযখি। সিবদিদা সাহ নাবা ওইনা লৈবিঙেদসু

সামাদা অমুক্তং হায়খি, “মীগী শেল-তোনবা, যেংথিনবা অমসুং মীহাৎপা অসিগী প্রাইচিত লৈগনি, কোকপা - নাম্থোকপা ঙমদে”। অদুনা বাবানা হায়খি; “করিগীদমক নঙনা তৌখিবা ফত্তবা থবক অদুগীদমক শোয়দনা ফংলগদবা ফল অদুবু মপোক অমমুক ঙাইগদৌবিবনো?” বাবানা মঙোন্দা হাযখি মদুদি লম্বোইবগী ফিজোল অদুনা শেল তোনশিল্লবা, মীগী শেন্দোন শিংদ্রিবা মীশক অমা ওইহল্লে। বাবানা মাগী কাদা কাখৎখি অদুগা মানা শেৎনবা অঙৌবা ফি পুথবকখি; মাগী লম্বোই ফি অদু লৌথোক্লবা হাযখি। মাগী মফম অদুদা লৈবা পুলিসতা মশা চংজনবা হাযখি। ভাবাসু পিখি, বিভুতি পেকেত মবিসু পিখি; বাবানা থাজবা পিখি: “চৎলু, নশানা নবাল যাজকচো অদুগা যাম্না হবাওনা মখোযনা পিবা দন্দি যাও, ঐনা ব্রাশক্তনা হাযবিবসিনি, নঙবু খক ফাঁসি তৌবোই। নঙগী মতমদু লোযবগা ঐগী নাক্তা লাকপদা নঙকশমদা ইখুৎমক্লা জপ-মালা অমা শিবিগনি”।

কলপগিবিনা কা অদুদগী মকোক কেনখ্রবা লিন অমগুম থোবকখি অমসুং অচুম্বা ব্রাখলদা লাকখি। মহাক্লা অযুক লার্কখিবা মতমদা যাওবকখিদবা চমথোকপগী মিৎযেং, নুপা থোক্লা ঙাঙবগী খোঞ্জেল অমসুং মাগী মওং-মতৌদা যাংথোকহনবা পুম্নমক উবা ফংখ্রে। মহাক্লা খনখি মদুদি বাবা মশামকসি ঈশ্বব ওইগনি। মহাক্কি যাথং ইনগে হাযনা লেপখি; মদু থৌশাদনা লৈবগা অমুক মপোক অমদা অবাবা তাকুগদবগী শরুক, মাগী হুকুম ইল্লগে লেপখি।

অহিং অদুমক্তেদা মীযাম্না চিম্না তোংবা ত্রেন অমদা চৎপদা, মবুক নমদুনা চৎপা অৱাবা নঙলবা মী অমা থেংনখি। মাগী বিভুতি পেকেত মশিদুদগী অমতং খাইদোক্তবা যাখিদ্রে: নুপা অদু অনাবা ফদুনা নুংঙাইনা তুমখিবদদা মহাক যাম্না পেনখি। মহাক্লা বাবাসি কবম্বা মীশক্লো হাযনা খনখিবা বাখলদু চুম্লে হাযবা খঙখি। অদুনা মানা পুলিসতা মশানা মবাল যাজখি। অদুগা শিবগী দন্দি পিবম্বদু পুন্সিগী ওইনা ফাদোক পিখি। ভাবতকি প্রেসিদেন্তনা কোকপিনবা হাযজবিঙৈ মবর্কসিদা মহাক্লা জেলদা লৈবিঙৈদা মাগা থংনবা চেঙাপ্লা অমসুং অতৈশিংদা পুত্তপার্তিদা ঈশ্ববগী অবতাব অমা লৈবদু মহাক্কা উনবক্লে হাযখি অমসুং মহাক্লা থৌজাল শোয়দনা ফংগনি হাযনা থাজবা পিবকখি হাযখি অদুগা মাগী মতম লোযবগা মঙোন্দা চৎপা মতমদা বাবাদগী বোজবি অমসু ফংগনি হাযবর্কখি লোযননা

মহাক্লা থাংনা থিন্দুনা হাৎখিবা থবক অদুগী পাপকী থবক্তগী কোকপিবগনি হাযবকখি। ব্রাহৈ পুম্নমক্ত অচুম্বা ঙাক্তা ওইবকখ্রে। মানা হাযজখিবদু যাবিখ্রে।

জেল অদুদা লৈবিবা অতৈ মযামদুনা মাগী মমিং, লৈফম, মতিক-মগুণ লৌশিং অমসুং থৌজালগী মবমদা খঙনিংবা হাযবসি মশানা তাবে। মখোয়না, মশাগী হৈজদবা মওংদা বাবাদা আশীর্ব্বাদ, ফোটো অমসুং মাগী মবমদা ইবা লাইবিকশিং পিবিনবা চিঠি কযা ইনখি।

বন্দি অহানবদগী লাকখিবা চিঠিদুমক জেল অদুদা লৈবিবা বন্দিশিং অদুনা মিনুংশিগী থেমজিন-ব্রাহৈ অমসং থৌনা হাপ্পগী বাফম কযা বাবাদগী লাকখিবদা ফাওনবকখিবা নুংঙাইবগী ব্রাখলশিংদুনি। মথং-মথং বাবাদগী চিঠি কযা ইবিখি; মমৈগংদদি জেল অদু ধর্ম চেনবা অফবা মযামগী লৈফম-শ্বর্গ ওনখ্রে। "সত্যম সিবম সুন্দরমগী তাংকক নাযনা পাবদু ঐখোযনা তাবি, মদুদা পল্লিবা থৌদোকশিং অদুগা মতিক মগুণ অদুনা ঐখোযগী থম্মোযবু পুমশুম-শুমহৎখ্রে", লাইবিক অদুদা যাওবিবা ফোটো অদুনা ঐগী থম্মোয শুদ্ধৎখ্রে", "ঐগী মমাঙদা ফোটো অমা লেঙদনা থমজবে, ঐগী অতৈ থৌবমগা যেৎশিন্নদনা ঐনা নুমিৎ খুদিংগী মদুবু পুজা তৌজে", "ঐদি লাইথুং যাম্না থুংবা অনাবা মীনি; ঐগী ভজন কাঅদু নহাক্কি ফোটো অদুনা ঐনা হেক ঙস্নমখৈ লৈতেংজবি"; "ঐনা অঙাংওইবিখৈদগী হৌনা ধর্মগী ঈশৈ নোংমাইদা অমসং পুজাদা হৈনজবকই, হৌজিক মদুগী - ব্রাখলদ্ অমুক নৌহৌনা ঐওন্দা ফাওবক্লে অদুগা অহাঙবা মতম পুম্নমক ঈশৈ শকপা অমসুং নিংশিংজবনা মতম লেনর্জবি", "তাকাপবকপা মতুংইন্না ঐহাক নহাক্কি নমিং শোল্লি, নহাক্কি ব্রাবা তাবি অমসুং ভজন শকপদা যাওবি", - মখোয়শিং অসি বন্দিশিং অদুনা হনকপা বাঙৈ পবেংশিংনি। ইবক্লিবা চিঠিশিং অসিগী পাওখুম পিবা বাবানা মখা চঙাখ।

বন্দি অহুমশুবনা ইবি · "প্রশান্তি নিলমদগী লাকপা চিঠি খুদিংমক ঐখোযগীদি আশীর্ব্বাদ ঙাক্তনি; অচুম্বমাক্ত, বাবা মশামক্তা ঐখোযগী ইমাংদা ফল্লগা ঐখোযগা ব্রাবী শানবগুমই," ভি-না ইবি: "ঐহাক অহল ওইবরা নুপানি। ঐগী ইচানুপাসু, ইস্মাকশিংসু জেল অসিদা লৈ। নহাক্লা থাবিবকপা অমত অদু ঐখোযদা খব-খব শক্ক যাজবা ফংবনা, ঐখোযনা জেলদা মিযাদ তাবি হাযবসি থুনা কাওখবে।

ঐখোয়না হৌজিক ফংজরিবা চিঞ্জাক অসিনা ঐখোয়গী থম্মোয় অসি পিক থনখ্রে অমসুং মনিংতম্লে। মখোয়না অতোপ্পা অপাম্বা অমমুক লৈত্রে। সিদগী হেনবা করি অমুক দরকার লৈখিগনি? অহাঙবা মতমদা পানবা নহাক্কী মমল য়াম্লবা ব্লারী লৈরে, ঐখে ায়না নহাক্কী ফোটোদা পুজা কৎচবা ঙমজরে, অদুবু হে ঈশ্বর, থম্মোয় অসিনদি খর হেন্না পাম্লি, - ঐখোয়না তৌখিবা অতোনবা থবকশিংদু ঙাকপিয়ু"। আরনা ... ইরি: "ঐগী পুক্লিংগা লোয়ননা ঐগী মনুং-অমসুং মপানগী ইন্দ্রি পুম্ন মক্কা লোয়ননা ঈশ্বরবু সেবা তৌজনিঙই। অদুনা, ঐনা ফল্লবসু, চৎলবসু যেংলবসু, তারবসু, মিকুপ খুদিংমক ঈশ্বরদা কখোক্লবা হোৎনজবি। করিগীদমক্তা খুৎশিং অসি শুনিংলোইদৌরিবনো? ঐহাক রামগী মমিং ইরি, মমিং লাক্ষ চামা ইগে খঞ্জরি। নুমিৎ খুদিংগী মনম নুংশিবা ধুপ, থাংমৈ অমসুং লাইশোলগা লোয়ননা শেংলবা ঈশ্বরগী অবতারদা খুরুমজরি। মসি ঐগী নিতিগী চথগদবা থৌরম্নি। নহাক্কি শেঙলবা মমিংদো জেল অসিদা থাখ্রে; মদুনা য়াম্না থুনা মযোল চোংখৎলকখ্রে, হৌজিক্তি য়াম্না চাউখৎলকখ্রে, লৈ শাৎখ্রে, মহৈ য়ানখ্রে; উকম অদুগী মখাদা ঐহাকসু অইংববুং শরুক য়াজরি। ঐনা নুংঙাইজবিবসি ব্লাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈজদে। নহাক্না নহাল নোংমা থারকখিবা চিঠি অদুনা ঐ অমসুং ঐখোয় পুম্নমক লাইবক ফবসিদা ঙকহনখ্রে। মদুনা চহি চামবি (৪০০)গী মমাংদা থোকখিবা বিশ্ব-বিরাত বীরব্রাহমেন্দ্র শ্বামিগী থৌদোকপু নৌহৌনা নিংশিংহল্লে।

অশেংবা নুংশেলনা শেংনা থক্তোকই। অপাম-মিহৌবশিংসি অনুতাপ্না ইংথহল্লি। বন্দিশিং অদুগী মরক্তা কয়া অমদি ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবগী ব্লাখল মমি তামখ্রে, মদুগী মতোন অদুনা বাবাবু ফাজিন্নবা, যেৎশিন্জনবা ফংখ্রে। এস:এন: না হায়দ্রবাদতা উখিবা বাবাগী লোয়নবশিংদা হায়খি :"নুমিৎ অদুদগী হৌনা ঐগী থম্মোয়দা লেঙদনা লৈখ্রবা নঙগী মুর্ত্তিদা ঐহাক পুজা তৌরক্লি", মহাক্না ইরিবনি। মহাক অসি য়াম্না থুনমক বাবাগী মরম ফজনা খঙফম অমসুং পুক্লিং থৌগৎফম ওইখরে। সিরদি সাই বাবাগী মার্বলনা শাবা মুর্ত্তি অমা গুনতুবগী মনাক রেপাল্লিদা খিন্নবগীদমক বাবানা চৎলুরবা মতুংদা, থৌবম অদুবু উখিবা নুপা অমা মতম খর বিচার লোয়দ্রিবা বন্দি ওইনা জেল অদুদা লৈখি; মহাক্না দশ্য

অদু শন্দোক্লা তাকখি, মদুদা তিল্লিবা মী লাক্ষ কযা অদুগী হৈনিং-হবাওবা, অমদি মীযাম পুন্নমক্কি মমাংদা মখুৎ অমুক্তং চুন্না ওৎলগা সির্বদি সাই বাবাগী সনাগী মুর্তি অমা শেমখিবা পুন্নমক অদু লিখি। বাবাগী মতিক মগুণগী মবমদা থস্মোয শুস্মাৎপা অতৈ ব্রাবী কযা মযামদুদা লিখি। বন্দিশিং অদুনা মশাদা ফাওনখি মদুদি বেপাল্লিগী খোঙচৎ অসি বাবা মশানা শিল্লগা মাগী ভক্ত মযামদুনা বাবাগী মবমদা হেন্না মপুং ফানা খওজনবা শিনবান হাযনা লৌখি।

নোংমা বাবানা হেমদ পান্ততা শিবাদদা হার্যখি -"যেংউ আদা মপান শাবিবা হৈনৌ পাম্বী অসি। নহাক্লা উ-না লৈ পুন্নমব অসিনা মহৈ যাল্লবদি, কযাদা মবাং কাযগদবনো! অদুবু লোযনা মহৈ যানব্রা ? যান্দে। অযাম্বনা খুইবগা কেনখি; নত্রগা উহৈ অদুনা নৌবঙেদ - া মন্দ্রিংদ বেনখি। মদুমক্কি হৌজিক মফম অসিদা লাক্লিবা মযাম অসসু"। মহাক্কি থৌজাল থক্তনা ঐখোযবু কেনগদবদগী কনবাগদবনি অদুনা ঐখোযনা ম'ঙান্দা মাগী থৌজাল পিবিনবা হাযজবা তাবনি অমসুং ঐখোযগী ধর্ম লৈবনা অমাদি চাং নাযবা সাধনানা মদু ফংগদবনি। অদুম ওইনমক সত্য সাই বাবাগাদি এখোযগাদমক মদদগী হেন্না পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইবা থৌদাং লৈ। মানা হায, "নুমিৎ থোবক্কুনা ঙাল্লবা মতমদা পাত্তা অমসুং পুাখ্রদা লৈবা অপোন্ন থম্বাল পম্নমক শাৎকাযদে, শাৎলগে হাযনা লৈববা কাংবু অদুতমক শাৎকায। অতেদুনা মখোযগা মতম ঙাইবা তায। অদুবু পুন্নমক শাৎপা হাযবদুদি তমখ্রবনি, মদুগী লাওথ অদ পুন্নমক্লা থংহনবা তাবান"।

বাহৈশিং অসিনা হার্যাবাস কন্নিনো হাযনা পন্থকবা মতমদা, বন্দিশিং অদুগী মবক্তগী খবনা তপ্পা অমুক হান্নগী থৌশাদবগী মওংদা হজ্ঞিনখিবা অমসুং বাবাগা লাপ্পা সৃম ইনবদা নুংঙাইজবশুম তৌখিবগী মবম খংবা ঙমই। অদুবু কলপগিবিনা জেল মনুংদা বাবাগী ঈশ্বরগী শক্তিগী মবম হেক খঙহনবা নুমিত্তগী বাবাগী মখোঙদা কোঞ্জাখিবগী মনুংদা চেঙ্গপ্পা হাযবসি অখন্ননা মাগী মমিং পনবা যাই, মবমদি মাগী ব্রাবি অসিনা মবক মবক্তা অকুবা কযা থেংনববসু, তমপাক্কি লমদম কযা অমসুং সমুদ্র যৌখিবগী অচৌবা অকনবা ঈচেল অমবু নিংশিংহল্লি। মহাক্কি চিঠিশিং অদুনা আধ্যাত্মিক্কি থোঙজংদা যাম্না কনশিন্না পামশিনবা অদু ফোঙদোকই। "ঐগা ঐগী লোযনবীগা অনিগী মবক্তা মোত খজিক্তং খেন্নবকখি অদুনা ঐনা

লেপখি মদুদি মহাক সংসার অসিদা মখাতানা অমুক লৈহনবা য়াদ্রে। মহাক্কা লোয়ননা ঐগী পুন্সি অসিসু লোইশিঞ্জরগে হায়না লেপখি। ঐগী লৈদা হু খর থল্লগা, মানা তুম্লিঙৈদা ঐনা থাংনা থিনখি অদুগা হু অদু য়োৎশিনখি। নুপী অদু শিখি; অদুবু ঐবুদি অশিবনা লৌবিয়ু য়াখিদে। ঐগী লৈ মথক্কি মৈচাক অদুখক্তা খঙবা ঙমখি; পুক মনুংদা করিগুম্বা অমতা থোকখিদে। ঐহাক থুনা শিগদবনি হায়না ফাওখি। অদুনা, মাগী ঈনা পুমলুপ লুপলিবা থাং অদুনা ঐগী পুক্তা ওৎথাইখি অমসুং লৈমায়দা তুখি। ঐহাক হোসপিতালদা জ্ঞান তারকখি, মদু পুলিসনা পুবিবা মাল্লি। ঐগী শাথিনা অশোকপদু মখোয়না ফোৎচিনখি অদুদগী ঐবু ফহনবিখি। মতুংদা ঐবু বাজা মুন্দ্রি জেলদা লৈরিঙৈদা ঐগী চাকখাওদু অমুক হাংদোকখি অদুগা মতুংদা চহি খর লৈবগা অমুক্কসু হাংদোকখি, মদু মমাংগী ওপরেসন্দা শোয়খিবশিংদু শেমজিন্নবনি। ঙক্লিবদি, খুদোংথিবা পুম্নমক অসিদা ঐনা হিংহৌবদুনি। ঐনা খঙখ্রে মদুদি ঈশ্বরনা ঐগী পুন্সি অসিবু শেন্নবিরবনি, মরমদি মহাক্না ঐগী তুংগী ফববা পুন্সি অমা থৌরাং তৌবিখ্রে, মদুগী মনুংদা মাগী অমসুং মানা খনখৎলবা মীওই খরগা ঐনা থবক খব তৌজবা ঙম্নবনি। মরম অদুনা ঐগী হকচাং অমসুং থম্মোয ঈশ্বরদা কৎখিবনি। মদুদগী হৌজিক ঐহাক য়াম্না শাথিনা নুংঙাইজরে, মবর্মদি মিকুপ খুদিংমক্তা ঈশ্ববগী থৌজাল ফংজরি খন্না ঐহাক হিংজরি। *ঐগী হান্নগী লৈজরম্বা মরী মতাশিংগা কবিগুম্বা হৈনিংবা অমতা লৈজদ্রে।* ঐনা নহাকপু ফংজবে, বাবা, তাইবংদা লাকলবা মপু, ঈশ্বর। মসিদগী হেনবা ঐগী করি অমুক দবকাব লৈখিগনি? নহাক্না থাবিবকপা ফোটো অদু ঐগী ধ্যান তৌফমগী ফমফম মমাংদা থমখ্রে। ঐনা মিৎ হেক পাঙথোরকপদা নহাকপু উই; ঐনা মিৎ উইর্শিনবা মতমদা নহাক্কি নমিং শোল্লি। মসি ঐগী নুমিৎ খুদিংগী পুজানি। ঐহাক নহাক্কা লৈমিন্নবগী সাধনা তৌই, নঙোন্দা লৈবগী, মতম পুম্নমক্তা। নঙদি ঐগী ঈশ্বরনি, ঐ হাযবসি ঈশ্বরগীদমক্তনি। .... মসিনি থৌরাংলিবসি। মসিনা ঐঙোন্দা সিমানা লৈত্রবা নুংঙাইবা অমা পি"। মহাক য়াম্না নুংঙাইরে মদুদি ডাক্তরশিংনা মৈচংদবা মনা-মশিং চানবা তাকপিরে, মসি অফবা চিঞ্জাক্লি, মসিনা সাধক অমনা মাগী ধ্যান তৌজবা মতমদা রাজাসিক ব্রাখলনা অপনবা পিবা ঙমদ্রে।

মানা নিংলিবা ব্রাখল অদুদা থৌগৎপিবগা লোয়ননা বাবানা চিঠি অমা ইখিবা- মতমদা চেঙ্গপ্পানা ইরকই :"চিঠি অদু ঐনা ঐগী মিৎ মথক্তা থমখি; ঐনা

থম্মোয়দা কোনশিঞ্জখি। রামনা পিরম্বা সনা খুদোপ অদু অনজনেয়না সিতাগী মখুত্তা শিবা মতমদা মহাক্লা হবাওজরমগদবা চাং অদুক য়ৌনা ঐহাক নুংঙাইজখি। নুমিৎ অদু শগোলশেলনি, ব্রা ঙাঙদবা নুমিৎনি, অদুনা ঐগী নুংঙাইবসু মরুপশিংদা ফোংদোকপা ঙম্লমদে। শগোলশেল নুমিত্তা তুমিন্না লৈগদবনি হায়না নহাক্লা সনাতন শারথিদা হায়রকপদু- ঐহাক্লা পাখরে। মমল য়াম্লবা ব্রাশিংদো ইশানা পাজখিবনি। আ! ঐহাক অসি কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো!"

জেলগী অতৈশিংদসু অসুম্না অওনবা কয়া লৈখি হায়বসি মখোয়না ইরকপা চিঠিশিং অদুনা উৎলি। চহি ৭০ শুবনবা বন্দি অমনা ইরকই : "রামদাস কুম্না ঐহাকসু জেল অসিদা হেক চঙলকপদগী বামগী মবমদা খল্লি। চহি ১০গী মনুংদা অমুক্তং য়ুমদা চৎহল্লে, ঐগী মীয়াম উনাহাল্লে, ইমা, ইচিন-ইনাওশিং অমসুং অতৈ মরী - মতাশিং। ঐগী ইমানা পোকপিবনি, য়োকপিরকপনি অমসুং ঐবু মী অমা ওইহন্নবগীদমক য়াম্না কখোকখ্রবনি; অদুবু মদুগী তৌবিমল ওইনা ঐনা মঙোন্দা অৱাবতা পিখ্রে। ইমানা অহল ওইবক্লবা মতমদা ঐ ইশানা মাবু সেবা তৌবা ঙমহঞ্জদ্রে। ঐগী থম্মোয অসি নঙগী ননাক্তা ননায় অমা ওইনিংলে। তরেৎশুবা বন্দিনা ইরকই: "ঐখোয়না তৌকবা ফত্তবা থবক অমগী ফলনা ইচিল-ইনাও ঐখোয় অহুম মফম অসিদা দন্দি ফংলি। ঐখোয়না হেক ঙম্বমখৈ ঐখোয়গী ঙাওচৎনরবা পুক্লিং অসে নহাক্কি খুযাখাদা থম্নবা হোৎনজরি। করম্বা মতমদা পার্তিগী মবুংঙোবু উজবা ফংবগী খুদোংচাবদু মবাযবক থিরবা কাংবু অসিনা অমুক্তং ফংজগবা?"

বন্দি নিপালশুবনা ইবি: "নহাক্কি মিংলেন তাজবা অমসুং ব্রাব্রী পাজরুবা নুমিত্তগী মিকুপ খুদিংদা ঐখোযগী পুক্লিংদা নহাকপু কাওজদে। অথুম্বা মিঠাই অদুনা ঐখোয়গী লোয়নবা মকও ওইজবে। মসিদা লৈবা বন্দিশিংদা থাবিরকপা চিঠি অদু য়াম্না ব্যবহারগা লোয়ননা ফংজখি। ঐখোয় অয়াম্বনা চিনফা ফানরে, মরোলদু হন্না হায়বা ঙম্লবে। অর্মাদ মথং-মথং য়েংনরে, ব্রারোল অদু য়াম্না হৈনিংবা কাংবু কাংবুনা পানবে অমসুং নুংঙাইনরে। হান্না পাবা তান্নবদা, চিঠি অদু শেগাইরে; অদুবু ঐখোযনা অমুক মচেৎশিংদু নপশিন্দুনা ফ্রেম চল্লগা ময়াম পুম্ন মক্লা পাবা য়ানবা পুজাগী কাদা থম্লে"। বন্দিশিং অদুনা বাবাদা লাইরিক অমসুং ভজন-ঈশৈ পিবিরক্লবা চিঠি ইখি অমসুং নোত বুকসু পিরক্লবা ইখি, মদু রামগী

মমিং লাক্ক কযা ইনবনি; কবিগুম্বা মতমদসু মমাদা নত্রগা মচাশিংদা অৱা-অনা লৈবিগদ্রা খনবদগীসু চিঠি ইখি।

অসিগুম্বা মতাংদা বাবানা চিঠিদা যাওবিবা থিকানা অদুদা পোষ্ট ওফিসকী মতেংনা শেল থাবিখি অদুগা কবিগুম্বা মশা হিংলি হায়বা খঙবা মতাংদদি ফিরোল অমসুং অতৈ খুদোলসু থাবিখি। লোযননা মপুক্লিং ফাজিনবিবা অমসুং থৌগৎপিবা যাবা চিঠি লোযনখি।

বাবানা অসুম্না শেমদোকপিখ্রবা মীওইশিংগি রাবীসি অমখক্তং উগা ঐহাক লোযশিল্লগে, লাইবক ফবদগী ইজনিবা ঐহাক্লা অসিগুম্বা সাইগী সখনেগা য়। চঙখ্রবা সাধক খব থেংনজকবনি; মহাক্লা ইবকখি :"ঐহাক নেপালদা পোকপনি, হিমালযদা চৎলবা মবম্না নহাক্লা খঙলম্বা যাই মদুদি নেপাল হায়বা লৈবাকসি লাই যাম্না কিনা লৈবাক্লি। ঐনা মমাংখক্তা তৌখিবা পাপ অমসুং কর্মগী ফলনা ঐহাক হৌজিক জেলদা লৈবি। অদুবু মসি ঐনা ফত্তবনি হাযনা লৌদ্রে; হৌজিক এভাব ভাব তাবে মদুদি মসি ঐগী ফননবা ওইবল্লে। নহাক্লা ঐখোয লৈমিন্নবিবা মযাম অসিগী মনুংদা অমদা ইবিবকখ্রে :"খোযদৌদা থম্বাল শাৎপা জগৎপু শেম্লিবিবা ইবুংঙো মহাক ফাওবা অৱা-অনা নঙই"। অদু ওইববদি ঐগুম্বা কবিশু লৈতবা অমনা অৱা-অনা খবদং নংবদা কবি চিংনফম লৌবিবগে? মতম খবর্গী মমাংদগী নহাক্কি নিংথিববা নমিং শোনবা অমদি নহাক্কি বাবী লিনবা অসি জেল অসিদা চখুদুনা লাক্লি। অসিগুম্বা চেন্থবক্লিবা ভক্তিগী ঈচেল মবকসিদা ঐহাক্কি পুক্লিংসু লুপশিনখ্রে। নহাকনা নুমিৎ খবনিগী মমাংদা থাবিবকখিবা চিঠি অদুনা অতৈদা পিবা ফলদগীদি ঐঙোন্দা পিবনা যাম্না হেল্লি; মদু ঐঙোন্দা অমসুং ঐগী সমস্যাশিংগী মবমদা ইবিবকপদৌনা থোকখি। নহাক্কি থৌজাল অসিনা কবম্বা মতমদা কনাগী মথক্তা তাগনি হাযবসি কনানা হায়বা ঙমগনি? নহাক্তি ঐগী থম্মোযদা লেঙশিনখ্রে, ঐনা নঙবু ঐগী থম্মোযগী সাই হাযনা কৌজবে।"।

হাজাবিবাঘ অমসুং গযাগী জেলশিংদসু বাবাসি বন্দি খবনা মখোযগী গাবদিযাননি অমসুং চঙজফম্নি হাযনা লৌনখ্রে; মদু মকওইনা তেলেগু ঙাঙবা মীওই খবনা হায়বিবা জেলশিং অদুদা দন্দি ফংদুনা লৈখিবদগীনি। ঐখোযগী মবক্তা কনাগুম্বা মীওই খবনা অসিগুম্বা বন্দিশিং অসিবু জেলদা শো হেক লোনখিবগা

মখোয়গী মবমদা কাওথোকখিবা য়াই, অদুবু মখোয় ঙক্কনি মদুদি বাবাদি মখোয়গা লোয়ননা জেল মনুংদা, মখোয়গী কাযববা থম্মোযশিং অদুবু অৱা পোথাহন্দুনা, অবানবা তৌখিবগী নিংঙমদবা পুক্কিংবু থেমজিনবিদুনা, অচুম-অবানগী ৱাখলবু মিকপ থোকহন্দুনা, অমদি মখোয অবানবা খব তৌখ্রেকো, মদু অমুক হন্না তৌববোই খলহলদুনা লৈমিন্নবি। মবাল অযাম্না ঙাইহাক্তংগী অথুবা ৱাখলদা, ঙাইহাক্তং খুদক্তা ফাওখিবা যেংথিবগী মিৎযেংদা, ঙাইহাক্তং ফৎ-হেক শাওখিবদা, কল্লক মিহৌবগী মদ কখিবদা, অমসুং পঙবদগী খোকখিবা নুংঙাইতবা ৱাখল শিংদগী ঙাক্তনি।

মখোযনা হায, আইন হাযবাসু গান্না তোযনা কবশু কান্নদবা মতাং লাকই; মবমদি ওইদবা, অবানবা কযান মীগা মমাযদা ফংদল্লবা মতমদা হাযবদি ওইদবা কযানা মীগী থম্মোয শোকহল্লবা মতমদা ফাওবকখিবা যোৎকুম্না কলহনখিবা বাখলশিং অদুগা মৈবি চবকফমসি নাওহনা অমোং অকায, লাযথুং-লাযনা মবক্তা লোল্লবা পুন্সি, যু ঙাবগী মবক্তা লেল্লবা পান্সি অমসুং মমা-মপা নুংশিনবা মবী বাংপদনী খাইবুং খাইবুং কাংথো, চাইদুনা লেল্লব পুন্সিশিং অদুদগী তৌখিবনি। বাবানা ঐখোযদা সিনেমানা নাওহবগী পুক্কিংদা চাশিন্নাক্লবা অনাবাশিং অদুদগী চুমথোক্লবা হাযখি, অমসুং মতাক্লা গান্না তোযনা হর্যাবখ্রে মদুদি লাইবিক লাইশু হৈবশিংনা অমদি কালাকারশিংনা ওদা হৌবাক্লবা নাগাবোলশিংগীদমক্তা মখোযদা অফবা ৱাখললোন ফাওহনগদবা, ওব-ওবব লাল ড্রামা পুথোকপগী দাযিত্ব লৌগদবনি। ধর্ম লৈবদা ব্যবহার তৌনগা মং ত্রা হৌজা হৈথোই শিংথোইবদনা হেন্না ব্যবহার তৌনবকপসিনা, স্কুলগা অঙাংশিংদা অশোংনা লাইবিকশিং, সাস্ত্রশিং তম্নবক্তবসিনা, অহল লমনাশিংনা হকাযবা অমতা খঙদবমখৈ সমাজনা যাদবা থবকশিং - কাববাবদা নমথাক তোবা, চানবা চিঙাক্তা যানাশনবা, বাজনিতিদা লমন খুম্নবকপা কযা অসিনা নাহাং মাপুনা থোকহল্লক্লবগী ফববা মচাক ঙাক্তনি হাযনা বাবানা পনখি।

মচা মম্মামগী মনুংদা ও ক্রবা মচাদা মমানা হেন্না থনবগুম, বাবাসু লাল্লে খন দুনা অনুতাপ তৌবক্লব। মীহাৎপাশিং আসদা থৌঙানবি অমসুং মখোয পুন্নমক্কি মথক্তা থৌজালগী মিৎযেং যেংবিনা অসমব ঈশ্বরগা খুৎশেম পুন্নমক্তা চপ মান্ননা নুংশিবা প্রেম লৈ হাযবগা খুদান্ন, নমনা থবক তৌবা মীওইশিং আসদা বাবানা

মতম পুম্নমক্তা মশা মশাগী মবাল যাজনবা কন্না তকশিল্লি অমসুং ফংফম থোকপা দন্দি অদু হবাওনা খাঙনবা অমদি মতুং অমুকহন্না অবানবা তৌববোই হায়বা ৱাবেপ লৌননবা হায়খি। তশেংনা হায়ববদি ঙাকপিযু হায়না খক হায়জগনু হায়না মহাক্না পাওতাক পিখি। থৌনা লৈয়্যু, ফল অদু মাযোক্লৌ, বাদুনা যেংউ, খাঙবা তমউ। পাপ অদুগীদমক্তদি অনুতাপ্তনসু যাবে; অদুনা দন্দি ফংলিঙৈ মনুংদু অনুতাপ তৌদুনা অমদি থম্মোয শেংদোক্নুনা লেল্লু। মসিনি মাগী পাওতাক।

কো-ওপরেটিপ সোসাইটি অমদা থবক তৌবগা শেল হাৎলুবগী আইনগী চৈবাক ফংদনবা ইউ: পিদগী প্রশান্তিদা চেল্লকখিবা নুপা অমা ঐহাক নিংশিংই। বাবানা মঙোন্দা অমুক হন্না চৎখিনবা অমদি মশানা মবাল যাজকনবা পাওতাক পিখি; অদুগা মহাক্না শেংনা অনুতাপ তৌববদি মবালগী অবাবদু হন্থহনবিগনি হায়না থাজবা পিখি। নুপা অদ অমুক হন্না চক্তনা মবাল যাজবা ঙস্বগী থৌনা লৈখিদে, অদুবু বাবানা কন্না তকশিনখি; মতৃংদা মশাগী অশোযবা চ্ মথোকচনবা বাবাগী আশীর্ব্বাদকা লোয়নন প্রশান্তি থাদোকখি।

ইচম্ চম্না খা অমবু সনা ওন্থোকহনবা হায়র্বদি নৌনা অমুক খুন্দা লৈতাহনবা হায়র্বাসনি বাবানা যাম্না পামজবসি। মহাক্না হেব লৈবা মফম খুদিংদা, মহাক্না ঙাঙনিংবা অমা ঙাঙবা মতমদা, মদুগী মনুংগী ওইবা ঈশ্বৈলদি মসিনি। খুদম ওইনা মহাকপু অমুক্তং চহি খুদিংগী মতম খব খবদি শোযদনা লৈবিবা হবাইত-ফিলদ, বৃন্দাবন্দা অমুক্তা যেংসি।

আমেরিকাগী হিলদা চাবলতোননা বাবাগী অসিগুম্না শক্তি অসিগী মবমদা মশানা থেংনর্খিবা থৌদোক খবগী মবমদা ইবি :" অচিকপনা পিকথনখ্রে, শান্তিনি, পুবা শান্তিনি, লৈনা যোঙদোকপা ঙমদ্রবা, বাবাগী খোঞ্জেলনা শান্তি হন্থহনবগী মহুত্তা হেন্নদুম মযেক শেংহল্লি মানা ঈশৈ অমা শকপনা, নত্রগা চহি কযাগী লৌশিংগী বাফম খব থৌজাল ফংগদৌবিবর্শিংদা ঙাঙবনা। ঐনা অমুক্তি পুং ৪দা হৌগৎলগা লন্নীগী মতোন্দা হৌবিবা, মশা-মবেং ফল্লিনা উখোং অদু যৌনা চৎলমই, পবিং অদুদা পুমচিক চিকখিবমই মদুনা নুংঙাইবগী ঈথক-ঈপোম কযা পিবকখি। লংলবা থা অদুনা ইখ্বোল অদুবু পুমঙান ঙালহল্লি। অতিযাবু খব খব মমহল্লিবসি চাউববা থৈবোং পান্বীশিংদুনি, অশোকা পবেংশিংদুনি, সনাবৈগী

ঙাওশং ঙাঙবা লৈশিংদুনি, অমসুং ঙৌকনবা মোংশোং মচা মচাশিংদুনি। পুখ্রিগী ময়ায়দা লৈবিবা কৃষ্ণগী মূর্তি অদুনা মখুত্তা পার্যাশিবা বাঁসি অদুগী খোঞ্জেলবু ঐঙোন দা মীহৌহল্লি, খোঞ্জেল অদু হেক্তা মিকুপ অমদা মাগী চিনবান্দগী থোবকপা য়াই হায়না ঐন ফাওখি। মায়গী খুদিংদগী বৌবাংবা ঈশ্বরগী মতিক-মগুণ অদু খুকমজনবা মথয়তা পাম্মোম অসি থাম্মংচরি".

"ভবাংগী বাবাগী পাংজেলদা হায়খি মা। মোদতেসন তৌবগী খ্বাইদগী ফববা মতমসি ব্রহ্মামুহুর্ত্তমান কনবাদ অমা হাং হুদগী ও ফাওবনি। লক্ষ্মাংদা উ মখাদা ফমদুনা লাইনিঙবা হায়বা গাংগাখ্রিথি নি, মনমদি এখোয়দা হৌখ্রবা ম তমদা গঙ্গাগী তোবর্বান্দা নত্রগা হিমালয়দা লাং অবস্থান হায়বাসি নিংশংহল্লি। বাবানা ঐখোয়দা মতম চপ মানদা, মফম হানদা, অশাংবা মতম মান্নহন্দুনা মশা যাম্না খুমাং চাউর্শিন্দ্রি ফাওনা নুমিৎ খাদংবা মোদতেসন তৌনবগী হৈনবি নীত অমা সেম্না ফৈ হায়বিখ্রবনা। বাবানা অমসু হায়বিখ্রে মদুদ নুংগী ওইনা মোদিতেসন তৌবা হায়বসিসু শকক অমখক্লোন, পান্দমদি শ্বব হোনবা খুদিংগী, মিকুপ খুদিং মাগা মিংখৈবোন শোনবতনা নুংঙাইবা অদু ফংনবা হোৎনগদবনি। প্রনাযমা হায়বাদ শ্বগী শাজেন হাং বসি পুম্নগা শকক অমা ওইহনগদবনি। ঙসি অসি শোক ১৯৬৫গী জানুয়াবগী অহানবা নুমিৎনা। বাবানা ঐখোয়দা হায়খিবা অকক্লবা নুমিৎ অমদা হেন্না মক ওইহনবগী থবক তৌদনবা তাকপিখিবদু ঐহাক নিংশিংই। নুমিৎ খুদিংমক শগোলশেল ঙাক্লোন, শগোলশেল থক্তনা শগোলশেল নত্তে, মহাক্লা হায়খি। সেকেন্দ খুদিংমক অঙৌবা ঙাক্লনি অদুনা তাঞ্জা অমনি হায়না থৌবম পাঙথোক্কদবান। চহি তৌবা হায়দুনা অকক্লবা নুমিৎ অমদা হৌবিবসি চৎনবী অর্মান, মদু মীওইবগী অকক্লবা নাযবা পুক্লিংনা সিমানা লৈতবা ঈশ্বরবু পিকখ্রবা কাংলুপ খবদা খাইদোকপগী ব্রাফম্‌তান। অদুবু মীওই কয়ানা মনম নুংশিববা লৈ পবেং পুদুনা বঙ্গলোদা লাক্লখিবদু ঐহাক্লা উখি। লাই খুকমফম মমাং অদু ফজববা অঙৌবা, মঙ্গ্রা মচু, কমলা মচু অমসুং চীং লেন্নবা লৈ পবেং কয়াগী পৈফম ওইখ্রে।

"বাবানা নুমিৎ অদু অহাংবা নুংশিত্তগী অথুম-অহাও লৌবগা ময়ামদা যেম্লোকপনা থৌবমগী অহানবা ওইখি অমসুং পুম্নমক্তা হায়খি :"অথুম-অহাওশিং

অসিনা ঐখোয়গী পুন্সিদা হয়াও-নুংঙাইবা পুরক্কনি"। মহাক্লা মখুৎ হায়ফেত্তুং ওৎলগা ফোটো মচা অমা পুথোকখি অমসুং মি: বিদা পিখি। অদুদগী শ্রীমতি বি: দা ওনশিল্লগা চন্না করেম্নবগী মওংদা কল্লকপ্রা হংখি। ফোটো অদু অমুক হন্না লৌবগা খুৎ য়েত্তা পায়শিনখ্রে। খুদক্তা, চপ মান্নবা ফোটো তক্ক পুথোক্লুনা মমাংদা ফমলিবা ঐখোয় খুদিংদা অমমম্ পিখি।

মখা তারকপা ৱারী শারিঙৈদা মহাক্লা লৈমায়দগী চে-মচেৎ অমা লৌখৎলগা মতুমতানা কোনশিনখি অদুদা মিস্তর বি: দা পিখি। মদু মাগী মখুৎ য়ৌবা মতমদদি চেগী মতুম ওইবমদ্রে, মনম নুংশিবা চাননবা অথুন্বা মতুম অমা ওইবমই, মদু মানা যান্না হৈনজবা মখলগী ওইবগুম তৌই। মতৌ অসুন্না মাগী নুপীগীসু চেগী বোল মতুম অমা পিখি, অদুবু মখুৎ য়ৌরবা মতমদদি অথুন্বা অচাপোৎ অমা ওইরমই।

"অসিগুম্বা অঙকপা মচা-মচাশিংসি বাবানা হায়বগী মতুংইন্না, ওঁমগী অঙকপা থৌদোক্লা লোয়শিনখি। মদ্রাসতগী ভক্ত অমা লাকখি, মহাক্লা ওঁম মানবা সনাগী অশাবা পোৎশক অমা পুরকখি; মদু বাবাগী মমাংদা বাবানা অমুক্তুং শোক্লগা বোব পিবিনবা থমখি। বাবানা মদু য়েংলগা নোকখি অমসুং যোং মমৈ অকোনবা মাল্লি হায়না ফাগি তৌখি। তৌবগীসু কালাকার অদুনা শাবক্লিবা মওং অদু মহাক্লা পামখিদে। মহাক্লা ভক্ত অদুদা ওঁম অদু চুমথোকউরা নত্রগা অনৌবা অমা বাবাগী শক্তম যাওনবা শারগা পিউরা হংখি। মহাক্লা অনৌবা শাবদুনা হেন্না পামখি, মসি মশানা তাবনি। মহাক্লা ওঁম গী লিক অদু মখুৎনা পাযশিল্লগা শ্বরনা কামখি, মখুৎ হাংদোকপা মতমদা হান্নগীদু লৈরমদ্রে, মদুগী মহুত্তা ওন্থোক্লা ফজখ্রবা সনাগী লিক অমা লৈরম্লে, বাবাগী মচুগী ফোটো অমাদা দাইমন্দনা কোয়শিনবা, মণি-মুক্তাগী লিক অমা য়াওবা - ওইনা লৈবম্লে। মখুত্তা লিক অদু পিবা মতমদা বাবানা হায়খি : "মসি নঙনা চহি ২৩ অতৎপা লৈতনা ঈশ্বরদা খুরুমজরকপগী মনানি"।

বাবাগী মিরাকলশিংসি পান্দম অমগা লোয়ননা পাঙথোকপনি, মসিনা হৈনিংবা ফাওনবা, পুক্লিং থৌগৎনবা অমসুং থাজবা হেনগৎহন্নবনি। মসিদগী হেন্না চাউবা মিবাকলদি ঐখোয়গী মওং-মতৌ, লমচৎ-শাজৎ হোংলকপা অসিনা

ওই। মসিনা অমুক সনা, লুপা, মণি-মুক্তা শেন্বদগীদি, পুথোকপদগীদি য়াম্না হেন্না হৈনিং-হবাওহনবা অমদি চাওখৎচনিংঙাই ওই। সাই বাবানা সিবদিদা হায়খি :"নখোযনা অপাম্বদু ঐনা পি, মদু নোংমা ঐনা পিবদু নখোযনা পাম্ন বনি"। মবম অদুনা, কনাগুম্বা অমনা বাবাগা লৈমিন্নে হাযনা মশাদা ফাওজে, বাবাগী খোঙথাং খুদিং, ৱাঙাং খুদিং, থবক খুদিংমক্কি যাম্না লুববা অর্থ চেল্লি, মদু ঐখোযনা কযা মুন্না খঙবা ঙমদে।

"লমচৎ-শাজত্তা যাম্না ফজনা হোংখিবা মিবাকল অমা ঐনা উখি :মদু তশেংনা যাম্না নিংথিন্না পুক্লিং থোগৎনিংঙাইনি। বাবানা হাযখি মদুদি অহোংবা অদু মপানলোমদগী ওইহনখিবা নত্তে. অদুবু মহাক্না নুংগী মপুংফাবা, ঐখোযদা হান্নদগী থুপচিন্দুনা লৈবা, ঐখোযনাদ খঙদবা ৱাখল অদুবু ফোংদোকহনবতনি। বৃতেন্দগী নুপীমচা অমা লাকখি. মহাক আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং অসিদা কবিগুম্বা ভাব অমতা লৈবক্তে, অদুগা নোংপোক লোমগী ধর্ম নত্রগা ফিলোসোফিগী মবমদা কবি অমতা নৈনবক্তে। মহাক খা-ভাবত কোযবা লাকখিবনি। মহাক্না প্রশান্তিদা নুমিৎ হুম্নখক্তং মখা চৎত্রিঙৈদা পনখিগে লাকাখবনি। অদুবু, বাবা উনবদগী অমদি বাবাগী মতিক মগুণ খজিক্তং খঙখিবদগী মখাগী থৌবাং পুন্নমক লোযনা ককথৎলগা থা মরি পুবা লৌখি।

থা মরি অসি পুবা কথোকপা অমসুং অবিবা হৈনবী পুন্নমক লোযননা অপাম-পামদা পুন্নমক লোযনা থাদোকখিবগী মতম্নি। মহাক্না প্রশান্তি নিলযমদা লাক্লিঙৈ মমাংদা মাগা মপুন্সিদা মেদিতেসন অমুক্তা তৌবকখিদ্রিবীনি, অদুগা ষোগ নত্রগা হিন্দুগী ৱাখল্লোন অসিগী মবমদা কবি অমতা খঙলক্লিবনি। অদুম ওইনমক মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী পুং ২৪গী ওইবা থৌবম অমা শেল্লগা মদুদা চপ চানা পাঙথোক্কবা কন্না হোৎনখিবা অদদা ঐখোয পুমঙক ঙকখি। অযুক্তা পুং ৪দা হৌগৎলি. অহিং অদু নির্ংথনা তুম্লবসু নত্রগা তুমদ্রবসু অদুগা মেদিতেসন তৌই। মহাক্কি মতমসি লাইবিক পাবা, ইবা, মেদিতেসন তৌবা মিংথৈবোল শোনবা অমসুং প্রশান্তিদা নত্রগা বৃন্দাবন্দা ৱাইশিৎপগী থবক তৌবনচিংবদা শিজিন্নে। মসি মহাক্না যাম্না থৱাই যাওনা অমদি হোৎনবা কন্না পাঙথোকখি, অইং-অশা ওন্নবদগী অমদি চাক-চা যুথক খেন্নবদগী যাম্না অকনবা সাধনা অসি চত্থবিঙৈদা

মশাদা পোম্বানচিংবা তৌদুনা মশা নারকখি মদুনা মশাদা য়াম্না মরেং-মরেং চৎপা অমদি শাথিনা তোয়না অনাবা পিখি। পুম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা অহিং কয়া তুমদনা লেনখি অদুবু মাগী থৌরমশিংদি কায়হন্দনা চেকশিন্না চথখি।

মহাক্না য়াম্না চেকশিন্না অমদি খাঙবা কনবগা লোয়ননা চথখিবদু অমদি ঈশ্বরবু নুংশিবদুগী বাবানা মনা পিবিখি; তপ্না-তপ্না মাগী মেদিতেসন মায় পাক্লকখি। মশাদা নুংঙাইজবগী মঙাল অমা ফাওরকখি। মমায়দু য়াম্না শুক্মৎনিংঙাই ওইবা মায়থোং অমা ওইরকখি, মদু হান্নদি অদুম্না লৈবমদবনি। মাগী য়াম্না লৌথুপ-লৌকোই লৈতবা অমসুং মশাগী ওইজবা থিদবা অদুনা মশাশি মদ যাওদবা পুমচম্-চম্বা, পুমহো-হোবা বাঁসিগী মতৌগুমখে. মদুদা ঈশ্ববনা মপুং ফাবগী নুংশিববা ঈশৈ অদু শকপিখরে।

মহাক থা মরিগী মতুংদা মপুংফারবা অনৌবা মিৎযেং অমগা লোযননা, জ্ঞান তারবা ফিভম অমদা অমসুং মাগী খোঙজং অদু নিয়ম চুম্না মখা চর্থানিংবগী শেংলবা্ ব্রাখলগা লোয়ননা চৎখি। বাবানা থাজবা পিখি মদুদি মী অমনা মশা পুম্ন মক্তু ঈশ্বরদা পিথোক্লবদি অমসুং তাক্লকইবা ব্রাফমগী মতুংইন্না মেদিতেসন তৌববদি থা অহুমগী মনুংদা যাম্না মওং তাববা ফল ফংগনি। ফল অদু, মাগী লেঙদনা থাজবা লৈবা অমসুং অরেপ্পা লৈতনা সাধনা চথবগী মখা পোনগনি।

মহাক্না মরৈবাক্তা হন্দ্রিভৈঁদা বাবাগী মিবাকল অমা যেংনবগী খুদোংচাবা ফংখি। মহাক বৃতেন য়ৌরগা থুনা লুহোংগদৌববনিনা বাবানা মঙোন্দা লুহোংবা নুমিত্তা শিগদবা সনাগী লিক অমা পিগনি হায়না থাজবা পিখি। নোংমা ঐখোয় খব পুন্না মাগী মমাংদা ফমলিভৈঁদা মনাক্তা লৈবা ক্লাগোক্তগী ক্লা মনা অমা লৌখৎলগা শুনু তৈননবা চামচ মচা অদুনা ক্লা মনা অদুগী মথক্তা করিগুম্বা অমা য়েক্লমই। মরক-মরক্তা মদু থাঙ্গৎলগা ঐখোয়দা উৎলমই অমসুং লৈই চিংলিবা খুদিংদগী হৌনা য়েক্লিবা মওংদু ঐখোয়সু পাম্লমই। ঐখোয়গী মরুপ অদুগী মঙ্গলসুত্রম য়েক্লিবনি হায়বসি ঐখোয় থোইনা ভাব তারমদে। অদুদগীদি মানা য়েকপা হেক লোয়বগা খঙহৌদনা ফৎ থাঙ্গৎখি অদুগা শ্বরনা অহুমলক কামখি। ক্লা মনা অদু মাঙখিরমই, মদুগী মহুত্তা মীওইবনা হেক ঙস্বগী মনুংদা খ্বাইদগী ফজরবা, লুহোংবদা শিনবা সনাগী লিক অদু লৈবমই।

মদু সনানা শাবনি অমসুং বাবানা নুপীমচা অদুদা শন্দোক্লা হায়খি মদুদি মসিনা মহাকপু মানা পাঙথোক্লিবা সাধনা অদুবু মতম পুম্নমক্তা নিংশিংহন্নবনি। নাকল অনিমক্তা ববিগী নুং অহুম অহুম্না লৈতেংখি, মদুনা মীওইবগী গুণ অহুমবু ফোংদোকলি অমসুং নুপী-নুপা অনিমক্তা মদু যাম্না চানহনগদবনি হায়খি। মথক্তা নাকলদা ববি অনিনা লৈতেংখি, মদুনা নুপা অমসুং নুপী অনিগী মহুৎ শিনবনি। মরু-মপি ওইবা সনাগী লিক অদুদগী মযাযদা পুমশেং-শেংলবা মণি-মুক্তাগী লিক অমসু য়াম্থবি, মদুগী মযাযদা মমল যাম্লবা নৎতনা শাবা থম্বাল অমসু য়াওই, মদুনা মখোয অনিবু হোলগী হেক মমাংদা লৈবা থম্বালদা কোয়সিনবা অদুগা লোযনবা প্রশান্তি নিলয়ম্ন নিংশিংহন্নবনি। মদু তশেংনমক হায়ববদি অহিং-নুংথিল কযাদা অকনবা সাধনা তৌবকখিবা অদুগী যাম্না হবাওনিংঙাই ওইবা মনা অমনি; মহাক্লা থা মবি লৈখিবদো মিনিট অমা ফাওবদা অবেম্বদা মাঙহনখিদে।

বাবাসি ঙমখৈ সিমানা মফম খঙদবা, মশক খঙঙমদবা মীনি। মহাক কবম্না মীনো মহাক কাবনো হায়বসি মীওইবগী পুক্লিং অসিনা খঙবা লাকশিনবা ঙমদে। মী অমনা মহাকপু থাজবা অমসুং হাযবা ইনবা অদুতবু ঙমই। ঐনা মাগী মমাংদা পুমঙক ঙক্কুনা লেপলিঙৈদা মহাক্লা হায়খি "মীপুম খুদিংনা সংসাব অসি গ্লাসগী মতেংনা যেংই, উই, মখোযগা সংসাবদি মানা যেংলিবা মিৎযেং অদুগী মতুংইন্না উই; অৱাবগী গ্লাস, তুক্কচবগী গ্লাস, কল্লকপগী গ্লাস, মীহৌবগী গ্লাস। ঐগীদি নুংশিবগী গ্লাস খক্তা উপ্পি। ঐনা মা অমব তুক্কচনবা হোৎনববসু ঐদি ঙমদে। তুক্কচবা অমসুং শাওবা হাযবসি এগী শরুক অমা নত্তে; নত্রগা লাযনা হাযবসি ঐগীদি লৈতে, ৱাবক্লবা অমসুং চুমথোক্লবগীদমক ঐনা শাওজিন্নবদি যাই; অদুবু ঐনা কৈদৌনুংদা কনা অমতবু তুক্কচবা লৈতে। ঐদি নুংঙাইবনি, চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবদুনি। ঐদি লৌশিংনি, নুংঙাইবনি, অইংবনি। মদুনি ঐগী হৌনশা"।

বাবানা মীবু মশাদা যাওবিবা সাই অদুবু খঙহনবগা লোযননা নৌনা অমুক শেমদোকই। মী অদু ফক্লাংনা খাজিল্লিবা জেলদা লৈবা ওইবা য়াই নত্রগা য়াম্না ৱাংনা মদ কাবগী অপাম্বনা খাজিল্লবা মী ওইবা যাই। মহাক্তি অবান খুভম ফংহনবিবিবা, ঙাকশেনাবিবিবা মপু, নহাক্লা লৈবিবা ফিভম অদুদা হেক্তা লৌশিনবিবিবা অমসুং নুংঙাইববা, চাংজৌ নাযদ্রবা নিংতম্বগী ঈপাক্তা পুবিবিবা

মীদুনি।

হিলদা চারলতোনসি সিলোন্দা বুদধগী সাধক কয়াগী মরক্তা চহি কয়া লৈবকখ্রবী, দিল্লিদা হিন্দু গুরুগী মখাদা তান্ত্রিক সাধনা কয়া তৌরক্লবী, বোম্বেদা লৈবিঙৈদা, সিরদিদা লৈরিঙৈদা মীওইববু আশীর্ব্বাদ পিনবা সাই বাবানা লৌখ্রবা শক্তম খঙথ্রবীনি। মহাক্লা চহি অহুমলোমগী মমাংদা প্রশান্তি নিলয়মদা লাকখি। মসিদা মাগী হোৎনজবদু মপুং ফাখি; শোয়দনা মায পাক্লগনি হাযবা ৱাখলগা লোযননা নিংথিনা সাধনা তৌজবা য়ারবা মফম ফংখি।



# ৮. হৌজিকসু থাজবা ঙমদ্রিবা!
## (INCREDIBLE STILL)

লাইবিক অসিগী অহানবা ভোলুমদা "চপ মান্নবা বাবা" - The Same Baba, হায়বা তাংকক অমা থাংখিবা, মদুদা সিবদি সাই বাবাগা পুত্তপার্তি সাই বাবাগা অমতনি, মখা অসুম চংখবকপনি হায়বা অচুম্বা খ্বাফম কযানা ঐখোযবু ভাব তাহনবিখিবা থানম কযা পনখি। বাবানা ২তম পুন্নমক্তা মশা অসিবু সাই বাবা হায, অদুগা সত্য সাই বাবা হায়বা মামং অসিদি আইনগী অমদি সাসন পথাবকী মতাংদা মাগী হান্নগী হকচাং অদুগা মখী লৈনবা সংস্থানশিং অমসুং তুংইনবশিং অদুগা যেৎনবা লাক্তনবগী শিজিন্নবনি। হান্নগী হকচাং অদুনা ফুন্নিবা মফম অদুগী সমপত্তি পুম্নমক শেংনবনি। হান্নগী হকচাং অদুনা ফুন্নিবা মফম অদুগী সমপত্তি পুম্নমক শেন্ননবা অমদি পুজাগী থৌবম পুম্নমক যেংশিন্নবা শেল্লিবা সিবদি সমস্থান অদুগী চেযাবমেমা হৌতিক্ক হকচাং অসিনা শাবা বিভুতি যোৎপা চিংনখি মবমদি মদুনা অনি অসি অমতনি হায়বা বাবানা খুদম অমা পিদ্রবদি হান্নগী বাবাদা সনমান উত্তবা থোক্কনি খনবদগীনি। বোম্বেদা লৈবিবা কা অদুদা যাল্লিবা মাগী ফোটো অদুদগী অঙানবা মঙাল অমা শৎ লাউনা পিবকখি, অমসুং মাগী থম্মোয়দা কুইনা চিংনদুনা লৈবম্বদু কোকখি।

সিবদিগী লাইখুকমফম মমাংদা নোবরেগী Tidemann Johanessen না ফম্লিঙৈদা অহল অমা মাগী মমাংদা থোবকখি অমসুং সত্য সাই বাবাগী ফোটো অমা পিবমই অদুগা উৎ খবসু পিবমই, অদুগা হৌজিক্কি অবতাব অসি মার্চ থাগী তাং ১৩দা বোম্বেদা উননবা হায়বমই। মতম অদুদা কনাগুম্বা অমতনা সত্য সাই বাবানা মার্চতা বোম্বেদা চৎকনা হায়বগী শম্না অমগী ইবাং খঙবা লৈত্রিবনি।

মতুংদা, মার্চকি তাং তরাহুমদোইদা মহাক্না বাবাবু বোম্বেদা উনখি। সিরদিদা মঙোন্দা হায়খিবদু মহাক্কি হায়বসি বাবানা মঙোন্দা ফজনা ভাব তাহনখি।

সিরদি সাই বাবাবু লাৎলিবা লাইশঙ খুদিংমক্তা মঙাল পিরিবা, চিংলেম্না লৈরিবা মথৰাই হাপলিবসি সত্য সাই বাবানি। সিরদিদা লৈবা সাই ভক্তশিংগী মরক্তা অৰাংবা থাক্কি ভক্ত অমা ওইরিবা কাকাসহেব দিকসিতকি মচেনা পোকপা সিরদি সাই বাবাগী থোঙ-ঙাকপা ফাওবদদি ওইজগে খল্লিবা, পাল্লিবা ভক্ত অমনা সিরদি সাই বাবাদা খুরুমজবগী ঈশৈ অমা ইখিরমই। মসি চহি খরগী মমাংদা থোকখিবনি। হৌজিক, হৰাইত ফিলদ, বৃন্দাবন্দা মহাক থোঙ-ঙাকপা ওইরি, থোঙ্গাল মনাক্তুদা শঙ মচা অমদা লৈরি। বাবানা প্রশান্তি নিলয়মদগী নত্রগা মদ্রাসতগী নত্রগা নিলগিরিদগী হেক কার থৌজিল্লকপা মতমদা শো চবুন অমা পায়রদুনা চেনশিল্লক্কনি।

মঙোন্দা খুরুমউ, সিরদি বাবা ওইনরা নত্রগা পার্তি বাবা ওইনরা; তারিবদি বাবাননি। শ্রীমতি বাতেজা অমসুং মাগী মচানুপীনা বঙ্গলোরদা লৈরিঙৈদা বাবাগী মরমদা তাখি; মখোয় সিবদিদা চৎলুরবা মতুংদা বোম্বেদা চৎপা তাখি। লম্বীদা মখোয়না বাবা অমুক্তং দর্শন তৌরমগে খনখি। নুমিৎ খরনি ফাওবদা মখোয়না নাইতোম উনবা ফংখিদবনা মখোয় চৎপা তারমই। বাবানা মথক্কি মাঙ্গোলদা চৎলিঙৈদা মখোয়না চৎলগে য়াথং অয়াবা পিবিরো হায়না কৌখি। মরম অদুনা মানা ঐবু মনাক্তা কৌশিল্লগা উৎ পেকেৎ খর পিরগা হায়খি : "চৎলো মসিনা বোম্বেদগী মমা-মচা অনিদুদা পিয়ু, মখাদা ঙাইরমগনি"। মহাক্না মথা অমুক্কা তারকখি; "মখোযনা ঐগীদমক ফি মকক অমা পুরকপনি। মদু মখোয় অদুম পুরো হায়য়ু, তুশিল্লো অদুগা ঐনা পিরকপা প্রশাদনি খল্লগা শিজিন্নবো হায়য়ু। ঐনা মসি মমা-মচাদুনা হায়রুবা মতমদা মখোয় পুমঙক্ ঙকখি। ফি মকক অমা উপুদা হাপ্তুনা চেকশিন্না থল্লিবদু সিরদি মন্দিরদা কৎনবনি; মদুদা মসি মোংফমদা শন্দোক্না থানবনি। অদুবু বাবানা মদু লৌবিখ্রবনিনা য়াবিখ্রবনিনা, "ঐখোয় সিরদিদা চৎলবোই, মসি সিরদিনি। মদুগী খুদোল অদু লৌবিখ্রে অদুগা অমুক ঐখোয়দা প্রশাদি ওইনা হনবিরক্লে হায়না মখোয়না য়াম্না হরাওজখি।

গোবিন্দ রঘুনাথ দাভোলকরনা বাবাগী আশীর্ব্বাদ য়াওরগা বাবানা সিরদিদা

লৈবিঙৈদা ইখিবা সাই সতচরিতম হায়বা লাইরিক অদুদা সিরদি সাই বাবা মশামকপু সত্য সাই হায়না পল্লি! মদুনা সিরদি সাই বাবাগী ৱারী অদুবু "সত্য সাই কথা" হায়না ইরি; মদুনা সত্য সাই ব্রত হায়বা অমসু শন্দোক্না ইরি, সত্য হায়বদি হৌজিক্কি অবতাব অসিদা শিজিন্নবিবা সত্যনরায়ন হায়বা মিং অদুগী অশম্বা সত্য হায়বদুনি।

ভিমাজি পতেলনা সিবদি বাবাগী থৌজালদগী য়াম্না অঙকপা মওং অমদা অনাবা ফরকপগী নুংঙাইবা, থাগৎপা ফোংদোকপা থৌরম অমা পাঙথোকখি। মপুং ফানা তৌবিমল খঙবা উৎ॰ অমদি ব্যবহাব উৎপা ওইনা মহৌশা পাঙথোক্ল বা সত্যনরায়ন ব্রতগী মহুত্তা সত্য সাই ব্রত পাঙথোক্লমই। ব্রত অদুগী মতুংদা সত্যনরায়ন কথা পাবগী মহুত্তা মহাক্না সত্য সাই কথা পারমই। সিরদিদা লৈবা সাই বাবানা ভিমাজিগী থম্মোয়.্গী লাই ওইনা ব্রত অমসুং কথা অদুবু অদুম্না চখৌ হায়বম্বা য়াই, মদু তুংদা লাক্কদৌবিবা থৌদোকশিংবু নিংশিংবা ওইনা সনকলপা অমনা ফাওহল্লম্বনি। মবমদি, সাই বাবানা সিরদিদা হন্না হন্না হায়খিদ্রনে - "আশীর্ব্বাদ ফংলর্বনি, মবাযবক ফববনি, ঐবু জিব পুম্নমক্কি থম্মোযদা লৈ হায়বা খঙলিবা মহাক অদো আশীর্ব্বাদ ফংলবনি, মরায়বক ফববনি"। অওইবনি, দাভোলকরনা লাউথোকখ্রবনি মহাক্তি হৌখ্রবা, হৌজিক অমসুং তুংদা লাক্কদবা পুম্নমক লোযনা খঙখি।

চহি তরাগী মমাংদা মহাবাস্ত্রগী মী অমনা বাবানা সিরদিদা লৈরিঙৈদা বাবাগী মবমদা কবিতা অমা ইখি মদুদা মানা সাই হায়বা ৱাহৈসি সত্য সাই হায়না উৎখি। মমাংগী চহিদা মহাক্না লাইরিক অসিগা অহানবা ভোলুম পাবদগী সত্য সাই মশক খঙখি। মহাক্কি কলমদা খঙতৌদনা পনখিবা সত্য সাই হায়বা ৱাহৈ অদুনা চিংশিন দুনা মহাক প্রশান্তি নিলযমদা লা॰খি। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়খি মদুদি সাই অনি অসি অমর্তানি হাযবসি অহানবা সাইগী অরোযবা থৌদোক্না অনিশুবা সাইগী অহানবা থৌদোক্না অনিসিনা তশে॰না ময়েক শেঙহল্লি। শোক ১৯১৮গী ওক্তোবর তাং ১৬কি অযুক ঙন্তাদা সাই বাবানা দাস গানুগী মমাংদা থোরকখি অমসুং হায়খিঃ "লাইশঙ অদু নিঙখাযবে; মদুদগী ঐহাক হৌজিক চৎলে; ঐহাক নঙোন্দা পাও পিগে লাকপনি; থুনা মফম অদুদা চৎলু। ঐগী অনিংবদু থুংহল্লু;

ঐগী মোংফম মথক্তা লৈ কৎলু"। মহাক্না হায়রম্বা মতুংইন্না দাস গানুনা মোংফমদা লৈ কৎখি। শোক ১৯৪০ দা বাবা মশানা মানা তৌরম্বা থবকশিং পায়খৎনবা অমদি মাগী ভক্তশিংবু য়োকখৎনবা লাক্লবনি হায়না লাউথোকখিবা মতমদা পেদা ভেনকপ্প রাজুনা লাউথোকলিবা মচাদুদা হায়জখি: "চপ মান্নবা বাবাদু লাক্লবনি হায়বসি ঐখোয়বু ভাব তাহল্লু, অদুগা খুদম অমা উৎলু"। বাবানা মাগী মখুত্তা লৈ খর থমউ হায়খি; বাবানা দাস গানুদা মাগী মোংফমদা থমউ হায়খিবা লৈশিংদুনি - মহাক্না সিরদি কায়নরমদাইদা! মহাক্না লৈশিংদু লৈমায় মথক্তা চায়থখি - লৈশিং অদুনা মশানা চংশিঞ্জরগা সাই বাবা হায়না মথন্তা শেমজখি। ঈশ্বরগী পরিং পথাবপু পাবা ঙম্বা, হৈবা কাংবুগীদমক্তদি মসি য়াম্না অর্থ লৈবা মান্নবা থৌদোক্নি।

শোক ১৯১৬কী বিজয়াদশমি নুমিত্তা কনাগুম্বা অমনা সিরদি সাই বাবাদা হায়খি : "ঙসিসি সীমোল্লংঘনাগী নুমিৎনি', বাবানা মাগী লাউথোকখিবা ব্রাফম্ অদুনা মীপুম খুদিংমকপু ঙকহনখি :"হোয়; মসি ঐগীশু সীমোল্লংঘনাগী নুমিৎনি"। সীমোল্লংঘনা হায়বদি লৈবাক অমগী সিমানাদগী লৈবাক অমদা লানশিনবা হায়বনি। থাইনা মমাংঙৈদা নিংথৌশিংনা মাগী লৈবাক্কি খোঙমি লানমি, খুৎশু খুৎলায় পুম্নমক বিজয়াদশমিগী মমাংদা নোংমা ঙনখৎনা অয়ুধা পুজা তৌনরমই অমসুং মথংগী নুমিত্তা থংনবা লৈবাক্তা জয় ওইনিংবদগী লান চৎনরম্মী। মদু ১০নি শুবা দশমি হায়বদি মেবাগী পানখৎলকপা তরানি পানবা নুমিত্তা পাঙথোক্ল রমই।

বিজয়াদশমি নুমিৎসি ঐগী সীমোল্লংঘনম্ নুমিৎনি হায়না সাই বাবানা হায়রিবসিগী চপ চাবা অর্থ করিনো? করম্বা সিমানা লাম্থোক্লগা করম্বা লৈবাক্তা চৎলিবনো? মানা মাঙজৌননা হায়খিবগুম মাগী হকচাংদি বিজয়াদশমি নুমিত্তা থাদোকখি। মথংগী নুমিত্তা মানা দাস গানুগী মমাংদা থোরক্লগা হায়খি :"হৌজিক ঐহাক সিরদিদগী চৎলে; থাওগী কাংবুনে, ললোনবা কাংবুনে অসিনা ঐবু য়াম্না ওৎলে"। অদুনা মহাক সিবদি থাদোকখি অদুগা মহরাস্ত্রদগী অক্লাদা চৎখি। সীমোল্লংঘনম হায়বদি মদুবুনি।

সত্য সাই বাবানা হায়খ্রে মদুদি মাগী মমাংগী হকচাংগী মতমদা মহাক্না

কাকাসাহেবতা মহাক চহি ৮গী অঙাং অমা ওইনা নত্তে। মহাক চহি ৮গী মতুংদা শোক ১৯২৬তা পুত্তপার্তিদা অমুক লাকখ্রে, মদু বিজযাদসমি নুমিৎ অদুগী মতুংদনি। মহাক মশাসি লাইগী মচানি হায়বসি মানা চহি ৮শুবকপা মতমদা স্কুলদা ওজা অদু মানা ফান মথক্তগী কুমথদ্রিফাওবা চৌক্রিদা নপশিনহনখিবা অদুনা উৎখ্রবনি। সাই অমুক হন্না লাক্লে হাযবগী যাম্না নুংঙাইববা, অঙকপগী মশক ওইববা অহানবা লাউথোকপদু মদুনি, '*'চহি ৮শুববা অঙাং অমা ওইনা''*।

ঈশ্বরগী শাক্তসি অকক্লবা থম্বা মীওই খব লৈ, মখোযনা হায মদুদি অমুক্তংবু মশাদগী পাযথোবকখ্রবদি সাই বা৺ না মীওইবগী হকচাংদা অমুক চঙবা ঙমদ্রে; মখোয় অদু অদুগুম্বা লেঙদ্রবা পুমশুপ শুপ্পা ঈশ্বর অদুগী আইন পিবা মীদৌনা ঙাঙই। অসি গুম্বা মীতা অমনা মদ্রাস৺গী ঐঙোন্দা হাযবিবা ব্রাফম অসুম্না যেৎলদুনা চিঠি অমা ইবকখি; মানা ঐগী পা'ওখুম ফংলবা মতুংদা মশা অদু মথন্তা ফজনা ভাব তার্জখি মদুদি সাই আনিসি অমর্তনি, মখা চথবকপনি হাযবসিদা কন্না যাখি অদুগা অসুম্না মবম পিবকখি; "ভগবত গীতানা হার্যবি, ঈশ্বরনা লাউথোকখ্রে মদুদি পৃক্লিংগী যাম্ন৷ অবাবা, চবাং৲বা মবক্তা হকচাং থাদোকখিবা কাংবু অদু, নত্রগা অহিংদা নত্রগা থা শিথবকপা খাখাগী মনুংদা নত্রগা নুমিৎনা খা-থংবা তঙখাযদা হাযবদি পৃথিবীগা তঙখাযগী মখাদা লৈবা মতমদা হাযবদি নিংথম থাগী মতমদা, থাগী লমদম যৌববদি মখোয অদু যোগি শিংনি। মতম খব লৈবগা মখোয অমুক মফমদুদগী পৃথিবীদা মী ওইনা অমুক হল্লকই। (চেপ্তর ৮, শ্লোক ২৫) শ্লোক ২৮না হায মদুদি মখোযনা ন্যুমৎ মঙাল লৈবিঙৈদা, থা পানখৎলকপদা, অমসুং নুমিৎনা অবাং পাংনা হাযগৎলকপা মতমদা থব্রাইগা হকচাংগা কাযনখিবা যোগিশিংদো অমুক শুকহন হল্লদ্রে। সিবদিগী সাই বাবাদি নুমিৎনা খা-থংবা মাযকৈদা হাযবদি দক্ষিনযনদা হাযবদি নিংথম থাগী মতমদা লৈখিদবনি (শোক ১৯১৮গী মেবাগী তবানি পানবর্দান) মবমদি মহাক্না পৃথিবীদা অমুক হল্লক্লবগী তাঞ্জা অদু নিখি"। এনা হাযবা তাবর্বদি মসিগুম্বা যেৎনবা অসি মশানা তাববা ব্রাফম অমগীদমক দবকাব লৈতে হাযবসিনি। *(অদু ওইববদি প্রেম সাই ওইনা অবতাব অমুক লাকাখৃগদৌবিবনিনা ঘত্য সাই বাবাসি, নিংথম থাগী মনুংদা, পুর্ণিমা মতুংদা নুমিদাংগী মতমদা নোঙ্গাবা তাবিব্র?)* ঐখোয়বু হৌজিক যাম্না

নুংশিনা, চান্না কৌরিবসি অবতার অসিননি, অমুক হন্না লাক্কিবা সাই অসিননি; ঐখোয় খুদিংমক্না ইশানা হকথেংননা খঙজবা অমদি কান্নবা ফংজবা য়ারবা সাই অবতারনি। মসিদা অমুক য়েৎনরুবগী করি মথৌ তারিবগে?

চহি ১৪গী অঙাং অমা ওইনা, মানা সাই বাবা ওইনা সৈরগে লেপ্লবা মতমদা, সত্যনরায়ন রাজুগী থৌদাং পুম্নমক্কু থাদোক্লগা, মানা মাগী স্কুলগী লাইব্রেরি পুম্নমক্কু লংথোকখি অমসুং ময়ুমদগী উরবাকোন্দা সহরগী ৱাংমদা ইংখোল অমদা চৎখি। মহাকপু খাম্নবা হোৎনখিবা মতৈমদা হায়খি :"ঐগী থবক লৈরি; ঐগী ভক্তশিংনা ঙাইরি"। থবক অদুনা করিনো? ভক্তশিং অদুনা কনানো? ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে মদুদি থবক অদুদি সিরদিদা লৈরিঙৈদা হৌখ্রবা থবক অদুনি; ভক্তশিং অদুদি মানা সিরদিদা লৈরিঙৈদা অমসুং মতুংদা মাবু নিংজখিবা কাংবু অদুনি। অদুনা মানা মাগী সিরদিগী শক্তস্মু ইরাৎচবা য়াম্না মমিং চৎপা ভক্ত অমদা মাবু মশক খঙখিদবদা অসুম্না চৈখি :"নঙনা নশানা লাৎচরিবা ঈশ্বর অদুবু খঙবা ঙমদ্রবদা নঙনা লাৎচরিবা অমসুং মেদিতেত্ তৌরিবা পুম্নমক অদুবু কবিবু কান্নগদৌবিবগে? মহাক্না চহি ২০গী মখাদা লৈরিঙৈদা মাগী স্কুলদা, মাগী ওজা অনি সুব্বন্নাচাব অমসুং কোনদপ্পাদা উৎখ্রবনি মদুদি মহাক সাই অমুক হল্লক্লবনি; মহাক্না প্রশান্তিদা মমা-মপাদা অমদি অতৈ কয়ামরুমদা সিরদি বাবাগী শক্তম উহনখ্রবনি। মহাক্না শেৎপা ফি অদুগী মচেৎ তম্মিরাজু মনচিবাজু অমসুং অতৈ উরবাকোন্দদা লৈবশিংদা পিখ্রবনি।

তম্মিরাজু মনচিরাজু অসি উরবাকোন্দ হায়স্কুলদা ওজা অমা ওইবমই। মতম অদুগী থৌদোকশিংগী মরমদা মহাক্না সনাতন সারথিদা চেফোং য়াম্না ইখি। "ঐগী ইচানুপীনা মতম চাদনা শিখিবদা, ঐগী নুপীনা মথৱাই য়াম্না ৱাখিবমই, মবম অদুনা ঐগী 'ছাত্র' সত্যনা নত্রগা বাবা হায়গদ্রা, ঐগী য়ুমদা য়াম্না তোয়না মহাকপু থেমজিনবা লাকখি। মহাক শগোলশেল খুদিংগী নুমিদাংৱাইদা মাগী মনাক্তা তেলেগু ওজাগী য়ুমদা চৎখি। নোংমদি মাগী মখোঙদা তুরিঙৈদা মানা লোয়নবীবু হৌগৎপিরগা হায়খি :"নঙগী অৱাবা পোৎলুম পুম্নমক ঐনা পুরগনি। নঙ ঙসিদগী নুংঙাইরো" অদুদগী মানা মখুৎ ওক্তুনা চেং পুথোক্লমই অমসুং মদু মানা হান্না পিখ্রবা গেরুৱা মচুগী ফৈজোম মচেৎ অদুদা য়োমশিন্নবা হায়খি।

"ঐখোয়না নোংমগী থক্ক-চানবা ঈশিং হৌজিনবদা খুঙ্গংগী পুখ্রি অদু খর লাপ্তক্লা চৎপা তাখি। নোংমদি ঐগী নুপীনা লৈকাযগী অঙাংশিং খোমজিন্নগা ঐগী চহি মঙা শুববা ইচা নুপাদুগা শান্নহল্লমই, মবক অদুদা মানা ঈশিং শোকপা চৎখিবমই। মহাক্লা চিনি খব পিবমই অদুগা মখোয পুম্নমক সাই পুজা তৌনবা হায়বমই। চিনি খবসি মঙোন্দা কৎলগা নখোযনা প্রশাদি ওইনা চাও হাযবমই। অঙাংশিং অদুনা লাই খুকমফমদা চংখিবমই। মখোযনা খঙজবা ঈশৈ হন্না হন্না শকলমই। মখোয়না বাবানা মখোযগী মমাংদা ফম্বদু উবমই। মহাক্লা চিনিদু খজিক্তং চাবগা অতৈদি অঙাংশিংদা খুযা খু‿ পিবমই। ঐগী ইচাদু হবাওবনা মশাদু থুক্কৎখি মদুদি মহাক্লা মপান্দা মমা কৌকনবা চেপ্লোকখি। মহাক্লা খঙলমই মদুদি মমানা অহল অদু উনবদা যাম্না নুংঙাইজগনি। মমানা চংলকপা মতমদদি কা অদু হাঙলমলে। মহাক্লা অঙাংশিংদা হংখ :"মহাক কদাযদা চৎখ্রে?" অঙাংশিং অদুনা খুমখি :"মহাক ফোটো অদুদা চঙখবা ঐখোযনা উহৌই।" নুমিৎ খবনিগী মনুংদা ঐখোয পুত্তপার্তি যৌখি। বাবানা ঐঙোন্দা হাযখি :"ঐহাক পুত্তপার্তিদা লাকখ্রে হাযদুনা নখোয ব্বাবমই, অদুবু ঐ সিদসু লৈবা যাই, অদাসু লৈবা যাই" মসি অঙাংশিং অদুনা মখোযনা উখিবদুদা হাযববা কান্দদা নহাক থাজগনি হাযবসি ঐ খঙখি"। তম্মিবাজুনা ইর্বি :"ব্রাহং অমা হংবা যাই :কবিগীদমক মহাক্লা সিবদিগী শক্তম লৌবিবনো" ঐ ইতোমতা হংর্জখির্বনি। এনা পা ওখুম অদুসু সত্যদগী ফংখি। 'মদুগী' শক্তম, 'মসিগী' শক্তম হাধবা অমতা লৈতে অনিমক ঐগীনি"।

সাই বাবানা অঙাং ওইর্বিঙৈদা যাম্না হৈনিংনা ঈশৈ শকখি অমসুং মখোঙদা শিবা খোঙজিগী মখোলগা লোযননা জগোই শাখি। হন্দক্কি সত্য ওইনা লাক্লিবা অবতাব অসিদসু মহাক্লা জগোই শাবদা যাম্না নুংঙাইজৈ অমসুং অতোপ্পবুসু নুংঙাইহনবা ঙমই। মহাক্লা যাম্না হৈনিংনা ঈশৈ শকই লোযননা ঈশ্বরগী মিংথৈবোল কযা শকই মদুনা মীওই লাশিং কযাবু ঈশ্বরগী ভক্তিদা নুংঙাইহল্লি। সাই বাবানা সির্বদিদা লাকপা মতমদা ফৈজোম অমতং মখাংদা শেৎলি, অদুগা ফুবিৎ অমতং লিৎলি; পুত্তপার্তিদসু চহি কযামকমদি মহাক্লা চপ মান্নবা ফিজোল অদু শেৎখি। মমৈথংদা সিবদিদা তৌখিবগুম অচোনবা ফুবিৎ-ফিজোলদা হোংদোকখিবনি। ভক্তশিংনা হাযজবদগী গেকব্বা মচুগী ফিজোল অসি শেৎখিবনি,

মসিনা ভক্ত লিশিং কয়ানা দর্শন তৌজবদা অমদি পদ-সেবা তৌজবদা মীয়াম মবক্তগী খন্দোকপদা হেন্না খুদোং চাননবনি, ককঙাউনদনবনি।

সত্য সাই বাবানা হায় : "নহাক্কি নুংঙাইবদুনা ঐগী চিঞ্জাক ওইরগা হিংবনি"। মাগী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়ামদু নুংঙাইজনবগীদমক সাই বাবানা সিরদিদা ময়াম্না য়াম্না চাউনা শিল্লিবা হরাও তয়াম্বগী থৌরাংশিংদু য়ানিংদনা য়াখিবনি। নোংম-নোংম কান্নরগা মহাকপু সভাযাত্রা শিন্দুনা দ্বারকামায়িদগী মাগী তুমফম চবদি ফাওবা পুই। নুপা নুপী কাংবু কয়ানা পুং, কোরতাল, ছাল, মাঙ্গং, বীনা নচিংবা অমসুং অতৈ ম্যুজিক্কি খুৎলায় কয়া পুদুনা শভাযাত্রা অদুদা শরুক য়াই। মতুংদা শাংলবা দোলায় পরেং অমনা মতুংইল্লি। মথংদা নিংথিনা ফজনা লৈতেংলবা শগোল ময়াম অমা চৎলি। মথংদা মীনা মরেংবান্দা পুবা দোলায় মযাম অমা ঈশৈ শক্তুনা অমদি নাকলদা মৈরা পরেং পায়দুনা চৎলি। সিলভরগী চৈ পাযবা কযা ফিরাল পাযবা কয়া, মতোন্দা গরুদাগী অযেকপা মুর্ত্তি পুবা চৈ কযা কয়ানি। মীয়াম অদু হরাওনা জগোই শাই, জয় ধনি লাওই; মৈকাপ্পি থাদুনা সভাযাত্রা লাকপগী পাওজেল হান্না হৌরকখি; মখল মথেলগী মচু থোকপা মৈকাপ্পি পোকখাইহল্লি বাবানা মসজিতকি সিরিদা থোরকই, নাকল অনিদা মীওই খবনা ছাতিনগী মওংদা চোঙ খল্লি। সেবাবিশিং (ভলদর) অদুনা মাগী মমিং লাউথোক্তুনা মহাক লাক্লে হায়বা খঙহল্লি। মহাক্না সরক্তা চৎপদা ভক্তশিংনা লম্বীদা মানা নেৎপিবম্নবা ফি শন্দোক্না থাই। মকোক মথক্তা ছাতিন অমা খল্লি। মহাক্না তপ্না তপ্না লম্বীদা চৎলিঙৈদা মীয়াম্না মঙোন্দা লৈ ময়াম অমা কৎশিল্লি।

সাই সতচরিতনা হায় : "কয়াদা ফজখ্রবা, নিংথিখ্রবা সভাযাত্রানো? কযাদা ভক্তি লৈখ্রবগী খুদমনো। মদুগী দৃশ্য, মদুগী মতমদো হৌজিক্তি লৈত্রে। কনা অমতনা মখোয় অদু হৌজিক উবা ফংলরোই, তুংদসু অমুক লাক্লরোই"।

নত্তে; বাবা অমুক হন্না লাক্লে! শোক ১৯৫৪ অদুরাই ফাওবদি অসিগুম্বা সভাযাত্রাসি বাবানা মাগী ভক্তশিংদা শিনজনবা অয়াবা পিরমই, মদু দশরা অমসুং মপোক কুমওনগী থৌরমশিংগী মনুংদনি। সিরদিদা বাবাসি চবদি চৎলমদায়দা সনা লুপা কয়ানা লৈতেংখি। "মখোয়না মকোক্তা তুপি অমা উপশিনবি। মঙকশমদা সনাগী অমদি মণি-মুক্তাগী পবেং কয়া শিজিনবি, লৈ পরেং কযাসু শিবি। (চহি

কযাগী মমাংদা বঙ্গলোবগী সকল্মানা সনাগী লিক মযাম পুবক্কুনা বাবাদা শিবিখি।) সভাযাত্রা মতেক অমা চৎপদুদা মখোয়না ফিজোল তোযনা তোযনা হোংখি"।

হৌজিকসু মযাম্না যাম্না থৱাই য়াওবা উববদি সভাযাত্রা চৎনবা শেমশাবদা সহবদা নত্রগা খুঙ্গংদা অযাবা পি। (শিবাজি নগবদা, কল্যানা পুবম, উদুমলপেত কোইম্বাতোব, উতাকামুন্দনচিংবদা শিনখিবগুম) তৌবদদি শেম-শাবকপদা পোৎচং চৈজংদি যাম্না হন্থহনখি।

সির্বাদদা বাবানা মাগী সবকাব, মাগী ত্রেজবি, মাগী দববাবগী মবমদা পল্লি; হৌজিকসু মহাক অসি পুন্নক্কি সত্ - চক্রবর্তিনি হাযবিবনি; মানা মাগী স্তোবকমগী, মাগী ত্রেজবিগী, মাগী মবল মথুমগী মবমদা অদুম যেংশিল্লি। সির্বাদদা লৌবিঙৈদা, মহাক্না হায়খি :"মসিগী দ্বাবকামাযি অসি দাকুবনাথগী দনকাপুর্নানি; ভিতালগী পনধর্পানি, অমসুং বানকোদকী দ্বাবক্নি"। বাবানা লাউথোকপখ্রে মদুদি হৌজিক্কি দ্বাবকামাযি হাযবাদ প্রশান্তি নিলযম অসি "অতোপ্পা মথুবা অমনি, অতোপ্পা বদ্রিনাথ অমনি, অমসুং অতোপ্পা তিরুপতি অমনি।" দ্বাবকা হাযবা মিংথোল অসি কৃষ্ণনা ঈথৎ অমদা শাবথা কোনুং অদুবুনি, মবমদি, বাক্তি অদুনা ভক্তিবদি মফম অদু জাৎ মবিদগা লাকপদা থোঙ হাংবা হাযবদি অথিংবা লৈতবা মী মখল মবিগী মী লাকনবদা অথিংবা লৈতবা, খুদম ওইনা আর্তা অর্তার্তি, জিজ্ঞাসু, জ্ঞানি না লাকপদা অথিংবা লৈতবা হাযবদি মখোযনা পুরুষোত্তম মবি অদু ফংনবা হোংনবদা অথিংবা লৈতবা। বাবানা হাযখ্রে, "মসিগী প্রশান্তি নিলযম অসি অকোযবদা ফক্লাং নত্রগা শম্বল লৈতে, মসিদা লৈবিবা ঈশ্বব অসিদি মাযগে পুন্নমক্কগী অমসুং লম্বা পুন্নমক্কগী হাযবদি ধর্মগী লম্বী পুন্নমক্কগী লাকপ যাই। পুন্নমক ঈশ্ববগী থৌজাল ফংজনবা হোংনবদা চঙলকপদা তবাম্না ওক্নি।"

সিবদিদা বুতিনা শাখিবা কোনুংগুম্না ফজববা বিলদিং অদুগী মযাযদা মখুত্তা বাসি পাযবা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি অমতং থম্লিংবগী অপাম্বদু সাই বাবানা ফোংদোকখি; অদুবু মাগী অনিংবা আশা অদু থুংদিঙৈদা মহাক্তি সংসাবদগী বিদায লৌখ্রে। মদুনা মবম ওইবসু যাই, খুত্তা বাসি পাযবা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি অদু প্রশান্তি নিলযমগী মনুংদা, ঈশ্ববদা খুং থাঙ্গৎচনিংবা পুন্নমক্কি লাৎনফম ওইদুনা সত্য সাই বাবানা

থন্বিরি। লাই খুরুমফম হোলদসু খুত্তা বাঁসি থোনবা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্তি অমা লৈ। য়াম্না শুক্ষৎনিংঙাই ওইরবা, খুত্তা বাঁসি থোনবা কৃষ্ণগী মুর্তি অনি অমসু ফজরবা বৃন্দাবনগী লৈকোলদসু লৈ।

সত্য সাই বাবাগী অঙকপশিং অসি খঙনিংবা মীওই অমনা মাগী সাই সতচরিত অসি 'তঙাই ফদনা' নিংথিনা নৈনগদবনি, মরমদি পিরিবা খুৎ অমসুং তন্বীরিবা খোঞ্জেল অনি অসি মান্নে। রাম কৃষ্ণ মিসনগী ব্রহমাচাবি অমনা মাগী ক্রোনিক ওইরবা পুকথিনবা অমা কোকহনবিনবা প্রশান্তি নিলয়মদা লাকপা মতমদা বাবানা মঙোন্দা গুরু মহারাজ মশামক্তা হায়জৌ হাযখি অদুগা হেন্না মায় পাক্নদবা মওংদা করম্না ধ্যান তৌগদবগে হায়বা ৱাফমদু তাকপিখি। মহাক্না থাজবা পিখি মদুদি মাগী গুরু মহারাজ ওইরিবা রামকৃষ্ণনা মাগী মচানা আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিনবদা অপনবা ওইরিবা অনাবদু শোয়দনা ফহনবিগনি হায়খি। সির্বাদিদসু পাওতাক অদু বাবানা চপ মান্ননা পিবিবন্বা য়াই। "নঙনা হৌজিক ফাওবদা ফংজবিবা থাজবা অদু কোমথোকহনগনু"। "নঙগী ঙাইহাক্কি অনিংবা অমসুং অপাম্বদু খক্কীদমক নঙগী মপু অদু শিনবগী দরকার লৈতে"। সাই বাবানা গোপালা শ্বামিগী সিস্যশিংদা গোপালা শ্বামি ওইনা, অদুগা রঘুনাথ মহারাজগী সেবকশিংদা রঘুনাথ মহাবাজ ওইনা দর্শন পিখি। সাই বাবাদি লাইনিংবা পুম্নমক পুমশুপ শুপ্লনি।

হৌজিকসু, চপ মান্নবা মহাক অদুনি। মহাক্না প্রশান্তি নিলয়মদা শ্বামি অভেদানন্দদা রামানা আশ্রমদা রামানা মহর্যি ওইনা, সিমোগাদনা রামানন্দরাওদা কন্হনগদীগি রামাদাস ওইনা দর্শন পিবিখ্রে। সাই বাবানা অতোপ্পা গুরুশিংদা কৎপা খুদোল পোৎশিং মহাক্না লৌশিনখি, মবর্মদি মহাক মখোয পুম্ন মক অদুনি। বাবাসু মীওই কযা মকমদা মহাক্ত মখোয়গী চহি কযামকম লোযনদুনা, লমজিংদুনা লৈরক্লবনি হায়দুনা ঙকহনখি, মদু মখোয়না অহানবা উনবনি হাযনা ফনা য়াম্না য়েৎলবসু অদুম হায়খি। বাবানা মখোয়দা মহাক অসি মখোযনা হান্নদগী লাৎলবা গুরু অদুমক্কি হায়দুনা য়াম্না ফজনা ভাব তাহনবি।

বঙ্গলোরগী হিন্দি প্রচাব সভাগী সেক্রেটরি অদু য়াম্না অর্থ লৈবা থৌদোক অমা থেংনখি। চহি খরগী মমাংদা মহাক অসি মরুপ অমগী য়ুমদা লৈরিঙৈদা বাবা লাকখি। মহাক্কি মরুপ অমসুং অতৈ ময়াম অমনা বাবাগী মখোঙদা খুরুম্ন

খি, অদুবু মাদি মদুগী ব্রাখলদু থোইনা লৈখিদে। মহাক অসি অচৌবা মী অমা লাক্লগা ব্যবহার তৌগনদবা যাম্না মদ কাবা, ঙকচাও থেকপা অমা ওইনা মযামদুনা লৌখিগদ্রা হায়বগী অকিবা অমদি লৈবমই। অদুনা মহাক্না মপুক্তা মাগী মদদুবদা লৈবা গুরু অদুদা খুরুম্বনি, সাই বাবাদা খুরুম্বা নত্তে হায়না খল্লগা বাবাদা খুরুমখি। মহাক্না হৌগৎলকপা মতমদা বাবানা নোকমি নোকমি তৌবগা মঙ্গলদা যাম্না তপ্না পোপ-পোপ থাদুনা হায়খি :"নঙনা পিবা ভক্তি অদো নঙগী মদদুবদা লৈবা গুরুদা যৌথ্রবনি"। অসুম তৌদুনা মহাক্না সিবদিদা মযাম্না খঙনখিবগুম বাবা অসি আধ্যাত্মিক্কি মাস্তব পুম্নমক অমসুং পাইগুম্লবা ওজা পুম্নমক অসিবু ফাওদুনা চৎলিবা ঈশ্বরগী ওইবা সনাগী শিংলি অদ্দান হায়বসি খঙজবা ঙমখি।

সাই অনিসি তৎনদবা মবী লৈ, হান্নগী মখা চথুবকপনি হায়বসি মখোয়না পিবিবা শিদহিদাক - 'উৎ' অসিনসু অদুম তাকই। মতম অদুদা দ্বারকামাযিদনা মৈ হৌফম ফুঙ্গাদগী পিবমই; হৌজিক্লা বাবাগী খুত্তগী পি, মবমদি মহাক্না পিনিংবা মফম অমদা নত্রগা অচৎপা মফম খুদিংদা ফুঙ্গা পুদুনা চৎপা ঙমদে। মতাং অসিদা সিবদি বাবা অমসুং উদিগী মতাংদা যাম্না তোয়না উদিগী মবমদা ঈশৈ অমা শকই, মদুগী ঈশৈদু হৌজিক্তি ওমব-ওইবে; মহাক্না অসুম্না শকখি :"ও' কোইচেন-চেন্দনা শান্নবিবা বামা, লাকও' লাকও' উদি বোবা বোবা পুবকও, পুবকও"। 'উদি' বোবা-বোবা পুবকও হায়দনা সাই বাবানা কৌবিবা বামা অদু কনানো? বামায়নদা বাওবিবা বামা অর্দ্দি মাগী থৌজাল পিবিবা মতমদা উদি খক পিখিদে। উদি হায়বসিদি বাবাগী অখন্নবা খুদোলনি, মীগী পুক্লিংগী অমদি হকচাংগী অনাবা কোকহন্নবা তোপ-তোপ্পা উপায অমনি। মবম অদুনা মসিদি তুংদা লাক্কদবা পোৎশক অমা মাংজৌননা উৎপান (a call into the future); মবমদি সিবদিদা বাবানা উদি মযাম পৈদুনা থমখিদে অদুগা বোবা ওইনা পুদুনা চত্তে। মসিদি হৌজিক হায়বদুদা যেংবনি, বাবানা উদি বেগ অমা নত্রগা থুম্মোক অমা পুবগা পবেং পবেং লৌবিবা মীযাম মবক্তা চৎপা মতমদা মখুৎ থিন্দোবকপা খবদা পেকেৎ খব খব পিবনা মী লিশিং কযাদা মফম পুম্নমক্তা পিবিবা থৌদোক অদুদা যেংবনি।

বাবানা "Cerebral Thrombosis" নত্রগা "tubercular meningitis" কী অনাবা অমা মাগী ভক্ত অমা কন্নবগীদমক লৌশিনখিবা অদু অসিগুম্বা থৌদোক

কযা হৌখিবা মতমদা তৌখিবশিংবু নিংশিংহনবতা নত্তনা মদুনা সিবদিদা সাইবাবা ওইনা লৈবিঙৈদা পাঙথোকখিবা থৌজালগী থবক কযাবুসু নিংশিংহল্লি। সাই বাবানা অম্বাওত্তিগী দাদাসাহেব খপবদেগী মচানুপাগী মপুং ফানা নাববা bubos মবিগী অনাবদু মশাদা লৌশিনখি। মখোয় অদু মমাদা উৎলদুনা সাই বাবানা লাউথোকখি : "যেংউ, ঐনা মতৌ কবম্না ঐগী ভক্তশিংগীদমক অৱাবা নঙলি; মখোযনা ৱাবসি ঐগী অৱাবনি"।

সত্য সাই বাবানা অসুম্না লাউথোকপদা ঐখোযনা তাবা-মতমদা: "বিবেকানন্দ অমুক হল্লক্লে; মহাক সিলোনদা চাউবক্লি; মহাক ঐগী নাক্তা লাক্কনি অমসুং ঐগী থবক্তা যাওবগনি", নোংমা অযুক অমদা লাউথোকখিবনি, নত্রগা "বিবেকানন্দগী পুন্সি ৱাবী অহানবা ওইনা ইংলন্ডা ইখিবা নুপাদো ঙবাং অহিং নোংচুপ সমুদ্র খোঙবান্দা লৈবা কুত্তিপুবমগী ইনা কুপ্পা খাংপোকশঙ অমদা পোকখ্রে। মদু যাম্না নুংশবা অঙাং অমনি, যাম্না চাউবা লংত্রিক লংবা মমিৎ পাল্লি", - অসিগুম্না ৱাহৈশিং অসিনা সিবদিদা সাই বাবানা মাগী মনাক্তা লৈবিবা মীযামদা লিলগী, যনগী, হামেংগী হৌখ্রবা পুন্সিগী ৱাবী লাউথোকখিববু নিংশিংহল্লি। মহাক্কি পাওজেলশিংদা বাবানা যাম্না তোযনা হাযখি :"ঐনা নঙগী হৌখ্রবা পুন্সি ৱাবী খঙই; নঙগী তুংগী পুন্সিগী ৱাবীশু খঙই; অদুনা নঙনা কবিগী বাবিবনো হাযবদু খঙই লোযননা মদুদগী নঙনা কবম্না নাম্থোকপা ঙমগনি হাযবদুসু খঙই"। প্রশান্তি নিলযমদা ঙসি লাউবিবা খোঞ্জেলশিং অদু দ্বাবকামাযিদা লাউখিবা খোঞ্জেলশিং অদুদগী থক্তোবকপা খোন্থাং ঙাক্তনি। বাবানা হায :"নঙ কযাদা পঙথ্রবনো হাযবদু খন্দুনা যেংউ"। কলপতরু অসিগী মনাক্তা লাক্লগা কোফিগী পাওদর খব হংলিবা নখোযগী শাজৎ অসিদি চাউখ্রবা দুকান অমদা লাক্লগা খুদৈ অমা যাওৱা হংবগুম্বনি"। সাই বাবা অমা ওইনা মহাক্না হাযখি :"সনানা ফিবাল চনবা ফজখ্রবা, মমল যামখ্রবা ফি অমা নঙোন্দা পিগে হাযদুনা ঐনা অসিদা ফল্লি, অদুগা কবিগী বোবা সেগাইবা অমা হুবগা চৎকদৌবিবা?"।

সাই বাবানা অসুম্না মীনা খঙবদা ৱাগদবা প্রমান পাম্বৈনা ৱা ঙাঙখি। মহাক্না কাকা সাহেবতা মানা শিবা মতমদা অপাইবি জহাজ অমা থাবক্কনি হাযখি। অদুগা থোকখ্রিবা থৌদোক্তি মানা অচেনবা ত্রেন অমগী মনুংদা শিখি। সত্য সাই

বাবাসু অসিগুম্বা মওংদা ৱা ঙাঙই। মশাগী অনাবগী মবমদা হায়বখিবা অহল ওইববা ফিলম স্তাব অমদা মহাক্না হাযখি :"ঐ খঙলে, নঙগী নশাসে লাযনানা পিক থল্লে; ঐনা লোযনা শেংদোক্নুনা শেম্লগনি অদুগা অনৌবা হকচাং অমা পিবগনি"। নুপা অদুদি কমদৌখ্রে? মহাক যাম্না থুনা শিখ্রে অদুগা অনৌবা হকচাং অমদা চংখ্রে। মদুগী ফিলম স্তাব অদু মমিং তাঙবনি; মানা বাবাদা হাযজখিবসি যামদ্রবদা বাবাগী শক্তম অমতংদি মাগী থম্মোযদা লৈহনবিবনি। কবি থোকখিবগে হাযবগী মতাংদা শ্বামি শবানানন্দনা ইবা Sai The Superman হাযবা লাইবিক অমদগী লৌথোকপা ৱাহৈ মতে .. .না ফজনা শন্দোক্না তাক্লি : মহাক্না সিবদিগী সাই বাবাগী মবমদা ইলি, অদুবু .প মান্নবা থৌ'দাক অদুদি প্রশান্তি নিলযমদসু থোক্লি' মহাক্না বাবাদা হায়জখি "এহাক্কি মিং উ'খিদবে। ঐনা মসিদা থোইনা নুংঙাইতবা তৌদে; মবমদ মিং .নসি পামদবা পোংশক কযাদগী লাপথোক্না লৈবা ঙমলে; অদুবু ঐগা মপ ওহাবাববা হবুংঙো নহাক্না মীওইবা ওইনা লাকপিবিবা শকলোন অদুবুদি যেনাই। মথম অদুনা চার্নবিদুনা নঙগী নতিক নগুন্দ উজদুনা এগী থম্মোয অ.. পোন্দ্র ফ.ঙবদ.. .গী মিং অসি অমুক্তা উহনাবিযু। মাস হেক তৌবগা নহাক্না পিবাননা যৌজালদ অমুক লৌশিনখিবা য..."। বাবানা ঋদক্তা মানা হাযজনদ পিনাবাখ, মহাক্না মশাগা মমিংনা বাবাব উজাখ অদুগী উবম্বা মিং অদু ভাঁনবে, হান্নম মিং তাঙবা ওইখবে।

সাই বাবানা সনাতন ধর্ম অসি ঙাকশেন্নবা নাখামদা হৈনিংবা ৱাখল ফাওহল্লমই অমসুং মাওইবগা পুক্নু শেংদোন্নবা অমদি লৌশিং জ্ঞান মপুং ফাহন্নবা অবিবা লাইবিকশিং পাহনব কন্না হোৎনবমহ। এখোযনা মাগী সাই সতচবিত পাবদা থেংনখে মদুদি বামাদাশ অমনা চাহ ফযা বিষ্ণুগী মমিং লিশিংদু শোনখ্রবসু মাগী শাওগনবা অদুদি .াদোকপা ঙমখিদে। মদুগাদমক বাবানা চৈথিবদু ঐখোযনা থেংনখ্রে। মহাক্না শ্বামি বিজযানন্দনা মযুম মকৈ, মবী মতা পুম্নমক থাদোক্লবা মতংদা মমা অনাবগী মনাক্তা মদ্রাসতা চৎকে হাযবকপদা মহাক্না চৈথি। "চৎলু অদুগা ভাগবতম পাকচো" মঙোন্দা হাযখির্বনি। সত্য সাই বাবা অমা ওইনা লম্বোইবশিং অমসুং সাধকশিংনা অসিগুম্বা অপাম্বা থাদোকপা ঙমদবগী থবকসিদা মহাক্না হেন্না পাক চাউবা মওংদা চুমথোকপগী থবক অসি চথখি। মহাক্না মখোযগী মপোব নামিং পালন তৌবা নত্রগা নিংশিংবা ফাওবদা চৈথি;

মখোয়দা আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিল্লকপগী মতুংইন্না ফমথোন, মিংথোল পিবা অমসুং মতুংইনবা য়াম্না তান্নবগী মওংদা চাংদম্লবা অসিগীসু চৈরমই। সাই বাবানা কল্যানগী হাজি সিদি ফালকেদা হংলমই; "নহাক্না কোরানসি অসুম্না পাবরা?" সত্য সাই বাবা অমা ওইনা বেদগী ফাওরবা পন্দিত কয়াদা পাবগী খোঞ্জেল অমসুং উচারনগী মতাংদা চুমথোকখিবা তাকখিবদু ঐখোয়না উখরে। সত্য সাই বাবানা গয়াত্রি মন্ত্রবু, ওমকারবু অমদি গীতাবু খ্বাইদগী কান্নরবা মন্ত্রশিংনি, লাইরিক্কি হায়দুনা অকনবা শাফু পিরি। সাই বাবা অমা ওইনসু মদু তৌখি। মহাক্না মীয়ামদা ভাগবত, পতাঞ্জলি যোগশুত্র, বিচারাসাগরা, পন্চদশি, নচিংবা লাইরিকশিং পানবা হায়খি। দাদাসাহেব খপরদে হায়রিবা বিদ্যারন্যাগী কম্মেন্তরি ইবদা ফাওরিবা নুপা অদুনা সাই বাবাগী মমাংদা ৱা অমতা ঙাঙখিদে মরমদি "মশা মশক খঙলবা মী অমগী মমাংদা লাইরিক হৈবনা করিশু তৌবা ঙমদে"। সত্য সাই বাবাগী মমাংদসু ৱাফম অসি হৈশিংলবা পন্দিত কয়ানা মশানা থেংনখ্রবা ৱাফম্নি।

য়াম্না ফাওরবা কবি অমসুং পন্দিত ওইনা, আমেরিকা, রুসিয়া, জাপান অমসুং অতৈ লৈবাক কযাদা চত্তুনা ধর্ম্মগী মরমদা ৱা কয়া ঙাংলুববা অমনা বাবাগী মখোঙদা তুরগা, লেমহৌবিবা মাগী পুন্সিগী শরুক অদু লৈবাক খুদিং পাইদুনা মাগী নুংঙাইববা অবতারগী ৱারী অসি শন্দোক্তুনা লেঞ্জগে হাযরবদা সত্য সাই বাবানা মঙোন্দা হায়খি, "ঐনা অবতার ওইনা লাকপগীদমক্তদি ৱাকনু; নঙগী তুংগী পুন্সিগীদমক ৱাজৌ। ঐনা আশা তৌই মদুদি কনাগুম্বা অমনা নঙগী নশা (wings) ককথত্তুনা মফম অমদা লেঙদনা থম্বিরবদি ফগনি, মদুনা যাম্না থেংমনখিদ্রিঙৈদা নশা কঞ্জনবা সাধনা খর তৌজনবনি।" "অতোপ্পবু থাঙ্গৎনবা হোৎনদ্রিঙৈদা নশা নথন্তা ৱাংখৎনবা হোৎনবদা হেন্না পুক্লিং অমুক্তা চঙখো" হায়বা ৱাহৈশিংসিনি গীতা অমসুং উপনিসদ য়াম্না হৈরবা মীওই অমদা পিখিবা পাওতাক। মহাক্না লাক্লিবসে মমিৎ তাংববু উহন্নবা, নাপল কাববা মীবু চুমথোক্লবা, অপঙববু থেমজিনবিনবা, অমসুং অৱাবা তারবশিংবু নুংঙাইহন্নবনি।

সাই হায়বসি ঈশ্বরনি হায়বা অদুগা সাইগী অঙকপা কয়াগী মবমদা সিবদিদা লাউথোকখিবগা সত্য সাই বাবানা মফম পুম্নমক্তা লাউথোকখিবগা অনি অসি

চপ মান্নে। সত্য সাই বাবানা হায :"ঐগী শক্তি, ঐগী তৌবা ঙম্বা, ঐগী অঙকপা কনা অমতনা খঙবা ঙম্লোই, হোৎননিংবা মী অমনা হোৎনবদা, মতম কুইনিংবমখৈ কুইনা হোৎনববসু, শিজিন্ননিংবা উপাই অমা হেক্তা শিজিন্নববসু"। সাই বাবানা হাযখি :"লাইফদবীগী লীলা অসিগী দোবিদো ঐনা চিংলিবনি"। সিবদিদা মানা বিজযানন্দদা হাযখি, "নঙনা মফম অসিদা যৌবকপা ঙমখ্রিবসে নঙগী হৌখ্রবা মপোক্তা তৌখিবা অফবা কর্মগী ফলননি"। পুত্তপার্তিদসু ব্রাফম অসি মহাক্না লাক্লিবা মীপুম খুদিং‍মক্তা হায। থাগৎপা অমসুং চৈবগী ফল অনিসি মতম অদুদা ওইখিবগা হৌজিক্ক চপ মান্নে হাযর্বদি সিবদিদা ওইখিবগা প্রশান্তিদা ওইবগা চপ মান্নে। সতচরিতনা হায ."সাই বাবাসি ব্রা খন্নবা -তান্নবা যাউ, থুক লাউগন্দে, মীহৌদে, মতম পুম্নমক্তা ওইনা অমা অপন লৈত্রবা মীনি"। বাবানা মানা চহি কুন শুদ্রিঙৈদা মযাম্দা হায "ঐনা এগী থৌবর্মশিংদা থবেক্লবোই, ঐগীদমক্তদি অফবা মিংচৎ অমসু, অমা ওইবা মিংচৎ হায়বাসি চপ মান্নবা কবিশু লৈতবা পোৎনি। ওইনিংবা ফল অমা ওইরকপদা ঐগীদি খোযদোক্লে।"

সাই বাবাসি নুংশিবগী শক্লোন ওইরি, সত্য সাই বাবানা মশামকসি প্রেমস্বরূপনি হায। সতচরিতনা উবা পিবিবা নুংঙাইনি, কৃপা পিবনবা ইবুংঙোনি হায, বাবাগী মবমদা ইনা লাইবক মতম অদুগীবা নত্রগা তৌভানবা অমনা হেক্তা থৌদোক অনি অসিগী মবমদা পঙ্খমগনি, মবমদি মসি সাই অবতারশিংগী খঙনবা থৃদাম্ন। সিবদি সাইনা মীঙোন্দা কৌবা মতমদা "ও, দৌ", "হাই অন্না" নত্রগা "ইউ বাপু" হাযনা যাম্না নুংশিবা প্রেম্না কৌখি, হৌদোক্কি পার্তি সাইনা মীযামবু "বঙ্গরু, (সনামতুম), "নযনা" হবংঙো/ইবেম্মা, নত্রগা "অপ্পা" - ইপাইবুংঙো, ইযাম্বা হাযনা কৌই।

মতম অদুদসু, হৌদ্দিকসু, সাইনা খুদোংচাবা তাঞ্জা অমা তেক ফংবদা মাগী মতিক মগুণ ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ, মবমদি অদু নত্রর্বদি কবম্না মীনা মাগী মবাইবক ফবদু ভাব তাবা ঙমগদৌরিবনো? সির্বাদদা মহাক্না হাযখি - "জিব পুম্নমক্কি থম্মোয নুংদা লৈবিবা ঐহাক্নি"। ঙবাং নঙালতা বাবানা যাম্না হৌশিংলবা পন্দিত অমদা ইখি, "ইনাকখুনবশিংবু চৈগনু; কনা অমতবু চৈগনু। সাই মীপুম খুদিংমক্তা লৈ অদুনা নহাক্না কনাগুম্বা অমা চৈবা মতমদা ঐহাকপু চৈববনি"। সাই বাবানা

সিরদিদা লৈরিবগে মতমদা পুনাগী ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজগী প্রোফেসার জি:জি: নারকেনা ইরকখি :"মহাক্না ঙাঙখিবসে ঐগী থম্মোয়দা ফমদুনা লৈরগা ঙাঙখিবা মীশক অমাগুমই, ঐগী অনিংবা ৱাখল পুন্নমক খঙই; ঐগী অপাম্বা আশা পুন্নমক লোয়না খঙই। ঐনা মরক মরক্তা চাংযেং তৌখি। চাংয়েং খুদিংমক্তা মহাক পুন্নমক খঙবা মীনি হায়বসি অদুম চপ মান্ননা ফংখি, অমসুং পোৎশক খুদিংমকসি মাগী অনিংবা মতুংইন্না শেম্বা ঙমই"। হৌজিক অমুক সত্য সাই বাবাগী শক্তম অসিদসু শ্রী মেহতা হাযবা সর্বোদয়াগী কর্মি অমদা মতৌ করম্না মানা মীগী পুক্লিংবু অসুক চুম্না খঙবা ঙম্বনো হায়না য়াম্না কোয়দনা হংখিবা ৱাহং অমদা বাবানা হায়খি, "মসিদা সিদথি লৈতে, হোৎনজমনগী ফংলকপা শক্তি যাওদে, মসিদি ঐগী হৌনাশানি, ঐগী অশেংবা মওংদুনি। ঐনা হোৎনবদগী ফংলকপা নত্রগা তম্লকপদগী খঙলকপা শক্তি অমনা নঙগী পুক্লিংদা চঙবা, খঙনিংলিবা ৱাফম পুন্নমক খোমজিনবা, মদুদগী অমুক থোরকপা অদুগা নঙনা য়ানিংনবা হায়দোকপা অদু নত্তে। নত্তে ঐদি মফম অদুদা মতম চুপ্পদা লৈ, অতৈ মফম খুদিংদসু লৈ। ঐদি নঙগী থম্মোযনুংদা লৈরিবা পোৎশক্তুনি"।

মতসযেন্দ্রগাদতা সাই বাবানা মাগী মমাংদা মশামক থোরক্লগা বলরাম মানকরনা কবিগীদমক্তা সিবদিদগী নহাকপু চীং অদুদা থারিবনো হায়বা ৱাহং অদুগী পাওখুম ওইনা বাবানা হায়খি :"নঙন খনখি মদুদি কিউবিক ফুট অহুম মখাই খক ওইবা, মচাক মঙানা শাবা হকচাং অসি সিরদিদা লৈ, নত্রদো? ঐগী অশেংবা পবিচয অদুখক্তা খঙহন্নবনি, অদুননি ঐনা নঙবু মফম অসিদা থারিবসি, মদু ঐনা নঙগী নমাংদা লাকপা য়ানবনি অমসুং ঐহাক অসি মদুগী হকচাং অদুতদা লৈতে হায়বদু উৎনবনি। সত্য সাই বাবাসু অরাপ্পা মফমদা লৈবা ভক্তশিংগী মমাংদা থোকখ্রে, সমুদ্র তরেৎকি ৱাংমদা ফাওবা উহনখ্রে, মদুনা তাক্লিবদি মহাক অসি হৌজিক ওইরিবা মশা অসি খক্তদা ফাজিন্দুনা লৈতে হায়বনি অদুবু মী অয়াম্বনদি লান্না মদুগী ওন্ন-তৈনবদা খল্লি। মহাক্না হায়, "পাম্বা, খৌরাংবা তমউ, মদুনা ঐবু নখোয়না লৈবা মফম খুদিংমক্তা চিংশিনবা যাগনি। নখোয়না হৌজিক শাংনা শাংনা চৎলিবা খোঙচৎ অসিদগী হেন্না ফবা সাধনানি। নখোয়গী থম্মোয অদু প্রশান্তি নিলযম অমমম ওস্থোকউ, অদু ওইরবদি ঐহাক শোয়দনা মদুদা লাক্কনি অমসুং লৈগনি"।

অনি অসিগী মবক্তা তৎন-থানদ্রবা, লেঙদ্রবা মবী লৈ হাযবসি মখোয়না যাম্লা অঙকপা মওংদা অনাবা ফহল্লিবা মওং, ভক্তশিংনা খুদোংথিবা তাববা মতমদা মখোযনা কল্লিবা মতৌ, মাংজৌননা চেকশিন ব্রাহৈ হাযখিবা অদুগা কনখিবা মওং, মখোযনা মীঙোন্দা তন্বিবিবা নিযম অমসুং মতৌ, অমসুং থাজবদা থল্লিবা শাফু নচিংবদা উৎলি। সির্বাদদা কুইনা লৈকববা মীশিংনা প্রশান্তি নিলযমদা লাকপা মতমদা মহাক্না ব্রাবি শানবা মতমদা তৌবিবা মওং মতৌ, মশাদা চেল্লিবা নুংশিবা অমসুং থৌজালগী ব্রাখল অমসুং মিৎযেং নাযেংগী চপ মান্নবা মওং মতৌ অদু উবা ফংনখ্রে। M S Dixit না মা াগা খুদম অমা াপবি :"সত্য সাই বাবানা মখুৎ যেৎনা ওৎলি, মসি সিবদিগী মবু ঙোনা তৌখিব গুম্মনি, খুদোম্বি অমা নত্রগা অনিনা অহাংবা নুংশিত্তা কবিগুম্বা খব হবগুম্না থাঙ্গৎলি।" হেমদপান্তনা ইবা সাই সতচবিতগী তাংকক ২৭শুবদা অসুম্না খুৎ ওৎপগী ব্রাফম অসি পল্লি, ইবিবা অসি কবিনো, কবিগীনো হাযবদি খোঃনা পন্দে।

বাবাগী অতোপ্পা মতৌ অমনা াসর্বাদ অমসুং পুত্তপার্তি অনিমক্তা, মখোযগী মনাক্তা লৈবিবা মযামদুদা মমিং অমা থোনাজিনবা অমসুং মখোযবু মযাম বাবী শানবদা শিাজন্নবা অর্দুনি। াসবদিদা লৈবিঙৈদা ইবুংঙোসি লম্বোইবনি, পান্দুবঙ্গসি াভত্তাল পতিলনি, পুত্তপার্তিদনা চযুশাবা মীনি, যোৎশুবা মীনি। দাস গনুনা 'বোব' নি, অতোপ্পা অমনা অনোযবর্দুনি। 'হেমদপান্ত' হাযবা মিংগৌ মিংথোল অসে গোবিন্দবাও বঘুনাথ দাভোলকবদা পিবনি, মসি যাম্লা অফাওবা মীশক ওইখ্রে, মহাক্কি অইবা খুদিংগী অবোইবা মতোন্দা মাগী মমিং ওইনা ইখবে।

হেমদপান্ত হাযবা নুপাসি (Deogir দা (Daulatabad) পানখিবা যাদবা শগেগী যাম্লা ফাওববা মন্ত্রি অমা ওইবমই। মহাক্না ১২শুবা সতাব্দিদা নিংথৌ ওইখিবা মহাদেব অমসুং বামাদেব অনিমক্কি মতমদা মন্ত্রি ওইখি। মহাক্না মমিং চৎলবা লাইবিক কযা সংস্কৃত্তা ইখি, মদুগী মনুংদা চতুর্ভর্গচিন্তামনি অমসুং বাজপ্রসান্তি নচিংবনি, মখোয অসি মকওইনা সোসিওলোজি অমসুং পোলিতিকেল্ সাইন্সকি মবমর্দনি। মিংথোল অসি মঙোন্দা পিবা মতমদা দাভোলকবনা মদু মাগী মদ্ অদু থুদেক্কুবান হাযনা লৌখি, ঐগী মদ্ অদু মতম পুম্বগী ওইনা মাঙহনখিদুনা মদ্যাওদ্রবা নুপা অমা ওইহন্নবগী উপাই অমনি হাযনা লৌখি। মতিক মগুন লৈখ্রবা,

চাউখ্রবা মিংথোল কয়া ফংখ্রবা নুপা অদুগী মমিং অদু মঙোন্দা কৌখিবসিদা মাগী করিশু লৈতবা মগুনশিংগা নুপা অদুগী চাউখ্রবা গুনশিং অদুগা চাংদম্নখি; মহাক্না লাইবক ফবদগী মখুত্তা পায়জরিবা কলম অদুনা বাবাদা মশাগী পুন্সি ৱারি অসি অদুম মশানা ইবিনবা খুরুমজখি। অমসুং বাবানা মাবু আশীবর্বাদ পিবিখি, 'নঙনা নিঙবদু ওইজরো'! অসুম্না মাগী মদ্ অদু থাদোকখি।

হৌজিকসু, মদুগা চপ্ মান্নবা থৌদোক অমা লৈরি। ঐনা ঙরাং নহালতা ঐগী শোক ১৯৫৮গী দাইরিদু হায়ফেত্তং য়েংলুবদা ৱাফম অসি নভেম্বরগী তাং ২৯দা ইরম্বদু থেংনখি : "ঐনা অয়ুক পুং ৭-১৫দা বাবাগী মনাক্তা চঙখিবদা ঐনা কৌজদ্রিঙৈদা বাবানা য়াম্না তরাম-তরাম্না "নন্নায়া ভত্তা!" (Nannayya Bhatta) হায়না হান্না কৌবিরকখি! মতম অদুদা ঐহাক হাযরিবা মমিং অসিদি ইতিহাসতা য়াম্না ফাওখ্রবা মীনি হায়বসি ঐহাক ভাব লৈরমদে। থৌদোক অসি মাগী পুন্সি ৱারী - "সত্যম সিবম সুন্দরম" ফোঙগদবা চহি অনিগী মমাংদনি; লাইরিক অসি মানা ইবিখিবনি, কলম্না ঐনা পায়জবনি, মাগী সতচরিতনি। মহাক্না থবক অসি মাংজৌননা শোক ১৯৪৮দা ঐঙোন্দা আশীর্ব্বাদ পিবিখ্রবনি, অদুগা হৌনবা য়াথং অদু ঙাইদুনা লৈজবনি, চহি তরাগী মতুংদা ফাওবা মহাক্না হাযখি, "হৌজিক, নঙনা ঐগী মরমদা লাইরিক অমা ফোঙলর্বদি, সীযাম্না মদু থাজরোই, মখোয়না মদু ফুঙগা ৱারী ওইনা লৌগনি; ময়াম অসিনা মদু যানিংনবা থৌরাং লোয়দ্রিঙৈসিদা মতম খর ঙাইখো"।

মহাক্না ঐঙোন্দা তবাম-তরাম কৌখিবা মিং অদুগী মী অদুদি ঐনা তুংদা খঙলকপা মতমদদি অন্ধ্রদা যাম্না ফাওবা অহানবা কবি ওইখিবা, মখোয অহুম চংনা অন্ধ্রগী লেঙদ্রবা মহাভারত ইখিবগী মনুংদা অমা ওইরিবা মীশক ওইরম্লে; নন্নয়া ভত্তনা শ্রীবামগী মরমদা অতোপ্পা অচৌবা কবিতা "রঘবভ্যুদয়ম্" (Raghavabhyudayam) কৌবা অমসু ইরমই হায়নৈ। মহাক ১১শুবা চহি চাদা গোদাবরি তোর্ব্বান্দা রাজামাহেন্দ্রাভরমদা লৈরমই। মহাক্কি লুচিংবনা চালুক্যগী নিংথৌরেল রাজারাজানা ওইরমই। মমিত্তা মিৎচি খৎলগা ঐঙোন্দা কৌখিবা মিংথোল অদুগা চাংদম্নরবদি ঐহাক্তি করিশু হৈতবা, খঙদবদা ওইখ্রে মরমদি নন্নয়া ভত্তদি শ্রীরাম অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ফজখ্রবা কবিতা কয়ানা মখোয়গী

মতিক মগুণ শকখিবা মীনি, অদুবু বাবানা তৌবিবল্লিবা মওংসি চুম্নতা মহাক কনানো হায়বা অদুতা খঙহনবিবম্বনি। ঐনা হৈববনি, খঙলবনি হায়না ঐঙোন্দা লৈবম্বা মদ অদু যৈথেক্লবা পিখিবা মিংথোলনি, মাগী চাংজৌ নায়দ্রবা, সিমানা লৈত্রবা চহি চা কয়াগী জ্ঞানগী সমুদ্র মবক্তা শম্না অমগী জ্ঞানগী ঈথক মচা অসিনা পোকহল্লিবা মদ অদু যৈথেক্লবা, থুদেক্লবা পিখিবা মিংথোলনি। ঐনা নুমিৎ খুদিংগী খুরুমজবিবসি ঐহাকসু মতম পুম্নমক্তা মদ কাদবা মীশক অমতা ওইহনবিয়ু হায়বসিনি।

M S Dixit হায়বা অমা ম'ক্তা পনখিবদ কাকাসাহেবকী মচে-মচলনা পোকপনি। মহাক সিবদি সাই বাবাদা যাম্না নৰ্কশিন্না লৈজবা মীনি। মহাক বাবানা দ্বাবকামায়িদা লৈবিগুদা আশীৰ্বাদ যাম্না ফংবা যাবগী খুদোংচাবা লৈখ্রবনি। নোংমদি বাবানা উদি লৌবগা মমাথদা তৈশিনৰ্বি অদুগা খবাক্লা থাবগা হায়খি :"ৱাদা-দা চৎলো, সিদা ফল্লনু"। মতম অদদা মহাক চহি ২০ শুদ্রি, অদুনা মানা মখুবাদা হায়খি :"ঐহাক বাবাগী মনাক্তা চৎলবোই, মহাক্লা ঐবু লাইবক্তা খুবাক্লা থাবকখি"। অদুবু কাকাসাহেবনা হায়খি, "নঙ অপংবনি; মানা ফুখিবদুনা নঙগী নকোক চিকপদু অমুক হৌববোহ"। হৌজিক মহাক চহি ৭০ শুবে, কোক চিকপদু অমুক হৌবকখিদবে। Dixit না অতোপ্পা থৌদোক অমসু ইবি :"নোংমা অয়ুক পুং ৫.৩০দা বাবানা হজাম কৌদুনা মক কোকখি, অদুদগী ইকজথোকখি। মসি মহৌশা অসুন্না অমক্তা তৌদে। মহৌশাদি মক কোকপা, ঈকজবসি নুংথিলদতা তৌবনি। নুমিৎ অদুমদি ঈকজবনা মতংদা মহাক্লা মী থাদুনা যুবি অমা চিনি খব, অদুগা লৈবাক হবাই খবগা লৈহল্লুহ। মহাক্না যুবিদু থুগাইবগা মচেৎ-মচেৎ ককথৎখি অদুগা মযামদা মচেৎ অমমমগা, চিনি খবগা, লৈবাক হবাই খবগা যেম্থোকখি। মতুংদা মানা ."গজনন মাহাবাজকি জয" হায়যু হায়খি। ঐখোয় পুম্ন মক জয হায়খি। ঐনা কবিগানো ওকখি; মসিগী গজনন মহাবাজ অসি কনানো হায়বা কনা অমতনা খঙলমদে। মতুংদা বাবানা হায়খি, "ঐগী ইযাম্বদো হৌজিক অযুক শিখবে"। নুমিৎ নিনিগী মতুংদা কাকা সাহেবতা শেগাউনদগী চিঠি অমা লাকখি; মদু বুতি সাহেবনা ইবকখিবনি, মবোলদি মাগী গুরু গজনন মহাবাজ অদু অযুক পুং ৫.৩০ দা নুমিৎ অদুদা মশা থাদোকখ্রে, মহাক্কি অবোইবা মিকুপ্তা

মানা থাজবা অমা পিরমই মদুদি "মসিগী মতুংদগীদি ঐগী ইনাও সাই বাবানা নঙবু শেন্নবিরগনি; মাগী মনাক্তা সিরদিদা চৎলু"! (সত্য সাই বাবাসু কনাগুম্বা অমা পোকপা নত্রগা শিবা নত্রগা অকোয়বদা লৈরিবা ময়ামদুদা কনাগুম্বা অমা শিবা নত্রগা মাগী মফমদা তিল্লবা অদু মহাক্না লাউথোকই; মখোয় অদু অদুগুম্বা মওংদা সংসার থাদোকপা পাম্বা কাংবু অদুগীনি।)

চহি খরগী মমাঙদা Dixit সি মঙ্গলোরদা লৈরমই। মহাক্না 'গুরু চরিত্র' - হায়বা লাইরিক অসি নুমিৎ তরেৎনিদা লোয়নবা পারমই। তরেৎনি শুবা নুমিত্তা মাগী মঙ অমা মঙলমই :"মথক্তা থা মচেৎ শানা লৈতেংবা থোঙ্গাল অমদা ঐহাক চঙলমই; পাক চাউরবা শবক অমগী মতুংদা ফজরবা দলান কয়া লৈরমই; শবক্কি নাকল অনিমক্তা নিংথিনা শংলবা উগী পরেং-পরেং হৌরমই। ঐনা সুম চংশিনখিবদা কনাগুম্বা অমনা ইতুং ইনবগুম তৌরমই, য়াম্না মেংলবা খোঞ্জেলনা দিক্সিত্ দিক্সিত্ হায়না কৌবগুম তৌখি। ঐনা তুং হন্না য়েংখিবা মতমদা য়াম্না নিংথিরবা, মুগাগি ফিশেৎপা, মশম কুংবা, য়াম্না শাথিনা খোয়বা নুপা অমা উখি। নুমিৎ খব লৈরগা ঐগী মরুপ ডাক্তর অমগী ময়ুমদা চৎখি অমসুং মঙদা উখিবা মী অদুগী পিকচব অমা মাগী কাদা উখি। মহাক কনানো, হৌজিক লৈরিব্রা হায়না ঐনা হংখি। পাওখুম অদুনা ঐবু য়াম্না ঙকহনখি :"মহাক ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবানি।" সাই বাবানি হায়বা? সত্য সাই বাবানি হায়বা? ঐনা খন্থখিবনি। ডাক্তব অদুনা হায়খি :" ঐগী মরুপ খর য়াম্না থুনা মাবু উনগদৌবি, নঙনা পাল্লবদি যাওবা য়াগনি।" দিকসিত হরাওবনা মথুম-মরাং হৌখি; মহাক যাওখি; যাম্না থুনা প্রশান্তি নিলয়মদা থুংলখি। মমঙদা উখিবা পুম্নমক অমতা কাযদনা থেংনখি। মহাক্না য়াম্না শুমহৎনিংঙাই ওইবা শকফম অদু উখি। মহাক্না মেঙলবা খোঞ্জেল অদু তাখি। মহাকপু বাবানা নাইতোম উননবা কৌশিনখি।

মখাদি দিকসিতপু লিহল্লসি। "বাবানা ঐবু কৌশিনখি। মহাক্না ঐগী ইখুবাগী ফোটো অমা উৎখি। "ঐনা মাবু খঙই, মহাক দিকসিতনি। নঙগী বাবাগী ময়াম্বনি। ঐনা মঙোন্দা ঐহাক চহি ৮গী মতুংদা অমুক লাক্কনি হাযখিবনি। রাফম অসিদা নঙ চিংনব্রা? মহাক্না হংখিরমই। ব্রাহং অদু য়াম্না অর্থ লৈবনি; মবর্মদি মতম অদু ফাওবদা ঐহাক যাম্না চিংননা লৈরিবা মতম্নি।" হৌজিক্তি দিকসিতসি যাম্না ফজনা থাজববা মীশক অমা ওইরে মদুদি মসিগী সাই বাবা অসি মহাক্না সিবর্দিদা সেবা

তৌবম্বা অদুগা চপ মান্নবে মবমদি মহাকপু হেন্না থাজহনবা য়াবা থৌদোক কয়া লৈখ্রে।

অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসি বাবানা মবাযবক ফববা মীওই কয়াদসু উহনবিখি, বাবা অনি অসিগী মমিং ফাওবা তাদ্রিবা মীওইশিং ফাওবদসু পিনবিখি। মহাক্কি থৌবাং অসি মখে যশিং অদুবু মঙোন্দা চিংশিল্লগা সাই যুগকি নুংঙাইববা আধ্যাত্মিক্কি ঈচেলশিং অদু শন্দোক্লবা, পাওখোললোই ওইহন্নবা তৌবম্বসু য়াই। অদু নত্রগদি কলকত্তাগী শ্রীমতি সুধা মজুমদাবগী অঙকপগী মশক ওইববা মশানা থেংনখিবা থৌদোক অসি কবম্ন' ' খোযনা শন্দোক্লা তাকপা ঙমগনি? মহাক চহি কযাদগী সমাজ সেবিকা অমা ওইবকপিনি অমসুং জেলদা লৈবী ভাবতকি নুপী কযাগী পুন্সিদা নংখিবা অবা-অনা কযাদা তেংবাং তৌবর্কখিবি নুপীনি; মহাক মতম শাংনা All India Women's Conference কী ভাইস-প্রেসিদেন্ত ওইবর্কখিবিনি। মহাক্লা বামাযনবু হংলসতা হন্দোকখিবদুনা পৃথিবীগী মীওই কয়াগী থম্মোযদা ভক্তিগী থাংমৈ চুখৎহনখিবনি। মতাং অসিদা মতৌ কবম্না মশা মথন্তনা সত্য সাই বাবানা মাগী থম্মোযদা মতৌ কবম্না চংলকখিবগে অমসুং মঙোন্দা কবম্না সিৰ্বদি সাইদা থাজবা লৈখিবগুম মঙোন্দসু থাজবা পোক্লকখিবগে হাযবদুগী মশানা পিবা ৱাবী অদু লৈবে, অমক্তং মিৎযেং তাবিসি:

শোক ১৯৬৪ গী ওক্তোবব থাগী নোং থিক্লি-থিক্লি তাবা অযুক্কি। ঐহাক দাবজিলিংগী জালা পাহাব হাযবা অৱাংবা মফম অদুদা শর্বাক্কি মতাযদা লৈবা শঙ মচা অমগী মনুংদা বেনচ অমদা ফমদুনা তমপাক্কি লমদম যেংথদুনা লৈবমই। অবাপ্পদনা উনতনা কুপলবা কানচেনজুঙাগা মথক্তা লৈচিন নোংফাইনা কুপশিন্দুনা লৈবি। হিমালযাগী ফজবাশিং অদুনা ঐগী আত্মাবু হৌগৎহনবা ঙমদ্রি; ঐহাক ঐগী অৱাবশিংনা চিংথদুনা লৈবি। মপুং ফানসু উবা ঙমদ্রবা প্রকৃতিগী অঙকপা মতৌশিংদু ঐনা সুম কোইযেং যেংখিবদা অঙৌবা ফিজেৎ শেৎপা শকফম অমা ঐনা লৈবিবা মফম অদুদা কাখৎলকপা উখি। অহল ওইববা নুপা অমনা মল্লবা ছাতিন অমা শেগাদা চপ্পগা মানা লৈবিবা শঙ অদুদা থুংলখি অমসুং শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা মাগী মমাংদা লেপ্পখি। মাগী অঙৌবা তুপিমচা অমা উপলকখি: মাগী অচোনবা অঙৌবা ফিজোল অদুদগী মহাক অদু লম্মোইবনি

হাযবসি খঙখি। ঐনা ফল্লিবা বেনচ অদুদা মহাকপু ঐনা ফমহন্নিংঙমগদ্রা হাযবসি মহাক ভাব তাখিদে। ঐনা হৃবাও-হৃবাওনা মাবু কৌশিনখি। মহাক মোমোন নোকখি অদুগা ঐগী নাকন্দা ফমখি, মাগী ছাতিনদু য়াম্না চেকশিন্না বেনচ অদুদা ঙাখি। মদু অঙৌবা পোৎ অমনা কুপশিল্লি, থোইনা ফোৎচিন্দে; মদুবু কবম্না মঙোন্দা কান্নহল্লিবনো হাযবসি ঐহাক ভাব তাবা ঙমখিদে।

মহাক তুমিন্না ফমখি, ঐসু তুমিন্না ফমখি। ঐখোয অনিমক উন্না কুপশিনবা চিংদোল অদোমদা যেংলমই মবর্মদি লৈচিনশিংদু খব হুমদোকখিবমই, মদুনা অঙকপগী মশক ওইববা নিংথিবশিংদু উহনখি। মহাক্লা শ্বব লৈতাববা মতমদা ঐনা মহাক কদাযদগী লাকপনো হংখি। “ও' যাম্না লাপশ্রে”, মহাক নোকলমই অদুগা মখুৎ শাংনা তিংথোক্লুনা হাযবমই, “নেপালদগীনি”। “মফম অসিদদি নহাক্তি কদাযদা লৈ”? “ও' নুমিৎপু তাববদি থুংফম অমদা হেক্তা লৈ”। অদুগা “চান থক্লবদি?” “মীশিংসি যাম্না পুকচেল চাউই, ঐহাক মতম পুন্নমক্তা চাননবা খব অদুম ফংই অদুগা নুমিৎপু তাবর্বাদি যাবেকফমসু অদুম ফংই। অদুদগী মহাক নোকখি। “নেহক শিববা মতুংদা লাযববশিং পিজবদা ঐহাক ফজববা চাকলেন অমা ফংখি। শাংখ্রবা মখোঙ অনিদু লোনশিন্নবগা মবেংবান্দা যাল্লিবা খাদিগী খাও অদুদগী ফি মচেৎ অমা পুথোবকখি, মদুদগী মানা হিদাকমনা মচেৎ অমা লৌথোবকখি। মদু মানা চাশিনখিদে, মমিৎ অদুনা অথাপ্পা চীংদা যেংখি অদুগা হিন্দি লোন্দা যাম্না নুংশিবা ৱাহৈ খব শোনখি। “মসি কবিনো” ঐনা হংখি। মমিৎ অদু ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা মহাক্লা হাযখি: “হোয”, মহাক্লা মখা তাবকখি; “ঐগা ইপা ইমা অনিমক ঐনা যাম্না অঙাং ওইবিঙৈদা নোঙ্গাখি। ঐগী অতৈ মবীমতা অমতা লৈখিদে। কৈবোই লৈকাযনা ঐবু লুহোংনবা হার্যাখ, মদু ঐগী চাক-ঈশিং থোংবিনবগী ৱানি। অদুবু, ঐনা খনখি, ঈশ্বব মহাক্লা ঐগীনি হাযবা মী অমতা থম্বিবমদ্রবনিনা, মহাক্লা ঐবু সংসাব অসি থাদোকহন্নিংবা ওইবম্বা তায। অদুনা নোংমা অহিং অমা যুম থাদোকখি অমসুং মদুদগী কোইচৎ-চৎপা ওইবকখি। ঐনা চহি ১৬শুবকপা মতমদা ঐহাক লম্বোইবা ওইখি, মদু কবিবগী নিতি মখাদনি”।

মতাং অসিদা মহাক্লা অতোপ্পা শৈবেং অমা ঙংখি। মদু থম্মোযদা যাম্না তানিংহল্লি। ঐগী বেগতগী নোতবুক অমগা পেনশিল অমগা লৌথোক্লগা বাহৈশিংদু

পিবিনবা হাযজখি। যাম্না মিনুংশিগী মিৎযেংগা লোযননা ঐঙোন্দা য়েংলকখি অমসুং য়ানিংবগী মঙক নোমখি। ব্রাহে অমমম ওইনা ঐনা শৈবেং অদু ইশিনজখি। মহাক্না অবানবা চুমথোকপিখি অদুগা অর্থ তাকপিখি। মখোয় অদু ঐনা হেক ঙমজবমখৈ হন্দোক্লগা মসিদা পিজবি:

১

চেকশিন্না চেক অমমমতা খল্লগা
মীওইবনা যুম শাই মফমসিদা।
অদুদগী মানা শায "যুম অসি ঐগীনি!"
অদুবু মসি "ঐগাসু" নত্তে, "নঙগীসু" নত্তে
অস্না ঐনা তাখিবমই
মসি উচেকশিংগী মকোল অমগুম্বনি।

২.

নঙগী লম- ইংখোল চৎখিনি
নঙগী নপোৎ নবল, শমপাত্তি চৎখিনি
নঙগী ফজববা নফি চৎখিনি
কুক তাশিল্লবা শমদুগা, অসুক ফজখ্রবী নুপাদো।
মিৎতাংবা অদুসু চৎখিগনি
ওঃ অসুক ফজবা ...
অদুগা ঙাইহাক্তগী ওইবা নঙগী লৈফম
লমহাং ওইহৌবগনি।

৩

কযাদা অচৌবা আশাগা লোযননা অঙাং অদু যোকখ্রবা
কযাদা নুংশিনা পিথকখ্রবা শঙ্গোম, অসুক শেংখ্রবা ...
অমসুং মহাক?
চৈগনু নমাদা, চৈগনু নপাদা
মদু পুম্নমক লাইবক্না তমখবানি নহাক্কি।
লমবোইবা অদুনা অর্থদু হন্না হন্না তাকপিনমই "যুম হাযবসি হকচাং অসিদা

ফাজিন্দুনা লৈরিবা থব্রাই অদুগী মকোন্নি, মাগী অকক্লবা মতম অদু হেক লোয়বগা মকোন অদু থাদোকখি ... সংসার অসিদা লৈরিবা পুন্নমক লোয়না হুন্দোক্লস্বা তায়, অশিবনা য়ৌরক্লবা মতমদা। হকচাং অসিসু মাবু শারকখিবা মচাকশিং অদুদা অমুক হনখি .. "। মমিত্তা য়াম্না মিনুংশি লৈবগী মিৎয়েং অমগা লোয়ননা অরোইবা শরুক্তু মহাক্না অসুম্না তাকখি :

"নঙনা হোৎনখ্রিবা পুন্নমক, নঙনা অব্রাবা খাঙখিবা পুন্নমক অদুগী করিগুম্বা নুংশিবা মিৎয়েং নত্রগা তৌবিমল খঙবগী খুদম অমতা ফংদ্রবদি, নিংশিংউ, মদু নশানা তৌজখিবা কর্মগী ফলননি। কনাবু নিন্দা তৌগনু"।

"য়াম্না চুমই", মিত্তা পিরাং ইহৌননা ঐনা ইতোমতা মকম মুরুম শোঞ্জখি। "অদুবু লম্বী অদুদা করম্না চথগদৌরিবা?"। ঐ নিংশিংই, মহাক্না অফবা পাওতাক পিবমখি.... অদুগা অয়ুক পুং ৪দা হৌগত্তুনা শৈরেং অসি হন্না হন্না থিরগা মদুদা মুন্না খন্থনবসু হায়রমই। মহাক অসুক্কি মতিক থৌজাল হৈ অমসুং ভাব তাবা মীনি। ঐনা খুৎলোন্নজবগা মৃঙোন্দা খুরুমজখি অমসুং মাগী মনাক্তা বেনচ মথক্তা লুপা অমা থমখি। মহাক্না ব্রাহৈ কয়ামরুম্না ঐঙোন্দা আশীর্ব্বাদ পিবিবমই, মদু পুন্নমক ঐহাক লোয়না নিংশিংদ্রে, মাগী ছাতিন লৌখৎলগা য়াম্না ঈংনা চৎখিবমই।

মসিগী লম্বোইবা অসি কনা ওইবিগদগে? ঐগী ইচানা হায়খি, "জলাপাহাবগী সোমথংবা নাকল অসিদা ঐনা নুমিৎ খুদিংগী ওফিস চৎলি; ঐনা করিগুম্বা মতমদা লম্বোইবা অমতা থেংনখিদে। নহাক্কি মী খঙন-খঙনদনা উরিবমখৈ মরুপ ওইবসিনা নোংমদি শোয়দনা খুদোংথিবা তাগনি, চের্কশিল্লু"।

শোক ১৯৬৫ গী নভেম্বরগী Illustrated Weekly দা সত্য সাই বাবাগী মরমদা ইবা চেফোং অমদি মশাগী পিকচর কয়া য়াওখি। শমগী মওং-মতৌদু উবদা ঐহাক পুমতন তনখি। চেফোং অদু ফাওবা পাখিদে। শোক ১৯৬৬কী মার্চ থাদা থারকফম্ মমিং থাদবা পোষ্ট কার্দ অমা বোম্বেদগী লাকখি। মদু চিঠি মথং-মথং থাবগী ব্রাফম্নি। কার্দ অদুদা ইরিবা মরোল অদু মী ২০দা থারবদি নুমিৎ ১০নিগী মনুংদা লাইবক ফবা ওইগনি হায়বনি। মতম অদু ঐহাক পুক্লিং যাম্না নুংঙাইতনা, ব্রানা লৈবা মতম্নি। ঐনা পোস্ত কার্দ ২০ লৈবগা মী খঙহন্দনা অরোনবদা চিঠি অদু থাখি। ইমুং-মনুংগী মীশিংনা খঙলম্নবদি মখোয়না ঐবু

ওৎলমগনি মবমদি ঐদি মাগী মশন্না মবম ওইদুনা মাগী মবমদা কবি অমতা খঙখিদ্রবনি।

নভেম্বর লোইবমদাইদা মরুপ অনি লাক্তুনা দিসেম্বরদা বঙ্গলোরদা পাঙথোক্কদবা সেমিনার অমগী মবমদা খন্নখি। "নহাক চৎকদৌবিবসি নবাযবক ফববনি; নহাক্না ঙল্লবদি সাই বাবা উনবকউ"- মরুপ অমনা হাযবকখি। "ও!" থোইদোক্না খন্থকদনা ঐনা হাযখি :"কবিগীনো"? "মহাক কনানো"? অদুদগীদি বাবাগী অঙকপা শক্তিগী মবমদা লিখ্রে অদুগা শ্রীমতি বাওগী ইমুংদা অঙকপা থৌদোক কযা থোক্লি হাযখি। ে বা মযামদুদা থাজবদা ওন্থোক্না ব্রানা থোকখ্রে মর্দাদ ঐহাক নোকথোকখি। "নহাক ঐবু থাজদে"। মহাক্না খব শাওনা হাযবকখি। নহাক্কন্না অমনা হাযবর্বাননা চুম্মানিদা হাযদুনা ঐসু হাযদোকখি। মহাক মঙক নোমখি। "নত্তে। নঙ নশানা অদম যেংজৌ। নঙবু ঐনা মফম অদুদা পুবা ঙমই, য়াম্না লাপ্পা নত্তে"।

অসুম তৌদুনা ঐখোযনা ফাইলগা চে-চাংগদু থনম্লে হাযবগা তেক্সি তোংদুনা শ্রীমতি বাওগী যুমদা যৌখি। ঐখোযব হবাও-হবাও কৌশিল্লগা মহাক্না নোক্লকখি অমসুং হাযবকখি; "যেংউ, বাবানা কবি তৌবি"? অদুগা ঐখোযবু বাবা লাৎফম কা অদুদা পুশিনখি। ফ্রেম চনবা ফোটো অদুগী মবাযনক্তা বিভূতি কাবমই। চে মচেত্তা যোম্বা খবসু ঐখোযদা পিবকখি। শ্রীমতি বাওনা মমঙদা অমুক্তং উখিবা নত্তনা বাবাবু উখিদ্রি। মানা ফোটো অমা লৈবগা ফ্রেম চন্দুনা লাৎপদগী খব লৈবগা বিভুতি অসি কাবকখিবনি। "অদুবু মসিদি কবিশু লৈতবনি"। মহাক্না নোক্লগা হাযবকখি"। কবম্না সেবাবি অদুনা বাবাগী ভক্ত ওইখিবগে হাযবদু মহাক্না লীখি। ফোটো অহুম ফ্রেম চল্লগা পুজাগী কাদা থমখি। অযুক্তা পুং ৪দা মাগী পুজাগী থবক পুম্নমক লোযথোকই, অদুদগী মাগী যুম-খুদিং চত্তুনা কোল-লিক ফেঙবা, চাম্বা, ব্রাই শিংপনচিংবা মাগী জিবিকাগীদমক তৌই। বাবাগী থৌজাল ওইনা ফোটো অমদনা বিভূতি, অমদনা শিন্দুর, অমদনা যাইঙং মচুগী পাউদর পিবিবি। হৌজিক্তি মহাক মবাযবক ফবে; শেল হেন্না ফংজবা অতোপ্পা মফমদা খুদোংচাবা ফংখবে। ঐনা হংখি, "মাগী মযুম যাম্না লাপ্পবা?" "হৌজিক ঐখোযনা মফম অদুদা চৎপা যাববা?" শ্রীমতি বাওনা হাযখি, মদু যাম্না লাপ্পা মফমদি নত্তে; লম্বী অদুদা মৈ থান্দে, খুঙ্গংদা লৈবনি, হন্দক্কি তাখিবা নোং অদুনা লম্বী অদুসু লৈখোম

ঙাক্তা ঙাইরমগনি। মহাক্তনবু পুবিরবদি পুন্নমক্তু ঐখোয়গীদি করিশু থোইদোক্তে হায়খি। অমম্বদুদা ঐখোয় মাগী ময়ুমদা থুংখি।

সেবারি অদুগী মমিং মাধুরি কৌরমই। মহাক ময়ুমদা লৈরমদে মাগী মপুরোইবা ত্রক ড্রাইভরদু মচা মরিগা লৈরমই। কা মচা অদুগী তংখায় অমা ৱানা কাংথোল শারগা ফমুং ওইরমই। মদুদা মখোয় পুল্লপ তুন্নমই; মখোয়গী পোৎ-চৈনা ফমুং মখাদা থমলমই। অতোপ্পা তংখায় অদুনা পুজা তৌফম ওইরমই।

মফম অদু শাথিনা তরু-তনাল্লমই, পিথ্রাইগী পাত্র খর লৈরিবদু মৈঙাল অদুদা তনিক তনিক্লমই। নাকল অদুগী ফক্লাং অদু শেংলবা মীওইশিংগী ফোটো ময়াম্না নপশিল্লমই। মদুদা সিবদি বাবাগীসু অমা য়াওরমই। মখাদা য়োৎকি উপু অমগী মথক্তা তরু-তনানবা ফি অমনা কুপলগা সত্য সাই বাবাগী ফোটো অহুমথক পুজা তৌবমই। তশেংনমক্কি ওইনা বাবাগী মরায়বক্তা বিভুতি, কুমকুম অমদি কেসরিগী পাওদবশিং মরাং কায়না উরমই। পিথ্রাইগী থাংমৈ অমা থাল্লমই, নুংশিরবা মনম অমনা কা অদু পিক থনখিরমই।

মফম অদু তশেংনা তোপ-তোপ্পা মফম অমা ওই। ঐহাক লাইশোল অমা তৌজরগা শেল খজিক্তুং কৎলম্লগা ল্লাকখি। নুমিৎ নিনিগী মতুংদা সেবারি নুপী অদুনা ঐবু থিরকখি লোয়ননা বিভুতি অমসুং চান-থক্লবা কয়া পিরকখি। ঐহাক থম্মোয়দা চপ চানা ফাওখি অমসুং হায়রিবা সাই বাবা অসি উনদবা য়াদবনি হায়না ৱাশকখি।

ঐনা আশা পুন্নমক লৈকদ্রবা মতুংদা করম্না মায় পাকখিবগে হায়বদু তোক্লগা লম্বোইবা অদুগা মরী লৈনবা ৱাফমদা লোইশিনজরগে। শোক ১৯৬৭ কী জানুৱারিদা মদ্রাসতা বাবানা ভক্ত অমগী দর্শন পিরিঙৈদা উশাগা ঐগা কার অদু শরক্তা থনম্লগা খোঙ লম্বী অমদা বাবাগী মনাক তম্না চৎখি। মীয়ামদগী পুমতোপ তোপ্পা মী অসিগী মরমদা ঐনা উরক্লিবা অমদি তারক্লিবা ময়াম অদুগী ৱাখলদা লুপ্তুনা চৎলিঙৈদা উশানা "ইনে য়েংউ, মসিগী যুমসি ফজদ্রা?" হায়রকপদু তাখি। "হোয়, মসি তশেংনমক ফজে" ঐসু য়াখি। অদুদগী খঙহৌদনা কবিরগী অহানবা ঈশৈ অদু নিংশিংলক্তুনা ইথন্তা তুমিন্না ঙংখি। "মদু করিনো ইনে"? উশানা হংলকখি। "ও! দাবজিলিংদা লম্বোইবা অমনা পিবম্বা ভজন ঈশৈনিদা, মসি

কবিবগী ঈশৈনি। মহাক কবিবগী নিতি চৎপা মীনি''। উশা তুমিন্না লৈখি অদুগা ঐঙোন্দা ঙক্লা যেংখি, 'লম্বোইবা হাযবা?' কবিব পন্থিনি হাযবা? কবি হায়বা ইনে?, মহাক্লা শ্বব মপি হোনখি, 'মদু সিবদি সাই বাবা ওইবল্লনি!' ''কবিনো উশা নঙনা হায়জ শাবিদুবো?'' মশাদু যাম্মা মথুম মবাং হৌবদুনা ঐগী খুৎ কন্না পায়শিল্লগা মঙক নোমলকই, ''শোযববোই, শোযববোই। মদু সিবদি সাই বাবা ওইবনি। ঐহাক Arthur Osborne না ইবা Incredible Sai Baba হায়বদু পাখিবদা ঙাযবিবনি অমসুং মসিদা মহাক্লা মীগী মমাংদা থোকখিবগী থৌদোক যাম্মা লৈ, অদুগা মহাক কবিব পন্থি অমস্যা . ''। মহাক্লা ঙাঙথবক্লিবা মযাম অদুদা ঐহাক নোকপ নত্তনা উপায লৈখিদে। ''ইনে'', উশানা মখা অমুক তাবকখি, ''মহাক্লা অমুক উনবদনা মহাক সিবদি বাবাগী অবতাববা হংলকউ''।

ঐনা মঙোন্দা হাযখি, অসুক যাম্মা নাতৈ চাদবা ব্রাফম্নু মঙোন্দা ঐহাক খক হংবা ঙম্লোয, অদুবু উশানদি কন্না অদুম তকশিনখি। উশানা কাযনবমদাযদা হাযখি ''নহাক্লা কবিশু কিনিংঙাই লৈতে, মহাক ব্রাহং হংবদা কবি অমতা শাওদবনি''।

মমাংদা থোকখিবা থৌদোকাশং নিংশিংলুবগা ঐহাকপু মতৌ কবম্না মথক্তা লৈবা বাবাগী কা অদুদা লৈবমলিবনো হাযবসি খল্লবদা ঐহাক ঙকখি। ঐগী খুত্তা চে মচেৎ অমসু যাওাব মদুদা ঐহাক অসি যাম্নমক মতিক চাদবমক নত্রবদি অমুক্তা উনহনবিয়ু হাযনা ইবিবনি। মদু খোঙ হাংদোক্লিবা মীদুদা পিনবনি। ঐখোয থোঙ অদু থিনখিদে। থোঙ হাংদোবৰ্কখি, লৈবাম্লবদু বাবানা যাম্মা চন্না, নোকমি নোকমি তৌবদুনা মহাক্লা হাযবৰ্কখি ''লাকও, খুকমউ''। ঐগী থম্মোযগী অপাম্বশিংদু মানা পিখি। অঙাংবা ফিজোল শেৎলিবা মীশক অদুগী ফজত্রবা খোঙ অদু শোক্লবগীদমক ঐহাক্লা নেম্না নোন্থজখি।

ঐগী অব্রা-অনাগী মবমদা ব্রাহং কয়া হংনিংখি, অদুবু ঐনা হংদ্রিঙৈদা মহাক্লা লোয়না হাযবৰ্কখি অমসুং পুন্নমক্তু ফবগনি হাযনা থাজবা পিবৰ্কখি। অদুদগী ইমৌ নুপীগী ব্রা নিংশিংলকপদগী ব্রা ঙাঙবদা লৎ-লৎ তৌখি; ''বাবা, উশানা ঐঙোন্দা দাৰ্বাজিলিংদা উাখবা লম্বোইবদু কনানো হংলকউ হাযবকখি ... মহাক ...। মবক থৎলদুনা মহাক্লা হাযখি, ''মদু ঐনি, অতোপ্পা শক্তম অমদনি। ঐনা নঙোন্দা পাওতাক অহুম পিখি, '' মহাক্লা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা হাযখি...। ঐহাক মাগী

মখোঙদা হিক-হিক কপখি হাযবসি ফাওবদি নিংশিংই অদুগা ঐঙোন্দা হেক খল্লকখিবা হাযববু "বাবা, নঙ ঐগা লৈমিন্নগদ্রা?" মানা ঐগী কোক্তা মখুৎ থমখিবদু ফাওখি অদুগা মঙগী মতৌগুম তাখি "মতম পুন্নমক্তা", "মতম পুন্নমক্তা"। ঐগী মায অসি পিনা পুমচোৎ চোৎখি। ঐগী থম্মোযসি পিক থনখ্রে। মমৈথংদা ঐগী আত্মাসি শান্তিদা লৈখ্রে ...। মহাক্না ঐবু নুংঙাইহন্নবা বিভুতি পুথোকখি অমসুং ফোটো মচা অমগা পিখি, মদুদা অভযা হস্তগী ফিভমদুনি, মদুদা মাগী থিকানাসু যাওই। মহাক্না হাযখি :"মসি নঙগী শেঙ্গা ও মনুংদা হাপচিল্লু" অদুগা অতৈ বিভুতি পেকেৎ খবগা পিবকখি। "পুত্তপার্তিদা শিববাত্রিদা লাকউ... খুদোংচাবা পুন্নমক পিগনি"। মহাক কলকত্তাদসু লাক্কনি হাযবর্কখি। ঐহাকপু অমুক হন্না পুত্তপার্তিদা দর্শন পিবিদুনা আশীর্ব্বাদ পিবিগদবা মতমসি মহাক খক্তনা খঙবনি।

শোক ১৯৫৭ কি জুন-থানি। ঐহাক মিটিং অমগীদমক লোম্বেদা লৈবমই অদুবু ঐগী পুন্নিংদ অতোপ্পা আশা অমদা লৈবমই। "ঐগাক সিবাদিদা চৎনিংখি" - ঐনা মরুপশিংদা হাযখি

ঐনা যুম্নদা হাযজবমই ."অমুক্তা চানবিদুনা হংবিযু অদুগা ঐহাকপু অমুক্তা চৎহনবিযু।" পোংমদি মহাক্না ওফিসতগী যাম্না হবাওনা হল্লকখি অদুগা হাযবর্কখি :"ও! ইন্দোলা নহাক্না সির্বদদা চৎনিংই হায হবদা বাবানা শোযদনা মতেং পাংলক্কনি হাযবকই"। "মদু হাযববাদ যাম্না লাযবা পানি", ঐনা যাম্না হৈনিংদনা খুমখিবনি, "অদুবু কমদৌননো? বনাগনো? ঐনা সিবদিদ কদাযদা লৈগনি"? ঐগী হকচাংসি যাম্না ফনসু নত্তে, ঐনা খঙ্হকবগী মতিক ঐঙোন্দা নিংজিংনবা পোকই মদুদি কমদৌনা ইথন্নতা ববিমতা খঙদ্রবা নফম অমদা চৎকদৌরিবনো হাযবসিদা। ঐনা নিংশিনদুনক অচুম্বা ওইবে। তোপ তোপ্প ফিভম অমগী মথাদা ঐহাকপু ত্রেনদগী হৌনা অবানবা মাযগৈ অমদা মশাক মতৌ ফজববা মাহাবাস্ত্রগী নুপী অমা, ঐগা বা অমতদা ফম্মিন্নবদুনা অবানবা লম্বীদা লমজিংবিবে ঐগা লোযনবিবা অনিদুনা মমৈথংদা অবানবদু খঙলক্লে, মখোযসু বাবাগী ভক্ত ওক্তনি, মহাক্না ঐখোযবু মাগী নাসিক্তা লৈবা যুমদা চংজফম পিবিবে অদুগা ঐখোযগী সিবদিগী খোঙচৎ অদু অযুক্তা মানা লোযনমক শিনবিবে।

"আবতি হৌখবে; খুদক্তা লাকও" বসকি লম্বী অদু যাম্না শাংই, উফুল থাংই, অদুনা যাম্না থুনা মায-মিৎ তাথোক্লগা ঐখোয মোঙফম অদুদা চঙখিবমই।

সিবদি বাবাগী হকচাংনা পোথাদুনা লৈবিবা মফম অদুদা যাম্না অবংবা অঙৌবা মপাক অমনা পাকত্রবা মফমদু কুপশিল্লি। ফজববা লৈ মবাং কায়না লৈবমই, মৈ থাল্লি, চা-চন্দনগী নুংশিববা মনম্না পিক থল্লি, কংশি যাম্না খিংই, মী সুম যামখৎলকই, খব ফজনা উনবা ঐহাক মমাংদা চংশিন্নবা হোৎনখি। নুঙ অঙৌবনা শাবা অচৌবা মুর্তিদু উবদা ঐগী থম্মোয়সি তুমিন্না লৈথোকখ্রে। যেৎ থংবা মখোঙ অদুনা ওইগী খুকউ মথক্তা ফৈনা থল্লগা মোঙফম মনাক্তা সিবদি বাবাগী মূর্তি অদু ঐনা দাবজিলিংদা থেংনখিবা লম্বোইবা অদুগা যাম্না মান্নে। মমায মান্নে, ফিভম মান্নে, তুপি মহক্তা ফি অমনা মকোক্তা যেৎলি। চপ মান্নবা মমিৎ অদুনা ঐঙোন্দা চাগদব'ঙ মম্না যেংলি। ঐহাক শ্বোব হোনখিদ্রে। মতম হৌখিবা খঙহৌদ্রে .. । ঐগী পু..ক অসি সুম সুম যেৎননিংঙাই লৈত্রবা বাফম অমদা যাবকখ্রে অমসুং কমদৌব। ডাংনো, কাপনো .. হাযবনচিংবা ব্রাখল পুম্ন মক্ত লোযনা তোকখ্রে। ঐনা ইশ . । যাখেত্রবনিনা, থম্মোগী ঈথিল অদু পেনজনবা পিবাংনা অতৎপা লৈতনা শিন্থাব। ঐগী তনিক তনিকপা চিনবান্না মুকম মুকম শোনখি "বাবা! বাবা!" বাহৈর্না ফোঙদোক্না মাগী কৃপা নিজাখি। ঐগী খুৎ অনিসিনা উহৈ অমসুং লৈ যাওবা পাত্র অদ চেৎনা পাযবি, মদু মযামগী কৎফম অদুদা কংনবনি। ঐগী পিবাংশিং অদম শন্থাব, ঐহাব যাম্না অইংবা ব্রাখল অমনা থৌডানবিবে। হাযফম খঙদবা শান্তিগা বাখল অমনা ঐগী থম্মোযসি পিক থনখ্রে।

সত্য সাই বাবানা মহৌশাগী ওইবা মওংদা সুধা মজুমদাববু মাগী খুৎলায ওইনা দাবর্জিলিংদা খনখিবা অমসুং মহাকপু সাই নিতিদা পুশিনলকখিবা, মাগী মমাংগী শক্লোন্দা দর্শন অমসুং পাওতাক পিখিবা লম্বোইবা, সত্য সাই বাবা, সাই বাবা, সুধা মজুমদাব তশেংনা হার্যানিংঙাই লৈতনা মবাইবক ফববনি। মহাক্কি মশানা হকথেংনবগী থৌদোক অসিমক বাবা উনিংদ্রিবা কাংবুগীদমক্তদি অচৌবা পাবা অমনি :

প্রশান্তি নিলযমদা অহল ওইববী নুপী অমা লৈ, মাগী মশানা থেংনখিবা থৌদোক্তা বাবা অসি অবতার্বনি হাযবসি পুমশেং শেংহল্লে। মাগী মপাদু হাযদববাদকী নিজাম্গী লৈবাক্তা কল্লেক্তব ওইর্বনি। মহাক্তা মচানুপীদু চহি অহুম

শুরকপা মতমদা সিবদিদা পুখি অদুগা মথংদনা চহি তবেংতা অমুক পুখি। মহাক মতাং অসিদা লুহোংলে। মচা মবিমক লোযনা শিখিবগী মৈচাক্লা ঙাওবদুনা শোক ১৯১৭ তা সাই বাবাগী মখোঙদা কোল্লগা আধ্যাত্মিক্কি পাওতাক পিবিনবা অমদি মাগী মনাক্তা লৈহনবিনবা (বাবাদা) হাযজখি। লেন্দি বাগতা বাবানা মঙোন্দা হাযখি: "হৌজিক্তি যাববোই; ঐ অক্লদা অমুক লাক্কনি; নঙনা মতম অদুদা ঐবু উনগনি অমসুং ঐগা লৈমিন্নগনি"। মহাক নিজামগী লৈবাক্তা হনখিবমই অমসুং মুণি-ঋষিশিংগী মবমদা ঈশৈ শক্লুনা ভক্তি শন্দোকপগী থবক্তা চংখিবমই, সাই সদান কৌবা মপা-মমা লৈত্রবী নুপীমচাশিংগী যুম অমা লিংখৎখ ., মাগী শঙ অদুগী শেল তানবা যান্না শাংনা চৎপদা বাজ্ হাযবা নুপামচা অমনা মশানা সাই বাবানি হাযজবগী বাফম অমা তানকখি। মহাব উনবাখোন্দদা যান্না থুনা চত্তুনা শগোলশেন্দা শেসমা বাজ্গী মথুমদা ভজন যাওখি; মহাক্লা অঙাং অদুগা বেৎথংবদা কমখি। মহাক্লা হায মদুদি বাবানা মঙোন্দা হিন্দদা যান্না তপ্না, সিবদিদা হাযনগুম "অদুনা নহাক লাক্লেদনা ঐগী অঙাং" হাযবকখি। মহাক্লা হান্নগী শেন্দোন লুপা ১৬শু তৌবকখি। বাফম অদুদা মহাক পুমঙক ৬ চখি। মহাক্লা কবন্না শেল অদু তোনখিবনো হাযনা হংখি। বাবানা খুমখ, "নহাক্লা সিবদিদা দশবা কুম্মোগী থানবা খোমজিনাখবা শেলদগী মনুংদা, বলবামদা নঙনা লুপা নিফু শান্দোকখি; মহাক্লা লুপা কুনমাবথক্তা হল্লকখি"

অদুগা মহাক্লা অমুক লোয়া মখা তাবকখি : "ঐনা মসি নঙোন্দা হাযাববসি ঐহাক সিবদি সাই বাবানি হাযবদুতং খঙহন্নবা তৌর্বান ... নঙ ঐগী খোঙ শোক্লু ... নঙ চেক লাকপগা অদুম ফমখ্রে।" অদুগী মতুংদগীদি মসিগী নুপী অসি মাগী সংস্থান অদু থিংজিল্লগা যান্না তোযনা প্রশান্তি নিলযমদা লাকখি। মহাক হৌজিক যান্না নুংঙাইনা প্রশান্তি নিলযমদা লৈবে, সিবদিদা বাবানা মঙোন্দা হাযখিবদু অচুম্বা ওইখবে।

থাজবা ঙমদ্রি, নত্রদো? ফবে, Arthur Osborne না সাই বাবাগী মতিক মগুণ ফোংদোক্লবা অতোপ্পা এদজেক্তিব অমতা থিবা ফংখিদ্রে; হৌজিকসু অঙকপগী থাজবা ঙমদবদু অসুম লৈবি।

# ৯. অশেংবা নুংঙাইবা

## (HOLY JOY)

সাই বাবাগী মবমদা লাইনিক ইবিবা নুপা অমনা অকিবা, চিংনবা ব্রাখল অমদি যাম্না তোযনা ফাওগনি, মহম্মদ বাবানা হাম, "ঐদি নখোযনা শন্দোকপিবগী মথৌ তাদে। করি হাযননো নহে এনা ঐগী মবমদা শন্দোক্তদৌবিবসি" নখোযনা ঐগী মবমদা করি খঙলদনা, ঐ নখোযদা হংগেসে৷ ঙসিনা অমা ঐগী মবমদা ঙাওগনি, হযেংনা অমা ঙাওগনি। নখোযনা ঐঙোন্দা লৈবিবা থাজবা অদ লেঙদনা লৈত্রি। নখোযগী থবক থৌবমদ ফবিবমখে ঐবু থাগৎলি, অদুগা হেক ফত্তবা মতমদা ঐবু বদনাম পি। নখোযনা নপুক্লিং অদু অমদগী অমদা কোইচেন চেল্লি"। চুম্মে৷ অঙকপগী মশক ওইনিব৷ বাবা অসিগী মবমদা ঐহাক নিংথিনা খঙবা ইঙম ঙমাদ্র, চহি ২০ অতৎ ওখম লৈতনা মশাগা হকথেংননা শাগোন্নদুনা লৈবক্লবা ফাওবদা করিনো হাযবসি খঙবা ঙমদ্রি; মমি শামি খজিক্কং খঙবগি ব্রার্তনি। বাবানা হায :"নপুক্লিং চংউ; নঙনা ওশেংনা খঙজবা অদুতা ঙাঙউ; থৈদোক-থৌজিন তৌদুনা ঙাওগনু, হেঞ্জিন্না হার্যজিনগনু নত্রগা লান্না হার্যজিনগনু"। এনা হেক ঙমজবমখি হোৎনদুনা বাবানা পিবিবিবা পাওতাক অমদি লমজিং অসিগী মনুংদা চৎচর্নিবনি। "নঙনা ঐবু যাবনা অমসুং হোয হাযববদি, ঐসু হোয হোয, হোয হাযদুনা যাবি। নঙনা ঐবু যাদদুনা যাদে হাযববদি, ঐসু যাদে হার্যাব। লাকও, যেংউবাও অদুগা থাজৌ; মদুনা ঐবু শিজিন্ননবা উপাযনি।" মবম অদুর্ননি, মহাক্না শোক ১৯৪৮ দা মাগী পুন্সি ব্রাবী ইযু হাযখ্রবসু, ঐনা ইশানা হকথেংননা খঙলবা, উববা অমসুং মঙোন্দা থাজবা লৈববা মতম শোক ১৯৬০ খক্তদা ইবা হৌনবা অশেংবা যাথং পিখি, মতম অসি ঐহাক্না সমাজগী

অমদি ধর্মগী লুচিংবশিংগী মায়োক্তা অকনবা মোত কয়া চহি কুন্থ্রা হেন্না ইরক্লবা মতুংদনি!

অসিগুম্বা লুচিংবশিং অসিগী মায়োক্তা য়ানিংদবা, অকনবা মোত কয়া ইরকখিবসি ঐনা মতম কুইনা রামাকৃষ্ণ মিসন্‌গা লোয়নরকপদগী ফাওখিবা মিরাকলসপু য়ানিংদবদগীনি। অদুবু, বাবানা হায, মীওই খরনা হায় মদুদি রামকৃষ্ণ পবমাহমসনা হায়রমই মদুদি সিদধি নত্রগা শক্তি আধ্যাত্মিক্কি সাধনানা ফংলকপা, অসিনা সাধক অমগী পুন্সিদা অয়েংপা অপনবা কয়া পি। চুম্মি, পি। সিদধি নত্রগা শক্তি অদুনা মহাকপু লান্না পুখিবা যাই। মহাক চুন্না অদুম চৎপা তায, মখোয অদুদা কবি অমতা যাওশিল্লদনা শক্তিশিং অদুদা তোংশিল্লুরবদি মহাক শোয়দনা মদ কাবক্কনি। মসি অচুম্বা পাওতাক্নি, সাধক খুদিংমক্না খঙজিনগদবনি।

"অদুবু, লাল্লিনদি ঐগা সাধক অমগা চাংদম্নবা অদুনি, থিবিবা মীদুগা ফংনবা হোৎনবিবা পোৎশক্তুগা মান্নহল্লিবদুনি! ঐনা তৌবিবা পুন্নমকসিদি অবতাব অমগী তৌফম থোকপশিং অদুতনি। মীগী অফবা মগুণ খঙবা ঙমদবা কাংবুনা, কবি অমতা খঙদনা বদনাম পিনবতা হোৎনবনি। নখোযনা সাস্ত্র তম্নবদি, খঙলবদি পোৎশকশিং অসি হেন্না শেংনা উবা ঙমগনি। নত্রগা নশানা হকথেংননা য়েংনবা হোৎনগদবনি"। অবতাব অমনা লাক্লগা কবি তৌগদৌরিবা, কবি খঙহন্নিংলিবা হাযবনচিংবগী মনমদা শেংদোক্লদুনা মহাক্না হায়, "নখোয়গী থম্মোয়দা লাঙলিবশিংদু ঐ খঙই, অপাম্বসু খঙই, ঈথক হৌরিবশিংদুসু খঙই; অদুবু নখোয়দি ঐগী থম্মোয় খঙদে। নখোয়না অব্বাবা নঙলগা ঐঙোন্দা ফাওই, নখোয়না নুংঙাইরগস্ত ঐঙোন্দা ফাওই। মরমদি, ঐদি নখোয়গী থম্মোয়দা লৈ। মদু ঐনা লৈবিবা মন্দিরনিনে"। মাগী মরমদা ইবসি ফনয়াম্না তারুবা ওইরবস্তু, কলম অসি ফনা ইথোকপা ঙমদ্রবসু, খর মরু ওইবশিংদুদি খঙবা তাবনি, চাউবাকপা খবদি পনবা তাবনি, মদু মহাক্না ঐঙোন্দা খঙহনবিরিবা, উহনবিরিবা থাক অদুগী মনুংদনি।

শোক ১৯৬৪গী দিসেম্বর তাং ১৩দা বাবানা ভেনকতগিরিদগী কালাহাস্তিদা চৎখি, মদু মাইল চা কয়া লাপ্পা মঞ্জেবিদা লৈবা রামমোহোন বাওগী থোঙ্গাল লাম্হোরকপদা হায়খিবদুনি। তাং ১৭তনা কালাহাস্তিগী মনাক্তা লৈবা য়েরপেদুদা

লৈবা ব্যাস আশ্রম য়েংখি, মফম অসিদগীনি মলয়লা শ্বামিনা অদ্বাইতগী নিতি নিয়ম অমসুং মদুনা পুন্নমক্তা চৎনবা য়াবগী পাওজেল শন্দোকখিবসি। বাবানা হায়খি, "মলয়লা শ্বামিনা মঙোন্দা লাকখিবা খুদিংমক অমসুং মানা উনখিবা মীওই লিশিং কয়াদা শেংদবগী মরুমদা অশেংবা লৈবদুগী মতিক মগুন্দু ভাব তাহনখি। মদু মানা লাইরিক পাবদগী অমদি সাধনা পাঙথোকপদগী খঙখিবনি।"

সাধনাগী নৈনফম অমসুং মহৈ-মশিংগী নৈনফম ওইরিবা চাউরবা সংস্থান অসিগী দায়িত্ব পুবিবা বিমলানন্দনা বেনারসতা অৱাংবা থাক্কি সংস্কৃত তম্বা চৎত্রিঙৈদা থা কয়া প্রশান্তি নিলযমদা লৈমিন্নরমই। মফম অসিদা লৈরিঙৈদা মহাক্না শৈরেং কয়া ইদুনা বাবাগী খুত্তা কৎলমই। অন্ধ্র প্রদেশ অমসুং অতৈ থংনবা ষ্টেট কয়াদা ফাওরিবা মাগী গুরু মলযলা শ্বামিনা সংসার থাদোক্তুনা ওমর ওইখ্রবদা বিমলানন্দনা বাবাদা ওনশিন্দুনা লমজিংবিনবা হায়র্জখি; বাবামক্কি মখুৎনা লাইমিং লৌবিদুনা লাইনিংবগী পুন্সি অসিদা লেন্ননবা তাকপিবদু পামখি। অদুবু বাবানা মাগী গুরুদগী পুথোক্লবা হোৎনখিদে; মলযলা শ্বামি মশামক্না তাকপিরম্বা মতুং ইন্না অনৌবা ওইরিবা ফিভম অসিদা চখনবা মহাক্না কন্না হায়জরমই।

আশ্রম অদুদা লৈবিবা শেংলবা অকোযবগী ফিভম, ব্যাসকি মতিক মগুণবু ফোঙদোক্লিবা. অন্ধ্র প্রদেশতা মী লিশিং কয়াগী গুরু ওইখিবা মুণি অসিনা থেংনখিবা অৱা-অনা কযাগী মমি, শক্তম, বেদ-মন্ত্র কযা শোনখিবগী খোন্থাংনা পুমনিল নিল্লিবা মতৌ, অমদি মীওইনা পোক্লরিবা অমসুং হিংলিবা অসিগী অর্থ অমসুং পান্দম্নচিংবা নৈনখিবগী মওংশিং অদুগা বাবানা লাক্লিবগী পান্দম অমসুং পাওজেলগী শরুক খরদং আশ্রম অসিদা ফোঙদোকহন্নিংলম্না য়াই।

"ঐগী থবক্তি কনা কনাগুম্না খরগী অনাবা ফহন্নবা, থেমজিন্নবা, অৱা-অনা কয়া কোকহনবা অদু নত্তে। মদুদি অদুক তৌখিবা হাযবদুনি। ঐগী মপুং ওইবা থবক্তি বেদান্তা অমুক হন্না হিংগৎহনবা অমসুং বেদান্তনা তাকপা মতুংইন্না ভাবত্তা অমদি পৃথিবীদা অনৌবা পুন্সি খুৎলেন অমা হৌহনবদুনি"।

সংস্কৃত স্কুলগী ছাত্রশিংদা মানা হায়খি, "ঈশ্বর য়ৌনবা চৎলিবা শেংলবা লম্বী অদুদা নখোয় মশেল কন্না হিদায়ৌ। চাউখৎলকউ, ইশাবু ৱারকচদুনা অমসুং থকশি-খাসি ঙাক্না চত্তুনা; লৈবাক অসিনা অসিগুম্বা অঙাং দরকার লৈ, ফজনা

লাইবিক হৈববা থকশি-খাসিদি লৈতবা, সমাজবু কাং-খোং চায়হল্লিবা অঙাংশিং অদু নত্তে দবকাব লৈবিবদি”।

শোক ১৯৬৫ গী ফেব্রুৱারি থাদা পেনুকোন্দাদা স্কুলগী নুমিৎ পাঙথোকপগী থৌবমদা বাবানা পেনখিবগী/যানিংবা ফোঙদোকপগী ৱাফম খব লৈখি। ভাবত সবকাবনা হিন্দি লোনগী মতাংদা পুথোবকখিবা ৱাফম খবনা ভাবত শিনবা থুংনা যানিংদবগী, অযেৎপগী খোল্লাওনা নির্নখি। মদুগী খোল্লাও অদু পেনুকোন্দা সহবগী অকোযবদসু যৌবর্কখি। অদুবু পেনুকোন্দা হায়স্কুলগী ছাত্রশিংদি লাঙ্ৱা অদুদা যাওখিদে: মখোযনা থৌবম অদুদা হেন্না পুক্লিং চঙখি, অদুনা বাবাগী থৌজাল ফংজখি। বাবানা মখোযদা হার্যখি: লবুক্তা, নোংজু-নুংশা খঙদনা থবকশুবগা নখোযব্ মযম অসিদা নুংঙাইনা থল্লিবা নমা নপাগী তোল্লিবা লমন্দি যাম্না কন্না, থবাই যাওনা লাইবিক লাইশু তম্বনা লমন অদু শিংদোকপা ওইগনি। শেন্দোল অৈর্তোদ মসিগী মতুংদা লার্ক্কনি, নমা লৈবাক অমসুং নমালোনগী শেন্দোলসু কোন্না লাক্কনি। নখোযগী অকোযবদা লৈবিবা মফম পুম্নমক্তা মসিগী নোংলৈ নুংশিৎনা কয়া শিংখ্রবসু নখোযনা ঈংনা, নথৌ তৌদুনা লৈবম্বাসিনা নখোয ৱাফম অদ ভাব হান্না তাবল্লে হাযর্বাস ঐ খঙই।”

ফেব্রবাবি থা অসিদসু অঙাং ৪৫০ বোমগী উপনযানম প্রশান্তি নিলযমদা পাঙথোর্কখি। বাবানা হার্যখি, “মখোয ঐগী লাম্মি মবক্তা ঙসি থবক চঙহল্লবনি”। উপনযানম্ অসি ব্রাহমিন, ক্ষাত্রিয অমসুং বাইস্যগী অঙাংশিংগীদমক্তদি অচৌবা থৌদোক অমনি। যেংবদা যাম্না লেমখ্রবা থৌদোক্লি, ফজখ্রবা অঙাং মযাম অমা অনৌবা পুন্সি অমগী থোঙজিন্দা চঙবনি, নৌনা অমুক পোকপগুম্বনি, শেংলবা তুবেল তোর্ব্বান্দ থাযনগী মপা-মপৃশিংনা তৌনবম্বদুদা অমুক চেৎশিনহনলগী ৱাফম্নি, জগৎ অসিবু যোক্লিবা ধর্মবু চৎনহনবগী ৱাফম্নি। বেদগী মন্ত্র পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা গযাত্রি মন্ত্রদু তাকপিবগী থৌবমদু যেংবদা পুক্লিং যাম্না থৌগৎনিংঙাইনি। মসি মঙালগী শক্তম লৌবিবা ঈশ্বব, ঈশ্ববগী খুৎশেম পুম্নমক্তা শিনথুংনা লৈবিবা, অমম্ববু তাম্থোকপিবিবা, অপঙবা অমসুং ফত্তববু তাম্থোকপিবিবা মঙাল অদুদা হাযজবনি, খুৎমজবনি। মায-মিৎ থকহাল্লবা নোংচুপ লৈবাক্লি সমাজগী পুন্সি খুৎলেন মবক অসিদা অসিগুম্বা যাম্না শেংলবা, থাযনগী

ফজববা নিতি অসি নোংম নোংমগী শিথবকখ্রবা, চৎনবক্রুবা অদু অমুক হন্না হান্নগী মফম অদুদা হল্লিলহন্নবনি, বাবানা অঙাংশিং অদুদা তম্বিবিবদু।

শিববাত্রি যাম্না থুনা লাকখ্রে। অদুগুম্না শেংলবা নুমিৎ অদুদা বাবানা শিব ওইনা ঙাম্লোইবি অদুগা মাগী পাওজেলশিং অদু অখন্ননা জ্ঞান অমসুং মসি তানাশিনবগী তঙাইফদবা অদুদা শাফু পিখি। "মহেশ্বরদগী জ্ঞানগী খুদোল অসি পামউ, নিংউ" - শাস্ত্রনা হার্যাব। ষৌগিক কাল অসিদাদ ঋষিশিংনা জ্ঞানগীদমক্তা কখোকপা অমসুং লাইমিং লৌবগী নুমিৎশিং কালেন্দবদা অকক্লবা নুমিৎ থম্লবে।

শিববাত্রি নুমিত্তা অঙকপা পূর্ণ্মক্কি মথক্তা অঙকপা ওইবিবা, মাগী হকচাং মনংদা লিঙ্গ শেম্না অমসুং মদু মপান্দা পুগোকপগী মবক তৌই। শোক ১৯৫৫ দা মী লিশিং ১৮ লোম্না মসিগী অঙকপা অমসুং যাম্না লেমখ্রবা থৌদোক অসি তুমিন্না, ব্রা অমতা ঙাঙদনা, ব্রাখল লাঙতক্না যেংনখি; মখোয পূম্নমক্কি মিৎযেং অদু ফম্বাক মথক্তা যাম্না চীংলেম্না লৈবিবা মূর্ত্তি (বাবা) অদাগ যেংনখি। লাঙতক্লবগী ব্রাখল অদু খমথেংনা বাংখৎনবকখি, মতম অসিদা পূমলং লংবা, মশা নানবা, মনুং ফাওনা উবা ঙম্না লিঙ্গ অমা মযাদগী থোবর্কাখ; মদুগী শংনা লংবা মঙাল অদুনা মিৎাস থকহনবগুম তৌই; জগৎ ব্রহ্মন্দ অসিগী খুদম্মি, মদুগী মথক্তা শিবনা মতম চুম্নদা ঙাকশেন্দুনা লৌবি, মদু ঐখোযগী পৃথ্বিং মচাশিং অসিনা লামশিনবদা যৌবা ঙম্লবোইদবা, সিমানা লৈত্রবা, শাথিনা ঙম্খ্রবা, পোৎশক অমা ওইবে। মদুগী অশংবগী মতিক মগুণ অদুনা নুংঙাইবা অমসুং তৌবিমল খঙবগী পি শিন্তহনখি। মদুদা পোৎশক খৃদিংদা লৈবিবা ফজবা অমসুং মঙাল অদুবু ফোঙদোকখি। থবাই পাম্না জিব খৃদিংদা, থবানমিচাক্না থল্লবা অতিযাদা, অমসুং মীওইবগী থম্মোযদা লৈবিবা ফজবা অমসুং মঙালবু ফোংদোকখি।

শিববাত্রি মতুং চযোল অনি বাবানা অনাবশিংদা, অহলশিংদা, শোযনাইববশিংদা, লোযননা অতৈ মাগী খুদক্কি মিৎযেং দবকাব লৈবে খনবশিংদা, মশা নাবগী, পৃক্রিংগী নত্রগা আধ্যাত্মিক্কি শেংদোক্লবগী থবক্তা থৌজাল পিবদা যাম্না চিল্লমই। অদুগী মতংদা মহাক ককিনদাদা চৎখি; মদু গোদাববি তাফমদা লৈবনি, মফম অদুদা মাগী হান্নগী হকচাংগা যাম্না নকশিন্না লৈজবা কাংবুনা মন্দিব অমা শাবমই; মদু হাংদোক্লবা চৎপা খোঙচৎনি। তিল্লম্না মীযামদু অকিবগী

মশক ফংনা য়ামখ্রে; লৈরক খুল্লক পুম্নমক থৈনফম লৈখিদ্রে, য়ুমথক পুম্নমক খৌরাংলবা মীয়ামদুনা পৈখ্রে। শিল্লিবা কাংবু অদু নুংশা থিখি, মিপাইখি মরমদি য়ুমশিং অদু অদুক য়াম্বা মীয়ামগী অরুম্বদু পুবা ঙম্নবা শাখিবা নত্তে, অদুবু, বাবানা কৈশু তৌরোই হায়না থাজবা পিবিখি। মহাক্না অমুক্তং কোয়না হায়ফেত্তুং য়েংখি, অদুগা হায়খি, "মসিনা য়ারে নুপা, নুপী অমসুং অঙাংশিং অমতা খুদোংথিবা লৈররোই"। মাগী পাওজেলগী মতমদা বাবানা হায়খি, "নখোয়না ঈশ্বর হায়না কৌনবা, অনৌবা মিং খুদিংমক্কি নত্রগা মানা লৌথ্রিবা, ওইথ্রিবা শকওং-শক্তম খুদিংগী লাইশঙ অমমম শাবগী দরকার লৈতে। নহাক্না মহাকপু মফম পুম্নমক্তা, মতম পুম্নমক্তা কৌবা য়াই। কুইরবা লাইশঙশিং অসি শেংলবা ভক্ত কয়ানা মথং মথং শোঞ্জরকপা খুরুমজরকপনা মপুং ফানা প্রেম্না থুমহত্তুনা লৈরবা ঙাক্তনি; অসুম্না চৈশাং শিংনা তুংশিন্দুনা লৈরক্লবা নরল অদুদা নঙনা শরুক য়াবা ঙমদ্রবদি মদু নঙগী অরানবা ওইগনি।"

ককিনদাদগী বাবানা মাইল ২০ লোম লাপ্পা সমপরা কৌবা খুঙ্গং মচা অমদা থৌখি। প্রশান্তি নিলয়মদগী মাইল ৭৫০ হেন্না লাপ্লবসু মসিদা বাবাগী ভক্তিনা মপুং ফানা শাৎলিবা ফজরবা লৈকোল অমনি। চহি কয়াদগী হৌনা নুপা অমসুং নুপীগী মীওই ৫০/৭০/১০০ না শাবা কাংবু কয়া প্রশান্তি নিলয়মদা ধর্মগী অশেংবা খোঙচৎ ওইনা লাকখি অমসুং চয়োল কয়া লৈদুনা মশাদা থাজবা অমসুং থকশি-খাসি মপুং ফানা চুপশিনহনজখি। খুঙ্গং অদুদা লৈরিবা য়ুম খুদিংমক য়াম্না তরু তনালবা, মনম নুংশিরবা প্রশান্তি নিলয়ম অমমমনি, য়ুম খুদিংদা নুমিৎ খুদিংগী তৌফম থোকপা মথৌ ওইনা প্রানভা মন্ত্র শোনবা, ভজন-শকপা অমসুং নামস্মরন তৌবা মফম্নি। লম্বী পুম্নমক্তা ফিরাল অমসুং ফেস্তুন ঙাক্তনি হায়বদা অঙকপা নত্তে। চহি খুদিংগী খুঞ্জাশিংনা ভগবত তাননবা থৌরাং তৌই, মদু থা কয়া চৎথৈ, অদুনা, মখোয়না লাক্লিবা ওজা, মবুংঙো অদুবু মাগী বাঁসিগী নুংশিরবা শুরনা জগৎ অসিবু পিক থলহল্লিবা জগৎকি মবুংঙো অদু ওইনা উখি।

ঐখোয়না বাবাগা লোয়ননা সমপরাদা চৎমিন্নবদা উরকখিবদা মখোয়গীদু য়াম্না পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইবা ভগবতকী কম্মেন্তরিনি- শন্দোক্না তাকপনি। লবুক্তা লাঙ্গোল খোইদুনা লৈরম্বা ময়ামদুনা বাবাগী কার তম্না লৌবুক খোংবাল

লান্দুনা চেনশিল্লক্লিবা, চমখ্রবা লৱাইগী মীযাম অদুগী মাযথোংদা, বৃন্দাবনগী ষনজেন-নহাশিং অদুগী থম্মোযদা হৈনিং হবাওবগী অকনবা ৱাখল অমনা পিক থন্না লৈবগুম মখোযদসু লৈবদু উবা ঙমখি। ঐখোযনা খুঙ্গং অদুদা সুম নৰ্কশিল্লকপগা ইবোযননা ভগবতগী লমাযশিং অদু হেন্না মযেক শেংলকখি। মখোঙ খব খব থাংবা হৈববা অঙাংমচাশিং, নুপামচা নুপীমচাশিং, অহল ওইববী নুপী, নুপা, পাখং, হনুববা, হনুববী পুম্নমক ৱাহৈনা ফোংঙমদ্রবা নুংঙাইবগী মায়থোংনা ঙাল্লমই। মখোযনা হাযজবদা মখোযগী মবুংঙোনা অসুক হবাও-হবাওনা যাবিগনি হাযবসি মখোয খক খল্লমদে, অমসং অসুক শাংখ্রবা, উফুলথাংবা, শম্থি-শনযুংগী মনম ঙাক্তা ঙাইবা লম্বী অসিদা খঙ্গংগী হোল যৌনবা লাকপিগনি হাযবসি মখোয খক ভাবনা ফাওবা খল্লমদে' শেংলবা থম্মোযশিংগী মফমদদি বাবাসি মশা পুম্বা নুংশিবা প্রেম অমসুং থৌজাল ঙাক্তনি। কনাগুম্বা অমনা গাডি তম্না চেনশিল্লকপা উববদি মহাক্না গাডি তপথহন্নবা হাযখি, মদুনা 'মতাজবিবা দৰ্শন অদু ফংজনবনি, ষনগাডিদা পুল্লপ তোংদুনা চৎলম্বা কাবনা হেনগৎলবদি, কাব খামখি, মদুনা মখোযনা কুমথজবগা থৌবাংবা অদু কোকচনবনি। খুঙ্গংগী মখ্বাং কোল্লবা লৌমীশিংনা লৰ্ম্বাদা চৎলম্বা থেংনবৰ্বদি, মহাক্না গাডি খাৰ্মখি অমসুং মমিৎ পেন্না য়েংহন্নখি অমসুং উৰ্হেশিং পিবিখি। সমপবা তান্না যাও খব হোইবা অহল অমা যাওবমই, বাবানা কাব তপথহনখি, মদু মাগী দৰ্শন উজহৌনবনি। মহাক যেংথোবক্ল বা গাডি হোবন খোংখি। অদুবু মহাক যেংথোবকখিদ্রে। থৌজাল পিবিনবা কৌবকপদা মহাক তাখিদ্রে, মনা পঙখ্রে। বাবানা হাযখি, "মবাযবক থিববা, মথংদা, মথংদা ..." অদুদগী কাব অদু থৌগৎখি।

খুঙ্গং অদু অশেংবা নুংঙাইবনা থুম্মৎখ্রে। তৰ্ঠিল্লবা মযামদুদা বাবানা হাযখি; "নখোযনা ঐবু নখোযগী নবক্তা লাকহৰ্নিনংবসি চহি ৬ শুরে, অদুনা ঐ হৌজিক নখোযগী থম্মোয ইংহন্নবা অমসুং নুংঙাইহন্নবা লাক্লবনি"। মহাক্না সহবগী খব-নিল-খোংবা তাবগা চৰ্নিংদনবা চেকশিন-ৱা হাযখি। "সহবদদি মীশিংসে খৎনগল্লে, মিহৌ চাউবে, অমসুং মিৎযেং-নাযেং পুম্নমক চাউখত্তবা মওংদা লৈবে। মদুদদি মীসি শা অমনি, যাম্না শাথিবক্লবা যুমদা যোকপগুম্বনি। যাম্না তহা-তহাবা মবক্তুদা, শেল অমদি শমপত্তি লৈননবা খল্লিবা মবক্তুদা, মী হাযবসি ঈশ্বৰান হাযবসি কযা থৌশাদে, কাওথোকই। নখোযনা লৈবিবা মফম অদুদা পেন্থোকপা

অমসুং নুংঙাইবা তমউ। সহরদা নুংঙাইগনি অমসুং অপেনবা লৈগনি খন্দুনা চেনগনু, চৎকনু। নুংঙাইবা অমসুং অপেম্বদি নুংগী ওইবা, থম্মোয়গী ওইবা লন্নি অমসুং মপানথোংগী ফংলিবশিং, লৈরিবশিং অসি নত্তে। (They are inner riches and not outer acquisitions.)

বাবানা মসিগী পাওতাক অসি মানা চৎলুবা খুঙ্গং খুদিংদা পিরমই। হন্দক্কি খোঙচৎ অসিগী লোয়রমদাইদা সত্যবদা য়েংখি, মফম অদুদা মহাক্না হায়খি, "সহরদদি নোল্লুকপা অমসুং ব্যবহার হায়বসি য়াম্না থুনা মাঙথরক্লি; মানা মহেল্লে হায়না চৎপা অমসুং ব্যবহার ব্রাৎপগী থবক অসি য়াম্না মরাং কায়। পাপ কিবগী থবকসি য়াম্না হস্থখবে; সহরগী মীশিংসে ঈশ্বরবু থাজগন্দবা অমদি মীবুসু থাজগন্দবা ঙাক্তা ওইরে। অদুবু, অসিগুম্বা নোল্লুকপা, ব্যবহার ফজবা, পাপ তৌববু কিবা, অচুম্বদা থাজবা, ধর্ম লৈবগী কান্নবা পুম্নমক অসি হৌজিকসু খুঙ্গংদদি লৈরি।

ককিনদাদগী বাবানা পিতপুরম্দা চৎখি; মফম অদুদা য়াম্না চাউবা মীয়াম অমা অমনবা লানব্ন অমদা তিল্লমই। "অসিগুম্বা মন্থরক্লবা মফম অমসুং মতুম তাবা য়ুম্বিশিং অসে মতম অমদদি শক্তি অমসুং চাউথোকচনিংঙাইগী খুদম ওইবমই; হৌজিক্তি মখোয় অসি মন্থরক্লবা, শোন্থরক্লবা, লাইবক থিরক্লবগী নিংশিং খুদম ওইবক্লে।" বাবানা হায়খি। বাবানা অমুক্তা মীয়ামদুদা মখা তাখি, "য়াম্না ফিভম চাদ্রবা ফক্লাংশিং অসিনা নখোয়দা পবা অমা তম্বিরি মদুদি মতম হায়বসি খ্বাইদগী চাউবা জয় তৌবা ঙম্বা শক্তিনি। ভিসাখ পতনম দিস্ত্রিক্তা তায়নবদা লৈবা যেলামনচিল্লি হায়বা খুঙ্গং অসি মথংদা বাবাগী থৌজাল ফংজবা খুল ওইখি। মী লিশিং য়াঙ্খোনা বাবাবু য়েংনবা অমদি বাবানা ঙাঙবা তানবা ঙাইদুনা লৈরমই অমসুং মদুদা ফংলকপা মমল য়াম্লবা পাওতাকশিং অদু ময়ুমদা পুখিনবা ঙাইরমই। "ঐনা নখোয়দগী খুইথখিগদবা লৈ লৌদে, পুমথখিগদবা উহৈ লৌদে, সিমানা ব্রাংমদা চৎনদবা শেল লৌদে; নঙগী শেংলবা পুক্লিংগী লৈকোন্দা শাৎপা থম্বাল অদু পিয়ু, নঙগী য়াম্না শেংলবা নুংগী অশেংবা ব্রাখলতমক চেনবা থম্মোয় অদু পিয়ু অমসুং ঈংনা, তপ্না, চাংনায়না হোৎনবগী থকসি-খাসি অদু পিয়ু" - বাবানা হায়খিরমই।

অদুগী মতুংদগী বাবানা কোনা-সেমা কৌবা গোদবরি তুবেল তাফমগী

লমদম অদুদা থুংখি; "হায়রিবা লমদম অদু বেদ অমসুং শাস্ত্রদা হৈথোইরবা ময়ামগী পোক্লফম অমসুং অতৈ হিবম কযাদা হৈথোই-শিংথোইববা কয়াগী পোক্ল ফম্নি।"

অদুনা তুবেল তাফম অদুগী ময়ায ওইবিবা অমলাপুবমদা ঙাওখিবা ব্রাফমশিং অদু থাইনগী অবিবা লোৎচৎ-শাজৎ অমসুং বেদগী জ্ঞানগী মবমদা তুংনফম ওইবিবা হিবম অদোমদা খব হেন্না তাকপিখি।

অমলাপুবমদা মী লাক্ষ অহুমলোম তিনখি; কাবনা, হিনা, বসনা, ষনগাডিনা, সাইকলনা, খোঙনা লাক্লখি; মদু বাবাগী দর্শন ফংজনবা অমদি পাঙ্গল অমসুং নুংঙাইবা পিবিবিবা পাওজেল অদু তানবগীদমক্তনি। বাবাগী লৈফম মমাংদা মী হেক যামখৎলক্লবদি পুং খুদিংদা মিনিট ১০/১৫ বোম পাওজেল পিখি, মদুনা মীযামগী চাং অদু হন্তখিনবনি, অবাপ্পদগী লাকপা কাংবুনা হঞ্জখিবা যানবনি। মদুম হাযনা তৌববা ফাওবদা নুমিদাংব্রাইগী মিটিং অদু মী যাম্না অদুম তিনখি। বাবানা হাযখি, "মাইল কয়াগী অকোযবদগী নখোযনা মী লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইদুনা মতম মাঙনা, শেল তিংনা, অব্রাবা কযা খাঙনা লাক্লে। নখোয়না পুং কযা ঐগী ব্রাঙাং তাববা মতুংদা বাফম অমতংদি পুখো অদুগা কাওদনা থমউ, "অপাম্বনা অব্রা- অনা থোকহল্লি, অপাম্বা থাদোকপনা নুংঙাইবা পি"।

মহাক্না হাযখি মদুদি পন্দিতশিং অসিনা অপাম্বা থাদোকপগী লনগৈ অদু ফংনবগী থোঙ হাংনবগী শোদি মখোযগী খুত্তা লৈ। "লাইবক ফবদগী অদুগুম্বা পন্দিত খব মফম অসিদা লৈবে, মখোযনা শো অদুদা থাজবা মাঙহন্দনা লৈবি, অমাঙ-অতোং, মিংচৎ নত্রগা বদনামি লৈববা ফাওবদা যাম্না ঈংনা লৈদুনা থাজবা অদু ঙাক্লি। মখোযদি মীযাম মমাংদা ফোংদোক-ফোংজিল পামদবনিনা, খববগী থোঙদা ফোঙদবনি। কনা অমতনা মখোযগী নাবিবস্ লৈতে: মখোযনা কনাগীস্ বাক্সদে। তৌজিক্তি মীযাম্না মখোযগী মবক্তা লৈবা মুণি- ঋায মশক খঙববুদি সিনেমা যাওবা মীনা হেন্না মশক খঙলে।"

মহাক্না দর্শন পিবিবা মতমদা মী ওই লাক্ষ লাক্ষ কযানা মাযথোং মকাফন্না, হবাওনা, নুংশিবা প্রেম্না মহাবপু খনবিবা অদুদা বাবাগী থম্মোযদা নুংশিবা প্রেম পোকখি। মহাক্না যাম্না তোযনা হায, "নখোযদগী ঐঙোনলোমদা, ঐঙোন্দগী

নখোয়রোমদা চেন্নবিবা নুংঙাইবগী ৱাখল, ঈচেল অসি ঐহাক্না পাওজেল পিদুনা মবক থৎনিংদে। নখোযগী অপান্বা অমসুং অৱাবা কযা খাঙলিবা মদুগী ফলসি মসিনা খজিক্তং মেনখৎলি হাযনা ঐনা খল্লি।" মহাক্না অমলাপুবমদা মীযামদা হাযখি, "নখোযনা ঐবু কযা যাম্না নুংশিবগে হাযবদু খঙলে। চাবা, থকপা, তুম্বা পুম্নমক থাদোক্তুনা উকম অসিদা ফমফম মচেৎ অমতং ফংনবা, ঈশিং গ্লাস অমতং ফংনবা কযাদা ৱানা হোৎনবিবা। ককচেংপুং অমদগী নুংশা মঙাল অমসুং চিনিগীদমক শঙ্খু থোবকপগুম নখোযনা খুঙ্গংশিংদগী পুল্লপ থোবক্কি। নখোয় ঈশ্বরগীদমক্তা খৌবাংবা লৈবে, আধ্যাত্মিক্কি মঙালগী খৌবাংবা লৈবে।"

অমলাপুবমদগী বাবানা বাজামুন্দ্রিদা চৎখি, মফম অসিগী মনাক্তা Sir Henry Cotton না গোদাবরি তুবেল মথক্তা ফৈগাক ফৈনা অকনবা ঈচেল ফাথদুনা তুবেল তাফম মাযগৈদা লৈহাও চেলহন্নবা থৌবাং অমা পাযখৎলি। মসি চহি ১০০ বোমগী মমাংদা পাযখৎখির্বানি, মফম অসিগী প্রজা মীযাম্না Sir Henry বু মাগী ইঞ্জিনিযাবগী হৈ শিংবা অমসুং তুংদা লাক্কদবা শাংনা উবা ঙস্বর্গীদমক তৌবিমল খঙবা উৎলি মর্দুদি মফম অদুদা অমুঙং ঈকজথোক্লবদি বেদগী মুনি-ঋষি শিংনা অশেংবনি হাযনবিবা মফম অমদা লুজবগা চপ মান্ননা লৌনববনি! বাজামুন্দ্রি নব্রগা বাজামহেন্দ্রভরম মফম অদুগী মীনা কৌনবা মমিংনি, অসি ইতিহাসিক থৌদোক কযানা থনখ্রব', কলচনগী অবিবা শক্তম অমসুং ধর্মগা মরী লৈনবা থৌবম কযানা মবাং-কাযনা লেবা মফম্নি। জগৎকি মপু ওইবিবা বিশ্বেশ্বরগী মন্দিরদা ভক্তশিংনা নুমিৎ হুম্নি পাঙথোকপ' যাজনাগী অবোযবা নুমিত্তা বাবানা মতম চানা যৌখি। বাবানা মবক মবক্তা মন্দিরগী অকোযবা মাঙ্গোলদা কোযনা চৎলমই; মহাক্না জগৎকি মচিনজাক পিরিবিবি থৌজালগী শক্তম ওইরিবী, লোথনরী, শক্তিগী মন্দিরদা যেংশিনলমই। মহাক্না নুংগী মুর্তি অদু উবমই অমসুং হাযখি, "ও! মহাক্না মথৱাই পানবা জিব কাংলুপ" খুদিংমকপু মচিনজাক পিবিবি, অদুগা নর্শাদি যাম্না লাযববি, মশাগী নাসিবা ফাওনা শিবা ঙমজদ্রি।" ৱাহৈশিং অসি হাযবন্নগা মহাক্না মখুৎ ওৎখি, অদুগা যেংউ! মাগী মখুত্তা দাইমন্দগী নির্গথববা নাসিবা অমা শেমখি; মদু নাতোন্দা নপর্শিনখি, শিজিনাখ!

অদুদগীদি মখোযনা হাযগনি, 'আহ! বাবানা মসি ঐখোয়দা বাজামুন্দ্রিদা হাযবিখিবনি', অমসুং মদুদগী মখোযনা অমুক পাঙ্গল ফংজগনি হাযবদি হেন্না

থাজবগনি। হকথেংনখ্রবা থৌদোক অমতা লেম্না মাঙলোয। মদুনা লাক্কদৌবিবা খোঙচৎকি মাইওন চুমগনি, মিৎযেং হোংহনগনি, শাজৎ-নিতি হোংহনগনি, ফিভম অবস্থা কয়া শেংদোকহলগনি"।

তাবিবা মযামদুগী মবক্তা মপা-মচা অমা যাওবমই। মচা অদু ঈশ্বরবু যাম্না কন্না থিজবা, থাজজবা অঙাং ওইবমই। মহাক্না বাবাবু উখি, বাবাগী পাওজেল তাবমই অমসুং পুম্নমক মবুক্তা হানজিল্লমই। মহাক্না মযুমদা হনখিবদা ঈশ্বরগী ৱাখল নত্তনা অতৈ অমা খনখিদে, মহাক্না মিকুপ অমতং মতম ফংজবদা মদু ঈশ্বরগী ৱাখলদা শিজিন্নখি। মপা "দুসু মচাগী মতৌ অদু উবদা চাউথোকচখি। মহাক্কি মচাদু ঈশ্বরগী মাযকৈদা তশেংনা চৎলে খঙবদা মহাক নুংঙাইজখি। মহাকসু অসুক্কি মতিক ঈশ্বরগী সাধনাদা এ াই লুপশিনখ্রে মদুদি মাগী মচানা থা খবগী মতুংদা মমিত্তা বাবাগী শক্তম উং া, মচিন্দা বাবাগা মিংখৈবোল শোন্দুনা যাম্না ঈংনা তাইবং সংসাব থাদোকখিবদুদা মহাক্না বাবাদা চিঠি ইবকখি, "ঐগী ইচাদো যাম্না নুংঙাইনা পুন্সি মতোন লোমখ্রে, মহাক ঈশ্বরদা তিঞ্জগে হাযবা বাখল নত্তনা অতৈ অপাম্বা অমতা লৈখিদে। ঐগী ইচা অসিনা অসিগুম্বা পুন্সি খুৎলেন অমা লেনখিবা অমসুং যাম্না কল্লক্লিংঙাই ওইবা মওংদা সংসাব থাদোকখিবা অসিগীদমক ঐহাক নুংঙাইজৈ ' বাহৈশিং অসিনা বাজামুন্দ্রদা মীওই অনিসু তশেংনা চিংনবা ৱাখল পুম্নমক কোকহনখি লোযননা অশেংবা ভক্ত ওইখি। কবম্বা লৌবুক্না মক অদুগা চানগনি হাযবাস মহাক নত্তনা কনানা খঙগনি।

বাবানা বাজামুন্দ্রিগী মাযাম অদুদা হাযখি মদুদি লৈবাক অসিগী লুচিংবশিংনা লৈবাক্কি চাউখৎ থৌবাং খক্তা শেম-শাবা নত্তনা মসিগী মাযোক্তা লৈবিবা অৱাবশিং অদুগীস্ থৌবাং তৌগদবনি। নোংচপলোমদা হিংনবা পুন্সি লোল্লবা মওং অসি খ্বাইদগী বাংবা থাক যৌথ্রবসু অমসুং অদুগুম্বা নুংঙাইবা অদুগী চংলিবা মচাক খুদিংমক পুম্নমক্না ফংবা ঙম্নবসু সমাজগা ঈচেল অদুদা পুক্লিং লাংতক্লবা অমসুং লমচৎ নীতি বাৎপগী অকনবা চৈথেং অমদি পিবি। মীপুম খুদিংমক নিঙবা কাযবা অমসুং আকবা ফাওনবি; বাখল মাংলকপা অমসুং মথন্তা শিজবা হেনগৎলক্কি, কবেম কথাইনবা, থৌশাদবা, কাতু-কাবল তৌবা, ব্যবহাব লৈতবা যাম্না মবাঙ কাযনা থেংনবি। "মী হাযবসি অবাবা অমসুং নুংঙাইবনা শোকহল্লি হাযনা লান্না থাজহল্লি। অদুবু, মী হাযবসি মহৌশানা ওমবনি; অবাবা, নুংঙাইবনা

শোকহনবা ঙমদে, অপাম-পামদগী লিচিংনা মহাকপু যৌহনবা ঙমদে"।

বাজামুন্দ্রিদা, প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভাগী সেন্ট্রেল কমিত্তিগী মেম্বর ওইবা, যাম্না ফাওববা পন্দিত অহুমখক সনমান উৎপগী হিন্দু সমাজদা পাঙথোকপা থৌবম অমদা বাবানা সভাপতি ওইখি। "নশাগী অনাবা মশক খঙউ; অদুগী মতুংদা লাযেংনবা খল্লু; মাইবা ডাক্তর উনৌ; হিদাক চাউ; মানা হাযবা চাব-থকপগী নিযমশিংদু ইল্লু। মদুনা হকচাং অমুক ফবক্লবগী অমতা ঙাইবা উপাইনি। মসিগী পন্দিতশিংসে অমসুং মখোযগুম্বা মীতাশিংসে কবম্না লাযেংদুনা সংসারগী অফা-অপুন অসিদগী নাম্থোকহনগদবগে হাযবদুগী জ্ঞানদু লৈববনি", মহাক্না হাযখি।

হাযবিবা দেলতা অসিদা বাবানা কাদলি অমসুং বাজোলে কৌবা খুঙ্গং অনিসিসু যেংখি, মতুংদা সত্যবদা খুঙ্গংগী নুংশিববা থম্মোযশিং অদুনা বাবাবু চিংশিনখি। খুঙ্গংগী যুমশিং অদু লৈপাক্কি অথাবা ফকলাংনা বাংনা কোযনা খাগৎলি, অদুনা অখুবা লৈবক মচা অদুদদি মীওই লিশিং কযাদু লোযনমক্তা দর্শন পিবা ঙমখিদে; অদুনা বাবানা ৱাগী কৈবাক থাক নিপাল পানবা অমা পুহল্লক্লগা মদুদা কাখত্লুনা যাম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইবা ফকলাং মথক্তা কাখৎখি।

নুংশা মবক অদুদা পুমহাং হাঙবা মফম অদুদা লেপ্লুনা মযাম্না খৌনাংনবিবা দর্শন অদু পিবিখি। যুম মথক্তা থাক-থাক কযা কাখৎখিবা, মাগী কাব মথক্তা কাখৎখিবা কযা ঐহাক্না উম্মে, মদু যোমশিল্লক্লিবা মীযাম অদুগী অপাম্বা দর্শন অদু পিবিদুনা পুক্লিংগী খৌবাংবা অদু কোকহল্লবনি, বোম্বেদা মহাক্না প্লালিযব কোনুংগী দোলান মথক্কি মাঙ্গোলদা চত্তুনা মীযামদা দর্শন পিখি; কবনুলদা অকোনবা থামচেৎ শাবা অখুবা ফম্বাক অমগী মথক্তা লেপখি, বৃন্দিলিদনা মনগাড়ি অমগী মথক্তা থাবা চৌক্রি অমগী মথক্তা লেপখি; ত্রিভানদ্রমদা নুংশা মবক্তা ফিযাত কাব অমগী মথক্তা লেপখি; পুন্নমক অসি মীযাম্না হেন্না উজনবনি অমসুং পুক্লিংগী খৌবাংবা অদু কোক্লবনি। অদবু, লৈপাক্কি ফকলাংদা ঙাবা বাগী কৈবাক অমদা থুনা কাখৎলগা ফকলাং মথক্তা চিংলেম্না লেপখিবা অদুমদি ঐগী নিংশিংবগী মঙালদা মাগী থৌজাল পিনবিবনিকো হাযবসিদি অদুম নিংশিংহন্দুনা লৈবগনি।

অদুগা, মশিং লাকঙমদ্রবা মীযাম অদুনা বাবাদগী চিংথোবক্লিবা পাওজেল, কযা-কযা, ও! তশেংনমক অমৃতগী ঈচেল ঙাক্তনি। "নখোযনা যেনখোং

অহানবদা হৌগৎলি, উচেকশিং অসিনা মশা ফিদুপ তাথ্রবা মতমদা তুমই। নখোযনা নুংশা মবক্তা থবক শুই, নোংনা নশা পুমলুপ্ লুপই, লৈখোম মবক্তা চৎলি, থি-যুং, অমোৎপা মবক্তা চৎলি, থি-যুং, অমোৎপাই মবক্তা থবক শুই, মদু নখোযগী মবী মতাশিং মচিঞ্জাক অমসুং মফি মবোল পিনবনি লোযননা নখোযবু যাদবা, চৈথাংবা কাংবুশিং অমদি নখোযনা সংসাবগী অনৌবা চৎন-লোনচৎ হৈজদবদুগী খুদোংচাবা লৌবিবশিং অদুগীসু যাওনা মচিঞ্জাক পিনবা নোমলিবনি। অদুবু, মসিনা লোযবব্রা? মসিনা মীওইবগী মথৌ পুম্নমক মপুং ফাবব্রা? নঙনা যুগ কয়া হোৎনজদুনা ফংজবকখিবা মীওইবগী হকচাং অসিগী পান্দমদু মসিবা? লৈহাওনা মপুং ফানা লৈববা লব্ক অদো অহাঙবা ওইনা লৈহনগনু, তিংখঙনা যোমশিন্দুনা, নাপি-শিঙনানা চৌহন্দুনা থমগনু। ধর্ম লৈবা থবক্তনা থম্মোযদু খোইদোকউ। নুংশিবা প্রেমতনা ঈশং চাইযু, ঈশ্বরগী মিংখৈবোলনা মরু ওইদুনা হুল্লু, কল্লক-মিথৌবগী তৌ-শিংনাশংদু পেংথোকউ, মক মবাংনা হৌগৎলকপদু যেংউ, থর্কশি-খাশি নাযবনা শম্বল ওইনা খাজিল্লু, ধ্যানগী লৈনা শাৎকাইবকপদা নুংঙাইযু, নুংঙাইবগী মহৈ-মবোং লোকপদা নুংঙাইবো"।

সত্যবদাদগী বাবানা মাগী মমাংগী হকচাংগী মূর্তি অমা শেংদোকখিবা বেপাল্লেদা চৎখি। মশিং লাকঙমদ্রবা যাত্রিব মযাম অদু বাবাগী দর্শন হেক ফংজবদা ঙন-বাইমুক চিকখি। মদু যেংগদবা অমদি থাজগদবা দৃশ্য অমনি। বাবাসু "অচিকপা" নত্রগা "তামন্না লৈবা " অদুগী মবমদা ঙাঙখি। শুমভিব অসি পাৎকি নত্রগা তুবেলগী ঈশিং অকবর্দদি যাম্না নুংঙাইজৈ, কনা অমতনা মঙোন্দা শোকহনবা ঙমদে, মাবু মার্যথিবা পিবসু ঙমদে। অমুক্তং কংফাল মথক্তা কাখৎলক্লবদি, মীগী শান্নপোৎ ওই, মাগী শিফম ওই। অকবা হাযবসো নহাক্কি চঙজফম্নি, নঙগী পাঙ্গল লাকফম্নি। লৈঙোই মথক্তা নএগা অখেনবদা হাইদোক্কনু। অকবদা অচিকপা লৈবনি, মফম অদুদা নহাক্কা ঈশ্বরগা বাবী শাবা যাবনি"।

থিন্দনা বাবাসি প্রশান্তি নিলযমদা হল্লকখি। মহাক্লা ২ শুবা খোঙচৎ ওইনা বোম্বেদা জুনগী তাং ৬তা থুংখি। "ও! তশেংনমক বাবা বোম্বেদা লৈবমই! "থৌদোক অদুবু শন্দোক্লা হাযবা যাবা, তাকপা যাবা ঐগী ব্রাহৈ লৈতে", মহাবাস্ত্রা সবকাবগী হোম মিনিস্তব ওইবা অদুগা মতম কুইনসু সির্দি সাই বাবা সমস্থানগী

চেয়ারমেনসু ওইরম্বা, মাননিয শ্রী পি:কে: সবন্তনা ইবকপনি। মথংগী নুমিত্তা মতুংগাদা লৈবা সনমুখনন্দা হোলদা ফজনা শিল্লবা মিটিং অমা পাঙথোকখি। “মদু লাই ময়ামগী সভানি”, শ্রী সবন্তনা ইবিবনি। “মদু ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী হেন্না চাউথোকচনিংঙাইগী নুমিৎনি,” মহাক্লা হায। হাযবিবা নুমিৎ অসিমক্তদা প্রশান্তি বিদ্বান্‌মহাসভাগী মহাবাস্ত্রাগী শাখা অদু শঙ্গাখি। থৌবম অদুদা বাবানা হাযখি মদুদি মীওইবগী ইতিহাসতা ঙাস ওইঁববা অকবা ব্রাথোকশিং অসি চহি কযাদগী লৈবাক অসিনা ঙাকশেন্দুনা লাক্লিবা লেঙদ্রবা মমল ( Eternal values ) অদু শন্দোকপতনা থৈদোকপা ঙমগনি। মথংগী নুমিত্তা মহাসভা অদুগী কমিতিগী মিটিং অমা ফমখি; মতম অদুদা মেম্বর অমনা মশানা ইজবা ‘নবরত্ন’- মালা ‘মণি মাপলগী পরেং’ কৌবা কবিতা অমা পাথোকখি। বাবানা মণি-মুক্তাগী মবমদা অশেংবা শেংদবা, মণি মযামগী মনুংদা দাইমন্দগী মবমদা বা ঙাঙখি। মহাক্লা হাযখি মদুদি পুক্নিং অসিনা শিনবা মতমদা, অমসুং লাঙালবা বাখল পুন্নমক অসি ইংথববা মতমদা কনাগুম্না অমনা হেন্না ফববা "Die mind" পুক্নিং শিববা মণি অমা ওইববই! নুমিৎ অদুগী নুমিদাংবাইদা মী যাম্না তিনখ্রবা অন্ধ্র মহা সভাদা মিটিং পাঙথোকখি, মদুদা মহাক্লা নিযমচুম্না লেনবা পুন্সি খুৎলেনদা শাফু পিখি। বাবানা তোঙান-তোঙানবা ধর্মগী লুচিংবশিং, কাংলুপকি লুচিংবশিং উনদুনা কবি কবম তৌবগা মীওইবনা ঈশ্বরদা থাজবগী ইফুৎ অসি হেন্না লুথহনাগদগে হাযবগী মবমদা খন্ন-নৈনখি।

বাবানা কাব তোংদুনা বঙ্গলোরদা হল্লকখি, লমখাংদা পনধরপুরদা পুং খর লেপখি। মফম অদু পান্দুরঙ্গনা শেংদোক্লবা অশেংবা মফম্নি। মহাক মশামক্লা মাগী অঙাং ওইবিঙৈগী মরুপশিংদা পন্দাবি ভজন তম্বিখি। শ্রী ভগবান্না পান্দুরঙ্গ ওইনা শক উৎপিবা, মাগী লোযনবী রুকমাবাই, মফম অসিগা লোয়নবদগী শেংখ্রবা চন্দ্রভগা তুরেল, যাত্রিকশিংনা খোঙনা চৎপদা ব্রাখ্রবা লম্বীগী খোঙচৎ, নুমিৎ কয়ানি চাদ-থক্তবগী অব্রাবা খাঙবী, লাইশঙ অদুগী মতোন্দু অহানবা হেক উরকপদা ফাওরকখিবা ব্রাখল অশেংবা, মফমদু ফাওদুনা চৎচবদা ফংজবা নুংঙাইবগী ঈথক-ঈপোক পুন্নমক অসিগী মরমদা মশানা ইরগা পুত্তপার্তিগী অঙাংশিংদা তম্বিখি। মসিগী মনুংদা কযা অমসু মহাক্লা ঙসি ফাওবদা শক্তি, মদু মাগী ভক্তশিংনা হাযজববা মতমদনি; ঈশৈ কয়া অমসু অকোযবা খুঙ্গংশিংদা

চাং-নায়না শক্লবা ঈশৈশিং ওইখ্রে। বাবানা লাইশঙ অদু মনুং চঙখি অদুগা মাগী ভক্তশিংবু কোয়না পুখি, মদু মানা মমাংদা তোয়না তৌখিবা থৌজাল পিবিবগী থবক্লি, পান্দুরঙ্গগী মী ওইনা শক উৎপগী শক্তমনি। মহাক্লা খুদক্তা পুথোকপা সনাগী মঙ্গলাসূত্র অদু রুকমাবাইগী ঙকশমদা শিজিনবিখি।

বাবাগা কার অমতদা চৎমিন্নবগী খুদোংচাবা ফংলিবা তোপ-তোপ্পা লাইবক ফবা কাংবু অদুগীদমক্তদি লম্বী পুন্নমক্তা, মতম পুন্নমক্তা অমৃতগী মশক্লি, অমৃতনি! থবক খুদিংমক্তা, ৱাঙাং খুদিংমক্তা মাগী প্রেমগী ঈচেল অদু উবা ফংগনি। চীংদা ষনশেনবা অঙাং অমা মনাক্তা কৌ।শনগনি অদুগা উহৈ অমা পিগনি, মমিৎ তাংবা চাকনিবা অমদা লুপা মঙাগী চে-অমা পিগনি অমসুং ইচম চম্বা চে ওইনা লৌদনবা চেকশিন ৱাহৈ হায়গনি, মকোক্তা পোৎ লুম্না পুবিবী চযোলগী কৈথেল কারিবি নুপী অমনা অথুম অহাও অমসুং শেল খর ফংগনি। মমিৎ তাংলবা, অহলশিং, মবোল থোক্তবশিং, অঙাংমচাশিং, মীবোল্লবী মমাশিং, মথৌনা ফরবা নুপামচাশিং পুন্নমক মাগী থৌজালগা খুদম ফংগনি। বাবাসি পৃথিবীগী জীব-মচা-মচাশিংসি উনদনবা হোৎনবদা মথৌ খক চিনদে হাযবদি জিব-মচা-মচাশিং অসিবু থৌশাদবা ঙমদে, মখোযগীদমক খর্নাব।

বাবাগী কাব মনুংদা লৈবিবা কাংবু অদুগীদমক্তদি খোঙচৎ অদু অমুক্কা হেন্না অমৃতগী মশক্লি। বাবানা, মবাথি, হিন্দি, তামিল, তেলেগু অমসুং ইংলিসকী ঈশৈ শকই। মহাক্লা ৱাহং কযা হংদুনা ঐখোযবু তান্বিনবা অমদি পুক্লিংগী চিংনবা শেংদোকপিনবা হোৎনৈ। ঐখোয়না মহাক অসিবু নুংঙাইবগী শক্তম ওইনা উই, হেকপদা ঙাইবিবা লৈগুম তগৎ-তগৎ তেকই, যাম্না চান্নবা মরুপকুম্মি, হৈ-শিংবদা লম্বা লৈত্রবা, শুম্মৎনবগী শক্তমদা ওই। খঙহৌদনা মাগী থৌজাল অদুনা মিরাকল অমা ওইরকপা যাই। হাযদ্রবাদতগী হল্লকপা খোৎফম অমদা কৃষ্ণ তুবেলগী মথক্তা শাবিবা থোঙ অদুগী মনাক্তা কাব অদু খামহল্লমই, মরমদি ঐখোয়গী মরক্তগী খবনা বাবা মশামক্লা ঐখোযগীদমক্তা শাবা অথুম-অহাও খর পিবিনবা হাযজবদগীনি; মহাক্লা নুঙ অমা খুল্লগা মঙোন্দা পিরক্ল বা হায়খি; মদু করিগীনো হায়বা ঐখোয় খঙলমদে? লম্বী শেম্বদা শিজিন্নবা মনাক্তা পৈরিবা অদুদগী নুঙ অমা লৌরগা পিরমই।

মহাত্মা হায়খি, "অপাকপা নুঙ মচেৎ অমা পুবকউ। মসিবু নখুৎ অদুনা কমদৌনা মচেৎ-মচেৎ থুগাইদৌবিবনো? মহাত্মা হংলকই অদুগা নুঙ অদু লাপ্না হুন্দোকখি। মহাত্মা কবিগী নুঙ থুগাইদৌবিবনো হায়বসিদা ঐখোয় ঙকলমই। অপাবা নুঙ মপাক মচা অমা পুবক্তুনা মঙোন্দা পিখি। মদু মানা মখুত্তা পাযশিনখি অদুগা অমুক হন্না পিবকখি; মদু অপাবা শিতা মিশ্রিগী মপাক অমা ওন্থোকখ্রে। মদু ঐখোয়না ইবায-লায়না থুগাইখ্রে অদুগা চাখ্রে।

নববাত্রি নত্রেগা দশবা হায়বসি খ্বাইদগী অহানবা ওইবিবা, (Primal Urge) অহৌবা লৈতবা, মান্নবা খল অদুবু কাযহল্লিবা ঈশ্বর অদুবু পুজা তৌজনবগী কুম্মৈনি অমসুং শেম্বা (creation) হায়বিবা ঈশ্বরগী মাযাগী শক্তক পুম্নমক অদুবু থোকহল্লিবা কুম্মৈনি। যাম্না পাক চাউনা পুমলাঙ লাঙবা (agitation) অমসুং লাঙবা অদুদা মাঙখিবা মান্নবা খল (equanimity) অদুবু অমুক হঞ্জিন্নবা হোৎনবিবা অদু জগৎ অসিনি। অমুক্তংবু তংতাবা মান্নবা খল্ অদু ফংঙ্গবদি, হৌখিবা, হৌজিক অমসুং তুংগী নাখল, মখল-মথেল মযাম ওইনা উবিবা মওং, তোংবা নত্রগা মাঙবগী বাখল, নুংঙাইবা অমসুং নুংঙাইতবগী বাখল পুম্নমক অসি মাঙখ্রগনি, অমতা লৈবরোই। সত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিগী, অচিকপা, অইংবা, মশা খিঙলিবা নত্রগা। তম্বনবা অসিনা মীওইবগী খঙবা ঙম্বা শক্তি (consciousness) অদুদা শোকহল্ল, অদুনা ঐখোয়না মওং অহুম হায়বদি মহা-কালি, মহা-লক্ষ্মী অমসুং মহা সরশ্বতি লৈবিবনি; মখোয অসি কুম্মৈ অসিগী মনুংদা নুমিৎ হুম্ন হুম্নি হবাওই। মখোযগী থৌজালনা ঐখোয়না পুক্নিংগী তংতাবা মান্নবা-খল (equanimity) অদু ফংবা ঙমই।

শোক ১৯৬৫ গী দশবা অদু বাবানা অসুম্না হৌদোকখি, "দশবা হায়বা কুম্মৈ অসি অচুম্বা শক্তিশিং অদুনা ফত্তবা শক্তিশিং অদুগী মথক্তা জয ওইবা ঙম্বগী পালন অদুবুনি। মখোযনা মাযপাকপা ঙমই, মবমদি ঈশ্বরগী অদুগুম্বা অথোইবা শক্তি, সংসারগী মখল-মথেল মযামসিবু ওইহল্লিবা শক্তি, মখল-মথেলশিং অসি, ফজবিবা পুম্নমক আসিনা অফবা শক্তিশিং অদুগী মতেংদা লাকই অমসুং মহাকি মপাঙ্গল অদু হাপকৎপি"। অদুগী মতুংদগী পাকিস্থান্না ভারত্তা লান দাবকখিবা অমসুং UNO না নাকল অনিদা নোংমৈ কাপ্পবা লেপ্পবগী রাফম

যানহনখিবা অদুগী মতাংদা বাবানা হায়খি, "লৈবাক অসিনা ফত্রবা শক্তিশিং অসি থেংনবা তাখি অমসুং অথোইবা শক্তি অদুনা ইজ্জৎ মাঙগদবা অমসুং মাযথিগদবদগী কনখি"। সিমানাদা লান শোক্লবদুনা পুন্নমক্কি থম্মোয়দা লাঙহন্নখি অমসুং মদুনা মবম ওইদুনা বাবানা দশবাগী কুম্মৈ অসি ককথৎখিগদবা হায়বা কিনখি; মাইসোব অমসুং অতৈ মযম খবর্দাদি দশবা পালন তৌখিদে। বাবানা পুম্ন মক অসিগা মবমদা বা ঙাঙখি। "খুবৌ চেনবা কয়া লৈদুনসু", বাবানা হায়খি, জাতিগী মীহুৎশিংনা UNগী হেদ ওফিসতা অবোইবা মিকুপ্তা পুবকখিবা অওনবা অদুনা অমদি অবোইবা মিকুপ ফাওনদা ওইহনবা যাম্না খুদোং থিনিংঙাই ওইবা শান্তিগা ফিভম অদুদা "খুবৌ থাংবা কয়া লৈদুনসু" লান শোক্লবদু লেপাখ। শান্তি অমক হাপ্পিনখি।" বাবানা মখা অমগা তাবিখি, "মসি প্রশান্ত নিলযমগী থৌজালগী অতোপ্পা খুদম অমনি। মাইমা শিংনা থবক তৌনিবাস অসুম্ননি।"... তনিক তনিক লৈবিবা খল অদু শান্তিগা মায়কৈদা ... তম চানা ওর্নশিনখিবা অসিমক শ্রী ভগবানগী অনিংবান।

দশবাগী অহানবা নুমিৎ অদুদা সত্য সাই হোসপিটালগী চহিগী নুমিৎ পালন তৌখি অমসুং বাবানা হকচাং ফবগী অমদি পুক্নিংগী পাঙ্গল ফংহনবগী তঙাইফদবশিং অদুগী মবমদা পাওজেল পিখি। বাক্সমশিং অদু হকচাংগী ফিভম শোগবশিং অমসুং অনাবাগা মসিদগী হেন্না লুবা মবমশিংগী মতাংদনি, মদুনা ডাক্তরশিংগীদমক্তদি যাম্না কান্নববা পাওতাক ওইখি। খুদম ওইনা, শোক ১৯৬৫দা মহাক্না হায়খি মদুদি মশা ফত্তবা হায়বসি সমাজগা ফিভম্না ওইহনবনি; নাবিবা অমসুং অরাবা নঙলিবশিংদু মশামক্কি তোঙান-তোঙানবা কয়াৎশিংনি। মহাক্না হকচাং অসিনা সংসাবগী ওইবা অবা নুংঙাইবা কয়া অসিদগী লাপথোক্লবা পাওতাক পিখি। "ঈশ্বরগী খুৎশেমগী পোৎশক অমদা তুক্কচবা, যেংথিবা হায়বসি অফবা নত্তে। পোৎশক খুদিংমক অসি ঈশ্বরগী খুৎশেম ঙাক্তনি, মাগী মতিক মগুণগী খুদম অমনি, মহাক্কি চিংলেম্বগী শন্নপ্পা শক্তম অমনি"। মহাক্না হকচাং অসিদা পিফম থোকপা মিৎযেং পিগদবনি হায়খি মবমদি মসি অবান-খুভম ফংনবগী পাম্বৈনি, খুৎলায়নি; অদুবু হেঞ্জিন্না চেকশিনবা অমসুং লুনা তৌবদি যাখিদে। "নহাক্না নঙ অসি নশানি" হায়না থাজববদি, হকচাং অসিনা নঙোন্দা অহেনবা মচিঞ্জাক তাল্লক্কনি, তোঙানবা মখল কয়া তাল্লক্কনি, মপানগী মিৎযেং ফজনবা অহেনবা

মিৎযেং, নুংঙাইনবগী অহেনবা খুজিল-থৌবাংশিং। ঐখোযনা চাবিবা চিঞ্জাকশিং অসি অচৌবা শরুক অমদি দবকাব লৈতবদা চাবনি, অমসুং তশেংনা মাঙনবগী মশক্কি। মীনা হন্থনা চাবগা নুংঙাইনা লৈবা যাই অদুগা হেন্না মশা ফনা লৈবা যাই।" মীযাম্না শিক্ষাগী মাযগৈদা চঙলিবা খুৎলাযশিংসিগী মবমদা বাবানা পাওতাক কযা পিখি, মবমদি মসিনা মীযামদা পেন্নদবা, নিঙবা-কাযবা, অমসুং অৱাবা কযা পিবি।" "মীযামশিং অসি মখোযনা খঙদবা পোৎশিং অসিগী মবমদা হেন্না লাঙতক্নবা অমদি অকিবা পোকই।"

মখোযনা মদু থাদোকপসু ঙমদে, চুমথোকপসু ঙমদে' বেদিও, খবর কাগজ অমসুং সিনেমা পুন্নমক অসিনা মীযামবু হকচাংগী মবমদা, হিংবগী অনেম অৱাংগী থাক্তা, সমাজদা তেক্ত কাযদনবদা অমদি জাতিগী তেক-কাযদনবদা অকিবা পোকহল্লি। হেন্না তাবীবা পুং খুদিংনা নত্রগা হেন্না পাবিবা পুং খুদিংনা লাঙতক্ন বগী অহেনবা চাং অমা হাপচিল্লি।" নুংঙাইবা (Pleasure) হাযবসিনা মীযাম পুন্নমক্কি পন্থুংফম ওইশিন্নবক্লে, মবম অদুনা নিঙবা-কাযবা, অমসুং তৌফম-খঙদবসি যাম্না মবাং কাযশিল্লক্লে।

মীওইবনা মতম খব হিংলমই অদুগা শিখি, মদুদা মশাদা কযাম মাঙজবগে হাযবসি খঙখিদে, সমাজ অসি মশাগী মমিদা কিজে, মকম থুপ্না লৈবা পেন্দবা ফোঙদোক্তনা লৈবা মীওৎ-মিনৈ কযা অসিনসু কিহল্লি। অকিবা হাযবসিনা নাহন্নবগী খ্বাইদগী চাউবা মর্বাম্লি। মবম অদুনা বাবানা থাজবা হঞ্জিন্নবা হোৎনৈ, মদুনা অকিবা অদু সুম সুম মাঙখিনবনি। "হিদাক্কি গুলিদা থাজবদগী ঈশ্বরদা থাজববোমদা হোংজিল্লু নঙগী থাজবদু মাধবা-ঈশ্বরদা থমউ, হিদাক্তা, মোঁদিসিনদা থমগনু, লাইখুকম্নবা, সাধনা তৌনবা, মিংখৈবোল শোন্নবা, ধ্যান তৌনবা খল্লু; ইঞ্জেকসন তৌনবতা খনগনু। মখোয অদু নঙনা দলকাব ওইবিবা ভিতামিনশিংনি। বামগী মিংখৈ শোনবদা কান্নবমুক তেবলেত অমনা কান্নবা পিবা ঙমদে। নুংঙাইবগী লম্বী অদু চৎলু, সাধনাগী লম্বী চৎলু, শান্তি লৈনবা, নুংঙাইনবা অমদি হকচাং ফনবা লম্বীদা চৎলু।" মসিনি ভগবান্না মীযামদা কৌবিবিবা, তাকপিবিবা মওংসে।

বোম্বেগী সত্য সাই সেবা সমিতিনা অৱাংবা থাক্কি লাইযেকপা কাংবুগা তান্নবগা যেকপা বাবাগী পুন্সিগী পাওদম ফোঙবা অযেকপা লাইমযাম অমা

পুরকখি; মদু বাবানা শঙ্গারবা মতুংদা মীওই লিশিং কয়ানা য়েংনখি। মদু মীয়াম্না অসুক্কি মতিক পান্নখ্রে মদুদি মদু পুরকপা ভান অসি থা অহুম চুপ্পা খা ভারতকি মফম পুম্নমক চত্তুনা মীওই লাক্ষ অহুমলোমদা হৈনিংবা ব্রাখল পোকহন্নবা অমদি বাবাগী পাওতাক শন্দোক্লবা শিজিন্নখি।

প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভাগী লমজিং মখাদা বাবানা মীয়ামদা ভক্তি প্রেমগী ব্রাখল পোকহনবগী অচৌবা থৌদাং যারিবা 'সনাতনা ভাগবত ভক্ত সমাজ' কৌবা, পন্দিত কয়া, ঈশৈগী কালাকাব কয়া, কবি কযা, অরিবা লাইরিকশিং নিংথিনা তাকপা ঙম্বা কযা, রারী লীবা ক৺ , নচিংবা অৱাংবা থাক্কি লৌশিং জ্ঞান লৈরবা মীওই কযানা শাবা কাংবু অমা পুরমই। মখোয়না কাংবু কাংবু নায়না থংননা নুমিৎ ৩/৪নি মফম অমতদা চৎলমই; ঈশৈ কয়া শক্তুনা, ভাসন কয়া পিদুনা মখোয়না চৎলুবা মফম খুদিংদা আধ্যাত্মিক্কি ব্রাখল নৌনা ফাওহন্দুনা অনৌবা ঈথক ঈপোম হৌহনখি। ভিতামিন জি (God - ঈশ্বব) চারিবা মীশক অমতনা মাগী থৌজাল নাম্বোকপা ঙম্লোই হায়বদি শোযদনা মাগী থৌজাল ফংগনি।

হৌজিক্তি দশবা খুদিংগী বাবানা চযোল অমগী পুজা অমা থৌবাং তৌরে; মদুনা বেদগী ব্রাফমশিং অমদি ঈশ্বর হাযবসি অমতনি হায়বগী ৰাখল অদু মীযাম লিশিং কযাগী মমাংদা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈরবশিং, নুমিৎ পুজা তৌবা, মুর্তি পুজাতৌবা, মৈ পুজা তৌবা, মওং লৈতবা ঈশ্বর অদুবু নিংজবা, মমিং মথা-লৈজবা তোঙান তোঙানবা ঈশ্বরগী শক্তমশিং অদুগী মতিক মগুণ শক-শোনবানচিংবা পাঙথোকপা থৌবমনি। অবোইবা মতাংদা পুজাগী শেংলবা পোৎলম-পোৎচংশিং অদু কুন্দগী মৈরি অদুদা কৎপগী য়াম্না চিরবা তাঞ্জা অদুদা অন্ধ্রা প্রদেশকী গোভরনর ডাক্তব পত্তোম তনু পিল্লাই লৈরমই। মতুংদা মহাক্লা শান্তি বেদিকা অদু হাংদোকখি; মফম অদুদগী বাবানা মশিং লাকঙমদ্রবা মীয়াম অদুদা অখন্নবা থৌবমশিংদা পাওজেল পিখি।

অতোপ্পা থৌবম অমা গোভবনবনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখি, মদুদা বাবানা অন্ধ্র প্রদেশকী তোমথিন শক্লায়রবা পন্দিত মরি অমসুং প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভাগী মেম্বরশিংবু সনাগী খুজি শিবিদুনা শাস্ত্রগী বিদ্যাদা য়েৎনবা লৈতনা হৈশিংলবা কাংবুনি হায়না শকখঙবিনবা বাবানা হায়রমই। ইকায় খুম্নজরিবা

গোভবনবনা হার্যখি, "আধ্যাত্মিক্কি হৌবকফম ওইবিবা মফম অসিদা ব্যবহাব তৌবা হাযবসে যাম্না চাউনা হৈনিং-হবাওবা পোক্লিংঙাইগী মশক্কি, মবমদি মসিনা ভাবতকি ষ্টেট পুম্নমক্তা ঈথিল পিবা ঙম্বতা নত্তনা অতোপ্পা মহাদেশ শিংদা লৈবা লৈবাকশিং ফাওবদা ঈথিল পিবা ঙমই"। মথংগী নুমিৎ অদু কবিশিংগী নুমিৎ ওইবমই; নুমিৎ অসিদা কবিতা কযা অমা সংস্কৃত, তেলেগু, উবদু, তামিল, কন্নাদা অমসুং ইংলিস মবোলদা পাথোক্লমই। তশেংনমক বাবানা মখোয খুদিংমক্তা মমল যান্নবা পাওতাক কযা পিনিংঙাই লৈবমই। "কবি হাযবসিদি চুম্না ব্রাখল খনবা ঙম্বা মিশিংদগী যাম্না হেন্না কবিগুম্বা খব পুথোকপা ঙমই। মহাক্না মথংগী খোঙকাপ কবিনো হাযবসি তশেংনমক মুন্না খঙই; হাযবদি পন্থুংফম অদু খঙই। কবি হাযবসিদি ভাবত্তা লৌনবদি ঈশ্ববনি। মবম অদুনা মহাক্কি যাম্না চাউববা দাযিত্ব লৈ। মহাক্কি আইন অমসুং মওং অদুবু নির্থনা কাযাৎ পিবিবনি। মহাক্কি মমল যাওদবা মিংচৎ খবগীদমক্তা তৌশিন্নবা চাউখৎপা পাম্না মীযাম্না হাযবদা পঙযা গাগদবা নত্তে। মহাক্না মীওইবদা লৌনবা অফবা বাখল্লোন অদুবু মপুং ফাহনগদবনি অমসুং মওং চুমহনগদবনি। মীওইবনা পোকপা অমসুং শিবা হাযবশিগী মকুমদা লৈবিবা তঙাইফদ্রবা ব্রাফমশিং-নিংতম্বা অমসুং মবাযবক, অচুম্বা অমসুং মাযা, ধর্ম লৈবা অমসুং মিহৌহনবা, চাউখৎপা অমসুং লৈখা তাবা, অব্রাংবা আশা অমসুং মদুদা ফংখ্রবা থাক নচিংবগী মবমদা ইবা কনিতাশিং অসি ... যুগ কযা চৎনগনি কবিগুম্বা মদুনা মীওইবদা লৈবিবা ইন্দ্রিশিংনা ফাওবিবা নত্রগা খন্তবা ঙম্বগী চাং নত্রগা ঙাইহাক্তংগী অপাম্বা, অনিংবা ফাওহল্লিবা বাখল শিং অসিদগী হেন্না লুথবা ব্রাখলনা কবিতাশিং অদুবু ইহল্লকপা ওইববদি ...। মীওইবনা প্রকৃতি অসিবু শেমলক্লিবা মহাক অদুবু খঙনবা হোৎনবিবা অদম্না তশেংনা অশেংবা হৈনিংবগী, ইনিংবগী ব্রাখল অদু পোকহনগনি।" বাবানা তৌশিন্নবা, বাহৈকাদি যাম্না মওং মানবা, অর্থ যাওদবা ব্রাহৈ খবনা কাবতানি হাযদুনা ইদনবা কন্না ঙাঙখি। "মহাক্না ভাবনা শাবা মফম খঙদবা ব্রাফম খবনা অতোপ্পদা অমুক অনাবদু শন্দোক্কনু"। অসুম্না দশবা হাযবা কুম্মে অসিনা আধ্যাত্মিক্কি খোঙজংদা তৌফম খঙদ্রবা, ককঙাওনববা কযাবু নৌনা মফমচানা লৈতাহন্নবগী নৈনফম, খন্নফম অমা ওইনা ওম্বোকখি।

মতুংদা য়াম্না থুনা বাবানা হিন্দুপুরদা চৎখি, মফম অদু মাইল ৪০ রোম লাপ্লা লৈবা মফম্নি অদুগা বাবানা য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা মাগী পান্দারি ভজন কাংবুগা লোয়ননা চৎখিবদুদগী চৎলুদ্রিবা মফম্নি। মহাক্না হায়খি মদুদি মৈনাক্তা চঙশিল্লক্লিবা মীনা মৈগী অশাবা মগুণ অদু খঙবা ঙম্লোই। মহাক্না মফম অদুগী মীয়ামদু মৈঙাল অদুদদা সুম পেন্থোক্লুনা লৈথোকপগীদমক ফাগি ওইনা চম্না নিন্দা তৌরমই। স্কুল অদুগী চহি ৫০ শুবকপগী থৌরমদা বাবানা মিউনিসিপাল হায় স্কুলগী স্তেদিয়মদা অয়ুক পুং ৮ দা ভারত জাতিগী ফিরাল অদু পাইহল্লমই। অদুগী মতুংদগী মহাকপু জিপ মখুম য়াওদবা অমদা সহর অদুগী লৈরক খুল্লক্তা সভাষত্রা ওইনা পুরমই। ভক্তশিং অদুনা বাবাসি মতম শাংনা, শাথ্রবা নুংশা মরক্তুদা চৎলে হায়না নুংঙাইতবা ফাওখি অদুবু বাবাদি জিপ অদুনা লৈরক খুল্লক অয়াম্বা ফাওদুনা চৎপদুদা য়াম্না নুংঙাইরমই। "কবম্না অনাবা, অশোনবা, মখোঙ তেকপা, অহল ওইরবা অদুনা ঐগী দর্শন ফংগনি?" মহাক্না হংখি। শাথ্রবা নুংশা মরক অদুদা হিন্দুপুরগী রোটাবি ক্লব অদুদা ব্রা ঙাঙনবগী মতম ফংখি; অসুম্না ক্লব অদুনা বাবাগী থৌজাল ফংজবা অহানবা মফম ওইখি। বাবাগী পাওজেল অদুনা সমাজ সেবিকা অমদি অতৈ থব্রাই যাওবা কাংবুদদি অন্তর জাতিগী থাক্তা ঐখোয় মশেল ভাব তানজনবগী মিকপ থোকহনবগী তাঞ্জা অদু ওইখি। "কখোকপা অমসুং অপাম্বা থাদোকপগী ব্রাখলনা থুম্মৎলবা থায়নগী লম অসিদা লৈদুনা মীপুম খুদিংমকপু ঈশ্বরগী মমি ঙাক্তনি খন্দুনা ব্যবহাব তৌনবিবা, মশা মশাসু ঈশ্বরগী মমি ঙাক্তনি খন্নরিবা রোতরি ক্লবকি মীওইশিংনা মখোযনা চৎলিবা শাজৎ নিতিশিং অদু মফম অদুগী মীয়ামদা য়াম্না ফিদমনিংঙাই ওইবা মওংদা চৎকদবনি হায়খি। "কনানা কনাগীনো? ঐসি ইচিন ইনাওশিং অসিগী শোন্নরিবা মীদুরা?" হায়বা ব্রাহং অসি ভারত মচাশিংগী ব্রাখলদগী লাপথোক্লখ্রে। মতাং অসিদা খুদিংমক অসি পুম্নমক্লি, পুম্নমক অসি অমতনি হায়বদি মহাক নত্রগা মাসি নত্রগা মদু হায়বসি অমতনি। ব্রাখল অসি ভাবতকিদমক্তদি হেক অহৌবমক্তদগী লৈরকপা ব্রাখলনি", বাবানা মখোযদা হায়খি।

মহাক্না কলেজ অদুগী ছাত্রশিংদসু সনাতন ধর্মগী নিতি নিয়মশিং তমশিন্নবা হায়খি, "নখোয়গী তমগদবা পবা মনুংদা যাওবা অমসুং য়াওদবা, সাধনাগী

অহানবা খোঙথাংশিং-তুমিন্না লৈবা, ধ্যান তৌবা, নিংথিনা, নুংশিনা ঙাঙবা তম্বা, ইন্দ্রি খুদুম চম্বা, ঈশ্বরগী মিংখৈরোল শোনবা, অরিবা লাইরিকশিং পাবা অমসুং সোসিয়েল সার্ভিস তৌবগী থবকশিংদা থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনগদবনি। কান্নদবা অরেম্বা থবকশিংদা মতম শিজিন্নরোইদবনি, অফবা সাজৎ নিতিনা নশা ফহনগদবনি; নমা লৈবাক অসিগী মতিক চারবা মচা নুপা-নুপীশিং ওইরকউ"। ঙসিগী স্কুলশিংদা চৎনরিবা তম্বিরিবগী মওং অসি অঙাংশিংদা অমদি মীয়ামদা য়াম্না মাঙনিংঙ ইনি হায়না খল্লি। "পাও য়াম্না হেন্না নম্ফুদা পিশিল্লি; মদু থিনিংহনবগী ব্রাখলদি ইপি-পিদে। লৌশিংদি হাপচিল্লি, ধর্ম চেনবগী ব্রাখলদি খাইদোরকই! অশেংবা লাইরিকশিংদা, মুণি-ঋষিশিংদা, অমদি অশেংবা মফমশিংদা থল্লম্বা ব্যবহারশিং অদু হুন্থখ্রে অদুগা মদুগী ফল ওইনা মখোযবু পুথোক্লিবা লমদম অসিগী বাবহারসু হুন্থখ্রে"।

বাবাগী মপোক কুমওন অসিদি মীওই লিশিং কযানা তৌনিমল উৎপগী থৌরমনি অদুগা বাবানা মখোয় খুদিংদা থৌজালগী খুদোল পিবগী থৌবম্নি। "ঐঙোন্দা খুইথখিগদবা লৈ কত্তুনা, পুমখিগদবা উচৈ কত্তুনা, কংখিগদবা উনা কত্তুনা, মনিল ওইনা পাইখিগদবা ঈশিং কত্তুনা ঐগী থৌজাল ফংনবা হোৎনগনু। মহাক্না ঈশ্বর অদু পান্নবদি, করিগুম্বা অশেংবা খব পিয়ু - কৎলু। অশেংবা খরদুদি সত্য, ধর্ম, শান্তি অমসুং প্রেম অদুবুনি," মহাক্না হেন্না কনশিন্না হায়খি। বাবানা মাইসোর, অন্ধ্রা প্রদেশ, মহারাস্ত্র, উত্তর প্রদেশ, গুজরাত অমসুং মদ্রাসতগী লাকপা অহল, মতৈ-মনাওশিং খন্দুনা মকোক্তা থাও তৈহন্দুনা মখোয়গী মথল্লাই নুংঙাইহনবি। মখোযশিং অদুগী মরক্তা মপুবোইবা মমিৎ তাংবা অমা অদুগা লোয়নবী মমিৎ তাংবি অমা যাওখি। খুদোংচাবাদু ফংজবা মতমদা মমিৎ উদবা উদবীশিং অদুনা কযাদা নুংঙাইজখিবগে হায়বদু পাবিবিবশিংনা ভাবনা অদুম শাবিগদবা ওই।

নুমিৎ অদুদা থোকখিবা সুর্জগ্রহন অদুগী মতাংদা বাবানা হায়খি, "গ্রহন অসিনা মরম ওইদুনা কুমওন পালন অসি য়ৈথোক্কদরা হায়না মী কয়ানা চিঠি ইরকখি"। অদুবু, বাবানা হায়খি, "মথক্তা অতিয়াদা করিগুম্বা খর থোক্লগা করিমতা ব্রাগনু। ফত্তবা অপাম্বগী মমি লাক্লবা, ফত্তবা খর পাল্লবা, ফত্তবা খর মীহৌরবা, ফত্তবা ব্রাখল খর লাক্লবা অসিগুম্বা ফত্তবা ব্রাখলশিং অসি নঙগী পুক্লিংদা লাক্লবদি

মদুবু কিযু, অদুনা মদু যাম্না ওমঙ্গলগী মশক ওইববা গ্রহননি, মদু নখোয়না থাদোক্কদবনি”, বাবানা হাযখি।

বাবানা মাগী মপোক নুমিৎ পালন তৌবসি কযা যানিংদে; মহাক্না লাওতক্ল বিবদি ঐখোয খুদিংমক্কি থম্মোযদা মাগী ব্রাখল লাকপা নুমিৎ অদুবুনি নত্রগা খব হেন্না শেংনা হাযবগনা মহাক অসিবু ঐখোয খুদিংমক্কি থম্মোযদা লৈবিবা ঈশ্বর অদু মহাকসিনি হায়না চপচানা থাজবা, খল্লকপা নুমিৎ অদুবুনা হেন্না পালন অসি তৌফম থোকই হাযবসিনি। মবম অদুনা মপোক নুমিৎকি পালন অসি মহাক্না মাগী খঙবা ঙমদনা লৈবিবা অংকপশিং অসি কযা যাম্না লুনা লৈবগে হাযবদু খঙজনিংলিবা কাংবুশিংদা খঙহন্নবগী তাঞ্জা ওইনা শিজিন্নবি।



# ১০. থৌজালগী খুদোলশিং
## (GIFTS OF GRACE)

সিবদিদা বাবানা লাযথুং-লাযনা পুম্নমকপু কোকহন্বা ঙম্বা উৎ অদু পিখি, মদু মহাক্না মপুন্সি লেনখিবা মুসলিমর্গী লাযশঙ মনুংদুদা মতমচুপ্পদা মুৎপা লৈতনা মৈ থাদুনতা লৈবিবা ফুঙ্গা অদুদগী ঈশ্বরগী শক্তি চেল্লবা খৎ অদুনা লৌবগা পিননি। হৌজিক্তি, অদুগুম্বা ফুঙ্গা অদু মশাগী মখুত্তা অদুম মমল যাল্লবা পোৎ অদু পিগদগী মতম পুম্নমক্তা থৌবাং তৌদুনা লৈবে; মহাক্না তৌগদবসি পিনিংবগী বাখল ফাওহন্বা অমসুং মখুৎ ওৎকদবদা ঙাইবে। নত্রগা মযাম্না উৎ; সংস্কৃত্তনা বিভুতি হায়বিবসি তঙাইফদনা শেমদ যাদবগী দবকাব ওইহবিব্রা? বাবানা নিঙই, অদুবু মখুত্তি ওত্তে। অদুম ওইনমক বিভতি অদু মানা নিঙবা মতমদা, মানা নিঙবা মফমদা থৌজালগী ঈচেল অমগুম চেন্থবকই। মসিগী মপান নাযদনা হৈথবকপা থৌজালগী বিভুতি অসি ঙসিগী যুগ অসিদদি অঙবপা মিবাকল শিংগী মনুংদা খাইদগী চাউবা মিবাকলনি।

নোংঙাল্লমদাইদা লবুক-লম্নাংদা শাৎলিবা লৈশিংদা লিক্লানা তাবকপগুম, তুমিন্না, কবি অমতা খঙহন্দনা মথন্নতা হেক্তা ওবো-বো হৈথবকই। মতম খবগী মমাঙদা মচানুপা অমা মাঙখিবগী বাবা উনকববা মতুংদা মাগী ফোটো অমা লাৎচবদা উৎ চবুল অমা কাবকপদু উবগা মথম্মোয লাঙতক্লবিবা মমা-মপা অদুনা হংজখি মদুদি কাবক্লিবা উৎ অদু মাওথ্রিবা মচা অদু শিঙ্গে, পোৎলোযখ্রে হাযবগী নিংশিং খুদম্না? বাবানা ঐঙোন্দা চিঠি থাবকখ্রিবা মী অদুদা বাবাগী ফোটোদা অমদি অতৈ লাইশিংগী ফোটোদা বিভুতি কাবক্লিবদু থৌজালগী পোৎনি, অদুম হাযনা খক অর্থ হনগনু হাযনা পাওখুম পিখিনবা যাথং পিবকখি। মসি তাঞ্জোব

ডিষ্ট্রিক্টা লৈবা খুঙ্গং অমদা থোকখিবনি।

সালেম ডিষ্ট্রিক্টা লৈবা পারমাতি খুঙ্গংদা প্রশান্তি নিলয়মদি চৎলুরগা বাবাদি মশা উনরক্তবা নুপা অমনা মাগী লাইখুরুমফমদা বাবাগী ফোটো অমা লাৎলমই। মহাক্না ইরকই, "হৌখিবা থাগী তাং অনিদগী বিভূতি অমসুং অমৃত অসি বাবাগী ফোটোদগী য়াম্না মরাং কায়না তাবক্লি। মদু ঐনা খোমজিল্লগা অরাকপা মীশিংদা পিরি। নুমিৎ খুদিংগী পৈশিল্লকপনিনা ঐগী অহেনবা শরুক য়াম্না লৈজরে। মসিবু ঐহাক কমদৌজৌ হায়বগে পাওতাক পিবিরকউ? মদুবু ঐগী য়ুম মনাক্তা চেল্লিবা শেংলবা কাবেরি তুরেলদা থাদবা য়াগদ্রা?" হায়রিবা মতম অসিৱাইদা কোচিনদগী অমনামুক ইবকখি, মদু সনাতন সারথিগী ইদিটরদনি। "নুমিৎ খরনিগী মমাংদা ভগবানগী গ্লাসনা ফ্রেম চনবা ফোটো অদুগী নাকল অমদগী থাওগুম্বা মহি অমা চেন্থরকই। গ্লাস অদুগী মথক্তা শিন্দুব অঙাংবা মরিক মরিক অমসুং অঙৌবা বিভূতি মরিক-মরিক কারকখি। পোৎশর্কশিং অসি করিনো হায়বা খঙদ্রিবনিনা ঐহাক্না থোয়দোক্না মীয়ামদা খঙহন্দ্রি। করিনো হাযবদু অমুক্তং ভাব তাহনবিরক্লবদি ঐহাক অদোমগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চগনি।" চমন্নরবা ইদিটর অদুনা হায়বদি ঐহাক্না করি তৌবা ঙমগনি? বাবাগা লেমজানিংঙাই ওইরবা মতিক মগুণ অদুগী চপ-চাবা অখন্নরবা প্রমান অদু মশাগী মমিৎনা উজবা ফংলবদা মহাকপু ঐনা য়াইফ-পাওজেল পিজবা নত্তনা করিদি তৌগনি ?

নত্রগা কলকত্তাদা থোকখিবা থৌদোক অমগী মতাংদা ইরকপা চিঠি অমদগী ঐহাক মতেক খরদং হায়জগে। "ঐহাক চহি কয়াগী মমাংদগী বাবাগী ভক্তা অমনি; অদুবু ঐগী কলকত্তাদা লৈবা ইয়াম্বগী মচা অদু বাবাগী মশক উদ্রিবনি। অদুনা বিভূতি কারকপা মতমদা মখোয় তৌফম খঙদ্রে, অদুগা বিভূতি অদু বাবাগী ফোটো খক্তদগী নত্তনা অতৈ হিন্দুগী লাই তরাগী ফোটো অদুদগীসু বিভূতি খোমজিনবা য়াই। চহি ৮ লোমগী মমাংদা শিথ্রবা ঐগী ইয়াম্বগী ফোটোদগীসু বিভূতি তারক্লি। তৌববুদি মহাক্তি য়াম্না চম্বা, পুকচেল শেংবা, থম্মোয়দি চাউবা নুপা অমা ওইখিবনি। নিপান্নিশুবা নুমিত্তা ঐখোয়গী য়ুমদা লাৎচবা বাইকোমদা লৈবা লাই অদু চহিগী ওইনা সভাজত্রা চৎপা মতমদা বাবাগী পিকচরদগী তারক্লিবা বিভূতি অদু বাইকোমদা পিরিবা বিভূতি অদুগা মচু-মমেন, মওং, মহাও, থাবা নচিংবদা চপমান্নে। পুন্নমক অসিগী কান্নবা করিনো হায়বদু চানবিদুনা অমুক্তা থিদোকপিরগা

ঐনা কবি তৌবা তাবগে হাযবদু অমুক্তা খঙহনবিবকউ?”

মাইসোবগী খা-কনবা ডিষ্ট্রিক্টা ভিত্তালগী মনাক্তা লৈবা কোনাজেদগী কে ৱাজাবামা বাও হাযবা ভদ্রলোক অসি বাবাবু যাম্না চিংনবমই। মহাক্না ইদিটবদা ইবকখি, “ঐগী ইচল ইতোন-তোনবিনা অযুক পুং ৯ ৩০ দা বিভূতিসি খঙলকখি। খুদক্তা মানা চে-মচেৎ অমা ফোটোগী মখাদা থমখি অদুগা তাবকপা বিভূতিদু খোমনিজখি। তাদুনা লৈববা অমদি তাবিবা বিভূতি অদু কমদৌনা শিজিন্নগদগে হাযবসি চানবিদুনা অমুক্তা ইবিবকউ। পুনাদা লৈবা বোম্বলানচিংবা শাবা যেক্তুনি অদুগী চিফ কেমিস্ত অদু নাহং হংবা অমা পাওখুম ডাইবদা মতম মা[illegible]নখিদে। মসি কবিনো হাযবসিদা মহাক্না হিবম বযাদা থিজিনখি। মহাক্না ফোটোগী ফ্রেম, গ্লাস মখাদা থাবিবা অথাবা চে পুম্নমক তিখোক্লনা, মথক মথা ওন্থোক্লনা যেংখি অদুবু কদাযদগী অমদি কবিগীদমক তাননবনো হাযনসি খঙবা ঙমখিদে, মহাক বাবাগী মনাক্তা, প্রশান্ত নিলগমদা লাককখি। বাবানা মাবু নাপাতাম উননবা কৌশিনখি, উননবা মতমদা মহাক্না চৎলমদাইদা বাবানা হাযখি “ঐনা নয়মদা, পুনাদা উৎ পিগনি, অসিদা পিবরোই, চৎলো”। মদান, পোকশব মদু অচম্না নত্তে হাযবগী প্রমান, মদু বৃপান, বাবা কনানো হাযবসি শক তাকপবা।’

থবক্তুগী পোপ্রাননা পলিসকী সাবকল ইন্‌স্পেক্তর অমনা [illegible] মদগী বাবাগী ফোটো পানিখব তাং ৬/১১/৬৫ দা [illegible]বকখি। মদ [illegible] ফ্রেম চনশিন্দুনা মাগী লাইখবমফম কাদা থমখি। মহাক অমসুং মাগী [illegible] হৌনিং হনাওনা পোকাব অদুনা মখোয তাং ২৮দা পশান্তি নিলয[illegible] মথং তাং ২৯দা বাবানা মখোযবু নাইতোম কৌশনবিদুনা [illegible]। মখোযনা চৎলমদাইদা বাবানা মবেৎবান্দা পোপ পোপ থাবগা [illegible] মদুদা শোযদনা লাক্কনি। ’নবম্না? কৈদৌউঙে? মহাক্না হংবা [illegible] মাগী ফোটোদগী বিভূতি হেখনিদুনা নহাক্ন [illegible] ঙাকপিথ্রবনি। অদুগা মীওইবনা অখঙনা অমসুং খঙদনা লৈনবা [illegible] অসি মাগী শক্লোন ঙাক্লনি হাযনসি উৎননবা বিভূতি পসি অ[illegible], বামা, সিবা, মুরুগা, খ্রাইস নচিংবা ফোটো পুম্নমক্তগী শিন্থহল্লি। জিসুগী [illegible] অসিগুম্বা অনৌবা অঙকপগী মশক ওইববা থৌজালগী খুদম অমা পি[illegible]

তোঙানবা মরম অমা লৈরম্না য়াই। মরমদি ফেব্রুয়ারিগী তাং ২৪দা লান্না চৎলুরবা খৃষ্টিয়ান অমা অঙকপগী মশক ওইরবা য়ুম অদুদা পুরকখি। মহাক্না মাঙ্গোলদগী ভজন তারমই অদুগা থোঙনাওদা চেপথদুনা কা মনুংদা য়েংশিনখি। মহাক্না খৃষ্টকী ফোটো উখি। মহাক্না য়াম্না অঙকপা কি-তুজুংবগী মওংদা বাবাগী শক্তম অমা উখি (মহাক মশানা অইবদা লিখিবা ৱাফম্নি) মদুদি মহাক খঙলাও লাওরকখি, "ঐহাক ইতোমতা চুমথোকচরনি; ঐহাক অমুক হন্না য়ু থক্লরোই"। মহাকপু কনবিখরে অমসুং মাগী চাংজৌ নায়দ্রবা নুংশিবগী ৱাখলনা মচা অমগুম লৌবিখরে।

গুরুভায়ুবদা লৈবিবা ফোটো অদুগীসু মাগী অখন্নবা কান্নবা অমা লৈরি। মফম অদুদা পৃথ্রাইগী অচৌবা থাওনা থানবা থাওমৈ অনিখক লৈরি; কা অদুদা লৈবিবা ফোটো খুদিংগী অসিগুম্না থাওমৈ অনি অনি নাকন্দা অমমম থাল্লি। হায়রিবা লাইশঙ্ অসি অচৌবা কবিদগী লাইনিংবা ওইখিবা নরায়না ভত্ততিরিপদনা ওমর ওইহনখি; মহাক মশাগী ফবা ঙমদনা লৈরকখিবা অরিবা হকচাং শিথবা পংথবগী অনাবদু মফম অসিদা লাযেংজখিবনি. মদুগীদমক মহাক্না কৃষ্ণগী মিংথৈরোল অসি মীনা মতৌ তম্না ঙম্লবোইদবা মওংদা শক্তনা মুর্ত্তি অদু পুজা তৌজখিবনি। মরম অদুনা মন্দিব মনুংদা লৈরিবা থাও অদু মশা শিথবা-পঙথবা অদুগীদমক্তা অখন্নবা হিদাক অমনি হায়বসি লমদম অদুগী মীয়াম পুম্নমক্না লৌনৈ; মদু মখোয়না য়াম্না ব্যবহারগা লোয়ননা লৌজৈ অদুগা অঙকপা থাজবগা লোয়ননা শিজিন্নৈ। লাইশঙ পুম্নমক্কি মনুংদা লৈরিবসি বাবাগী শক্তম ঙাক্তনি; অদুনা মন্দির মনুংদা থাল্লিবা থাওমৈশিংদগী থাও পিবসি বাবাগী অনিঙবনি। মদুননি গুরুভায়ুবগী মবুংঙোগী লাইশঙদা থাল্লিবা থাওমৈগী মপান-মপান্দগী থাও তপ্-তপ্ পুলিস ইন্সপেক্টবগী লাইশঙ মনুংদা তারিবসি। মসি মখোয়না খোমজিল্লি অদুগা হায়রিবা অনাবা অদুগীদমক্তা শিজিন্নৈ। লাইশঙ অদুদা মতম কুইনা লৈরক্লবা পুরোহিত অদুনা উবে অমসুং চাংয়েং তৌখ্রে; মখোয়না লাওথোকখ্রে মদুদি মদুদা ফংলিবা থাও অদু কনি অমতা য়েৎননিংঙাই লৈতবা মওংদা অশেংবনি, অহানবা তাখিবা লাইশঙ অদুদা ফংখ্রিবা অদুগা চপ মান্নৈ।

বাবানা অসুম্না আশীর্ব্বাদ পিবসি নাইতোম ভক্তশিংগী য়ুমদতা নত্তে, ময়ামগী লাইশোল হোলদসু হার্যবিবা মূর্ত্তি অদুদা মাগী থৌজাল অসি পিনিঙলি। কেরলাগী

মুভাত্তুপুজাদা লৈবা এ: নতবাজ পিল্লাইনা ইবি; "ভজন হোলদা বিভূতি অমসুং শিন্দুরসি মদুদা থল্লিবা লাই পুম্নমক্কি ফোটোদা উবা ফংলি। ঐখোয়গী হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজবা অমনা ফক্লাংদা যান্দুনা লৈবা কেলেন্দব অমদা যাওবা অঙাং ওইবিবা কৃষ্ণগী মখুত্তগী মাখন মপৈ-মপৈ থোবকপসিনি। ফোটো অদুনা উৎলিবসি যশোদানা মখুত্তা চৈ অমা পাযবগা মাখন হুবানবগী মচাদা ফুগে হাযনা কিহনবগী মতৌ অদুনি।

বাবানা খুবাক্তা বিভূতি পুথোকপা অসিবু "ঐগী শকখঙ চে" (My visiting Card) হাযনা কৌবি। মাগী শকতাক চে অসি মখল মখা যামই, চাউ-শাংবা তোঙাল্লি, মদুনা মাগী তোঙান-তোঙানবা শক্লোনবু হেন্না মপুংফানা খঙহল্লি। পুম্নমক অসিনা অবতাব অমা লাক্লে হাযবা অদুতবু খঙহল্লি। মীওইবা জাতিবু লৈখা তাবগদবদগী কনবিনবা লাক্লে হাযবগী নুংঙাইববা পাওনি। বাবাগী ফোটো অমসুং মাগী তোঙান-তোঙানবা শক্লোন কযা অদুদগী তাবক্লিবা মমল যাল্লবা পোৎশিং অদু অদুগুম্বা নুংঙাইববা পাওজেল অদুতবু খঙহন্নবা পিবিবা খুদমশিং ঙাক্তনি। শেংদোক্লবা মুক্তি অমতনা ঙসি ফাওবদা অসুন্না তশেং-তশেংলবা ঈশ্বরনি হাযবগী প্রমান পির্খিদ্র অমদি অসিগুম্বা নুমিৎ খুদিংগী অঙকপগী মশক ওইবিবা খুদম কযা পিবিবসি পুম্নমাক্ক ওইনা নিংখিবা অনিংবা অমনা (Universal will) সংসাব অসিদা লৈবিবা তোঙান-তোঙানবা শক্তিশিংবু মাযগৈ তাক্লিবসিগুম্বা হান্ননা অমুক্তা তার্কাপিখিবা লৈত্রি।

ভগবত গীতাদা অর্জ্জুন্দা বিশ্বরূপকি শক্তম অমা উহন্দুনা মদুনা মহাক্লি খুৎশেম পুম্নমকপু শোল্লবা, পথোক্লিবদু মহাক্লি হাযনা খঙহনখ্রবা মতুংদা কৃষ্ণনা হায, "অর্জ্জুন!, মাস ঐগী নির্ভূতিগী শকক মচেৎ অমখক্তনি, ঐগী বিভূতি অসিদি মপান লৈতে" "বিভূতি হাযবসি শক্তি, তৌবা ঙম্বা, মতিক-মগুণ, মথৌনা, চিংলেম্বা"। বাবাগী মতাংদা, মহাক্লা হৃকথেংননা পিবিবা উৎ, নত্রগা নাকোযননা মাগী ফোটোদা পিবিবা নত্রগা মীওইবনা খুরুম্নবিবা অতৈ ফোটোশিংদা পিবিবা উৎ অসি মাগী মতিক মগুণদা ঙমখৈ লৈতে।

কুগালুবদগী পি: ভি: নতবজননা ইদিটবদা ইবকখি, "ফোটোদা ববাগী মখুৎ থাঙ্গৎপা অদুদগী বিভূতি তাবকই; মসিনা তাক্লিবদি বাবাসি ঐগা মতম পুম্নমক্তা

লৈমিন্নবি অমসুং ঐনা কাব অমতা কিবোইদবনি"। ধববাব দিস্ত্রিক্তা লৈবা সমফা গাওদা ভক্তা কযামকমগী যুমদা বাবাগী ফোটোদগী বিভূতি তাবি। শ্রী এস: বি: কদকোলানা ইবকখি, "তৌবিবা, থুক লাউবিবা পুন্নমক অসি উবগা দি: আব: সলামথনা শীঙনবগা লোযননা ঙাঙলকই, 'মসি ওইদবা অমসুং তৌশিন্নবা শোযদনা ওইগনি। মতৌ কবম্না বিভূতি মথন্তা হেক্তা তাগদৌবিবনো? ঐগীসু ঐগী লাই খুকমফম কাদা বাবাগী ফোটো অমা লৈ। মদুদদি কবিগী বিভূতিসি তাদ্রিবনো? অদুগা, নুমিৎ অদুমক্তদা ফোটো অদুগী মশা পুন্নমক্তা বিভূতি তাবকখি। মদু নুমিৎ হুম্নি চৎখি। মতম অদদা সলামথকী মকুপ অমা মফম অদুদা লাকখি অদুগা হায়খি, "গ্লাস অসিগী মথক্তা কবম্না বিভূতি থোক্কদৌবিবা? অসিগুম্বা ওইদবা থোক আসিনা খুঙ্গং পুন্নমক অবানবা মাযগৈদা পুববনি।" মহাক্না অচোৎপা যদি অমনা গ্লাস অদু নিংথিনা তেথোকখি অদুগা মনাক্তা ফম্লগা হায়লকখি, "হৌজিক নখোযনা বাবাগী মাইমানি হায়বিবদু ঐহাক যেংগে। বিভূতি অদু তাবকসনু"। মিনিট ১৫গী মনুংদা বিভূতিদু অমুক হন্না তাবকখি, চাং অদু হান্নগী অদুদগী শরুব মনি ওইখি। যেৎলম্না নুপা অদু ফোটো অদুদা শাংনা তিংথোক্লুনা খুবমখি।

চিনিংশ ফেক্টরী অমদা থবক তৌবা মেকানিক অমগী যুমদা ফোটো ৪/৫ দগী তাবকপা বিভূতি অদু থোইদোক-হেন্দোক্না থুমলমই; মবম্দি মদুবু চানবা কনচেং শঙ্গু অমা যোমশিল্লমই। মহাক্না থুনমক বাবাগী মনাক্তা লাক্লুনা অথুম্বা শকক্লে লোখোকপিনবা হায়জখি; বাবানা ককচেংশিং অদু চঙইল্লবোই হায়না থাজবা পিখি লোযননা মথংগী নামত্রগী ককচেং অমতা লাকখিদ্রে। যুম খব লৈ মদুদাদি বিভূতিসি শংগোলশেল নুমিত্তদা তাবকই, যুম খবদনা হবাও কুম্মে নুমিত্তনা হেন্না মবাংব মনা তাই অদুগা খবদনা তোঙান-তোঙনবা ফোটোশিংদগী তাবকপা বিভূতিশিংদু, মচুদা, মহাওদা, শওং-মতৌদা অমতা মান্নদে। মদু খব মুশিল্লবা অদুগা মতুং পৌবদি মদু শিবাদগী বিভূতিনি, অদুগা মদু যাম্না থোৎলবা অমসুং মনম নুংশিববাদি মদু পার্ত বিভূতিনি। মতৌ অসুম্না কুম-কুম হায়বদি শিন্দুব অদুসু তোঙান তোঙানবা মচুগা ওইবা যাই; অমৃত অদু থাবা নত্রগা কুণ্ডবা মান্নদবা যাই, মহাও মান্নদবা যাই, মনম মান্নদবা যাই। শৌবাস্ত্রগী ভক্ত অমনা ইবকখি

মদুদি মখোয় মপু-মনায়না থা অমা চুপ্পা থুম চাদবা ৱাশক্কি অরোইবা নুমিৎ, লাংবনগী অরোইবা নুমিত্তা বাবাগী ফোটোদগী তারকপা মহি অদু য়াক্লি-য়াক্লি তৌই।

অসুম্না, ঙসিগী যুগ অসিদা বাবানা মফম অমসুং মতম, পোৎচাক অমসুং থৱাই-আত্মাগী মথক্তা মপু ওইনা ঙাম্থোইরি।

উকিল অমনা ইরকখি, "এনকোলাদা লৈবা ঐগী যুমদা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী ফোটোদগী থা অনিগী মমাংদগী বিভুতি, শিন্দুব, কেসরি শিন্থবকলি"। রাজকোত্তনা বাইকুন্ত একাদশি নুমিত্তা বিভুতি তার্বক্লি।জামনগবদনা মহাশিববাত্রি নুমিত্তা "ঐখোযনা খ্বাইদগী ঙকপা মওংদা 'ওঁম' অমসুং 'শ্রী' হায়বা ৱাহৈশিংসি ঐখোয়গী মন্দিরদা থল্লিবা ফোটোগী গ্লাস অদুদা উখি। মদু থাওগুম্বা মহি অমনা ইবকখি, "ঐনা অনাবশিংদা হিদাক্কগী বিভুতিনা হেন্না চান্নবা পিখি : বাবানা ঐগী যুমদা যাম্না চাং নাযনা বিভুতি পিবিবি"। শান্তক্রুজগী ডাক্তব বাইলুবসু মসিগা চপ্ মান্নবা নুংঙাইবা মওংদা বিভূতি ফংলি। অসুম্না, খবগপুব, জামসেদপুব, কলকত্তা, ত্রিভান্দ্রম, মদ্রাস, ত্রিচিনোপল্লি ... নচিংবা সহব অমসুং খুঙ্গং কযাদা লৈবা ভক্তশিংদা অসিগুম্না অঙকপগী মশক ওইববা মঙ্গলগী মশক ওইববা বিভুতি অসি ব'বানা পিনবিবি।

বাবাগী মতিক-মগুণ ফোঙদোক্লিবা অসিগুম্বা থৌদোকশিংসি খবদং ফোঙদোক্লবা অমাবা পিবিনবা হাযজবা মতমদা বাবানা তার্কপখি মদুদি মীযাম্না মসি প্রচাব তৌবনি হাযনা লায়া লৌনখিগনি'। অদুবু মিরাকল অসি অসুক্কি মতিক পাকশন্না থোকখ্রে, অসুক্কি মতিক তশেং-তশেংখ্রে, অসুক্কি মতিক লাযনা যেংবা যাবা অমদি চুমই চুমদে হাযবা ঙম্না মওংদা লৈখ্রে মদুদি অবানবা প্রচাবনি হাযবম্বশিংদু মথন্নতা অদম খঙদদুনা তৌবননি হাযনা মশানা যাম্না থুনা যাজবক্লনি। সালেমদা বিভুতি অদু লৈকাযদুগী কলেজগী ফিসিক্সকী ওজা অমগী যুমদা তাবি। মহাক্কা ফোটো অদু অবাকপশিংদা যেংহনবদা মহাকপু প্রচাব তৌবা মীনি হাযনা মরাল শিবা ঙম্লোই। ঐহাক ইশামক্কা সিমোগাদা নিমলানন্দগী যুমদা ফমদুনা যেংখি, মদুদা বিভুতি মনিক মবিক সেকেন্দ খুদিংগী তাবকপদু উখি। মঙ্গলোবদা সিরদি বাবাগী ওইথংবা মখোঙদগী বিভুতি তারকপদু ঐনা উখবে অদুগা মখাদা

পৈদুনা লৈবদুসু উখবে। কেবলা শিনবা থুংনা 'ওনম' পুজা পাঙথোক্লবা লাংবনগী শেংলবা নুমিত্তা ঐনা বাবাগী মতিক মগুণগী মবমদা ৱা খব ঙাঙলবা মতুংদা আর্তি কৎপা হেক লোয়বকপদা পালখাতকী দেবি-ভিল্লা, কলেজ-বোত্তা বাবাগী অচৌবা ফোটো অমদগী অমৃত দ্রোপ চা কয়া তাবকখিবদা ঐহাক অঙকপা নুংঙাইবা অমা ফাওখি।

বাবাগী মতিক-মগুণ ফোঙদোকপগী যানিংখিদবগী অনিশুবা মবম অমনা অসুম্না আশীর্ব্বাদ পিখ্রবা মীওইশিং অদুনা মশাদা নাপল মদ কাবক্তুনা মাগী আধ্যাত্মিক্কি পুন্সি অদু মাঙহনখি‌ ়াই হায়বসিনি। মবম অসিদগীনি, কনাগুম্বা অমনা বাবাদগী থৌজাল অমতং ফংজবা মতমদা মদু ফোঙদোক্কে হায়বদা বাবানা হেক-হেক যাদ্রিবসি; মসিদি থন্মোয়দদা মকম্ থুপ্না লৈজগদবা, থমগদবা খুদোল অমনি; অমদি মথন্তা মবন্নাই যাম্না লোন্না হন্না হন্না শাযদুনা হায়বদি খন্থজদুনা ঈশ্বরবু নিংজনবনি। মসিদি কনাগুম্বা অমগী খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজবা অমদগী ফংজবা অবোনবা নুংশিবগী খুদম্নি। অদুবু মীওই খরদি লান্না চৎখি, মবমদি মখোযদা ফত্রবা হুগী মশক ওইববা মদ অদু কাখৎলকখি, আধ্যাত্মিক্কি হিবমদা মখোযনা খুমাং চাউশিনবদগী ফঙলিবনি হায়না শন্দোবকখি; বাবাগী থৌজাল ফঙবা তান্নসি হায়বনচিংবা খুল্লক্তা শিঙনবকখি; মখোযনা অমগা অমগা চাংদম্নবকখি, মীবু চৈবকখি অমসুং নিন্দা তৌবকখি। মখোযনা ফত্তবা মযাম অমা মথং-মথং পুথোবকখি; মদুনা মমৈথংদদি মশানা ফঙলম্বা আশীর্ব্বাদ অদু মাঙহনজখি। অশোনবা মীওই কয়া অমসু মখোযদৌনা মান্নবা থাক্তা লৈবা ভক্তশিংনি উৎনবা তৌশিন্নবা কয়া অমসু থোবকখি, অদুবু ওইদবশিংদু যাম্না থুনা খঙনবক্তুনা মখোয লোযনা মাঙখি, অচুম্বা খক্তনা জয় ওইহৌখি।

অসিগুম্বা ওইদবা তৌবশিংসি মশাগী ফংফম থোকপা ফলনা ঙাইদুনা লৈবি, অদুনা মখোযশিং অসি থম্লগা তশেংনা বাবানা থৌজানবিবিবা মাগী থাজবদা ৱাববা অসিগুম্বা মহিমা কয়া ফঙলিবশিং অদোমদা অমুক্তং পুক্লিং চঙলসি। নদশ্বাবম ঈশৈদা হৈশিংলবা, প্রশান্তি নিলযমদা দশবা অমসুং শিববাত্রি খুদিংদা লাকখিবা বিদ্বান অদুগী দ্রম যৈবদা লোযনবা মখুবা অমা লৈবমই। মাগী মমিং গনেশ কৌবমই। মহাক্লা ইবকখি, "ঐহাক্লা শোক ১৯৬৫ গী মপোক কুমওন লোয়বগা বাবাদগী বিদায় লৌবদা মহাক্লা যাম্না থৌজাল হৈনা থাজবা পিবিবকখি, 'নঙগী

অৱাবা খুদোংচাদবা অমুক হন্না লৈববোই; ঐহাক ননাক্তা মতম পুন্নমক্তা লৈবে। ঐনা ঐগী ইস্মাক্কা লোযননা তিকভন্নমলাই মন্দিবদা চৎলুই, মদুদা নুমিৎ ১০নিগী কুম্মৈদা ঈশৈ শক্লগা যুমদা হল্লকপদা বাবাগী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ফোটো অনি অদুদগী বিভুতি মবাং কাযনা শিন্থবর্মখি, ঐহাক হবাওবনা থুম্মৎখি। ঐনা বাবাদা নিজবি মদুদি বিভুতি অদু হেন্না তাহর্নাবিদুনা লাক্লিবা মীপুম খুদিংমক্তা পিবা ঙমহনবিনবা।”

তশেংবমক্কি বাবানা লোযবা নাযববোইদবা বিভুতিগী পাত্র খব মশাগী মবন্নাই যাইফনবা শিজিন্নববোইদবা মীওই খবদা পিবিখ্রবনি। মখোযনা বাবাগী মিংখৈ শোল্লগা পাত্র অদু চুম্না নিকপদা মশানা অদুম হেক্তা থঞ্জবনি। বাবানা পিবিবিবা বিভুতি অসি তোকপিবো, লেপহনবিবো হাযজবা মী অমসু লৈবমই। বোম্বেদা লৈবা তোল্লবা সনা শাবা নুপা অদু মাগী খাঙবা কনবদু ৱাৎপদর্গীনি। মাগী থবক শুফমদু লৈমাযগা তাযনবা, মথক কাফম কৈবাক অমগী মখার্দনা বাবাগী ফোটো অমদগী মাগী কাদা বিভুতি তাবকপনি। বিজ্ঞান্না খ্বাইদগী যাদ্রবা থৌদোক অদুবু অবেপ্লা লৈতনা যেংবা লাক্লিবা মীযাম অদু ওক্লবা হোৎনবদা মহাক্কি থবক অদু অপনবা ওইবর্ননি। অতোপ্পা নুপা অমসু মাগী নুপীগা মচা অহুমগা কা অমদা বোম্বেদা লৈবমই। মহাক্কা ইবকখি, “বাবানা মাগী ফোটোদগী ঐগী কাদা থৌজালগী বিভুতি অসি পির্নবিবে। মদুগী ফল ওইনা অকোযবদা লৈবিবা মফম পুন্নমক্তগী মী চা কযানা নোংঙানবদগানা অখেংবা অহিং যাওবদা ঐগী কাদা মী লেপ্পা লৈতনা থুংলবে। মদুনা ঐখোযনা মসিদা লৈবসি অৱাবগী মশক ওইবে। চানবিদুনা বাবাদু বিভুতি অসি তাহনবিবনু হাযবিযু”। মসি যাম্না থম্মোয শোক্লিংঙাই ওইনা চিঠানি, মাগী অবানদু যাম্নমক খাঙবা ঙমদবা নত্রবদি ভক্ত অমতনা অসুম্না থক হাযববোইদর্বনি। বিভুতি অদু তশেংবনি হাযবসিগা মানা হাযর্জবিবা অবাবসিসু তশেংবনি হাযবসিগা অমতনি হাযবসি কনাগুম্বা অমনা হেক্তা লাযনা খঙবা ঙমগনি।

নভসাবিগী শ্রী ভাইদ্যানা প্রশান্তি নিলযমদা ঐগী ইনাক্তা লাকখি অদুগা মানা লিঙখৎখিবা ভজন সোসাইতিনা পাযখৎলিবা থৌবর্মাশংগী মবমদা ঐঙোন্দা রিপোর্ট অমা পিখি। মদুদা ঐনা আইতেম অমা থেংর্নখি, “সাই লীলাগী মফমশিং যেংবা”, মসিনা ঐগী পুক্লিং চিংশিনখি। মহাক্লা ঐঙোন্দা শন্দোক্লা হাযখি মদুদি চিনম হাযবা

খুঙ্গং অদুদা বাবাগী ফোটোদগী বিভুতি অমসুং কুম-কুম শিন্থুবি। মহাক্না হায়খি, "স্তুপা (Stupa) হায়বা মফম অদুদদি ভজন শকপা হেক হৌবগা বিভুতিসু তাবা হৌবকই"। (মসিনা ঐনা থেংনখিবা থৌদোক অমবু নিংশিংহল্লি। কলপতিদা অহল ওইববি ব্রাহমিন নুপী অমগী লাইশঙদা বাবাগী গ্লাসনা ফ্রেম চল্লবা ফোটো পবেং অমা লৈবমই। তপ্না অমসুং থুনা ঈশৈগী তান্থা মতুং ইন্না পিকচব অমা লেঙবা হৌখি। ঈশৈ অদু লোযবগা পিকচব অদুসু লেপখি। বাবাগী পিকচর মমাংদা থক্লবা থল্লিবা ঈশিং অদু যাম্না থুনমক মনম নুংশিববা থক্লবা মহি ওনখি, মদুবু ভক্তাশংনা অমৃত কৌখি। (মসিগ থৌদোক অসিদি ভাবতকি মফম কয়ামকমদা থোক্লি)। অদুগীসু মথক্তা পিকচব অদুদা উবিবা বাবাগী চিনবান্দগী অমৃত অসি ওবো-বো চেন্থবকখি। (মসিনা ঐঙোন্দা কবিগুম্বা বাইকুন্ত একাদশি অমদা থোকখিবা থৌদোক অমা নিংশিংহল্লি, বাবানা ভক্ত চা কযামকমগী মবক্তা ফল্লগা ঐঙোন্দা পাত্র অমা পুবক্লবা হাযধকখি অমসুং পাত্র অদু পিক থন্না মযাদগী অমৃত হৈজিনখি)। "মাইল ১০ লাপ্না লৈবা মবকাপুবদা বাবাসি মফম পুম্নমক্তা শিন্থুংনা লৈ অমসুং চাংজৌ নাযদ্রবা থৌজাল লৈ হাযবসি কাংবু অদুনা চপ মান্ননা উখি"।

বাবানা থৌজালদি পিনবি অদুবু মদুনা মদতি খক কাহন্দে। মদ হেক কাবকপদা বিভূতি তাবা হেক্তা লেপ্পি নত্রগা অতোপ্পা হেন্না অকনবা ব্রার্নিং অমা পি। অসুম্না বিভূতি নত্রগা অমৃত পিবসিদা নাপল নত্রগা মিহৌবা কাবকপদুবু বাবানা শাবৈ হৌবা (Hysteria) কৌই। কনাগুম্বা অমনা মতম পুম্নমক্তা মশাগী অশোনবা কবিনো হাযবসি খঙগদবনি অমসুং থৌজাল অদু ফংজবদা দবকাব ওইবিবা থাজবদু নিজদুনতা লৈগদবনি। নত্রর্বাদ কনা অমতনা সাইগী মবী মতানি হাযজনবগী অধিকাব লৈতে।

কনাগুম্বা মীশক অমদা বাবাগী থৌজালগী খুদম খব পিবে হাযদুনা মহাক্না মযামদগী অখন্নবা ব্যবহাব নত্রগা সনমান ফংগদবনি নত্রগা পিগদবনি হাযবসিদা বাবানা পুক্লিং থৌগত্তে। অদুবু মী অযাম্বনা অসিগুম্বা ব্যবহাব অসি পিদনবা অমদি লৌদনবা হোৎনর্বাসি অক্তবা অমা ওই, মদুনা পিরিবা অমসুং লৌবিবা অনিমক্তা অমাঙবা ওইহল্লি। মদ অদুনা আধ্যাত্মিকি ৱাখল্লোন্দা চংশিনখি।

বাবানা ককিনাদাগী মীযামদা হাযখি, "মীওই খব লৈ. মখোযনা নঙোন্দা

লাক্লগা হায়বৈ, 'সত্য সাই বাবানা ঐবু যাম্না চানবি; মহাক্কা ঐঙোন্দা মসি পিবিবনি, অদুগা পোৎ অদুদি বাবাগা খ্বাইদগী নক্লবা নত্রবদি পিদবা পোত্তানি'। অদুদগীদি মানা মতেং খব নিগনি নত্রগা মঙোন্দা অখন্নবা মিৎয়েং থম্বিনবা হায়গনি, মসিমক্ বাবাগী নিতি অসিবু চাউনা ইকাযবা পিবা অমনি। "ঐঙোন্দগী থৌজালগী খুদম অমা ফংবা হাযবসি দাযিত্ব যাম্না চাউখ্রবা জাৎনি; মসিনা নিংশিংহল্লিবদি মীশক অদু যাম্না নোল্লুক্কদবনি, নুংশিনা ব্রা ঙাঙগদবনি, অচুম্বদতা ঙাঙগনি, অপাম্বা থাদোক্কদবনি অমসুং মতম পুম্নমক্তা মীপুম খুদিংদা সাই তোংলি/যাওবি হাযবসি খঙগদবনি।" অদুবু মীওই খব লৈ, মখোযদি বিভুতি তাবকখিবগী চহি কুমওন যাম্না লেম্না পাঙথোকই, মদুগীদমক মীযামদগী শেলগী মতেং খোমগৎলি; অদুগা খব অমনা বিভুতি নত্রগা অমৃতসি পোম্তা থাবগা দোনেসন লৌবি, মদুনা মশাদা কযা যাম্না শোকহল্লিবগে হাযবদুদি মশানা ইখঙ খঙজদে।

মসি নত্তবা অতে থৌদোক পবেং অমসু লৈবি, মদুগী মবমদা খবদং পনবা যাই। পিক্লিবা অঙাংশিংনা নত্রগা খব চাউবক্লবা বাখল মপুং ফাদ্রিবা, মফম মবাং খঙদনা লাইনিঙবা শাবা কাংবুগী মবক্তা চাউবকপা কাংবুনা বাবাগী শকফম উবে, মহাক্না বা ঙাঙনা তাবে, বাবাগা পাও ফাওনবা ঙম্লে-গা হাযবা কাংবু অমা লৈবি। মসিগুম্বা থৌদোক অমা ইমুং অমদা লৈবর্দি, থংনবা যুমগী অঙাংশিংদসু শাথিনা শোকহল্লি। অসুম তৌদুনা মদ্রাস সহরদা, নোংপোক থ বা গোদাববি ডিষ্ট্রিক্টা, খা-থংবা কনবা ডিষ্ট্রিক্টা অমদি সিলোন্দা যাম্না চাং নাযনা মীযাম পাকতক্ল না অসিগুম্বা ঈচেল অমা ইকুই-কুইদনা লৈখ্রে। বাবানা মসি যাম্না কন্না নিন্দা তৌখি। শোক ১৯৬৫গী মার্চ থাগী তাং ২৯দা অমলাপুবমদা বাবানা হাযখি, "মসি শন্দোক্লনবা লাযনা অমগুম্লে। ঐহাক কনা অমতদা নোক্লদে নত্রগা মবাল পিদে। অদুবু অচুম্বা অর্দুদি খঙহনগদবনি। অমলাপুবমদসু মীওই খব লৈ, মখোয অদুনা হাযবি মদুদি ঐহাক অসি মখোযদা লাক্লে, মখোযদা তোংলে, মখোযনা ঙাঙলিবদু ঐনা ঙাঙলিবনি হাযবি। মখোযনা মখুৎ ওৎলি, মখুৎ অদু লেঙলি, নিক্লি, অকোযবদা ফল্লিবা মযাম অদুনা মদু ঐগী শক্তিনা তৌহনবনি হাযনা লৌনবে। মখোযনা ব্রাহং কযাগী পাওখুম পিবি, অদুগা মখোযগী এজেন্তশিংনা নাইতোম উনবগী খুদোংচাবা ঐনা তৌবগুম্বা মখোযসু চৎথবি। অসিগুম্বা লৌনম্বগী থবক অসি লাযনা অমগুম্না চন্নবা মীওই কযাদা নিংথিনা থৌবাং তৌবগা শন্দোবক্লে।

লাযনা অসিগী পাও হেক তাবগা নত্রগা উবগা খুদক্তা মুথৎলু, এজেন্‌শিংদু ফাবো; অদুদগী অঙাংদু নত্রগা অহলদু মচিন মেনশিল্লো অদুগা হান্নগুম লৈহল্লো। ঐহাক কনাগুম্বা অমগী খুথাংদা ৱা থক ঙাঙদে। ঐনা ইশা ফোঙদোক্ল বগীদমক কনা অমতম্বুসু শিজিন্নদে নত্রগা কনাদসু তোংশিন্দে। ঐহাকসে অসুম্মা তৌগদবা ভুত নত্তে, অতোপ্পগী মতেং দবকাব লৈতে। ঐদি হকথেংননা লাক্কনি, হকথেংননা ঙাঙগনি, ঐদি ফিভমসিদা হেক্তা লাক্কনি, নত্রগা নৌনা শেল্লবা ফিভম অমদা লাক্কনি। ঐনা অশোনবা মশা তনিক তনিকপা মীওইবু খুৎলায ওইনা শিজিন্নদে; ঐনা হকথেংননা আশীর্ব্বাদ পি, মবাক্কী চঙদে"। যেন্নামনচিলিদা মহাক্না হাযখি, "ঐনা শাদোং ওইবে হাযবা মাওহ কযা ইক্লই কুইদনা থোবকখ্রে, মখোয অদু হেক উবগা তাম্তোকখো। অসিগুম্মা অপঙবা, তৌশিন্নবাশিং অসিদা যাকগনু অদুগা ভক্ত অমা ওইনা নশাগী থাক হম্থহনগনু"। বাবাগী ভক্তশিং অসি মতম পুম্নমক্তা অসিগুম্বা অবোননা থৌবাং কযা অসিদগী মিৎ-নাকোং শিংনা লৈনবা পাওতাক পিখ্রবনি. অনতাব অদ লাল্লবা মতম অগিদা, অসুক্কি মতিক লাযনা চঙজবা যাববাসিদা, থোজাল মনাং কাযনা পিববাসিদা, কনাগুম্বা খবনা ওইদবা কযানা অকল অথৌ শাদুনা অথঙ-অহৈ শাবদা যাববা হাযবদি অপঙবগী বাফমতনি।



# ১১. সহর পুম্নমক মৈ চাক্লে
## (CITIES AFLAME)

চার্লস্ পেন্না লোৎ এঞ্জেলেসতগী নিকই, "সমুদ্র বযা শান্না ঐখোয় খুদিংমক্তা মথং মথংনা যানা পীবানি। মসুনা আশীর্বাদ পীবি, মরাংনা মতিজিংবি। মতেংগী দরকার লৈবশিংদা মহাক্না শান্না খৌনা পীবি। অদুগা মোমোন মিনোক্না "ঈশ্বরনা চানবিবসনু " হায়রগী বাক্যবু কে চন্দা ফংবি। অদুগা মহাক্না নমজিংবদা দরকার ওই শিংনু প্রশান্তি নিলম্মদা কৌবি। পুক্নি হায়বসি লোয়না নায়দবানি হায়না মহাক্না পাম্বি, অহিং কনানা, নুংথিল কনানা, খা কমানা অমসুং চতি কমানা লোইনবা ভময়দে, মরমদি পুম্নমক অসি লেংদ্রবা, অচংবা লৈত্রবা ঈচেল অদুদদি হায়রি।"

মসিমক জানুয়ারি ১৮, শোন ১৯৯৬ কী উত্তরযনাগী নুমিৎ প্রশান্তি নিলযমদা তিনখিবা মীযামগী বাবানা পিবিখিবা পাবানি। নুমিৎকি নত্রগা থাগা খোঙচত্তগী হোৎলগা শোন্নবা কেলেন্দরগী মতুং ইন্না পাঙথোক্লিবা কুম্মোশিং অসি পুক্লিং খুদুম চনশিন্নবা (থানা পুক্লিংগী মথক্তা তোংলিবা লাইনি) অমদি লৌশিংসি নিযম চুন্না শিজিন্নবনি। (নুমিৎনা লৌশিংগী মথক্তা ফম্লিবা লাইনি)। লন-থুম অমদি সমপত্তিদা অমদি ঙাইহাক্কি ওইবা হবাও-নুংঙাইবদা মরম চাদনা হেঞ্জিন্না থাজবা থমদুনা মীওইবনা মশাদা যাওবিবা নুংঙাইবগী হৌনকফম অদু শিজিন্নবগী লৌশিংদু মাঙখ্রে, মশাগী পুক্লিং মনুংদা লৈবা অমসুং মশাগী লৌশিং মনুংদা লৈবা হৈজবা অদু মাঙখ্রে। পুক্লিং খুদুম চনশিন্নবগীদমক অমদি লৌশিং চুম্না শিজিন্নবগীদমক উত্তরযনাগী পুংফম ঙাইরুবগী দযকার লৈতে। মিকুপ খুদিংমর অচুম্বা অফবা মিকুপ ঙাক্তনি - মসিনি বাবাগী পাওজেল। বাবাগী বাফম অসিদি

অথুবনি, মিকপ থোক্লনবা তত্তনা কৌরিবা মিকৌনি, থবক হৌনবা, আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিল্লগা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক, অমুক পন্থদনা, নিঙহন্নদনা।

পাওজেল অসিনা মহাক্না ঐখোয়গী থম্মোয়দা মথুম-মরাং হৌহল্লি, অতৈ কনা অমতনা অসুম্না ঙমদে, মরমদি, মহাক্না তৌবদৌনা অতৈ কনানা হায়বা ঙম্বগে : "নখোয়গা ঐগা লৈনবিবা মরী অসি মতম, সিমানা লৈতে; মসি লেঙদ্রবনি। মসিদি সংসারগী ওইবা মরী মতাদা যুমফম ওইদে; মসিদি লোয়বা নায়দ্রবা নুংঙাইবগী সমুদ্র ঈফুৎ অদুবু ফংগে হোৎনরক্লিবা থম্মোয় অদুগী মখাদা যুমফম ওইবনি। থানা অতিয়াদা থোরকপা মতমদা নখোয় পুম্নমকসিবু ঐনা সমুদ্রগী ঈথক ওইনা উই। নমাযদা ঙাল্লিবা নুংঙাইবগী মায়থোং অদু ঐনা উই। নুংঙাইরিবা অদুগী চপ চাবা হৌবকফম মরুদি নুংশিবগী হৌরকফম অদুবু নুংশিরিবা প্রেম অদুননি।"

শোক ১৯৪০ দা মহাক্না সাই বাবা অমুক হন্না লাক্লবনি হায়না লাউথোকখিবা অদুদগী হৌনা চহি খুদিংগী মাগী মশাদগী মখন্নাওদা লিঙ্গ পুথোকপগী থৌরম পাঙথোবক্লি। মসি থাজবদা যাম্না য়াবিবা অঙকপা অমনি : মতৌ করম্না তোঙান-তোঙানবা নুং নত্রগা ধাতুনা শাবা লিঙ্গ অসি মশা মনুংদা শেল্লিবা, মতৌ কবম্না চহি খুদিংগী জোতিষ-শাস্ত্রগী মতুংইন্না হোৎলবা অকক্লবা মিকুপ অদুদা থোবক্লিবা।" চহি অমদনা সিলভবনা শাবা লিঙ্গ ৯ থোরকখি, চহি খরদনা ৭ নত্রগা ৫ নত্রগা ৩ নত্রগা ২ মথং মথং থোরকখি। য়াইফরবা পুংফম অদু হেক যৌবক্ত্রি ফাওবা কনা অমতনা লিঙ্গ মশিং, সাইজ, শারিবা মচাক, নচিংবা অমতা হাযবা ঙমদে। লিঙ্গ থোবক্লবগী তাঞ্জা অদু য়ৌরক্ত্রি ফাওবদদি বাবাগী ফিভমদা হান্নগী মওংদা অদুম লৈ, করি অমতা অহোংবা লৈতে।

তিল্লিবা মী লিশিং ২৫ বোমদ্ যাম্না আশা তৌনা ফমই, ঈশ্বরদা খুরুমজনা পন্দিতশিংনা আধ্যাত্মিক্কি নিযম খবদা ঙাও শক্লিবা নত্রগা অরিবা বেদগী হিরম অমদা ঙাওলিবদুদা তাবমই। ঙাঙলিবা ব্রাফম অয়াম্বা শিবগী মরমদনি, মীওইবনা লৈফম থোকপা লৌশিং খব লৈতবা অদু কোকহন্নবগী হিরমদনি, মদুনা মঙাল অমা ফাওহল্লকপগী মরমদনি, হৌখ্রবা মতমগী পৈশিন্দুনা লৈরক্লিবা ফত্রবা ফলশিং কোকহন্নবগী মরমদনি, মীওইবগী পোকপদগী লোয়নরকপা শাগী গুণশিং অদু

কোকথোক্লবগী মবমদনি, পুম্নমক অদুনা চাউববা পুক্লিং হাযবা তুবেল অদুবু শেংদোক্লবনি। পন্দিতশিং অদুনা লোযববা মতমদা বাবানা ঈচেল অদু অমুক লৌখৎলি অদুগা মীওইবনা মতৌ তম্বা ঙম্লবোইদবা মাগী পাওজেল অদুনা থৌবম অদুবু হেন্না অমুক থুমহল্লি, মপুং ফাহল্লি। পাওজেল মবক্তা নত্রগা মদু লোযবগা বাবানা ঈশৈ খব শক্লুনা লুচিংলিবা ভজন মনুংদা বাবানা হাযফেৎ লোক খুবকপদা মীযাম্না মমল যাম্লবা লিঙ্গ অদুগী মাংওইনবা পাওজেল লাক্লে হাযবসি খঙবা ঙমই। ঈশ্ববগী মচিন্দগী থোবক্লিবা পাওজেল অদু তোযনা তোযনা শ্বব মপি হোন্দুনা মবক থৎপা হৌবকখি, ফিভম অসি পুক্লংদগী পিবক্লিবা শাফু অদু খিংবা ঙমলক্লবা মতাং ফাওবা লৈগনি। অদুদগীদি চিনবান লিশিং কযাদগী থোবকপা ওঁ নম শিবায' হাযবা নুংঙাইবগী থাগৎ ৱাহৈ মবক্লুদা লিঙ্গ অদুনা চিনবান তান্না চৎখিদুনা সিলভব প্লেত অদুগী মথক্তা তাগনি। বাবানা মদু শোযদনমক মখুৎনা বাংনা থাঙ্গৎকনি, মদু পুম্নমক্লা উনবনি, ব্যবহাব তৌনবনি; মখোয অদু ঐখোয পুম্নমক্লা উনবা অহিংচুপ্পা থমগনি। অযুক্তা বাবানা মখুৎনা লৌখৎলগা লৈবিবা ভক্তশিং অদুদা পিবা যাবা অমদা পিখিগনি. চাওববা লিঙ্গ অদুনা খনবা থৌনাও অসিদা মতৌ কবম্না থোবকপনো হাযবসিদা যাম্না ঙকহনখি।

শোক ১৯৬৬ তা চাউবাক্লা মিনিট ২০ শোম হায-হুমদুনা শ্বব মপি হোন্দুনা, শ্বব থবেৎ-থবেৎ তৌদুনা, লোকখুদুনা থৌনাওগী লম্বী অসি নালহল্লবা মতুংদা ইঞ্চি ৩ ৱাংবা, ইঞ্চি ৫ পাকপা যমপাক অমদা যুংশিনবা, ইমবেলদগী লিঙ্গ অমা থোবকখি, মীযাম পুম্নমক মিৎ না কুপ্তুনা মাগী মমাযদা মুন্না যেংলাখ. লিঙ্গ অদু থোবকপা মতমদা বাহৈনা ফোংঙমদ্রবা নুংঙাইবগী অমদি লাংতক্লবা কোকপগী ৱাখল অমা তিল্লিবা মীযামদা যাওনখি। তিল্লিবা মী লিশিং কযাদু ঈশ্ববগী ওইবা থৌদোক অদুদা, অনৌবা শাবা হোল অদুদা, মওং তানা থাল্লবা থাওমৈ মবক্লুদা, শান্তি ভেদিকা অদুদা, থৌদোক অদুনা হবাও নুংঙাইবনা মথুম-মবাং হৌহনখি। অহিং পুম্নমক অদু তিল্লিবা মযাম অদুনা ভজন শক্লুনা লেনখি। মথংগী অযুক্তা ভজন ঈশৈ লোযশিল্লকপা মতমদা বাবানা অমুক হন্না শান্তি ভেদিকা অদুদা থোবকখি। মহাক্লা তিল্লিবা মীযামদা অহিং-মিংসেন খাঙখিবগী অর্থ, হবাও-নুংঙাইবগী, ইন্দ্রি খুদুম চনবগী, পুক্লিং খুদুম চনবগী, মকহৎকপা নিতি-নিযম চথদুনা হকচাংদা লৈবিবা মদ কাবা অসি লৌথোকখিনবগী মবমদা নৌনা অমুক নিংশিংখি।

অদুদগী মানা যাত্রিক পরেং পবেংদুগী মরক্তা চত্তুনা মাগী তোপ-তোপ্পা মতিক মগুণ অদু ফোংদোকপগা লোয়ননা মীয়াম্না পেন্না য়েংজনবগী খুদোংচাবদু পিবিখি।

শোক ১৯৬৬কী ফেব্রুৱারিগী অরোইবা চয়োলদা বুক্কপতনম্‌দা লৈবা জিলা পরিষদ হায়স্কুলগী 'স্কুলগী নুমিৎ' পালন্দা সভাপতি ওইখি; স্কুল অদু বাবাগী থৌজালদগী হায়স্কুল ওইখিবনি অমসুং স্কুলগী কাংবুদা মহাকপু স্কুল অদুগী '*অরিবা-ছাত্র*' কৌজনবগী খুদোংচাবদু পিবিখি। মহাক্লা য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিনবিবা অদুগী তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা স্কুল অদুগী মমিং অদু ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবা হাযস্কুল হায়না কৌখ্রে। বাবানা - না-মপাশিংদা ধর্ম লৈবগী শাজৎ-নিতি চত্তুনা, নোল্লুকপগা লোয়ননা মীওইব। জাতিগী সেবা তৌনবা কন্না হায়খি, মদুনা অঙাংশিংনা ফন্না মতৌ তম্নবনি। মার্চ কী তাং ২দা বাবাসি হায়দরবাদ য়ৌখি, মফম অদুদা নুমিৎ হুম্নিগী ওইবা প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভাগী মীফম অমা পাঙথোক্লে বনি। নুমিৎ খুদিংগী ওইনা মী লিশিং য়াঙ্খৈদগী হুস্ফু ফাওবনা য়াম্না খৌবাংনা, শক্লাযববা প্রোফে: ভি: কে: গোকক্, শ্রী ডাক্তর, ভেন্‌কতভাধনি অমসুং ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবাগী মীগী থম্মোয ওন্থোকপা ঙন্বা পাওজেলশিংদু তাখিরমই।

ঙসিগী সংসার অসিদদি বার্বাসি খ্বাইদগী হেন্না মীগী থম্মোয় শুস্কৎনা ঙাঙবা মী ওইবে, মবমদি মহাক্লা মী লিশিং কয়াবু চেক-মোক লাওহন্দনা পুং কয়া পুক্লিং চঙনা ধর্মগী অরুবা, অৱাংবা ৱাফম কয়াদা মচাতানা য়াম্না লায়হনবা মওংদা ঙাঙদুনা তার্হাল্লি, ৱাফমশিং অদু মীপুম খুদিংমক্লা মশা-মশাদা নাযতোম ঙাঙবগুম ফাওহল্লি, ফিভম তাঞ্জানা ওইখিবা মশাগী লৌশিংগী নত্রগা শাজৎনিতিগী মরমদা লৈরম্বা ভাব তাদবা কয়াবু ভাব তাহন্নবা ঙাঙবগুম খলহল্লি; মীপুম খুদিংমক চমম্নবম্বা ৱাখল কয়াদগী যাংথোক্লরকখি, হেন্না হরাওবা অমসুং কন্‌খৎপগুম্ ফাওনখি, আধ্যাত্মিকি ৱাখল অমতা লৈরমদবা কয়াসু অমদি হান্ননা মপুং ফানা লৈজরম্বা কয়াসু অদুগুম্বা নুংশিববা খোঞ্জেল অদুনা শ্বগগী থোঙ হাংদোকপিখি। অঙকপা নত্তে, প্রোফে: গোকক্‌না মখাগী শৈরেং অসি শক্লকখি : শক্লিংবগী ৱাখল ফাওহল্লকখিবননি।

নখোয় বাবা উরব্রা

সহব পুন্নমক মৈ হৌহল্লিবা য়েংনিংবনা, উনিংবনা

অদুগা, পুমচোৎ চোৎহল্লি, হিংবগী নুংঙাইবনা?
নাম্ভোকখ্রবনি নহাক্কি পুন্সিগী অর্থ অদুমক
নখোযনা মাবু উহৌদ্রবদি, মানা ঙাঙবা তাহৌদ্রবদি।

বাবানা শেংদোকপিখ্রে মদুদি প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভা অসি মহাক্না মীওইবনা কাওথোকখ্রবা লম্বী অদু নিংশিংহন্নবা অমদি কবিশু লৈত্রবা কোম মচা-মচাদা মীওইবনা লান্না পুখদুনা লৈখ্রবা অদু নিংশিংহন্নবনি। নাবিবা মী অদুনা মহাকপু ফহনবা ঙম্বা ডাক্তব অদুবু ব্যবহাব তৌবিদ্রে নত্রগা মহাকপু অবাবদগী পোথাবা পিগদৌবিবা হিদাক অদুবু থৌশাদ্রে। মালহল্লগা, তৌশিন্নবগা নিন্দা তৌবনা অমসুং খবদং ওইজবা থিবনা মশাগী মমল নাযদ্রবা কলচববু থাজবম্বদু মাঙহল্লে; মপান লমগী শাজৎ-নিতিদা, ফিজেৎ চাকচাদা, মিৎযেং-নাযেংদা তাখ্রে। প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভানা চাংদম্নবগা, হিদান্নবগা মায পাকপা পুবকপা অদুমক নত্রবসু শান্তি পুবক্লবগী লম্বী শেমগনি।

শোক ১৯৬৬ কী মার্চ তাং ১৩দা সতব অদুদা অহুম লক শুবা ওইনা বাবানা বোম্বে যৌখি। বাবানা হান্না হাযখিবগুম, "মহাবাস্ত্র অসি যাম্না শেংলবা লম অর্মনি, মফর্মাসদা চেল্লিবা ভক্তিগী ঈচেল অদুনা সমাজগী, বাজনিতিগী অমসুং ধর্মনিতিগী হিবম কযাদা লৈহাও চেলহলখ্রবনি। বামদাস, তুকাবাম জ্ঞানেশ্বব অমসুং অতৈ কযানা মী ওইবগী থম্মোযদা ঈশ্বব নুংশিবগী প্রেম অমসুং মী নুংশিবগী প্রেমনা থলহনখ্রবনি; মফম অসি সাই নিতিগী হৌবকফমসু ওইখ্রবনি, ঙসিগী সত্য সাই অসিগী চিংলেম্লবা মতিক-মগুণ পুম্নমক্ত মফম অসিদগী হৌখির্বনি। "মহাবাস্ত্রসি যাম্না থুনমক ধর্ম যোকখৎনবগী মকওইবা মফম ওইবগনি হাযবসিদা চিংনগনু।" বাবানা বোম্বেদা থা মখায অমা লৈবদুদা মীওই লির্শিং কযাগী থম্মোযদা, মহাক্কি যাম্না চম্বা অমসুং নুংশিবদুনা, ইবাৎনখি। থৌওং অদুবু ডাক্তব গোকক্না অসুম্না হাযখি, বাবাসি কবি অমতা লাঙদনা অমসুং মহৌশাগী ওইবা মওংদা যুম খুদিংগী যুম্বুবেল ওইখ্রে।

ইমুং খুদিংনা কোযশিল্লি মাগী অকোযবদা
অদুগা থক্কি মাগী নুংশিবা প্রেমগী অমৃত।
মহাক্তি শীবা লৈত্রবা অঙাংনি লৈকোন্দ শান্নবিবা

জয় তৌবি অমুকহন্না লান্না চৎখ্রবা অহলশিংবু
যান্না চমথোকপনা অমসুং অশেংবা থম্মোযনা।
অনাবা ফহনবা মাইবনি নাববা সংসাব অমগী
মখৌবি শংবান্নবা ঈশ্বৱনি,
মহাক্না হুবু থক্লি সংসাবগী অৱা-অনাগী
মসিবু নুংঙাইহন্নবা অমসুং পুমফ-ফহন্নবা।

মহাক্কি ৱাঙাং অদু নোংফাদোক লাকপা মীওই ফাওবদা মনম্‌গন্দা পোপ -পোপ থাবিবগুম্বনি, কোঙ্গোন ৎ . ।। কাযনবা থিনবগুম্বনি, মদ কাবকপদা থাঙনা থিনবগুম্বনি, অমম্বদা মোম্বতি অমা থান্‌বগুম্বনি, মখোঙ তেকপদা চৈ-অমা পিবগুম্বনি, লম্বী অমা যংবগুম্বনি, তিংখং মবক্তা গুলাব অমা শাৎপগুম্বনি, মঙাল অমনা লেমথোক্লবা অম্‌ ঈশ্বৱগুম্নবা কৌবগুম্বনি। মঙোন্দগী মোমোন মীনোক অমতং ফংজবা হাযবসি চাক্লবা থম্মোযনুংদতা যোকচগদবা কুইনদগী পামজবকপা ইবনি। ফিলোজোফিগী লুববা ৱাফম কযাবু ৱাবীনা অমদি চাংদম্নবগী মওংনা যান্না লাযথোক্ল। তাক্লকপা অদু পুন্সিগী লৈবগদবা ইবনি। মী পুন্নমক্লা মখোঙ শোৱ-বর্গী তাঙা ফংনবা হোৎনৈ, মচাগী মমিং থোলহন্নবা হোৎনৈ, নত্ৰগা আধ্যাত্মিক্কি পুন্সিদা লাইমিং লৌহন্নবা হোৎনৈ, মহাক্কি থৌজাল খবদং ফংনবা হোৎনৈ অমসুং পুক্নিংগী অনাবা অমদি মশাগী অনাবদু মাগী মমাংদা থম্নগা মহাক্না মখোযদু ফহন্নবা হোৎনৈ। মহাক্কি 'থৌজালনা লাইযেক্লিবা মীদুদা মচু পি, ঈশৈ ইবিবা মীদুদা ঈশৈ পি, শক্লিবা মীদা খোঞ্জেল পি, শান্নবোইদা পাঙ্গল পি, চীংকাবোইদা খাঙবা কনবা পি অমসুং যোগিশিংদা চাংজৌ নাযদ্ৰবা নুংঙাইবা পি'। মবম অদুনা মহাক্না চযোল অনি পুবানা বোম্বেদা লৈবিঙৈদা লম্বী পুন্নমক্তু গ্বালিওব পেলেস, ৱোৰ্বা।। বিক লোমদা লাকখ্রে, মবমদি বাবানা নুমিৎ খুদিংগী মফম অদুদা ভজন শক্লিঙৈদা অযুক অমসুং নুংথিলদা দর্শন পিখি।

ভজন' চৈতন্য মহাপ্রভুনা চহি চা খবগী মমাংদা তৌখিবগুম বাবাসু মযাম পুন্না ঈশ্বৱবু থাগৎপগী ঈশৈ শকপসিদা থোযদোক্লা অখন্নবা হৈনিংবা অমা পিখ্রে। বাবানা হাযবি মদুদি ঈশ্বৱগী মিংখৈবোল শক-শোনবনা শেঙদোক্লবা নুংশিৎ অদু শ্বব হোঞ্জিল্লবদি মদ কানিংবগী ৱাখল পুন্নমক্তু লোযনা মাঙখি। বাবানা শাফু

অমসু পিরি মদুদি মমিং অদু শকপা মতমদা মিং অদু মতৌ করম্না থোরকখিবগে, করি মগুণ চেনবগে, করি অর্থ, রস চেনবগে হায়বনচিংবসি পুক্নিংদা নিংশিংগদবনি, হায়ফম থোকপা ওইনা লৈনা হেক্তা হায়বগী মওং তৌরোইদবনি, পুক্নিংগী ৱাফম ওইনা শোনগদবনি, ঈ-থাংদ্রবশিংদা ঈ থাংহন্নবা, ফিভম শোয়রবশিংদা চুমহন্নবা, মরোল থোক্তবশিংদা মরোল থোকহন্নবা, শ্বর্গগী লায়শোল অদুনা মশাদা পাঙ্গল হাপ্পবা, নিংথিবা তালনা নুংঙাইবা ইনিল পিরক্ল বা অমসুং অফবা মীয়ামগা লোয়নবদুনা পুরকপা ঈশ্বরগী ওইবা নুংঙাইবা অদুনা অৱা-অনা পুম্নমক্তু কোকহন্নবা মওংদা ঈশ্বরগী মিংশিংদু শক্কদবনি। মীওইবগী খোঞ্জেলগী নুংশিবর্সিদি ঈশ্বরগী মতিক মগুণ শক-শোনবা মতমদা ফাওবনা অতৈ মতমদগী হেল্লি; খ্বাইদগী নুংঙাইবা তাঞ্জা অদুদি সত্য সাই বাবানা খৌরাংলবা ময়ামগী মরক্তা, পামজরিবা ময়ামগী মবক্তা, অনাবশিংগী মরক্তা, ৱাখলগী অৱাবা নঙলবশিংগী মবক্তা অমসুং ঈশ্বরগী ৱাখলদা লুপ্পবশিংগী মরক্তা চত্তুনা দর্শন পিবদগী ফংলকপা নুংঙাইরবা ঈপোম অদুদা তাউমিন্নরবা, লুপশিনমিন্নরবা মীয়াম অদুগা পুন্না শকমিন্নরবা মতম অদুদা ফংগনি।

ডাক্তর কে: ভসকরন্ নায়বনা ইরি, "ঐখোয়গী থম্মোয়গী মনা পঙবা অদু ফহল্লি অমসুং থাজবগী নাকোং অদুদা শ্বর্গগী নংঙাইরবা খোঞ্জেল অদু তাবা ফংলকই। খ্বাইদগী তোন্না লৈবা পুন্সিদু শ্বর্গদা থাঙ্গৎলি অমসুং ওমরগী থাক অদু ফংহল্লি। মীওইবনা মহাক্কি চরাংনববা পুন্সি মরক্তা লৌশিংগী মঙাল ফঙই, অমসুং ঐখোয়না 'মতম' হাযনা কৌনরিবা মপুংফানা ভাব তাবা ঙমদ্রিবা চাউখৎপা অমসুং হন্থরকপা হায়বিবা ঈচেল অসিগী অর্থ অমসুং চাং অদু পুথোকপা ঙমহল্লকই।"

মহারাস্ত্র সরকারগী লৌউ-শিংউগী মন্ত্রি অদুগা মমাঙদনা সিবদি সমস্থানগী চেয়াবমেন ওইরম্বা মাননিয় শ্রী পি: কে: সবন্তনা হায়খি "ভগবান অসি সিরদিগী সাই বাবাগী অবতারনি, মঙোন্দা মীওই লাক্ষ কয়ানা থৌনা অমসুং চঙজফমগীদমক্তা মিৎয়েং থম্লি। অখন্নবা ৱাফম অমদা হায়রবদি বাবাসি মহারাস্ত্রগী মীনি, মহাক্না মীওইবা জাতি পুম্নমক্কি লাক্লবসু"। ভজনগী থৌরম অদুনা সাই ভক্তশিংনা বোম্বেগী মীয়ামদা সেবা তৌজনবগী অচৌবা তাঞ্জা অমা পিখি। ট্রেনিং ফংলবা নহারোল চা কয়ানা যাম্না নোল্লুকপা অমদি নুংশিবা প্রেমগা লোয়ননা লাক্লিবা মীযামগী সেবা তৌখি; তিল্লিবা মীয়াম মবক্তুদগী ডাক্তরনা লায়েংবদা

ঙমদ্রবা অঙাং অমসুং অহল কযা বাবানা খন্দোকখি, ভজন লোযবগা তোঙান্না কৌথোক্নুনা নুংশিনা লাযেংবিখি, আশীর্ব্বাদ পিবিখি, পাঙ্গল, থৌনা হাপ্পিখি।

মার্চ থাগী তাং ১৬, ১৭ অমসুং ২৩ দা সবদাব বল্লভাই স্তেদিযমদা বাবানা মীযামদা ৱা ঙাঙখি; মদুদা তিনখিবা মীযামদু বোম্বেগী ইতিহাসতা অমুক্তা থেংনখিদ্রি। অবোইবা মিটিং অদু মহাবাস্ত্রগী চহি হৌবা নুমিৎনি, মীওই লাক্ষ কযানা মাগী মশক যেংহৌনবা অমসুং মানা ৱা ঙাঙবা তাহৌনবা স্তেদিযম অদুদা লাক্লখি, মদু মখোযগী লাক্কদৌবিবা থা ১২গী পুন্সিদা অহৌবা নুমিৎকি অহানবা থৌবম্নি। বাবাস্ পাওজেল অমা পিখি, মহাবাস্ত্র লেজিসলেটিব কাউনসিলগী চেযাবমেন শ্রী পাজেনা হাযখিব শুম মদুনা পুন্সিগী পোৎলুম্বু থোযনা খন্দনবা অমদি যাংহন্নবনি। বাবানা হাযখি, "মী ওইবসি ঈথক-ঈপোম মবকসিদা চেন্নদুনা মকোক ঙাওবে, নিঙবগী শক্তি শোন্থহল্লে, মিৎযেং শোযবে, চোযবে। মবম অদুনা, নোংলৈ নুংশিৎ কল্লবা অথেনবা ঈশিং মবকসিদা তাশিল্লে, তাওথবে, মহাক্তি ওমব ওইববা অঙাংনি হাযবদি শিবা নাযদ্রবা জিবনি, ঈশ্বব খুভম ফংগদবা মীনি, পক্লিং অমসুং মাসগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা ঈথিল অদুগী মপু ওইযু তমখ্রর্বনি, খুৎশেমগী মকোক ওইযু তমখ্রর্বনি। মী হাযবসি চাউখৎপগী মাযগৈদা খোঙ খজিত্তং থাংজিনবদা ঙার্যাববা যোংগুম্না নত্তে। বিস্ব-জগৎ অসিদা লৈবিবা ঈশ্ববদু মশক খঙউ; মহাক্না লৈ খুদিংদগী, লিক্লা খুদিংদগী, অতিযাদা তনিক-তনিক্লিবা থৱানমিচাক খুদিংদগী মশক খঙনবা কৌবি, মহাক অসি নহাক্কি অকোযবদা লৈবিবা পোৎশক মযাম অদুদা নহাক্লা থল্লিবা নুংঙাইবা পুন্নমক অদুগী হৌবকফম্নি হাযবা খঙউ, মদুনা নহাক্লা মখোযবু ফংজনর্বানি। মদু হেক খঙলক্লবা মতমদা মদুনা সংসাব অসিবু অমসুং নশাবু অনৌবা অমসুং হেন্না মতিক মগুণ লৈবা ফিজোল অমনা কুপশিল্লগনি, শেৎপিবগনি, মদুনা কবিশু নঙোন্দা অকিবা অমতা লৈহল্লবোই; মদুনা শিবা হাযবসি অমুক হন্না পোক্তনবগী যাম্না নুংঙাইববা লম্বী অমনি হাযনা খলহনগনি।"

বোম্বেদা লৈবিঙৈদা বাবানা প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভাগী মীওইশিং অমসুং অতৈ খঙনিংবা, হৈনিংবা মীওই কযাগা লন্নাইগী অমসুং ফিলোসোফিগী ৱাফম কযামকম খন্ননবা মতম ফংখি। চংজফম অমসুং হিংনবা লম্বী থিবকপা পুন্নমক্কি থম্মোযদা বাবানা চংশিনখি।

বাবানা মাঁচকি তাং ২৬তা বোম্বে থাদোক্লুনা পুনাদা চৎখি, মফম অদুদা য়াম্না চিংলেম্না মহাকপু ওক্লবগী থৌবাং তৌদুনা লৈবমই। তাং ২৭তা অন্ধ্রা এসোসিযেসনগী জগাদা মিটিং অমদা ৱা ঙাঙখি। "ঐগী মাঙদা মফম অসিদা ঐনা ঙাঙবা তাদুনা নখোয লিশিং কয়া লৈবে, অদুবু মুন্না খন্থক্লবগদি নখোয অমতনি, নখোয সমুদ্রগী ঈমাযদা হৌবিবা ঈথক লিশিংগুম্বনি। হকচাংগী কযাৎ মযাম অমসুং লৌশিংনা পুন্না হোৎনবগা চিঞ্জাক ফঙই। চাকখাওনা মদুবু অমুক হিংনবা মচাক্তা অমসুং পাঙ্গলদা ওন্থোকই, অদুগা মওং অদুমক্তা মদু ওইবক্লবা মতেং পাংখিবা কাযাৎ পুন্নমক্তা অমুক হন্না পিখি। নখোয পুন্নমক অদুগুম্বা 'হকচাং অমা' মী অদুগী কযাৎ ঙাক্তনি, 'মী' অদুদি জগৎ অসিদগী যাম্না হেন্না পাকচাউখ্রবা জাৎনি, জগৎ অসিদি মাগী শকলোন অদুগী শুপ্পতগী মচেৎ অমখক্তনি।" মহাক্না, মীওইবনা যাম্না পিকশিন্না পোকফম, লৈফম অমসুং মবোলনচিংবা পন্নদুনা অখুবা মিৎযেংদা যেংনবিবা অসিগী মাযোক্তা বা ঙাঙখি। মহাকপু ওকপগী থৌবমদা পনখিবা 'মসিদি ইমুং-মনুংগী মিফম্নি' হাযখিবা ৱাফম অদুবু পল্লদুনা বাবানা হাযখি, "হোয; মসি ইমুং মনুংগী মিতিন-নি। তশেংনা হাযবর্বদি ঐনা হেক যাওবা মিতিন পুন্নমক ইমুং মনুংগী ওইবা মিতিন্নি, মবমদি মাওইবা জাতি পুন্নমকসি ঐগীদি ঐগী ইমুং মনুং ঙাক্তনি। ঐদি লৈবাক অদুদা পোকপনি হাযবগী মার্কা অমতা লৈতে, নত্রগা অদ্দা লৈবনি হাযবগীসু লৈতে। ঐদি মার্কা পুন্নমক্কি মথক্তা লৈবনি।"

তাং ২৮গী অথেংবা অহিংদা বাবানা মাইসোরগী গুলবার্গতা থুংখি, অদুগা মথংগী অযুক অঙনবদদি পাকচাউখ্রবা লম্মাং অদুদা মফম পুন্নমক্তগী লাকখিবা মীযাম অদুনা পবেং-শাংনা ফমদুনা মখোযগী থম্মোযদা বাবানা মোমোন নোকপগী মাযথোংদু পুখিনবগীদমক্তা ফমদুনা লৈবম্বদু থেংনখি। বাবানা মখোযগী মবক্তা চৎলমই অমসুং মীপুম খুদিংদা বিভুতি পিবমই। মতুংদা, পব্লিক গাবদেনদা চাউববা মীযাম অমনা বাবাবু ঙাইজবমই, মফম অদুদা বাবানা ভজন ঈশৈ শকখি অমসুং গুলর্বাগকি মীযামদা মাগী নুংশিববা খোঞ্জেলগী মহাও অদু ফংহনবিখি। বাবানা হাযদববাদতা শ্রী বাম্না অবতাব তৌবকখিবগী থৌবম পাঙথোকপা নঙনবা অমসুং ভক্তশিংদা দর্শন পিনবা মতম চানা য়ৌখি। হাযবিবা নুমিৎ অদু ভক্তশিংগীদমক্তদি হিবম অমবোমদগীসু অশেংবা নুমিৎনি, মবমদি প্রশান্তি বিদ্বান মহা সভা কৌবা ভাবতকী অবিবা বেদগী কলচব ঙাক্লবা অমদি যোকখৎনবগী

সংস্থান অসি পৃথিবীদা পিবিখিবা নুমিৎ অদুমক্লি। মরম অদুনা প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভা হায়দরবাদ শাখানা শ্রীরামগী মপোক কুমওনদা থা খুদিংগী পাওজেল পিবগী থবক হৌদোকখি, পাওজেল অদু তারিবা, করম্বা মতমদা হৌখিবনো খঙদ্রবা আধ্যাত্মিক্কি নিয়মশিংগী মরমদা পিরমই। বাবানা এপ্রিলগী তাং ৪দা প্রশান্তি নিলয়মদা হল্লকখি, মদু মীওই লাক্ষ কযাদা ঈশ্বরনা মীওইববু থাদোক্লি, অদুবু থিবদি মী মশা মনুংদা থিজগদবনি হায়না তাকপিবল্লবা মতুংদনি।

বাবাদি তোপ-তোপ্পা থৌদোক অমনি, মরম অদুনা কনা অমতনা মাবু শক্তাকপা নত্রগা খঙবা ঙমদে। শোক ১৯৬০ দা মহাক্লা মদ্রাসতা হায়খি, "ঐহাক্লা মদ্রাসতা ইশাগী মরমদা শন্দোকপা লাকপা নত্তে; নখোয়গীনি, নখোয়না চিংনববসু, থৌশাদ্রবসু নত্রগা য়াদ্রবসু নখোয় অসিনা ঐগীনি, ঐনা মফম অমসুং মতমদা নখোয়দগী য়াম্না লাপ্না লৈববসু। অদু ওইরবদি অমুক লাউরুবগী নত্রগা শন্দোকউবগী কবি দরকার অমুক লৈরিবগে? ঐদি নখোয়দা লৈরবনি; নখোয়না ঐঙোন্দা লৈরবনি; ঐখোয খায়দোক্লুবা য়াদ্রবনি। মসিগী অশেংবা ৱাফমসি নখোয়না নশাখক্তবু মশক খঙজবা ঙম্লবা মতমদতা খঙবা ঙমগনি।" অদুবু, সংসার অসির্দাদি অপঙবা মী যাম্না লৈ, মখোয় অদুনা অতোপ্পনা য়াম্না ব্যবহার তৌনবা মীওইশিংতবু চৈ-থাংলগা মশাগী মদ অদুদা য়াম্না নুংঙাইজৈ। মহাক্লা চহি ২০ শুরকপা মতমদা ফাওবা বাবানা মাগী ময়াম্বগী অৱাবা অদু ফাওবা ফাথবিখি, কোকহনবিখি; বাবানা চত্থরক্লিবা থৌরম অদুনা কল্লক-য়েংথিবা, ফত্তবা মিৎয়েং কয়া চঙলক্কনি হায়না ময়াম্বনা কির্জাখবনি। বাবানা ময়াম্বদা খুমখি মদুদি মাদি থাগৎপনা নত্রগা চৈ-থাংবনা করি অমতা শোকহনবা ঙমলোই, মহাক্তি মতম অমসুং মফমগী ঙমখৈগী ৱাংমদা লৈবনি, অমসুং মহাক্লা পাঙথোক্কনি হায়না লাক্লিবা থৌরম অদুদা লেপ্পা লৈতনা অদুম চঙশিনগনি। "ঐনা পুন্নমকপু ঐগী নাক্তা লাক্লবা, চাংয়েং তৌবনবা, মশাগী অচুম-চুমদা খঞ্জরনবা অমসুং ঐঙোন্দগী কান্নবা লৌবনবা বার্তন তৌরি। কয়াম্ লুবগে হায়বদু লাউথোক্লিবৈঙেদা নশানা লুপ্তুনা অরুবদু খঙলুরাও; মহাও লাউথোক্লিবৈঙেদা হান্না চারগা য়েংলুবাও", মহাক্লা ইখিবনি।

হায়রিবা ৱাফম অসিদি অমোৎপদা ইরগা নুংঙাইজবা অমসুং অহিংগী অমম্বদা নুংঙাইজবা কাংবুগী ৱাখলগী ৱাংমদনি। বাবানা মহাক সাই বাবা অমুক

হন্না লাক্লবনি হায়না লাউথোকখিবা নুমিত্তুদগী হৌনা মী লিশিং লিশিংনা পুত্তপার্তিদা চত্তুনা মশাগী অফা-অপুনদগী নাম্থোক্লগনি, অবান-খুভম ফংলগনি খন্দুনা হেন্না নুংঙাইনা, থাজনা হল্লকখিবা মযাম অদু উকবা মীওই খবনা বাবাগী মনাক্তা চত্তনবা, মনাক্তগী চিংথোবক্লবা যাম্না রানা হোৎনবা হৌখ্রবনি। অদুবু মখোযশিংদু বাবানা কবিশু থৌশাখিদে অমসুং মহাক্লা মী ওইনা লাকখিবা মতমদা তৌখিবা থৌবাং অদুগী মতুংইন্না মখোঙ অদু পৃথিবীদা অমদি অতিযাদা নেৎখি। "নখোযনা ঐগী মবমদা খবদং খঙনিংলবদি, নশাদা ঐবু চিংনাববা রাখল অদু মচেৎ-মচেৎ থুগাইগদবনি - হাযবাদি থাদোক্কদবানি অদুগা নুংশিবা প্রেম ফাওহনগদবনি। মবমদি, নুংশিবগী শক্লোন হাযবসি নুংশিবা প্রেম অমসুং জ্ঞানতনা খঙবা ঙমগনি।"

বাবাবু তোপ তোপ্না শক তাক্লিবা ফুবিৎ অচোনবা অমসুং অথোইবা মশম অসিগী মবমদা মাথা পিক্লনা ওশিং অসিনা যাম্না হেঞ্জিন্না হাযবি সাধনাগী লম্বীদা চৎনবা যম্না নানা, কন্না হোৎনবিবা লাইনিংবা অমগী মতৌ শুম, মযায ওইবা মতমগী নিংথৌবেক্রণা ফিজোল শেৎপা, যাম্না অকে-অমৌগী মুগাগী ফুবিৎ লিৎপা নচিংবা বাতৈ লৈতেং রুযা শিজিন্নাবি। বাবানা হায, "জ্ঞান অমনা ঐঙোন্দা ঙসিনা ঙাংলৈনবা ফিজোল, হযেংনা মঙ্গ্রামচুগী ফিজোল, কালেন্দা লাশিংফ, নিংথম থাদা মুগাযি শেৎলি হাযনা যেংলবোই, মসিগী মমিং অমসুং মওং অসিগী মবমদা কান লৈনিবগে হাযবদুতা ফাওদত্তনা যেংগনি অমসুং মানা খঙগনি মদুদি মসিগী হকচাং অসিদি পান্দম অমগীদমক ওইবকপা 'ফিজেৎ' অমনি। মসিগী নিযম অসিগা চপ মান্ননা *মওং লাক্কদবা অবতার অদুনা অতোপ্পা 'ফিজেৎ'* অমা শেৎকনি। মসি মহাক্লা শোক ১৯৬০দা হাযখিবান।

শোক ১৯৬২গী মপোক কুমওন পালন্দা মহাক্লা হাযখি, "ঐনা নখোযদা যাম্না তোযনা হাযখ্রে মদুদি ঐহাক অসে মসিগী হকচাং অসিগা অমতনি হাযনা লৌগনু। অদুবু, নখোযনা ভাব-তাবা ঙমদে। নখোযনা ঐবু মিং অমখক্তনা কৌই অমসুং ঐগী মওং অসিমাথক্তা লৈ হাযনা থাজে। নিংশিংউ, ঐগী নত্তবা মিং অমতা লৈতে; ঐনা ওইবা যাদবা মওং অমতা লৈতে। নখোযনা ঐবু খঙবা শুকঙম ঙমদ্রে, নখোযনা নোংমা লাক্কনি অদুগা মথংগী নুমিত্তা চৎখিগনি হাযগনি, "ঐহাক সত্য সাই বাবা উবে, মহাক্লা ফজববা ফিজোল অচোনবা অমা শেৎলি; মহাক্কি অঙকপা মশম হৌই"। "খঙনবা হোৎনবকউ, তমগে খল্লু, লুনা লুপথৌ, অদুদগীদি নহাক খঙলক্লগনি, মবমদি, মদু নঙগুম্বা কাংবুগীদি অধিকাবনি।"

মী মচাশিংনা মহাকপু 'মেজিক তৌবা' মীনি হাযনা কবেম্নে হাযবসি বাবাসু খঙই। মলযলা শ্বামিনা যবপেদুদা লিঙখৎলম্বা ব্যাস আশ্রমদা মহাক্না হাযখি, "মী পুন্নমক্না হায মদুদি ঐগী তৌবিবা পুন্নমকসি অফোংববা-অবোনববা মেজিক ঙাক্তনি। ফবে; মখোযনা চপ মান্ননা হাযবা যাবে মদুদি কৃষ্ণনা গোবর্ধন চীং থাঙ্গৎলমই নত্রগা বাম্না সমুদ্রদা থোং শাবমই, অবোনবা ফত্তবা মেজিক্কনি। ঈশ্বরগী শক্লোনর্শিং অসিদি খঙবা ঙমদবা, নত্রগা অঙকপা ঙাক্তা ওইগনি। মখোযশিং অদু মেজিক্কা মান্নবা যাবা পোৎ নত্তে। কবম্না কোকিলগী মকুমগা ক্বাক্কা মকুমগা মান্নে হাযগদৌবিননো' মেজিক হাযবদুদি নমথাক্তা হিংজবনি, শান্নবিবদু ওইদনদা যুমফম ৩-বগনি অনসুং চিঙাক্কি, মফি-মবোলগী, লৈফমশীদমক্তা শেল তান্নবা ৫ ংনজর্বনি। ঈশ্বরগী অনিংবা অমগী মতুংইন্না লাকখ্রবা, অচুম্বতবু যোকখৎনবা লাকখ্রবা, মাসগী হকচাং অসিনা মদুগী থাক অদুদা কুমথবা শুকঙম ঙম্লোই। ঙম্লোই। শুবঙম্ ঙম্লোই।

বাবাসি ঈশ্বরনি হাযবদুগী মথন্তা হেক্ত উৎচবকপা মিবাকর্লশিং অসিনা বাবানা লৈবা মফমদা অমদি মাগা মশাসি লৈ হাযবা উদবা মফমশিংদা যাম্না মবাং বাযনা ফোংদোক্লি। শোক ১৯৬৪ দা ভেনকর্তাগবিদা বাবানা হাযখি, "নখোযনা মিবাকল হার্যবির্বাশংদে ধর্ম যোকখৎনবগী পান্নেখক্তনি, মদুনি ঐগী থবক। মীওই খৎনা হাযনৈ মদুদি রামাকৃষ্ণ পরমহংসনা হাযবমই, মদুদি সাধনা তৌদুনা মীওইননা ঙম্নকপা, যংলকপা মিবাকলশিং অসিনা সাধক অমগী লম্বীদা যাম্না অপনবা, খবৌথাংবা ওই অদুনা মশা মশক খঙদবা যাদে হাযনা পান্দম থম্লিবা কাংবুদি মাস শাদোক্কদবনি। রামকৃষ্ণনা হাযখি মদুদি সাধক অদুনা মিবাকল অদু হেন্না উৎর্থনিংগনি লোযননা অসুম্না মাগী মদ অদু কাহনগনি। মসি সাধকশিংগীদমক্তদি অচুম্বা পাওতারু। অদুবু যাম্না রানিংঙাই ওইবিবদি রামকৃষ্ণনা রাবনিং তৌবম্লিবা সাধক অমগা এগা মান্ননা লৌবিবা অসিনি।"

বাবানা হাযবগী মতুংইন্না, মীনা হাযজবকপগী মতুংইন্না মাগী থৌজালনা যাম্না অঙকপা মওংদা অনাবা কযা ফহনখিবা অসিসু মতা হেক চাখিবা হাযবদুনি, থোযনা হেন্না মরু ওইবা রাফম, পান্দম নত্তে। "অনংবা, অরাবা কোকহনবা হাযবসি মরুওইবা পান্দম নত্তে। ঐগী থবক্তি কবিশু লৈতবা অনাবা খব ফহনবা,

থেমজিনবা অমসুং লনাই অৱা-অনা খব কোকহনবা অদু নত্তে। মসিদি মসিদগী যাম্না হেন্না মক ওইখ্রবা থবক্নি। লফু পান্মী অমগীদি লফোই হাযবদি উহৈ অদুনা মকনি, পান্দমনি; অদুবু মনা অমসুং মউ অদুসু মীওইবদা কান্নে। ঐগী মক ওইবা থবক্তি সনাতন ধর্মবু চাউখৎহনবা, মাঙহন্দবা অমসুং শন্দোকপদুনি"। নুংঙাইবা খক্তা খৌবাংগনু, মপানগী সংসাব অসিগী তৎনবা লৈতনা মবী থম্নবতা তৌদুনা হেন্না-হেন্না অৱাবা ডাক্তা পুশিল্লক্নবা খৌবাংগনু, নুংঙাইবগীদমক খৌবাংউ, যাম্না মপুং ফাবা নখোয অযাম্বনা কবিশু লৈতবা অপাম্বা খবগী, ফম মচা অমা কাবগী, শেন্দোং খবগী, ফমখোন মচা অমা বাংখৎপগী, ঙাইহাক্নি ওইবা মিংচৎ মচা অমগী ঐগী ইনাক্তা লাকইবনি হাযবসি ঐহাক খঙই। ঐনা পিবগে হাযনা লাক্নিবা হাযবদি অবা অনাদগী, অকি অখংদগী লাংতক্নবা অমসুং পুক্নিংগী অৱাবশিং অসিদগী মনিং তমহল্লগে, কোকপিনগে হাযবসিদি নখোয অযাম্বনা খক নিদে হাযবদি খনখক্তনা নিদাব।

বাবাদা ন জল হৃগাং লিবা মাম আস মখোযনা বাবাসি যাম্না অবাংবা থাক্তা বেনা লৌনা লৈ হাযবগী যল্লকপা নাখল অদুগী মলনা ওইবনিনা বাবানা লমদম অসিগী খ্বাইদগী। নাযবা নীন চানবিবা শঙ্গোম নত্রগা শঙ্গোম অযম্বা নত্রগা মাখল নত্রগা মি শাওদবা চিঙ্গাব চায হাযবসি খঙবদা ফগানি অদুগা মথাক্তি অখুম্নদা হৈনদে হাযবসি নিংশিংবদা নুংঙাইগনি। মহাগ্না ফমই অমসুং প্রশান্তি নিলযমদা মযাম্না তম্লনিংথবদা অদুন তুমই অদুগা সহনদা চৎপদা অমনবা কাব নত্রগা তেকসিদা তোংঙই, মদু মীযাম্না খৌবাংনবিবা দশন অদুগীদমক মহাকপু খংলবদি ইন্নবক্নানি, তান্নবক্নি হাযনা তৌনিবনি। বাবানা অতোপ্পা মনম অমসু পিবি মদুদি মাগী মবাহনবক আস খোযনা মীহৌনিংঙাই ওইবা মপোক নত্তে, শম্না হাযববদা। নখোযগী মবক্তা খবনদি ঈশ্বরনা মীগী মওংদা লাকপসি যাম্না মতিক মগুণ লৈবনি হাযনা ফাওবম্না যাই। নখোযনা ঐগী ফিভম অসিদা লৈবম্লবদি নখোযনা মতিক মগুণ লৈ হাযনা ফাওবোই। মবমদি ঐনা নখোয খুদিংমক্নি হৌখ্রবা, হৌজিক অমসুং তুংদা বাব ওইগদবা হাযবদু লোযনা খঙই। মীনুংশিনা ঐবু শোকহনবা ঙমদে, মী অমনা হন্দক্নি মপোকসিদা কবিগী অৱাবা তাবিননো হাযবসি খঙই। কবিগী ফলননো হাযবদু খঙই। মবম অদুনা ঐনা নখোযদগী তোঙানবা বাখল ফাওই, নখোযনা ঐবু মিনুংশি লৈতবা নত্রগা লৈবা মী ওইনা লৌবা যাই। ঐনা নুংঙাইবসু নত্রগা অৱাবসু থোকহন্দে; সনাগী মবী ওইববসু

নত্রগা য়োৎকি মবী ওইববসু নশাদা পুল্লিবা থৌবি অদু নশানা থৌরাং তৌজবনি, পুথোকচবনি।"

নিলযমদা মহাক অসি খ্বাইদগী চোকথগন্দবা কর্মিনি, খুজিন-থৌরাং, নমুনা, শিন্দোক-শিঞ্জিন অমসুং যেংশিনবগী থবকশিং পৃথিবী শিন্থুংনা চথরিবা থবক থৌবমশিং অসিদা মবমচানা, মওংচুন্না, পাঙথোকপা ঙম্মবনি। মহাক্কি অয়াবা অমসুং আশীর্ব্বাদ যাওদনা কবিগুন্বা মফম অমতদা থবক অমতা পাঙথোক্তে। নিলযমদা মহাক অসি অহিং নুংথিল অনিমক্তা চিন্দুনতা লৈ, .......... তম্বিদুনা, ট্রেনিং পিদুনা, থেমজিন্দুনা, নুংঙাইহন্দুনা অমসুং পাওতাক পিদুনা - (মঙোন দগী মঙাল অমসুং লমজিং লৌগে াকলিবা চা কযাদুদা)। মহাক্না অতোপ্পা মফমদা চথোক্লিঙৈদা ফাওবা মতম খজিত ং ফংবদু মীগী অৱা অনা কোকহনবদা, লাযববা, নিঙবা কাযববা কাংবুদা মতেং পাদা শিজিন্নে। "মিকুপ খুদিংমক নুংশিনা সেবা তৌবনা অফবা অশেংবা মিকুপ ও হল্লু"। ব্রাখলদা খনবদগী থবক্না হেন্না উৎনবা মহাক্না পাওতাক পি।

বাবানা ভক্তশিংগী হৈনিং হবাওবসি ফাজিল্লি, চেক-তৌই অমসুং মঙোন্দগী ফংলিবা থৌজালগী মতৈশিং অদু উথোক্লবা অযাবা পিদে। মহাক্না হায অসুম্না উথোকপসি আধ্যাত্মিক্কি নিযমদা যাম্না ওন্ন-তৈনবনি, যাদবনি, মবমদি মসিনা মদ কানিংবগী বাখল পোকহল্লি। মহাক্কিদমক মন্দিব অমসুং লাযশঙ শাদুনা মিংচৎ তান্নবা অমসুং শেন্দোং ফ নবা হোৎনবিবা কাংবু অদুবু যাম্না কন্না নিন্দা তৌই। শোক ১৯৬৫দা ককিনাদাদা ব্রা ঙাঙবদা মহাক্না হাযখি, "ঐগীদমক লাযশঙ শানবা হোৎনবসি শুকযা-যাদে। মদুগী মহুত্তা হান্নগী লৈবিবশিংসি নিংথিনা শেমজিল্লগা হেন্না শিজিন্ননবা হাযখি। মন্দিব শানবগী ঈহৌ অসি কাববাবগী য়াম্না চুনববা থৌবাং ওইবক্নে। ঐগী মিং শিজিন্নদুনা মিং পবেং অমা ইবগা মখোয়দগী দোনেসন লৌবি। মসিগী খোঙজং অসিদা তুংদা ব্রা-ঙাঙবা, কল্লকপা, মীহৌবা কযা থোকহল্লি, নঙগী মপুগী মিংদু নমাংদা থাংদোক্লগা য়াম্না লায়না অতোপ্পা অমাদুগী মপুগী মমিংদু ইজ্জৎ মাঙহল্লি"। মদ্রাসতসু হাযরিবা ব্রাফম অসিদা চপ মান্ননা ঙাঙখি। "মসিগী হৈনিংবা অসিদা হাযবদি মন্দির শানিংবসিদা ঐহাক যানিংদে। মওং অমদা হেক্তা পুজা তৌ, মমিং অমদা হেক্তা নিঙউ, লাইশঙ অমদা হেক্তা খুকমউ। সহব অসিগী থাযনগী মন্দিবশিং অদু নখোযনা থৌশাবিদ্রে,

অদুগা অনৌ-অনৌবা শাবে। দোনেসনগীদমক্তা মফম মবাং খঙদবমখৈ কোয়চেন চেন্নিবশিংদুনা তশেংনা ঈশ্বব থাজদবগী ৱাখল পোকহল্লে, মরমদি মখোয়গী মশাদা ভক্তিগী, কখোকপগী ৱাখলবুদি কল্লকপা, মিহৌবা অমসুং মদ কাবগী ৱাখলনা হেন্না মাঙওইনবে। অসিগুম্বা মশা মতোমতনা অফবনি খঞ্জববা কাংবু অসিনা লাকপা মতমদা পৈশা অমা ফাওবা পিগনু। কবিগী মিংখৈবোল শোন্নবা নত্রগা ধ্যান তৌনবগীদমক হোল অমা দবকাব ওইবিবনো (নশাগী যুমদো নঙগীদমক অপিকপা মন্দিব অমা ওইহল্লু; নঙগী লাযশঙদা নিংউ। নচাশিংগা লোযননা ভজন শকউ। নঙগী নুংশিবা ৱাহৈনা, নোল্লুকপনা, মাযাম্বু নুংশিবা প্রেম্না, নহাক্কি লেঙদ্রবা থাজবনা, নহাক্কি অচুম্বা ভাঙবা, চৎপনা অতৈবু থাজহল্লু। অদু ওইববদি, অতৈসু ঈশ্বব থাজবা কাংবুগী মবক্তা লাক্লগনি, হোল অমদা চনবা ঙম্না অদুদগী যাম্না হেন্না লাক্লগনি"।

মবম চাদবা হিবমদা ভক্তি হেন্না উৎপগী মওং অসি থিংনবা বাবানা মতম পুম্নমক্তা যেৎতুনতা লৈ। খুদম ওইনা, নুপা অমা লৈবমই, মহাক্না বাবাগী মবমদা অমসুং প্রশান্তি নিলযমগী মবমদা পাওজেল পবেং অমা পিবমই, মদ্ মাবু মীযাম্না মশক খঙনবা অমসুং শেল, নুঙ, উখোং খুদিংমক শেংলবা লার্যানি, মুর্ণনি হার্যাখি। বাবানা ঐব্ মানা তৌনিবা থবক অদুদা থাবিখি অমসুং মহাক্কি মতুং ইল্লিবা মযামদুদা বার্নিং পিনবা অমদি মহাক্কি হেঞ্জিন্না ওইদবা কযা হর্মাজিল্লিবদুদা থাজদনবা শেংদোক্লবা যাথং পিখি। বাবা অসি মতম পুম্নমক্তা অসিগুম্বা ইনখৎলক্লিবা অপঙবা ভক্তশিং অসিগী পঙহাগ হার্যাজিনর্বাশিং অসি নিন্দা তৌনবা থৌবাং তৌদুনতা লৈবিবনি, অসিগুম্বা মীতাশিং অসি মশাদা বাবা তোংলবনি হায়দুনা বাবাদৌনা ৱাহং কযাগী পাওখুমসু পিববনি। মীওইববু শোক্তহনবা লমচৎ শাজৎ, বাবাগী থৌজালদা ললোনবা কাংবু, ঈশ্ববগী মবম অসিদা যাম্না ধুম-ধাম তৌবকপা মওং পুম্নমকসি বাবানা খুদক্তা নিন্দা তৌই, মাগী পাওজেলদা নত্রগা সনাতন শাবথিদা মচেৎ অমতং ইদুনা অমসুং অতৈ অতৈ মখা তাবা চেফোংশিংদা ইদুনা।

ভারত্তা, য়াম্না কন্না হোৎনবগা ফংলকখিবা নিংতম্না ৱা ভাঙবা অমসুং মোত ফোংদোকপগী অধিকাব অদুবু লান্না শিজিন্নবা অমসুং ওইদবা ভাঙদুনা, ইদুনা শেংলবা থৌদোক অসিবু অসুক্কি মতিক শক্তি লৈনা, শিংনা অমসুং হৈনিংনা

কলংক তৌশিনবা, মাংথোকপা হাযবসিমক হাযনিংঙাই লৈত্রবা তমথিবা ফত্তবনি! অদুবু, বাবানদি মসি মাগী লীলাগী শরুক অমনি হাযবসিমক্তনি। "অসিগুম্বা ওইদবা হাযজিনবা অসি যাওদ্রবদি, ঐগী ইতিক ইগুণগী মঙাল অদু হেন্না ঙাম্থোবক্লোই"।

বাবাবু কোইচৎ-চৎপা লৌশিং ললোন্দুনা শেল তানবা লম্বোইবা অমগুম খন্দুনা মপুকচেল পিকপা, মীমচা, অতোনবা ৱাখল অমসুং থবক্তবু উবা, কযানা বাবাগী মতিক মগুণনা ঙাম্লবা মফমশিংদা ওইদবা প্রচাব কযা তৌবি। মী পুন্নমক্লা অসিগুম্বা মীতাশিং অসিবু ইকাযবা পিগদবনি, মখোযগুম্বা মীওই কযানা পুল্লপ মকোন্দা ফন্নগা ওইবোইদবা, যম্না তুক্কচনিংঙাই ওইবা প্রচাব কযা শুংকত্তুনা অসিগুম্বা লমচৎ শাজত্তা, মিৎযেং নাযেংদা, তৌথোবকপা থবক থৌবম পুন্ন মক্তা অবাৎপা লৈতনা মপুং ফাব।। ঈশ্বব অমগী মাযোক্তা চথবিবসি মযাম চংদুনা ইকাযবা পিগদবনি।

বাবাগী নাক্তা চংংবা কাংবু অদুনা অসিগুম্বা নমথিবা, অপুম্বদা হৈনবা মীওইশিং অসিদ মখোনগা ওনশিন্নকদনা, মবোমদোম হুন্দোক্নুনা থল্লগা মথন্তা চবা হেন্দুনা শিঙ্খিনি হাযবা থাজবা অমগী মখাদা লৈবম্বা অসিমক যাম্না খাওবা কনবা অমসুং মশা খুদম চনবা ওম্নগী খুদম্নি। বাবাগী মহাও খঙলবা পুন্নমক্লা অসিগুম্বা শাথিনা ওইদবা হাযজিনবাসদা যাম্না নুংঙাইখিদে। থবব চে কযানা মাগী চিংলেম্রবা মঙাল অদুগী মাযোক্তা যাম্না লাও-খোংখি। মদুগা মথন্তা মশাগী মখন্নাওদু নাববা কান্দা নত্রগা মীহা গংবনা মখোযগী থৌবাংবা অদু কোকহল্লক্রুবা মতমদা মথন্সা লেপচখি। বোম্বেদা বাবাগী মতিক মগুণ খঙদবদগী মীওই খবনা যোংপি চাবা, এসিদ থকপ নাচংবা যোগগী তৌবা ঙম্বা শক্তি তান্নসি হাযনা শীংনবকখি, অদুবু বাবানা মদু কাবশু থৌ-বা শাবিদনা নোকথোকখি; মদুনা মশাদা হাঞ্জন্দুনা মকোক্তা ব্রজ তাবশুম থোকখি।

বাবানা থৌদোক অদু মানা হেক হল্লকপগা আনন্তপুবদা 'স্কুলগী নুমিৎ' পাঙথোকপা থৌবমদা সভাপতি ওইখিবদা পনখি। "হৌখিবা থাদা ঐহাক মহাবাস্ত্রদা, বোম্বেদা লৈখি; মফম অদুদা মীওই লাক্ষ কযানা দর্শনগী থৌবাংবদু কোকহনবা ঙমখি; ঐহাক্লা মীওই লিশিং কযাদা বেদ অমসুং শাস্ত্রগী তঙাইফদবা মকুওইবা ৱাফমশিংদা পাওজেল পিখি। অদুগা প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভা, মহাবাস্ত্র

সাখাগী মেন্নবশিংদা ঐখোযগী ইবমগী অবিবা কলচববু হন্না শগুপ শায়নবা যাথং পিখি। মহারাস্ত্র ষ্টেটকি মন্ত্রি মযামগা, ভাবত সবকাবগী হোম মিনিষ্টব শ্রী ব্রাই: বি: চভন, জজ মযাম, অচৌবা কাববাব ব্রালাশিং, ডাক্তবশিং, উকিলশিং, ইদিতবশিং, লোযননা তোঙান-তোঙানবা ধর্মগী লুচিংবশিংগা ধর্ম ঙাকশেন্নবা নত্রগা ধর্ম যোকখৎনবর্গী মবমদা বাবী কযা শানখি। অদুবু, মফম অসিদদি, ভাবতকী অসিগুম্বা জাগা অসির্দাদ পাওচেশিংনা মখোযনা শের্মাজিন শাজিনবা ওইদবা কযাদা তোংশিল্লগা ঐবু জেলদা লৈকই হাযনা ফোঙলি। হোয! ঐহাক ঐগী ভক্তশিংগী থম্মোযদা ফাজিন্দুনা থল্লি"।

"তৌববুদি অসিগুম্বা ওইদবা হার্যাজনবা হাযবসি অচৌবশিংগী মাযোক্কদি মফম পুন্নমক্তনি, মতম পুন্নমক্তনি। হৌখিবা যুগতসু মসি ঐ ইশানা থেংনখ্রবনি। সিসুপালখোযগী ধাবা-নালাদি ঙসি ফাওবদা ওইদবা কযা অদুম তৌবি, অচুম্বগা মাযোক্কা নৈনি। অসিগুম্বা মথাযবক থিববশিংসিনা পৈশা খবগীদমক্তা অসুক যাম্না লেম্না থাঙা ওইদবা তৌবিবা অসিগাদমক মখোযবু নুংশিনি। অসিগুম্বা, মীওইনদি গোল্পগা মী ওইদবশিং অসিগী তৌথোবকপা থবক খবনা নখোযগী মবক্তা কনাগুম্বা খবদি নুংঙাইনমদবা যাহ: মবম অদুনা ঐনা লাউথোক্লি, "মবোল ১৮ অসিনা ঐগা মাযোক্তা তিন্নখিবা, লেপখিবা যাউ, অদুবু ঐনা পাঙথোক্কনি হাযনা লাক্লিনা থবক অদুদা শন্ন অমা ফাওবা অকাযবা লৈবোই, পৃথিবীগা স্বর্গগা পুন্না ঐগা মাযোক্তা লৈনবসু এগা অচুম্বসিদি লেঙদনা, কাযদনা লৈগনি"।

অসিগুম্বা অকনবা লাউ-থোংবগী নুংশিৎ অসির্গী পাওখুম ওইবসু যাই, বাবানা শোক ১৯৬৫গা দশনা কুম্মেমক্তা হার্যখি, "ঐবু মশক খংলবগুম ইবা. ঙাঙবা মীওই খব লৈবে। ঐনা সিমতং হাযবা ঙমই : মখোযনা ঐবু খঙবা শুকঙম ঙল্লোয, মবর্মদি, ঐবু খঙনবগীদমক মহাক অদু ঐগী থাক অসি যৌনা কাবক্কদর্বানি। অমুক হন্না, মসি তাও : এনা তৌগদৌবিবা থবকশিং অমসুং খোঙথাংশিং অসিদা কনা-কনানা হাযনিংবা মোত কযা হাযবদা অমতা হোংদোক্লোয। মীযাম্না ঐগী ফিজোলগী মবমদা য়াম্না যানিংদনা ঙাঙবা যাই, ঐগী মচু গী ফুবিৎ অচোনবা অসিগী মবমদা ঙাঙবা যাই, ঐগী শমগী মবমদা ঙাঙবা যাই, অদুবু মদুনা ঐঙোন্দা কবি অমতা শোকহন্দে। বোবা শেগাইবা শেৎলগা মী অমা হেন্না অফবা-

অশেংবা ওইবকপ্রা' কোক্তা যেংগনু, থম্মোয়দা কবি হৌবকপগে হাযবদু যেংউ। ঐগী থৌবাং অমতা তোক্লোয, ঐগী ধর্ম যোকখৎপা, ঐগী ভক্ত কনবা, ঐগী পাওজেলশিং, ঐগী অঙকপশিং, পুন্নমকসি ঐগী অঙকপশিং অদুতবু ফোংদোকপনি, ঐহাক শুকহন হন্দোক্লোয। চহি ২৬ চুপ্পা ঐ ইথন্তা প্রশান্তি পিশিন্নবা হোৎনদুনা লাক্লি। ঐহাক নুংঙাইদুনতা লৈ, নুংঙাইবনা পিক থল্লি। ঐবু চৈবিবা নত্রগা হুল্লিবা কাংবু অদুদা ঐনা নোক্লিংই; ঐবু থাগৎলিবা কাংবু অদুদসু ঐনা নোকলি।"

অসি শুম্না দাযিত্ব যাওদনা ব ন্দবদা ফত্তবা হাযজিনবনা মথৱাই নুংঙাইহন্দ্রবা কাংবু অদুদা কবিশু থৌ-ৱা শাদনা ইংনা লৈনবা বাবানা পাওতাক পিখি। "অশাওবা নত্রগা নুংঙাইতবনা নশা শোকহনগনু। নুংঙাইনা লৈযু, অমবোমদা নখোযনা ঐবু নখোযগী লাইশঙদা কৌবি, মীওইশিং অসিনা ঐগী মিংবু লাউবি ওক্তবা, ওক্তবীগী লৈফম অমম্না লম্বীশিংদা অমসুং মী যাম্না তিনফম, বস খামফর্মশিংদা, ওক্তবা-শাজৎকী মীওই ফংগনি খনবা মফমশিংদা। নর্মথি-হঙ্গোযবা মযাম অদবু পাকবা মীযাম অদু থাজবা যাদবা, ওইদবা ঙাক্তা ওইবনিনা অচুম্বা মাযৈগেদা ওর্নাশিনলক্লনি। মহাক্না ভস্মাসুব হিংচাবগী খুদম পর্নাখি, মহাক্না শিবদগী বোব অমা ফংখি মদুদি মাগী মখুত্তনা মীগী মকোক্তা হেক থম্বদা মী অদু মৈনা তু ম্না চাক্কদর্বনি। মহাক্না শিবা মশামকপু নৌনা ফংলিবা শক্তি অসিনা হাৎনবা হোৎনখি; অদুবু ঈশ্বরনা অসুম্না শিংখ্রে মদুদি মহাক মশানা কবি তৌবিবগে খঙদনা মশাগী মকোক্তা মাগী মখুত্ত থমখিবমই। মহাক্না মথন্তা মৈ থাজখিবা অদুনা মবম ওইদুনা মহাক শিখি। মতৌ অসুম্না মখোযগী ফত্তবা অমসুং নাপল অদু অনুতাপাক মৈবি মবক্তা উৎ ওইখির্গান"। অওইবমক্কি ওইনা, মীঙোন্দা যাম্না উৎনিংবা ষোগি অমনা খঙদদুনা বাবাসি মাগুস্বনি হাযনা লৌবগা মীযাম মমাংদা চাংযেং অমগীদমক শীঙনখি; অদুবু মাগী নাপল অদুমক্কা মহাক যাম্না ইকাযবা নঙখি, লোযননা মদুগী শিল্লম্বা মাগী কাংবু অদু যাম্না অঙকপা মওংদা ইকাযবা নঙখি।

নাপলনা শোকহল্লবা মীওইশিং অসিনা নিঙলিবা, পাল্লিবসি কবিনো হাযনা বাবানা নৈনখি। মহাক্না হাযখি, "মদ কাবা হাযবসিনা হন্থবা থাক্কি ব্রাখল কযা অমা পোকহল্লি, মখোযশিং অদু মীহৌবা, শাওবা, মলোম থম্বা অমসুং তুক্কচবা

নি। মখোয়সিনা মী অমগী লৌশিংবু মমশিলহল্লি অমসুং অচুম্বা শক্তম অমবু যাম্না তুক্কচনিংঙাই ওইবা অবানবা ফিভম অমদা উহল্লি। মসিনা অচুম্ববু উফুলনা কুপশিল্লি অমসুং মীওইববু ধর্ম নত্তবা থবক তৌহল্লি, মশা মথন্তনা মহেল্লি হায়না খঞ্জবিবা রাখল অদুবু থুংহন্নবা।" শোক ১৯৬৬ কী দশবাদা বাবানা যোগি খবনা মখোয়দি ঈশিং মথক্তা চৎপা ঙমই অমসুং অতৈ মখোয়দৌনা চৎপা ঙম্লা হায়না শীঙনখিবা অদুগী মবমদা হায়খি, "যোগি অমনা কল্লকপা, নাপল, মীহৌবা অমসুং মলোম থম্বা অসিবু খোঙপাক্না নেৎথৎপা ঙম্লবদি মদুনা যাম্না হেন্না চাউবা, যাম্না হেন্না কান্নবা শক্তিনি।

শোক ১৯৬৬ কী কৃষ্ণ জন্মাষ্টমি নুমিত্তা থাজবা ইঙম ঙমদবা মীশিং অদুগী মবমদা বাবানা হায়খি, "অতোপ্পনা কবি অমগা হায়বসিদা খক তাকুগনু; নশানা থেংনজবদুদা থাজৌ, নশানা ঊনা অদদা থাজৌ। পুম্মমক কোযহং হংদুনা চৎপগী কবি দবকানবনো, মদু থুম্না নত্রেগা চিনিবা? নঙনা মদু চিনিনি খঙথ্রগা কবিগী অমুক হোংগদৌরিবা? কনাগুম্না অমনা নত্তে হায়বগা অদুগা মদু থুম্মি অমুক কবিগী হায়গদৌবনো? নবেদা খাংক্রৎ থম্মু, নশানা অদুম খঙলগনি। লৈ-না হায়বদুদা অমুক যাদবা তৌবনু, নঙনা পম্মোইদা মাওখ্রবা, নশানা মুন্না খঙথ্রবা অদুদা অমুক ওইহনবা হায়বনু। নঙনা তিয়ানবা মী অদুনা হায় হায়দুনা নঙগী মোত অদু হোংগনু," মহাক্না পীখিবা পাওতাক্নি।

অসিগুম্না অরাবা অমসুং ফত্তবা তৌনবশিংগী মফমদা নুংশিবা প্রেম অমসুং মিনুংশিগী রাখল থম্বিনা অসিদ ঈশ্বরগুম্বদগীদা থোরকদবনি। বাবানা মাগী মাযোক্তা ডাঙখিবশিং অদু ওকাপত্রে, মবমদি, মহাক্না হায়খি, "মখোয় অদু শুম- গুম্বনি, মখোয়গী হৌনশাদ মথোলদা চিকথৎপা অদুনি। মদু নত্তনা মখোয়না অতৈ কবি অমতা তৌবা ঙমদে, মখোয়গী নুংগা ওইবা অদুগুম্বা বাখল অমা লৈ, মদু জয় তৌনবগী মখোয়বু তম্বিদ্রি। মদুগী মিৎযেংদা লাকপা খুদিংমক মখোয়না হুন্দুনা ঙাঙগনি। খর্মিনা লশিংফি অদু চিকথৎকনি, শামতুগী ফিসু, মুগাগী ফিসু চিকথৎকনি; মদুদা অফ-ফত্ত অমতা যেংলোই। অদুনা, মখোয়না ঐবু চৈবগা নুংঙাইজবি হায়বসিদা নখোয়সু নুংঙাইযু। ঐগী পান্দম হায়ববু মীপুম খুদিংবু নুংঙাইহনবনি। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা অসিগুম্বা থবক্তা নুংঙাইজবদা

মখোয়না মশাগী হৈনবি নিতি অদু ফোংদোকপদা নখোয়না কবিগী থিংগদৌবিবনো? অদুগুম্বা নমথি-হঙ্গোযবা থবকশিং অদুনা মখোযগী মতু-মচাশিং থাকপা ঙল্লি হাযবসিদা ঐহাক যাম্না হবাওই। মখোয়না মচিঞ্জাক খজিক্তং চাজবদা নখোয়না কবিগী অৱাবা ওইগদৌবিবনো?"

বাবাদি নুংশিবা থক্তগী শক্লোন্নি, নুংশিবতনা পুমহৈ-হৈবগা শাবনি; মহাক্তি খুদিংমক্তা, মিৎযেং খুদিংমক্তা নুংশিবা ঙাক্তনি; ইঙ্গিৎ-ইবাং অমসুং ফিজেৎ চাকচা-খুদিংদা নুংশিবা ঙাক্তনি। অদুনা, মহাক্না অসিগুম্বা ওইদবা ঙাঙবদা ললোনবা কাংবু অসিবু ঙাকপিবে অমসুং ুফবা মী পুম্নমক্তা মখোয চুমথোক্লবগী ঈশ্বরদা নিবিনবা হাযখি। "ইকুই-কুইদনা মখোয শোযদনা অনুতাপ তৌবক্কনি; মী অমতনা লম্মাংদা কুইনা চত্তুনা লৈবা ঙমলোই; মহাক্না লম্বী মাঙখ্রে খঙলবা মতমদা মহাক লেপকনি অদুগা লম্বী অদু অমুক হন্দোক্তুনা মীযাম্না চৎনবিবা লম্বী অদু থিবক্কনি। মখোয অফবা মী ওইবক্লবা ঈশ্বরদা নিবিউ, মখোযগী মমিৎ উদবা অদুগীদমক অমসুং মখোযগী মবে অদু অচুম্বা ঙাঙবগী মহাও ফংজনবগীদমক ঈশ্বরদা নিবিউ। অসিগুম্বা লান্না চৎখ্রবশিং অসিদা নখোয়না নুংশিবিযু, মখোয থুনমক শেংলবা লম্বী খোঙচৎ অসিদা যাওবক্লগনি।" বাফমশিং অসি শোক ১৯৬৬কী দশবাগী মীযামদা বাবানা হাযখিবনি। মহাক্না তিনফা-কাকফৈদা প্রমান তৌখি; মখোয়না অশোকপা মফমগী লাযনা চেল্লবা ঈ-দা নুংঙাইজবনি, চাজবনি, অদুবু অমুক মখাতানা ঈ চুপ্পা ঙল্লক্ত্রবা মতমদা মথন্তা কেঞ্জবনি। "মখোযসু মখোয়না হেক হাযনিংবমখৈ হাযববা মতুংদা তাবকখিগনি, কেল্লকখিগনি"।

ঈশিংনা শঙ্গোমদা যানশিল্লবদি ঈশিংদুসু মমল খব লৈবকই। অচৌবশিংগী মবমদা ওইদবা খব শুংকৎলবদি, অওবদা পাম্বা কাংবুনদি হাযবদি নমথি হঙ্গোযবদা হৈনবা কাংবুনদি মখোযদা শেল খব পিগনি"।

অসিগুম্বা ওইদবা ঙাঙবশিং অসিগীসু কান্নবা খব লৈ হাযনা বাবানা পনবিখি। মানা হাযখি, "হুমদোক্লবা মতমদা নত্রগা মকু লৌথোক্লবা মতমদা মকু নত্রগা ফৌৱাম অদু তোঙান্না তায, মৈ থাদোকখিবা যাবে। অদু ওইববদি মক-মহৈ অদু নিংথিনা চানবা থমজিনবা যাবে। অহাঙবা নুংশিত্তা হুমায় হুমলিবা কাংবু অসে ফৌৱাম অদু মহৈদগী খায়দোক্লিবনি। নিংথিনা মবা তানা থাজদ্রিবা কাংবুদি

অহানবগী ওইদবা অমুক্তং শন্দোরকপদা কেনখি; অদুবু নিংথিনা থাজখ্রবা মীওইশিংদি অসিগুম্বা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অসিদা খাঙই; মখোয় মশা হেন্না কনখৎহল্লে, হেন্না খাঙবা কলহল্লে"।

শোক ১৯৬৬কী মে থাদা বাবানা মাইশোরগী য়াম্না চিংলেম্না পুক্লিং হুরবা, কূর্গ হায়বা চীংগী ডিষ্টিক, কোফি য়াম্না মবাং কায়না থারিবা মফম অদুদা নুমিৎ ১০নি রোম লৈখি। কূর্গ হাযবা মফর্মাসি শান্নবগী অমসুং লানগী থবক্তা মপাঙ্গল কনবা ময়ামগী লৈফম্নি। মথৌনা লৈরবা লাম্মি কয়াগী পোক্লফম্নি। কূর্গগী মীওইশিংসি মিচং-মিথোক ফৈ অমসুং ধর্ম লৈ, পুকচেল শেঙই। মখোয়না শাংল-শাংলবা চীং লম্বী কযা কাখৎলি, কুমথৈ খোইদ্রিং-খোইদ্রাং তৌবা লম্বী অদুদা; মদু মখোয়গী মরক্তা লৈরিবা ঈশ্বর অদু হাযফেত্তং উহৌনবনি। বাবানা মখোয় খুদিংমক্তা মোমোন নোক্লমই অমসুং আশীর্ব্বাদ পিরমই; মহাক্না কূর্গগী মীওই কয়াগী যুমদা চৎলমই অদুগা মঙাল অমসুং হবাওবা শন্দোক্লমই। বাবানা লৈরিবা বঙ্গলো অদু অকোয়বদা লৈবিবা মফম পুম্নমক্তগী লাকপা কার অমসুং বস মচাশিংগী থুংফম ওইরমই। মতুংদা বাবানা মদ্রাস্তা চৎখি অমসুং মদুদগী ভক্ত খরগা লোয়ননা কোদাই কানাল হায়বা য়াম্না নিংথিজখ্রবা চীংগী পোথাফম ষ্টেসন অদুদা থুংখি। কোদাই কানালদা নুমিৎ খুদিংগী কূর্গদা তৌবগুম ভজন ঈশৈ শক্লমই, মদুদা মী চা কয়ানা, লিশিং কয়ানা পুন্না ঈশ্বরগী মিংখৈরোল শোনমিন্নবগী নুংঙাইজবা অমসুং বাবা উজবদা ফাওরকপা নুংঙাইবগী ঈথক-ঈপোম অদু ফংজবা ঙমখি। "চীং অসিদা লৈবা মীওইশিংগী মবায়বক ফবদগী ঐহাকপু মফম অসিদা পুরকখিবনি; নত্রবদি, ঐহাক মসিদা লাকপগী থৌরাং লৈরমদে"।

থুনমক বাবানা মদুরাই সহরদা চৎখি, মফম অদুদা ভক্তশিংনা সাই বাবা মন্দিরগী অকোয়বদা খুঙ্‌গং মচা অমা শেমগৎখি, মদু বাবাদা য়াম্না ভক্তি ব্যবহার উৎপা ওইনা সত্য সাই নগর হায়না মমিং থোনখি। তামিলনাদতগী লাকপা পণ্ডিতশিংনা নুমিদাংব্বাই অহুমদা পাওজেল পিখি অমসুং থৌরম অদুদা সভাপতি ওইখিবা বাবানা মখোয়গী পাওজেলশিং অদু নিংথিনা অমুক মপুং ফাহনখি।

নোংজু থাগী অহানবা নোং তারকপগা লোয়ননা বাবানা প্রশান্তি নিলয়মদা হল্লকখি। মহাক্না তিল্লমলিবা মীপুম খুদিংমক্তা অমৃত খজিক-খজিক পিজখি লোয়ননা

অমৃতগী মহাও তংলবা নবৈ অদুনা ওইদবা অমুক ঙাঙদনবা হায়খি। প্রশান্তি নিলযমগী সহব মচা অদুদা ভাবত সবকাবগী ষ্টেট বেঙ্ককী মশা অমা হাংদোকখি, মদুনা মফম অদুগী মীওইশিংগী অমদি লাক্লিবা মী লিশিং কযা অদুগী খুদোং চানবনি। অসিগুম্বা থৌদোক খুদিংমক বাবানা আধ্যাত্মিক্কি বাখল্লোন পিশিন্নবগী খুদোংচাবা লৌই। মবম অদুনা মাগী পাওজেলদা শেল পিথোক-পিশিন তৌবিবা বেঙ্ক অদুগা নুংশিবা খক্তা পিথোক-পিশিন তৌবা বেঙ্ক অদুগা চাংদম্নখি। মহাক্না হায়খি, "অদুগুম্বা বেঙ্ক" অদুদা থমজিল্লুবা পুম্নমক যাম্না নিযম চুম্না, চেকশিন্না হিসাব শুবনি/থম্বনি। মচেৎ খুদিংমক ঃ ওবা হিসাবতা চঙবনি, শুবনি - ব্রাখল, থবক, বাঙাং, অফবা, ফত্তবা, থৌশাদবা, নশা কঞ্জনবগীদমক তুংশিনবগী হৈনবি লৈনবা হোৎনৌ। মসিদনা মখোয়না তুংশিন্নবা শেল লৌই; মদুদনা অইংবা - অকা-অকুম লৈতবা ব্রাখল, পুক্নিং অদুবু তুংশিন্নবা লৌই"। বাবানা ঙাঙখিবা বাক্তে পবেং খুদিংমক খ্বাইদগী চুথ্বা থোংদোকপা মঙাল পিবা ব্রাফম ঙাক্তনি।

প্রশান্তি নিলযমদগী মাইল ৭ লাপ্না লৈবা কোতাচেকবুদা অগষ্ট তাং অহুমদা প্রাইমারি হেলথ সেন্তর অমা হাংদোকপগী থৌবমদা বাবানা সভাপতি ওইখি। মফম অদুগী মীয়াম্না বাবাবু যাম্না হৌনিং হবাওনা ওকখিবগা লোয়নননা হাযদববাদতবা পনচায়েত বাজগী মান্ত্রি শ্রী ডাক্তব লক্ষ্মনবসিযা অমসুং আনন্ত পুব ডাষ্ট্রিক্ট মীযাম্না খননা লৈকায় লমদম অদুগী সংস্থানশিংগী মাহুৎ কযানসু ওকপগা থৌবম অদুদা হাজিখ। মথামদুগী মবক্তগী ডিষ্টিক বোর্দকী প্রেসিডেন্ট শ্রী তি: বামাচন্দ্র বেদ্দিনা হায়খি, "এহাক ইশানা যাজবে মদুদি পুত্তপার্তিগী মনাক্তা অসুক যাম্না নক্লা লেখ্রবা ঐখোয়না বাবাগী মিং অসি পৃথিবী শিনবা থুংখ্রবা মতুংদতা বাবাসি ঈশ্ববনি হায়বসি খঙলবখি।" মিনিষ্টব অদুনসু হায়খি, "মহাক অসি ঐখোয়না অসুক্কি মতিক নক্লে, অদুবু মহাক যাম্না লাপ্না লৈবগুম ঐখোয়না লোয়নৈ, মসি ঐখোয়গী অশোয়বনি"। ফমফম অদুদা ডিষ্টিক অদুগী ওফিসাব যাম্না যাওবমই। অদুনা, বাবানা হায়খি, "কেবিনেত মিনিস্তবশিং, ওফিসাবশিং অমসুং মীযাম প্রজাশিং অসি মফম অসিদা ঐখোয়বু ইংহল্লিবা পঙখা অসিগী মশা অহুম অসিগুম্বনি। মখোয় পুম্নমক ঐখোয়বু নুংঙাইবা অমসুং শান্তি পিনবা মৈগী ঈচেলনা মশা অহুম্নু থবক তৌহনবগুম, সেবাগী ব্রাখলনা মখোয়সু থবক তৌগদবনি।" খুৎশেমগী পাম্বৈনা চাবোক হন্থহনগদবনি হায়না ডাক্তবনা হায়খিবা ব্রাফম অদুবু

বাবানা খুদক্তা পুরানা য়াখিদে অমসুং হায়খি মদুদি থৌরাং অদুনা মীগী মোরেলিতি হন্থহনগনি অমসুং অপাম-নুংশিগী ব্রাখলবু হেন্না মথুম-মরাং হৌহনগনি। "মদুদি সাধনাগী মতেংনা, অকনবা ইন্দ্রি খুদুম চন্নবগী খোঙজংতনা, মমা-মপানা দায়িত্ব অদু লৌহনগদবনি; লৈবাক শিন্নুংনা খুৎশেমগী মতেং পিবনা মোরেলগী থাক অসি হন্থহল্লকনি।"

শোক ১৯৬৬ কী অগষ্ট কী তাং মবি অসিদি প্রশান্তি নিলযমগী ইতিহাসতা য়াম্না মরুওইবা নুমিৎ অমা ওইখি, মরমদি নুমিৎ অসিদা অন্ধ্র প্রদেশকী পনচায়েৎকি মন্ত্রিনা হান্ননা পুত্তপার্তিগী ব্রার্দ অমা ওইনা লৈবম্বদু নুমিৎ অসিদগীদি খাযদোক্লে হায়না থৌবমগা লোয়ননা লাউথোকপিখি। মদু প্রশান্তি নিলয়ম টাউন্সিপ হায়না মমিং থোন্দুনা শাসনগী ইউনিত অমা ওইনা শেমখিবমই। মসি নিলযম অসিনা ভারতকী অমদি পৃথিবীগী ওইনা আধ্যাত্মিক্কি যাম্না মরুওইবা তিংফম, পুনফম অমা ওইনা যাম্না থুনা চাউখৎলকপদগীনি। মসিদগী শন্দোরকপা মণ্ডালনা পৃথিবীগী মহাদেশ পুম্নমক্তা যাম্না লংলবা অনৌবা নুমিৎ-মতম-যুগ অমগী পাও শন্দে দাকখ্রবনি। বাবানা অনৌবা কৌলোনি অসিগী মীপুম খুদিংমক্তা অনৌবা রায়েল পথাবকী পায়খৎলক্লিবা মওং অসিদা "মফম অসিগী অমদি অতে তায়নবা লমগী কান্নগদবা মওংদা শিজিন্নহৌনবা হায়খি।"

সেপ্তেম্বর থাদা, কৃষ্ণগী মপোক নুমিত্তা বাবানা লৈবল্লিবা মীপুম খুদিংদা অমৃত পিখি লোয়ননা নুমিৎ নিনিদা মাগী অমৃতগী মশক ওইরবা পাওজেল পিখি। ইদিসন হায়বা চাউববা বিজ্ঞানিক অমসুং অনৌ-অনৌবা বিজ্ঞানগী পোৎশক কয়া পুথোকখিবা নুপা অদু পুং কয়া, নুমিৎ কয়া মাগী লেবোবেতবিদা হিবম খবদা পুক্লিং লুপশিন্দুনা লৈখি; শঙ্গোম, তল, চা নচিংবদু নাকন্দা ইনশিনখিবদু মাগী থবক্তু ফল তাদ্রিবমখৈ কবি অমতা চাখিদে, থকখিদে। অদুনদি খন্দুনা যেংউ, মদুদগী হেন্না থোৎ-মেঙখ্রবা, আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং অমদা মায পাক্লে হায়রবদি কয়া য়াম্না হেন্না সাধক অমনা পুক্লিং চপ যুংনা নিঙবা তাবগে। হরদ্বাব মপাদা গঙ্গা তুরেল মথক্তা থাংমৈ তাওবগুম মী হায়বসি যাম্না লংবা তায়, য়াংবা তায। সংসারগী অপাম্বগী অরুম্বসি হাপচিল্লবদি থাংমৈ অদু লুপথখিনি, অদুগা মণ্ডাল অদু মুৎখিগনি।"

শোক ১৯৬৬কী দশবাদা প্রশান্তিগী ফিবাল চিংখৎত্রিঙৈদা বাবানা মীয়ামদা

পাওজেল পিবা মতমদা অনৌবা পাওজেল অমা মমাংদা লৈরিবা মী লিশিং কয়াদুদা পিবিখি; "নখোয়দা ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি পিগদবা পুজা তৌবগী মওং অমা ঐনা হায়গনি।" মদু মী ওইববু শারিবা মচাক মঙা অমসুং ঈশ্বরগী শক্লোনসু ওইরিবা হাযবদি পৃথিবী, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং আকাশ (ether) অসি য়াম্না ভক্তি ব্যবহাব অমসুং তৌবিমল খঙবগা লোযননা শিজিন্নবনি। "মখোয় খুদিংমক য়াম্না শিংনা শিজিন্নৌ", মহাক্না হাযখি, "মখোয় অদো নশাগী য়াইফনবা অমসুং অতোপ্পগী যাইফনবা থবক্তা শিজিন্নৌ; মখোয় অদু য়াইমরপ্ তৌনা শিজিন্নৌ অমসুং মীওইনা জাতিগী সেবাগীদমক শিজিন্নৌ।"

হোস্পিতালগী নুমিৎকী [illegible] অদু আমেবিকাদগী প্রশান্তি নিলয়মদা সাধনা তৌবা লাকখিবী, যাম্না ফাওবী [illegible]বা অমসুং সমাজ সেবিকা ওইবি ওপাল মাক্রে কৌবি ভদ্রমহিলা অসিনা সভানেত্রি ওইখি। মহাক্না নিউয়োক অমসুং হোংকোংদা অঙাওবা, পুক্লিংগী থৌনা ৱাৎপা, -পাঙ্গল শোন্দম-নাতম তৌবা অমসুং অতোপ্পা দোষ লৈবা কাংবুশিংসি ঈশৈগী লাযেংনা ফহন্নবা হোৎনরমই। বাবানা হায়খি, "ঈশৈ হায়বসি খুৎলায অমনি, মসিনা মীওইবগী অকনবা অপাম্বা ৱাখলবু মাঙহনখিবা ঙম্বা, ইশাদা ফাওবকপা অকনবা ৱাখলবু ইংথহনবা ঙম্বা অমসুং অকনবা অপাম্বা, অনিংবা লাকপা মতমদা ঈচেল অদু হেন্না ৱাংবা থাক্তা চৎহনখিবা যাবা খুৎলায অমনি। থাইন-থাইনা মমাংঙৈদদি ভারত্তা ঈশৈগী লায়েং অসি হান্ননা শকখঙদুনা লৈবন্নবনি"। বাবানা হায়খি মদুদি হিদাক অমসুং হোস্পিতালদা লায়েংবা হায়বসি চিংনগনবা কাংবু অদুগীনি। খ্বাইদগী অথোইবা ডাক্তর অদুদা থাজবা কাংবুগীদমক্তদি মহাক্কি মমিং অদুনা মতিক চারবা হিদাক্নি।

য়াজনানা করি কান্নবা, প্রশান্তি বিদ্বানমহাসভাগী মথৌশিং, কবিশিংনা কবিতা থিখিবগী মরম, বাধাভক্তি হায়বা বাবানা ইবা দ্রামাগী মরম নচিংবদা পিখিবা পাওজেলদা বাবানা অতৎপা লৈতনা পৃথিবীদা অমদি ভারত্তা ওইরিবা য়াম্না অৱাবগী মশক ওইরবা মহাক্নদি মদুবু কোকহনগনি হায়না লাক্লিবা হিরমশিং অসিদা পাওজেল পিরমই। "পৃথিবী অসি ঙসিদি য়াম্না অপিকপা কা মচাগুম ধর্মদা যুমফম ওইরগা, কুচুদা, থাজবদা যুমফম ওইরগা খায়দোক্লে। খায়দোকপসিনা করি কান্নগদৌরিবনো হংলিবা কাংবু অদুমক কা মচা অদুগী মনুংদা লৈখ্রে! য়োৎ মকুপ-মকুপশিং অদু মপৈ অমদা পৈশিল্লবসু মকুপ ওইনা অদুম লৈরি, মখোয়

শৌজন্নদ্রি; মী পুম্নমক নুংশিবগী খাং মথক্তা অমতা ওইনা শৌজিল্লু''। থম্মোযদা লৈবিবা তুক্কচবা হাযবা পোৎশকসি তান্থোকখিগদবনি; থম্মোযদুদা ঈশ্বরসি লেঙদনা থম্নবা মতমদা তুক্কচবা হাযবা বাখল অদু মথন্তা চেন্থোকচখিগনি। নোংচুপ লোমগী ব্রাখল খনবা ঙম্মশিংদু নোংপোক্লোমদা মায ওনশিল্লকলি; মসি কবম্না শান্তি - তুংকোইগদবা, অপেনবা শান্তি, প্রশান্তি অদু থমগদগে হাযবদু তম্নবনি। নুমিৎ হাযবসি থবাম্মিচাক অমগা চাংদম্নবা মতমদা পিকথ্রবা মণ্ডালগী মতুম মচা অমনি, অদুবু মসিনা মণ্ডাল পিবি, অমম্বা পুম্নমক তাশ্থোক্লি। মতৌ অসুম্না, ভাবত অসি যাম্না লাযববা,অশোনবা লৈবাক অমা ওইবা যাই; অদুবু মসিনা মণ্ডাল অমসুং শান্তি পিবা ঙমগনি''। ঙসিগী কোল-কাবখানা অমদি ইঞ্জিনগী শক্তি যাম্না পুথোক্লবক্লবা ম তর্মাসিদা পৃথিবীদা অমগা অমগা সমাজদা চুনশিনবা ঙমদ্রিবা অসিগী মবমদসু বাবানা ঙাঙখি। বাবানা হাযখি, মখোয অসিনা মীওইবদা লৈবিবা ঈশ্বরগী শক্তি, মদুনা মীওইবগী সেবাদা, কখোকপদা, অমসুং সাধনাদা মপুং ফানা শাণ্ডোক্লবা হোংনবিবা বাখলশিং অদুবু হাণ্ডোকপি।

শোক ১৯৬৮কী দীপাবলিগী নুমিত্তা বাবানা হাযখি মদুদি মৈগী কুম্মৈ অসিদি শ্বৰ্গগী ওইবা অবাংবা অফবা বাখলনা নবক্কি ওইবা অতোনবা ব্রাখলশিংদগী জয় ওইবে হাযবদু ফোংদোক্লবগীদমক্তা তম্নম্নবা থৌবম্নি। মীওই লিশিং কযানা মহাকপু যেংনবা অমসুং মহাক্না ঙাঙবা তানবা নিলযমদা তিনখিবমই। থৌবম মতুংদা মযুম মযুমদা হনখিনবা বাবানা হাযখি, ''নখোযনা ঐবু নুংশিবদু ঐহাক খঙই, নখোয়নসু ঐনা নখোযবু নুংশিবদু খঙই। অদুবু নখোয নশাগী মফমদা হনবা তাবনি মবমদি মদুদা নশাগী নথৌ অমসুং তৌদ-যাদ্রবা কযানা নখোযবু দবকাব ওইবি। মখোয অদুসু ঐগীনি; মখোয অদুদা তৌবা সেবা অদু ঐঙোন্দা তৌবা সেবানি; ঐহাক মফম খুদিং লৈ হাযবসিসু নখোযদা খঙহন্নিংই, মফম অমসুং মতম্না অথিংবা লৈতে, নখোযনা লৈবা মফম পুম্নমক্তা ঐহাক লৈ। নখোযনা মতম পুম্নমক ঐগী মাঙদা সুম লৈথোক্লবদি মদুগী নুংঙাইবদু কবম্না ঐনা নখোযদা পিগনি?'' মহাক্না হংখি।

বাবাগী ৪১শুবা মপোক কুমওন যাম্না থুনা লাকখি। মপোক নুমিৎকি পাওজেলদা বাবানা যাম্না থৌজাল হৈবগা লোযননা সনাতন সাবথিদা ফোংনবা

ইবিখি, বাবানা হায়খি, "মীওইবনা শোক্লরিবা লান কয়ামরুম অদুনা মঙোন্দা করি পরা তম্বিরিবগে? মখোয়না তম্বিরি মদুদি অপাম্বনা, অশাওবনা, তুক্কচবনা, অমসুং কল্লকপনা মীওইববু তত্তনা শেন্নদুনা লৈরিবা ফত্রবা শক্তি ঙাক্তেনি। ঙসিগী পৃথিবী অসিদা আইন লৈত্রিবা, লৈবাক ইরাং হৌরিবা, হাৎন-শুনরিবা পুম্নমক অসি অমুক্তং নৈনদুনা য়েংউ। মখোয়শিং অসি ফত্রবা শক্তিশিং অদুগী ফল ঙাক্তেনি। অসিদসু নত্তেনে, নশাদা নারিবা অনাবশিং, অদুগা নযুমদা থোক্লিবা শান্তি লৈত্রিবা পুম্নমক্তু অপামবা, অশাওবা, তুক্কচবা অমসুং কল্লকপা ব্রাখলশিং অদুগী ফলননিনে। মহাক্লা মসিগী মরালসি "অতো৷৷ন থঙজিল্লিবা অমসুং ফেল ওইবগী অতোপ্পদা তাযনরিবা কাংবু অদুবু নিন্দা ৷ৌবমই। তুক্কচবা অমসুং কল্লকপনা মীওইবগী নুংশিববা মাযথোং অদুবু লান্না উৎল্লি। মিহৌচাউবা, অপাম্বা, অশাওবা অমসুং কল্লকচাউবা মীওইশিং অসি চাবা ৷মদবা অমসুং শিংলিগী অনাবা লৈগনি। মরম অদুনা নঙগী নুংশিবদু পাকথোক-চাউথোকপা তমউ অমসুং নহাক্কি ঈশ্বরদা লৈবা ভক্তি অদু চাউথোকহনবা তমউ," মহাক্লা পাওতাক পিখি।

বাবানা মাগী মপোক কুমওনগী ভজন শক্লিগৈদা ওদিতোরিযমদা লাকপা মতমদা, নুমিৎ অদুগী মকোক্তা থাও হৈরগা নোয়নবগী থৌবমগী মাংওইননা নিংথিববা মুগাগী ফুবিৎ অচোনবা অমসুং সনানা ফিবান চনবা শাল মদুগী মথক্তা সাই বাম হায়বা ব্রাহৈ অসি ১০০৮ লক ফিশাবি ভক্ত অমনা, কবিরগী মতৌগুম মহাক্লা পাঙদেম অদু হঙ্গৎ-হন্দা হুল্লিগৈদা মানা পামজবা, ইরাৎচরিবা ঈশ্বর অদুগী মিংখৈবোল শোন্না শোন্না ইখ্রবা ফিজোল অদু শেৎলি। মহাক্লা মদু শেৎখি, মরমদি মদুগী লংশিং অদু ভক্তিগী সনা ঙাক্তেনি। বাবানা তিল্লিবা ভক্ত ময়ামদুগী মরক্তা চৎখি লোয়ননা মপোক নুমিৎকি থৌজালগী খুদোল ওইনা মীপুম খুদিংদা মখুত্তা লদ্দু অমমম য়েনবিখি। য়াম্না মতম শাংনা পুং ৫ চঙনা থৌজালগী খুদোল অদু যেল্লগা নিলয়মদা হল্লকপা মতমদা নুংথিলগী পুং ৩ তাখরে। মহাক্কি থৌজাল হৈবগী অমদি পুম্নমক খঙবা ঙমই হায়বগী পিকখ্রবা থৌদোক মচা অমা পনবা য়াই। মী লিশিং ১৫রোমদুগী মনুংদগী মী অমখক্তি বাবাগী মখুত্তগী লদ্দু অমদগী হেন্না লৌনবা হোৎর্নাখি। মমৈথংদা, মঙোন্দা লদ্দু অদু পিবা মতমদা বাবানা হায়খি, "মসিনা ঐনা নঙোন্দা পিরিবসি মঙাশুবনিকো! ঐনা থাজে, মসিনা ওক্লে!" মীয়ামদুগী মরক্তা মানা মঙোন্দা কয়ারক পিখ্রবগে হায়বসি খঙলমই;

মহাক্কি কবাম চাউবা অদুগীদমক্তা মঙোন্দা অকনবা থ্রা হাযখিদে।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাইবমদা পিখিবা পাওজেলদা বাবানা সত্যম সিবম সুন্দবমগী অনৌবা অর্থ অমা পিখি। সত-চিত-আনন্দনি খঞ্জবা কাংবু অদুদদি যাম্না লেমখ্রবা অর্থ অদুনা মখোযগী মমিৎ পাঙহনখি; সুন্দবমগী যাম্না নুংশিববা অমসুং শুক্সাৎনিংঙাই ওইববা গুণ অদুগা লোযননা কর্ম-মাগগী লম্বীদা চঙশিল্লু, সিবমগী লেমজনিংঙাই ওইবা অমসুং তনৌ-তনৌবা, মাযথোং মকা লাম্বা শক্তমগা লোযননা ভক্তি-মাগগী লম্বীদা চঙশিল্লু; সত্যমগী হকথেংনবা অমসুং পুক্লিং চপযুংবা বাখলগা লোযননা জ্ঞান মাগগী লম্বীদা চঙশিল্লু''।

নুমিৎ হুম্লিগী মতুংদা মহাক্লা অঙাং অমা ওইনা লাইবিক তমখিবা বুক্কপতনম্দা পব্লিক লাইব্রেবি অমা শঙ্গাখি। চহি কযাগী মমাংদা বাবানা মফম অদুদা পার্ক অমা হাংদোকখি. অদুগা মতুংদা মহাক্লা লাযশঙ অদুদা ইলেক্ট্রিক্কি মৈ থানগৎখি। মহাক্লা মফম অদুগী খুঙ্গাশিংনা অবাপ্পা মফমদুদগী মাগী মতিক মগুন্তা শক-শোল্লগা পেম্থোক্তুনা লৈবা, মাগী মনাক নকশিলক্তুনা মাগী নুংশিবা প্রেম ফংনবা হোৎনদে হাযনা চৈখি। লার্ইবিক্কি মবমদা ৱা ঙাঙবদা বাবানা মীযামদা থম্মোযদা যাম্না লাঙহনবা, অপাম্বা বাখল যাম্না ফাওহনবা, অফ-ফত্তগী বাখল খলহন্নবা লাইবিকশিং পাদনবা চেকশিন বাহে কযা তার্কাপিখি। পাগদৌবিবা লাইবিক অদু অযবা ৱাখলদা থৌনা হাপকদবা, অদুগা ফত্তবা ৱাখলগী অপাম্বশিং অদুবু লাকশিন্নবগী ৱাখল পিবা ঙম্বা লাইবিকশিং ওইগদবনি। থাইনগী অবিবা লাইবিকশিংবু নোংম-নোংমগী থৌশাদবা হেঞ্জিল্লক্লিবা অসিগী মবমদা বা ঙাঙখি অমসুং অইবা অমদি পানিবা মীশিংদা থাইনগী কলচবদা যাওবিবা নির্ংথিববা গুণশিং অদু ইনিংবগী অমদি পানিংবগী হৈনবি লৈহন্নবা হোৎনৌ হাযখি।

ডিসেম্ববগী তাং ১৩দা বাবানা কাবেবি তুবেলগী তোর্ব্বান্দা লৈবা ত্রিচিনো পল্লিদা চৎখি, মফম অদুদা ভক্তশিংনা নুমিৎ হুম্লিগী ওইবা প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভাগী মিফম অমা শিনখি। হিন্দুইজম কবিনে৷ হাযবা তম্বিনবা লৈবিবা ইনস্তিত্যুত অদুগী প্রিন্সিপালনা বাবাবু ওকচবগী পাওজেল অদু তামিলগী অবিবা কলচবদগী ৱাফম কযা লৌথোক্লগা শেমখ্রবা নিংথিববা ৱাঙাংনি। মহাক্লা বাবাগী পুমথোই থোইববা, মযামগা মান্নদবা থৌজালগী মবমদা ঙাঙলমই। ''মহাক্কি মিৎযেংনা মঙাল পির্গনি,

মহাক্না অমুক্তং শোকপনা নুংঙাইবা পিগনি, মহাক্কি ব্রাহৈ অমনা ইশা মশক খঙজনবগী ৱাখল পোকহনগনি", মহাক্না থাইনগী মুণিশিংগী ৱাফম পল্লদুনা হায়খি। বাবানা পন্দিত পুন্নমক্তা অমসুং ছাত্র পুন্নমক্তা মশা-মশানা কন্না হোৎনদুনা মশাগী মোরেল ৱাংখৎহন্নবা অমসুং অতৈসু মখোয়গী মতৌ উরগা ৱাংখৎনবা হোৎননবা হাযখি। মী হাযবসি শিবা নায়দ্রবা ওমর পদবি ওইরিবনি অদুবু ঙসিদি চাউখ্রবা মেছিন অমগী নত মচা অমগুম মমল লৈহনখিদরে হায়না বাবানা হায়খি। "নখোয নিংতম্বা ফংলে হায়রি মবমদি মফম অসিদা চহি চা কয়া পাল্লম্বা মীওইশিংদু মযুমদা চৎখবে। অদুবু, নখোয" মথক্তা য়াম্না শাথিনা শাসন তৌরিবা নুংগী মপুশিং অদুসু নমদুনা থাদোকহনগদবনি। মদু ঙমদ্রিফাওবা নখোয়গী নিংতম্বা লৈত্রি। মদুম্না অমুক্তং তৌখ্রবদি যেক্লবা অমতনা নখোয়বু খুদুম চম্বা ঙল্লরোই। মদু নহাক্কি নিংতম্বগী মিকুপ্পি, হৌজিক নখোযনা ফংলিবসিদি মপানগী কুয়োম অদুনি, মনুংগী মহৈ, মরু অদু নৎত্রি।" তাং ১৭তা বাবানা বুদালুর খুঙ্গংদা চৎনবা মতম ফংখি, মফম অদুদা সত্য সাই বিহারদা মীওই লিশিং কয়ানা বাবাবু ওক্লবা ঙাইরমই। বাবানা উফুল মবক্তুদা মখোয়গী মবক্তা ফাওদুনা চৎলমই অমসুং মরক মরক্তা অনাবা যাওবম্বশিংদু মশাগী মখুত্তগী বিভুতি পিবিখি। য়াম্না মমল য়াল্লবা হিদাক অদু অহানবা ফংখিবা অঙাং অদু মবোল থোক্তবনি, অনিশুবদুনা মনাপঙবা মীশক অমনি অদুগা অহুমশুবা অদুনা অহল ওইরবা মবুক্তা অলছর লৈরবা লৌমি অমনি!

তাং ১৮দা ত্রিচিনোপোল্লি থাদোকখি অদুগা অহিং অমা পোল্লাচিদা লেকখি। মথংগী নুমিত্তা গাডীনা পরমবিকুলম জঙ্গল তান্না চৎখি; মফম অদু শামু য়াম্না লৈবা জগানি, মহাক্কা লোয়নবিবা ময়াম অদু নিংথিরবা দৃশ্য অদু য়েংহন্নবা পুরিবনি; অদুবু মফম অদুদা লৈবিবা জঙ্গলগী চমখ্রবা মীয়াম অদুদা মাগী কাওবা ঙল্লরোইদবা ফজবা শকফম অদুবুসু উহন্নবনি।

বাবানা তাং ২০দা কেবলা চৎখি অমসুং পালঘাত্তা নুমিৎ নিনি লৈরবা মতুংদা অরনকুলম, ত্রিপ্পুনিত্তুবা অমসুং অল্লেপ্পে য়েংখি, মসি খৃষ্টমাস মনুংদা নিলগিরি চীংশাং যৌদ্রিঙৈদনি। পালঘাৎকি দেবী ভিল্লাদা বাবানা মাগী ভক্তশিংগী মরক্তা নিংথিরবা মোমোন মিনোক অমদি থৌনা পিনবিরিবা অভয়মুদ্রগী খুৎথাঙ্গৎ

অদুগা লোয়ননা চৎলমই। মহাক্লা ময়াম অদুদা মলয়ালম মরোলদা ৱা ঙাঙখি অমসুং মদুনা পুম্নমক্কি থম্মোয় অদু মঙোন্দা চিংশিনখি। কোল্লেঙ্গোদেদা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমনা নোংপুবা নোংদুম পুশিল্লক্তুনা নোং কন্না তারক্লবদা বাবানা হায়খি, "ৱাগনু। মখোয় অদু নোং মতুম নত্তে! মখোয় আনন্দ মতুম ঙাক্তনি, সুধাবিন্দুনি!" অদুদগীদি নোং অদু পুং অমরোম তাখিদ্রে! মসিগী মিরাকল অসি নুমিৎ অদুমক্কি কেরলাগী চেফোংদা নিংথিনা ফোঙনরকখি। ত্রিপ্পুনতিত্তুরাদা, বাবাদা য়াম্না নিংজবা খৃষ্টিয়ান মপু মনায়না লাই খুরুমফম হোল অমগী ষাত্রা হুনবিরম্লবা হায়জখি। ওলাভক্কোত-তসু সাই ভক্তশিং লৈনবা সত্য সাই নগর হায়বা মফম অমা শেমগৎলকখি; মরম অদুনা বাবানা মফম অদুদসু মাগী য়াম্না মিনুংশি চেনবা ৱাখলগা লোয়ননা প্রেয়র হোল অমগী ষাত্রা হুল্লমই। ডিসেম্বরগী তাং ২৩দু বাইকুন্ত একাদসিগী নুমিৎ ওইরমই, নুমিৎ অসিদনি বাবানা পুম্নমক্তা মাগী থৌজাল অদু অমৃত ওইনা পিনবিবসি। নুমিৎ অদু মাগী ভক্তশিংগা লোয়নদুনা অল্লেপপিদা লৈখি। মীওই চা কয়ানা মাগী অমৃতগী মশক ওইরবা পাওজেল অদু তাননবা মফম অদুদা তিনখি অমসুং মাগী ফজরবা শকফম অদুবু মশা মশাগী থম্মোয়দা মমি তাহঞ্জনবা হোৎনখি।



# ১২. খুদমশিং অমসুং অঙকপশিং
## (SIGNS AND WONDERS)

মমিৎ তাংবা নুপা অমা নোংমা প্রশান্তি নিলয়মদা মাগী মমিৎ অদু অমুকহন্না উহনবিনবা লাকখি; মহাক মাইসোবদা লৈবা স্কুলগী ওজা অমনি; মরম ইখঙ-খঙহৌদনা মহাক্কি মমিৎ অদু উশিনবনি। অহানবদা বাবানা মঙোন্দা করি অমতা থৌ - ব্রা শাখিদে। মতুংদা নোংমা নুপা অদু মাঙ্গোলদা মাগী নুপীনা মখুৎ শমদুনা চৎপা উবদা বাবানা মখুৎ থিল্লদুনা ঐঙোন্দা হায়খি, "য়েংউ, আদগী নুপা অসিনা মাগী মমিৎ অসি অমুক হন্না উবা পাম্লি; মমিৎ উদবা অসি মাগী অফবা মরাইবক্নি হায়বসি মহাক খঙদ্রে"। নুমিৎ নিনিগী মতুংদা ভারত সরকারদগী চিঠি অমা লাকখি, মদুদা মহাকপু দিল্লীদা চত্তুনা মিৎতাংবশিং তম্বিনবা ট্রেনিং চৎনবগী স্কোলাবশিব অমা পিরকখি! বাবাদা ফংহনবিনবা হায়জবা অতোপ্পা মনা পঙবা মী অমা ঐনা খঙই, মঙোন্দা বাবানা হায়খি, "নঙগী ননাকোংদু নঙগী গুরুনি; মখোয় অদুনা নঙবু ঐঙোন্দা পুবকপনি; হৌজিক্তি, অপাম্বগী মায়গৈদা পুশিন্নবগী পাম্বে অমদি ঈশ্বরনা চানবিদুনা মথৌ তৌহন্দ্রে, মদুগীদমক ঈশ্বরবু থাগৎলু"। অতোপ্পা হায়জবা অমদনা বাবানা হায়খি, "ঐনা মাগী মমিৎ অসি অমুক হন্না উহল্লবদি, মহাক্না মশা মতোমতা শোয়দনা মাঙহনগদৌরি"। বাবানা হৌখ্রবা অমসুং তুংদা লাক্কদবা অসি লোযনা খঙবা ঙমই; মঙোন্দদি মীপুম খুদিংমক অসি হাংদোক্লবা লাইরিক অমাগুম্বনি; মবম অদুনা, মহাক্না হায়, নখোয়দি ইরায়-লায়না মিনুংশি হেক্তা হৈথে; অদুবু, ঐদি মখোয়না কান্নগদবা কান্নরোইদবা, মখোয়না ফংফম থোকপা দণ্ডি, অদুগা নৌনা পিগদৌরিবা শক্তি অদু চুম্না নত্রগা চুমদনা শিজিন্নগদবা পুম্নমক অদু হোত্তুনা য়েংবা তাই"। প্রশান্তি নিলয়মগী

অকোযবদা লৈবা খাংপোকশঙ অমদা কনাগুম্বা অমা শিবমই; মাগী মবী মতা অমা লাক্লগা বাবাদা মাবু অমুক হিংগৎহন্নবা হাযজববদা বাবানা হাযখি, "নঙনা হাযবিসিবু মফম অসিতমক ঐগী জগানি সিবা? মিকুপ অসিমক্তদা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা শিবিবা মী লিশিং কযাসিদি কমদৌবা তাবে? নঙগী মী অসিগুম্না মখোয পুম্নমক অদুসু ঐগী ঙাক্তনি। অদুগা, ঐঙোন্দা হাযযু, কবম্না নঙগী মী অসিনা পৃথিবীগী যাইফনবদা তঙাইফদবা হাযবদু ওইবিবনো? মাগী পুক্সি চেংজেল লোযখ্রে; মাগী মনাক্তা মঙোন্দা নপলম্বা খব অদুদা ঙাইহাক্কি ওইবা নুংঙাইবা খব পিনবা পোকলম্বা নত্তে, মাগী মবাইবক শেমজনবা পোকলম্লনি।"

বিবেকাচুদামনি (Vivekachudamani) হাযবা লাইরিক অদুদা সঙকবাচার্জ্যনা জগৎকি মবুংঙোবু "অহেতু কদযাসিনধু - থৌজালগী সমুদ্র, মদুনা মবম লৈবা নত্রগা মবী লৈবা লৈতবা যেংদনা হেক্তা কনবিবা" হাযনা পল্লমই। বাবাসি মদুগুম্বনি। মহাক্লা মাগী অনিংবা শক্তিনা লাযেংবা ঙমদ্রবা খবর্সু ফহল্লি; কন্না হাযজবা খববুনা অদুম বাদুনা লৈহল্লি। কনা অমতনা কবিগীনো হাযবা ঙমদে? ভোলুম অহানবদা পনখ্রবা সেশাগিবি বাওগী মতাংদু মসিদা নৈনবদা বাবাগী মিৎযেং অসিগী মবমদা খবদং ভাব তাবা ঙমগনি। অবিবা মান্দিব অমসুং নিলযমদা চহি ১৪ চপচানা সেবা তৌবক্লবা সেশাগিবি বাওদু অব্রাংবা মফমদগী তাবদগী শিবা যাবা ফিভমদা লৈবমই। মহাক্কি অবোইবা মিকুপ্তা অতৈ কনা অমতনা ঙমদ্রবা. মুণি-ঋষি শিংতনা ঙম্বা অঙকপা অচুম্বা অমা মখোল হৌনা লাউবমই : "মচাক মঙানা শাবা হকচাং অসি কাযথবক্তুনা মাগী মাগী মফমদা হনগদৌবে; এহাক অবান খুভম ফংগদৌবে"। ঐনা যাম্না মিতাজনা অমদি কল্লক্লা মাগী মনাক্তা লেপলমই। ঐ ইশা ইতোমতা হাযজবমই, "মশাগী মচিনবান্দা বাহৈশিং অসি ঙাঙজবগা অদুগুম্বা, সংসাব অসিগী ব্রাংমা অদুদা চঙখিগদৌবিবসি কযাদা মবাযবক ফখ্রবনো"? খুদক্তা. কা অদুদা বাবা চঙলকখি. মদু কনাগুম্বা অমনা মাগী যাম্না থাজববা সেবাবি অমা শিগদৌবে হাযনা পাও পিকববনি। বাবানা সেশগিবি বাওদা অকনবা ব্রাঙাংনা চৈখি, "নঙনা ঐঙোন্দগী তিকেৎ অম লৌদনা কবম্না খোঙচৎ অদু চৎকে তৌবম্লিবা? কুমথবকউ; নঙোন্দা পিবা নথৌ অদু তৌ। ঙসিগী নুমিৎ য়ুংবদা প্রেযব হোলদা লাক্তুনা মহৌশাগুম আর্ত কৎনবা তৌ"। ঐখোয পুম্নমক পুমঙক ঙক্লা লেপখি, অসিগুম্বা হায়দুনা ঐনা হুকুম তৌবিবসিনি"। ঐখোয পুম্নমক পুমঙক ঙক্লা লেপখি, অসিগুম্বা

'মিনুংশি লৈতবা হুকুম অদুদা, অদুবু, পুম্নমক খঙবা ইবুংঙো মাগী মফমদা মিনুংশি লৈ-লৈতে হায়গদৌবিবা ঐখোযসি কমদৌননো? সেশগিবি বাওদু হুকুম অদু ইনখি; মহাক ভজন যাওখি অমসুং তৌফম থোকপা মঙোন্দা শিন্নবা থবকশিং তৌখি।

থা ৬ লৈবগা মহাক অমুক নাবে, যাম্না শাথিনা নাবে। মহাক সত্য সাই হোস্পিতালদা মিং চনখ্রে; মহাক্কি ফিভম ফৎচিল্লকখিদ্রে, যাম্না ফিভম শোক্লা ফৎখিদ্রে। মাগী মাথা অদু শেবান্নবে, অমোৎ-অকাযদা হঙ্গোযবা পুম্নমক লৈখিদ্রে; ঈশ্বরদা অসুক থাজবা মনায অমনা কবিগী অসুক ফিভম চাদবা মওংদা ব্রাহ্নবনো হাযদুনা মীপুম খুদিং৯৯ পু মথরাই নুংঙাইহল্লমদে। বঙ্গলোবদাগী মাগী মনাওনুপা লাকখি অদুগা ভিডিওবিযা হোস্পিতালদা পুখ্রগে হাযনা বাবাদা হাযজবমই, মবমদি মফম অদুদা মা। মমাকশিং থবক তৌবিবনিনা অখন্নবা মিৎযেং চঙবা ঙমজনবনি। অদুবু, বাবানা হাযখি, "মাগী হৌজিক ওগবিবা ফিভম অসিদা থোযনা নুংশা থিগনু। মানা ব্রাফম থোকপা খবদু লোযশিঙ্গনবা তাঞ্জা পিবিবনি। মসিগী মতুংদগীদি মহাক যাম্না শান্তি লৈনা নুংঙাইনা শিজবা ফংজবগনি। মসিবু নত্রবদি মহালনা থা কযাগী মমাংদা মানা মথক্তগী তাবা মতমদুদা মাবু অদুম থাখিবা যাবম্বনি"। বাবাগী অনিংবদু অদুম ওইখ্রে। থা অমা হৌখ্রে। সেশগিবি বাওদু যাম্না অঙকপা মওং অমদা ফগৎখ্রে। মহাক্লা লৈবিবা কা অদুদা নুমিৎনা তবং-তবং ঙানখ্রে। মহাক যাম্না মপুং ফানা নংঙাইনা চযোল তকক লেনখ্রে। অদ্দগী মহাক অমুক নাবকখ্রে, ফমশেন্নখ্রে। মচাশিংনা মনাক্তা ফমদুনা নুংশিনা সেবা তৌখ্রে। নুমিদাংব্রাই অমা বাবানা মাগী কাদা চঙখিবমই। ঐহাকসু বাবাগা লোযনবগী খুদোংচাবদু ফংজখি। বাবানা ঐঙোন্দা শঙ্গোম অশাবা গ্লাস অমা পুবক্লবা হাযখি। বাবানা মদু চামচ অমমম ওইনা লোযনা পিথকখি, মহাকপু পিথক্লিবদু বাবা মশামাক্ল হাযবিখি। অদুদগী বাবাদু হৌগত্তুনা থোকখি, থোঙজিন্দা মমায অমুক ওনশিল্লগা, মঙোন্দা যেংলমই অদুগা হাযখি, "হৌজিক্তি নহাক চৎপা যাবে" অদুগা, সেশগিবি বাওদো বাবানা হাযবা ইনখি, পুং অমগী মনুংদা মহাক কবম্বা মতমদা কুমথগনি, কবম্বা মতমদা চৎকনি হাযবসি বাবানা খঙখি। ঐখোযনা যেংবতমক, হাযজবতমক ঙমই, পুমঙক ঙক্লা লেপ্লতমক ঙমই অমসুং থৌজালগী নুংশিৎ অদুনা অর্থ লৈনা "কাঙলমচাদবা" অদুদা ঙক্লা লেপখি।

অসি গুম্বা অঙকপা থৌদোক অমমুক কোলোম্বোগী Castle Lane দা লৈবা

ডাক্তব তি: নল্লাই নতানবু লীহনসি। "এনতোনিস কৌবা চহি ১২গী অঙাং অমা য়াংলেন শরু মনুংদা কেনসবগী অনাবা অমা লৈবমই। মাগী মখুবাদু য়াম্না অফাওবা সবজন অমনি। অফাওবা সবজন অসিনা ঐগী মাংদা পুং ৩গা মিনিট ১৫ চঙনা ওপবেসন তৌখি: অদুবু কবি অমতা কান্নবা ফংখিদে। অঙাং অদু মতম পুম্নমক্তা অতৎ-অখম লৈতনা যুং হাল্লমই, মশা জ্ঞান তাদ্রিঙৈদা। মসি থিংবা ঙম্লমদে, হন্থহনবসু ঙম্লমদে। বাবাদগী পুবকপা বিভুতি খব কোলোম্বোগী সত্য সাই সমিটিগী মেম্বব অমনা অঙাং অদুদা পিবমই। অহিং অদুমক্তদা অঙাং অদু খব ফবগুম তৌবমই। অদুনা মখোযনা যাম্না তহা-তহানা মদ্রাসতা বাবাগী মনাক তান্না চৎখিবমই। মখোযনা নভেম্বব তাং ১০দা বাবাগী দর্শন ফংজবমই। বাবানা মখুৎ ওত্তুনা লিক্কুম্বা অমা শেম্লমই অমসুং মদু অঙাং অদুগী খুদাংদা শিহন্নবা হাযবমই। মখোযনা দর্শন অনিবক তৌজবগা যাম্না হবাওনা মযুমদা হর্নাখ। ঐনা অঙাং অদু খৃষ্টমাস নুমিত্তা উখি, যাম্না হবাওনা শান্নবদ্ উখি, ছুটি কাবক্লবা মতুংদা স্কুল কাবগনি হাযদুনা ব্রাবী শানবদু উখি! হৌজিক মহাক স্কুল কাবে, ঐ খঙই"।

ঐনা হেক খঙখিবা মযামগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না অঙকপা মওংদা লাযেংখিবা অমতং ঐহাক মতাংসিদা পঞ্জগে। শোক ১৯৬৬কী ফেব্রুযাবি থাদা নোংমা নুমিৎ যুংবগী মতম অদুবাইদা দিল্লীদগী মতৈ-মনাও অনিখক বঙ্গলোব ফাওবা প্লেন তোংলগা, বঙ্গলোবদগী কাবনা পুত্তপার্তিদা লাকখি। নুপী অদুগী মৌপ্বা অদু নিউ দিল্লীগি হোস্পিতালশিংদা লাযেংবা ঙমদ্রদুনা আশা অমতা লৈত্রবা, শোযদনা শিবগদবা অনাবা অমা ওইনা মযুমদা হল্লকখিবনি। কনাগুম্বা খবনা বাবাগী ব্রাবী তৌবদগী মখোয বাবাগা মফমদগী অঙাং অদুগী পুন্সি কর্নাবযু হাযদুনা আশীর্ব্বাদ নিজবা লাকখিবনি। বাবানা ঐঙোন্দা বিভুতি পেকেট অনিখক পিবকখি, মদু পুবগা খুদক্তা দিল্লী চৎখিনবা হাযবকখি। নুপামচা অদুগী মমিং বলিজা কৌই, চহি ৩০ শুবে। শোক ১৯৬০ গী জুলাযদা অনাবসি সৌখিবনি। .. (অনাবসি চহি তকক্লোম দিল্লীদা লাযেংবদা ফবগী আশা অমতা লৈত্রদুনা শিবা ঙাইবগী ভাবতা মযুমদা অব্রাবা খাঙদুনা লৈবর্বান)। বিভুতি অদু ঈশিংদা থাদবগা পিথক্কদবনি অদুগা খবনা মশাদা তৈবিগদবনি। নুপী অদুদগী মখোযনা চৎখ্রবা মতুং নুমিৎ ১৫নিগী মনুংদা তেলেগ্রাম অমা লাকখি, মদুদা ঐহাক পুমঙক ঙর্কখি। মথংগী নুমিত্তা অঙাং অনাবদু প্রশান্তি নিলযমদা পুবক্কনি হাযনা তেলেগ্রাম অদুদা হায়নর্কখি। হাযদিবা নুমিৎ

অদুদা বঙ্গলোরদগী কার অমা কম্পাউন্দ মনুংদা থুংলখি। মমাংদা লাক্লম্বা নহা মতৈ-মনাওদুগা অতোপ্পা নুপা অমগা কার অদুদগী কুমথরকখি। মখোয় য়াম্না খোঙথাং কন্না মন্দিরবোমদা চংশিনখি। ঐনা মখোয় অনিবু উবমক্তদা মশক খঙখি অমসুং অনাবা অঙাংদু হংখি। মখোয়না নোকখি অমসুং মঙোন্দা থিন্দুনা তাকখি। মখোয়গা লাকমিন্নখিবা অহুমশুবা নুপা অদু ওইরম্লে। মঙোন্দা অনাবগী মওং-মতৌ অমতা লৈরমদ্রে, চুম্নতগী শামতুগী কমফোরতর অমা মঙক্তা য়েৎলকপা অদু মঙাইবে।

নত্রগা, অতোপ্পা ব্রাবী অমা তাসি। মহাক বোম্বেদগীনি, মমিং পদুবিদ্রিস কৌই। "মে থাগী তাং ৪ নি, শোক ১৯৫৭নি। নুমিৎ অদুদা নুপীমচা অদু চহি অমা শুবে। মমান্নবী অঙাং ময়ামদ্ য়াম্না হবাও তয়াম্না চা-থক্কুনা নোক-খেদুনা লৈরি। তাঞ্জা অদুদা থৌবু ওইবিনী নুপীমচা অদু মাগী উনা শাবা শগোল অদুদা কন্না থেংজিনখি। মহাক য়াম্না কন্না অনাবা ফাওখি। মদুদগী ঙাকথোক্লবা করিগুম্বা খর দবকার লৈখি। মপোক কুমওনগী থৌরম অদু লোয়দ্রিঙৈদা একস-রেগী রিপোর্ত লাকখি। মদুদা মীনদি থাজবদা ব্রানা থোক্লগদবা, শরু-চাবগী অনাবা (Pott's Disease) অমনা ৫শুবা অমসুং ৬শুবা শরু হুমদাংগী মরক্তু চাথৎলে হায়না ইরকখি। মসিদগী হেন্না নুংঙাইতবা পাও অসিবু করি অমুক লৈরিগদগে!

শরুগী ইস্পেসিয়েলিস্ত অদুনা অঙাং অদু মশা লেঙ-খোত্তনবা, অমদি চাথৎখ্রিবা শরু অদু অমুকহন্না শৌজিন্ননবা প্লাস্তর তৌরগা থন্নবা হায়রমই লোয়ননা অতৈ হিদাক লাংথক কয়া অমসু পিজ-পিথকলকই। চহি অমবোমগী মতুংদা, জুন ১৯৫৮দা মহাক্কী প্লাস্তর অদু লৌথোকখি। অদুবু ডাক্তর অদুনা য়োৎকি জেককেৎ-অমা শিজিন্ননবা হায়খি। শোক ১৯৫৮ গী নভেম্বর তাং ৪দা অঙাং অদুগা লোয়ননা ঐখোয পুত্তপাতি য়ৌখি। বাবানা ঐখোযবু মিনিট ৪৫ রোম ইন্তরভিউ তৌখি। অঙাং অদু মনংগলদা পোপ-পোপ থারগা আশীর্ব্বাদ অমসুং উদি পিরকখি অমসুং লাওতক্লববা মবোক অদুদা হায়খি, "পুম্নমক ঐঙোন্দা শিন্নরো; ঐহাক মতম পুম্নমক্তা মহাকপু শেন্নগনি; নহাক মাগী মরমদা য়াম্না হেঞ্জিন্না ব্রামনখরে"। মহাক্লা অঙাং অদু জানুযারি থাদা মখোঙনা চৎপা হৌরগনি হায়খি। ... চপচানা চৎখি!"

"নহাক্কি কেনসরদু ককথৎলে" হায়দুনা কেনসরগী অনাবা কয়া ফহনখিবা য়াম্লা মরাঙ কায়না লৈখ্রে। দি: আর: ঘুলেগী মতাং অসি হিরম কয়ামরুমদা তোপ-তোপ্লনি। শোক ১৯৬৬কী জুনগী তাং ১৫দা রাও সাহেব ভি: আর: ঘুলেনা ইরকখি :, "শোক ১৯৬৬ কি মেগী তাং ১১দা চিঠী অমা ভগবান শ্রী সত্য সাই্ বাবাগী মফমদা ঐগী ইয়াম্বা দত্তত্রেয় রামাচন্দ্র ঘুলে, চহি ৭৬ শুরবা অসিগী মরমদা ইজখি। "হৌজিক্তি অনাবদু মাগী খৌনাওগী য়েৎথঙবা শরুক্তা মপুং ওইনা লৈরে, শঙ্গোম, চা কোফিনচিংবা থকপা ফাওবদা য়েত্তুম্না থিনবদৌনা যাম্না শাথিনা নারে। মহাক হৌজিক য়াম্লা শোল্লে। ব্রা ময়েক শেঙনা ঙাঙবা ঙমদ্রে। জুব্বুলপোরগী ডাক্তরনা কেনসরনি হায়বে, হৌজিক বোম্বেদা লৈবা টাটা হোস্পিতালদা একসরেগী লায়েং চর্থারি। মহাক নোংমা নোংমগী শুম শোঞ্জিল্লকলি। ঐখোয়না "সত্যম-সিবম সুন্দরম"গী কোপি অমা ফংখি অদুগা মদু পাববা মতুংদা নহাক্কি ফোটো অমা নুমিৎ খুদিংগী দর্শনগীদমক মফম চানা থমজবি। ঐনা হায়জবিবসি নঙোন্দা য়ৌগনি নত্রগা য়ৌরোই হায়র্বাস খঙজদ্রে, মরমদি ঐহাক নহাক্কি হৌজিক্কি ঠিকানা নত্রগা অচুম্বা ঠিকানা খঙজদে। ঐহাক্না খুং লোম্নজরগা নঙোন্দা ঐগী ইয়াম্বগী শাথিবা অনাবসি অমুক্তং কনবিনবা হায়জরি"।

তাং ১৩গী অযুক্তা ইয়াম্বগী অনাবসি ফিভম য়াম্লা শোকর্চিনখি অদুনা ডাক্তবনা খুদক্তা ওপবেসন তৌনবা মহাকপু কৌরকখি। ঐনা বাবাদা ইজবা চিঠী অদুগী কোপি অমা ফোটোদা বাবাগী মখোঙদা থমজখি অমসুং মাগী থৌজাল নিজখি। মতমদু পুং ১২.৩০ রোম তাবে। নুংথিল পুং ১ তাবদা ইয়াম্বনা ঈশিং থক্কে হায়রমই. মদু মহাক্লা করি অমতা অব্রা-অনা য়াওদনা থকখি! অদুগী মতুংদগী মহাক্লা শঙ্গোম থকখি, মদু মতম কুইনদগী থকপা ঙম্লকখিদ্রবনি। ঐখোয়না মাবু হোস্পিতালদা পুখি, মতম অদুদদি মাগী ফিভমসি থোইনা কায়রমদ্রে, অদুনা ওপরেসনগী দরকার লৈখিদ্রে। মহাক হৌজিক য়াম্লা হেন্না ফগৎলে"।

খুত্তা শিনবা খুজিগুম্বা, ষন্ত্রগুম্বা, বিভুতি পেকেত নত্রগা অতৈ পোৎ-অমা বাবানা পিবিরিবসি ফংলিবা মখোয়দা বাবাগী থৌজাল থাজবা খর পিববনি. বাবাগী মখুত্তগী কবিগুম্বা খর ফংলবনি। হায়রিবা পোৎশিং অসি অহেনবনি, থোইনা দরকার ওইদ্রবা ঙাক্তনি, মাগী অনিংবনা পুমথোই থোইবা শক্তিনি হায়বা খঙলবা মতমদদি। বাবাগী অনিংবা শক্তি অসিদি সমুদ্র কয়া, কংফাল কয়া, লোন,

চহি পুম্নমক লাম্হোল্লগা চৎপা ঙমই, য়ৌবা ঙমই অদুগা মদু থম্মোয় শোক্লা নিজববদি, হায়জববদি ফংবা ঙমই। মদুনা অনাবা ফহনবা ঙমই, কমদৌবনো হায়বদুদি বাবাতনা খঙই। মহাক্না লাক্লিবসি মোবালিতি-শাজৎ-নিতি হিংগৎহন্নবা, অদুগা ঈশ্বরদা থাজহন্নবা লোযননা অৱা-অনাদগী মীওইববু কনবিনবনি। অসিগুম্বা ফহনবগী মওংশিং অসি মীযাম মবক্তা ঈশ্বরদু লাক্লে হায়বা শক্তাক চে-শিংনি। "নঙগী ফমুংদো লৌখৎলো অদুগা চৎলো" হাযবা ৱাহৈ অসি প্রশান্তি নিলযমদা মীওই কযামকম্মদা নুমিৎ খুদিংগী থৌজালগী খুদোল পিবা মতমদা হাযবদি ইন্তরভিউ মতমদা হাযখিবনি, অদদগী মানা পাওতাক পিখি, "কিনা চৎলু আশা লৈনা চৎলু, অচুম্বদা চৎলু"। চাহ ২০ শুদ্রিবা নুপীমচা অমা মবুংনা পুবক্লমই। মহাক মাইশোবগী ভদ্রবতিদগীনি। মহাক চহি ৫ মখোঙ লৈবাক্তা তাবক্লি। বাবানা মবুং অদু কৌবগা নুপীমচা অদু পুবক্লবা হাযখি। মহাক্লা মচনদু বাবাগী মনাক্তা পুবকখিবমই। মিনিট খবগী মনুংদা বাবাগী থোঙ অদু হাংদোবকখি অদুগা নিলযমগী মপান্দা ফল্লিবা মী ৫০০ দুগী মমাংদা নুপীমচাদু চৎখি, মবুং অমসুং মমানা মতেং পাংখি। বাবানা মখোযদা বির্লাদিং অদু অহল্লক কোযনা চৎনবা হাযখি। মথংগী নুমিত্তাদি নুপামচাদু মথম্তা চৎখি। অদুদগীদি বাবানা মহাক মযুমদা হনখিনবা হাযখি অমসুং নুংঙাইবো হাযবিখি। লাযেং মখল খুদিংমক অসি ঐখোযদা মিৎ পাঙথোকহন্নবনি, অনৌবা মিৎযেং অর্মাগ খুদোলনি; ঈশ্বরনি হাযবগী শক্তমনি, মহাক্লা মাওইবগী হকচাংবু অনাব। ফহল্লি মবমদি মদুনা হকচাং অসিনা পুক্লিংবু জয তৌবদা মতিকচাবা খুৎলায অমা ওইনবা অমসুং ইন্দ্রিশিং, বাখলশিং, অনিংবা অপাম্বশিং অমসুং লৌশিংনচিংবনা লৈবিবা জগা অদুদা মকম থুপ্না ইংনা লৈবিবা নুংঙাইবা অদু মশক খঙনবগীদমক মতিক চাবা খুৎলায অমা ওইনবা ফহল্লিবনি।

# ১৩. অচুম্বগী মমায়শিং ঃ

## (FACETS OF TRUTH)

বাবাগী পাযখৎলিবা থৌবম পুম্নমক অসিগী মকওইবা পান্দমদি ধর্ম যোকখৎপা, হিংগৎহনবা হাযবসিনি, মসিনা হাযবিবদি লেঙদনা লৈবক্লিবা, লৈবগদবা পৃথিবী পুম্নমক্তা চৎনবা যাবিবা সনাতন ধর্মবুনি। বাবানা লাক্লিবসি পুম্নমক অমতা ওইনা শৌজিন্নবা, পুনশিন্নবা লাকপনি। খাযদোক্লবা, তোঙান্না তাহন্নবা নত্রগা চমম্নগন্নবা লাকপ। নত্তে! সনাতন ধর্ম হাযবদি পৃথিবী পুম্নম ক্লিনি; অদুননি বাবাসিবু মাগী ভক্ত পুম্নমক্না "ধর্ম পুম্নমকপু চপ মান্নবা যাবিবিবা ইবুংঙো নহাকপু খুকমজবি" হাযদুনা পুজা তৌনবিবসি। শোক ১৯৬৭ কি শিববাত্রিগা সনাতন শাথিগী অখন্নবা চেফোংগী মখুমগী নমুনা কমদৌগদগে হংবা চৎলুবা মতমদা বাবানা মাগী কলমদু লৌখৎলগা চে-মচেৎ অমদা লৈই অকোযবা মঙাখক যেকখি, মবক্তা লৈকাশিং যাওই, মযাযদা লৈই অকোযবা অমসু যাওই, মদুদা বাবাগী পিকচব অমা থ্রনা হাপচিল্লি। অকোযবা লৈইশিং অদুদা মশানা মীওবনা চৎনবিবা অচৌবা ধর্ম মঙাগী খুদমশিং যেকখি : হিন্দু ধর্মগী ওইনা প্রানভা নত্রগা ওঁম; বুধ-ধর্মগী ওইনা চক্র; জোবোস্ট্রিযানশিংগী ওইনা শেংলবা মৈবা; ইস্লাম ধর্মগী ওইনা থব্রান্মিচাক; খৃষ্টিযানশিংগী ওইনা ক্রোস অমা। মহাক্লা হাযখি, "থাজবিবা পুম্নমকসি চপমান্নবা অচুম্বা হাযবদি অমতা ওইবা ঈশ্বব অদুগী তোঙানবা মওং-মতৌ, শক্লোন ঙাক্তনি", মসিবু নুংশিবা, অশেংবা দান তৌবা, কখোকপা নত্রগা চংজবা হাযনা কৌনবসু যাই। ঈশ্বববু য়াদবা কাংবু অদুসু নত্রগা লমচৎ

নিতি ঙাক্তবা কাংবু অদুসু কনাগুম্বা অমা নত্রগা পোৎ অমবুদি নুংশিরি; মখোয়বু থাজখিনবা অচুম্বা অমদি ঙাঙলি, সমাজগী চৎনরোলনা য়ানবগীদমক মখোয় অশেংবদি ওইবা তাই। মখোয়সু শান্তি অমসুং নুংঙাইবা থিরি। মদুগী অচুম্বা, নুংশিবা, শান্তি, নুংঙাইবা অদু ঈশ্বরনি", বাবানা হায়রি। মহাক্কি থৌজাল অসিদি অসুক্কি মতিক পাক-চাউখ্রে, সিমানা লৈখিদ্রে মদুদি জগৎ পুম্নমক অসি মাগী লৈফম্নি হায়রি, লৈবাক পুম্নমক অসিনা মদুগী মনুংদা লৈবা হোল অমমম্নি।

শিবরাত্রি নুমিত্তা মঙোন্দগী 'লিঙ্গ' থোরকপগী মরমসু লৈরি। মরমদি, লিঙ্গ হায়বসি জগৎ পুম্নমক্কি ওইবা ঈশ্বরগী মহুৎশিনবা খুদম অমনি, খ্বাইদগী চম্বা, লৌশিংনা লাকশিনবদা খ্বাইদগী লাইববা, ব্রানা থোক্ত্রবা পোৎশক্কি। মওং লৈতবা ঈশ্বর অদুদগী থোরকপা মওং অদুনি। লিঙ্গ অসি মথন্নতা মঙোন্দা শেমজবনি; লিঙ্গ মনুংশিদা মশানা মশাবু শেমজবনি।

মাইশোরগী শ্রবনবেলাগোলাদা লৈবা ইন্দ্রগিরি চিংথক্তা লৈবা গোমাতেশ্বরগী চাউরবা মুর্ত্তি অদুগী মতুংদা লৈবা পুক্তপার্তি মচা অমাগুম্নবা কোতনাঘক্তাদা থোকখিবা মিরাকলদুনি। খুঙ্গং অসিগী অঙাং অনিখক্না বাবাগী মমিং তাখি, মীঙোন্দগী শেল পুরগা শাংলবা লম্বী অসিদা লাকখি। বাবানা মখোয়দা য়াম্না নুংশিনা ঙাঙবিখি অমসুং মখোয়বু নুংঙাইহন্নিংখি। অদুবু, বাবানা মখোয়দা হায়বিখি, "ঐহাক মতম পুম্নমক্তা নখোয়গী খুঙ্গংদা লৈ; নখোয়না মফম অদুমক্তদা দর্শন তৌবা য়াগনি; নখোয়না কবিগী অসুক ব্রানা মফম অসিদা লাক্কদৌরিবনো?" অঙাংশিংদু নিলয়মদা শকখিবা ভক্তিগী ঈশৈ ময়ামদুনা মশা অদু থুক্কাৎলদুনা কায়নবগী অৱাবা থম্মোয়গা লোয়ননা মরমদা হনখি। মখোয়না খুল্লক্কি লৌমী খর খোমজিল্লগা নিলয়মদা শকখিবা ঈশৈশিং অদুমক খুঙ্গংগী মন্দির অদুদা শকখি।

লাইশঙ অদুদা নুঙ অঙৌবগী লিঙ্গ অমা লৈ, মদু মফম অদুগী খুঞ্জা অমনা চহি ১০০গী মমাংদা কাসিদগী পুরকখিবনি। মহাক্না অসিগুম্বা অনি অমসু নরমদা তুরেলদগী পুরকখি অদুগা মদুগীদমক লাইশঙ অনি শাখি, অমনা মশাগী খুঙ্গংদনি, অমনা মনাক্তা লৈবা কন্তরজপুরদনি। মহাক্না লাইশঙশিং অসিগী তক্তনা আই লাক্লবা লম থম্লমই, পোথাশঙশিং শারমই অমসুং য়াত্রিশিংগীদমক্তা ঈশিং কোমশিং তৌরমই অদুগা পুরোহিৎশিং অদুগী চহিগী ওইনা অকক্লবা শেল পিরমই।

কোতনাঘত্তদা লৈরিবা লিঙ্গ অদু ফম্বাক মথক্তা ফুট অমা ৱাংই। চহি ১০০গী মমাংদা হাংদোকখিবদগী হৌনা নুমিৎ খুদিংগী শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না পুজা কৎচৈ। অঙাংশিং অদুনা ঈশৈ শকপা মতমদা,মতায়দা ফল্লিবা অহলশিং অদুনা সাই বাবা হায়বসি কনানো হায়না ঙক্লমই। অঙাংশিং অদুনা সিবদি সাই বাবাগী অমসুং পুত্তপার্তি সাই বাবাগী মরমদা হাযরমই লোয়ননা কনাগুম্বা অমনা নিলযমদগী মরাং কায়রবা শান্তি ফংবা ঙমই হায়বগী মরমদসু অহলশিংদুদা হায়বমই। যাম্না থুনমক পুবোহিৎ অদুনা মুর্ত্তি অদুগী মনুংদা কবিগুম্বা খর উরকখি; অনৌবা লৈই খব, মচু খব, করিগুম্বা খুদম অমা নোংম-নোংমগী মযেক শেংলকপা, অদুগা অঙাংশিং অদুনা মদুনা কবি ওইরক্কদৌরিবনো হায়বসিদা ঙক্লরমই। চয়োল অমগী মনুংদা মার্বল লিঙ্গ অদুগী মনুংদা পিকচর অনিখক ময়েক শেংনা উবকখি, ঐখোযসু হৌজিক উবা ঙম্লে, সত্য সাই বাবাগী পিকচর তঙখায অমা, মঙক্তা লৈ পবেং অমা শিবগা মমায ঐখোযদা ওনশিনবা, অদুগা সিরদি সাই বাবাগী পিকচব অমা (মকোক্তা ফি যেৎলগা মকোয় অমুবা হৌবা, নাকল ওইনা উবা; দ্বার্কামাযিদা ফম্বা)। অসুম্না অহোংবা লাকখিবসি চহি অমরোমগী মমাংদনি। ঐখোযনা মখোয় অনিবু অদুগুম্বা মার্বলগী যুম অদুদা উবা ঙমই।

"নুঙ অসিগী মনুংদা নখোযনা ঐবু উবা ঙমগনি" হাযবা আশীর্ব্বাদ অসিগা লোযননা বাবানা মণি-মুক্তা য়াওবা খুদোপ কয়া পিবিম্লে, অদুগা অদুগুম্বা খুদোলশিং অদুদা কনাগুম্বা অমনা দর্শন তৌজবা যাই। অদুবু মসিগী শাযোন অসিদি মীযামগী ওইবা লাইশঙ অমদনি, পুম্নমক্না উবা ঙম্বা, খঙবা ঙম্বা, দবকার লৈবা, অনিবক শাযোনলুববা ঈশ্বব অদু মতম পুম্নমক্কি ওইনা লেঙদনা অদুম উবা ফংলগনি। বাবা মশামক্না কোতনাঘত্তাদা চত্তুনা দর্শন তৌকনবা মীযামদা হায়খ্রবনি। মফম অদুদসু অদুৱাইগী মীওইশিং অদুনা মপোক কুমওন পালন য়াম্না চিংলেম্না পাঙথোক্লিবনি। অদুগুম্বা সাই লিঙ্গগী লাইশঙ মমাঙদা লেপ্পা হায়বসিমক সাই নিতিদা চপ চানা থাজরে হাযবনি, মদু পুক্লিং লেপত্রিবা অমসুং থওইনা মমিৎ উদ্রিবশিংগীদমক ভক্তিগী লাইমিং লৌবনি। বাবাদি মীওইবনা লাৎনরিবা লিঙ্গ খুদিংমক্তা, মুর্ত্তি খুদিংমক্তা যাওবি; মীওইবনা পুজা তৌরিবা লিঙ্গ পুম্নমক, মুর্ত্তি পুম্নমক মঙোন্দা য়াওরি; মদুনি কোতনাঘত্তাগী লাইশঙ মতোন্দা তোংলগা খোঙলিবা উচেকশিং অদুনা লাক্লিবা যাত্রিক পুম্নমক্তা পিরিবা পাওজেলসি।

শোক ১৯৬৭কি শিবরাত্রিদু মার্চকি তাং ৯দা ওইখি। নুমিৎ অদুগী অয়ুক্কি মীয়াম অদুদা বাবানা হায়খি, "গঙ্গা হায়বসি শেংলবা তুরেল অমনি, মাগী ঈচেলগী মনুংদা ইঙ্খি খুদিংমক অশেংবনি, গাঙ্গোত্রিদগী সমুদ্র ফাওবদা; অদুগা, মাগী তোর্ব্বান পরিংদা লৈবা হরদ্বার, প্রয়াগ, ভরানসি, অমসুং দাক্ষিনেশ্বর গুম্বা মফম খরসিনা অখন্ননা শেংলবা মফম্নি হায়না লৌনৈ, মদু ইতিহাসকী ওইবা থৌদোকশিংগা মরী লৈনবগী নত্রগা নিংথিরবা লায়শঙ কয়া মরাংকায়না লৈবদগীনি। মতৌ অসুম্না প্রশান্তি নিলয়মদসু নুমিৎ খুদিংমক অশেংবা নুমিৎ ওইরি, মদু হৌজিক হৌজিক হিংলিবা শিবগী পুকনুংদগী লিঙ্গ থোরকপগা মরী লৈনবননি।" মদুগী অহিং অদুদা লিঙ্গ থোরক্কদোরে হায়বগী অহানবা শাক্কিনা হায়বদি লোকখুবা হেক হৌরকপদা মীওই লিশিং ৩০,০০০গী মিহুল অদু দং-দং য়াংশিল্লকখি; মখোয়না শিবদা য়াম্না কন্না খুরুমজরকখি, মখোয়না বাবাবু শান্তি ভেদিকাগী মথক্তা উবা মতমদা। ইঙ্খি মরি শাংবা, হকচিনবা মঙ্গ্রামচুগী য়েরুম মওং মানবা বিশ্বলিঙ্গ, মদুগী মনুংদা গ্রহ ময়াম অমা কোয়না লংত্রিক লংনা চৎপগী মতৌগুম্বা, মিনিট খরগী মতুংদা, পিক্তক তৌবা জ্যোতিরলিঙ্গ অমগা অনি অসি বাবাগী মচিন্দগী থোরকখি। শিবরাত্রিগী থৌরম অদু তাং ১২ ফাওবা চত্থখি অদুগা তাং ১৩,১৪,১৫ অদুনা ষাত্রিকশিংগী মরক্তা য়াওরকপা অনাবা, ফিভমচাদবা অমসুং অহলশিং অদুগী সেবাদা, লায়েংবদা মথৌ চিনখি। "থা খুদিংমক্তা, অফবতা উনবা, তানবা অমসুং ঙাঙনবা হোৎনৌ", বাবানা তাকপিখিবনি। সাধনা খরদি নশানা শিজিন্নবা ঙম্নবা হোৎনৌ-ধ্যান তৌবা, মিংখৈরোল শোনবা, ঈশৈ শকপা, ঈশ্বরগী মমিং শক-শোনবা। খোঙকাপ অমতংদি মাঙলোমদা থাংজিল্লু, ঐনা খোঙকাপ তরা নখোয়রোমদা থাংজিল্লক্কনি। অনুতাপকি পি মরিক অমতং শিন্থৌ, ঐনা নমিত্তগী পি মরিক চা কয়া তৈথোকপিগনি"।

বোম্বেগী সত্য সাই সেবা সমিতি অমসুং মহারাস্ত্রগী প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভানা বোম্বেদা মতম খরদং লৈবিনবা হায়জরমই অমসুং বাবানা য়াম্না নুংশিবিবগা লোয়ননা য়ারমই। মহাক্না কার তোংদুনা মার্চকি তাং ১৬তা বোম্বেদা য়ৌরমই। প্রশান্তি নিলয়মগী বেদসাস্ত্র পাতসালাগী ছাত্র ৬০ রোমসু বস মচা অমদা চৎখিরমই। অঙাংশিং অদুনা লম্বীদা চান-থক্লবগী হেক লেপ্পা খুদিংমক্তা য়াওননবা বস অদুনা চৎখিবা লম্বী অদুদা বাবাসু চৎলমই। মহাক্না অঙাংশিং অদুগী মমাগুম য়াম্না নুংশিনা

য়েংশিনবিবমই অদুগা মখোযনা লস্মীদা থেংনবরুপা অনৌবা অঙকপশিংগী মতাংদসু য়েংশিনবিখি। মখোযনা হুমপিদা যাম্না ফাওববা বিজযানগব লৈবাক্কি মন্থবক্লবা মফমশিং উখি, বাবানা অঙাং ওইবিবৈদা উৎখিবা মিবাকলগী দৃশ্যশিং, বিরুপক্ষগী মন্দিব, চাউববা গনেষ অমসুং নবশিমহাগী মুর্ত্তিশিং পুম্নমক বাবাগী লমজিং মখাদনি। অঙাংশিং অদুনা বোম্বেদা ঈশৈগী লীলা অনি শান্নখি, মদু বাবানা মখোযগীদমক্তা অখন্ননা ইবিখির্বনি, মী হাযর্বসি তশেংনমক ঈশ্বর্বনি হাযবা মীওইবদা পাঙ্গল থৌনা হাপকৎপা পা ওজেল কযানা মপুং ফানা যাওববা লীলানি।

বাধাভক্তি হাযবা লীলা অদু যেংবদা যাম্না পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওহবা লীলা অমনি, মদুদা মীযাম্না যাম্না পান্নববা ঈশৈ অমসুং খুঙ্গংগী জগোই যাম্না যাওই, মদুনা বৃন্দাবনগী যনশেন্নহা পন্নমক্কি চমলবা, শেংলবা কৃষ্ণগী মফমদা লৈবা ভক্তি অদুবু বাহৈনা ফোংদোকই, কৃষ্ণনা মখোয পুম্নমক্কি থম্মোয অদু মশা মশাগী শরুক ফাওবা খাক্লমদনা ,লাযনা শুম্মতুনা পুখ্রর্বনি। অনেম্না থাক্কি মীওইনা বাধিকাদা পির্শিল্লবা মথাল পুম্নমক অদুদগী ইজ্জৎ কনবিবা লীলানি। লীলা অদু গোবর্ধন চীংবু কৃষ্ণনা খাঙ্গৎখিবগী চহিগী থৌবমদা যুমফম ওইবগা বন্দাবন্দা শান্নখিবা কুম্মোন। যনশেন্নহাশিং অদুনা কৃষ্ণবু উজনিংদুনা অমসুং খুবমজনিংদুনা তৌজবা খার্ত্তন অদু মহাক্না যার্বিখি। মহাবপু যোকচনা যোকর্চাব নন্দ যশোদা অনিসু কুম্মে অদুদা মচাবু উজবগান খনবদা যাম্না নুংঙাইজখি। যনশেন্নহাশিং অদুনা কৃষ্ণবু ওক্লবা থৌবাং তৌবমই, কৃষ্ণনা মাগী লোযনবী, লেমজবর্বা ব কর্মিনি পুবকখি, অতোপ্পা বান সত্যভেমাবুদি পুবকখিদে। মহাক্না বাপানা মাগী মবুংঙো কৃষ্ণবু যাম্না পার্মশিনবদুদা কল্লক্লমই। বৃন্দাবন্দা বাধাসি নমদুনা যুমদগী মপান থোকহনলমদে, মবমদি মহাক্তি ও রুর্বীন, ইকায-ইকি খঙদনা মাগা থম্মোযগী লন ওইবিবা মবুংঙো কৃষ্ণবু কোযথি থিবিনি। অদুবু, কৃষ্ণনা মাগী থোঙাজেন্দা হেক লেপই, অদুগা বাধাবু কৃষ্ণগী মমাংদা হেক পুবকপগা ঈশ্ববগী ওইবা নুংশিবা হাযবসি কবিনো হাযবদু শন্দোক্না তাকই, মদুগী মতাংদা খ্বাইদগী শেংলবা খুদর্মাদ বাধাগী প্রেম অসিনি।

বাবানা ধর্ম যোকখৎপগী থবক অসি তোঙান-তোঙানবা মাযগৈ কযাদা পাঙথোকই : হকথেংননা তম্বিবা, ইবা, পাওজেন পিবা, নোম্লক্না হাযজবা, শন্দোক্না তাকপা, ধর্মগা মবী লৈনবশিং কনখৎহনবা, লাইশঙ শাবা, যোকখৎপা,

অশেংবা মফমশিং য়োকখৎপা, পন্দিতশিং য়োকখৎপা...। থাইনগী অরিবা লাইরিকশিংবু মতমগী ঈচেলনা মোৎশিনহনবা অমসুং কনাগুম্বা অইবশিংনা লান্না ইশিনখিবদুগী মোৎখিবা অদু শেংদোকপনি। রাধা ভক্তি হায়বা লীলা অসিমক অসিগুম্বা লান্না ইশিনখিবা, হায়জিনখিবশিংদু লৌথোক্লবগী খুদম অমনি। সনাতন শার্থিদা ইখিবা ভগবতবাহিনি অসি অদুগুম্বা হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা মোৎহন্দ্রিঙৈগী মতমদা লৈরম্বা শেংলবা, অমাংবা পুম্নমক তাম্থোকখিনবা ইখিবা, মহৌশাগী অশেংবদুনি।

সককুবাইগী মবমদা ইবা বোম্বেদা অঙাংশিংনা শান্নখিবা অদুসু অঙকপা ফংনা নুংঙাইখ্রবা লীলানি, মরমদি মদুদা বাবানা জগোই অমসুং ঈশৈগী মতেংনা *"অৱাবা হায়বসি খ্বাইদগী পুকচেল চাউরবা গুরুনি"* হায়না বাবানা উৎপিখ্রে। পান্দুবঙ্গ অমসুং রুকমায়িগী মুর্ত্তি অনিদুনা অহিংবা ওইনা লাক্লগা সককুগী ফিভম অমসুং মাগী অৱাবদগী ওইবক্লিবা ফলশিং অদুগী মরমদা ৱারী শানরকপগী দৃশ্য অদুনা ঈশ্বরগী থৌজালগী মবমদা য়াম্না ফজরবা পাওতাক অমা পিবি। অঙাংশিং অদুনা ফজনা লীলা শান্নখিবদুদা মহাবাস্ত্রগী গোর্ভনরনা অঙাংশিং অদুবু থাগৎপিবগা লোয়ননা হায়খি, "নখোয় পুম্নমক্লা লমদম অসিগী চাউরবা কলচর অসিগী পাখোল্লোয় ওইরে"।

বাবানা মী য়াম্না তিনবা মফম King's Circle অমসুং Vallabhai Patel স্তেদিয়মদা ৱা ঙাঙখি, অমসুং তাবিবা মী পুম্নমক্কি থম্মোয়দা জ্ঞানগী থাংমৈ থানখি। "মৈগা - ঈশিংগা পুনশিল্লগা মনিল থোকই, মদুনা লুম্লবা দবা কয়া চিংবা, থাংবা ঙমই। মতৌ অদুম্না, কর্ম অমসুং উপাসনানা জ্ঞান পুথোকই, মদুনা নঙবু চিংবা ঙমই; হৌখ্রবা মপোক কয়াগী ৱাখলগী, থবক্কি, ৱাহৈগী ফল পুম্নমক অদুগী লুমলবা পোৎলুম অদুগা লোয়ননা নশাদা য়াওরিবা ঈশ্বর অদুগী মনাক্তা চিংদুনা পুবা ঙমই।"

মার্চকি তাং ২১ দদি স্তেদিয়ম অদু ছাত্রনা মপুং ওইরমই অদুনা বাবানা মখোয়দা অফবা পাওতাক পিখিরমই। "মবুক ফনা লামদুনসু কৈনা নাপি চাও হায়বা য়াদবগুম, মীওইবনা অনেম্বা থাক্তা হন্থহন্দুনা মীৱা ঙাঙবা মীবু ৱাহল্লগা নুংঙাইনবা হোৎনবা অমসুং য়াম্না লিকপগী থবক তৌরোইদবনি। লৈবাক অসিবু

ঙসি যাম্না শোকহল্লিবা মিহৌবা অমসুং মশাগী কান্নবতা খল্লিবসি মীওইবা জাতি পুম্নমক্কি অৱাবনি, মবমদি, ভাবত অসি মশা মশক খঙনবগী হিবমদা মীওইবা জাতি পুম্নমকপু লমজিংবা অমসুং লুচিংবগী দাযিত্ব অদু লৈ। ভাবত্ত নহাবোলশিং অসি খৎন চৈনবা অমসুং অপাম নুংশিনা থল্লবা মৈশা কল্লবা যুমশিংদা হৌগৎলক্কি; থাইনগী যাম্না ইংলবা, নোল্লুকপা অমসুং ভক্তি ব্যবহাবগী যুমশি অদুদা চাউবক্রে। অহলশিংনা মপা - মচা খঙনদনা থৎনবে, ল্মন খুম্নবগী মওংদা কেশ তৌনবে, নত্তবা পাম্বৈনা শেল তান্নবে, কান্নদবা অবেম্বদা হিদাম্নবে, যুমদা, খুঙ্গংদা, ক্লবতা, মীযামগী ওফিসতা, আইন সভাদা, পুক্নিগী হিবম খ্দিংমক্তা হন্থবকপা শাজৎ-নিতি অদুনা নহাবোলগী থাক অদুবু মযেক শেংনা উৎলে। ভাবতকি কলচব তশেংনমক মসিগী পান্দমদি, অন্তব জাতিগী ওইৎনানি, মাস ভাবতকি স্কুল অমসুং কলেজ পুম্নমক্তা তাম্বিদ্না, খ্রাক্লা চৎহনগদবনি মদনা ভাবত অমসুং পৃথিবীবু নুংঙাইহন্নবা অমসুং পেলহন্নবনি," বাবানা হায়খি।

বাবানা নহাবোলদা অথন্নবা হৈনিংবা লৌই, মবমদি ... খাংপা, কাযহন্দনা থম্বা হাযবসি মখোযগী মখুত্তা লৈ। অঙাংশিং অসিবু ... ন্দা ... থম্বিবগা সমাজদা কান্নবনা খুৎলাযশিং ওইহন্নবা অমদি সাধনা তৌবা অ...শি ওইহন্নবা শেম্মীবি। অঙাংশিং অসিদা যৌজাল পি বিবি অদুগা মখোযগা ...ন, নিংজবা অদু বাবানা ফংলি। অদুদগী মানা মখোযদা মাগী সিমা... ...শা। প্রেমগা লোযননা হাযবি, "নখোয পুম্নমক ঐগী হকচাং কাবাং ... , ... চাউনবা যোল্লিবনি। নখোযনা সাইগী হকচাং অসি ওইবিবনি, শা...নি। ... হেক লৈবা মফম পুম্নমক্তা সাইনা নখোযগী নচিঙ্গাক থাবক্কনি, ... ... , থবক অমা তৌবা মতমদা, সাইনা পামজবা থবকশিং অদুবু নখোযনা ... ধর্ম লৈবা, থাজবা, থকসি খাসি ঙাকপা, নোল্লুকপা, ভক্তি ...নৈবা"। অসুম্না কৌবক্লবা মতমদা থাঙবা হাযবসি অৱাবগী মশাক্ক।

থাইনগী অবিনা লাইবিক্লশিং তম্নবা, নৈননবা হুদি সার্কলশিং স্কুলদা হামদি কলেজশিংদা লিঙখৎনবা থৌবাং তৌবমই, মসি হৌজিক্কি মতমসিদা ...লবিনা হৈনিংবা অমদি অপনবা খুবৌথাংবা কযা লৈবিবা অসিগী মিংথোন্দগানি, মতান্না নহাবোল কাংবু কাংবু খাযদুনা ঈশ্বরগী মিংখৈবোল শোন্নবা অমদি ধ্যান তৌনবগী ট্রেনিং পিবা, অমসুং অৱা-অনা তাববশিংবু মতৌ কবম্না সেবা তৌগদগে, পিজ

পিথক্কদগে হায়বদু তশ্বিনবা পাওতাক পিবমই। "মসিগী সত্য সাই সেবা দল অসিগী মেম্বর পুম্নমক ঈশ্বরবু নুংশিবগী প্রেমদা থুমহৎলবা অমদি মীওইবগী সেবাদা পুক্নিং চপচানা লুপলবা ঙাক্তা ওইগদবনি, মদু পুন্সি হাযবা খোঙচৎ অদুগী অবোইবা পন্থুং অমসুং 'হৌযম' হায়বদুনি। দালগী কাংবু অসি সেবা তৌনিংবগী বাখল অমসুং সেবা তৌবা ঙম্বগী শক্তি, যাম্না শিংনা, থবাই যাওনা লৈগদবনি", মহাক্না পাওতাক পিখি। সনাতন ধর্মগী যাম্না পাকচাউববা যুমফমদা ভক্তশিংনা স্কুলদা ধর্মগী অমদি সাজৎ নিতিগী মবমদা পাওতাক পিনবা থৌবাং তৌবা যাই হায়খি। মহাক্না হোস্তেল শাবগা মদদা যোগ অমসুং সাধনাগী নিযমশিং ফংহন্নবা হোৎননবা হায়খি, মদু মখোয়গী ...ন্না ইংনা চিক্না তমজবিবা মহৈ অদুগী মবত্তনি।

King's Circle, স্ৌদিযম অমসুং অনধেবিদা বাবানা লৈবিবা মফম অদুদা বাবানা লেপ্লা লৈতনা মাগী থৌজাল পিনবগী থবকশিংদু চথবমই, অনাবশিংদা অহলশিংদা, মকোক ফিভম চুমদ্রবশিংদা, অতোনবা জাতিশিংদা অমসুং ঙসিগী চাউখৎলবা যুগ অসিগী শোক-মোগ তৌবশিংদা। মাগী সিলভবগী চৌকি অমসুং লৈতেংলবা যমফম অদুদগী কুমথবমই অদুগা নুপা, নুপী পবেং ফন্নিবদুগী মবক্তা চৎলমই, মাগী মতেং দবকাব ওইবিবশিং থিবদুনা অমদি মীযাম্না পিবকপা সনমান অদু মখুৎনা ওক্লদুনা চৎলমই। মঙোন্দা লমজিংবিনবা অমদি আশীর্ব্বাদ পিবিনবা চঙলকপা কযাগী লন্নাযগী ওইবা ব্রাফমশিং কোকহনবিনবগী মতম ফংলমই। ভক্তশিংগী মযুমদা লার্কপিনবা হাযজবদা মানা যাম্না থৌজালগা লোযনন্না যাবিখি অমসুং মখোযগী মযুম শেংদোকর্পিখি; যুমশিং অদু অযাম্বনা দলাল মথক্তা ওইবমই, ইলেক্ট্রিক্না কানবসু যাওবমদে অদুবু মানা নোংমদা থাক কযা কাখৎ-কুমথ তৌখি, মদু মাগী ঙমখৈ লৈত্রবা নুংশিবা প্রেম্না পিবকপা পাঙ্গল থৌনা, হৈনিংবননি। ইমুং অদু চৎলবা মতুংদা, বাবানা ফাগি তৌবমই, নোক্লমই, মখোযনা হোৎনজবিবদুদা যাবিবমই, চের্কশিন ব্রা হাযবমই, লুনা তৌবিবমই, অমসুং ইমুং অদুগী মীপুম খুদিংদা, খুদোল পিবমই, মবমদি মহাক্তি ইমুং অদুগী মবপনি, মপানি, ওজানি, মমানি, অমসুং মহাকপু থিজবিবা ইমুং অদুগীদি ঈশ্বরনি।

মার্চকি তাং ২৭তা বাবানা সৌবাস্ত্রদা লৈবা জাম্নগরবগীদমক প্লেন্না চৎখি। মসি বোম্বে অমসুং জাম্নগরবগী প্লেন তাফমদা লৈবিবা কাংবুশিংগীদমক্তদি যাম্না হবাওনিংঙাই ওইবা তাঞ্জানি, মবমদি মখোযনা মীওই লাক্ষ কযানা মিতানবিবা

খোঙ শোকচনবগী তাঞ্জা অদু ফংজগদৌবির্বনি। পাযবিঙে মনুংদা বাবাগা লোয়নবিবশিংদুগী পুক্লিংদু সমুদ্র অমসুং কংফাল মথক্তা জগৎকি মবুংঙোনা মানা পামজবা মওংদা শেংন্নবা পুক্লিং শুদ্ধৎনিংঙাই ওইববা দৃশ্যশিং অদুদা চিংশিনখি। সৌবাস্ত্রদি স্তদি সার্কল অমসুং ভজন মণ্দলিনা মবাং কাযনা লৈবা মফম্নি: হার্যাববা লম অদুদদি বাবানা সিবদিদা লৈবিঙেদগী হৌনা মাগী থৌজাল হৈথাবখ্রবা মফম্নি. হৌজিক্তি মহাক অমুক হন্না লাক্লে, সহবদা অমসুং খুঙ্গংদা লৌনবা মী পুন্নমক মঙোন্দা অসুক্কি মতিক নক্না চংশিল্লি, মদু মখোয়গী মনাক্তা তশেং তশেংনা লৌনবা অমসুং মাগা মবাং কাযববা থৌজাল পিন্নবিবদুনা সৌবাস্ত্রদগী সাই বাস্ত্রদা থনমক ওয়েঙ্খোবকখিবদুনানি। জামনগবদা এনা মী এমদা কবিগীদমক অসুক যামঙ্নবা নৃপ নুপীশিং অসিনা মিটিং তৌফমদা পেববিবনো হাযনা হংবা মতমদা মহাক্না খমখি, "খুঙ্গং খুদিংমক্তা, লৈফম পুম্নমক্তা, বাবানা মহাক লেবে হাযনবাস লাউথোকপিখবে, থৌজাল পিবিখবে, মদু যেৎননিংঙাই লৈত্রবা খুদম্নানি, মহাকপ পুজা তৌজবিবা লাইশঙ খুদিংমক্তা বিভূতি হৈথবিবা অসিনি"।

বাবানা অমর ভিলাস পেলেস গেষ্ট হাউসতা লৌখি অমসুং জামনগবগী রাজমাতানা মহাকপু ওকখি। মনাক্তা যোমশিল্লিবা মীওই চা কয়া অদদা দর্শন পিবিনবা মাঙ্গোল অদুদা কযাবক হন্না অহিং নোংযাই মতুং ফাওবদা খোননখি। জামনগবদা যাম্না মবাং কাযনা চাউববা নিলদিং অমা শঙ্গখি, মদুনা সত্য সাই সেবা সমিতিগী হেদ ক্বাটর ওইগদৌবিবনি। অদুদগী মানা যাম্না পাক চাউনা খন্দোক্লিবা মান্দপ অদুদা চঙশিনখি, মদসু মীনা পাথোকখি. ভক্তাশিংনা মাযকৈ খুদিংদা ফললোং কযা শাংনা-শাংনা লেপ্লাখি। অঙাং অনাবা খব যাওবন্দ চবদগী বাবানা মাগী শিদহিদাক ওইনিবা বিভূতিদু খুদক্তা শেমদুনা পিখি অমসুং মদুনা তিল্লনা মীযামদুদা মাগী মিনুংশি অমসুং শক্তি চবদগী হবাও নুংঙাইবনা থুমহৎহনখি। মহাক্না ফমফমদা অমুক কাখৎখি অদুগা ঈশ্বগী মি খৈলোল খব শকখি মদু ভক্তশিংনা মাগী মতুং ইন্দুনা অমুক শকখি। মহাক্না হকচাংগীদমক মচিনজাক পিজবগুম আত্মাগীসু পিজগদবনি হাযনা ভাওবিখি। আত্মাগী চিঞ্জাক্তি জপ তৌবা. ধ্যান তৌবা, মিংশৈবোল শোনবা অসিনি হাযনা মানা হার্যাবখি। মিটিং অদু লোযববা মতুংদা বাবানা সেবা সমিতিগী মেম্বরশিং উনখি অমসুং মদ কাবগী রাফম যাওহন্দনা মোত তিন্ননা থবক তৌমিন্নবা হাযখি।

তাং ২৮গী অয়ুক অঙনবদা বাবানা কার তোংদুনা ভাবনগরগীদমক চৎখি, লমখাংদা বাজকোত্তা পনখি, মদু মফম অদুদা লৈরম্বা মীওই লিশিং কয়া অদুদা দর্শন পিনবগীনি। মহাক্না ভজন খর শকখি, অমসুং অনাবা মী খর উবদগী মিনুংশি অদুনা খুদক্তা বিভূতি খর শেম্বিদুনা মখোযদা পিবিখি। "জয়-হিন্দ" অমসুং "ফুল-ছব" হায়বা নুংতিগী ফোংবা চেফোংনা বাবাগী খোঙচৎ পুম্নমক ফোঙলকপদগী নুমিৎ অদুমদি নুমিৎ থোক্লিঁঙৈদগী হৌনা মাইল খর খুদিংগী বাবানা ঙাইহাক পন্থবা তাখি, মদু মখোযনা লাৎচরিবা ঈশ্বর অদুবু খুঞ্জাশিং অদুনা য়েংজনবগীনি। হেক হৌবদগী লোয়বা ফাওবদা বাবাগী খুৎ অদু অভয়গী ফিভমদা থাঙ্গৎপা তাখি।

ভাবনগরগী খুঞ্জিন অদু অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা য়ৌখি। মফম অদুগী মীয়াম্না বাবাবু লৈগী কার অমদা লন্থীশিং ফাওদুনা পুনবা থৌরাং তৌরমই, লৈবক খুল্লক খুদিংমক্তা লৈগী কালোক কয়ানা লৈতেংখি, স্কুলগী অঙাংশিংনা পবেং লেংখি, থৌরাংলবা মীয়াম্না ওকাখ। অদুবু সহব অদুদি হান্ননা উনবা লাকখিবা মীয়াম্না থনখ্রবনিনা প্রোসেসন চৎপদু লন্থী চথোক-চৎশিন্দা হেন্না অৱাবা ওইগনি হায়খি। মহাক্না লাউথোকখি মদুদি অতোপ্পা মফম অমদা হায়বদি টাউন হোলদা দর্শন পিরগনি। বাবানা লম চৎপদা অসুম্না মী য়ামশিল্লকপনা শিল্লিবা কাংবুদা অৱাবা হেক ওইবকপগা থবক অদু মশানা হেক লৌশিল্লি হায়বসি ঐখোয়না য়াম্না তোযনা উখ্রে। বাবানা অবদুল্লা নুব মহোমেদ কী তাখেশ্বরদা লৈবা যুম অদুদা লৈবমই। বাবানা মীয়াম অদুদা যুমথক অদুদগী দর্শন পিখি। নুংথিলগী পুং ৫ রোম তাবা মতমদা বাবানা মখোয়গী মরক্তা লাকখি অদুগা পুং অমা হেন্না ৱা ঙাঙখি। "সংসার অসিদা য়াম্না হেঞ্জিন্না নুংশিরুগনু, মদুনা নঙ নশানা নশাবু অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অনিনা পুল্লবা মায়া অসিদা হন্না হন্না পুরক্লবনি" মহাক্না হাযখি। "নখোয়না খবর অমা থাঙ্গৎলি, অদুগা পারি; নখোয়না খঙলে মদুদি সংসার অসি ঙাওরে অমসুং অপঙবা ওইরে, ওইদবা হুরান-চিন্থিনা পিক থল্লে; নুমিৎ খুদিংমক চিরোল তৌবতনা অফবা ওইহল্লে; মথৌনাফবা হায়বসি অরেম্বা তাহল্লে, মিংচৎ হায়বসি ঙাইহাক্কি ওইরে; খবর অদু তুক্কচবদগী লংথোকখ্রে। মতৌ অসুম্না, পুন্সিসু লোয়নগদবনি। মসি ওইদবা ঙাক্তনি হায়বসি খঙউ, লীলানি, মখোল থোক্তবা লীলানি হায়বসি খঙউ। সংসার অসিবু খুৎলায় ওইনা শিজিন্নৌ, সেবাগীদমক, কথোকপগীদমক, অরান-খুভম ফংনবগী তম্ফম্নি

